# শ্রীকৃষ্ণরাস-লীলা

শ্রীনীলকান্ত গোস্বামী

মৈতৈলোন্দা ওন্থোক্লুনা কোড্‌জবা

শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মা

# কথোকচবা

## জয় রাধে!

শ্রীমতি রাধে। প্রেমগী মশক ওইবী রাধে। রাসেশ্বরী ওইবী রাধে! "শ্রীকৃষ্ণরাস-লীলা"গী মমি ফাওবদং ঐনা তুক করিগুম্বদা উৎচবা ঙম্নম্বা থোক্লবদি,—"শ্রীকৃষ্ণরাস-লীলাগী" মঙাল খরদংতম্মু উৎচবা ঙম্নম্বা থোক্লবদি; মহু পুম্নমক নঙ্‌তগী কৃপানা ওইগদবনি। শক্ উরুদ্রবদি মী অতুনা শান্নবা লীলাবুস্মু থক উরুবা ঙমদে। ঐগী থম্মোই অসিদি অমম্বনি, নঙ্‌গী কৃষ্ণস্মু মম্‌ই; অমম্বদবু অমম্বা বরম উগনি? ইবেম্মা নঙ্‌গী নঙাললবু তাদ্রবদি, খরদংতা ওইরবস্মু নঙ্‌গী কৃপা মিৎয়েংনবু য়াওদ্রবদি অতুগুম্বা কৃষ্ণগী অমুবা শক্তমবু থক উরুগদবা লৈতে। মীনা হায়নবা লৈ—শাস্ত্রনস্মু মহায়. কৃষ্ণ ফংবা য়াম্না লুই; ঐনা হায়রি; কৃষ্ণ ফংবদি য়াম্নমক লায়বা রানি; লুরিবদি নঙ্‌বু ফংবনি। নঙ্‌তবু ফংজরবদি—নঙ্‌গী ভুংশিবা মনম মরীক অনত্তুংতবু ফংজরবদি:—নঙ্‌গী শঙমদং ফংজরবদি—কৃষ্ণদি খুল্লাক মহুং অতুম্মক চল্লে। অতুনা হায়রিবনি, করিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণলীলাগী মরম খজীক্তুং উৎচবা ঙম্নম্বা থোক্লবদি মহু ইবেম্মা নঙ্‌তগী কৃপানি। নঙ্‌গীদমক্তা ওইখিবা "শ্রীকৃষ্ণরাস-লীলা"নি—নঙ্‌না লৈবীবা য়াওবিবতনা 'শ্রীকৃষ্ণরাস-লীলা" ওইখিবনি—'শ্রীকৃষ্ণরাস-লীলা"গী রস হায়বস্মু ইবেম্মা নঙ্‌তনি। মরম অতুনা গঙ্গাগী ঈশিংনা গঙ্গা-পূজা কৎপগুম, রাধাগী মশক ওইবী অসিগুম্বী 'শ্রীকৃষ্ণরাস-লীলা' অসিবু তাইবঙ্ খোনবা ভক্তিগা লোয়ননা শ্রীরাধারাণীগী চরণখাদা কচ্চরি। গঙ্গাগী ঈশিং গঙ্গাদা তিনখরে,—ঐগী মপোক মহৈ য়াঙরে,—হৈজবা ইহৈগী মহৈ ফংলে, ইজরিবা 'পুম্বা অমকপা চেন্দ্রে। জয় রাধে!

নখোঙ্ থম্বালগী উফুল মবীক অম্বা

শ্রীনীলকান্ত গোস্বামী

# মঙ্গলাচরণম্

যং ব্রহ্মবরুণেন্দ্র রুদ্রমরুতঃ স্তুন্বন্তি দৈব্যিঃ স্তবৈ-
র্বেদৈঃ সাঙ্গপদক্রমোপনিষদৈর্গায়ন্তি যং সামগাঃ।
ধ্যানাবস্থিত-তদ্গতেন মনসা পশ্যন্তি যং যোগিনো
যস্যান্তং ন বিদুঃ সুরাসুরগণা দেবায় তস্মৈ নমঃ।
বাগীশাদ্যাঃ সুরগণাঃ সর্ব্বার্থানামুপক্রমে।
যং নত্বা কৃতকৃত্যাঃ স্যু-স্তং নমামি গজাননম্॥
তং বেদশাস্ত্রপরিনিষ্ঠিতশুদ্ধবুদ্ধিং
চর্ম্মাম্বরং সুরমুনীন্দ্রনুতং কবীন্দ্রম্।
কৃষ্ণত্বিষং কণকপিঙ্গজটাকলাপং ,
ব্যাসং নমামি শিরসা তিলকং মুনীনাম্॥
যং প্রব্রজন্তমনুপেতমপেতকৃত্যং
দ্বৈপায়নো বিরহকাতর আজুহাব।
পুত্রেতি তন্ময়তয়া তরবোঽভিনেদু-
স্তং সর্ব্বভূতহৃদয়ং মুনিমারতোঽস্মি॥
মূকং করোতি বাচালং পঙ্গুং লঙ্ঘয়তে গিরিম্।
যৎকৃপা তমহং বন্দে পরমানন্দমাধবম্
বর্হাপীড়াভিরামং মৃগমদতিলকং কুণ্ডলাক্রান্তগণ্ডং
কঞ্জাক্ষং কম্বুকণ্ঠং স্মিতসুভগমুখং স্বাধরন্যস্তবেণুম্।
শ্যামং শান্তং ত্রিভঙ্গং রবিকরবসনং ভূষিতং বৈজয়ন্ত্যা
বন্দে বৃন্দা· যুবতিশতবৃতং ব্রহ্মগোপালবেশম্।
কালে বর্ষতি পর্জ্জন্যঃ পৃথিবী শস্যশালিনী।
দেশোঽয়ং ক্ষোভরহিতো ব্রাহ্মণাঃ সন্তুনির্ভয়াঃ।
ব্রাহ্মণেভ্যো নমস্কৃত্য ধর্ম্মান্ বক্ষ্যে সনাতনান্॥
নারায়ণং নমস্কৃত্য নরঞ্চৈব নরোত্তমম্।
দেবীং সরস্বতীঞ্চৈব ততো জয়মুদীরয়েৎ॥

# শ্রীকৃষ্ণরাসলীলা।

## প্রথমোঽধ্যায়ঃ

### নমঃ শ্রীরাধাবল্লভায়।

শ্রীবাদরায়ণিরুবাচ।

ভগবানপি তা রাত্রিঃ শারদোৎফুল্লমল্লিকাঃ।
বীক্ষ্যর ন্তুং মনশ্চক্রে যোগমায়ামুপাশ্রিতঃ॥ ১

অনুবাদ। ঐশ্বর্য্য ভরুপ্লা তিনবা হায়বদি ইবুংঙো মঙোন্দা পেন্দবা কৌবা অরাংপা অমা লৈবা নক্রবা অহুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণভগবাননা শরৎ-থাগী ফ্গাযনা শাংলবা মল্লিকানচিংবা লৈনা লৈতেংলবী, হায়না য়াথং তৌগ্রবসু ওইবী অহুগুম্বী শাংলবী অহিং অহুনা ওইর কপা উবদগী যোগমায়া কৌবী ইবুংঙো মাগী অচিন্ত্য (খঙঙমত্রবী) শক্তিবু আশ্রয় তৌহুনা (শক্তি শীজিন্নহুনা) শান্নবিগে অসুয়া খনখরে॥ ১॥

---

তাৎপর্য্যদি—"যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহম্
মম বর্ত্মানুবর্ত্তন্তে মনুষ্যাঃ পার্থ সর্ব্বশঃ॥"

মসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীমুখমক্লা ভাকপিবা য়াথংনি। "হে পার্থ! হে অর্জ্জুন! মী পুন্নমক্লা নীংনরিবা পান্নরিবা পু ন্নমক মওঙ অমদা ঐবুতবুনি। মাগী মাগী অপাম্বা মতুং ইন্না মখোয়না ঐবু নীংনবা অহুগুমনা ঐনসু মহুগী ভাবতা অহুন্মক মখোয়বু কুপা পীনবি।"

অশেংবমকসু মহুমক্লি — তাইবঙ্ মীওইবনা সংসার অসিদা মানা মানা পামজরিবা অহুমক ভগবাননা মঙোন্দা হেক হেক পীনবি। মীয়মুলেনগী ওইবা নুংঙাই-য়াইফবা, স্বর্গগী ওইবা সম্পত্তি নক্রগা

লোইবা থম্বা লৈত্রবা অতুগুম্বা মুক্তি—মসি পূন্নমক পূক্নীং চপ য়ুংনবু পামজরবদি মানা হেক্তমক মদবু পীনবি। ইবুংঙো মাদি অস্মুন্না পীতুনতা লাক্লিবনি, পীতুনতস্মু লৈখিগদবনি। ঐখোয় মীওইবা অয়াম্বনা পামনৈ—অরাবনা থল্লবা অতুগুম্বা মীরমলেনগী হুংঙাইবা মতৌ; স্বর্গগী অপাম্বদি মী থরতনা তুক পামনবনি অতুগা মুক্তি ফংগে অস্মুন্না থনবদি য়ান্নমক্ক তাঙনা থোকই। পূক্নাংতনা তুক নীংলুবা নত্রগা পামলুব শাবা অতুনদি করিস্মু কান্নগদবা ওইদে। অপাম্বা অতু ফংননবা মতুগী মতিকচাবা থৌরাঙ তৌবা তাই, চেকশিনবা তাই, মতুগী মতুংইন্না অকনবা সাধন তৌবা তাই। খোঞ্জেন খোক্লা চীন্না নিরুদ্রবদস্মু সাধনাতবু তৌরবদি মতুনস্মু অতুম্মক মহৈ ফংই। ভগবানদি থঙদ-উদবা লৈতবা অন্তর্য্যামীনি—কনানা করিবু মথরায়মক য়াওনা পামলিবা, কনানা কনিগীদমক হোৎনারিবা অসিনচিংবতু মাদি পূন্নমক উবি-থঙনিরিবনি। ঐখোয় মীওইবা অয়াম্বনা হুংদদি অরেপ্পা লৈত্রবা সংসারগী হুংঙাইবা ঈরাং অদূতবু পামনৈ, ভগবানগী সেবানি, মুক্তি তাল্লিবনি, স্বর্গ পামলিবনি আসিনচিংবনদি চীন্থা ওইনবা ঙাক্তনি। পূন্নমক থঙবা ভগবাননদি মতু উবীদবা নত্তে, মরম অতুনা মহাক্না মখোয়দা মতু ওইনা অতুম্মক পীবি। লাইরিক লাইশু তৈজদবা অপঙবা অমদি জাতিদস্মু তোল্লবা অতুগা লাইরিক লাইশু হৈবা অমদি কৈতবা ওইতুনস্মু ঈশ্বরবুদি থক থাজবা লৈতবা অতুগুম্বা মখোয় অতুমকস্মু মখোয়না শ্রীভগবানবু নীংলুদ্রবমকস্মু মখোযনা ইবুংঙো মাগী থোদা পাঙ-খোক্তনা তোকপদি থক লৈবা নত্তে মরমদি—জগৎ পূন্নমক অসে ইংবূঙো মাতগীনি; অস্মুন্না অসিগুম্বা বৈচিত্রতা (খোশীল ?) অসিবু লৈত্রবদা তাইবঙ অসি করন্না পাল্লুগদগে ? মুন্না থন্থরবদি অতুম্মক থঙবা ঙম্মী—পীক্লবা ককচেং-খোয়াদগীনা মীওইবা ফাওবনা অস্মুন্না ইবুংঙো মাগী থোদা পাঙখোক্লরিবা ঙাকনি—হৌজবদস্মু

হৃজীকস্থ, মতুংদস্থ—অস্থুম্নতা ওইরিবনি, ওইহুনতা লৈগদবনি। মরম অসিদগী শ্রীমুখমক্না তাকপিরমলিবনি "মম বর্ত্মানুবর্ত্তন্তে মনুষ্যাঃ পার্থ সর্ব্বশঃ" অস্থুম্না। অতোনম্বা জীবশিংগীদি ভজন-সাধন তৌজনবা পাংগল লৈজদে, মরম অতুনা অসিগুম্বা সাধন অসিবু তম্নবগী মদুবু তৌনবগী মরমদা মীওইবতগী ওইনা হাযরম্বনি। শমনা হায়রবদা জ'বপানবা পুম্নমকনা শ্রীভগবানগী লম্বাতদা মাবুতা তম্না চৎনরি অতুগা ইবুংঙো মাতগী থৌদাতবু পাঙথোক্নবা হোৎনরি।

নিংথৌগী দববাবদা অচৌবদগীনা ফম মচা মচা ফাওবগী থবক তৌবা মনাই মশন কযা কা' লৈ। মখাগী ফম্নাইবশিংনা অচৌবা ফম পাযনবগীদমক হোৎনবা কবিস্থু য়াওদনা ফংজরিবা মাগী মাগী অবেপ্পা মনা মথুম খরদং অতুতদা অহুম্মক পেন্নহুনা লৈথোক্নরবদি মহাক অহুনা কবিগুম্বদস্থু মথক্কী অরাংবা ফম অমা থক ফংলক্নদবা লৈতে। মখোযগী মবক্তা কনাগুম্বা অমনা মথক্তা হাইগৎনাহুনা হোৎনফম থোকপা হোৎনজরবদি করিগুম্বদস্থু মনাং গুংলকই। অসিগুম্বা নিযম থাসিনক তাইবঙ মপু ইবুংঙো মাগী দরবারদস্থু চপচানা অহুম্মক লৈরিবনি, অতুমদি ওইরগা থেম্নারবমক্তবু—নিংথৌমনাইশিংনা মথক্কা ফম ফংনবা হোৎনবদি মপাংগল-মথৌনাদ শাজিম্নবনস্থু ওইবা য়াই অতুগা শ্রীভগবানগী মনাইশিংদি মপাংগল-মথৌনাগা লোযননা অকনবা অনুরাগ (অপাম্বা) অমদি লাঙতকনবা অসিনচিংবা পুক্নীংগী চপয়ুংবা মতৌ য়াওদনদি মথাঙ মথাঙ হেনগৎপা মক্ষম থক ফংবা ঙমদে। মীরম্নলেনগী ফমথোন কানবগীদম ঁ পুক্নীংগী অপাম্বা নক্রগা চীরোন তৌবা রাহৈ রাতানচিংবনা অচম্বা উপায়নি, মতাং অসিদদি হকচাংগী পাংগল অমদি থৌনা উৎপনা মরু ওইবা হেল্লি। ভগবানগী কা-দদি হকচাংগী অমদি চীনগী থবকনা মথাতাবা থৌওঙনি,

পুকনীংগী অনুরাগ অমদি চপয়ুংবা-অপাম্বনা-য়ৌনা লাঙতকনবা অহুগুম্বা মতৌনা মরু ওইবা অথোইবা পাম্বেনি। মরমদি—নিংথৌগীদি চাউয়েং য়েংবা মপানগী ওইবা মিৎযেং অমদি মাগী অপাম্বা অহুত্তা থোকনবা হোৎনবগী মথৈতনি, মরম অহুনা মথাগী ফন্নাইবশিংগী মন্নাহৈ অমদি মথোয়গী মথৌ মশিন, থৌদৌ-থৌওঙ অদুতবু য়েংহুনা ফমথোন পীবগী থবক তৌই। ভগবানদি খঙদ উদবা লৈতবনি, ইবুংঙো মাগীদি মশাগী কান্নবা কান্নদবা করিসু লৈতে—মরম অহুনা ইবুংঙো মাগীদি মাবু নীংজরিবশিংগী চপয়ুংবা, য়ৌনা লাঙতকজবা মতৌতবু উবীরবদি মথং মথং কাখৎপা নাইহন্না অহুম্মক ফমথোন পীনবি। ব্রজগী গোপীনহা মথৈনা য়ৌনা লাঙতকননা পান্নজরিবা অহুগুম্বা মশক অহুদি—কর্ম্মী, জ্ঞানী অমদি যোগী ঋষিশিং মকনসু ফংনঙমদবা অহুগুম্বা পোৎশক অহুতবুনি।

ইতিং তিংজবী, লোথুপ-লোকোই লৈজদবী নুপীমচাশিং অহুনা ভগবানবু মপুবোয়বা ওইনা ফংজনীংথি অমসুং মথোয়না মহুগীদমক কয়াগী মতিক খোরাংনজখিবগে হায়বহু বস্ত্রহরণ-লীলাগী মরমদা নৈনরবদি লায়না অহুম্মক খঙনবা ঙমগনি। ভক্ত কল্পতরু ওইবা শ্রীভগবাননা অমকপা অমত্তা লৈত্রিবী অহুগুম্বী গোপ-নিংঙোলশিংগী য়ৌনা পামজবনা লাঙতকনজবা মতৌবু উবীহুনা, ঙসিদি, মথোয়না পামজবহুমক মথোয়দা পীবিনবা থৌরাঙবিরক্রে।

ভগবানবু মপুরোয়বা ওইনা নীংজবা হায়বসি যোগী-ঋষি মকসু ঙম্মদে হায়বসিদা কনানসু থোইনা শাউনগদবা লৈত্তে খল্লি। শাস্ত্রদা রারম অমত্তস্ন লৈতনা তোক্কে—অমনা হায়রম্বী—ব্রহ্মদা তিনবনা কৈ, অমনা অমুক হায় পরমাত্মাগা—মামক্না হেক মান্নজবা (তদাকার ওইবা) অহুনা কৈ; মচি অমদনা অমুক জীবগী শকলোন পুরিবা প্রকৃতিগীদি ভগবৎ সেবাতনা অথোইবনি।

হায়রিবা মখল অহুম অসিমক্তা ঐখোয়না য়ানীংদবা ভাব করিস্ত লৈতে। অহুম্নদি ওইরগা ঐখোয়গী অচম্বা বুদ্ধি অসিদা শাস্ত্রনা হায়রিবশিং অসিগা য়ানবদি অসি মসিনি হায়না থাজবা অহুগী মথৈ অহুত্তং ঐখোয়না নৈনরি।

থরায় পানবা পুন্নমক লেঙ্‌দনা অহুম্মক লৈনীংবা ঙাক্তনি; মশানা মশাবু মাঙ্‌হনজবা কনানস্থু পাম্নদে। মতম পুন্নমক্তা ঐদি লেঙ্‌দনা অম্মুম্মক লৈগে অহুগা ময়েং তাবা কোবা লৈত্রবা অহুগুম্বা হুংঙাইবা অহুতা চাহুনা তংহুনা অম্মুম্মক লৈগে— অম্মুম হায়বা মতৌনা থরায়পানবা পুন্নমক্তা শাগোন্নবা অপাম্বনি। লায়না-লায়থুংগী মখা পোন্দুনা নত্রগা অরাবা পুক্নীংগী চৈনাখোল খাঙ্‌বা ঙনদ্রবতদা কনাগুম্বনা তুক শিনাংবা যাওনরকপহু মঙায়— অহুনা নির্ব্বাণ ফংগে হায়না নীবস্থু মওঙ অসিমক্তি (নির্ব্বাণ — অরা অনা কোকপা মুক্তি মখল অমা) —মহু মহৌশাগী ওইবা মীওইবগী লোযনরকপা বাসনাগী বিষয অহুমক্তি নত্তে। মবম অহুনা হায়বনি —থরায়পানবনা মানা মানা পাম্বা অদূতবু অম্মুম ফংহুনা লৈনৈ।

মরম অহুনা হুমিং অমদি হুমিংকী মঙানগুম্না ভগবানদগী তোপ্না লৈবা অহুনদি ওইরগা তোপ্নমক্তি নত্তবা অহুগুম্বা মশক অহু ওইনা থরাযপানবন মাগী মাগী চিন্ময়দেহনা (ভগবানগা থানবা য়াদবা আত্মা) মতম পুন্নমক্তা চিদানন্দ (লেঙ্‌দবা হুংঙাইবগী মশক) ওইবা ভগবানগী পেন্নবা থৌওঙ কয়া কয়া থোক্লা তৌন-হুনা অত্তং-অথম লৈত্রবা অহুগুম্বা আনন্দ (হুংঙাইবা) অহুগী মহাউদং তংজবনা জাবনা (থরাযপানবনা) মাগী স্বরূপ্তা লেঙ্‌দনা লৈজবা অমদি মপান নাইদনা হুংঙাইজবা হায়বহু ওই।

গোপীশিংনা মহুতবু ফংজনবা য়োনা লাঙ্‌তক্নখি অহুগা ভক্তবু চানবিহৈবা ভগবাননস্থু মহুতবু পীনবিনবা নীংবিখি। মুল শ্লোকতা য়াওব্রিবা "রন্তুং মনশ্চক্রে" হায়বদি শ্রীভগবাননা শান্নবিগে অম্মুম্না

খন্নক্লে—মসি য়াওরি। শ্রীভগবাননবু অমূক শান্নবা হায়রিবসিবু করিনো, নীংবা হায়বনা অমূক কবিবু হায়রিবনে? 'রম্' ধাতুগী অর্থদি নুংঙাইববু মতাও তংবা হায়বনি; নুংঙাইবগী মশক ওইরবা তাইবঙ্ মপান্গা তিন্নজনা শবায়পানবগী মশক ওইরবা প্রকৃতিনা নুংঙাইবা মহাউ ফংজনবু 'রমণ' অমুমা কৌই। অদুগা অমবোমদা জীবগী নীংজবা পামজানবু পীনবীহৈবা ভগবান-গীস্মু মনাই ভক্তগী মনীং শুংহনবীবজনা ইবুংঙো মাগী নুংঙাইবা মহাউ তংবনি হায়বদি 'রমণ' তৌবনি। মীরমলেনগী নিপা-নুপীনা মীরমলেনগী ওইবা মতৌদা নুংঙাইবা মহাউ ফংনবা অদু-গুম্বা মপানগী ওইবা মতৌ অদুমক্তি গোপী-কৃষ্ণগী লীলাদা লৈবা নত্তে; লৈরিবা হায়বমক্তবু লোইবা থম্বা লৈতবা, ময়েং খক তারকপা তৌদবা অদুগুম্বা নুংঙাইবগী ঈস্কৃৎ অদুনি। অসিগুম্বা ভগবানগী রমণ হায়বদি নুংঙাইবা মহাউ নত্তং অসিদি প্রকৃতি নত্তবা ইবুংঙো মাগী নিত্যধামদদি মতম পুন্নমক্তা অস্তুম থোক্কুনতা লৈরিবনি, অস্মুম্না ইবুংঙো মাগী অসিগুম্বা মহাউ ফংবগী ইচ্ছা অসিস্মু অদুম্মক লেঙদবনি। আত্মারাম ওইবা (মশানা মশাগী নুংঙাইজবা পেঞ্জবা) ভগবানগী মকাদদি অদুগুম্বা নুংঙাইবা মহাউ অদু ফংনবগীদমক্তা কামিনী-কাঞ্চন-নচিংবা ( নুপী অমদি সনা লুপানচিংবা ) অতোপ্পা পোৎলম অমা অমুক চঙ্লুফম খক লৈতে; হায়রিবা গোপীশিং অসিমকস্মু ইবুংঙো মঙোন্দগী তোপথিবা কনাস্মু য়াওদে—তোঙানবা মীশক অমা নত্তে। মসিগী মরম শস্ত্রোক্লা মথংদা নৈন-রকখিগনি। নুংঙাইবা অপান্বগী তুংফম-হোকম ওইবা ভগবাননা থরায়পানবা জীবনা তৌবগুম অরাৎপা অমবু ফংননবা তানবগী অপাম্বা অদু করিগুম্বদস্মু খক লৈবা নত্তে; ইবুংঙো মহাক্তি তৌনীংবতা তৌবনি (ইচ্ছাময়নি), ইচ্ছাতগী মশকনি। জগৎতা লৈরিবা তামসিক, রাজসিক অমদি সাত্ত্বিক-গুণ চেনবা মী মথল

পূন্নমক্না ইবুংঙো মাগী ইচ্ছাতনা মাগী মাগী মথৌ মশিন তৌনরিবনি অ.সু' মতুগী মতুংইন্না ইবুংঙো মাতগী মাঙ্বা লৈত্রবা ইচ্ছাতনা মখোযনা মখল মখলগী তোঙান তোঙানবা ফল ফংনরিবনি। অসুম্না ইচ্ছা পূন্নমক অসিনা ইবুংঙো মহাক মথন্তুদা মতম অমত্তুদা পুল্লপ অতুম্মক লৈরিবনি হায়রিবা ইবুংঙো মাগী ইচ্ছা অসিদি সত্ত্ব-রজ-তম হায়বা অফ ফত্ত গুণশিং অসিদগী পোকপা নত্তে— মতুনা মাগী স্বরূপনি, মাগী ওইনা অতুম্মক শাগোন্নজবা পোৎনি। ভগবাননা স্বযং তাকপিখিবা লৈ মত্তদি—

"যে চৈব সাত্ত্বিকা ভাবা রাজসাস্তামসাচ্ছ যে।
মত্ত এবেতি তান্ বিদ্ধি নত্বহং তেষু তে ময়ি॥"

"সাত্ত্বিক, রাজসিক অমদি তামসিকনচিংবা ভাব মখল পূন্নমক ঐঙোন্দগী থোকখিবা ঢাকনি খঙ্উ — ভাব পূন্নমক ঐঙোনত্তদা লৈবনি, অতুগা ঐমক্কদি হায়রিবা ভাবশিং অসিগী মহুংদা লৈরুবা নত্তে" মরম অতুনা জীবনা ভগবানদগী তোঙানবা ওইতুনসু অতোপ্পা অমদি নত্তে; মরম অতুনা জীবগী ইচ্ছাগী শাক্না ভগবানগী নিত্য-ইচ্ছাবু য়াকায়হ-দুনতা লৈ অমসুং মতুম্না তোবনা মরম ওইতুনা মতুগী মতিক থোকপা ফল অতু ইবুংঙো মঙোন্দগী অতুম্মক থোক্কুনতা ওইতুনতা লৈ।

মূল শ্লোকতা য়াওরিবা "যোগমায়ামুপাশ্রিতঃ" হায়বদি যোগমায়া আশ্রয় তৌতুনা শান্নবিনীংবা পোকলে হায়বসিগী অভি-প্রায়দি মথক্তা হান্নসু হায়গ্রে। গোপী-কৃষ্ণগী শান্নমিন্নবা মতৌদা নিপা-নূপী গুম্বগী প্রকৃতি (লোনচৎ-মতৌ) ওইবা অত্তগুম্বা রতি-ক্রিয়া অতুদি থক লৈত্তে, অতুমদি ওইরগা প্রকৃতিগী মতৌ নত্তবা অতুগুম্বা সুংঙাইবগী মহাউদি অতুম্মক লেঙ্দনা লৈ। ফরে, মতুসু ওইরসনু; অতুমদি ওইরগা সুংঙাইবগী চবুন ওইবা আনন্দঘন বিগ্রহগা আলিঙ্গন তৌনজরুবা নত্রগা তুক মিলন ওইনজরুবা থোক্রবদি

থুংঙাইনীংবগী ঈহৌ পুম্নমক অতুগী আশা অতু পূংপেন পেনথ্রবনি, অতুমক্তদা কবি লৈত্রবা ক্রিযাগী মতৌদি অমুক কবিগী লৈকফম থোকলিবনো ৷ কবিগুম্বা থবক অমা ৷ তৌবগা ফংফম থোকলিবা অতুগুম্বা পোৎশক অদুবু ইশামক্তা থম্মোইদা শংশঙ্না শাগোন্নজবা ফংলগবু মথা তাবা কবম্বা থবক অমা অমুক তৌরুফম থোক্লিবনো ৷ মসিদা হায়গদবদি— মূলগ্রন্থদা বতিক্রিযাগী মবম ওইনা বর্ণন তৌ-রিবা অদুদি যোগমাযাতগী থবক্তি অমুম্না থঙ গদবা ওই। আনাধ্য-সাধিকা ওইবী হায়বদি তৌঙমদবা লৈতবা অতুগুম্বী ভগবৎ-শক্তিগী মমিংবু "যোগমাযা" হায়না কৌই। অসিগুম্বী যোগমাযা কৌবী শক্তি অসিনা ইনৎ নত্তববুসু অশেংবা ওইনা উহনবা ঙম্মী মাযাগী মপু ওইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অসিগুম্বী যোগমাযা অনিতগী পাংগলনা বতিক্রিযাগী মতৌগুম ডংশিশিবতনি, অতুম্না উহনখিবগী কান্নবা লৈখিদবসু নংখিদে। অতুদি কান্নবিবদি কবিনা, মতুগী মবমনা মমৈদা পনাক্তিংকী বাহং মতমদ শনা অওমদ উংলকশিননি ভগবাননা স্বযং তাকপিখিবা লৈ মতুদি—

"নাহং প্রকাশঃ সর্ব্বস্য যোগমাযা সমাবৃতঃ।"

হায়বদি 'ঐ অসে যোগমাযানা যোনশিন্দুনা লৈ, মবম অতুতনা কনানসু ঐবু শেংনা উনবা ফংদবনি। মতাং অসিদসু পানগী ওইবা মীওইশিংগীদমক্তা মথোযবু খঙ্হনবীনবা ওইনা ভগবাননা যোগমাযাগী আশ্রয়দা অসুম্না উৎপিখিবনি। অকাম্বা, অমকপা ওইনা নীংতনা রাস-লীলাবু থোওইনা তৌদবা অতুগুম্বা মীওইশিং অতুনা খন্তবি-গদবা মরুওইবা বাফম অমদি— রাস শাম্নখিবা মতমদা ভগবানগী লীলা-বযসতি চহি নিপালতমক ওইবি। কঠোপনিষৎ-তা হায়রবি— ব্রহ্মাদি অঙকপনা তিল্লি অনসূং ব্রহ্মগী মবমদা ডাঙলিবা, মদুবু তাবিবা অমদি মাবু খঙবা ঙমলিবা অতুগুম্বা মথোয অতুসু অঙক-পগী মশক্তি হাযবদি য়াম্নমক তাঙনা থোকই। অহগুন্নবা ঙকলেন

ভক্তবগী মশক ওইবিরা পরব্রহ্ম অতুমক্তা মনাই ভক্তগী নীংজবা থুংহনবীনবগীদমক্তা মূর্ত্তি পান্দুনা শ্রীবৃন্দাবন-লীলাগী নায়ক ওইবীখ্রিবনি। মরম অদুনা অচম্বা ভাইবঙ্ মীওইশিংগী মিৎযেংদদি ইবুংঙো মাগী লীলাবু অশুকপা-ওইংথাক্তবা ওইনা কবিগী খন্নবোইদবা লৈবগে ?

রাস-লীলাগী ব্যাখ্যা তৌবদাইদা শ্রীধরস্বামীমক্তা অহানবমক্তদা অসুম্না ভগবানবু স্মরণ তৌজখি—

"ব্রহ্মাদি জয় স রূঢ়দর্পকন্দর্পদর্পহা।
জয়তি শ্রীপতিগোপী রাসমণ্ডলমণ্ডিতঃ॥"

"ব্রহ্মানচিংবা লাই খিবীকপু ফাওবা মাযথীবা পীতুনা মতম পুম্নমক্ত নাপননা মথোই কাহনা লৈরবা অতুগুম্বা কাম কৌবা লাইনি। লক্ষ্মীগী মবুংগো ওইবা শ্রীভগবাননা অতুগুম্বা কামদেবগী কা হেনবা নাপনবু লাকহৎপিতুনা গোপীশিংগী মবক্তা ঙাম্হোইবীরি"

মসিনা কা দাকলি মতুদি, ভগবানগী রাস লীলাদা অমকপা কামগী ভাব কানিসু লৈতে নত্তে। মতাং অসিদা কাম অমসুং প্রেমগী মরক্ত চাউরাকপা খবর অমুক লৈননসি—

চৈতন্য চরিতামৃত প্রেম হায়বা পোংশক অনিমক অসি মতওইবা পুক্লাংগী ভেদনা শেংহনবা মখোই অমমমনি অসুম্না—ভশেংবদি মতু নত্তে। কাম হায়বসিনা পুক্লাংগী বৃত্তি নত্রগা অপাম্বা ওইববসু প্রেমদি মতু নত্তে। কাম হায়বসিনা পোং অমদগী পোং অমদা মথাঙ্ তোংনা লামনাংই, প্রেমদি অমত্তদগী থক হোংদে। কাম অমসুং প্রেম অনিমক খুংদ্বাইবা পাম্বা মতৌ ঙাক্তগীনি অতুম ওইতুনসু কামনা পাম্বনা প্রবৃত্তিগী ওইবা পোংতগী কংবা খুংঙাইবা অদুতবুনি অতুগা প্রেমদি পোংকী অপাম্বা য়াওদনা কবি অমত্তগা তোংশিন য়ানশিন্নবা লৈত্রবা অতুগুম্বা অশেংবা খুংঙাইবা অদৃতবু ফংগে তাল্লি। প্রেম নত্রগা শেংনা খুংঙাইনীংবা হায়বা মতৌ অসিনা থরায় পানবা জীবগী মশাগী ওইজবা অশেংবা ধর্ম্মনি (মনাৎনি)

কামগী শুম্বৎলাংদা থুবতনা মরম ওইহুনা জীবনা মশা মশানা কম্লনা তৌহনা শাগৎচবা অহুগুম্বা লীলাগী রাম শাবগী মতৌ অদূতবু অসুম অভিনয় তৌনহুনা মহুতদা পূক্লাং হকচাং লূপশিন্নরি। থন্দুনা য়েংসি— তোম্বা কৌবা নিপা অমনা রাম শারি, মাগী নূপীগী মমিংনা সরয়ূ কৌই, রামগীনা সীতানি। সীতা শারিবনা চাউবা কৌই; ময়ুমস্থ অতোপ্পা মফম অমদনি। অতোপ্পা মফম অমদা লৈবা কালা কৌবা নিপা অমনা রাবণ শারি। মানা লাইনাংবা যোগী ফিজেৎ শেত্তুনা সীতা শাবা চাউববু হূহুনা পুরি। মতম অত্তদা তোম্বগী নূপীদি ময়ুমদা লৈহুনা মমান্নবশিংগা নোক থেনা মুংঙাইনা রারী শামিন্নহুনা লৈরি, অহুগা রাবণ শারিবা কালানা অতোপ্পা মফম অমদা লৈবা সীতা শারিবা চাউববু হূহুনা পুখ্রে হাযহুনা তোঙানবা মফমদা লৈবা তোম্বা কৌবা রাম শারিবহুনা অরেম্বদা কোয়না থিবি।

মতাং অসিদা খরদং থম্বহুনা য়েংলবদি ঐখোয়না হেক্তমক থঙ্নবা ঙম্মী মহুদি — অসুম তৌনা ঐখোযগী পূক্লাং অসিদা কাম অমস্থূং প্রেম অনিমক্লা মান্নবা থোঙচত্তা মতম অমত্তদা অনি ফাংনা অসুম্মক লম্ফাং চেন্দুনতা লৈ। মৎমদি, ঐগী ঐ অসি অসুম্না মতম অমত্তদা অনি অনি থোক্তূনতা লৈ। লীলা যাওবা মীনা তৌবগুম মতম পূন্নমক্তা ঐগী ঐবু অস্থূম্না হেক হেক অনি ফাংনা চৎহনবনা ঐখোয়গী ইতৌনি— অনি অসিগী মতুংদা অমনা অশেংবনি, অমনা তৌশিন্নবা মতৌনি। রামায়ণ-লীলা শান্নরিবৈঙদা রাম শারিবা তোম্বনা মাগী ‘ঐ’ অদূবু অনি থোকহল্ল— অমনা তোম্বা কৌবা নিপা অহুনি, অমনা লীলাগী রাম অহুনি। মাগী ময়ূমনা থুঙ্গং অমদনি, রামগীনা অযোধ্যা কোন্নুংদনি। লীলাদা তোম্বনা রামগী মতৌ উৎলিবৈঙদা মানা শারিবা রাম অহুগী ‘ঐ’ অহু ওইশিন্নহুনা মহুদা মানা মুংঙাইজরি অম্নস্থূং অযোধ্যা কোন্নুংবু মামক্কীগুম খনজরি। মরম অহুনা মতম অহুদা মানা অযোধ্যাগী প্রজামথৈবু মাগী মী মক্তনি থন্দুনা মখোয়বু

পেলহন সুংঙাইহনবনা মাগী সুংঙাইবা ওইনরি অতুগা মখোয় অতুগী রাবদা মাস্থু রাবা শাজিন্নবি। তোম্বদি য়াম্লমক লীলা হৈবা মীনি, মহাক্না হেক বপ্লতদা মপুম থিংলি। অমরোমদা রাবণ শারিবা কালাদি মথরায তানা নোকলি, চাউবনা কপলি অতুগা তোম্বনা তাইবংপানবা অসিবু পুম্মম হেক মল্লবগুম উৎলি। অসুম্না মখোয় অহুম্মক্না তৌশিন্নবা 'ঐ' অহুম থোক্না তোঙান তোঙানবা মওঙ্দা লূপ্নবি—কালানা রাবণ ওইনা, চাউবনা সীতা ওইনা অতুগা তোম্বনা রাম ওইনা। অসুম তৌনা মাগী মাগী অশেংবা 'ঐ' শিং অতুনা মতম মতম অদদা তৌশিন্নবা 'ঐ' অমমম ওইনা লূপ্নবি; মন্নম অতুনা মখোয় পুম্নমক্না তৌশিন্নবা মা-মাগী 'ঐ' শিং অদুবু পেলহন্নবা মথরায় ফুক্না হোৎনবি। অসিগুম্বা তৌশিন্নবা মতৌ অসিমক্তি মখোয়গী লোয়নজবকপা মনাৎ-মশিল খক ওইবা নত্তে। তৌশিন্নবা 'ঐ' অহুম অতুগী পেন্নবা মখায়না ফনমক হোৎনতুনসু, মতুদা ফনমক লূপশিন্নতুনসু মখোয় মখোয়গী অশেংবা 'ঐ' শিং অতুগী সুংঙাইজবা ফংনবা হোৎনবনদি মখোয়গী মরু ওইবা পান্দমনি অমসুং শাগোন্নরকপা অশেংবা মশাগী মতৌসু মতুতনি।

অসিগুম্বা ললাগী তৌশিন্নবিবা মতৌ অসিনা 'কাম' হায়বতুনি অতুগা পোকৈঙদগী শাগোন্নবকপা অকোনবদা হাযবিবা মতৌ অসিনা প্রেম হাযবতুগী মফমদা লৈবনি। লীলাগী 'ঐ' অতুদি নোংমা ফাদোক্কী রাতনি অতুগা পোকৈঙদগী চেল্লক্লিবা 'ঐ' অতুগী অপাম্বতুনা লেঙদবা অরেপ্পা মশকনি। ললাগী মতৌ অতুনা কামগীদমক হোৎনবনি, অকোনবদা হাযবিবা অসিনা প্রেম হায়বতুগা মতৌনি। মশা মশাগী অভিনযদা ঙাওনখিতুনা তোম্বনচিংবা মখোয় অহুম্মক অসিনা নৌন তোঙান তোঙানবা শকলোন লৌনথ্রবদসু হায়বদি রাম, সীতা, রাবণ ওইনা মান্নবা মতৌ তৌশিন্নথ্রবদসু তোম্বা হায়বনাচিংবা অশেংবা মশা মশাগী মাগী মাগী 'ঐ' অদুতবু শেংনা সুংশিজনা, মদ তবু

পামনজবা মতৌদি মনুংদা থুপনা—মকা ফোংদনা লেঙদনা অত্তুম্মক লৈনরিবা ডাক্তনি। মবম অসিতনা মখোযনা লীলা হেক লোইবগা ময়ুম ময়ুমদা হন্নহনা নুংঙাইনা পোথাজকনবা অপাম্বা অত্তু মপুক মনুংদা লেঙদনা লৈনৈ।

মখোয়না অহল ওইশিল্লকনা হকচাং কাযং পুন্নমক অমিনা কোমথ হীকথনরক্রবদ', রা ডাঙবা ফাওবদা লৈবোয লৈফাই তৌহনা ময়েক শেংলক্লবা মতমদদি মখোয মশা মশামক্তা অত্তুম্মক লীলা য়াওবগী থবক অদুবু কবিশু পামলক্লে, মত্তুগী মহুত্তা ময়ুম মইরকাইদা মা-মাগী মরী মত্তানচিংবগা তোংন-তিন্নহনা অত্তম লৈননীংবা ময়াইনহুম হেন্না কনশিল্লকই। খুদম ম.কক অমিদগীশু ঐখোযনা কাম অমদি প্রেমগী মতমদা চাউরাকপা এশক অমদি লেপ্প ডগ্নগনি।

সচ্চিদানন্দগী মশক ওইবা শ্রীভগবাননা হ্লদিনী শক্তি কৌবা ইবুংঙো মাগী প্রেমগী শক্তক অত্তুতদা অতৎপা লৈতনা (নিত্য ওইন) মথন্তুগী নুংঙাইবীহৈবা মতৌবু অত্তুম্মক আস্বাদন তৌহনতা লৈ। অসিগুম্বা প্রেমগী শক্তক অসিগী মমিনা 'শুদ্ধ-জীব' অমুম্না কৌই। অসিগুম্বা শুদ্ধ-জব অসিমক্তা ভাবানদগী তোংঘানবা অমদি তোঙান্নবা ওইনা মশক মওং মামা মামা থোক্কুনা নুংঙাইবা মহাউ লীশাং লীশীং থোকনা শ্রীভগবানগী নুংঙাইবা শক্তক অদুবু আস্বাদন তৌনরি, মত্তুগী ডমখৈদি থক শীংথাকবদা ডম্বা নত্রে। (শুদ্ধ-জীব—কবিগুম্বা অমকপা অমত্তুগা তোৎশিন্নবা লৈতবা অশেংবা জীব অম্মুনা লৌবা য়াই)।

জীবনা নুংঙাইবতদা হিংনৈ, নুংঙাইবতনা হিংননবা মচাক ওই। সত্য-সংকল্প ওইবা (তৌনীংবতা তৌবা) ভগবানগী মাঙবা লৈত্রবা (অমোঘ ওইবা) অত্তুগুম্বা ইচ্ছাতনা জীবপানবা পুন্নমক অসিনা মাগী মাগী প্রবৃত্তিনা পীবা তোঙান তোঙানবা কাঞ্জোন

লৈত্রবা ) মুংঙাইবা অতু৺বুনি। মাঙবা লাইবা ৹াইবা অমকপা অপাম্বগী মশক ওইব অসিগুম্বা কামতবু কোযনা থিতুনা অম্ম লৈব মখোয় মখোযগী পূকনীং ৺দূনদি মপানগী ওইবা পোংকীদমক্ত লাঙতক্লতুনা লৈ। ঈশিং খোবাংবা মী অমগী মফমদ হৈখাগোক লানশিল্লুবগবু মী অতুগী ঈখো লাংলিবত্ত কোকতনবা ঙমগদবা লৈত্রা ? অম্ম তৌনা কামগী নাখল ইবৈতদা লূপুনা মমিং তাঙলবা পূম্নমক্কা পুক্লীংশিং অসিনা তোঙান তোঙানবা মবমগী অপাম্বা ফংনবগীদমক তোপ্লা তোপ্লা হোৎনতুনতা লৈনৈদি হাযববু, অশেংবা মুংগী হকচাং অতুনদি অশেংবা মুংঙাইবা অদূতবু থিতুনা অম্ম লৈ। মতম পূম্নমক্তা লেঙদবা মবী লৈনবিবা, কৈদোঙৈদম্ম তংন থানবা যাদ্রবা অতুগুম্বা নিত্য-আনন্দ অতুতনা মখোযগীদি হিংজনব পাম্বৈনি অমস্তূং অম্মা মখোয়না মদূতদা লূপুনা লৈজবকপা অতুগুম্বা অমাঙ অতা লৈত্রবা আনন্দ অদূতবু থক কাওবা ঙমদে। আনন্দ ( মুংঙাইবা ) হাযবসিদি ব্রহ্মমক্তি, অতুগুম্বা আনন্দ নত্রগা ব্রহ্ম অতুদগী জীব পুন্নমক থোকলক-পনি ; মরম অতুনা জীবনা মশানা যৌনা পামজশিব দ মাগী থোবকফ-ওইরিবা আনন্দ ( মুংঙাইবা ) অতুতবুনি। সনাগী চক্দা মখুল হোবক্লবনা লৈপাক্লবুদি মেনশিনবা যাই হাযববু মতুনা থক কুশনা চৎনবা যাদবগুম — চিদানন্দগী মশক ওইবা জীবগী হকচাং চযু অসিদা কবিগুম্বা মখুল অনতং হোথিবা থোক্লবদি হাযবদি হাযত্রিবা আনন্দ অসিবু ফংখিদ্রবদি মীবমলেন, লাইবমলেনগী কবিগুম্বা পোং অমতুনা থক মতুবু মেনশিল্লুবা যাদে। মরম অতুনা জীব পানবা পুন্নমক্তা প্রেমগী মশক ওইনা পবমানন্দ ওইবা ( মথোইবা মুঙাইব ) খাযদগী থোইদোক্লবা অতুগুম্বা পোংশক অতুতবু ফংজনীংবনা মস্তূং মতুংদদি লাঙতক্লে ; অদূবু ফত্রবা কামগী থৌইনশিনতনা মরম ওইতুনা কান্নত্রবা মপানগী পোৎলমশিংতবু মহাক্লা কোয়না অম্ম থিতুনা লৈ অমস্তূং ফংবম্ম মফংই। অতুম ওইনমক মতুনদি মাঙবা-

ভাকপা নাইবা পোৎ ভাক্তা ওইবনা মহুনা মানা পেঞ্জবদি থক ওইদে, অমগী মথংদা অমা অহুম লামনীংঙকই নাকোংনা ভাজনীংবদা মহুগী ওল্ল-চৈতনবদা শোনপদা হুংঙাইবা পোৎ অমবু শোক্লুবনদি ভাজনীংবা নাখোঙনা পেনবা লৈনবগুব; হুংঙাইবা পোৎ পায়নীংবদা কজবা শকক্ষম অমবু উরুবনা থোইনা কান্নবা ফংহন্দবগুম — মিংনা য়েংনীংবদা চীন্না চারগা পেন্দবগুম, চানীংবদনা হুংশিবা মনমনা করিস্নু কান্নহন্দবগুম—অশেংবা হুংঙাইববু থিরগা প্রকৃতিগী পোৎলম ভাক্তগা পেনরবদা অস্নুম্না জীবনা থক মনীং থুংবা ওইদে। কনানা নূপী পাম্মী, কনানা মচা মশক উনীংই, কনা অমনা মচাক-মরল পাম্মী— অস্নুম্না মীশক অহুম্না তোপ্পা তোপ্পা পামনৈ অমত্তা তিন্নদে— অতুম্নদি ওইরগা হুংঙাইনীংবা হায়বা মশক অতুমদি চপমান্ননা লৈ। নত্রগনা মীশক হোংবা নত্তবনস্নু মী অমত্তন অমুক্তা নূপী পাম্মী, অমুক্তা মচা পাম্মী, অমুক্তা মচাক মরল পাম্মী—অস্নুম্না মাগী অপাম্বতুগীনা মশক হেক হেক ওল্লকই — তোইগুম্বস্নু প্রেম হায়বা অতুগীদি করিগুম্বদা মশক হোংলকপা লৈতে; প্রেমগী বিষয়দি—হুংঙাইবা—আনন্দনি। মথক্তা হায়খ্রিবা নূপী, মচা অমদি লনথুম হায়বা অপাম্বা মখল অহুম অসিগী মহুংদা হুংঙাইনীংবা হায়বা অমদি চপ মান্ননা অতুম্মক লৈ। অসিগুম্বা মথাঙ্ মথাঙ্ হোংবা নাইরিবা অচম্বা পোৎ পাম্বগী মমিংনা কাম হায়বসিনি অতুগা মশক ওনবা হোংবা লৈতবা, মরী তৎপস্নু লৈতবা অতুগুম্বা হুংঙাইনীংবা অদুবুনা প্রেম হায়রিবসিনি। মরম অতুনা খঙ্বা ছমলে মহুদি জীব পূম্নমক্কী থম্মোয়দা মতম অমত্তদা কাম অমস্নুং প্রেমগী ইথিন অনিমক চপমান্ননা অতুম্মক লৈ। স্থষ্টিদগীনা হুজীক ফাওবদা পাক চাউরবা তাইবঙ্ লীলা ফম্বাকথক অসিদা শকলোন কয়া কয়াদা ইশা ইশাগী অশেংবা ঐগী 'ঐ' অদুবু শাজিন্নবা, ইনৎ নত্তবা 'ঐ' অমা ওইহন্দুনা মদূতদা অম্নুপকী মতিক চেৎনা লূপশিন্ন-হুনা লৈথ্রে মহুদি—করম্বা "ঐ" না অশেংবনো, কবম্বনা শাজিন্নবনো,

করম্বা অপাম্বনা অশেংবনো করম্বনা শেংদবনো হাযবত্থ খন্দোক্লবা পাম্বৈ লৈতবগুম থোকলরে। মরম অতুনা কাম অমস্তুং প্রেমবুম্ন তোঙান্নবা পোৎশক অমমমনি হাযবসি খঙ্নবকখিদরে। তোঙান্নবনি হায়ববুদি খঙ্ত্রবম্ভু মিৎকুপ অমত্তগী ওইরবম্ভু মতম মতমগী ওইনা তৌশিন্নবা লীলা শান্নফম অসিদগী লাপ্‌থাক্তুনা খন্থববদি অশেংবা মশক অদূবু অতুম্মক শেংনা তরু তরু উবা ফংলকই।

প্রেমনা অমাঙ্ অতা লৈতবনি, কামদি লমথাঙ্দগী হায়জিল্লক্তুনা নপ্লবা পোৎ অমনি—প্রেমদি তাইবঙ্ মালং আনিগী পোৎ নত্তে—অতুগ। কামদি মীবমলেনগী ওইবা পোৎতগী থোকপনি। মীবমলেনগী পোৎ অমত্তদম্ভু হুংঙাইবা লৈতে — রা-ন-বতগী মশক্লি। যু-ঙাওবা মীনা চুহি শুংফমদা তল লৈগে চঙ্লুবগুম জাবনা শুদ্ধৎলাংদা কূপ-খিত্তনা মচাক মরল অমদি মচা মশূনচিংবদগী হুংঙাইবা ফংনীংই। মবম অতুনা অপাম্বা অদূবু নখে যনা শক্তি ফ লুবা ঙমদে মরমদি; মখোয অতু মীরমলেনগী ওইবা মাঙ্বা তাকপা নাইবা পোৎ ঙাক্তা ওইবদগীনি। লাইবক ফতুনা কনিগুম্বা ইশাদগী নেশা কোকথ্রবতদা ইশানা ইশাবু খঙ্জরকই, ইশাগী মযাদা ইশানা উজ্রবকই— ঐ অসি কনানো, ঐগী হাযবনা অমুক কনানে পনিনা মতুগী মশকম্ভু খঙ্ব ঙম্নকই। মতম অতুদ অসিমম্ভু খঙলকই নত্তদি—ঐগী 'ঐ' হাযবনি লূ তোংনা শাব হকচাং অসিবু নত্তে— পদি চিদানন্দগী মবীক মবূপ অমনি—মাগী অংশনি— অতুনা অতুগুম্বা চিদানন্দ (অ.বপ্পা হুংঙাইব —ব্রহ্ম) সমুদ্র অতুদা অমুত্তংতবু তিনশিনজখিবা ঙম্নবদি লোইবে — মহৈ যানবা হাযবত্থ ওইরে।

অম্ভুম্ন লেঙ্দবা হুংঙাইবা সমুদ্র অতুদা তিনজবা ফংনবগীদমক জীবনা মশেল মবাং ওইনা থম্মোইগুংদা তওনা খোরাংলিবা মখোরাং অদূবুনি প্রেম হাযনিবসি। অসিগুম্বা অমনপা অপাম্বগী (কামগী) মনম ফাওবা চেন্দ্রবা শেংলবা প্রেম অনিবু মীবমলেন্দা শেংনা উত্তুনা

25912



তাকপিনবগীদমক প্রেমগী মশক ওইবী গোপীশিংনা লংজিন ওইন আনন্দ মূর্তি ( নুংঙাইবগী শংশঙবা শক্তম ) ওইবা মদনমোহনা ভগবাননা ( কাম-মক্তা ভক্লব ওইবা ব্রহ্মনা ) অসিগুম্বা রাস-লীলা অসিবু মীরমলেন অসিদা পুথোকপিরম্লিবনি। অদুনা মসিদা মীরম-লেনগী অচম্বা পোৎতগী ফংবা অমকপা অপাম্বা কাম হান্নমা খঙ্নবা পোৎশক অতুগী মবীক অমা ফাওবা যাওবা লৈতে।

বস্ত্রহরণ তৌখিবা মতমদা অতুমক্তদা অতুম্মক রাস শান্নরম্বা ওহন্দাক্লা যাবনি অদুবু ইতি-ভিংজব' গোপ-নৈশাবীমচাশিং অতুনদি শ্রীভগবানগী ইঙ্গিতপু খঙজবা ঙমখিদে — লৌশিং তৌতুনা ভাঙ্বা অর্থ চল্লবা ভগবানগী চাংমসং মতদা মখোযনা লাম্থোকচবা ঙমখিদে। মবম অতুনা মখোযবু চাও অমগী মতম চোম্থহন্দুনা নৌনা অমুক শমজ-শাক্তনবা ওতম পীবিগ্রিবনি॥ ১

তদোড়ুরাজ, ককুভঃ করৈর্মুখং
প্রাচ্যা বিলিম্পন্নরুণেন শন্তমৈঃ।
স চর্ষণীনামুদগাচ্ছুচো মৃজন্
প্রিয়ঃ প্রিয়ায়া ইব দীর্ঘদর্শনঃ॥ ২

অনুবাদ। মতম কুইনা লংফেদা লৈকববা তুংদা যুমদা হল্লকপা চান্নবনা মাগী চান্নবাগী মাযথোংদা মখূৎমক্তা কুঙ্কুমরাগনা লৈতেংবীব-বগুম হাযবদি মাযথোংদা তঙাংবা মচু ফাওহল্লবগুম মতম অতুমক্তদা নক্ষত্র পুম্নমক্কী মপু ওইবা থানিনন ঈংলবা মখূৎনা নো পোক মাযগী লাইবেম্বীগী মাযথোং শক্লবা অহানবা চিদাই অদুবু নোনা ফন্দোরকপা মাগী মেঙলবা মঙাল্লা চাঙ্বা তৌহন্দুনা থাযা পানবগী মশাদা নুংথিলগী মৈশা লাংলম্বা পুম্নমক কোকহন্দুনা মশক উৎপা চৌরকলে॥২

তাৎপর্য্যার্থ। শ্লোক অসিদদি থোইদোকপা তত্ত্বগী রাবম য়াওদে। অতুম ওই-মবসু হায়গুম থোকপা অমদি মসিদা তাফম থোকপা রাবম থরদি লৈ। অনাবা লায়কোকহন্নবগীদমক অঙাংদা অকনবা হীদাক পীজবা পীথকপা তারবদি খোইহী নত্রগা চিনিগী শক্কক থরদং য়ানশিল্লগা পীজবা তাই। প্রেমানন্দগা তিন্নজবা হায়বদি অথোইবা হুংঙাইবগী মশক ওইবা ভগবানগা ভক্তগা কোন্ন-পায়নবা হায়বসি য়াম্মমক খঙ্‌ঙ্গমদবা অকুবা বিষয় অমনি। শ্রুতিনা হায়— "হৌ'ৎলু, নমিং ননা শিংউ; মতিক চাবা গুরুগী মফমদগী জ্ঞান তানশিঞ্জো; অথোইবা থুবম যৌনবা তানবা হায়বসি অথোবা শম-কোকথাঙ্‌ মযাদা চৎপগুন্না থুংদাং পীনীংথাই ওইবা মশকনি।" মাঙ্‌বা তাকপা নাইবা মীবমলেনগী খ্বায়দগী তাং‌বা পোৎ অমন্না ফংনবা হোৎনবমক্তদসু অকনবা থৌনানা মাং‌ইনবা তাবনি— কোঙ্গং মহুংগী মক্তা অদুবু ফংগে হায়বদি থায়য় পাম্নবা লৈতনা লুববা সমুদ্রগী ঈনুংবদ্‌দা লুপ্পা নাই অতগুন্না খনি (থোং) দগী থোকপা হীবা মণিনচিংবা পোৎ তানবা নাকথাসু শুবা মম্বা খো মহুংদা চঙ্‌বা তাবিবনি; ঈশিং ঈবীক অমত্তসু ফংফম লৈতবা মরুভূমি (লৈকংলা); শাচিং চাবা শাশিগী চাক্রাফম ওইবা উমং-রামং অমদি লানঙমক্রবা অবা বা চীংশাংপরেং অসিনচিংববু লান-থোকতুনা দেশ অমদগী দেশ অমদা লায়া চল্লবদি থক লন-থুমগী চাওখৎপা ওইদে। লৈপাক্কী মশক ওইববা, মীবমলেনগী মাং‌-তাকপা নাইবা পোৎপু ফংননবা হোৎনবা ফাওবদা অসি যৌনা বাবা তারবদি অরেপ্পগী মশক ওইবা, অশেংবা-অচুম্বা সনা ওইবা অতীন্দ্রিয় আনন্দবিগ্রহবু ফংননবা হোৎনবা তাববদি লম্বী অহু কয়াগী মতীক শাথীফম থোকপনো হায়বত্তদি থল্লুবতদসু অকিবা পোকই। ইবুংঙো মাবু ফংগে হাবনবদি অকনবা ঈথক ইপোমতগী মশক ওইববা কাম-নচিংবা মপান নাইত্রবা তাইবঙ সমুদ্র অসিবু লাম্বোকপা তাবনি;

মাবু ফংগে হায়রবদি অকে অমৌ নত্রগা ভোগবিলাসনচিংবগী ঈশিং মরীক অমত্তস্থু পক্ত্‌বা অত্থুগুম্বা কল্লবা সাধনগী লম্বী অদূবুস্থু লান-থোক্ত্‌না চৎপা তাবনি ; মাবু ফংগে হাযরবদি লানঙমত্রবা মায়া-মোহগী মশক ওইবা চীংজাউবুস্থু লান্থোক্কুনা চৎপা তাবনি। অসিগুম্বা চৎঙমফত্রবা সাধনগী লম্বা অসিবু উরগা কেথোক মৌথোকপনা মশিল ওইনরবা ঐখোয মীওইবা জাতিনা কিবমক্তনা হেক পঙ্থবৈ—মাঙদা থক চঙশিন্ননীংদে। অস্থুন্না মখোযনা কিত্থনা চঙশিন্নত্রবস্থু চানবী হৈবা মানদি মখোযবু থক থাদোকপিবা লৈতে, ইবুংঙো মাদি জীববু তাইবঙ্গী শুইবা লাযথুং-লাযনা ( ভবরোগ ) অসিদগী অনা লায়কোকহন্দুনা শোযদননক মাগী মকাদা পুশিনবিগনি। মরম অদূত্তনা মহাক্না মশাগী শক্তিশিংগা লোয়ননা রসরাজগী শক্তম লোত্থুনা অবতার তৌবানগা মথুর-নন-গী মশক ওইবা অসিগুম্বা দৃশ্য-কাব্যগী অভিনয তৌবীবথিবনি। পূকচেল চাউববা বেদ-ব্যাসনস্থু জীববু মুংশিবীহৈবা পূকচেন্না কাব্যগী বস-দা, কাব্যগী লোন্দাদা অমদি কাব্যগী ভাবতা ফোংদোকপিত্থনা অত্থুগুম্বা মীরমলেনগী নত্তবা লীলাকাব্য অদূবু সনাগী মযেক্না ইত্থনা থম্বীরম্মী। অস্থুম তৌনা চৎঙমত্রবা লম্বী অদূবু শাযনা চংপা ঙম্নবা শানবিরম্মা। মহাজন-শিংনা তাকপিবম্বা লৈ—

"বেদাঃ পুরাণং কাব্যঞ্চ প্রভুর্মিত্রং প্রিয়েব চ।
বোধয়ন্তীতি হি প্রাহুস্ত্রিবৃদ্ ভাগবতং পুনঃ॥"

বেদনা মপুনি, পুরাণনা মরূপনি অত্থুগা কাব্যনা চান্নবীগুম্না জীববু পাউতাক পীবিবি অত্থুগা শ্রীমদ্ভাগবততি অমবোমদা মপুনি, মরূপনি, তমস্থূং চান্নথোইবীনি— মথন্তনা শকলোন অহুম লোত্থুনা পাউতাক পীবিরি হায়বদি শ্রীভাগবত কৌবা লাইরিক অসিদদি বেদস্থু, পুরাণস্থু, কাব্যস্থু অহুম্মক পুন্না অহুম্মক লৈ। মসিগী শন্দোকপা মরোন্দি কোন্না লাকথিগনি।

মহর্ষি বেদব্যাসনা মতাং অসিদা অশেংবা কাব্যগী মতৌদা বর্ণনা তৌবীত্না কাব্যরসকী নীংথিবা মতৌবু উৎপিরি। রস অপূম্বগী ওইনা স্থায়িভাব, বিভাব, অনুভাব অমদি সঞ্চারিভাব অমুম্না লৈত্নুনা রসগী মশক লৌনরকলিবা ঙাক্তনি। মতাং অসিদদি ঐথোয়না 'বিভাব' হায়বা অসিতগী মরমদা নৈনবনা থরদং কান্নগদবা লৈ। 'বিভাব' হায়বসিগী মখল অনি শুই মত্নুদি—আলম্বন বিভাব অমসুং উদ্দীপন বিভাব। অলঙ্কার শাস্ত্রনা হায়রি—

আলম্বন-বিভাবোহসৌ যমালম্ব্য রসোদ্গমঃ।
উদ্দীপন-বিভাবাস্তু রসমুদ্দীপয়ন্তি যে॥"

হায়বদি করিগুম্বা রস অমা থোক্লকবগী পাম্বৈ ওইনরিবত্ব আলম্বন বিভাবনি; অতুগা রস-বু মশক কোংদোকহল্লক্লিবা পোৎশিং অদুবুনা 'উদ্দীপন-বিভাব' কৌই। রাস লীলাদি মধুর রসগী মশনি। মধুর-রস-গী স্থায়িভাবতি রতি (অপাম্ব) নি, মসিগী আলম্বন নত্রগা পাম্বৈনা নায়ক নত্রগা নায়িকানি অতুগা উদ্দীপন বিভাবনা মপুং ফাববা পূর্ণিমা থানিল, অচিকপা লৈগী বন, ঈংলবা মলয়া নুংশিৎ অমদি নুংশিবা কোকিল থোন্নাঙ অসিনচিংবনি। মতাং অসিদদি হায়বাদি রাস-লীলা অসিদদি স্বয়ং ভগবান শ্রীকৃষ্ণ অমদি গোপীশিংনা আলম্বন বিভাবনি। মীবমলেনবী শৃঙ্গার-রস লাংনাগীনা উদ্দীপন বিভাবনা নায়ক নায়িকা অনিগী রসবু উদ্দীপন ওইহল্লি, অতুমদি ওইবগা শৃঙ্গার রসগী দৃশ্যকাব্য অমদি শ্রব্যকাব্যবু পাবা নত্রগা তারুরবদি অপাবা মী নত্রগা তারিবা মীশিংগী থম্মোইদা ভশেংনা অতুম্মক রস ফাওনবা ওইরকই

মরম অতুনা পূর্বচেন চাউরবা মহর্ষি বেদব্যাসনা তুংদা লাক্লদবা পাঠক নত্রগা শ্রোতাশিংবু (অপাব, অমাবা) মমাং লৈশিনহন্নবগী-দমক্তা মুক্তি পীনবৈবী অসিগুম্বী রাস-লীলা অসিবু তুংডাইরবা কাব্য-রসগী মওঙদা থম্বারম্লিবনি। থঙ্গুবা মতমদগী হৌনা

অতুম্মক পাক চাউবদা মপা লৈবক্তুবা অদুগুম্বা ব্রহ্মাণ্ডমক্কী মশক ওইরবা অসিগুম্বা দৃশ্যকাব্য ( য়েংলগা রস পোক্নবা ওইবা অদুগুম্বা কাব্য )গী অধিনায়ক ( মপু ) ওইবীতুনতা লাক্লিবা অদুগা ইবুংঙো মাগী রা.য়ন মথা পোন্না গর্ভদগী পোকপা, মরুমদগী ওনবা, হুমাংদগী পোকপা অমদি লৈপাক্কুগী হাবা আসনচিংবা থরায় পানবা পুন্নমক্না মিৎকুপ খুদাংগী ওইনা অতুম্মক মাগী মাগী নিয়ম ভাক্না মা-মাগী মথৌ মশলগী অমদি ভাবনচিংবগী অভিনয় তৌনতুনতা লাকলিবা অদুগুম্বা নট-চূড়ামণি ওইবা ভাবান শ্রীকৃষ্ণনা মশাগী শক্তিশিংগা লোয়ননা মরেমলেনগী মতৌ লাইরমলেনগীও ওইবা অদুগুম্বা রাসলীলাগী অভিনয় অদুবু তৌবানা থোনাওবিরি ; মরম অদুনা পুণিমা থানিন অমদি মংম কুংশি বা লৈপান-লৈপান থিবীক্না ইবুংঙো মাগী শাসন মখাদ মাগী ইচ্ছা মতু হন্না মা-মাগী অভিনয় তৌনতুনা লীলা রস মপুং ফানবা শেম শান্নরি। সাহিত্যদর্পণকাবনা অসুম্না হায়—

"চতুর্ব্বর্গ-ফলপ্রাপ্তিঃ সুখাদল্পধিয়ামপি ।

কাব্যাদেব যতস্তেন তৎ স্বরূপং নিরূপ্যতে ॥"

"খঙ্গোই থোৎপা মীওইবনা কাব্যতগী মতেংনা ইরায় হেক লায়না ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ কৌবা চতুর্ব্বর্গ ( কান্নবা মথল মরী ) অদু ফংবা ঙম্মী, মরম অদুনা ঐনা কাব্যগী মশক লেপ্নবা হোৎনবিবনি।"

গ্রন্থকার (লাইরিক লেখা) অসিনা হায়রিবা অসিনক তংশংবনি মরমদি, মওঙ চুম্না, হোৎনবা কায়দনা পাবগী খবক তৌরবদি কাবা ( লৈরেং ) পাবতদসু অরা-অনা পুন্নমক কোক্নরিবনি — মদুবুনি ঐ.থায়না মুক্তি হায়নরিবনি কাব্য পাবা না অমানবা নপানগী ওইব কাব্যগী মরেক-মহাউ খরদংতবু লেক্লগা মহৈ য়াল্লবনি অসুম্না খরৈ, ঙংদা কুমলিবা মমল নাইত্রবা পাউতাকশিং অদুগী মায়কৈদদি হন্ন খক থোওইনা য়েংশিন্নরুবা তৌদে। লাইরিক হৈবা-হৈতবা হুজ্জাকী

মতমগী লাইরিক পাবা অয়াম্বনা রামায়ণ, রঘুবংশ, ভারবি, মাঘ—অসিনচিংবা কাব্যবস্তুশিং অসিবু পাবগা মতুগী লোন্না পুদা অমদি অলঙ্কারনচিংবা অতুগী মরম-ক নৈনতুনা তোকই মখোয কনা কনাগুম্বনা গ্রন্থকার অদুবু থাগৎপা নত্রগা থাদবদং তৌনরম্লগা লোইরে। অসুম তৌনা কাব্য য়েংবা পাত্রশিংগী চরিত্রনচিংবগী মরমদদি মী থবতনা তুক খয়্নবা মত্রায়। কারণদ যাওনিবা অসিগুম্বা পাত্র-পাত্রীশিং অসিগী চরিত্রগী মরমদা খন্থনা য়েংলুববদি ধর্ম্ম-অর্থ-কাম-মোক্ষ—হায়বা বর্গ মরিমক অসি অতৈম্নক লাযনা ফংবা ঙম্মী।

অসুম্না মরমলেনগী ওইবা কাব্যবু নৈনবতদসু মুক্তি ফাওবা ফংবা ঙম্লবদ ঈশ্বরমক্কী অবতার ওইবা অতগুম্বা বেদব্যাসনক্না ইরাং-রম্লবা, শাস্ত্র-শিরোমণি ওইবা শ্রীমদ্ভাগবতকী মহুংচনবা, কাব্যগী-রসনসু থুঙ্গাংলবা অসিগুম্বা মুকুন্দ-লীলাবু পাংথ-তাক্ত তৌজরবদি লায়নমক মুক্তি ফংনাংঙাই ওই হায়বসিদা কনানবু ঙকফম থোক্লি বনো? তত্ত্ব খঙ্লবা শ্রীধরস্বামীনা মতম অসি নৈবতনা অহানবা শ্লোক্কা টিকামক্তদা অসুম্না হায়বিরমলিবনি মতুদি—

"শৃঙ্গার-কথাপদেশেন বিশেষতো নিবৃত্তি পারয়ং পঞ্চাধ্যায়ী"

হায়বদি রাস-লীলাদা পল্লিবা শৃঙ্গারগী রাক্ষম অসিদি চুম্নতগী অচম্বা কুয়োম অমগী মশকনি, চম্ম তৌবতনি; অশেংবমক্তি মসিনা লায়না মোক্ষপদবী ফংহনবা অতুগুম্বা লীলা রসনি। রাসলীলাবু তাজবা, শকুচ-শোঞ্জবনা লায়না মুক্তি ফংনৈ হায়বগী মরমদি বেদব্যাস মশামক্তুসু তাকপিরম্মী; ভক্ত যোগী ওইবা শ্রীশুকদেব মহামুনিনা মদুবু পরীক্ষিৎ নিংথৌগী মফমদা কাঙথোকপিখি অহুগা মথং তাবদনা টিকাকার অথোইবা শ্রীধরস্বামীনসু নাপলগা লোয়ননা মদুবু শোগৎচখি।

অসিগুম্বা রাস-লীলা অসিনা লাইরিক্কা মওঙদা ফোংদোরক-খিবা মতম অতৈদগীনা ঙসি ফাওবা অসিদা ধর্ম্মদা লুপ্লবা ভারতবাসি পুম্নমক্না অরানবা থুডম ফংনীংবা ময়াইনা শ্রীমদ্ভাগবতকী মহুংচনবা

অনিগুম্বা রাস-লীলা অসিবু মযুম-মগুমদা সদ্ব্রাহ্মণ কৌরগা পাঠ তৌহন্দুনা মশা মশাবু মহৈ যাল্লে থন্নজৈ। মরম পুন্নমক অসিনম্ রাসলীলানা মুক্তি পীনহৈবানি হায়বসি লায়না অতুম্মক খঙনবা ঙম্মী। অতুমানি ওহরগা মসিনক্তি থৌবৈ তবা মানা মাগী মতম লেন্নবগী নত্রগা ঙাইহাক হুংঙাইথোক্লবা অতুগুম্বা পোৎশক অতুমক্তি থক ওইথোক্তে। ধর্ম্মবু খোরাংজবা, মশাগী তশেংনা চাউখংপা পামজবা, সংসার সমুদ্র অসিবু লান্থোকচনীংবা মখোয় অংগীদমক্তি — মসিনা অথোইবা সাধনাগী পোৎচঙনি। মরম অহনা শৃঙ্গারগী মশক ওইবা, নত্তবদা নৎপা শাব, তাৎ তৌবা অসিগুম্বা কুয়োম অসিতবু উবদগী ভক্ত-শিংমক্তদি মসিবু থক খোশাবিরোহদবা নত্তে। তিংখং পাল্লি হায়তুনা থম্বালবু থাদোকপা তাগনি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী তত্ত্ব, ভক্তবু মানা চানবাহেবা মতৌ, গোপাশিংগী মশক অমদি মখোয়গী ভগবত প্রেম— পুন্ননক অসিবু কৃপা থন্থরবদি লেপ্পনক মহৈ ফংগদবমক্তি হায়বসি ভক্তাশিংনদি খঙবিগদবা ওই। ২

> দৃষ্ট্বা কুমুদ্বন্তমখণ্ডমণ্ডলং
> রমাননাভং নবকুঙ্কুমারুণম্।
> বনঞ্চ তৎকোমল গোভিরঞ্জিতং
> জগৌ কলং বামদৃশাং মনোহরম্ ॥ ৩

---

অনুবাদ। রাস শান্নবানাংলবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা লক্ষ্মীগী মায়-থোংমক্তা মান্ননা নীংথিজরবা, থরো-থারাকথাগী মায়থুম হাংদোকপা অহুগুম্বা পূর্ণিমা থানিনবু উবদা অমদি ঈংলবা মেঙলবা থাবন্না শ্রীবৃন্দাবন 'পুম্ববু চামথোকলিবহু উবাবদা শজি-মিৎতা তাবী ব্রজ-নহাশিংবু শুঙ্কৎপিনবগীদমক মুরলী খোম্থাঙদা হুংশিবা মখোল খোকহন্দুনা ঈশৈ শকপা হৌবীরকলে ॥ ৩

তাৎপর্য্যার্থ — উদ্দীপন-বিভাবকী রারম মথক্তা হান্না নৈনখ্রে। রস-উদ্দীপন তৌবা পূর্ণিমা-থানিনবু উবদা শ্রীভগবাননা লক্ষ্মীগী মায়থোং নীংশিংবীরকপদগী রাস-লালা শান্নবিনীংবগী ময়াই হেন গৎলকখি। মতাং অসিদা পাবীবিবশিংনা যেংবিগদবা অমদি— "কবি পূন্নমক্না থা মানবা মায়থো" হায়রগা মায়থোংগী হেন্না ফজবা মতৌবু খঙনবা বর্ণনা তৌনে; মদূবু মঙ্ঘিনদি মতম্না হায়দহুনা 'লক্ষ্মীগী মায়থোং মানবা থানিন" অমুম্না হায়রম্লি। চাংদম্নবা হায়ব-সিমক্তবু পূন্নমক্তা চপ হেক মান্নবদি নত্তে, থাগুম্বা মায়থোং হায়রবদি থাগী নীংথীবা মতৌগা হাইফেং মান্নবা অতুগুম্বা শকফম অদূবু খঙ-নৈ। "লক্ষ্মীগী মায়থোং মানবা থানিন" হায়বসিনদি থোক্লিবা থা অতু লক্ষ্মীগী মায়থোংগী নীংথিবা মতৌ হাইফেংনা মাল্লি হায়বা ওইনা খঙহনবনি। মহক্বিনা উৎনাংলিবদি লক্ষ্মীগী মায়থোংনা মপা নৈতনা ফজবা অদূত্তবুনি। ফজবা হায়বা পোৎশক অতগী মচেৎ খরদ তা যাও রম্বনা থাবু ফজে অমুম্না হায়নবনি। অতুগুম্বা ফজবা পোৎলম পূন্নমক্তা মবেম্মা ওহবী, ফজবতগী শক্তম ওইবা, মূর্ত্তিদি স্বয়ং লক্ষ্মী দেবীতনি। ফজবা মচেৎ অমত্তনমু অমুক ফজরবদা ফজবা কৌবা মশা অতুমক্তদি কয়াগী মতিক ফজরম্ফম থোকল্লিবনো হায়বহুদি কবিগুম্বা লোন, কবিগুম্বা রাহে অমত্তনা ক্ষোংদোকপা ঙমগদবা নত্তে। অমুম্না অতোপ্পা করিগুম্বা পোৎলম অমত্তমু য়ানশিল্লুবা নৈতনা কনাগুম্বী নুপী অমগী শকফম মূর্ত্তিবু ফজবতনা তাদূনা শাবা থোক্লবদি অতুম্না শারিবা ফজবতগী মূর্ত্তি অতু লক্ষ্মীতনা ওইগদবনি। মরম অতুনা লক্ষ্মীগী ফজবা নীংথিবা মতৌদি লোল অমত্তনা রাহৈ অমনা থক ক্ষোংদোকঙমদে হায়বসিবু তাক্লনবা মঙ্ঘিনা ওন্নতৈননা চাংদম্নহুনা মদূবু য়াম্নমক শিংনা ক্ষোঙবিরম্বনি।

ঐশ্বর্য্যাগা প্রেমগা মন্নী নৈনবা থোক্লবদি রসাভাষ ওই হায়বদি অশেংবা রস অদু থক ক্ষাওরক্তে। বৃন্দাবন-বিহারী শ্রীবংশীধারী

রসরাজ শ্রীকৃষ্ণনা খনবিখিবদি—প্রেমগী মশক ওইবী গোপীশিংগা শান্নবিগে অসিনি ; অদূবু ঐশ্বর্য্যগী মশক ওইবী লক্ষ্মীগী মায়থোং নীংশীংলুবদগী প্রেমময়ী ওইবী গোপীশিংগা শান্নবিনীংলিবহুদা রসা-ভাব ওইবা থোকলে অতুগা গোপীশিংদগীসু লক্ষ্মীনা হেনগৎ থোইগৎ-লিবা তাবে। অসুন্না চিংনরকপদগী মহানুভব ওইবা নব্য-বৈষ্ণব-টিকাকারশিংনা ধাতুগী অর্থ মতু' ইন্না শ্লোকৃতা য়াওরিবা 'রমা' হায়বা রাহৈগী অর্থদি 'রাধা' হায়বনি অসুন্না লেপখি। অমরোমদসু অমুক যেংসি—ঋষিমক্তা তাকপিবম্লিবা 'রমা' হায়বা শব্দ অসিগী মরুওইবা অর্থদি "লক্ষ্মী"তবু হায়বনি হায়বসিগী মরমদা চানবা য়াবা মরম লৈববা হায়না—

পূর্ণিমা থানিন উবদগী লক্ষ্মীগী মায়থোং নীংশিংবিরকখিবনা ভগবাননা মুরলী খোন্থাংদুনা গোপীশিংবু কৌবকখি। ফজবদা মপা লৈত্রবী অতুগুম্বী লক্ষ্মীগী নীংথিজবী মতৌবু নীংশিংবীরুবদগী ইবুংঙো মানা অকে অমৌ করিসু য়াওজদবী ইতিং তিংজবী গোপীনহাশিংগী চম্না নীংথিবী মতৌশিং অদূবু নীংশিংবিবকখি। রাহৈ অসিনা গোপীশিংনা ভগবৎ প্রেমদা থোইদোকপা অদূগা অমরোমদনা ভগবানগীসু ইবুংঙো মানা মনাই ভক্ততবু লুনা-চান্না তৌবীবগী থম থেংলবা অদুগুম্বা মতৌ অদূবু ফোংদোকলি হায়বসিদা চিংনরুনিঙাই করিসু ওইদে। লক্ষ্মীদি লনগী লাইবেম্বানি, নীংথিবা ফজবতগী মবেম্মনি, গোপীশিংদি মতু নত্তে, করিসু লৈজদবী, বনদা চাউজবী অচম্বী নূপীমক্তনি ; লক্ষ্মীনা স্বর্গগী ওইবা নীংথিবা লৈতেং পোৎলমতনা মকে শেমত্নুনা ঙাম্থোই-বীনি, গোপীশিং অসিদি অকে অমৌ করিসু য়াওজদবীনি ; লক্ষ্মীদি মশাগী মতিক-মগুণ-ঐশ্বর্য্য ময়াম উত্নুনা ভগবানবু খুত্নুম চনবী লাই-রেম্বীনি অদূগা গোপীশিং অসিনা মশাবু কখোক্তুনা, মথরায় পীথোক্তুনা, মপুক্নীং ফাওববু মশাগী ওইজবা তোক্লগা মদূবু শ্রীকৃষ্ণ-মক্তী পুক্নীং ওইহনজত্নুনা শ্রীভগবানতবু য়োনা পেলহনজবতনা মশাগী

পেনজবা ওইনবী অদুগুম্বীমক্তনি। লক্ষ্মীগী ফজবদি মপানথোংগী ওইবা মিৎনা উবা পোৎনি, গোপীগী ফজবনা স্বংগীস্থ গুং ওইবা পোৎনি। লক্ষ্মীগী নীংথিবা মতৌদি মিৎ-থল্লবা ওইবা—থাঙ্খাম্বা অদুগুম্বানি—গোপীগী নীংথিবা মতৌনা অকুবা সমুদ্র ইবেলগুম লেংদবানি। লক্ষ্মীদি ভগবানগী শঙ্খ-চক্র-গদা-পদ্ম পাযবা অদুগুম্বা ঐশ্বর্যক রূপ (ঈশ্বর ওইবগী তৌবা ভম্বা মশক) অদুবু উদ্রবদি ভগবানদা মানা থক ভক্তি চেনবী ওইদে, গোপ শিংনদি—ভগবানগী যগশেন্নহা ওইবা অদুগুম্বা বেশ অদুতদা লুপচবানি। থোক্লিবা থা অসিদি জড়-পদর্থনি—মতম খবতগী ওইবা মপানগী নংথিবা মতৌনা মাগী মওঙনি, হায়বদি মাগী স্বংসদি ফজবা মতৌ কবিস্থ লৈবা নত্তে; মবম অদুনা নীংথিবা প্রেমগী মঙাল্না লংখৎহল্লবা অদুগুম্বা গোপীশিংগী ফজবা মতৌ অদু থা-দদি থক লৈতে। 'বাবা মায পা গী মঙালগুম্বা থাগী মঙাল' অসুম্না হাযববদি কামদেবমক্কী চক্লব ওইবা মদন-মোহন-মোহিনী শ্রীরাধাগী মপা লৈতনা নীংথিবা মতৌ অদুতবু লেশ না ফোং-দোকই। মরম অদুনা মূল শ্লোকতা যাওনিবা 'বামা' শব্দগী অশংবা অর্থদি লক্ষ্মীতবু হাযবনি হাযবসিনা মহৌ বিশী অপাস্বনি। অসুম্না থোক-লিবা পূর্ণিমা থা অদুদা লক্ষ্মীগী মাযথোংগা মান্নবা মতৌ উবদগী ভগবানগী পুক্লোংদা তুক শান্নবিনীংবা শ ওইবকথিবতনি, অদুগা অমবোমদস্থ অদুগুম্বা প্রেমময়ী গোপীশিং অদুগা নওনস্থ বৃন্দাবন-বিহারীগী শান্নবিনীংবা পুক্লোং অদুবু থক নপুং ফাহন্দে। ইবুংঙো মহাক্তি প্রেমতগী মখা পোনবনি— ঐশ্বর্যানচিংবা কবিগুম্বা অতৈ অমগীদি থক মখা পোন্দে। মবম অদুনা ঐশ্বর্যাগী মশক ওইবী—জন-থুম পুল্লমক্কী মবেম্মা লক্ষ্মীবু হুন্দোক্তুনা প্রেমগী মশক ওইবী গোপীশিংতবু ইবুংঙো মানা খুৎখৎ তোযনা কৌবীখ্রিবনি।

শ্রুতিনা হাযরি—'আচার্য্য হাযবদি গুরুগী মতেংনা পরমাত্মাবু থক ৰুংবা ঙমদে, বুদ্ধি-মেধা ফবতনস্থ মাবু থক ৰুংঙমদে নত্রগা শাস্ত্র

"মথল শুনা হৈবা অতুতনসু থক মাবু ফংলুবা ঙমদে, পরমাত্মা ভগবান "ইবুংঙো" মহাক্ত পাম্বৈবা, মানা চীংশিনবানীংবা অতুগুম্বা মহাক অতুতনা ইবুংঙো মাবু ফংঙবনি।" স্বয়ং মূর্ত্তিমক পান্না চোংথোক-পীবক্লবা অতুগুম্বা পরমাত্মা ভগবাননা হু শিরবা মাগী বাঁশী খোন্থাঙনা গোপীশিংবু কৌবা থিরবা অসিনা হায়নিবা শ্রুতিগী অর্থ অসিবু অমুক্তা তশেং তশেং উন্নি। থোংচ- নীজবা 'গোপনিঙোলশিংনা মশা মশাগী মায়কৈদা হন্ন যেংথক্লবা তৌদনা হায়বদি অবা অনা থিরুবা তৌদনা থা অমা চুপ্পা অকনবা নিয়ম পালন তৌত্তুনা ভগবতী কত্যায়নীবু ঈডাং পূজা তৌদুনা খিবা অতোং মখোয়না ভগবানবু ফংজবা ঙমখিদে— ফংনা ফংনমকসু ঙমহিদে। অতোংগা নানি অসিদনা অতুগুম্বা গোপ-নিঙোলশিং অদুন মহাম মগা মৈ ফমতুনা অদুম লৈরি, অমবোমদনা ভগবাননা মখোয়বু ফবা নাংবন লাংতক্লবানি— অরাবা খঙদবমথৈ ওন্না হন্না বাঁশীদা পংখং তৌরবি। জীব পানবা পূর্ণমক্তা মবুংঙো ওইবা শ্রীভগবাননা গোপীশিংনা পান্দম ওইনতুনা মীওইবা পূর্ণমক্তা ইঙ্গিত তৌজনা তাবপিরি মতুদি—

"গুরুগী পাউতাক না শাং-লম্বা থোক্লা ফংলবা মীওইসু ওইয়ু, লৈশাং লৈশাংনা থুজিং ওইনখুনা হৈংথাই শিংথোইবসু ওইয়ু, বেদ লৈশাংসু হৈরবা মা ওইয়ু, নং নঙগী থম্মোইদ অমকপা করিগুম্বা মবীক অমত্তংতগী মমি তাবিবা অতুপকি মখৈদি নঙনা ঐবু থক ফংবা ওইথোক্লোই। নখোয়না ঐবু লৈশাং কয়ারক হন্না কৌজবা শাতুনসু ঐগী শউমদি থক ফংগদবা নত্তে; ঐবু নঙনা ফংজবা যাবা মশক ওইবক্লবা হায়বদি গোপীভাবতা লৈজবা ঙমজবকপা অতুগুম্বা মিংকুপ অতুদদি ঐগাক ইশামক্লা নখোয়বু অতম্মক কৌবক্কদবা লৈ।"

মথংদা বংশী অসিগী রাবম অমুক নৈনরি—

**বংশী।** বংশী হায়বসিবু করিনো? শ্রুতিনা হায়—"পরব্রহ্মগী

হোম্দোরকপা স্বর অহুনা ঋগ্বেদনি, যজুর্ব্বেদনি, সামবেদনি, অথর্ব্ব-বেদনি, ইতিহাস অমদি পুরাণশিং অসিশুনি।"

মুংশিংনা চীন নম্রগা নাতোন্দগী থোক্লগা বাঁশী মথুন্দা চঙ্-খিহুনা ঈশৈ খোম্বাঙ্ থোকহল্লি। মবম অহুনা পরব্রহ্মগী চান্দগী থোকপা অহুগুম্বা মুংশিংকী মশক ওইরবা বেদ-পুরাণনচিংবা অসি-মক্তি লীলাময় ব্রহ্মগী শ্রীমুখদগী থোবকপা মুংশিংকী মশক ওইবা বাঁশীগী খোম্বাঙ্দি। বেদ-পুরাণ নাচিংবদা জ্ঞান কর্ম্ম-যোগ অমদি ভক্তিনচিংবগী রা কয়াস্থ হায়রম্বা লৈসহু— অহুম ওইনমক অশেংবা মচি ওইবা তত্ত্ব অমদি পুন্নমক অসিবু থাদোক্লগা পবমানন্দগী মশক ওইবা পরব্রহ্মদা চঙ্জো হায়বসিগী মখৈতনি। ভগবাননা বাঁশীগী সুরনা গোপীশিংদা তাকপীরি — পূন্নমক থাদোক্লগা ঐগী ইনাক অসিদা লাকচৌ, ঐগা তিন্নজো, ঐবু ফংবা হায়বত্ ওইজো। গীতাদস্থ ভগবাননা সখা অর্জ্জুনদা কর্ম্ম, জ্ঞান, যোগ অমদি ভক্তি-তত্ত্বগী মবম পূন্নমক শুগায়না তাকপিরবা তুংদা বেদ-পুরাণগী মচিগী মশক ওইরবা অসিগুম্বা বংশীগী ঈশৈ অসিতগী মরমদা শূপচিন্না তাকপিথি।

"সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য মামেকং শরণং ব্রজ।
অহং ত্বাং সর্ব্বপাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি মা শুচঃ॥

ধর্ম্ম ( হায়বদি চাউবাকপা অর্থদা নথো নশিন ) পূন্নমক লোইনা থাদোক্লগা ঐবুতদা চঙ জরো, ঐনা নঙবু পাপ পূন্নমক্তগী কোক-পিগনি।

অদুবু বেদগী রা মচংশিং অমদি গীতাগী তত্ত্ব — পূন্নমক অসিবুদি মাপূম থূদাংনা শেংনা খঙনবা ঙমদে — হায়রিবা পূন্নমক অদুনা পূন্নমক্কী মফমদা চপ মান্নবা পেন্নবা হায়বত্তুস্থ ওইদে, মরম অদুনা বেদ, পুরাণ অমস্থং গীতাবু পারুরগা নানামুনি নানামত ওই-হুনা তোকই — মানা মানা পাম্বা পাম্বতা হায়নৈ। ভগবানগী বাঁশীগী খোম্বাঙস্থ মী পুন্নমক্কা মতৌ অদুগুম্না থক চপমান্নবা মওঙদা তানবা

তৌদে ; যশোদানা তাখি — বাঁশীনা ইমা ইমা হায়নত্তা কৌরি, শ্রীদামনচিংবা ব্রজগী যণশেন্নহা মথৈনা তাবনা—শ্রীদাম-স্থবল হায়না কৌবি, যণবী মথৈনা তাবনা—বাঁশী অসিনা ধবলী, শ্যামলী হায়নত্ত কৌরি, অদুগা শ্রীমতি রাধিবানচিংবী গোপীমথৈনা তাজবনা—বাঁশীনা শ্ৃগ্নগী 'রা-ধা' হায়নত্তা কৌরি — অস্থুন্না তাবদা অমত্তা মান্নদে।

মরম অদুনা মহর্ষি বেদ-ব্যাসনা য়েকপিখি — 'কলংজগৌ' অস্থন্না। "কল" শব্দগী অর্থদি শেংকাত্তবা, মিরবা খোম্থাঙ্ হায়বনি, ভগবানগী বাঁশীগী ঈশৈস্থ খোযথুন্নবা পোৎ অপূম্বদগীস্থ থোইনা থুম্বা, মেঙ্না মুংশিবা অদুগুম্বা খোন্থাঙ্নি, অত্থমদি ওইরগা তশেংবদি, মত্থমক্তি নৎখিদে। বেদ, পুরাণ, গীতানচিংবা অধ্যাত্ম-শাস্ত্র পুন্নমক অসিস্থ হেক্লমক মকালামনা তশেং তশেংনা থঙ্বা ঙম্বা থক ওইদে, মাগী মাগী অপাম্বা মতুং ইন্না মীনা তোপ্পা তোপ্পা অর্থ তৌনবা ছাক্তনি। গীতামক্ত, হাযবিবসিগী ময়েক লারবা খুদমনি। যোগবু পামজবা মীনা হায়—গীতাদি যোগতনা অথোইবনি—গীতানা ঐবুতবু কৌরি ; কর্ম্মী অমনা অমুক হায়বি— গীতাদি কর্ম্মনা অথোইবনি, কর্ম্মযোগনা হেল্লি—গীতানা কৌবিবাদ ঐবুতনি, জ্ঞান-মার্গদা লৈবা মীওইশিংনা অমুক হায়রিবনা — গীতাধর্ম্মদি জ্ঞানতনা প্রধাননি— গীতানা ঐবুতবু কৌবিবনি ; মওঙ্ অস্থন্না অমবোমদা ভক্ত ওইবা মীশিংনস্থ অমুক হায়বি —গীতাদি ভক্তিতগী মশক্তি, মানা কৌরিবসি ঐখোযতবুনি। বেদগী মচি ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা খোংবা বাঁশীস্থ মওঙ অসিমক্তীনি—।

ভগবাননা অর্জ্জুনদা তাকপিখি—

"বেদৈশ্চ সর্বৈবরহমেব বেদ্যো
বেদান্তকৃদ্বেদবিদেব চাহম্ ॥"

"বেদ 'পুম্বনা থঙ্গে তাল্লিবহু ঐবুতনি, ঐ অসিভনা বেদান্ত কর্ত্তানি ( বেদান্ত শেম্বনি ) অত্থগা অশেংবা বেদবু থঙ্বা হায়বা অত্থস্থ ঐ অসিভনি।"

মনাই উদ্ধবকী মফমদসু ইবুংঙো মহাক্না তাকপিখি—

"কিং বিধত্তে কিমাচষ্টে কিমনূদ্য বিকল্পয়েৎ।
ইত্যস্যা হৃদয়ং লোকে নান্যো মদ্বেদ কশ্চন॥"

"বেদনা করিবু হায়রিবা, করি বিধানবু তাকলিবা অদুগা অমা ওইনা হায়রম্লগা অমুক অমা ওন্থোক্লুনা করিবু খঙহল্লিবা — মতু পুম্নমক অদু চুম্না লেপ্‌লুবা য়াম্নমক লুনা থোকই; ঐ অসি নত্তনা অতুগুম্বা বেদগী মহুং হুজিনবা অর্থ অদু বু কনানসু খক খঙ্‌নবা ঙমদে।" অসুম্না বেদগী অর্থ কনানসু খঙ্‌নখিদবদগী ভগবান মশামক্না আনন্দ বিগ্রহ ওইনা হায়বদি নুংঙাইবগী সঙ্‌শঙ্‌বা মূর্ত্তি ওইতুনা নীংথিবা চীনবান্দা বেদগী মচি ওইবা বাঁশীবু খোংতুনা শাস্ত্র অপুম্বগী মচি ওইবা অর্থ অদুবু নুংশিবা স্বরদা খঙহনবীরকলি — "লাউ, চঙ্‌শিল্লকউ, ঐগী ইকা তম্লকউ — নঙ্‌গীনি হায়না নৈজরিবা পুম্নমকপু লোইনা খাদোক্লম্লগা ঐগী ইনাক নক্লকউ, পুম্নমক্না নঙ্‌গী অফবা ওইগনি, ঐবু আলিঙ্গন তৌজবা ফংলবদি পরমানন্দ-পদ (অথোইবা নুংঙাইবা) ফংগনি।

মথংদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ অমদি জীবগী স্বভাবকী মরমদা মতেক অমত্তংগা অমুক নৈনতুনা য়েংসি— অশেংবমক শ্রীভগবাননা জীববু কৌবিবমক্না? শ্রুতিনা হায়, নুংঙাইবতনা (আনন্দনা) ব্রহ্মগী মশক্নি। অতুগা মহাভারতনা অমুক হায়রিবনা—

"কৃষিভূর্বাচকঃ শব্দো ণশ্চ নির্বৃতিবাচকঃ।
তয়োরৈক্যং পরং ব্রহ্ম কৃষ্ণ ইত্যভিধীয়তে॥"

'কৃষ্‌' হায়বদি সত্তাবাচক শব্দনি অতুগা মূর্দ্ধন্য 'ণ' অসিনা পরমানন্দ বাচক শব্দনি। 'কৃষ্‌' অমদি মূর্দ্ধন্য 'ণ' অনি তিন্নরগা কৃষ্ণ শব্দ থোকই; মরম অতুনা সত্তাগা পরমানন্দগা তিন্নবগী মমিংবু 'কৃষ্ণ' হায়বদি পরমানন্দ (খ্বায়দগী নুংঙাইবা) নত্তনা মঙোন্দা অতৈ অমা নৈত্রবা অতুগুম্বা মশক অদু কৃষ্ণনি। মসিদগী ঐখোয়না খঙ্‌লে—

তত্ত্বগী মায়কৈদা য়েংবদা পরমানন্দগী মশক্তমক ওইবা অদু গুম্বা মশক অদুনক্না লীলাগী মতাংদা মশক নাইবা মর্ত্তি লৌবিবনি অদুগা বেদনা মাবু ব্রহ্ম কৌনবা অদু গুম্বা মহাক অদু মক্না লীলাদা শ্রীকৃষ্ণ ওইবীরিবনি। অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ অদুনা গোপীশিংগী পুক্নীং চিংশিনবীনবগী দমক বাঁশী খোংবিরকলি। তাইবঙ্ মীবমলেনদা মিতাকম থোকপা, পামনফম থোকপা লৈরিবা অদুগুম্বা পোৎলম কয়া কয়া মদুগী মমুংদা মুন্না খন্থনবদি গুঙ্বা ভস্মী — মুংঙাইবদগী হেন্না পাম্বা পোৎশক অমা খক লৈতে। (ঐখোয়গী মুংনা মতম পুন্নমক্তা মাবুতা ঙাইতুনা— লৈ হায়তুনা মৈতৈ লোন্দা ঐখোয়না হায়নৈ 'মুংনা ঙাইবা — মুংঙাইবা অম্মুন্না)।

জগৎ-তাইবঙ্না তশেংনমক পান্নরিবদি হায়রিবা মুংঙাইবতগী লীচিং অসিতবুনি। মসিদগী উবা ফংলে — জগৎ পুন্নমক্না পুল্লপ তাশিল্লগা তত্তনা পান্নবিবসি অতুগুম্বা মুংঙাইবগী খূৎচিং অদ তবুনি- অসিগুম্বা মুংঙাইবগী খূৎচি অসিগী তৎপা খন্বা খক লৈতে। অমস্তুং অসিগুম্বা লেপ্পা লৈত্রবা মুংঙাইবগী খূৎচিং (আকর্ষণ) অসিতগী মায়কৈ তমতুনা মিৎকুপ খূদীংগী জীব পানবা পুন্নমক্না মুংস্তু পানস্নু অনীমক্না চেনশিন্নরি — মতুগী লোইবা খন্বা খক লৈতে। অতুন্নদি ওইবগা অসিগুম্বা খূৎচিং অসিবু কনাগীনো, কনানা অমুক কন্না চিং'লবনো, অমুক লাংতক্নবিবসিবু কনাগীদমকনো — মতুদি শেংনা খঙ্নবা উনবা যাওদবনা মখল মখলগী রানবতা ওইবা তোঙান তোঙানবা পোৎশকশিংদা জীবনা মুংঙাইবা অদুবু থিতুনা লৈ। মথক্তা হাযখ্রে, অতুগুম্বা মুংঙাইবনা মশক পান্না চোংথোকপিরকপদি শ্রীকৃষ্ণ অসিনি অমস্তুং অদুগুম্বা মুংঙাইবা অতুনা তাশিল্লকপা মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী তাশিল্লগা চিংলকপা খূৎচিংগী পাংগল (আকর্ষণ-শক্তি) ওইবা বাঁশীনা মিৎকুপ খূদীংগী ওইনা খন্নায়পানবা পুন্নমকী পুক্নীংব শুদ্ধৎত্তনা লৈ হায়বদগী মাগী মমিংবু 'মোহন বাঁশী' (শুদ্ধৎপা বাঁশী)

অসুম্না কৌনবনি। মরম অসিদগীনি, লীলাতত্ত্ব খঙ্লগা সুরসিক ওইবা (রসকী মায়কৈদসু য়োনা খঙ্লবা) মতুগুম্বা টিকাকারশিংনা বাঁশী অসিবু ভগবানগী যোগমায়া শক্তিনি হায়নরমলিবা। ভগবানগী যোগমায়াসু পূক্নীং চুবীনি, শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশীসু পুক্নীং চুবীনি, মরম অতুনা থৌমান্নবা ওইবনা শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশীসু যোগমায়াগী যোগমায়া অতুম্মক ওই। শক্তিগী তাংকম অতুনা মশক নাইনা লৈববদি শক্তিসু অতুম্মক মশক নাইবা মশানা তাবনি।

মূল শ্লোকতা "বামদৃশাং" হায়বা পদ অমা য়াওরি, মদূগী অর্থদি মিৎয়েং নীংথিজবা হায়বদি মিৎয়েং তরু তরুবা হায়বনি। দৃশ্য শব্দগী অর্থদি মিৎ হায়বনি অদুগা অমংবামদসু মসিনা মিৎয়েং নত্রগা জ্ঞান হায়বগী অর্থসু থোকই। মতাং অসিদদি মিৎয়েং নত্রগা জ্ঞান হায়বনা চানবা হেল্লি। ফজবা মিৎকম পানবা মীনা অতোপ্পগী পূক্নাং চিং-শিনবা ঙম্মী। অতুমদি ওহরগা মিৎকম ফজে হায়বগীদমক্তা অতোপ্পগী মশক্তা, মগুণদা, নত্রগা ঈশৈ নোংমাইদা মশাবু হেক্তমক চিংশিল্লুবদি ওইথোক্কে। মরম অতুনা মতাং অসিদা দৃশ্য শব্দগী অর্থবু মিৎনি অসুম্না লৌরুবগী কান্নবা করিসু লৈতে। জ্ঞান নত্রগা মিৎয়েং অসুম্না অর্থ হল্লবদি করম্না চান্নরিবনো হায়বগী মরম অতুদি মথংদা লাকদবা শ্লোকী রা নৈনরকপদা হায়রকথিগনি।"

> নিশম্য গীতং তদনঙ্গ বর্দ্ধনং
> ব্রজস্ত্রিয়ঃ কৃষ্ণ গৃহীত মানসাঃ।
> আজগ্মুরন্যোন্যমলক্ষিতোদ্যমাঃ
> স যত্র কান্তো জবলোলকুণ্ডলাঃ ॥ ৪

অনুবাদ। কামবু য়াকায়হন্নবগী মশক ওইবা অদুগুম্বা ঈশৈ অদুবু নাকোঙ্না তারুবদগী শ্রীকৃষ্ণগী মায়কৈতদা গোপীশিংগী থম্মোই

অহু চিংখি । তক্লিং তক্লিংনা মখোয়না পূক্লীং হুবা অমদি ঙন্নাংনিঙাই ওইবা অহুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী লৈফম তম্না লাক্লখি । মখোয় মশেল কনা অমত্তনস্থু কনা অমত্তগী চৎননবা থৌরাঙ্নরিবদুবু মহৈ মহৈ অমত্তস্থু খঙ্নখিদে অনস্থুং অস্নুম্না তক্লিং তক্লিংনা চৎনরকপা অসিদা মখোয় মখোয়গী নাপ লৈতেং কুণ্ডলশিং অত্ননা চায়রুং চায়রুংদা তগুপ তরেংনা তনিক তনিক ঙান্নরি ॥ ৪

---

তাৎপর্য্যার্থ । ঐখোয় পূম্নমক্না অহুম্মক লায়না খঙ্বা ঙম্মী মত্তুদি— যজবা পোৎ, হুংশিবা খোঞ্জেল, অথুম্বা রস, হুংশিবা মনম অমদি শোকপদা হুংঙাইবা অসিনচিংবা অথোৎ অমেঙ্গী পোৎ পূম্ন-মক অসিগী চিংশিনবা ঙম্বগী পাংগল ( আকর্ষণ শক্তি) অমমম লৈনবা ঙাক্তনি । অস্নুম্না মীওইবনা ফজবা নীংথিজবগী খূৎচিংবু মতম পূম্ন-মক্তা খোরাংনৈ । কনানা ফজবা শকক্ষমদা, কনানা হুংশিবা খোঞ্জেন্দা, কনা অমনা অমুক অথুম্বা হুংঙাইবা র-স-দা, কনা অমনা হুংশিবা মনমদ , অত্তগা অমুক কনা অমনা অথোৎপা অমেঙ্বা পোৎতগা শোক্লবা-শম্নবনচিংববু যৌনা পামনৈ হায়বসি ঐখোয়না অহুম্মক ঙনবা ফংই । কনানা কনাগী ফজবা মশক ঙবদা লূপখি, কনানা কনাগী হুংশিবা ঈশৈদা মুন্নি,—মসিগুম্বনি ঐখোয়না মচি খূদাংদা তওনা তা-নববা ঙাকনি । মনম অত্তনা গুণ পূম্নমক মাগী মাগী খূৎচিং অমমম লোইনা লৈনবা ঙাকনি হায়বসিমদি অরেপ্পা ওইনা খঙ্বা ঙম্মী । অহুমদি ওইরগা অমুক্কা হেন্না কূপ্পা হম্বগদি খঙ্নবা ঙম্মী মত্তুদি— মাবমলেনগী ওইবা কবিগুম্বা পোৎ, করিগুম্বা ফজবা শক অসিনচিংবা গুণ অমত্তনস্থু মশামক্তাদি চিংশিনবা ঙম্বগী শক্তি থক লৈনবা য়াওদে—অসিগুম্বা—চিংশিনবগী পাংগল লৈরিবদি হুংঙাইবা হায়বা ময়াই অসিতগীনি—অতৈ অমগী থক নত্তে । তাইবঙ্পানবা অসিদদি ফজবা হায়বত্তু কদায়বু কৌবগে, হুংশিবা মনম হায়বনা অমুক করিনো করিবু হায়রিবনো অহুগা হুংঙাইবা রস হায়বনা অমুক

করিনো হায়বসিগী অরেপ্পা মশক্তি থক লৈবা নত্তে। ঐগী মিৎ অসিনা নঙোন্দা পাল্লম্লবদি হায়বগুম — রাম কৌবা অমনা ফজে হায়না থাগৎলিবা মী অদূবু শ্যাম কৌবা অমনদি মশকক্কাওবা য়েংনিংলুবা লৈতে, শ্যামনা চাবদা হাউই হায়রিবা পোৎ অদূবু রামনদি থক চানীংলুদে। মশক মতৌ চঙ্খোনবী, মপুংবোযববু লাইমক্লি থন্না সেবা তৌজবী অতুগুম্বা সতী ওইবী নূপীবু থাদোক্লম্লগা হিংচা-য়াইতম্বা শুক্তবা নূপীদা হল্লাল্লুবা মশানস্থু অচৌ-অশাং ওইবা নিপা কনাগুম্বস্থু ঐখোয়না থেংনবা ময়াওই। মশক ফনমক থীতুনস্থু অপোকপী মমানা মচা অদূবু হুংশিজ্রবা প্রেমদি থক ময়েং তাবা লৈতে। ভারতবর্ষগী কবিগা ইংলণ্ডনচিংবা মফমগী কবিশিংগা ফজবী নূপীগী থূৎয়েক থক মান্নদে, — ওন্ন তৈনবতুম থোকই, মখোয়গী ফজবা মতৌনা অমা ঐখোয়গীনা মওঙ্ অমা— মখোয়গীনা মমিৎ পিঙ্গলা, ঐখোয়গীনা থবোই-মহী, মখোয়গীনা চুজাক-শন, ঐখোয়গীনা অরংবা কাবা মচাতাবা চামর-মানবা শন— অসিগুন্না ওন্ন-তৈনবা শাজংনা লৈবাক অনীমক্কী ফজবা থূৎলো থক মান্নদে।

মরম অসিদগী শেংনা অত্রম্মক থঙ্বা ঙমলে মহুদি — ফজ্রবা শক, হুংশিবা খোঞ্জেল, হুংঙাইবা রস, হুংশিবা মনম অমদি শোক্ল-শম্লবদা হুংঙাইবা অথোৎ অমেঙ্গী পোৎলম হায়বনচিংবসি তাইবঙ্ তসিগী করিগুম্বা পোৎ অমত্তদস্থু ফোংনা থক লৈত্তে। হুংঙাইবা যংনীংঙাই ওইরিবা পোৎ অতুনা মী অতুগীদি ফজবনি, মাগী কা-দদি তাজনীংবা হুংশিবা মখোনস্থু পোৎ অতনি, হুংঙাইবা রস হায়বস্থু মাগীদি মহুতনি — মহুতনা মাগী হুংশিবা মনমনি অমস্থূং শোকচ-নানজনীংলিবা পোৎস্থূ মাগীদি মহুতনি— অতুনা মহুতনা মাবু চিং-শিল্লি। মসিদগী ঐখোয়না থঙ্বা ঙমলে — অসিগুম্বা চিংশিনবগী পাংগল লৈরিবসিদি হুংঙাইবা হায়বা পোৎশক অসিতদনি। মহু নত্তনা অত্তোপ্পা করিগুম্বা অমত্তদগীস্থু থক ওইবা লৈত্তে। জ্ঞান লৈরবা

মীগী বাদি থমখিসি, হুংঙাইনীংবা হায়বসিদি করিম্নু লৈতবা তীল-কোজেঙ্, শা-ঙা অসিনচিংবা অতোনবা জীব পূন্নমকী মকমদস্মু চপ-মাগনা অতুম্মক লৈ—অদুনা মখোযবুম্মু মদুনা মিৎকুপ খুদীংগী অতুম্মক চিংহুনতা লৈ হাযবদি হাযবিবা হুংঙাইবা অসিতবু ক'নীংবনা মখোয পূন্নমক্ষা মাযকৈ খঙ্দনা চেনশিন্নে। অসিগুম্বা হুংঙাইবা হায়বা অসিমক ব্রহ্মগী মশক্তি ; অতুগা শ্রীকৃষ্ণনা, হায়রিবা ব্রহ্ম নত্রগা হুংঙাইবা অসিগী তাশিল্লবা মূর্ত্তি অদুনি।' মরম অদুনা শ্রীকৃষ্ণগী আকর্ষণী শক্তিগী মশক ওইবা ব'শা অসিদি অনাদি-কালদগীনা হুজিক ফাওবদা অতৎপা লৈতনা অদুম খোংহুনতা লৈরিবনি।

ভক্তি শাস্ত্রনা হায়—

"কৈরপী প্রেম বৈবশ্যভাগ্ভি র্ভাগবতোত্তমৈঃ।
অদ্যাপি দৃশ্যতে কৃষ্ণঃ ক্রীড়ন্ বৃন্দাবনান্তরে॥"

"শ্রীকৃষ্ণদি ঙসি ফাওবদা শ্রীবৃন্দাবনদা অতুম্মক শান্নহুনা লৈবীরি ; প্রেমদা থূম্মৎলবা কনাগুম্বা ভক্ত অখোইবনদি মদুবু উজবা ফংবস্মু মযাওবি।" মখোলগী চিংশিনবা ঙম্বা পাংগল লৈবগী রাফম বেদনা হাযরিবহু শ্রীকৃষ্ণনা লীলা শান্নবিহুনা মদুনক শেংনা প্রমাণ তোবীরি।

অস্নুম্না থবায-পানবা পূন্নমকপু আনন্দ ( হুংঙাইবা ) মথস্তনা চিংলি — অসিগুম্বা হুংঙাইবা অসিবু থিনবদা জীবনা লাঙ্তক্করি। অতোনবা জীবগী রাদি থাদোক্লবস্নু মাযানা শুম্মৎলবা তাইবঙ্ মীওইবা ফ ওবনা মদুবু থক মশানদি খঙ্জবা ঙমদে — ফনা রানা মানা অস্নুম থিহুনতা লৈহুনস্নু অতুম্না মানা থিরিবদ্বু করিনো, কনা-বুনো—তশেংনমক মানা পামলিবহু করিনো — মদু মশানদি থক খঙ্লুবা ঙমজদে। প্রেমনা মশাগী মনাৎ ওইজরবা চিৎ-স্বরূপ ওইবা অতুগুম্বা শুদ্ধ জীবনা মানা ফংলরিবা লৈপাক্লচিংবনা শাবা হুকচাং অমদি মশাগী ইন্দ্রিশিং অতুগা অস্নুপকী মতিক কনশিন্না অমদি

চেৎশিন্না তিন্নখি মত্তদি—ইন্দ্রিনা পুরিবা লৈপাক্লা শাবা মাগী হকচাং অদুত্তবু মাগী "ঐ" অতুনি অস্মুন্না থনথরে। অদুনা মাগী 'ঐ' অতুনা, মশক নাইনা লৈরিবা অসিগুম্বা খোঙ্-খুৎনচিংবা দেহ ইন্দ্রি অসি-তগী পেন্ননবা ওইবা লৈপাক্কা মরী লৈনবা পোৎ মথৈতবু মাগী হুং-ঙাইফমনি থন্দুনা লোইবা নাইদনা অতুম্মক কোয়না অস্মুম থিতুনতা লৈ। অস্মুম্না শুদ্ধ জীববু লৈপাক ঈশিংনা শাবা ভৌতিক-দেহ-ইন্দ্রিনা কূপশিন খজিন্দুনা থমখিবগুম জীবগী মশাগী ওইবা শাগোন্নরকপা হুংঙাইবগী ইহুন নত্রগা খুৎচিং অদুবুস্থ মীরমলেনগী ওইবা লৈপাক্কা মরী লৈনবা অতুগুম্বা পোৎ মথৈনা থৎথিত্তনা মখোয় অতুগী মরুম থুপ্না লৈখি। শুদ্ধ-চৈতন্যদি দেহ-ইন্দ্রিনচিংবনা কূপশিন থনজিনগ্র-বদস্থ মতুগী মহুংদা থুপ্পুনা লৈরিবা মাঙ্বা তাকপা লৈত্রবা অতুগুম্বা চৈতন্য অদুবুদি লৈ হায়বত্ত খঙ্নদব নত্তে। অতুগুমদুনা লেঙ্বা হোংবা লৈত্রবা হুংঙাইনীংবা হায়বত্তনা মশক ওনবা নাইরিবা পোৎকা মরুমদা থজিন্দুনা লৈগ্রবমকস্থ হুংদা থুপশিবা অতৎ-অথম লৈত্রবা হুংঙাইবগী লাচিং অদুবুদি অতুম্মক খঙ্ই। য়োৎচাবাগী চিংবা ভম্বা মপাংগলনা য়োংপূ চিংবগুম অতগা যোৎ অতনা লৈখোম তৈবা ওইরবদি য়োৎচাবানা চিংবা ভম্বগী মপা নাল লৈতবনা হায়বদি যোৎ অদুনা য়োৎচাবীদা চঙ্শিনখিদবা অতগুম—আনন্দগী মশক ওইবা ভগবানগী আকর্ষণী-শক্তি চেননা বাঁশীনস্থ অতৎ-অথম লৈতনা জাববু চিংহুনত লৈনবদস্থ চৈতন্যগী মশক ওইবা জাবনা লৈখোম তৈরবদি হায়বদি মাঙ্বা-তাকপা নাইবা পোৎকা মায়ানা য়োমশিনগ্রবদি ভগবানগী আকর্ষণী-শক্তিনা মাগী মনাক থক য়োরক্তে; মরম অদুনা জাবনা ভগবানগী মনাক্তা চৎনাংনুবা-য়োনীংলুবত্ত লৈরক্তে — য়োক্লবস্থ ভমদে। জাবগী মশাদা তৈশিন খোমজিন্নিবা অতুগুম্বা লৈখোম হায়বদি ভৌতিক আবরণ অতনা কোকগ্রবত্তদা হায়বদি জীবনা দেহগী অভিমান থাদোক্কুনা অশেংবা মাগী জাব অদুতা

ওইনা কোনশেং ওইহনব ঙম্রবা অদূতদা থূদক্তা আনন্দময় ভগবানগী আকর্ষণী-শক্তিনা মাবু অকনবা লাচিংদা চিংশিনবীরক্কনি—মতম অতুদনি মহাক্কা দিব্যকর্ণ ফংলক্কনি হাযবদি মীনা তাবা ঙম্ফদবা অদু মনানা তাবা ফংলক্কনি—বাঁশাগী হুংশিববা খোন্থাঙ্ তাবক্কনি ; মতম অত্তদা মহাক্কা লৈপাক-ঈশিংনচিংবগী কাঙ্লপ্পু থাদোক্লম্লগা লেঙ-দ্রবা হুংঙাইবা—থক মযেং তাববোইদবা অদূগুম্বা নিত্য-আনন্দ ওইবা, অবেপ্পা মৱাপসু ওইবা নিত্যবন্ধু অদূগী মাযকৈদা তেনকৈগুম যাঙ্না পাইশিনখিগনি। গোপীশিংদি মীবম্লেনগী পোৎ অমত্তুগা শম্লদ্রবী—ঙম্লমকপু থাদোক্লম্লবা, প্রেমতগী মশক ওইবীমক্তনি—মবম অত্তুনা ভগবানগী হুংঙাইবগী মশক ওইববা আকর্ষণী-শক্তিনা মখোযবু লাযনা শোক্ল-থেংলবা ঙম্লবী অত্তুগুম্বী বোনশেংমক্তনি। থুম্লবী বাঁশী খোঞ্জেল হেক তাবদগী মখোযনা অকনবা তুবেনগী ইচেলগুম আনন্দ-সাগবগী (হুংঙাইবগী ইবেল) মাযকৈ তন্না চেনশিন্নবি। বেদান্তনা তাকলিবা মচি ওইবা বাফমসু আনন্দ বিগ্রহ অসিতগী মরমদনি ; মরম অত্তুনা হান্নগী ব্যাখ্যাগী মতাংদা হাযখ্রবত্তুনি, শ্লোকতা যাওবিবা 'বামদৃশাং' হাযবা শব্দগী অর্থদি মক্তুবা জ্ঞান নত্রগা দিব্যদৃষ্টি হায়বদি অতোপ্পগী থম্লুং ফাওববু হোত্রোঙ্ হেক উবা ঙম্বা অত্তুগুম্বা মিৎয়েং অদূবু হায়-বনি অস্পূম্না লৌবনা মবম চাবা থোকই।

হুজীক্তি খঙ্লে—আনন্দবিগ্রহ শ্রীভগবান কৃষ্ণনা পুম্নমকপু মতম পুম্নমক্তা চপমান্নবা বাঁশাগী স্ববনা তত্তুনা অতুম্মক কৌবীতুনতা লৈবিবনি। জীবশিংনা মদ্বু তাবসু মতাবিবনি অদুগা তান-তানসু (তাত্তুনসু) তাদ্রিবনি—খঙনমকসু খঙ্নদ্রিবনি ; বাঁশীগী খোন্থাঙ্না মখোযগী নাকোঙ্দা তশেং তশেংনা থক যৈবদে,—মখোয়গী নাকোঙ্দা যৈররিবা মহাউ চেন্দ্রবা সংসাবগী ঈরাং মখোল অত্তনা হুংশিরবা অমদি থুম্লবা বাঁশী মখোল অদূবু নমহৎতুনা থমখি। কৃষ্ণতত্ব শাগোন্নজবা অশেংবা সৎ-ভক্তগী মশাগী লৈজবা ভক্তি অত্তুনা

শেংদোকচরবা অতুগুম্বা নাকোঙ্ অতুতনা বাঁশীগী খোঞ্জেল অসিবু মরোল শেংনা খঙ্জবা ঙম্মী। মীওইবা ঐখোয়না শ্রীকৃষ্ণবু মীচঙ্-মীথায় নাইবগুম শেরাম্না লৌনৈ—মতুমক্তি নত্তে; ইবুংঙো মহাক্তি পূর্ণমক্তা মতম পূর্ণমক্তা অতম্বক চপ মান্নবা অতুম লৈরিবনি। ব্রজ-গোপীশিংদি অশেংবা-ভক্তগী থাওয়দগী হেনবা ফিদমগী মশক্তি। মরম অদুতনা মখোযনা বাঁশী মখোল তারিবনি—মদুবু অতোপ্পা জীবনদি থক তাবা লৈতে। অসিগুম্বা ব্রজগোপীশিং অমগী মরক্তা প্রেমময়ী ওইবা শ্রীরাধিকানা অ.থ.ইবানি, মরম অদুনা মাগীদি মতম পূর্ণমক্তা অসিগুম্বা বাঁশী-খোঞ্জেল অাস অমুম তাদুনতা লৈ, মরম অদুনা হায়নৈ—বাঁশীনা কৌরি তত্তনা—"রাধা-বাধা হায়না।

মথক্তা হায়ব্রে, 'ক াং' হায়বা শেংফাত্তবা মখোল থোকহন্দুনা বাঁশীনা তাংথক নাইদনা খোংলি। করিগীদমক বাঁশীগী মখোলনা অমুম্না শেংদ্রিবনো, মতুগী মরমমু নৈনখ্রে। মাগী মখোলনা অদুক থুনলিবনা করিগীনো, হুজীক্লা অমুক নতু্ী মবমদা .যংলি। মসিমক্তাদি অদুক হাক্লা লুনা থগ্নরুগদবা নত্রে—। শুংশিবীহৈবী মমানা শুংশিনা চানবী মাগী মাকোনা মচাগী নাকোঙদা অমৃতগুম থুম্না থোকই; য়াঙাঙ শাঙাঙ্ নীংথিবী সতী ওইবা নূপীগী প্রেমনা-থল্লবী মীকৌ মীরামনা মাবুতা লুনা তৌজবা মপুরোয়বগী নাকোঙদা অমৃতগী ঈরীক্লা চোৎহল্লি অতুগ। পোকপদগী মযা হৌফিবা অঙাং মচাগী তনৌ তনোবা মাধখোংদগী থোরকপা শেংকাওবা মরোলনা কৌরকপা 'ইমা বাব' হাযবা খোঞ্জেলনা মচাবু শুংশিজবনা থ.ম্রবা মপা মমা অনীমক্কী পেঞ্জবনা থল্লবা নাকোঙদা তাইবঙ্ মীরমলেনগী নত্তবা লাইরেবাক্কী খোয়থুম্রব অমুতনা থনহল্লি। মমা, নূপী, অমদি মচাগী মীকোনা অমুক থুমলিবসি করিগীদমকনো? লু-তোংনা য়োম্রবা জড় ওইবা পোৎতগীশু অসিগুম্বা মীকৌ অসিবু তাবা ফংলবদি মতুনা পূর্ণমকী শুংঙাইবা ওইহল্লি অমসুং শুংঙাইবদুবু কংহনবা মরমনা মখোয়গী

মীকৌ-মীরাম খোঞ্জেলনা অমুককী মতিক থুমলিবনি। হুংঙাইবা মচেৎ অমগীদমক্তা থরায় য়াওদবা পোৎ ফাওবনা কৌবদা অমুক থুম্নবা অসিনদি হুংঙাইবা পুন্নমকী হৌকম ওইবা পরমানন্দনা স্বয়ং মশক পান্দুনা মশামক্তা কৌবিরকপা মীকৌ অহুনদি কয়াগী মতিক হুংশিক্কম থোকপা, থুম্নক্কম থোকপা, মহুদা কয়াগী মতিক অমুক চেন্নমগদবা—করি কবন্বা লোন্না মদুবু ফোংদোকপা ঙমগদগে ?

মূল শ্লোকতা লৈ—'নিশম্যগীতং তদনঙ্গবর্দ্ধনম্।' অনঙ্গ-শব্দগী অর্থাদ কন্দর্প নত্রগা কামবু হায়বনি। শেংলবা ভগবানগী রাস-লীলাদা কাম মরীক অমত্তুসু য়াওবা লৈতে—মসিগী মরমদি হান্ননসু নৈনখ্রে। অদুবু মহর্ষিনদি হায়রি—ভগবানগী বংশাদগী থোরকপা ঈশৈদি "অনঙ্গবর্দ্ধন" হায়বদি মহুনা কামবু য়াকায়হন্নবা, হেনগৎহন্নবা ওইহল্লি। রাকম অসি নাতৈ চাদবা ওইনা থোকখিবা য়াই। অদুবু অশেংবদি মসিদা করিসু নাতে হোবা লৈতে। "কাম" হাযবা রাহৈ অসিগী অর্থদি কামনা, বাসনা, আশা, অভিলাষ, ইচ্ছা হায়বদি অপাম্বা, অনীংবা, খোৱাংবা, মিতাবা অসিনচিংবা কয়া থোক্না লৈ। মশাগী নত্তবা, মাগী ওইদবা পোৎ অদুভবু ফংননবা নীংববু "কাম" কৌই। অদুগা মপোৎমক ওইনা লৈজরিবা লেঙদ্রবা মরল মথুমনচিংবহু করিগুম্বদা লাইবক থীবদগী মাঙখি তাখিবা থোক্লবদা মদুবু অমুক ফংলক্লবগীদনক নীংবা অহুগুম্বা মতৌ অহুমক্তি অপাম্বা (কাম) হায়বসি ওহনা উহুনসু অশেংবা 'কাম' হায়বসিমক্তি নত্তে—হায়বদি মহুনা অমকপা অপাম্বা থক ওইদে। আনন্দ-মুক্তি ওইবা শ্রীভগবানগা জীবগা লৈনবা মরীদি থক ভংনবা থানবা য়াদবনি-অহুনা ভগবানদি জীবগী লেঙনবা মরলনি—ভগবান অসিভনা থরায়-পানবগী থরায়নি। অশেংবা জীবনা (শুদ্ধজীব) ভগবানগীদমক অমুক নৌনদি কামনা ভৌরগদবা লৈতে; মায়ানা শুদ্ধাংলবা জীবশিং মকীগু মখোয়গী মসুং হজিন্নবা থম্মোয়সুংদদি মশক উদনা লৈজুংদা চেনবা

ঈচেল-নাইবী-ভুরেনগুম ঈচেল লেপ্পা লৈতনা অতুম্মক ভগবানবু কামনা তৌনৈ। তম্বা থোক্তবা অতুগুম্বা মবাইবক ফবা অতুতনা মবম ওইতুনা করিগুম্বদা ভগবদ্ভক্তি পোক্লকপা থোক্লবদি শুংদা ফুন্নম্বা অতুগুম্বা কামনা (অপাম্বা) অতুনা ঈচেল থকপা লৈতনা মপান্দা চেম্থোবকই। মবম অসি লৈবদগী মহৎষিনা 'অনঙ্গ-বর্দ্ধনবু কাম পোকহনবা হাযদতুনা "অনঙ্গবু হেনগৎহনবা' অস্মুম্না ত'কপীবমলি-বনি। "অনঙ্গ" হায়রবদি মাগী মশক্তি মসিনি হাযনীংঙাই লৈতবা মাগী হকচাং নাইদবা হাযবনি; মবম অতুনা কামস্মু অনঙ্গনি (শক-নাইদবনি), প্রেমস্মু অনঙ্গনি--মশক উবা পোৎ নত্তে; মতাং অসিদা হায়রিবা "অনঙ্গ" অসিগী অর্থদি চপল-স্বভাব (লৈতাদবা) ওইবা কাম অদুবু হাযবা নত্তে—মসিনা তাকলিবদি লেঙ দ্রবা — লৈতাববা অতুগুম্বা অবেপ্পা ভগবৎ প্রেম অদুবুনি; ফংনফম থোক্তবা ওইথোক্তবা পোৎপু ফংগে তানবা অতুগুম্বা বাসনা অতু নত্তে—মাঙথ্রবা ইবলবু অমুক মফম চানা, পোথম খঙনা থমজনবগী অনুরাগ অতুতগী মশক্তি। বস্ত্র-হরণ-লীলাদা ভগবাননা গোপীশিংদা তাকপিথি—'পূরক্লীং হকচাং পুন্নমক ঐঙোন্তদা হাপচববা অতুগুম্বা মখোয অতুনা ঐবু পান্নজবা মতৌ অতুদি কাম নত্তে। মবমদি মৈদা ঙৌববা অমদি মুন্না ফুত্তোক্লবা ফোনচিংবদগী থক মযোন চোংলকপা লৈতবগুম, ঐঙোন্দা মপূক্লী-লুপচরবা মী মহাক অতুগী মকাদদি কবিগুম্বদস্মু থক কাম পোকপা লৈতে।

"ন মষ্যা বেশিতধিযাং কামঃ কামায কল্পতে।
ভর্জ্জিতাঃ ক্বথিতা ধানাঃ প্রাযো বীজায নেশ্যতে॥"

মথক্কী অসি নত্তবা শাস্ত্রগী প্রমাণ অতৈস্মু লৈবি মতুদি—

"প্রেমৈব গোপরামাণাং কাম ইত্যগমং প্রথাম্।
ইত্যুদ্ধবাদয়োঽপ্যেতং বাঞ্ছন্তি ভগবৎপ্রিয়াঃ॥"

ব্রজগোপীশিংগী মশাগী ওইঙবা অসিগুম্বা ভগবৎ-প্রেম অসিবু

ঐখোয় মীয়ামলেনগী মীনদি মদুবু 'কাম' হায়বত্নি অস্নুমা লৌনৈ, মবম অহনা ভগবানগী অংখোইবা মনাই ওইবা উদ্ধবনচিংবা ভক্তশিং-নস্মু অসিগুম্বা হায়রিবা কান মথল অসিতবু পাম্নজখি।

বস্ত্রহরণ লালাগী মতাংদা উবা লৈ—গোপীশিংনা ভগবানবু মপুবোয়বা ওইনা ফংনজনাংবনা মখোয় পুম্নমক তিন্নহুনা কাত্যায়নী পূজা কংলুনবা মখোয়মবৈ হৌনহনা পুন্না চৎমিন্নখি। অদুগা হুজিক থবক থোক্লরবা মতাং অসিদনা কেকু-লোৎপা শান্নরিবদি করিগীদমক-নো? মহর্ষিনা হায়রি—"আজগ্মুরন্যোন্যমলক্ষিতোদ্যমাঃ" হায়বদি কনানস্মু কনাবু খঙ্হন্নম্বা তৌদনা মহৈ মহৈ চৎনরি। মতম অদুদনা অদুক লোন্দিন্নরমলগা হুজিক অসিদনা ফজ্রনদবগুম্বা মতো উৎলিব-সিগী মরমদি করিনো? মতুগী পাউখুমস্মু শ্লোকতা অদুম্মক য়াওরি—"কৃষ্ণগৃহীত মানসাঃ" হাযবদি মতম অদুদা মখোয়দি শ্রীকৃষ্ণনা মপুক্লোং হুথ্রবা—চিংথ্রবী মক্তনি। জগৎ অপূম্ববু শুক্ষাৎনবা ওইবা বাঁশী খোঞ্জেল অদু হেক তাবদগীদি মখোয়না লৈফম চাফম খঙ্নদনা ঙাওচৎনবা ওইরকখি। মখোয়না শ্রীকৃষ্ণ নত্তবা অতোপ্পা করিগুম্বা পোৎ অমত্তবু থক নাংশিংলকখিদে। নীংশিংনবা থুৎলাইদি পুক্লোং হায়বসিনি; মখোয়গী মপুক্লাংদি কৃষ্ণনা লৌখিখরে; মরম অদুনা নখোয় মশেল অমনা অংবু নীংশিংনবগী উপায় অমা লৈখিদে—মসিবুনি' শ্রীকৃষ্ণপ্রেম' হায়বদি ॥ ৪

---

দুহন্ত্যোঽভিযযুঃ কাশ্চিদ্দোহং হিত্বা সমুৎসুকাঃ।
পয়োঽধিশ্রিত্য সংযাবমনুদ্বাস্যাপরা যযুঃ॥
পরিবেশয়ন্ত্যস্তদ্ধিত্বা পায়য়ন্ত্যঃ শিশূন্ পয়ঃ।
শুশ্রূষন্ত্যঃ পতীন্ কাশ্চিদশ্নন্ত্যোঽপাস্য ভোজনম্॥ ৫

---

অনুবাদ। শ্রীকৃষ্ণনা বেহুনাদ তৌরকপা মতম অসিদা শঙ্গোম

শুমহূনা লৈরম্বী কনাগুম্বা গোপীনা, বাঁশী মখোল হেক্ক তাবমক্তদা শঙ্গোম শুম্লম্বহ্ তোক্তুনা লাঙ্‌তক্লনা চেম্থোকখি, কনা কনাগুম্বগীনা লৈরঙ্‌দা শঙ্গোম ভোম্লম্মী, কনানা চাক থোংলম্মা, মখোয়না লৈরঙ্‌দা শঙ্গোম ভোবগী খাং অমদি চাকথোং চফু থাংথরম্বা নংথিদে—অহুম অহুম্না হুন্দোক্লমহূনা চেন্নখি। কনা কনাগুম্বাশিংনা ইমুংগী মী মথেবু পীজ-পীথকপগী থবক তৌনরম্মী কনা কনানা পীকলিবা মচাবু থোম ইনবারম্মী. কনা অমনা মপুরোয়বগী সেবা তৌজরম্মা, কনাগুম্বী গোপীনা মশামক চাক চাগদবগী ফমথজবদমক ভায়রমলি—মখোয় পুম্নমক অসিনা হৌগৎলম্লবা মাগী মাগী মথৌ-মশিন পুম্নমক অদুবু লোইশিন্নরম্বা তৌদনা কৃষ্ণগী মায়কৈ তম্না অহ্ন্মক চেন্নরকখি॥ ৫

---

তাৎপর্য্যার্থ—ভক্তগী থম্মোইনা ভগবানগী মায়কৈদা য়োনা লূপশিজবা ভম্লক্লবা মতমদা অহুগুম্বা ঐকান্তিক ওইবা ভক্ত অহুগী ভক্তিনা চোম্লবা থম্মোই অহুদা সংসার অসিগী করিগুম্বা হিরম অমদি করিগুম্বা পোৎ অমওগী মফম লৈরক্তে। সংসারগী ওইবা হুংঙাইবা মখলশিং অহুগী ব্লাদি থমবু থনগে ; শাস্ত্র।। হাযবা বিধি-বিধান অমদি ধর্ম্মাধর্ম্মী অহু ফাওববু কাউথোক্লবিবনি। অসিগুম্বা প্রেমিক ভক্তগী চপ্পঘুংবা মপূক্লাংগী মজৌ অদূ তবু উংননা৭ৗননক মহর্ষি বেদব্যাসনা শ্লোক অহুনথক শেম্বীনম্মা। শ্লোকশিং অহ্গী মহুংদা মলিনা অহানবনি—মসি শ্লোক অনিনা অমা শাবনি। তঃরৎশুবা শোক্কী তাৎপর্য্য অহুতদা শ্লোক পূন্নমক অসিগী অভিপ্রায় অহু তাক্লকখিগনি। মরমদি ; শ্লোক অহুম্মক্কী অভিপ্রায় অমতা ওইবদগীনি। ৫

লিম্পন্ত্যঃ প্রমৃজন্ত্যোঽন্যা অঞ্জন্ত্যা কাশ্চ লোচনে।
ব্যত্যস্তবস্ত্রাভরণাঃ কাশ্চিৎ কৃষ্ণান্তিকং যযুঃ॥ ৬

অনুবাদ। অসুম্না কনাগুম্বনা মশাদা মনম নুংশিবা চন্দন-নচি বা তৈবম্মী, কনা অমনা মফোন তানা কুপ্লবা পোৎলমনা মশাবু শেংবা খোৎপা তৌবম্মী, কনা কনাগুম্বীশিংনা মমিত্তা কাঁজল থারম্মী—অসুম তৌংদিদৈ চৈরক্তা ভগবানগী বেণুনাদ অত্তু হেক তাবা ফংনবকপমক্তদা তৌবা তৌগৎনবম্লবা মাগী মাগী থবক থনা পূম্নমক লোইশিন্নবা তৌদনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চৈনশিন্নখি। অমরোমদা গোপীখনদি মফি-শেৎপা ইনবা অমদি লৈতেংনচিংবা অকে অমোগী থবক তাঙ্কম্মা—ফিংমনখিবদগী মখোযনা মখাংতুদা শেৎনবা ফিনা ইন্নফি ওইনা ইনশিন্দুনা অমদি ইনফিনা মখাংতুদা শেৎচিল্লগা তফিং তফিংনা চন্নবি। কনা কনাগুম্বাশিংনা অসুক লীকপাবেনা মখাংতুদা খাঙ্লাক ওইনা যেৎশিল্লগা মতক্তনা খাঙ্লাক মবানা লীক ওইনা শিত্তুনা মনুংশ তোনবা নংদবমথৈ চেনশিন্নবি।

তাৎপর্য্যার্থ—অসুম্না শ্লোক অসুম অসিদা গোপীশিংনা ভগবানগী কান্দা লৈজবা লোনম লোপ্তপ নাওদ্রবা মখোযগী অনুরাগ অত্তুগী মতৌ উৎলি। ঐখোযগী পুন্নাং অসিনা মতম অমত্তুদা পোৎ মখল অনিবু থক ধারণ তৌবা ঙমদে—মসিমদি শেংলবা বাফমনি। নীৎলমলিবা পোৎ অদুবু কাউথিন্নিমথৈদি অত্তোপ্পা পোৎ অমবু থক নীংলুবা লৈতে। সংসার অসিনা পুন্নাংদা কমদেংতুনা লৈরিমথৈদি পুন্নাং অসিদা থক ভগবান লৈতে—মসিসু অশেংবনি। শাস্ত্রগী পাউতাক, সমাজগী চৎনবী, লোনচৎ-ব্যবহার অমদি মশাগী লৈজবা সংস্কার অত্তুগী মতুংইন্না তুমিৎ থূদীংগী তত্তুনা সন্ধ্যা আহ্নিক তৌবা মতমদা ভগবানবু নীংশিংজনবা হোৎনবিবা অত্তুগুম্বা মীশিং অত্তুনদি হায়রিবশিক্কু খঙলমলোইদবা নত্তে। সংসার ধর্ম্ম চত্তুনা লৈরিবা মীনা মশাগী সন্ধ্যা-আহ্নিক মতমদা ভগবানবু চিন্তা তৌবা হোৎনজে, হোৎনজমলনা

মরম ওইদুনা নোংথাঙ্‌ কুপ্পগুম্না মিংকুপ অমত্তুংগী ওইনা ভগবানবু নীংশিংলম্লগা অমুক হেক্তনক মাঙ্‌খি মতুগী মতুত্তা হোৎনরুবা থাঙ-দনা তাইবঙ্‌ কৈকেল পোৎফম্নচিংবনা চোংশিল্লত্রুনা অহাংবা থম্মোই অতুদা হেক্তা ফমদেংলৈ। মসিগী মরমদি, কা- হন্না হকচিন-গ্রবা হৈনবীতনা ওইরিবনি। ঐখোযনা হেক পোকপদগী হোৌনা সংসাব অসিতবু অভ্যাস তৌদুনা লাকই—অভ্যাস অদুমক্তি অস্লপকী মতিক কল্লি মতুদি, ঐখোযগী থম্মোই অসিদা সংসার অসিগী শক-ফমনা মূর্ত্তিমক পান্না মযেক লানা অতুম্নক যেক্তুনা লৈখ্রে; মরম অদুনা থোইনা হোৎনরুবা হাযবা অমা অমুক থাওত্রবসু মদূবু চক্তমক নীংশিংলকই। ভগবানগী মরমদদি ঐখোযনা থক অস্নননা অভ্যাস তৌখিবা লৈতে; মবম অদুনা ইহোৎ হোৎনকদনা হেক্তমক নাংশিং-লকপদি লায়বদুনা তোৎনরবমক্তদসু অনিগুবা মিংকুপ্তদি হেক্তমক কাউথোকখি। সংসারগী মবমদা ঐখোযনা তৌবিবা অভ্যাস অসি গুমনা ভগবানগী কা-দা তৌজব। ওম্নবদি সংসাবগী রাখল থনাগ হেক তৌরুবমক্তদা হোৎনরুবা নাইদনা ভগবানবু অতুম্নক নাংশিং-লমগদবনি—মসিদা থোইনা চিংননীংঙাই ওইদে। মতম কুইনা হৈনরক্রবা সংসার অসিগুম্না ঐখোযগী থম্মোইদা ভগবদ্‌-ভাবকী মমি তাবম্বা থোক্লবদি ভগবৎ চিন্তাগীদমক্তা অমুক নোনা হোৎনরুকম লৈতবনি।

গোপীশিংদি অডাং ওইরিডৈদগী হোনা মথরায় হকচাং যাওনা ভগবানগী মবমদা হনবা লৈতনা হকচিন্না অভ্যাস তৌজবরুবী মক্তনি। মরম অদুনা শঙ্গোম শুম্বনচিংবা ম-মাগী জাতিগী ওইবা মনাৎ মশিন মপুরোযবগী সেবা তৌবনচিংবা যুম্বানবগী ধর্ম্ম অমদি চাবা থকপন-চিংবা মশা মশাগী হিংননবা থবক তৌবা হোনরম্লবী ওইদুনসু মদূতদা অস্লুম চোম্বনা মপুক্লীং হাপ্তুনা লৈবত্ত ওম্লরকখিদে—হোৎনরুবা লৈতনা মখোয়না ভগবানগী আনন্দময়ী মূর্ত্তি অদুবু মখোয় মখোয়গী

থম্মোইদা উনরকখি ; মখোয়না জাতিগী ওইবা মনাং মশিন, য়ুম্বা-ল্লোনগী থবক পুন্নমক অমদি মশা মশাগী নোয়নবা পেন্নবা চাবা অসিনচিংবা ফাওববু থাদোক্লম্লগা চেন্নখি। ভক্তিতত্ত্ব খঙলবা মহা-জন অমনা হায়খিবা লৈ—

‘মনাগেব প্রব্রূঢ়য়োং হৃদয়ে ভগবদ্রতৌ।
পুরুষার্থাশ্চ চত্বারস্তৃণায়ন্তে সমন্ততঃ॥”

মীওইবা থম্মোইদা ভগবৎ অনুরাগগী মমিদং তারকপা হৌবতদা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ হায়বা ফংনঙমদ্রবা চতুর্ব্বর্গ ফাওববু করিস্মু লৈতবা নাপীগুম খল্লকই।

অহানবা শ্লোকতা অর্থত্যাগ, অনীশুবা শ্লোকতনা ধর্ম্মত্যাগ অদুগা অহুমস্সুবা শ্লোকতনা গোপীশিংনা কামবু থাদোকপগী মতৌ অদু উৎলি। মীওইবা থম্মোইদি ভগবানগী লেঙশিনফম আসনমক্লি —অসিগুম্বা আসন তসিদা কনানস্মু ফমদেংলনবগী হক কৈদৌঙৈদস্মু লৈতে। ভগবানদি যাম্নমক থোজানবীহৈবীনি ; সংসারদা লপ্লবা মীওইবনা ইথৌ থৌশাদবমখৈ কৌবতদস্মু মাদি খুদক্তা হেক্তমক লাকপীরিবনি ; অদুমদি ওইরগা মামক্কী লেঙশিনফম খুদা অদুদা মাগী লৈফম লৈরমদবতদগী খুদক্তা অমূক হেক হেক মায় ওনবিখিবতনি। ভগবাননা উবি—মাগী আসন অদুদা তাইবঙ মীগী মশাগী নূপী, মচা, মশূনচিংবা মপূক্লীংতনা শাগৎচবা শাগৈ নাতৈ-শিংনা ফমদেংনদুনা থন্না লৈনরমলি—ইবুংঙো মানা উবি—ইবুংঙো মামক্কী আসন অদুদা পুক্লীংগী ওইবা মচা মনাই, মরল মথুম, শা-ষণ অসিনচিংবা পুন্নমক্লা লেং-ঙানদুনা ফমজিল্লি।—মানা উবি—ইবুংঙো মামক্কী লেংশিনফম খুদাদা কাম, ক্রোধ লোভ, মোহ, মদ, মাৎ-সর্য্যনচিংবা—মতম পুন্নমক্তা ইবুংঙো মাগদি তাথিনরবা অত্ত-গুম্বা য়েক্লবশিং অদুনা ফমদেংদুনা লৈরমলি ; মরম অদুনা মহাক্লা, মাবু চুম্না নীংশিংবত্তদস্মু লুনা তিন্নজবা মক্লাপকুন হেক্তমক লেঙবি-

রক্তুনম্ব লেংশিনক্ষমদি লৈরমত্রবনা রারৌচাউনা অমুক মায় ওন্দুনা লেঙ্থোকথি। রাখল অমদা ফৈরেংনরবা মীওইবনদি মদুবু থক উরুবা শুমদে, ইবুংঙো মানা অন্দুপকী মতিক থুনা লেঙ্থোকখি, মদুদি মখোয়না মদুবু উন-উনমক উবা ফংদে; উববু ফংলম্নবদি পুন্নমক থাদোক্লরম্লগা হেক্তনক মাগী মতুং ইন্নখিগদবা ভাকনি।

গোপীশিংগী থম্মোইদি সংসার অসি য়াওত্রবমক্তনি; তরু তরুরবী মক্তুবী ভাকনি; মরম অদুনা ভগবাননা মফম অদুদা লৈতানা লেঙ্শিনবিদুনা লৈনবা মফম মরাংকায়না পেংনরবদগী লেঙ্দনা মদুদা অদুম্মক লৈবীত্রবনি। ঙসিদি গোপীশিংনা অদুগুম্বা ইবুংঙো মাগী মকা তম্না চেনশিন্নরি। সংসারদা লৈবিবা হে সাধক পুন্নমক! ইমুং মনুংগী থবক থনা মরুমদা অচৌকপদা ফম্লগা অমুক্তং থম্মোই শেংনা খন্থদুনা যেংলবদি খঙ্বিগনি—ভগবানবু থম্মোইদা হাপচবগা ভগবানগী মফমদা চৎপগা রাক্ষম অমওনি। গোপীশিংদি কামগী বিষয় থাদোক্তুনা প্রেমগী ইরেলদা লুপচবা মক্তনি। ভক্তি শাস্ত্রনা হায়—

"বিষয়াবিষ্টচিত্তানাং কৃষ্ণাবেশঃ সুদূরতঃ।
বারুণীদিগ্-গতং বস্তু ব্রজন্নৈন্দ্রীং কিমাপ্নুয়াৎ॥"

বিষযদা পুক্নীং লুপ্না অমদি শ্রীকৃষ্ণদা অনুবাগ লৈবা অনি অসিদি নোংপোক নোংচুপ মায়গৈ অনিনা খেন্নবগুম খেন্নে। মরম অদুনা মায় নোংপোক ওন্ন চৎলবদি কৈদৌঙৈদম্ব নোংচুপকী পোৎপু ফংলুগদবা লৈতবা অদুগুমদুনা বিষয়গী রাখল মরীক অমত্তংতবু লৈরি- বমখৈদি অদুগুম্বা পুক্নীংনা কৃষ্ণদা অনুরাগ লৈযুহায়বা থক য়াদে। গোপীশিংনা মীরমলেনগী ওইবা অফ-ফুংঙাই রাখল পুন্নমক থা- দোক্তুনা কৃষ্ণগী অনুরাগ মতৌবু খঙ্হনবীরি। ৬

তা বার্য্যমাণাঃ পতিভিঃ পিতৃভির্ভ্রাতৃবন্ধুভিঃ ।
গোবিন্দাপহৃতাত্মানো ন ন্যবর্ত্তন্ত মোহিতাঃ ॥ ৭

---

অনুবাদ । ভগবান গোবিন্দনা গোপীগী থম্মোইবু হুবিগ্রবনা মখোযদা মপানগী ওইবা করিগুম্বা ডান অমত্তা লৈখিদে, মরম অহুনা মখোয়না চৎলমদাইদা মপা, মপুবোযবা, মচীন-মোপবা অমদি মরূপ-মপিঙ্গাশিংনা থাম্বা ফাগ্রবদা মখোযনা খক লেপ্পা লৈখিদে ।

তাৎপর্য্যার্থ—কনাগুম্বা মী অমনা হিন্দু নূপী কনাগুম্বা অমদা হন্দক্তা রথ যাত্রা অসিবু নহাক পুরুষোত্তমদা ( জগন্নাথ ক্ষেত্রদা ) চৎনদোরিবব অম্বুম্না হংলুবা থোক্লবদি নূপী অহুনা থুম্লকনি—"জগন্নাথনা ঐবু চিংবিবক্লগদি চৎপা তাইদনা" অম্বুম্না । বেদান্ত লেংবা-নরায়ণমক্তা অবশ্য ওইবা বেদব্যাসনা মা জ্ঞান অমদি মাগী যোগ-শাস্ত্রনা অবেপ্পা ওইনা থঙ্হনা যেকপিরম্লবনি অহুগা প্রেমগী শক-লান পুবী ব্রজগী নহাশিং অসিনা অহুগুম্বা অরেপ্পা সিদ্ধান্ত অহুগী ফিদমনি, ধর্ম্মনা থবায় ওইনজবী অহুগুম্বী আর্য্য-চনুশিংগী থম্মোইদদি অহুগুম্বা সিদ্ধান্ত অহু মশানা অহুম্মক শাগোন্নজরক্লবা পোৎশকনি । আর্য্য-চনুশিংনা য়েৌনা থাজ্জে—শ্রীজগন্নাথনা মাগী খুৎচিংনবু চিংবীরক্লবদি কনানসু ঐবু থাম্বা নভ্রগা থিংবা খক ঙম্লগদবা লৈহে । ঙসিদি শ্রীজগন্নাথনা গোপীশিবু চিংবীবকলে—মরম অহুনা মখোয়গী মপা, মপুবোযবা মচীন মোপরা অমদি অতোপ অতোপ্পা মরূপ-মপিঙ্গা কযা কয়ানা মথল কযা থোক্লা মখোয়বু থিংবা, থাম্বা হোৎনবদা মখোযবু কনানসু পলহনবা ঙমখিদে । ব্রজ-নহাশিং অহুনা মহু পূম্নমক্পু উনা উনা থঙ্না থঙ্না মিৎচিন-ফাওবা হন্না য়েংনরমদে ।

শ্রুতিনা অস্মুম্না হায় মহুদি—"আত্মা অসিনা য়েৌনা পামজবা, য়েৌনা খোয়দাজবা অহুগুম্বা পোৎ অহুনা আত্মা অসিবু হেক্তুমক ফংই । ঙসিদি অহুগুম্বা আত্মা অহুনা মশকমক পান্না চোংথোক্তুনা

গোপীশিংবু পাম্বীরকলি ; মরম অতুতনা মখোয়না শ্রীকৃষ্ণবু লায়না দর্শন ফংঙনা ওইবে

অসিগুম্বা ভগবানগী আকর্ষণ অসিস্তু সাধকশিংগী সাধনগী মথা পোনবনি ; মসিগী মরমদি য়োৎচাবীগা যোংকা লৈনবা মরীগুম্বী হায়না মথকুস্তু নৈনখ্রে। অতুগা মথল অমস্তু অমুক হায়রি—পৃথিবী অসিগী চিংশিনবগী শক্তি ( মধ্যাকর্ষণ ) অমা লৈ ; রাকম অসি নী অয়াম্বনা খঙনরবা ভাকনি। অহাঙবা আতিয়া অসিদা করিগুম্বা পোৎ অবা লংখৎখ্রবদি পৃথিবীগী চিংশিনবগী শক্তি অসিতনা মতু অমুক লৈমায় মপক্তা তাথরকই। হায়রিবসি ফনমক কন্না হুনগে হুল্লু, শোয়দনা অমুক তারকদবা লৈ। মতৌ অতুগুমতুনা মায়াতনা য়োমতুনা শেম্লবা সংসার অসিগীস্তু অতুগুম্বা চিংশিনবগী মপাংগল অমা লৈ—মীওইবনা অকনবা সাধন তৌতুনা মাগী পুক্নিং নঙ্গগা থম্মোই অদুবু ভম্বমথৈ রানা থাগতুনা "তদ্‌বিষ্ণোঃ পরমং পদম্‌" হায়না কৌবা মফম অতুমক য়েনা কাখৎহনখিনবা হোৎনতুনস্তু সংসারগী চিংথুনবা শক্তি অসিনা কন্না য়ান্নতুনা অকনবা মাগী খুৎচিংনা সংসার অসিদা অমুক হেক্তুমক কুমথরক্কনি। অসিগুম্বা মতৌ অসি সাধনাগী অহানবা খোঙথাংদা চঙশিল্লকপদমক ভায়রিবা অতুগুম্বা সাধকশিং অতুনদি লায়না হেক্তমক খঙনরমগনি। অদুবু পৃথিবীগী ( লৈপাকলৈমগী ) অসিগুম্বা মধ্যাকর্ষণ-শক্তি অসিগীস্তু অরোইবা ভমথৈ অমদি শোয়দনা লৈরিবনি ; য়াম্না হেন্না রাংখৎখ্রবদদি অসি-গুম্বা লৈপাকলৈমগী চিংশিনবগী পাংগল অসিনা মতুমক্তি য়েনা চৎলুবা ভমদে—মসিস্তু অরেপ্পা অমনি। মতৌ অতুগুমতুনা সংসার কৌবা ( মীওইবা মংপাক ) অসিগী লৈরিবা মধ্যাকর্ষণ-শক্তি অসি-গীস্তু ভমথৈ অমদি লৈরিবনি—মায়াগী কুয়োম-রাংমা লানথোকখ্রবদি মসিনা মতুদদি থক চঙলুবা ভমদে—মসিস্তু অরেপ্পা রাফমনি। করি-গুম্বা লৌশিং অমা তৌতুনা করিগুম্বা পোৎ অমবু পৃথিবীগী মধ্যাকর্ষণ

অসিগী রাংমা লাম্না অমুক্তং লংখৎখিবা ওম্বা থোক্লবদি মতুনা অমুক হন্না পৃথিবীদা তাথবকপা তৌদনা মতুগী মথক্তা লৈব। অতোপ্পা গ্রহ অমগী খুৎচিংনা অমুক চিংখিতুনা মতুদ তারুগদবা লৈ হাযবসি ঐথোয়না অনুমান তৌবা যাই। মতমক মান্ননা করিগুম্বদা মীওইবনা মাগী সাধনগী পাংগল শীজিন্নতুনা মশাগী পুক্নীংবু সংসারগী মধ্যাকর্ষণ শক্তিনা য়োবা ওমদবা মফম অতু তান্না লংখৎখিবা ওম্রবদি, মতুনা "তদ্ বিষ্ণোঃ পরমং পদম্" হাযনা কৌবা মফম অতুগী থিংওমদ্রবা অকনবা খুৎচিং মথাদা মত তান্না চিংশিতুনা মফম অতদা তিনখিগনি—মদুবু সংসারগী ওইবা খুৎচিং লীশীং কযানসু অমুক হন্থহল্লকপা ওমগদবা লৈত্রবনি হাযবসি ঐথোযনা লেপ্পমক হাযনবা ওম্মী অমস্তুং থম্থহৈবা সাধক অমনসু মসিবু দি ঈবাই লায়না হেক্তমক খঙ্ বিরমগদবা লৈ। প্রেমগী মশক ওইবী ব্রজগোপীশিংগী শেংলবা মপুক্নীংশিং অতুদি অসিগুম্বা সংসারগী খুৎচিং অসিগী রাংমা লাম্থোকপ্রবা মক্তনি ; মবম অতুনা মাযাগী বাংমদা লৈপ্রবা অহুগুম্বা কৃষ্ণগী শকলোন পুবা শ্রীবিষ্ণুগী আকর্ষণী শক্তিনা মখোযবু নমতুনা কৃষ্ণগী নাক তান্না চিংশিনবীগ্রবীনি—সংসার অসিগী মূর্ত্তিমক ওইরবা অতুগুম্বা মপুবোইবা, মচা, অসিনচিংবা কযানা লীশীং কযা থোক্লা গোৎনতুনসু মখোয়বু থক থাম্বা ওমখিদে। মহাকবি কালিদাসনা হায়রম্বা লৈ—

"ক ঈপ্সিতার্থ স্থিরনিশ্চয়ং মনঃ
পয়শ্চ নিম্নাভিমুখং প্রতীপয়েৎ॥"

য়োনা পাম্বা করিগুম্বা পোৎ অমবু ফংনীংবা ময়াইনা চপযুংপ্রবা অহুগুম্বা পুক্নীং অমদি অনেম্বদা চেম্থরিব। ঈশিংগী ঈচেলবু কনানসু থক মমায় ওলহল্লকপা ওম্বা লৈতে। অম্মুন্না কৃষ্ণদা কৎথোকচপ্রবী গোপীশিংগী পুক্নীংসু থক মমায় ওল্লকপা লৈখিদে। ৭

**অন্তর্গৃহগতাঃ কাশ্চিদ্গোপ্যোঽলব্ধবিনির্গমাঃ।**
**কৃষ্ণং তদ্ভাবনা যুক্তা দধ্যুর্মীলিতলোচনাঃ॥ ৮**

**অনুবাদ।** মাগী মাগী মপুংরাইবনা, মচানচিংবনা থিংখি-বদগী কৃষ্ণগী নাক য়ৌনা চৎচবা ঙমদ্রবা অদুগুম্বী গোপী কয়ামরুমদি ইমুং মনুংদা লৈনা লৈনা মমিৎ উইশিন্দুনা অদুম্মক ইবুংঙো মহাক্কবু ধ্যান তৌজবা হৌরকখি॥ ৮

তাৎপর্য্যার্থ—"উজ্জ্বলনীলমণি" হায়না কৌবা নবা বৈষ্ণব গ্রন্থ অদুদা মশা মশাগী প্রেম থেন্নবগী চাং মতুংইন্না গোপীশিংবু অমুক মথল কয়া থোক্না খায়দোক্লুনা উৎলি। মথলশিং অদুগী মনুংদা রাওবা গোপী মথল অনিথক্না রাফমনা মতাং অসিদা নৈনফম থোক-পা ওইনা লৈ মদুদি—নিত্যসিদ্ধা অমদি সাধনসিদ্ধা। খঙনঙমদ্রবা মতমদগী হৌনা অদুম্মক ভগবানদা তিনজগনা লৈতুবকপী সাধনাগী মহৈনা গোপী ওইরকখিবী নত্তবী অদুগুম্বা মখোয় অদুবুনা নিত্যসিদ্ধা অমসুং খঙলৈ, মদুদি শ্রীরাধানচিংবীনি। প্রেম হায়না কৌবা তোপ তোপ্পা ভাব মথল অমা শোয়দনা লৈ। অদুগা আনন্দ (নুংঙাইবা) হায়না কৌবা তোপ তোপ্পা শাংশক অনম্ব লেঙদনা লৈ। অদুগা প্রেমনা লৈবা মফমদা নুংঙাইবা (আনন্দ) শু লৈ—রাকন অসিমসু অরেপ্পনি। শ্রীরাধা অমসুং মভোন্দা চঙজবী গোপীশিংদি অদুগুম্বী প্রেম অদুনক্না শক্তুম লৌরা মক্তনি অদুগা শ্রীকৃষ্ণ ভগবাননা অদুগুম্বা আনন্দ (নুংঙাইবা) অদুনক্না শক্তুমনি—নসি পুন্নক্না মবন মশক্না নৈনখ্রে। মরম অদুনা রাধা অমসুং রাধাদা চঙজবী গোপীশিংনা মণশেন্নহাগী শক্তুম লৌবা শ্রীকৃষ্ণগা তিন্নদুনতা লৈরিবনি; মরম অদুনা অদুগুম্বা মখোয় অদু নিত্যসিদ্ধানি। ব্রহ্মসংহিতা হায়না কৌবা লাইরিক্কী বচনদা অসিগুম্বী নিত্যসিদ্ধ ওইবা গোপীগী মশক তাকপা থেংলৈ—

"আনন্দচিন্ময়-রস-প্রতিভাবিতাভি-
স্তাভি র্য এব নিজরূপতয়া কলাভিঃ।
গোলক এব নিবসত্যখিলাত্মভূতো
গোবিন্দমাদিপুরুষং তমহং ভজামি॥"

"আনন্দ অমদি চিন্ময় রসনা থল্লবা মশাগী স্বরূপ অদুগা মশাগী শক্তিশিংগা লোয়ননা গোলক কৌবা ধামদা তাম্বোইবীরিবা তাইবঙ্‌ অপূন্বগী আত্মাগী মশক ওইবা অদুগুম্বা গোবিন্দবু ঐনা ভজন তৌজৈ॥"

অসিদসু নত্তনা অথর্ব্ববেদগী মন্থংচনবা গোপাল-তাপনী শ্রুতি-দসু নিত্যসিদ্ধা গোপীগী প্রমাণ কয়া কয়া অমসু লৈ, মদু পুন্নমক্কী রা হায়রুদুনা পাকথোকহল্লুবগী কান্নবা লৈতে। অদুগা সাধনসিদ্ধা গোপীগী প্রমাণনা পদ্ম পুরাণদা য়াওরি মদুদি—

"পুরা মহর্ষয়ঃ সর্ব্বে দণ্ডকারণ্যবাসিনঃ।
দৃষ্ট্বা রামং হরিং তত্র ভোক্তুমৈচ্ছন্ সুবিগ্রহম্॥
তে সর্ব্বে স্ত্রীত্বমাপন্নাঃ সমুদ্ভূতাশ্চ গোকুলে।
হরিং সম্প্রাপ্য কামেন ততো মুক্তা ভবার্ণবাৎ॥"

ত্রেতা কৌবা যুগতা ভগবান শ্রীরামচন্দ্রনা সীতাদেবী লোয়ননা দণ্ডকারণ্য কৌবা বনদা লৈরিঙৈ মতমদা গোপাল-উপাসনা তৌবা ঋষি খরা মফম অদুদা হান্নদগী লৈরম্মী। সীতাদেবীনা থোগনবা শ্রীরামচন্দ্রবু উবদগী মখোয় অদুনা সীতানা রামগী সেবা তৌরিবা মতৌ অদু তমদুনা মখোয়গী নীংজবা লাই গোপালগী সেবাসু মওঙ্‌ অদুম্না তৌজনীংখি। অদুগুম্বা ঋষিশিং অদুনা গোকুলদা গোপী-ওইনা কাম ভাবতা ভগবানবু ফংজখিবদগী মখোয় পুন্নমক তাইবঙ্‌ সমুদ্র ঈপাক্তগী লানজবা ফংখি। ভজন সাধনতগী মপান্না মখোয়না গোপীগী মপোক ফংজখিবদগী মখোয়বু "সাধন-সিদ্ধা-গোপী" অমুম্না খঙ্‌নখি। অসিগুম্বী 'সাধন-সিদ্ধা' গোপীশিং অসিগীসু মথল অনি

অমুক থোকলি—কাঙ্‌বু অমনা য়ুম পাল্লবী মক্তনি, অদুমদি ওইবগা মখোয়গী মচা-মশূ অমত্তা লৈতে। মখোয় অসিসু নিত্যসিদ্ধা গোপী শিংগা চহিদা লেংমান্নবী মক্তনি। অদুনা মখোয মশেন হাযবদি কাঙ্‌লপ অনিমক অসিদি য়াম্নমক হকচিন্না মহৈ মহৈ লুনা তিন্নজবা সখি ঙাক্তনি।

অদুগা গোপী কাঙ্‌লূপ অমদি য়ুম-পানবী, মচা মশূনচিংবসু লৈবীনি অদুগা মখোয় অসিনা নিত্যসিদ্ধা ওইবী গোপীশিংদগীসু চহী থবা লিববীনি—থব হনবা ঙাকনি। নিত্যসিদ্ধাশিংগা লেংমান্নবী লুনা চান্নসু তিন্নবী অদুগুম্বা মখোয় অদুনা তিন্নজরুবা অফবা সঙ্গী মপান্দগী শ্রীভগবানগী মবাদা মক্তুবা অমদি শেংলবা অদুগুম্বা প্রেম অদুবু ফংজবা ঙমখি। মবম অদুনা নিত্যসিদ্ধাগুম্না মখোযনা মপুরোয়বা অমদি মবী মতাশিংদা কবিগুম্বদসু মপূক্নী' লূপশিল্লুবা তৌখিদে।

নক্সবা মবী-মতানচিংবনা থিংবা থাম্বা পূন্নমক কবিসু নাচুংবা তৌদনা মখোযনা কৃষ্ণগী নাক অদুম্মক য়োখি; নিত্যসিদ্ধাশিংগীদি অপন-অহুই কবিসু লৈতে। চহিদসু হনবী, মচা মশূনচিংবসু মবৈবী অদুগা নিত্যসিদ্ধাশিংগসু লুনা চান্না তিন্নকদবী অদুগুম্বা মখোয় অদু-গীদি তশেং তশেংবা, অমকপা চেন্দবা অদুগুম্বা প্রেম অদু পোকপা ঙমখিদে অদুগা অমরোমদসু মখোযনা মাগী মাগী মরী মতাশিংগী মুংশিবা অদুদসু হাইফেৎনা অদুম্মক লৈতাবম্মী। মখোযগী কাঙ্‌লুপ অসিনি—রাসস্থলী য়ৌনা চৎচবা ঙমদ্রবদগী মমিৎ উইশিন্দুনা ইমুং মনুংদা কৃষ্ণরূপপু ধ্যান তৌদনা লৈজথিবীশিং অদু।

অসিগুম্বী মথলগী গোপীশিং অসিনা কৃষ্ণগী নাক য়ৌজবা ঙমথিদবগী অশেংবা পম্বিং অদুমক্তি করিনো? হান্নসু মহায়ৎ্রে, মপুরোয়বা, মচা অসিনচিংবদা মখোয়গী মুংশিবদু থরদং লৈথিবক্তমনি। শ্রীকৃষ্ণ প্রেমদি য়াম্নমক তাঙ্‌বা পোৎনি, শাস্ত্রনা হায়—

"অনন্যামমত বিষ্ণৌ মমতা প্রেমসংগতা।
ভক্তিরিত্যুচ্যতে ভীষ্ম-প্রহ্লাদোদ্ধব-নারদৈঃ॥"

"মীরমলেনগী ওইবা ববিগুম্বা মী অমদি কনাগুম্বা মী অমত্তবু ঐগীনি অস্তুম খব খল্লুবা লৈতবা—ভগবান বিষ্ণুতনা ঐগীনি তস্তুম্না য়ৌনা থাজবা—অসিগুম্বা মতৌগী ওইবা পূক্নীংগী ভাবপু "ভগবৎ প্রেম" কৌই। ভীষ্ম, প্রহ্লাদ, উদ্ধব, অমস্তুং দেবর্ষি নারদনা প্রেম হায়বত্নুগী মতৌদি অসিনি অস্তুম হায়না উৎলম্মী।"

হায়বিবী গোপী পূম্নমক অসিগীস্তু শ্রীকৃষ্ণদা অনুরাগ লৈ, অদুবু মখোয়গী মক্ষমদা তশেং তশেংবা প্রেম হায়বত্নুমক্তি পোকখিদে, করিনা—মপুবোইবা মচানচিংবদা মপুক্নাং খরদং হাপলুবদনী। মরম অদুনা মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী নাক যৌজবা ঙমখিদে, পূক্নং মচেৎ খরদং মপুবোযবা মচানচিংবদা খাইদোকলুবা অদুতনা মখোযগী অচৌবা পন্থিং ওইনা মমাঙদা থৎখি

অমুন্না তাইবঙ্পানবা অসিদা মিৎকুপ খুদীংগী থোক্লনতা লৈবিবা অসিগুম্বা মতৌবু খঙ্দ-উদবা লৈত্রবা মহর্ষিনা য়েকশিন্দুনা খঙ্বীরম্মী। মযুম মকৈ লিংত্নুনা লৈরিবা, তাইবঙ্-মীওইশিংগী ভাবধারা অদুবু নৈনত্নুনা য়েংলবদস্তু হাযবিবসি অত্নুম্মক শেংনা খঙ্বা ঙম্মা। নিপা ওইসন্নু, নুপী ওইসন্নু—কনাগুম্বা মী অমনা অরাপ্পা লংকৈদা তীর্থ যাত্রা তৌরুগে হায়বদি শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রীগোবিন্দ দর্শন ফংজরুগে অস্তুন্না লেপলে। মানা চৎত্রিঙৈ তুমিৎ নিনি হুমনিগী মমাঙদগী হৌনা মপোৎ মচৈ য়োমশিনবা হৌরকই; নম্বো-থাবো পূম্নমক মখূৎমক্না য়োমশিল্লি অদুগা মাগী মপূক অত্নুদদি শ্রীগোবিন্দগী দর্শন ফংজনীংবগী লাঙ্তক্রুবা অদুগা লোযনা লোয়ননা মচামশূনাচিংবগা মতম খরদি উন্নথরোইদবা অদুগী তুংনাঙ্বা মতৌ অমদি খোওই নমক খল্লুত্রবস্তু অত্নুম্মক থুপচাননা লৈ। মযুমদগী থোরক্লবমক্তুস্তু রাই শংজদে, অস্তুম অস্তুম লাপথোরক্তুনা মীরৈবাক লানশিল্লক্রুবা

ফাওবদা ময়ুমদা লৈহৌরিবা মচা মশূশিং অদুবু মুংশিবগী রাখলদি অমুম অমুম্নমুম কনখৎলকই ; অমুন্না খোঙথাং খুদীংগী ওইনা অহু-ম্মক পম্বিংম্ম লোয়ননা চৎমিন্নে। শ্রীধামদা য়োরবমক্তদম্মু অহু মঙাই, শুাইহাক অমা কাউরুরবম্মু হান্নগী হান্নহু অহুম্মক ওইরকই—পম্বিংনা মাবু থক থাদোকপা লৈতে। শ্রীগোবিন্দগী মণি-মন্দিরদা চঙলবা ফাওবদা মাগী পম্বিং অসিনদি মাবু থক থাদোক্তে। লু-তোংগী মশা অহুনা অমুন্না শ্রীবৃন্দাবন য়োথি অহুগা মাগী আত্মাদি (মাগী 'ঐ' অহুদি) সংসারদা অহুম্মক লৈহৌই। মহাক্না "রাধাকান্ত নমোহস্তুতে' অমুন্না মচীন্দা শোন্দুনা খুকমজগে হেক তৌরকপদা ময়ুমদা লৈহৌরিবা চহি নিপানগী 'রাধাকান্ত' কৌবা মচানিপা অতোম্বা অদুবু নীংশিংলক্তুনা হেক বপ্পমক্তদা মপুম থিৎলি। মরম অহুনা তশেংবদি মহাক অহু বৃন্দাবনদা চৎপা নত্রে, মাগী থমুংদা ফুমহুনা লৈরিবা মচা-মশু, ময়ুম মকৈনচিংবা বিষয়শিনা মাবু অহু-ম্মক তাম্না লৈহৌরবা ময়ুম অহুদা ফাজিন্দুনা থমলি। অহুগুম্বা মপুক্লীং অহুদি মাগী মথুন্দা, ময়ুমদা, ইংখোল-শংবন্দা, উখোঙ-বাখোঙ পুথী মপান নত্রগা লৌবুক-লমহাঙদা—ময়ুমগী মচা মশূনচিংবগা অহু-ম্মক তোৎনহুনা লৈবি।

অসিদম্মু নত্রি, বনা বনাগুম্বনা তীর্থ-যাত্রাগী থৌরাঙ পুন্নমক লোইরহুনা তবেপ্পা গুমিন্তা মানা চৎলমদাইমক্তদা মাগা লুনা তিন্নজবা মরূপ অমা লাক্তুনা 'চৎপা য়াদে' হায়না করি-গুম্বা খান্নবা থোক্লবা নত্রগনা খুদক অহুমক্তদা খঙহৌদনা থেংনরবা অফবা নত্রগা ফত্তবা অহুগুম্বা করিগুম্বা অমা হেক থোক্লরবদা মহাক অহু অহুম্মক চৎপা তোকলে। অসিগুম্বা পম্বিং পীররিবা চান্নবা মী নত্রগা খুদক্তা থঙহৌদনা থোক্লবা থৌদোকশিং—অসি পুন্নমক অতৈ করিম্মু নত্তে, হকচিন্না লুপশিনখিবা মপুক্লীং অহুনা মশক পান্দুনা চোংথোরকপা মুক্তি মক্তনি। করিনা, মানা করিদম্মু,

কনাগুম্বদস্মু মথরায় অতুনা পামশিল্লুবা লৈত্রবদি চান্নবা মী অতুনা নত্রগা খঙ্হৌদনা থোক্লবা থৌদোক অতুনা কৈদৌঙৈদস্মু মাগী লম্বী থংলবা ঙমলমলোইদবনি। মবম অসিদগী ঐখোয়না অতুম্মক শেংনা খঙ্বা ঙম্মী মতুদি—তশেং তশেংনমক মখোয়না ভগবৎ প্রেম অতু য়ৌবা ঙমদবি। সংসাবগী মাযা কোক্তরি, অতনা অকনবা পন্থিংনা থংলি। ইমুংদা ফাতুনা থমখিবী গোপীশিং অতুগীসু মতুমক থোকখি, মচানচিংবদা হাইফেংতংতা ওইরবস্মু মখোয়না লৈবা হুংশিবতু থা-দোকপা ঙমখিদে, মরম অতুনা মখোয়না লীলা-ভূমি ওইবা রাসস্থলী অতু য়ৌবা ঙমখিদে। মখোযনা মথক্তা হায়থ্রবী গোপীশিং অতুগুম্না অতৈ করি অমত্তুদস্মু পূক্নীং লূপশিল্লুবা নত্রবদি কনাগী পন্থিং অমত্তবু মখোযনা হন্না খক য়েংলমলোইদবনি; অতুমক্তুদা নমহানা থিংথ্র-বমকস্মু মখোয অতু হিংনদি লৈরবোইদবনি—লেপ্পমক মথরায় থাগদবনি।

নৈনথ্রিবশিং অসিদগী ঐখোযনা অস্মুম্না লেপ্পা যারে মতুদি—

১। নিত্যসিদ্ধা গোপীশিংগীদি মখোয়গী থম্মোই হুংদস্মু কবিগুম্বা পন্থিং অমত্তা লৈখিদে, মপান্দস্মু কনানস্মু মখোযবু থিংবানবা লৈখিদে; অতুনা অপনবা লৈতনা মখোয়না নাংজবা মফম য়ৌজবা ঙমখি।

২। নিত্যসিদ্ধা ওইবীশিং অসিগা সঙ্গ তৌজবা ফংলবী সাধন-সিদ্ধাশিং অতুদি মীরমলেনগী অপাম্বা কবিস্মু লৈহন্দবা ঙম্বদগী অশেংবা কৃষ্ণপ্রেমবু ফংখিবনা মবম ওইতুনা থম্মোইহুংগী পন্থিং করিস্মু ফংখিদে; চুম্নগী মপানথোঙ্তদা মরী লৈনবা মীনা মখোয়বু তুক থিংখিবা অতুগী মথৈতনি; অদুবু মতুদা মখোয়না মিৎচিনা ফাওবা হন্না য়েংলম্বা তৌদনা অনীংবা মায়কৈদা চৎখি।

৩। অকোনবগী সাধনসিদ্ধাশিংদি মহুংদস্মু খরদং হুংশিবা লৈবা অতুনা অথোইবা পন্থিং ওইখি, অমরোমদস্মু মচামশূনচিংবনস্মু মখোয়বু থিংখি। মচামশূনচিংবগী মফমদা লৈখিবা হুংশিবা মচেৎ থক্তীক

অদুনা পুনখিবনা মখোয়না শাগৈ নাতৈবী পন্থি অদুবু নমহৎচবা ঙমখিদে ; মরম অদুদগী ইমুং মনুংদা লৈনা লৈনা মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী রাখল তৌদুনা লেনখি। ৮

দুঃসহপ্রেষ্ঠবিরহ-তীব্রতাপধুতাশুভাঃ।
ধ্যানপ্রাপ্তাচ্যুতাশ্লেষনির্বৃত্যাক্ষীণমঙ্গলাঃ॥ ৯
তমেব পরমাত্মানং জারবুদ্ধ্যাপি সঙ্গতাঃ।
জহুর্গুণময়ং দেহং সদ্যঃ প্রক্ষীণবন্ধনাঃ॥ ১০

অনুবাদ। প্রিয়তম ওইবা শ্রীকৃষ্ণগা কায়নবগী থাঙ্-ঙমদ্রবা অরাবদুমত্তনা মরম ওইদুনা লাকহৎপগা লোয়ননা থম্মোইদুংদা শ্রীকৃষ্ণগী ম্ তিবু আলিঙ্গন কৎচদুনা মতম অমত্তদা অথোইবা নুংঙাই-বা ফংজখিবনা হায়রিবী গোপীশিং অসিগী মশাদা লৈনরা পাপমখেসু অদ্গা মখোয়না তানশিনজরকখিবা পুণ্যগী মখৈসু পুল্লপনা অচম্মক মাঙ্‌মিন্নখরে। মরম অদুনা মখোযনা অতোপ্পা নিপানি হায়বা খঙ্‌ন খঙ্‌নমক পরমাত্মাগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণদা মথরায ল্‌পখিদুনা খুদক্তা সংসার বন্ধনদগী (মায়াগী থৌরাদগী) নান্থোক্লনা গুণনা তিল্লবা অসিগুম্বা মাযাগী হকচাং অসিবু থাদোকখি॥ ১০

তাৎপর্য্যার্থ—"নাভুক্তং ক্ষায়তে কর্ম্ম কল্পকোটিশতৈরপি" হায়বদি অফবসু ওইসনু, ফত্তবসু ওইসনু—কম্ম পুন্নমক্কা ফল অদু চাবা লোইদনদি চহি কল্প-কোটি-চামা ফাওবদসু কর্ম্মনা খক লোম্বা লৈতে—মসি শাস্ত্রনা হায়বনি। মী অদুনা মানা তৌবা অফবা, ফত্তবা কর্ম্মগী চাং অদুগী মতুংইন্না অরাবা অমসুং নুংঙাইব ওইনা মহৈ চাগদবনি। খূদম ওইনা—কনাগুম্বা অমবু অপমান পীরুরবদি (তাথী তাওই তৌরুরবদি) লৈবাক নিংথৌগী রায়েন মতুংইন্না শেলগী জরিনচিংবা তৌই, পোৎ হুরাল্লুবগীনা কৈশুন শঙ্‌লেন্দা

লৈ অতুগা মী হাংলুরবদি মাগীস্থ মথরায় লৌই। অমরোমদা অমুক নিংথৌনা য়াবা থবক তৌরগনা প্রজানা মনা মথুম ফংবস্থ লৈ—মতু-মক্কীস্থ তৌরু তৌরুবা থবক্কী মতুংইন্না খেন্নবা লৈ। ফত্তবা তৌরুবগী দণ্ড ফংলবদি অরানবা তৌরুরিবা মী অতু মরানদগী কোকলে অতগা অফবা থবক তৌরুবগীদমক মনা-মথুম ফংলবদনা মীনা মাবু মগুণ চেনবা ওইনা শীংথানৈ। ঈশ্বরগী রাজ্যদস্থ নিয়ম অসিমক্কি ; থবক থবক্কী মতুংইন্না মতিক মতিক চাবা অরাবা নত্রগা ফুংঙাইবা অদুবু ফংলবদি পাপস্থ পুণ্যস্থ অতুম্মক লোইখরে। পাপ থজীক্তুং লৈরি-মখৈদি মুক্তি ফংবা থক ওইথোক্তে, অতুগুমতুনা পুণ্য মচেৎ অমত্তুং লৈবিভেদস্থ মী অতুগী থক মুক্তি ফংবা ওইদে। তৌইগুম্বস্থং শুকদেব-নদি স্বব অমুক্তা হোনবগী মতুংদা গোপীশিংবু মুক্তি ওইহল্লি, মতুগী-দমক মহাক্না মতিকচাবা মবম পীক্তম থোকই। মহাক্না হায়রি—
"চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণ কাযনবগী থাঙ্ভমন্দবা অবাব অদুবু থাঙ্জবতন গোপীশিংগী পাপ পুন্নমক মাংতন্ববা ওইখি।"

অস্থন্না ওইবা ভাববদি খুদক্তা হেক্তমক পাপ পুন্নমক লোইনা মাঙ্-খিবা হায়বসি যান্নমক নাইতে চাবা মওঙ্নি। তৌবিবা পাপ অতুগা চাং মান্নবু অরাবা থাঙ্লবদি পাপ অতু হেক্তমক কোকখি অদুবু গোপীশিং অসিগীদি পাপকী মচাংদগী অরাবা মচাংনা শক্তক চামতুম হেনগংখি। কৃষ্ণ দর্শনদা চৎচবা ঙমখিদবনা মখোযনা কয়াগী মতিক রাজখিবগে হায়বত্তু ভুক্ত-ভোগী নত্তনদি হাযবদি ভোগ তৌরুবগী কান্নদবতু থঙ্লবা অতুগুম্বা মীওই নত্তনদি কনানস্থ থঙ্লোই, থঙননবা তাকলুবস্থ ওই-থোক্তে। ভগবানবু ফংনবগীদমক্ত রাবা হৌনবত্তু শেংনা রাজরে—অতু-মক্তদা মাবু ফংবদি থক লৈতে, হায়রিবা অসিগুম্বা থাক অসি য়ৌ-শিন্নক্রুবা অতুগুম্বা মীওইশিং অদুতনা থঙ্গনি—চৈতন্য-চরিতামৃতদা কৃষ্ণদাস কবিরাজনা বর্ণনা তৌরিবা শ্রীচৈতন্যদেবগী বিরহ-বিলাপকী মতাং অদুবু পাবীবা ভক্তজন অতুমক্রস্থ হাইকেত্তি ভাব তাবীরমগনি।

অস্থুন্না খাঙ্-ঙমদবা অরাববু খাঙ্লবদি লোইবা নাইত্রবা পাপকী মপৈ অহুস্থ শোয়দনা তুমখি-মাঙ্খিগনি হায়বসিদা থোইনা থক চিংনিঙাই ওইদে। অতুগা মিংকূপ অমতুংগী মতমদং ওইরবস্থ সংসার অসিগী রাংমা শাস্থোকখিতুনা ঐকান্তিক ওইনা ধ্যান তৌজতুনা থস্মোয়স্থুংদা ভগবানগী আনন্দময়ী মুর্ত্তিবু শাগোন্নজবা ফংলুবা থোকপদা ঙাইহাক্কী ওইবা মুংঙাইবা অতুনা ফাওবা কয়াগী মতিক ওইবা হায়বতু করিগুম্বদা অসিগুম্বগী লাইবক অদূবু ফংনবিকবা মী অদুতনদি হেক্তুমক খঙ্বিরমগনি—অতোপ্পা অমনদি খঙ্গদবা নৈতে। অস্থুন্না মিংকূপ অমতুংগী ওইনা ফংলুবা মীরমলেনগী নত্তবা মুংঙাইবা অসিদা পুণ্যস্থ অতুম্মক মাঙ্খি হায়বসিদা চিংনফম নৈতে। অস্থুন্না গোপীশিং অতুগী পাপস্থ পুণ্যস্থ অনিমক অমত্তা নৈখিদে। শ্রীভগবানবু ফংবা হায়বসি কয়াগী মতিক তাঙ্না থোকপগে হায়বতু উৎননবগীদমক অনিগুম্বা অভিনয় অসিবু অবতারণা তৌরম্বনি (মতৌ অসিবু উৎলম্বনি)।

মথংদা শুকদেবনা হায়রি—জার হায়বদি অতোপ্পা নিপানি অস্থুন্না খন্ন-খন্নমক মখোয়না ভগবানদা অনুরাগ নৈখিবনা গুণন তিল্লবা মাগী মাগী রুপানগী হকচাং অদূবু থাদোক্রখি হায়বদি চঙ্না চঙ্নমক অতুম্মক মুক্তি ফংখি। অতোপ্পা নিপানি হায়না খন্নখন্নমক শ্রীকৃষ্ণদা অনুরাগ তৌবগবু বরমনা লাল্লিবনো—মসিগী রাফমনা পরাক্ষিৎকী রাহ-পাউথু। মতমদা ঐখোয়ন উংচগনি। হত্তীক অসিদা নৈনগদবদি ভগবানদা 'জার' হায়বা শব্দ অসি শীজিন্নরিবদি করিগীদমকনো রাফম অসিনি।

'জার' হায়বদি অতোপ্পা নিপা হায়বদি মশাগী মপুরোয়বমক নত্তবা। অতোপ্পা নিপা অমবু পামজুরবদি নুপীগী ধর্ম্ম মাঙ্ই, ভংশংবস্থ মতুনি, মযুম মযুমদা নৈরিবা গোপীশিংগীস্থ অসিগুম্ব ব্যভিচার (ওক্ত-শাজৎ-মতৌ) অনিমক থোকখি, মরমদি—মখোয়না

নিপা অনিগী মফমদা মপুরোয়বগী রাখল থমখি। মথোয়না তাইবঙ্ মপুবু য়োনা পামজরুবা ওইদুনসু মীরমলেনগী মপুরোয়বা অদুগী মফমদগি মপুরোয়বগী কা-দা লৈবা হৌনবা অয়োবী ভাব অদুদি ময়েং তাখিহ্নম থোকপনা ব্যভিচার (ওক্ত-শাজৎ-মতৌ) ওইহ্নম থোকপা মরম লৈরে। মীরমলেন অসিগী মতৌমকসু মদুনি, মপুরোয়বা লৈবী নুপীনা অতোপ্পা নিপাবু পামলুবা থোক্লবদি মাগী ধর্ম্ম মাঙ্‌ই, মীনা মাবু ওক্ত-শীংদা চৈগ্নে, শিরগসু মহাক অদুনা থক 'পতিলোক' ফংলুবা ঙমদে। অদুগুমদুনা কনাগুম্বা ভক্তনা জগৎকী করিগুম্বা পোৎ অমদা নত্রগা মী অমগী মফমদা থজাক্তংতগী ওইরবসু পামশিল্লুবা থোক্লবদি লাইরমলেনগী ওইবা অদুগুম্বা শেংলবা ভগবৎপ্রেমদা অমকপা হায়বত্ত ওইরকই; প্রেমতত্ত্ব খঙ্‌বশিংনা অসিগুম্বা প্রেম-মতা অসিবু প্রেমগী ব্যভিচার হায়না কৌনৈ; অসিগুম্বা ব্যভিচারি ওইবা প্রেম অসিনদি ভগবানবু থক হকথেংননা ফংলুবা ওইথোক্তে।

ভগবানবু হকথেংননা ফংগে হায়রবদি—হি অনি তোংবগুম রাখল লোঙ্‌লবদি থক য়াদে—কৃষ্ণসু নীংবা, তাইবঙ্ লোনচৎসু অদুম্মক ডাক্লা চৎপ। মদুদি থক য়াদে—ইশামক্লা হিবুংঙো মাবু শাগোন্নগে হায়রবদি নাকল অমদি থাদোকপা তাই—হায়বদি তাইবঙ্ লোনচৎ রাম লানবা তাই। অসিগুম্না য়ুমদা লৈহৌবী গোপীশিং অদুগীসু অনিচৎপা শাজৎ অসিগী শরূক থজাক লৈখিবনা ব্যভিচারি দোষ লৈখিবদগী শুকদেবনা জগৎকী মমুংঙোমকপু 'জার'—অতোপ্পা নিপা অসুম্না লৌদুনা ভাব তাহন্নবগীদমক ত্তাকপিরম্বতনি। মসিনা মরম ওইদুনা গোপীশিং অদুনা হকথেংনবা শ্রীমূর্ত্তি আলিঙ্গন অদু ফংখিদবনি। আলিঙ্গনমক ফংখিদ্রবসু মথো ন ভগবৎ-চিন্তা তৌজখিবত্তগী মহৈদি লেমনা থক মাঙখিবা লৈতে। অসুম্না ধ্যান তৌনা তৌনা মথোয়না গুণময় দেহ (অফ-ফত্তনা য়োম্বা হকচাং) অমদি দেহ-পানবা অমনি হায়বসিমক হেক পুমকাউ কাউথোকখিদুনা পরমপুরুষ ভগ-

বানগী রাখল্লদা তন্ময়তা ভাব লৈখিবতনা মরম ওইত্তুনা যোগী-গুম্না চঙ্ন চঙ্নমক লানক্তবা ফংখি। অদুগা কৃষ্ণগী নাক তাগ্না চৎনগ্রবী গোপীশিং অদুগীদি শেংলবা ভগবৎ প্রেমদা অসিগুম্বা অকায়বা—ব্যভিচারগী মতৌ অসি লৈখিদে। মখোয় অদুদি মীরম-লেন অসিগী রাখল পুমথা থাদোক্লগ্রবানি—মশাগী নপুরোয়ববু মপুরোয়বনি নীংখিদ্রবানি—অদুনা তাইবঙ মপুবু মখোয়না অশেংবা মপুরোয়বা ওইনা মখোয়না ফজখিবনি। ৯। ১০

শ্রীপরীক্ষিদুবাচ ॥

কৃষ্ণং বিদুঃ পরং কান্তং ন তু ব্রহ্মতয়া মুনে।
গুণপ্রবাহোপরমস্তাসাং গুণধিয়াং কথম্ ॥ ১১

**অনুবাদ।** পরীক্ষিৎনা হংলকই—হে মুনি অথাইবা-গুণ হায়রিবা গোপীশিং অসিদি মখোয়না শ্রীকৃষ্ণবুদি লম্ব অত্তমক্কি হায়না খঙখিবা নত্তে; চুম্নতগী খ্বায়দগী হেন্দোক থাইদাবা, অদুগুম্বা শরীরহৌনা নিপা অমনি হায়নতা খঙজখিবনি—অদুগুম্বা মখোয় অদুনা গুণগী মশক ওইরবা সংসার অসিবু কনদোন থাদোক্লখিবানো ॥ ১১

**তাৎপর্য্যার্থ**—গোপীশিংনা মুক্তি ফংখিবগী মরমদি—শুকদেব-না মথক্কী শ্লোকতা উৎপিখবে, মতুমক্তদা পরীক্ষিৎনা অসুম্না হংবা হায়বদি মুক্তি অদুমক্কী মরমদা অমুক হংলিবসিদি করিগীদমকনো? শ্রুতিনা হায়রি—"ইবুংঙো মাবু খঙজবতবু ডন্নবদি জীবনা হেক্তমক মুক্তি ফংই। মাবু খঙবা হায়বদি ব্রহ্মজ্ঞান অদুবু লৈত্রিমখৈদি মুক্তি ফংনবগী অতোপ্পা উপায় অমা লৈতে" অসিগুম্বা শ্রুতিগী রায়হৈ অসিবু নীংশিংত্তুনা পরীক্ষিৎনা অসিগুম্বা বাহং হংলকখ্রিবনি। ভগ-বান শ্রীকৃষ্ণনা পুর্ণব্রহ্মমক ওইত্তুনম্মু ইবুংঙো মাগী মীওইবা শক্তম অদুবু উবদগী গোপীশিংনা মাবু মীরমলেনগী মতৌ নত্তবা অদুগুম্বা

য়ৌনা শকফজবা নিপা অমা ওইনা নীংজখিবনি হায়বদি মথোয়-
অতুনা শ্রীকৃষ্ণবু য়ৌনা নীংথীজবা মশক মতৌগী মায়কৈতদা য়েংখি ;
অথোইবা মাগী মশক হায়বদি মহাক অসি সচ্চিদানন্দ স্বরূপ ওইবা
পরব্রহ্ম অতুমক্কি হায়বগী জ্ঞান অতুমক্তি মথোয়দা লৈখিবা নত্তে।
অ:শামদনা শ্রুতিনা অমুক হায়রি—"ব্রহ্মব খঙ্বা ঙমত্রবদি মুক্তি
ফংনবগী অতোপ্পা উপায় অমা থক লৈতে।" মরম অসিদগী পরীক্ষিৎনা
চিংনখিবনি অতুনা মতুগীদমক হংলিবনি। শ্রুতিনা হায়—"পুন্নমক
অসি ব্রহ্মনি ; ব্রহ্ম নত্তবা করিগুম্বা পোৎ অমত্তসু লৈতে, মখল কয়া
থোক্না তোঙান তোঙানবা পোৎ ওইনতা উরিবা অতুগুম্বা মী মহাক
অতুদি শিবগী মথংদা শিবা নাইতুনতা লৈ।" অসুম্না শ্রুতিনা হায়বা
মতুং ইন্না পুম্নমক অসিনা ব্রহ্মগী ব্রহ্ম ঙাক্তা ওইরবদি ব্রহ্ম নত্তবা
পোৎ অমত্তবু লৈত্রবনিনা সংসার অসিদা অমনা অমগী সেবা তৌরু-
বদা ব্রহ্মতগী সেবা তৌবা অতুম্মক থোকই। মী অতুনা উরিমথৈসু
ব্রহ্মতবু উরিবনি, তারিবমথৈসু ব্রহ্মতবু তারিবনি, মানা তংলিবা মহাক্ত
থ.দীংমকসু ব্রহ্মতবু তংলিবনি ;—অতুগা অতুমক্তদসু মুক্তি ফংবদি
কনাগীসু ওইদে—মসিগী মরমনা করিনো? মীওইবনা ব্রহ্মবু শেংলি,
ব্রহ্মবু চারি. ব্রহ্মবু তৈরি—অতুমক্তদা মথোয়না মুক্তি ফংত্রিবা করি-
গীনো ? মী পুম্নমক্না অসুম্না ব্রহ্মতগী সেবা তৌনরিবনিদি হায়ববু—
মথোয়না ব্রহ্মতবু চারি, ব্রহ্মতবু থক্লিদি হায়ববু—ব্রহ্মতবু শেংলি,
ব্রহ্মতবু তৈরিদি হায়ববু—মতু পুম্নমকপু ব্রহ্মনি হায়বসিমদি মথোয়না
থক খঙ্লুবা লৈতে, ব্রহ্মনি হায়না কনানসু য়েংনদে ; অতুনা মথোয়না
থক মুক্তি ফংবসু ওইদে। পোৎ পুম্নমকপু ব্রহ্মনি হায়না খঙ্বা ঙম্না
থোক্নবা অতু ওইরবদি পুম্নমক অসি মওঙ্ অমা ওইরমগদবনি,—
অফবা-ফত্তবা, য়েক্নবা-চান্নবা, ঐগী-মীগী অসিনচিংবা তোঙান্নবা রাখল
অসি থক লৈরমলোইদবনি অমসুং থাগৎপা, থীনা হায়বা, য়েংথীবা
হুংশিবা, অপাম্বা, পামদবা, অসিনচিংবা তোঙানবা রাখল অসি থক

লৈরমদোইদবনি। মরম অদুনা মশানা অতম্মক মুক্তি ওইকৃ-
ষ্ণম থোকপনি। মরম অদুনা পোৎ পুম্নমক্তা ব্রহ্ম ওইখিদুনমু
মদুবু ব্রহ্মনি হায়নবু খঙ্‌দুন্নবদি থক মুক্তি ওইবা লৈতবনা, ব্রহ্মমক
ওইদুনমু শ্রীকৃষ্ণবু ব্রহ্ম অদুমক্তি খঙ্‌দবা, চুম্নতগী মশক ফজবা নিপা
অমনি হায়দুনতা মাগী মফমদা তুক অনুরাগ লৈরুবা অদুনদি ফনমক
মাবু তন্ময়তা ভাবতা ধ্যান তৌরুদুনমু করম্নদি মুক্তি ফংলুগনি?
অসিগুম্বা চিংনবা থম্রিবা অসিবুনি পরীক্ষিৎনা হংলিবদি। শ্রীকৃষ্ণ-
লীলাদা পরীক্ষিৎনা চিংনবদি থোইদিং মথায় অমা ফাওবা লৈখিবা
নত্তে। শ্রীকৃষ্ণগী লীলাবু নাকোঙ্‌না তাজবা ফংনা ফংনা শিজখিবা
ওম্নবদি মুক্তি ফংগনি হায়বা থাজবগা লোয়ননা প্রায়োপবেশন (করিমু
চাদনা শিবা ওইবা) তৌরিবা মহাক্কি—অদুগুম্বা মানা বৃষ্ণগী মখাদা
চিংনরুফম কারিমু লৈবা নত্তে। অচম্বা মাওহশিংগী চিংনবা লৈহন্দ-
নবগীদমক লীলাপ্রিয় ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী অভিপ্রায় মক্তদা পরীক্ষিৎনা
অম্নম্না খঙ্‌দবা শাশিন্নবতনি। মথংদা হংলকদবা পরীক্ষিৎকী ৱাহং খুদোং
ঙকমু অসিগুম্বা অনাংবা অমমম লৈবনি হায়বসি খঙ্‌নগদব ওই।

শ্রীশুক উবাচ।

**উক্তং পুরস্তাদেতত্তে চৈদ্যঃ সিদ্ধিং যথা গতঃ।**
**দ্বিষন্নপি হৃষীকেশং কিমুতাধোক্ষজপ্রিয়াঃ॥ ১২**

অনুবাদ। মহারাজ! মসিগী মরমদি ঐনা হান্নমু তরেৎশুবা
স্কন্ধদা হায়খরে। চেদি নিংথৌ শিশুপালনা হৃষিকেশ ভগবানবু
(শ্রীকৃষ্ণ) য়েংখিদুনমু সিদ্ধি ফংখি হায়বদি নরদেহদগী (মীগী মশা ওই
বদগী) মুক্ত ওইদুনা বৈকুণ্ঠদা কাখি। (য়েরুবা ওইনা খনবা মহাকমক্তমু
অদু য়োৎবদা) ভগবানবু ফজবা, নীংথিবা ওইনা মপুক্নীংদা লাৎচবা
মখোয় অদুনা মুক্তি ফংখিবগী ৱাদি করিবু হায়ফম লৈরিবগে?॥ ১২

তাৎপর্য্যার্থ—শুকদেবনা মুন্না খঙ্ই, শ্রীকৃষ্ণগী মহিমাদা পরীক্ষিৎনা কবিস্থ চিংনবা লৈতে ; অদুগা মানা হংলিবা নাতৈ চাদবা রাগং অসিস্থ মহাক মশাগীদমক নত্তে ; অচম্বা মীওইশিংগীদমকনি ; মরম অদুদগী মহাক্তস্থ অচম্বা মীওইশিংবু রারকপিনবা মওঙ্দা পরীক্ষিৎকী মফমদা হায়ফেৎনা শাউশিন্নবা ভাব ফোংদোকখিবতনি। তাক্তুনা অমুক খঙ্হনথ্রবা হিরম অদুবু মপুক্তা নীংশিংজবা ঙমত্রবা অদুগুম্বা মীওই অহুদি তত্বগী মরম খক তারুদবনত্থম হেন্না কৈ। রাফম অমত্তবু হক্তিন হক্তিন অস্থম তাক্তুনতা লৈরবদি ওজা অদু শিবা তাই ; মতম ফনা চঙ্হন্দুনস্থ করিগুম্বা ফিরেপ অমত্তস্থ লোবা ঙম্ন-রোই। মরম অদুনা ব্যাকরণ তমগে হায়নবদি সংজ্ঞা অমদি স্থত্র-নচিংবা হান্নগী পাবাশিং অদু ফাবা তাই অদুগা লম-তু ওনবগী পাদম (তত্ত্ব) তমগে হায়বগনা মকোক্তী অহানব. সংজ্ঞা খরদি কাউদনা অদুম লৈবা তাই। অদুগুমদুনা তত্বগী রারম তাগে হায়রবদি হান্নগী রানম পুন্নমক নাংশিংফম থাকই। শ্লোক অসিদা শুকদেবনা পরী-ক্ষিৎপু হাইফেৎনা ঙাঙ্বা শানা অচম্বা মীওইশিংদা খঙ্হনবীবগী মওঙ্নি।

পরীক্ষিৎকী নাচংগী পাউথুমস্থ মসিতনা অদুম্মক ওইথরে। শ্রীশুকদেবগী পুক্নাংগী অপাম্বদি অস্থন্না তৌই মদুদি—মহারাজ! ব্রহ্মাণ্ডগী পোৎ পুন্নমকপু ব্রহ্মনি, অদুগা পোৎ পুন্নমক অদুবু ফজবা নীংথিবা ঙাক্তনি হায়না চুম্নগী ধ্যান তৌবতনদি কমদৌনবু মুক্তি ওই-রুগদগে ? অদুনা শ্রীকৃষ্ণবু ফজবা নিপানি অস্থম খন্দুনতা ধ্যান তৌ-রুবা অদুতনদি করম্না লানফম থোক্তিবনো 'অস্থন্না নহাক্তা খল্লি। অসিগুম্বা চিংনবা মচিংনা অসি অতোপ্পা মীওইশিংদদি ওইথোকপস্থ ময়াই অদুগা নহাক্তম্বা মীওইগীদি অদুম্না চিংনবদু খক মতিক ওইদে। চুম্বী, পুন্নমক ব্রহ্মগী ব্রহ্ম ঙাক্তনি, অদুবু কুয়োমনা য়োমশিনবা ব্রহ্মনি সৎ চিৎ অমস্থং আনন্দগী মশক্তা শুণ অহুম ওইনা ব্রহ্মগী মথক্তা

কুয়োম অহুম ওইনা যোম্লগা ব্রহ্মাণ্ড অসি ওইরিবনি ; মরম অহুনা মতিক চাবা বিবেকনা ( রাখলনা ) মরম ওইত্তনা কুয়োম অদূবূ হাং-দোক্রুবদি ধ্যান অমদি সেবাগী মওঙ্দা তোগে হাযবমথৈ তৌবা মীওইস্সু ফনা ওইসনু—মাগী ধ্যান নত্রগা সেবা অহু কুয়োম অহুতগী ওইত্থনা তোকই—মহুনা মাবু মুক্তি পীবস্সু থক ঙমদে। অহুগা শ্রীকৃষ্ণদি অহুগুম্বা কুযোম অত্ত যাওদ্রবা ব্রহ্মনি হাযবদি গুণ অহুমগী মশক ওইবা ভৌতিক পদার্থগী (লৈপাক ঈশিংনচিংবনা শাবা পোৎকী) কুয়োম অহু লৈতে, ইবুংঙো মাগী শ্রীবিগ্রহদি সচ্চিদানন্দময়নি ; মরম অহুনা ইবুংঙো মাবুদি ব্রহ্ম অহুনি হাযনা খল্লুদ্রবদস্সু, খন্নীংবা করিগুম্বা ভাব অমদবু খল্লবস্সু মঙোন্দা পূক্নাং অসিবু লূপশিঞ্জবা ঙম্লবদি হেক্তমক লায়না মুক্তি ফংই।

অসিমক্তদস্সু নহাক্না খঙ্বা মঙমদ্রবদি হে পরীক্ষিৎ নিংথৌ। খূদম উত্তুনা খঙ্হনগে তাও—করি খঙ্দ্রিবা অঙাং মচা অমনা নীংথিরবা লৈনি খন্দুনা অচাকপা মৈরীদা মথূৎনা লামলুরবদি মাগী মথূৎ অহু পোকপা তাবনি ; খোইহানি অস্সুম্না খন্দুনা কনাগুম্বনা হু থকচিল্লুরবদি মী অহুগী মথরায় মাঙ্বা তাবনি। অহুগা অমরো-দা মৈরিনি খন্দুনা মথূৎনা লৈহাও লৈরেনবু পায়রুরবদি মাগী মথূৎ অহু মনমহুম হুংশিগনি অহুগা ঈংবস্সু ঈংগনি, অহুগা শিজরগে খন্দুনা অমৃতবু হু ওইনা নীংহুনা থকলুরগনা শিবগী মহুত্তা অমরহুম ওইবা ফংই।

“নহিবস্তুশক্তির্বুদ্ধিমপেক্ষতে”—করিগুম্বা পোৎকী মশাগী লৈজবা শক্তিদদি জ্ঞানগী রা খোইনা চঙ্দে। মৈগী চাকথেকপা ঙম্বগী শক্তি অদূবু খঙ্দহুনা, মৈদা থূৎনা পায়রুবদস্সু মৈগী শক্তি অহুনা মাগী মথৌ অহুমক তৌরক্কদবা লৈ, খঙ্ববু ওইরবস্সু খঙ্দববু ওইরবস্সু মৈগীশক্তি অহুনা থক মদূবু হন্না য়েংলক্কদবা লৈতে। অমৃতদি শিদয়াই-নাদয়াইগী মশক্তি—হিংহনবগী শক্তিনা মাগীনি ; খঙ্দবা কনাগুম্বনা

মদুসু থংলুববদি অমৃতগী শিদয়াই-নাদয়াই শক্তি অদুনা মাগী মথৌ অদুম্মক তৌরক্কদবা লৈ ; মাবু খঙ্বনা কনানো খঙ্দবনা কনানো হাপ্‌বদু অমৃতগী শক্তি অদুনা মদোমদা থক থল্লুদে।

মতৌ অদুগুম্না মায়ানা শারিবা জগৎ অসিগীদি বন্ধনী-শক্তিনি হায়বদি ফাজিন পুনশিনবনা মাগী পাংগলনি। জগৎকী মুংদা থুপ্পুনা লৈরিবা পরমাত্মাবু অনুভব তৌদনা হায়বদি লৈ হায়বা খঙ্দনা শুইহন্নীংবা মওঙ্দা মাগী (জগৎকী) সেবা তৌ, অফা অপুনদুম নংগনি অদুগা সচ্চিদানন্দস্বরূপ ওইবা ভগবানগীদি মুক্তি পীনহৈবা শক্তিনি ; থন্নীংবা মওঙ্দা থন্থদুনা মঙোন্দা প্‌ক্লাংবু লুপশিঞ্জরবদি শোয়দনমক মুক্তি ফংগনি। হে নিংথৌ ! পোৎকী শক্তিনবু কদাইদা মাঙ্‌থিগনি ? ঈংলবা ঈশিংনা থল্লবা চফু অমগী মপানগী শরুক্তুদা লেকলুবনদি কৈদাইদসু খৌরাংবা কোক্কদবা লৈতে। ঐখোয় মীওইবনা মনুংদা ব্রহ্মতনা থন্না লৈবা অদুগুম্বা জগৎ তাইবঙ্‌পানগী মপানগী শরুক্তুবু অম্মুম লেক্তুনতা লৈবা হায়বদি মপানগী ওইবা ইন্দ্রিনা (মিৎ নাকোঙ নাতোন-লৈ অমদি উনশানা) গুণগী মশক ওইবা মদুগী কুয়োম অদুতবু য়েংদুনা, তাদুনা, নমদুনা, তংদুনা অমদি শোক্তুনা অম্মুম য়ানজবগী মথৈতনি। মরম অদুনা মখোয়গী ঈথৌ লাংনবা মতৌ অদু থক কোক্লবা ঙমদ্রিবনি ; অদুনা মখোয়না থক মুক্তি ফংবসু ওইদ্রিবনি। ভগবানগী শ্রীমূর্ত্তিদি সদ্‌ঘননি, চিদ্‌ঘননি, আনন্দঘননি—ইবুংঙো মঙোন্দদি করিগুম্বা গুণ অমত্তগী কুয়োমনা থক য়োমশিনবা লৈতে ; মরম অদুনা "যেন তেন প্রকারেণ" হায়বগুমনা অসিগুম্বা শ্রীসচ্চিদানন্দ-বিগ্রহনা থম্মোইনুংগা হেক হকথেংনবমক্তুদা মুক্তি ফংই—মসিদা চিংনফম থোকপা করিসু লৈবা নত্তে।

ঐখোয়গী পুক্নীং অসিনা মীরমলেনগী বিষয়শিংবু পান্নবদু তোক্তুনা থম্মোই-কাচিন য়োনা লৈতানা থম্বরবদি মনুং-থুপ্পা লৈরম্বা মুংঙাইবগী মশক ওইবা আত্মানা মদুদা মনি তারকই—তাররিবা

আত্মাগী মমি অদূনবু লেঙদনা অত্থম্মক লৈবীরবদি মুক্তি হায়ববু মহুনি, অম্মুম হায়বসিনা বেদান্তগী সিদ্ধান্তনি। নিরাকার ওইবা হায়-বদি—অসিনি হায়বা অরেপ্পা মশক অমা লৈবা নত্তবা—শক্লাইদবা অসিগুম্বা আত্মানন্দনা থম্মোইহুংদা মাগী মমিদং তারবা ফাওবদা অম্মমবু হেক্তমক মুক্তি ওইরবদি অদুগুম্বা আত্মানন্দমক্কী মশক ওইরবা শকনাইদবনা শক্লাইবারকপা হুংঙাইবগী শ্রীমুর্ত্তি অদুনা থম্মোইদবু লেঙদনা ঙানবাররবদি শোয়দনা মুক্তি ফংগনি হায়বসিদা করিদবু ঙকফম লৈরিবগে? অতৎপা লৈতনা অদুগুম্বা হুংঙাইবগী মুক্তি অদুত্তবু অম্মুম য়েংনহুনা অমদি য়োনা পানজবা অনুরাগগা লোয়ননা তত্তনা অম্মুম ধ্যান তৌজবতনা থম্মোইহুংদা থাঙ্গৈমক শেংনা আনন্দ মূর্ত্তি অদুবু য়েকশিনজবা, লাৎচবা ঙমতরবা অদুগুম্বা মাঙহৈশিং অদুদি ভাইবঙ মালং অসিবু মশানা অতম্মক কাউথাকপা ভেঙ্ঙাখ; মরম অদুনা মখোয় অদুগী মুক্তি হায়বহুম্নু অদুম্মক ফবা ওইবে।

নৃণাং নিঃশ্রেয়সার্থায় ব্যক্তির্ভগবতো নৃপ।
অব্যয়স্যাপ্রমেয়স্য নির্গুণস্য গুণাত্মনঃ॥ ১৩

**অনুবাদ।** হে মহারাজ! মানুষশিংগী মঙ্গল পানবীনবগীদমক অমাঙ অতা লৈত্রবা, মশক হোংবা লৈত্রবা (অব্যয় ওইবা), অসিনি হায়নহু তাক্কীঙাই লৈতবা (অপ্রমেয়—প্রমাণ তৌফম থড়্দবা), গুণাত্মা ওইবা (গুণগী মশক ওইবা) অমদি গুণাতীত ওইবা (করিগুম্বা গুণ অমত্তনা মডোম্দা চঙ্লুবা য়াদবা হাযবদি মাগী মগুণদি অম্মুম তৌই হায়নাংঙাই লৈতবা) অদুগুম্বা ভগবাননা পৃথিবী অসিদা মূর্ত্তি ওইনা ফাওবিরবনি॥ ১৩

**তাৎপর্য্যার্থ**—মহারাজ পরীক্ষিৎনা চিংনখি, ব্রহ্মগী মশক ওইরবা জগৎকী সেবা তৌবনা ব্রহ্মগী সেবা তৌবা থক ওইদ্রবদা শ্রীকৃষ্ণবু

মশর মতৌ ফজবা নিপা অমনি হায়না চুম্না খনবতনদি কমদৌনা মুক্তি কংগদৌরিবনো ? তরানিংথোই শুবা শ্লোকতা শ্রীশুকদেবনা শ্রীকৃষ্ণদি অনাবৃত ( কূপশিন থজিনবা লৈতবা ) ব্রহ্মনি—হেক্তুমক হকথেংনজবা য়ারবা—করিগুম্বা কুয়োম অমনা য়োমশিন্দুনা মরক খনবা লৈত্রবা অদুগুম্বা ব্রহ্ম অদুমক্তি হায়না পাউথুম পীরি। মসিমক্তদসু পরীক্ষিৎনা অমুক অম্সুম্না হায়রকপা থোক্লবা মতুদি—শ্রীকৃষ্ণদি অরেপ্পা শক্লাইবা মূর্ত্তি ধারণ তৌবতনি—মাবু করমনা কুয়োম য়াওহ্রিবনো ? অসিগুম্বা রাহং অ স পরীক্ষিৎনা হংনিংলম্বা য়াই খন্দুনা শুকদেবনা তরাহুম-দোই শুবা শ্লোক অসিমা অমুক শমথবা নকখি। মানা হায়রকই—মহারাজ! মীওইবগী মঙ্গলগীদমক্তা হাযবদি মুক্তি পানবিনবগীদমক্তা ভগবাননা মর্ত্তি ওইনা ফোঙ বিরবনি। ঐশ্বর্য্য (মতিক ময়াই), বীর্য্য ( থৌনা পাংগল ), যশ ( অথোইবা মিংচৎ ) শ্রী ( নীংথিবা মতৌ ), জ্ঞান অমদি বৈরাগ্য ( বিষয় ভোগ পামদবা, মাযা চঙদবা )—মখল তরূক অসিগী মমিংবু 'ভগ' হায়না কৌই. তরূক অসিগী অমত্তা পাত্তুনা লৈবদবু ভগবান ('ভগ' না তিনবা) হায়বনি—অদুগুম্বা মহাক্না তৌ ভমদবা কনিস্ত লৈ ত মতৌগা অমবোমদা মাগা নান্নবা থৌজানবী-হৈবসু কনাস্ত য়াওদে। কলিগী মীদি মবুদ্ধি যান্নমক থোদে, ইপঙ পঙই অদুগা রজঃ অমদি তমোগুণতনা থল্লি; ভগবানগী মপান নাইদ্রবা—নুংঙাইবগী মশক ওইবা মূর্ত্তিবু মথোযনা শক খঙবা উবা লৈতে, অসুম্না মাবু উবা, শঙবমক লৈরুদ্রবসু অমরোমদা লিংক্ষমদি লৈতে, নাস্থোকপা য়াদে ; মরম অদুনা থৌজাদগী ঈরেলমক্লা থৌজান-বীহৈবা পূকচেন্না তৎন-থানবা লৈতনা ঐথোযগী নুংদা থুপনা লৈবীবা ওইদুনসু মপান্দা তোপ তোপ্লবা—সচ্চিদানন্দ-স্বরূপমক্তদা মীওইবগী শক্তম লৌবিদুনা মালেম লৈকোয়থক অসিদা ফাওবিরবনি। ইবুংঙো মহাক্তি—শেত্তোকপা য়াদবা ওইদুনসু য়াবগুম্বী, হায়মম খঙদবা ওইদুনসু তোঙান তারবা মশক অমগুম্বী অদুগা মীরমলেনগী নত্তবা

তোপ তোপ্পা গুণ চেনবা ওইহুনসু মথবমচেনবী ওইবা মগুণ চেনবগুম্মী।

শ্রুতিনা হায়রি—"ব্রহ্মদি অফুনবা অচৌবা পোৎ (স্থূল) অমসু নত্তে, অণুসু নত্তে হাযবদি মিৎনা উবা ঙমদবা কুপগ্রবা পোৎ অহুম্সু নত্তে—অহুমদি ওইরগা মতম অমত্তদা স্থূলসু ওই, অণুসু ওই—অপৌরসু অকৃপ্পসু অনিমক অহুম্মক ওই। মরম অহুনা মহারাজ! ইবুংঙো মহাকপু লৈপাক্না ঈশিংনা শাবা অহুগুম্বা প্রকৃতিগী দেহধাবী অহু ওইনদি থক থল্লুগনু, সংসাব অসিবু পানক্রবা, নীংঙন্নক্তবতনা কপচবতদা মপুম থিংলবা, সংসারগী 'অরাবা' অসিদগী মুক্তি তানজরবা অহুগুম্বা মীওইশিং অদূতবু থোজানবীনবা ইবুংঙো মহাক্না অস্মুম্না ফাওবিরবনি। 'কঠ' কৌবা শ্রুতিদা ভগবাননা চৈতন্য-মূর্ত্তি লৌবিবগী রাফম তশেংনা ইরি; মহুগী অর্থদি—"অফবা পাউতাক্না, হৈথোই শিংথোইবনা অমদি তমশিনবনা, অনিগুম্বা আত্মা অসিবু থক ফংগদবা ওইদে, আত্মা অসিনা বরণ তৌবিবা হাযবদি মানা চানবিবা অহুগুম্বা মা অহুগী মকাতদা ভগবাননা ইবুংঙো মাগী নীংথিবা মতৌ অহু উৎপি।" মসিদা য়াওবিবা মাগা নাংথিজবা মতৌ হাযবদি তাশেং তশেংবা 'চিন্ময় বিগ্রহ' (চৈতন্য মূর্ত্তি) অদূবু হাযবনি। মী পুন্নমক্না খণ্ডনরবা বেদান্ত-বিশারদ ভাস্করানন্দ স্বামীনা হায়রিবা শ্রুতি বাক্য অসিগী মমৈগী শরুকপু অস্মুম' ব্যাখ্যা তৌবি মহুদি—"এষ আত্মা যং বৃণুতে অনুগৃহ্লাতি তেন লভ্যতে, কথং তত্রাহ তস্য ভক্তস্য এষ শারীর আত্মা স্বাংশুদ্ধচিত্তনূং স্বীকরোতীত্যয়মস্মাতি" হাযবদি আত্মা অসিনবু চানবীরবা অহুগুম্বা ভক্তগী মফমদদি শেংলবা ইবুংঙো মাগী চিন্ময় মুর্ত্তি অহু উৎপিহুনা, 'ঐ অহু অসিনি' অস্মুম হায়না হেক্তমক ভাকপিরৈ। অতোপ্পা শাস্ত্র অমদসু লৈ—

"চিন্ময়স্যাদ্বিতীয়স্য নিষ্কলস্যা শরীরিণঃ।
উপাসকানাং কার্য্যার্থং ব্রহ্মণো রূপকল্পনা॥"

হায়বদি মাবু নীংজবশিংগী কান্নজনবগীদমক পরব্রহ্মনা শঙ্কাইবা ওইনা কল্পনা তৌষ্ট হায়বদি ফোঙ্.বি। বচন অসিসু শ্রুতিগী রাহৈ অদুগা অমত্তুনি। শুকদেবনা হুজীক তাকপিরিবা অসিসু হায়রিবা বচন অনি অসিগা অমত্তুনি। মরম অদুনা পরব্রহ্মনা ঐকান্তিক ওইবা মাগী ভক্তবু থৌজানবীদুনা ইবুংঙো মাগী মশাগী ওইবা অদুগুম্বা চৈতন্য মূর্ত্তি অদু হেক হেক লৌবি। হায়বিবসি শ্রুতি, স্মৃতি অমদি পুরাণ পুন্নমন্নসু য়ানরবা রাফমনি।

কামং ক্রোধং ভয়ং স্নেহমৈক্যং সৌহৃদমেবচ।
নিত্যং হরৌ বিদধতো যান্তি তন্ময়তাং হি তে॥ ১৪

অনুবাদ। মরম অদুনা হে নিংথৌ! অপাম্বা, অশাউবা, অকিবা, লুংশিবা, নকুবা মবামতা থোক্নবা অমদি মাবু কিনা লুনা ভক্তি তৌ-রুবা অসিনচিংবা ওইহনজনী'বা করিগুম্বা ভাব অমদা ওইনা শ্রীকৃষ্ণবু কাউবা লৈতনা অসুম নীংজদুনতা লৈবা ভন্নবদি মাওইবনা তন্ময়তা ভাব হাযবদু ওতবকই॥ ১৪

---

তাৎপর্য্যার্থ—মসিবু তাবগা মী অয়াম্বনা অসুম্না হাযবিবা যাই মদুদি—হুজীক অসিদদি শ্রীকৃষ্ণবু য়েংথিবা মীগী মশাং রাৎপা লৈতে। অদু ওংববদি মখোয় পুন্নমক অহসু মুক্তি ফংলগদম্বা? নত্তে, মদুদি থক ওইদে। শুকদেবনা হায়রিবসিদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা করিগুম্বা অমনা কুপশিন খঞ্জিনবা তৌদনা সচ্চিদানন্দ বিগ্রহ ওইনা মর্ত্ত্য-লোক অসিদা ফোঙ্.বিরখিবা মতম অদুগী রানি। মতম অদুদদি ইবুংঙো মাগী শ্রীমূর্ত্তি অদুবু অদুম্মক পুন্নমক্না সংশঙ্.না উনবা ফংখি। পুক্নীং তিন্নদবনা তোপ্পা তোপ্পা উনরবসু অদুগুম্বা সচ্চিদানন্দ বিগ্রহগী শক-কম অদুনা মিৎতা ফাওজিনখিদুনা থম্মোইদা মমি তারুই; মরম অদুনা ইবুংঙো মহাকপু য়াবা নত্রগা য়াদবা ওইনা উনরবসু হান্না মথক্কা

হায়গ্রবা বস্তু-শক্তি (পোৎকী পাংগল) অচুতগী মপান্না মখোয় পূম্নমক অচুম লানজবা ( মুক্তি ) ফংই। হুজিক্কী মতম অসিদদি মাবু যেক্নবা ওইনা খল্লুবদি লাযবচুনা নীংজবা মপু ওইনা খন্নববা ফাওবদা পাক ৎেক মুক্তি ফংবদি ওইথোক্রে। মবমদি, মুক্তি পীনবৈবা, হুংঙাইবগী মশক ওইবা অচ্ণম্বা মহাক অমনা হুজীক্তুদি কনাগী থম্মোইদম্ সাম্নখিদরে, অমনা মুক্তি ফংবসু লৈতবে। অতমদি ওইবগা মপোক কযা কযাবক্তা মহাক্তবু খন্না খন্না অসুম লৈরনুবদি মাগী কৃপাতনা সচ্চিদানন্দগী হুং-ঙাইবা ঈহৌ অচু অসুম অসুম ফাওনত্নুনা, মতুমনা মুক্তি ফংজনবা ওইবকই। তৌইগুম্বসুং গোপাশিংগুম্বা অমদি শিশুপালনচিংবগী মতৌগুম্না ঐকান্তিক ওইনা ( পুক্নীং লোং নং—চপযুংনা ) খন্দুনলা লৈজবদি মপোক অসিমতুদম্ অচুংগীসু ে ং নুনা খুদকমতুংসু অচুম্মক মুক্ত ওইবা যাই। পুবাণ পাবগী খংবা ভস্মী—কংসনা বিজবতনা মবম ওইতুনা কৃষ্ণচিন্তা ংৌখি, অমুগা শিশুপালনা কল্লক-মীহৌ পুকচেলতনা কৃষ্ণচিন্তা তৌখি। অতোপ্পা কবিগুম্বা অমতুবু মখোযনা খক খনখিবা লৈতে। ভূবদা ঙিগ্নদা, ফদ্মর-চৎপদা, চাবদা, থকপদা কৃষ্ণতবু মখোযং। কাউবা লৈতনা খল্লি—মীবমলেনগী থৌদৌ-থৌওন্ড পুম্নমক্তা মখোযনা কৃষ্ণচিন্ত ভমক ংৌদুনা লৈখি। কংস অমদি শিশুপালগী রাবী ভাবণা মখোযবু ঐশোযনা কৃষ্ণ ংেৎখিবা কাওবুনি হাংনা নিন্দা তৌনৈ; অদূবু ঐখোযগুম্না চন্দন থিনবা, মালা শিবা ভক্ত গী মশীং কযানা মওঙ্ অচুগুম্না লোইবা শম্বা লৈতনা কৃষ্ণ-চিন্তা তৌ-নবা য়াওগ্রবগে? কাউবা লৈতনা য়েক্নবা ওইনা ভগবৎ চিন্তা তৌজবা ফংবা অসিসু মপোক কযা চঙনা তানশিনজনকপা পুণ্যগী ফলতনা ওই রিবনি। অচুগুম্বা পুনশিনজরকপা পুণ্য ফল অতুভনা অতৎপা লৈতনা কৃষ্ণচিন্তা তৌজবা ফংলবা অচুগা ততুনা অমুম কৃষ্ণচিন্তা তৌহুনত্তা লৈবদগী মমৈদনা তন্ময়তা ভাব হায়বসি য়োৎখংলদই। অসুম্না পরমা-নন্দদা তন্ময় ওইবা (লুপশিজবা) ফংবা হায়বগী অর্থদি 'মুক্তি' হায়বনি।

ন চৈব্যং বিস্ময়ঃ কার্য্যো ভবতা ভগবত্যজে।
যোগেশ্বরেশ্বরে কৃষ্ণে যত এতদ্বিমুচ্যতে॥ ১৫

অনুবাদ। মরম অতুনা মহারাজ! অথোইবা যোগেশ্বরশিং-মক্কীসু ঈশ্বর ওইবা, পোকপা নাইদবা অতুগুম্বা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা নঙ্না থক অসুম্বা ঙকলুক্কম থোক্তে; গোপীশিংগী রাদি থম্মু থমখিসি, অদুগা থম্মুহৈবা সাধারণ মীওইবগী রাসু তোকখিসি, মখোয় পুম্নমক্কী রাদি লায়বতুনা হাইফেকুন্তা ওইরবসু শ্রীকৃষ্ণগা মরী লৈনজরুবা ফাওবদা জগৎ পুম্নমক অসি পুনসান লানগদৌরিবনি॥ ১৫

তাৎপর্য্যার্থ—পুম্নমক্কা থওনরি, সমাধি য়োবা ফাওবা অষ্টাঙ্গ যোগগী হৌনবা সাধন পুম্নমক মথং মথং তৌরক্লবদি মীওইবনা মুক্তি ফংনৈ। যোগাসনদা ফমদুনা যোগীশিনা ইবুংঙো মাবু ধ্যান তৌনৈ, ধ্যান তৌনা তৌনা মঙোন্দা চিন্দুনা মাগী মা-মক হেক ওইশিনখিতনা মুক্তি ফংনরিবা অতুগুম্বা মহাক অতুমক্তি শ্রীকৃষ্ণ অসি। অদুগা যোগীগী ধ্যান তৌনফম পরমাত্মাগী মশক ওইবা অদুগুম্বা মহাকমক অতুনা সচ্চি-দানন্দ বিগ্রহ ওইনা অবতার তৌবীরবনি। চুম্নগী পরমাত্মা ওইনা ওইনা ধ্যান তৌজবতনসু মুক্তি ফংলিবা অতুগুম্বা ইবুংঙো মাগী তশেংবা শ্রীমূর্ত্তিমকপু ধ্যান তৌজরবদি শোয়দনা অতুম্মক মুক্তি ফংবা মশানা তাজবনি হায়বসিদদি কবিদবু চককন লৈবগে? শুকদেবনা ফোং-দোক্লোংলিনদি মসিতনুনি; মরম অদুনা মহাক্না ইবুংঙো মাগী মশক তাকপদা "যোগেশ্বরেশ্বরে" হায়বদি অথোইবা যোগীশিংমক্কীসু ঈশ্বর ওইবা হায়বদি মখোয়মক্কীসু ধ্যান তৌনফম ওইবা অতুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণনি হায়না বিশেষণ তৌরি হায়বদি মগুণ তাকপিরি। অসিগী মথক্তা 'ভগবান' হায়বা অতোপ্পা বিশেষণ অমগা অমুক্সু পীশিল্লি হায়বদি শক্তি পুম্নমক্কা তিনবা হায়রি। অসুম্বা শক্তি পুম্নমক্কা তিন্নবা মহাক্কী মকাদবু ঙকলুনীংঙাই ওইবা মরম করিবু লৈফম থোকপগে? অসিদসু নত্তুনা অহুম গুবা বিশেষণ অমসু

অমুক—"অজ" নত্রগা 'অনাদি' ওইতুনসু হায়বদি মাগী পোকপা নাইদবা অচৌবা লৈতবা ওইতুনসু ইবুংঙো মহাক্না মশাগী ইচ্ছা মতুংইন্না আবির্ভাব তৌবিররি। অনাদি ওইবা মহাক্না মনীং তৌনা ফাওবিররিবা মহাক অসিমক পরব্রহ্মনি। অদুগুম্বা পরব্রহ্মবু ধ্যান তৌজবদা মুক্তি ফংলগনি হায়বসিদা চিংনরুক্কম করিসু লৈতে।

শ্রীকৃষ্ণগী তত্ত্ব খঙ্লবা শ্রীধরস্বামীনা শ্লোকতা য়াওরিবা "যতঃ এতদ্বিমুচ্যতে" হায়বা রাহৈ অসিগী ব্যাখ্যাদা অমুম্না হায় মতুদি "যতঃ কৃষ্ণাৎ এতৎ স্থাবরাদিকমপি বিমুচ্যতে" হায়বদি উরী-রারীনচিংবা লেঙ্বা ওৎপা ঙমদবা ফাওবনা শ্রীকৃষ্ণ অসিতদগী মুক্তি ফংজবা ওইরিবনি। রাক্ষম অসিবু শ্রীধরস্বামীনা হেনজিন্না হায়রবনি অমুম্না ময়ামনা খন্নবিগদবা রা ওইনা থোকপা লৈ। থাজবতনা মরু ওইবা খ্বায়দগী ঐনা মতোল্লে অমুম্না চৎপা শাজৎনা য়ুম্ফম ওইনবা অদুগুম্বা ভক্তিগী লম্বাবু থাদোক্লম্নগা চিংনবনা হেল্লক্কুনা নাপনতনা মাঙ্ওইনরকপা অদুগুম্বা বিচারগী লম্বীরোমদা চঙ্শিনগ্রবা মীওইববুদি চুম্মী—ধরস্বামীগী সিদ্ধান্ত অসি হেনজিল্লবনি অমুম্না লৌবা য়াই। তৌইগুম্বসুং শ্রীকৃষ্ণবু ভগবান অদুমক্কি হায়নবু থাজবা ঙম্লবদি মতু ইরায় হেক্তা লায়রগদবা রাক্ষমনি। শ্রীকৃষ্ণবু স্বয়ং ভগ-বান অদুমক্কি হায়না মতুগী মতিক চাবা ভক্তি অত্ত ঐখোয়না থক কৎলুবা ঙমদে; অদুমদি ওইরগা শাস্ত্রনা হাযবা মতুংইন্না মহাকপু ভগবাননি হায়বতু অদুম্মক য়ানরি—মরম অসিনা ধরস্বামীগী সিদ্ধান্ত অসিদা ঐখোয়না করিসু য়েৎনুনীংদাই লৈতে।

সচ্চিদানন্দঘন-মূর্ত্তিগা হাইক্কেত্তুং মরী লৈনজরুবতদসু মুক্তি ফংই হায়বা রাক্ষম অসিবু য়েৌনমক থাজরুবা ঙমদ্রবা ফাওবদা চিংন-বদি লৈতে। বেদান্তনচিংবা শাস্ত্রনা তত্ত্ববু খঙ্জনীংবশিংগীদমকনি; অদুগা শ্রীমদ্ভাগবতনচিংবা ভক্তি শাস্ত্রনা উপাসনা তৌনবা লম্বী উৎপিবা লাইরিকনি। উপাসনাগী মরু ওইবা য়ুম্ফমদি থাজবা

( বিশ্বাস ) হায়বসিতনি। শ্রীকৃষ্ণগা সঙ্গ তৌজবতনা উ-রা-নচিংবা পাম্বাশিং অসিবু থাঙ্গৈমক শেংনা অরানবা খুভম ফংবা মকলা—অম্সুন্না বিচার তৌবরোমদা চঙ্শিল্লুবা তৌদনা মসিবু হেক্রুমক থাজবা ঙম্বীবা ভাগ্যবান ওইবা অহুগুম্বা মী মহাক অহুদি উপাল রাপালনা অম্সুমনা অরানবা খুভমবু ফংগ্রবস্মু, ফ খিদ্রবস্মু করি থোইদোক্কে—মহাক মশা অহুগীদি অহুম্মক লেপ্পা মুক্ত ওইরগদবনি ; মসিদা থক চিংনক্ম লৈতে।

মরু ওইরিবা রাফমদি—মীগী রাথন্না লামলূবা ঙম্ফদ্রবা অহুগুম্বা শক্তি পুন্নমক্না তিনবা ভগবান অহুগী মকাদদি রাৎনা হায়বা হেঞ্জিন্না হায়বা মওঙ্ লৈ হায়বা অসিগুম্বা রাঙাঙ্দি করিগুম্বদা হায়রুবা নত্রগা মসিমদি ঈবুংঙো মঙোন্দা ওইথোক্কবনি অম্সুম্না পূক্নীংদা খল্লুবা ফাওবা থক ঙম্ফম থোক্কে। ভগবানগী মশাগী ওইবা শক্তি, মশাগী ওইবা গুণ, মশাগী ওইবা মতৌক-মঙন—পুন্নমক অদূবু ঐথোয় মাওইবনা চীন্না হায়রুবা নত্রগা পূক্নাংনা খল্লুবা থক ওইথোক্কে—অহু ওইরবদি করিবু হেঞ্জিন্না হায়রুবা ঙম্ফম থোকলিবনো ? রাথলগী রাংমদা লৈগ্রবা ভগবানগী শক্তি অহুগী মরমদা ঙম্বমখে হেঞ্জিন্না হায়বস্মু ওইরো, মদূবু অচম্বা মীনদি হেনমল্লবনি হায়না খল্লগদি য়াই হায়ববু তংশংবদি হেঞ্জিনমল্লে হায়রিবা অহুমকস্মু ভগবানগী শক্তি অহুগীদি মরাক অমা ফাওবা য়োনা হায়রুবা ওইদে। মরম অসিনা শ্রীধরস্বামীনা ইবীরমলিবা অসি হায়জনীংমন্দুনা করিস্মু হেঞ্জিন্না হায়রুবা থক ওগদে ; মহু ভগবানগী অচিন্ত্য হায়বদি রাথন্না লামলূবদা থোক্লরোইদবা অহুগুম্বা শক্তি অহুগীদি মরীক্তা মরীক অমত্তগী রানি॥ ১৫

---

তা দৃষ্টান্তিকমায়াতা ভগবান্ ব্রজযোষিতঃ ।
অবদদ্ বদতাং শ্রেষ্ঠো বাচঃ পেশৈর্বিমোহয়ন্ ॥ ১৬

অনুবাদ। রাভাঙ্ হৈবা, পুন্নমক্তা [illegible] "বাক্য-বিশারদ-শিরোমণি" ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা [illegible] পুন্নক অহুনা ইপুংডো [illegible], লাক্লজরিবদুবু উরগা মখোযবু শুক্লাংপিগে অসুম্না খন্দুনা ফাগিগী মশক ওইবা ব'ঙাহ্ননা তাবপিবকই ॥ ১৬

তাৎপর্য্যার্থ—মথক্তা নৈনঙে, [illegible] (অপ্রাকৃত) ভগবানগী চরণবু ফংগে তানবা হাৎবনি [illegible] থবক তোনা স্মার্ত্তকর্ম্মচারীশিংগুম্বা মতৌনক্তি কাযবদি সাধক অহুস্ত থোঙ্গা-খুদীংগী পরীক্ষা পীবা তারিবনি (চাংযেং তৌবা)। গোপীশিংগী চাংয়েংদি বস্ত্রহরণগী মতমদা অমুক ওইখ্রে, মতুদা মখোযনা ভগ-বানগী আলিঙ্গননচিংবা এবিস্ত ফংখিদে; মতম অহুমগী ভসি অমুক হন্না মখোয়গী চাংযেং লোবিরি—

শ্রীভগবানুবাচ ॥

স্বাগতং বো মহাভাগাঃ প্রিয়ং কিং করবাণি বঃ ।
ব্রজস্যানাময়ং কচ্চিদ্ ব্রূতাগমনকারণম্ ॥ ১৭

অনুবাদ। হে লাংবকফবা পুন্নমক। ঐ অদুদা নখোয়না করিদা শাজিন্নবিনাংবা লৈবগে? লম্বাদা নখোযগী অপন-অহুম্ব করিস্ন নংলক্তেননা, ব্রজ অপুম্বগীস্ন মঙ্গল ওইরিদনা? নখোয়না লাকপীবগী মরম করিনো ঐদোম্না হায়বিযু ॥ ১৭

তাৎপর্য্যার্থ—শ্রীভগবানগী ফাগি-রাভাঙ্ হায়বন্থ মসিমক্তি। মশামক্তা মানা কৌবিরে অহুগা মশামক্তা মানা অমুক মখোয়দা করিগীদমক লাকপনো হংলি। মসিদি ফাগি হৈবা মীগী রস চেনবা কাব্য রসকী মর্ম্মক ॥ ১৭

রজস্যেষা ঘোররূপা ঘোরসত্ত্ব-নিষেবিতা ।
প্রতিযাত ব্রজং নেহ স্থেয়ং স্ত্রীভিঃ সুমধ্যমাঃ ॥ ১৮

অনুবাদ। হুজীক পেঙ্‌লবা অহিং মতমনি, অকি অথংনবা পনবনি, শাহিং চাবা শা-কৈতনা মচি খূনা সু শীনবা থুংনা কোয়না চৎনরিবনি। হে নৌংথিবা পুন্নমক। অসিগুম্বা মতম অসিদদি নুপী ওইবীনা মফম অসিদা অমুম থক লৈথোকপা হোনদে। মরম অতুনা ব্রজদা অমূক হন্নবিখরো ॥ ১৮

তাৎপর্য্যার্থ—ভগবৎপ্রেমগী পরীক্ষা তৌগৎলক্লে। কনাগুম্বা অমবু করিগুম্বা বিষয় অমদগী থামগে নত্রগা তোপ্পনগ হায়রবদি অদিবা অমা উকুনা কিহনবা তাই। মক ওইনা অকিবা মথল অহুম ওই মতাদ—থরায়গী অকিবা, সমাজগী অকিবা অমসুং ধর্ম্মগী অকিবা। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগী মফমদা লেবা ঐকান্তিক ওইবা প্রেম অদুবু চাংযেংবীগে হায়দুনা ইহান হেক পানবমক্তদা থরায়গী অকিবনা কান্না উৎপিবি। মহাক্না হায়রকই—হুজীক অহিং মতমনি অমসুং অশূকপা উমং-রামংদা শওম-কৈ-নচিংবা শাহিং চাবা শাশিংনা মায়-কৈ মরিমক্তা কোয়না চাক্তানবা মতমনি, অমরোমদসু নখোয়গি নিপাসু নক্তে নুপী ভাক্তনি, পাংগল শোনবীনি—অদুগুম্বী নপাংগল লৈজদবী নখোয়না অসিগুম্বা মতমদা অসিগুম্বা শুদোং থীনীংঙাই ওইবা মফম অসিদা অমুম থক লৈথোকপা হোনদে। মফম অসিদবু লৈরবদি শোযদনবক নখোয়গী নথরায় মাঙ্‌গনি, অদুনা নয়ুম নশাই ডম্নখরো, নমায ওন্নখরো চৎলো।

জীবনা, ভগবানবু ফংনবগীদবক মশাগী মথরায় ফাওববু কখোক-চনবা থোরাঙ্‌জরকপা অসিগুম্বা মিৎকুপ্তা লেপ্নমক মহাক্না ভগবানবু ফজবা ওই। ভগবাননা চাংয়েংবীরি—গোপীশিং অসিনা ঐগীদমক মথরায় ফাওববু করিসু লৈতনা থনজবা ভমলবরা ভমত্রিবরা, মখোয়না মখোয়গী মথরায়না চাউনা থনবরা নত্রগা ঐবুনা হেন্না লূমনা লৌবরা—

মসি খঙ্বিনীংলি। মীরমলেনগী নাযক-নাযিকা অনিনা তিন্নবা মতমদা নায়ক অতুনা মাগী নাযিকা অতুগী মপূক্লাং খঙ্নবগীদমক অকিবা উত্তুনা লঙ্নবগী চৎনবী মতৌ অমা লৈ। ঙসিদি ভগবানমক্লা নায়ককী মওঙ্দা চান্নথোক্নবা গোপাশিংগী মকমদা তাৎ তৌবা ফাগিগী মতৌনা লঙ্নখিবি ; অনিশুবা ফাগিগী মকুমদা মতুংদদি ভগবাননা ভক্তবু চাং যেংবীবগী মতৌ অতু ফুনলি। অসিগুম্বা চাংযেং মতা অসিদি গোপাশিংগী তা ন ত্ত—পবাক্সা অনিদি নঙ্গীস্থনি, ঐগীস্থনি, মাগীস্থনি, মাগীস্থনি ; পবাক্সা অসিদি ভক্ত ওইবা পূম্নমক্কীনি, পবাক্সা অসিদি জগৎ-শান্বা থুংলবা জব পানবা পূম্নমক্কনি, ভক্ত-সাধকশিংনা রাকম অসিবুদি খক কাউদনা যেকশিনবা লাংবা ওই ॥ ১৮

মাতরঃ পিতরঃ পুত্রা ভ্রাতরঃ পতয়শ্চ বঃ।
বিচিন্বন্তি হ্যপশ্যন্তো মা কৃঢ্বং বন্ধুসাধ্বসম ॥ ১৯

অনুবাদ। নখোয়বু পোকপা মমা-মপা, মচা-মশু, মনুং নৌপন অমদি নপুরোয়বশিং অমুনা নখোয়বু উদ্রবদগা হুজীক কোয়না থিনবল্লগনি, অদুগুম্বা লম। নশাগী শকহবা মাওইশিং অদুবু কানা নওুন্না থুংশা থিহনবা, অকিব পো কানবা তৌগনু ॥ ১৯

তাৎপর্য্যার্থ — এ হগী মবী-মতাগা পেন্নবা তৌবা হাযবসি ঐখোয পূম্নমক্কা ইথোকন, তশিন্নি ; থোক্দোক্লদি নুপী ওইবাশিংমক্কীদি অমুক্কা হেন্না তৌকম থোকপা নথোনি। ভগবাননা গোপীশিংবু অঙুংথা হোন লোনচৎ থুগাযবগী অকিবা উৎপিবি। মসিসু ভগবানগী চাংযেং পবগনি—গোপীশিং অসিগী মশাদা চৎনলোনচৎনা লুনা থোকনিববা নত্রগা ঐ অসিবুনা হেন্না লুম্না থনবরা অসিনি ॥ ১৯

দৃষ্টং বনং কুসুমিতং রাকেশকররঞ্জিতম্।
যমুনানিললীলৈজত্তরুপল্লবশোভিতম্॥ ২০

অনুবাদ। যমুনাগী ঈরিক পুরবা নামিবা-হুংশিং-ইপোমদা নোম-নোমলিবা উরি-উনা, পূর্ণিমা থাবলনা চামথোক্লবা অশাৎপা লৈতগী নীংথিরবা কানন ( উমং ) অসি পূম্নমক উরেদনা ; অতুমক্তুদা অস্থুম পস্থরিবা কৰিগীনো, হু জীক্তি ব্রজদা ডন্না হন্নথরো॥ ২০

তাৎপর্য্যার্থ—গোপীশিংদি শ্রীকৃষ্ণগী আলিঙ্গন ফংজনীংবগী হুং-ঙাইবা রাগদা তাউহুনা ডাওচৎবররুবী মরুনি। থরায়গী অকিবা উত্তুনা মথোয়বু ভগবাননা ব্রজদা হনখিনবা অস্থুন্না তাকপিররুবদা মখোয় পুম্নমক বজ্রনা পাল্লবগুমনা উচুক যুংবগুম যুংহুনা ইঙক হেক ঙকখি। ( লান হৈবা মীনা তেনগী খৃৎকাপ লোনশিল্লকপগুম ) অতুম তৌরিঙৈ অতুগী মথক্তা পরীক্ষা লৌবিরিবা ভগবাননা হৌন-লোনচৎ থাদোন্নবগী অকিবা উত্তুনা মযুম মযুমদা হন্নখিনবা অমুকস্থু হন্না হায়রকলি। গোপীশিংনা মহাক্কী ভাব অদুবু খঙজবা ঙমখিদ্রহুনা, নীংবা-কায়জরবীমক্ত ওইহুনা তরক তশোন্না মমিৎ তগুপ তগুপ পাঙহুনা অতুম লৈজখি—মথোয়না চান্নথোইবা মবুংহোগী মায়থোংদা চুন্না য়েংজবা ফাওবা ঙমখিদে। রসরাজ ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা মথোয়গী মতৌশিং অতু উর্বীবদগী মতোন লোম্বা ফাগী অমগা অমুক তৌবিরক্লে। মসি-মক্তি পরীক্ষা নত্তে—হুংশিবীবনা থল্লবা অতুগুম্বা ফাগিগী মশক্নি। চান্নরবা নায়ক নায়িকা অনি তিন্নবা মতমদা মথোয় অমগী মায়কৈ-দগী অস্থুন্না তৌনবসি মহৌশাগী ওইবা মতৌনি। মসি শ্রীমদ্ভাগ-বতকী মহুংদা যাওবা কাব্যগী অংশনি। শংদাক খঞ্জিন হৈরবা জ্ঞানী-শিংনা ভৌতিক পদার্থ ( মৈপাক্না মরী লৈনবা মায়াগী পোৎ ) মখৈগী মহুংদস্থ ব্রহ্ম অতুম্মক লৈ হায়বা খঙবগুম, ভক্তনা পাম্ন-নীংঙাই ওইরবা কাব্য রসকী যুম্ফমতদা শ্রীকৃষ্ণগী নত্তবা অতুগুম্বা শেংলবা প্রেম-রস অদুবু মহাউ তংনজবা ফংই। মরম অতুন কাব্-

ইবুংঙো মাগী মনাক যৌথৰী গোপী পুন্নমক অতুদি মচা-মশূ পোক্কবী অঙাং চেন্দবী মক্তনি। পোক্কবা মৰনস্থু নৈতে। মৰমদি—মপুবোইবা-গা হকপান্নবগী থবক তৌদনা (স্বামী-সহবাস-নত্তনা) থক মচা পোক্কে, মখোয় অসিগীদি অতুগুম্বা মপুবোযবগা হকপান্নবা মতৌহু থক থোকখিবা নৈতে। মাগী মাগী মপুবোযববু থক মখোযনা মপু-বোযবনি হায়না খনখিবা নৈতে—অতুনা হকপান্নবগী রাখলদি যান্না লাপ্পা নৈখ্রে। হায়বিবী গোপীশিং অসিগী মপুবোযবশিং অতুনা কান্ন বাবিগুম্বদা হেক ঙকপনা থেংথিবা কযানি। মখোযনা মাগী মাগী নূপীবু কবি কবিগুম্বদা শ্রীকৃষ্ণগী থোগন তৌতনা নৈবম্বা থেংনরুবদগী শাউবনা তপথকম খঙদবমথৈ মযুমদা চঞ্জিল্লকপদা মাগী মাগী নূপীবু ইমুংগী থবক থনাত্তদা মথো চিন্না নৈ অম্পত্তু উবদা পূমঙক হেক ঙক্লবা ওইখি। (কবম্ববুনো মখোযনা থাংগাদবনি—আদগীহুরা সিদগীসিবা, কবম্বনা অচুম্বনো ববম্বনা অৰানবনো ?)

মসিদগী ঐখোযনা খংবা ঙম্মী—শ্রীবৃন্দাবনদা নৈবম্বসি গোপী মখল অনিনি—মায়ানা ওইবী (মায়িকা) অমদি নিত্য-চিন্ময়ী (অংশংবা)। মখল অনি অসিনক নশক নংতাদা থেন্নবা কনিস্থু নৈতে, চপনাইন্ন, গোপীশিংনা পাঙখিবত্ত মখল অসিগুম্বনি; চিন্ময়া গোপীশি অত্তায় শ্রীকৃষ্ণগা নাক্তদা লোৎপনা অতুম্মক থোগন তৌতুনা নৈ। তাবম অসিদা অমুক্তা হেন্না শেংনা মবাং নাংনা কোন্না অমুক নৈনবকখিগনি। পরীক্ষিৎ মহারাজনা রাস-লীলা তাবা লোইবগা শাগী চিনবা কোক্লবগীদমক হংনবখিবা রাহংগী পাউখুমদা শ্রীশুক-দেবনা মাবু খঙহন্নবা তাকপিখিবশিং অতুগী তাঞ্জাদা ঐখোযস্থু অঙম্ব মতমদা ব্যাখ্যা তৌতুনা নৈননবা হোৎনগনি। মসিদি যান্নমক লুবা মতমগী রানি অহুনা মসিগী মৰমদা সজ্জনশিংবু পেন্সহঞ্জবা ঙম-গনি ঙমলোইদি খঙদে। অতুম ওইনমক, তত্ত্বগী রাফম খঙনবা তানবা তাববদি মহুগী মরুদা হাইফেৎনা থাজবা থম্বা হাযবা অমদি চঙই।

অথবা মদভিস্নেহাদ্ ভবত্যো যন্ত্রিতাশয়া।
আগত্যা হ্যপপন্নং তৎ প্রীয়ন্তে ময় জন্তবঃ ২২

অনুবাদ। অত্তুগা অমবোমদা ঐ অসিবু কবিগুম্বা অনুরাগ লৈবীহুনা মতুগী খুৎচি‌ংতনা লাকপীবনক ওইববদি যান্নমক ফরবনি, চিংনরুফম লৈতে, কবিনা হাযববু—থবায পানবতবু ওইরবদি মখোযনা ঐগী ইকাদা পেন্নজবা শাক্তনি॥ ২১

তাৎপর্য্যার্থ—বাহৈ অসিগীনা অমুক ইফোং ফোংনা পুন্নাং থৌগৎপিবগী মতৌমক্তা তিল্লবদসু কবি লৈতবা অচম্বা জীবগী মতৌনা খুদম ওইহুনা গোপীশিংনা লাকপবু যাবিবা উৎপা ওইনা পুকলৌ-পারোনা মখোযনা ওইনজবগী মৈবী অদুবু অমুশা হেন্না ফব-ফব হাই-হল্লি (হাযবদি থাং-ভনদবা মতৌনা গোপীনা মশা তনিক তনিকলি, চুন্নগী ওইনা-মৈদিদং হৌবগনি হজাত্তি যাডাড্ অসিন নৈবা মতে অদুবু ফর-ফব হাইহল্লি)। ২২

ভর্ত্তুঃ শুশ্রূষণং স্ত্রীণাং পরোধর্ম্মো হ্যমায়য়া।
তদ্বন্ধূনাঞ্চ কল্যাণ্যঃ প্রজানাঞ্চানুপোষণম্।
দুঃশীলো দুর্ভগো বৃদ্ধো জড়ো রোগ্যধনোঽপি বা।
পতিঃ স্ত্রীভির্ন হাতব্যো লোকেপ্সুভিরপাতকী। ২৩

অনুবাদ। হে যাইফবী পুন্নমক! লৈথ্প লোকোই লৈতনা নঙগী নঙগী নপুরোয়বা অমদি নপুরোযবগা মবা-মতাশিংগী সেবা তৌবা অমদি নচা নশূনচিংববু যোকপি থাকপি তৌবতনা নূপা ওইবী নখোযগীদি অথোইবা ধর্ম্মনি। মাবমলেন লাইবমলেন অনিংক্তা তুংডাইবা পানলিবা অচগুম্বী নূপাশি অচদি মপুবোযবশিং অচ। ফনমক মবমচৎ মাতৌ ফত্তহুনসু, ফনমক মবাইবক থাব ওইহুনসু শোন্দম-নাদম্বা, লাযববা ফনা ওইহুনসু পাপ তৌবনক নত্রবদি মহাক অদুবু থক থা-দাকলুফদে॥ ২৩

তাৎপর্য্যার্থ—ভারতবর্ষ অসিগী আর্য্য-নুপীশিংগীদি ধর্ম্মনা মথবায় মথবায়মক্তগীসু হেন্না লুনা তোনজবীনি অতুগা নোল্লকপা, মোং হাদবা, ইকাই থীবা অমদি ইমুংগী থবক-থনাতবু থরায় তানা নোমজ-লীকচ তোজবতনা মখোয়গী লোয়নরক্লবা, মশাগী-ওইবা অথোইবা-লৈতেং ওইনজবী মক্তনি। প্রেমণী চাংয়েং হৈবা ভগবাননা উরে—গোপীশিংনা ইবুংঙো মাগীদমক মথরায় ফাওবা থাদোকপদা নীংহন্নবী অমত্তা য়াওদে অতুগা নুপী ওইবীগী অথোইবা লৈতেংগী মশক ওইনরিবা অতুগুম্বা ইকাই ইকি অদুবুসু মখোয়না করি লৈত-বগুম লায়না থাদোক্লবা পৌরাঙলি, মরম অতুনা মথাঙ তাবা চাংয়েং অমা ওইনা হুজীক্লা মখোয়গী ধর্ম্ম মাঙবগী অমদি হৌন-লোনচৎ থাবগী অকিবা উত্তুনা অমুক য়েংবিবকলি। মপুরোয়বনা হিংলিঙৈদদি নুপীনা অতোপ্পা করিগুম্বা ধর্ম্ম তানবগী থবক অমা তৌরুবগী কান্নবা লৈতে; মপুরোয়বগী পেন্ননবা সেবাদং তৌজবনা মখোয়গীদি অতুম্মক ধর্ম্ম মথল পুন্নমক তানবা শকই; অমরোমদা, মপুরোয়ববুনা থৌশা-জগা ধর্ম্মগী থবক চামা চান্না তৌরুতুনসু মখোয়দদি মতুনা করিসু ফল ফংবা ওইদে. কান্নদে। অসিগুম্বা শাস্ত্রগী অভিপ্রায় অসি উত্তুনা ভগবাননা গোপীশিংবু থিংনবা হোৎনবীরকলে। রাস-লীলাবু তাবি-নীংবা অমদি শকপি শোনবীনিংবা মীশিং অতুনা নীংশিংবীগদবদি ভগবাননা গোপীশিংবু থামননবা থক হোৎনবিখিবা লৈতে হায়বসি-নি। গোপীশিংনা থক খাম্বা য়াগদবা লৈতে হায়বসি ইবুংঙো মানা খঙবিখিদবা নত্তে। ভক্তগী থম্মোইসুংদা ভগবানবু কোনজবা লাৎচবা ফংত্রিঙৈ, ফংলমদাই মিংকূপ অমত্তুংগী মমাঙদা জীব অমদি পরমাত্মা অনিমক্তা মখোল থোক্তবা আন্দোলন মওঙ অমা থোকপগী মতৌ অতুমক ভগবাননা লীলা ওইনা পুথোক্তুনা উৎপিবতনি—ভক্ত থম্মোইনা অন্তর্যামীগা অসুন্না কয়াগী মতিক অওক-অথোং তৌনা ঙাঙন-শানবগে হায়বগী মরম অতুদি সাধক-ভক্তশিংনা অতুম্মক থঙন-

বীরবা রাফমনি ; মদূবু ঐখোয়না খঙ্‌লুনবা নত্রগা খঙ্‌হজনবা শক্তি চেনজদে ॥ ২৩

---

অস্বর্গ্যমযশস্যঞ্চ ফল্গু কৃচ্ছ্রং ভয়াবহম্ ।
জুগুপ্সিতঞ্চ সর্ব্বত্র হ্যৌপপত্যং কুলস্ত্রিয়াঃ ॥ ২৪
শ্রবণাদ্দর্শনাদ্ধ্যানাম্ময়ি ভাবোঽনুকীর্ত্তনাৎ ।
ন তথা সন্নিকর্ষেণ প্রতিযাত ততো গৃহান্ ॥

অনুবাদ । যেংউ, শাগেগী মো ওইবা নূপী অমনা অতোপ্পা নিপাদা হুল্লানবা হাযবসি যায়মক তোনথবা থবক্তি অমবোমদা রাবৈ চেন্নবা মশক্তি—অকিবনু ফংনীংঙাইনি , অতোপ্পা নিপা সঙ্গ তৌববদি যুম্বাপ্লিবা নূপীনা হান্নবা লৈজবন্না মশাগী নিংচৎ অডু মাংলকই—মরৈবাক মারিবাক শানবা-থুংনা মীনা মাবুতা থানা ঙাঙ্‌নবগী লোইবা লৈতে অডুগা শিবগসু থক স্বগ ফংদে ॥ ২৪

ঐগী ইগুণ তাজবা ঐবু দর্শন ফংজবা ধ্যান তৌজবা অমদি ঐগী ইতিক ইগুণবু শবচ-শোঞ্জবনা ঐ অসিদা অনুরাগ পোকচবা ফংবডু ঐগী ইনাক্তা লৈবতনদি মডু থক হেক ওইথোবপা নত্তে ; মরম অডুনা যূম যুমদা হন্নখবো ।

তাৎপর্য্যার্থ—মসিদি মীবমলেনগী গুংশি গুংওন মতৌ অমদি লাইরমলেনগী ওইবা অডুগুম্বা এবুব-বস মখল অনিমক্কী মতৌ উৎপা মওঙ্‌নি । মীরমলেনগী নায়িকা অমনা অহানবদা নায়ক অডুগী মশক মগুণগী রাবম তাডুনা মাবু পাম্বতনা অমুম থিবক্লগা মশক উজবা ফংলকই ; অডুমদি ওইবগা মহাক অডুগা হেক উন্নডুনা মপুক মপুক হোদোরুদ্রিবমখৈদি লোইবা থম্বা লৈতনা মহাক অদূতবু অসুম খন্দুনতা লৈ অমসুং অসুম্না নাযক অডুগী রাতমক কাউংমদনা থল্লি—মসিবু 'পুর্ব্বরাগ' হাযনা কৌই ।

প্রকৃতিগী নত্তবা লাইরমলেনগী মধুর-রসদম্ মতৌ অসিমক্কা মান্নবা ভক্তগী মশাদম্ অসিগুম্বা পূর্ব্বরাগগী মতৌ অসি ওই। অহানবদনা গুরুগী চৌন্দগী ভগবানগী রূপ-গুণগী রা তাজবা, মথং তাবদনা মানা তাজবা ফংলিবা নীংথিবা রূপ অতুদা মুঙবা লূপচবা নত্রগা ভাবনা দর্শন ফংজবা, মথং তারকপদনা পুক্লীংদা উরিবা শক-কম অদুভবু পুক্নীং লোঙদনা ধ্যান তৌজহুনা অম্মুম লৈবা ; অতুগী মথং অমুক তাথরকপদনা শ্রীভগবানগী কথাতদা (লীলানচিংবতদা) মাগী মতম লেনবা। অম্মুন্না শ্রদ্ধাবান ওইবা (য়োনা থাজবা) অতুগুম্বা ভক্তগী কা-দদি অম্মুন্না ভগবানগী অনুরাগ অহু মরা তাবা ওইরকই ; মরা তাশিনথ্রবা অতুগুম্বা অনুরাগগী মতৌ অতুদি করিগুম্বদম্ থক চোয়থরকপা লৈত্রে অতুগা অসিগুম্বা লৈতারবা অনুরাগ অসিতনা মরম ওইহুনা মমৈদা মানা সাক্ষাৎ ভগবদ্-দর্শন ফাওবা ফংজরে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অচম্বা ভক্তশিংগী ভাব উত্তুনা গোপীশিংবু য়ৈথং-নবা হোৎনবিরি। শ্লোক অসিগী মতৌ মওঙ উরগা অম্মুন্না খল্লি মতুদি—ভগবাননা লোশিং য়াম্না তৌনা গোপীশিংদা ইবুংঙো মাগী পরিচয় (মশক মগুণ) তাকপিরি। ভগবাননা তাকপিনি—নখোয়না ঐবু ভগবাননি হায়না নীংহুনা নশা নশাবু কথোকচনীংলবদি নযুম নযুমদা হন্নথ্রগা ঐবু উদবগী অরাবা ময়াম অতুমক্তনা লোইবা নাইদব-মথৈ কপ্তুনা লৈজরু ; ঐ অসিগা হেক হকথেংনবদগীদি মতুনা হেন্না সুংঙাইজবা ফংগনি।

ঐখোয়দি ভগবানগম্ হকথেংনরুবা লৈত্রি অতুগা ইবুংঙো মাগা কায়নবগীদমক থম্মোই শেংনা কপচরুবম্ ফংদ্রি ; মরম অতুনা ইবুংঙো মাগা হকথেংনবনা করম্না সুংঙাইবা অতুগা মাবু কায়নবগী, মাবু কংদবগী অরাবহুনা কয়াগী মতিক অমুক সুংঙাইহন্নবা ওইবা—মহু অমত্তম্ করি অমত্তা খঙলুবা লৈত্রি, অতুমদি কনা কনাগুম্বা ভক্তশিং চৌন্দগী তাজবা ফংখিবদি—ভগবানগীদমক কপচবনা হেন্না সুংঙাইনবা

মশক্তি। অদুবু ওইবা তারবদি ভগবাননা তাকপিরিবসি অচুম্বমক্তি। অচুম্ববুদি ওইরে হায়ববু মীরমলেনগী নত্রগা অচুগুম্বা ভগবানগী আনন্দ-মূর্ত্তি অদুবু সংশঙ্না হেক উজবা ফংলুবা অচুগুম্বা মীশিং অচুগী মফমদা'দ হায়রিবসি থক ওইদে।

রসরাজ শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংবু মাগী মনাক্তা লাকরিবতু উরগা চাং যেংবীনবগীদমক তাকপিগ্রিবা ফাগী-রাঙাঙ্শিং অদুবু মহর্ষি কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাসনা শ্লোক তরাখক্তা লেংশিনবীবম্মী। মতু পুন্ন-মক মতমগী অনৌবা টীকাকারশিংনা ব্যাখ্যা তৌনবদা মপা লৈতনা হৈবা-শিংবগী মতৌ উনরি। শ্লোক থুদীংমক্কী ওইনা ভগবাননা থিংবা-খাম্বগী অমদি য়াবিবা লৌশিনবীবগী ওইনা লম অনি থোক্লা ব্যাখ্যা তৌনবনা হেন্না নীংথিবা অমদি হেন্না নাতৈ চানবস্ম ওইবে। অদুবু গ্রন্থকার মশামক্কী পুক্নীংদি মতু নত্তে হায়না ঐখোয়না খন্দবা ভমদে। রসিক শিরোমণি (খায়দগী হেন্না রস থঙ্বা) অমদি ভাবুক চূড়া-মণি (খায়দগী হেন্না খন্থহৈবা) ওইবা অচুগুম্বা বৈষ্ণব টীকাকারশিংনা (ইরাই হেক লায়না) রাখল রাংমগী ওইবা পোৎ হায়বদি ভগবান-মক্কী পূক্নীং-মতৌবু মপান্দা ফোংদোকপিরি। ভগবাননা লৌশিং কয়া পুথোক্তুনা গোপীশিংবু যৈথৎপা অমদি খাম্বগী থবক তৌরবস্ম ইবুংঙো মাগী পূক্নীংমক্কদি গোপীশিংনা অম্মুম্না লাকচরিবা মতৌ অসিবুদি হরাউনা অচম্মক য়াবীখি—রাফম অসি রস থঙ্বা অমদি খন্থহৈবা ভক্তমখৈনদি লায়নমক অচুম থঙ্বিরমগদবা লৈ। মহর্ষি বেদব্যাসনা শ্লোক তরা অসিদা ওইথোকখিগ্রিবা কাব্য-রসবু ফোংদোক-পিবা ওইচুনস্ম শুংগী অর্থদনা করম তৌনা ভগবাননা মনাই ওইবা সাধকক্কী সাধনবু চাংয়েং তৌবীরিবনো হায়বতু সাধক ভক্তশিংনদি অচুম্মক মথঙ্নবীগনি। অশেংবা মীরমলেন অসিগী নায়কমকস্ম অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদদি অসিগুম্বা ফাগি মতৌনা অরোনবা অচীকপা মফমদা লৈরিবা নায়িকাগী মফমদা মওঙ্ অসিমকুম্না হেক হেক

চাংয়েংনৈ। অসিগুম্বা ফাগিগী মশক ওইবা মীরমলেনগী হুংশি-হুংওন চাংয়েং অসিগী মতৌদা ভগবাননা লৌবিখিবা মীরমলেনগী নত্তবা-অহুগুম্বা-প্রেমগী চাংয়েং অদূবুস্ন খঙ্নবীগদবা ওই। হিরম খুদীংমক্কী ওইবা শিক্ষা পুন্নমক্তা অহানবমক্তদি নকলগী মতৌ তমলগা কোন্না আসলদা লাক্কদবনি (মতৌতমক মানবা, নত্তবা পোৎ-তগী কোন্না অশেংবদা তারক্কদবনি)। অহুম্নদি ওইবগা মহুগুম্বা ইনৎ নত্তবা নকল ওইবা পোৎ অহুমকপু অশেংবা (আসল) অহুমক্কি খল্লুরবদি তোকলে। মরম অহুনা হে রাসলীলাগী পাঠক পুন্নমক! মীরমলেনগী নায়ক-নায়িকাগীতা ওইবা অহুগুম্বা শক্কাক অতে মখৈবুদি থাদোকপিরগা হুংশি হুংওন মতৌ অদূতবু লৌশিনবীরবদি রাসলীলাগী মহাউ ফংনবিগনি—মমৈদনা অথোইব। হুংঙাইবা (পরমানন্দ) অহু ফংবী-গনি। মহুগীদমক্তনি, মী পুন্নমক্কা য়াইফনবতা খনবিবা মহর্ষিনা খঙ্-ফত্রবা অরুবা বিষযবু লায়না খঙ্হনবানবগীদমক চৎঙমদবা লম্বীদা লায়না চৎচবা ডয়বা—লৈতাদ্রবা পুক্কীংগী ওমচাক্লবা মৈরিনা চাক-থেক্লবা সংসাবগী মীওইশিংদা লেঙ্দ্রবা শান্তি পীবিনবগীদমক ভগবান-মক্কী ইচ্ছানা মবম ওইহুনা লাইরমলেনগী ওইবা রাসলীলাগী মথক থংখা শক্কপু (মথক্তা কাবা মপানবু) মীরমলেনগী ওইবা কাব্যরসকী মতৌতনা হেক তাউথোকহনবীরমলিবা।

ভগবানগী অনুবাগবু মশক খঙবিনীংলবদি জগৎকী মওঙ মতৌ মুন্না য়েংহুনা মহুগী ভাব অদূতং খঙলগা লোইবে। অহুগীদমক্তনি, য়ৌনা থৌজানবীহৈরবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মশামক্লা সচ্চিদানন্দ ওই-বীহুনস্নু জগৎ অসিগী ভাবকী মতৌ লৌহুনা ইবুংঙো মাগী ভক্তি তাকপিরিবা! য়ৌনা লাইবক থীরবা ঐথোয়নি, মরম অহুতনা সৎ-স্বরূপ ওইবা ভগবানগী দোষ লৈত্রবা অভিপ্রায় (মতৌ) ফাওববু দোষ ওইনা উনরি। ভগবানগী অসিগুম্বা ভাব অসিদি য়াম্নমক শেং-প্রবা মঙ্গল পীনহৈবনি—ঐথোয়গী থম্মোই অসিতনা নরক ওইবনি॥২৪

শ্রীশুক উবাচ

ইতি বিপ্রিয়মাকর্ণ্য গোপ্যো গোবিন্দভাষিতম্
বিষণ্ণা ভগ্নসঙ্কল্পাশ্চিন্তামাপুর্দুরত্যয়াম্ ॥ ২৫

অনুবাদ। শ্রীগোবিন্দগী শ্রীমুখদগী থোরবপা তাজনীংদ্রবা অসিগুম্বা য়াথংশিং অসি তাবদগী গোপীশিংনা নীংজবা কায়রবী ওইদুনা মথবায হামচংনবি অমসুং অশুম খনবতদা মখোয়না য়াখলগী চাংজো ফংখিদে ॥ ২৫

তাৎপর্য্যার্থ—কনাগুম্বী নায়িকানা নাযককা মফমদগী হবাউ হরাউ তৌবীবা মতৌবু উজরমলগা মহাক অহুমক্কা মচীন্দগী থম্মোইমক কায়বা য়াবা মওঙ্গী লৎন-রাহৈ অমুক তারক্রবদা সুংশি-সুংওনতনা থুক্কৎচরবী নায়িকা অহুনা মতম অহুদা মথরায রাজহুনা অশুম খনবগী লোইবা নাইদবা অহুগুম্বা মওঙ অহুমক মথর়ায়মক্তগীসু হেল্লবা চান্নথোইবা পবমাত্মাগী শ্রীমুখদগী গোপীশিংনা তাখ্রিবনি। প্রেমিক সাধকশিংনা মসিবু সাধনমার্গদা (সাধন-পরিং) চিংশিন-বীগদবা ওই।

---

কৃত্বা মুখান্যব শুচঃ শ্বসনেন শুষ্যদ্
বিম্বাধরাণি চরণেন ভুবং লিখন্ত্যঃ
অস্ত্রৈরুপাত্তমসিভিঃ কুচকুঙ্কুমানি
তস্থুর্মৃজন্ত্য উরুদুঃখভরাঃ স্ম তুষ্ণীম্ ॥ ২৬

অনুবাদ। ওমচাক্লবা অরা মৈশা লোযনরবা মপান্দা থোরকপা শ্বরনা য়ৈবদা অথাপোৎলুন্না নল্লবী গোপীশিংগী চীনবান থক-খা অহু প্রক-প্রক কংশিনখি—অমসুং কাজল-লোয়নরবা অহুগুম্বা মীৎকী পিরাং মরীনা থাবোম-লৈতেং কুঙ্কুম চন্দন অদুবু চামথোকহন্দুনা রা-ভাঙবা তৌদনা মরু লূক্লা লূক্লা খোঙবীগী খুজীন্না লৈপাক খোৎপা হৌরক্রে (খোংবীনা লৈয়ান্না ভুক্রাক্ক) ॥ ২৬

তাৎপর্য্যার্থ—শ্লোক অসিদা য়েক্লিবদি—অরা মৈশা লাংলবী নুপীশিংগী মতম অহুদা ওইবা হৌনবা মশোয়গী শকক্ষম অদূত-বুনি। মশর্মিনা সংস্কৃত লোন্দা য়েকপিরিবা গোপাগী শকক্ষম অসিমক্তি অতোপ্পা করিগুম্বা লোন অমত্তদগু অসুম্না খক মমি তাহল্লুবা পাক-হেক য়াগদবা নত্তে। অহুগা অত্তম্নবু ভগবাননা মখোয়বু লৎনবিরম-দ্রবদসু মতম অহুদা ওইরিবা মখোয়গী মপুক্লীং মতা অদুবু অসুম্না ফোংদোকপত্রসু খক ওইথোক্তে। অসিগুম্বা ফিবম মতা অসি য়োবক্লবতদা ভগবৎ প্রেমগী মরিদদি মযুন ফাবা হায়বহু ওইরিবনি। ভগবানবু ফংজনবগী মরীদা করিগুম্বা অসিগুম্বা ওন্ন-তৈনবা রা অমত্তং তাকুবা থোক্লবদি মথং মথং হাশিগৎচরক্লিবা অহুগুম্বা ভক্তশিংগী (আব্রাঢ়-ভক্ত) মক্ষমদদি অসিগুম্বা মতৌ অসিমক থোকলি-ওইরিবনি। না°থিনা মযুন মকৈ পান্দুনা সংসার ধর্ম্মতং ভাক্লগা লোইরে থনবা অহুগুম্বা মীওইনা মরল মথুমতবু যৌনা পামশিনবা, মপুক-লাওবা মীনা অথুম অহাউ চীঞ্জাক্তবু মিতাবা অহুগা মশাগী ইন্দ্রিতবু পেলহঞ্জ-নাংবী অহুগুম্বী মখোল কারকপী নুপীনা অতোপ্পা নিপাবু পাম্বতনা হেক থোয়রাঙবা—হায়রিবা মতৌশিং অসিগুমহুনা আরূঢ়-ভক্তগী ভগবৎ-সঙ্গ লালসাগী মতৌসু ( ভগবানগা তিন্নজনীংবগী থৌরাংবা মথৌরাংসু ) অহু অহুগুম্বনি নল্লগনা মহু মহুমক্তদগীসু হেঞ্জিম্না খাঙ্-ঙম ভাইঙমদবতনা প্রোক প্রোক হেক চাক্লিবনি। মরম অহুনা যুম-লিংবা মী, মপুক চাউবা চাগনবা মা অমদি কামগী রাথস্তনা লাক-হৎপী মখোন কাবী নুপী—মখোয় অসিনা মানা মানা য়োনা পান্ন-ভরিবা হিরমশিং অদুবু পাংথোক্লবগী নল্লগা মনীং থুংজনবগী লম্বীদা ওন্ন-তৈনবা য়ৈথায়-থিনগায়বগী মশক ওইবা রাঙাঙ্ শাঙাঙ্বু তারুরগা ওইরকপা হৌনবা অহুগুম্বা মতৌ অহুমক শ্রীভগবানবু ফংজনবা লম্বীদা হরাউ হরাউনা অসুম চঙ্শিনজরকপদা অসুম্না ওন্ন-তৈনবা রাঙাঙ্-রাতানচিংবা তারুবা থোক্লবদি অহুগুম্বা ভক্তশিং অহুগীসু

হায়রিবা মতৌ অসিমক হেক ওইবিবনি নত্রগস্থ মহুমক্তগীস্থ হেনজিন্না শোক্লিবনি। অসিগুম্বা ভাব অসিবু হুংদা য়েকপিরগা ভক্তশিংনা রাস-লীলাবু শ্রবণ তৌবীবা (নাকোঙ্‌না তাবা) নত্রগা শকপা-শোনবা তৌবিগদবা ওইএ। বৃন্দাবনগী রাখস্তদা হেক হায়বা অহৃগুম্বা ঐথোয অসিনা শেল ফংজগদবা লম্বীদা করিগুম্বা যৈথায়বা অমা থেংনববা থোক্লবদি থবাযমক শোক্লা হু'ঙাইনত্রিবনি। ভগবাননা লৎনবিবা মতৌ অসিনা গোপীশি গীদি মহুদগীস্থ শব্দক চামা হেন্না রাজনবা ওইখ্রিবনি। শ্রীভগবাননক্কী শ্রীমুখনা বাফম অসিমক মথংদা তাকপিরকখিগনি॥ ২৬

---

প্রেষ্ঠং প্রিয়েতবমিব প্রতিভাষমাণং
কৃষ্ণং তদর্থ বিনিবর্ত্তিত সর্ব্বকামাঃ।
নেত্রে বিমৃজ্য রুদিতোপহতে স্ম কিঞ্চিৎ-
সংরম্ভগদ্গদগিরোঽব্রুবতানুবক্তাঃ॥ ২৭

অনুবাদ। মথংদা শ্রীকৃষ্ণতবু খঙ্‌জবা, ইবুংঙো মাগী অনু-রাগতবু নত্তনা অতৈ অমবু থক থনজরুদ্রবী গোপীশিং অহুনা পিবাংনা থুক্ষৎলবী মমিৎ মমিৎশিংবু তৈথোব-নাম্ভোক্লরক্লে অত্তগা মাগীদমক্তা হু'ঙাই-য়াইফনীংবা বাখল অপৃম্বা থাদোক্লজবক্লিবা অত্তগুম্বা চান্ন-থোইজবা মবুংঙো বষ্ণ অহুমক্কা শ্রীমুখনক্তদগী অসিগুম্বা খঙ্‌ন-চান্নদবা মীওইতদা ঙাঙ্‌বি-শকপিক্ম থোকপা—হুংশিহৈত্তবগুম থোক্লবা রাহৈশং ওাসিবু তাজরবদা হাইফেৎ রাস্রৌচাস্তবী ওইনা অহিকপা খোস্বাঙ দা হংগৎচবকই॥ ১৭

---

তাৎপর্য্যার্থ—ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগী প্রেম-পরীক্ষা লৌবিনবগীদমক্তা যৈথংপা শানা তাকপিখিবা যাথংশিং অত্তমক্তি চুম্নগী মপানথোঙ্‌দা নাকোঙ্‌নদি তাজনীংদবা ওইনা থোক্লবদস্থ অমংবা নোংনা খঞ্জিনবা লংলবা পূর্ণিমা থানিনগী শেংক্তাত্তবা মঙানগুম

মশুং মহুংদদি পুক্লীংত্তম থোগৎপিবা অত্তুগুম্বা ফাগিগী মতৌদা শেংফাত্তবা মঙান অমদি অত্তম্মক ফোংদোকলি। মদুবু, গোপীশিংনস্থু হাইক্ষেৎতি অত্তম্মক খঙ্জখি হাযবত্তুস্থু শুকদেবগী রাহৈ অসিমক্তদা তাকলি। শুকদেবনা হায়রি--"প্রিয়েতরনিব প্রতিভাষমাণম্" 'কৃষ্ণনা, খঙ্ন-চান্নদবগুম ঙাঙ্থোকপিবকপা উবদা'—মসিনা তাকই, গোপী-শিংনা শ্রীকৃষ্ণগী য়ৈথৎপা রাঙাঙ্শিং অদুবু নুংশি খঙ্দবনি অস্থুন্নদি লৌথিবা লৈতে; খঙন-চান্নদবগী রাঙাঙ্ মতৌ মাল্লি হায়বসিতনি। অত্তগা শুকদেবনা গোপীশিংবু অস্থুন্না অমুকস্থু বিশেষণ তৌরি মত্তুদি; কিঞ্চিৎ সংরন্ত-গদ্গাদগিরঃ" হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী য়ৈথৎপা রাঙাঙ্দা গোপীশিংনা হাইফেৎনা রারৌজখি,—হেন্নদি শাউখিদে। গোপী-শিংনা, নুংদা ফুমলিবা পুক্লীং থোগৎপা মতৌনা তিনবা শ্রীকৃষ্ণগী ফাগি অদুবু খঙ্লমদবা থোক্লবদি ইবুংঙো মাপী ময়াথশিং অদুবু মখোয়নস্থু অত্তম্মক আশংবা নুংশি খঙ্দবগী মতৌনি অস্থুন্না খল্লম-গদবনি অত্তুগা ইবুংঙো মাবু হেন্না বারৌবা পুকচেলনা মখোয় পুন্নমক চৎনরমখিগদবনি।

চিৎকা জড়গা তিন্নরগা তাইবঙ্ পানবা পুন্নমক অসিবু শেম-লিবনি; মরম অত্তুনা জগৎ অসিগী শক্কক খরনা চিৎ (চৈতন্য-খঙ্বগী শক্কক) অত্তুগা শক্কক খর অমনা জড় (লেঙ্বা ওৎপা ঙমদবা) হায়বসি ওইরিবনি। অসিগুম্বা চিৎ অমস্থুং জড় অনিগী মশক ওইবা কনাগুম্বা মী অমগা অতোপ্পা কনাগুম্বা মী অমগা হকথেংননা শন্নবমক নত্ত্রবস্থু জগৎ-শীনবা থুংনা লৈরিবা চিৎ অত্তগা মীগী মশাদা শাগোন্নরিবা চিৎ অত্তুগা অমস্থুং জগৎ অপুম্বগী ওইবা জড়গী শক্কক অত্তগা মীগী মশাদা শাগোন্নরিবা জড়গী শক্কক অত্তুগদি নিত্য-সংযোগ ওইত্তুনা অত্তম্মক লৈ, হায়বদি খক তৎনবা-থানবা য়াদনা অত্তম্মক ইশম শন্নত্তুনতা লৈরিবনি। লোইবা খম্বা লৈত্রবা অহাঙ্বা আকাশ অসিগী শক্কক মচেৎ অমবু ফক্লাং থাত্তুনা কোয়শিল্লবদি

ফক্লাং মহু্‌গী আকাশ অতুগী মখৈভবু সুগনি অস্নুম্না ঐখোযনা খঙ্‌নৈ। লৈপাক-লৈমা অসিগী লৈমাযথক্তা অফবা, মযায ওইনা ফবা, ফত্তবা (উত্তম, মধ্যম, অধম) হাযনা তোঙান তোঙান খায়দোক্না লৈরিবা মশীং খঙ্‌দ্রবা য়ুমগী মখল কযা কযা অসিগী য়ুম খূদীংগী অমগী ফক্লাংগা অমগী ফক্লাংগা অমগা অমগা থক শন্নকবা লৈত্রবস্নু জড ওইনদি মখোয খূদীংমক অতু অতুম্মক শন্নবিবনি অতুগা ফক্লাং মহুংগী অহাঙবা আকাশকী শব্দকমখৈ অতুস্নু মহৈ মহৈ অতুম্মক শন্নরিবা ঙাকনি। মতৌ অতুগুম্না জংৎ-শীনবা থুংনা লৈবিবা মপান নাইদ্রবা চৈতন্য অতুগী শব্দক খবদংনা লৈপাক্না শাবা ভৌতিক-দেহ অসিনা থাজিন-কোযশিন্দুনা লৈথ্রবদি, হকচা হুংদ। লৈথ্রবা অতুগুম্বা চৈতন্য অদুবু ঐখোযনা 'জীব' অস্নুম্না খঙ্‌নখবে। দেহ অমগী শক্তম লৌবা (হকচাং নাইবা) মী অমগা অতুগুম্বা দেহ অমগী শক্তম লৌবা অতোপ্প কনাওম্বা মী অমগা মখোয মশেল থোইনা মবী-মতামক নংনকত্রবস্নু জড ওইনদি মী পুন্নমক্না মী-পুম খূদীংগা অতুম্মক মহৈ-মহৈ ইশম শন্নবিবা ঙাকনি। মসম অতুতননি, ঐখোয়না মী অমগী রাবদা রাবিবা, অমনা হুংঙাইরগস্নু অতোপ্পা অমনা হুংঙাইবা ওইবিবা। মী অমনা কপ্পা মতৌ উবগা অতোপ্পা অমগী মমিত্ত মপি শিন্নবকই, অমনা নোকপা উবগা অতোপ্পা অমগীস্নু নোক্নবা ওইবকই। অতুগা অসিগুম্বা অমনা রাবদা রাবা অমগী হুংঙাইবদা হুংঙাইবগী মতৌ অসি অযাম্বগী মফমদা লৈবা উনদবস্নু মযাওই—মসিস্নু অচুম্বা অমনি। দেহ অভিমাননা থা-না কুপশিন খনজিনথ্রবা শা-যণগুম্বা মখোয অতুগীদি অস্নুম্না থম্মোইগা থম্মোইগা তিন্নবদা লৈচিন-নোংফাই থাংবগুম পাক পাক হেক রায়শিন্নদে। মপান নাইদবা আতিয়াগী শব্দক খবদংবু অপাবা ফিনা খজিন্দুনা থম্নবদি—মহুগী মহুংগী আকাশ অদুগা মপানগী আকাশ অসিগা অমদি, ইমুং মহুংগী আকাশ অতুগা আকাশ মশেন্দি অমতা ওইনা

অদুম্মক শমনৈ হায়বসিদি তরংনা খঙ্নবা ঙম্মী। অদুগা আকাশকী শব্দক খরবু মথুল হৌদবা লৈপন্না, চেকপন্না কোয়শিনখ্রবদি মথুগী মহুংগী আকাশকী শব্দক্কা, মপানগী আকাশকা অমদি তোঙান তোঙানবা ইমুং মহুংগী আকাশকা শন্নবা অদু থদংনরকই—থিংনখি; অদুমদি ওইরগা মহুং মহুংদদি মশক উদনা শন্নবা অমদি অদুম্মক লৈরিবনি; অদুম ওইনমক শন্নবা কৌবা থবক অদুমদি রাংলবনি। মতৌ অদুগুম্নদুনা জীব-পূম্নমক্কী চিংকী শরুক মখৈনা মহৈ মহৈ অমগা অমগা শন্নবা ওইরবদস্তু দেহ-অভিমানগী মরমদা হন্থবা নত্রগা হেঞ্জিনবা মতুংইনা চৈতন্য-সংযোগকী মতৌস্তু অফোংবা নত্রগা ফোংদোক্তবা অস্তুন্না থায়দোরকই। দেহগী অভিমান হায়বদি দেহগী ৃাপন যাম্না লৈতবা অমস্তুং কুপ্পা (পৌদবা, চাউদবা) নত্রগা পাত্রিং পাবা অদুগুম্বা মহাক অদুগীদি চৈতন্য-সংযোগকী ক্রিয়া (থবক নত্রগা থৌওড্) অসি লৈ হায়বদি অতোপ্পা থম্মোইগী রাখল অদু মাগী থম্মোতদস্তু ফাওই; অদুগা দেহ-অভিমানগী কুয়োমনা য়াম্নমক থা-না লৈখ্রবদি হায়বদি দেহগা অমদি দেহগা মরী লৈনবা পোৎ-চৈতনা মাগী অথোইবনি খনবা অদুগুম্বা মহাক অদুদদি অসিগুম্বা চৈতন্য-সংযোগকী ক্রিয়া অসি লৈতে হায়বদি অতোপ্পা থম্মোইনা করিবু খল্লিবা মথু মহাক্কী থম্মোইদা খক ফাওদে।

মীরমলেন অসিদা ঐখোয়না তোয়না উবা ফংই মথুদি, কনাগুম্বনা কনাগুম্ববু হেন্না হুংশিবা; কনাগুম্ববু কনাগুম্বনা হেন্না পাম্বা কনাগুম্ববু কনাগুম্বনা হেন্না ভক্তি তৌজবা—অদুগুম্বা মখোয় অদুনদি মহৈ মহৈ অমনা অমগী অরাবা হুংঙাইবদু হেন্না থম্মোইদা ফাওনৈ। মপা-মমা ওইবনা, মচা ওইবগী, মপুরোয়বা নীংজবী নূপীনা মপুরোয়বগী অমস্তুং অফবা শিষ্যনা গুরুগী থম্মোই খঙ্বা ঙম্মী। মথুগী মন্নমদি, মখোয় মশেন্দি অমগা অমগগী মরক্তা তোঙানবা মওঙ্গী পোৎ অমনা মরক খনবা লৈতে; মরম অদুনা মখোয়গী

থম্মোই থম্মোইদা হায়বদি চৈতন্যগা চৈতন্যগা সংযোগ তৌনবগী (তিন্নবগী) মরক্তা থনবা কবিগুম্বা পোৎ অমতা যাওদে। মরম অদুনা কনাগুম্বনা কনাগুম্ববু থম্মোইমক শেংনা ষুং-শিরবদি মহাক অদুনস্মু মাগী থম্মোইগী মবোল অদুবু অতুম্মক থঙ্‌বা ঙম্মী—মসিদি শোয়জবনি। ষুংশিবা মানা ষুংশিবগী চাংয়েং ওইনা ফাগিগী মতৌদা অয়াকপা রাম্ব মহাযনৈ, রাইহে অদুনা ফনমক য়াক্তুনস্ত মহুগী মষুংদা ফুমলিবা ষুংগী ফাগি অদুদি মথস্তা অতুম্মক ফোংদোকচবকই। কৃষ্ণতনা থবায ওইনজবা গোপীশিংদি মখোয়গী পূক্নীং-হকচাং পুম্নমক থাকচবা লৈতনা শ্রীকৃষ্ণদা কচ্চপ্রবা মক্তনি—মাগী মাগী থম্মোইস্ত শ্রীকৃষ্ণগী থম্মোইদা হাপনজপ্রবা ওকনি; মরম অদুনা চান্নথোহবা ইপুংয়ো মাগী যাগি মতৌ অদুবু মখোযনা থক থঙ্‌খিদবা নত্তে অদুগা মখোযনা শাউদ্রনা মনুম মযুমদদি হন্নখিবা তৌদনা মহুগী মতিক চাব পাউপুমজনা পানমবা থীবাচ তৌপ্রিবনি। অতুন্নদি ওইরগা মখোযনা শ্রীকৃষ্ণগী ষুংগী ভাব অদুবু থঙ্‌ন-থঙ্‌নমক কোংনা থঙ্‌নবা মপানগী ওইবা অহকপা অৰ্থ চেনবা রাইহেশিং অদুবুদি থঙ্‌জবা ঙমখিদবনা কপচবা তাখি

মহর্ষি বেদব্যাসনা বেদান্তসূত্রদা অম্সুন্না হাযবি—

"লোকবত্তু লীলা কৈবল্যম" হাযবদি পরব্রহ্মনা ব্রহ্মাণ্ডবু শেম-লিবা অস্তাদি ঐখোয় তাইবঙ্‌গী মতৌগুম্না মানা লীলা তৌবনি হায়বদি শান্নবতনি।" অম্সুন্না শাস্ত্রগী বচন মতুংইন্না সৃষ্টিগী থবক্না মাগী শান্নবা ওইবা তাববদি—ঐখোয়না অম্সুন্না থঙ্‌ফম থোকই মহুদি—জগৎ সংসার অসিদা থোক্লিবা খুদোংথীবা, অকি-অথং থেংনবা অমদি করিগুম্বা মথলগী অমঙ্গল অমা হেক থোক্লবা—মহুশিং অদুস্তু ফাগিগী মর্শক ওইবা অহুগুম্বা লীলামর অদুগী চাংয়েং পরীক্ষা ওাক্তনি নত্রগা মানা শান্নবিরিবনি। মহাক্তি মিৎকুপ থূদীংগী লেপ্পা লৈতনা ষুংভাইবা লীচিংগী মশক ওইবা, বাঁশীগী ষুংশিবা থোম্বাঙ্‌না

জীবশিংবু মাগী মনাক তান্না কৌশিনবিরি—অদূগা মখল মখা অয়াম্বা অকি-অথং কয়া উত্তুনস্থু অমরোমদা অমূকস্থু থিংনবা হোৎনবিরি —অদূগা মতৌ যেংলগা মানা নোকলি। থাঙ্-ঙমদ্রবা অকি-অখং কয়াগী মনুংদস্তু ইবুংঙো মাগী মপান নাইদ্রবা থৌজান, মঙ্গলগী মশক ওইরবা পুক্নীং থৌগৎপিবগী মতৌ অদূগা খোয়থুম্নরবা ফাগি মত্তৌ—পূম্নমক অসিদি অহুম্মক হুংদা চেনবা ইচেলগুম ফুমহুনা য়াওরিবনি। অস্থুন্না ইবুংঙো মানা উৎপিবা মপানগী ওইবা কিহনশিন্নবা মতৌ অসিবু উবদা নীংহন্নবা তৌদনা অমরোমদস্থু হুংদাফুমলিবা মাগী থৌজাল, শৌগৎপিবা মতৌ অমদি ফাগিগী মওঙ্-অদূবুস্থু খঙ্বা তৌরুদনা মাবুতা ফংজনবগীদমক্তা গোপীগুম্না থুবম চেৎনা সাধনগী লম্বীদা অহুম্মক লেপ্তুনা লৈরবা অহুগুম্বা মহাক অহুতনা হুংঙাইবা চবুনগী শক্তম লোবা ভগবানগী আলিঙ্গন ফংজবা ঙম্মী। অসিগুম্বা লঙ্নবা ফাগিগী মতৌ ওইবা পরীক্ষা অসিদি খঙ্দ-উদ্রবা মতমদগী হোনা মপান নাইদ্রবা সংসার অসিদা মিৎকুপ খূদীংগী অহুম্মক তৌহুনতা লাকলিবনি॥ ২৭

শ্রীগোপ্য উচুঃ॥

মৈবং বিভোঽর্হতি ভবান্ গদিতুং নৃশংসং
সন্ত্যজ্য সর্ব্ববিষয়াংস্তব পাদমূলম্।
ভক্তা ভজস্ব দুরবগ্রহ মা ত্যজাস্মান্
দেবো যথাদিপুরুষো ভজতে মুমুক্ষূন্॥ ২৮

---

অনুবাদ। গোপীশিংনা হায়জরকই—হে জগৎকী মবুংঙো ওইবও! ননাই ওইজবী ঐখোয়দা অদূক হুংশিহৈতবা য়াথং তাকপিবদি মতিক ওইদে। ননীং তৌবনা নঙ্গী শরুক ওইবা হে নিপালক্তগী অথোইব-ও! ননাই ঐখোয়দি মীরমলেন লাইরমলেন

অনিমক্কী হুংঙাই য়াইফনীংবা পুন্নমক লোইনা থাদোকচরগা নখোঙ্ থম্বালতদা চঙ্জরক্লবী-নক্তনি। মবম অদুনা আদিদেব শ্রীনারায়ণনা মুক্তি পামজবশিংবু মঙোনদা লৌশিনবীবগুম ঐখোয়বুস্থ নঙ্না নকাদা লৌশিনবিয়ু; থাদোকপদি তৌবিগনু ॥ ২৮

তাৎপর্য্যার্থ—গোপীশিংনা কৃষ্ণদা কৌরিবা মীকৌ অসি ঈশ্বর ভগবানদা কৌবা হৌনবা অতুগুম্বা মীকৌনি—ঈশ্বরমক্তি হাগবহু ফোংদোকলি। মীরমলেনগী নুপী অমনা মানা প্রেম লৈজবা নিপা অমগী মফমদা অস্থুম্না কৌবা—অস্থুম্না ফোংদোকপা থক ভমকম থোক্তে। অদুমদি ওইবগা মপুরোযবা নাংজবা নুপীনা মপু-রোয়বহুনা মাবু লৎনবিরবদদি করিগুম্বদা মসিগুম্বগী মতৌগা হাই-ফেৎ মান্নবা ঙাঙ্লকপস্থ মযাই। গোপীশিং অসিদি শ্রীকৃষ্ণগী লুহোঙ্হুনা লৌবী নুপী অমত্তা নত্তে—মখোযদি অতোপ্পগী নুপী ... । রস-শাস্ত্রগী মতুংইন্নদি চান্নবা নিপাগী মফমদা চান্নবী ... অস্থুম্না ঙাঙ্বা শকপা তৌবদি রস অদুবু ময়েং তাহন-ব... থোকই হায়—মদুদি কৈদৌঙেদস্থ ওইথোক্তে। মরম অদুনা ... ঙমলে মতুদি; গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু ভগবানমক্তি নীংহুনা আশ্রয় তৌজবনি। মরম অদুতননি, ভগবাননা হান্নবা মখোয়দা উৎপিথিবা অকি-অথং পুন্নমক অতুদা মখোয়না করিস্থ থৌশারুবা তৌদনা ইবুংঙো মাগী চরণ আশ্রয়তবু মখোয়না নিজরিবসি। মপুমথিৎনা নৈথায়হুনা থন্থহৈবা মতৌনা থিরকপদা মীরমলেনগী ওইবা পোৎ পুন্নমকপু অরেপ্পা নত্তে, মিথ্যানি হায়বগী জ্ঞান অতু ফংত্রবদি অদুগা ইন্দ্রি পুন্নমক্কী পেন্নবা তৌববু করিস্থ লৈতবনি, কান্নদবনি হাযবগী অশেংবা জ্ঞান অত ফংলক্রবদি—অমরোমদা অসিগুম্বা ব্রহ্ম খঙ্বা হায়বসি থক ওইথোক্তে;—হায়রিবা মত অসিনা শ্রুতি অমদি বেদান্তগী অথেংবা সিদ্ধান্তনি (ফিরেপনি)। গোপীশিংনা মশক নাইবা পরব্রহ্মবু ফংজনীংথ.

১রম অদুনা মখোয়না হায়রকই—"পুম্নমক থাদোক্লম্নগা ঐখোয়না নঙ্গী চরণ খাদা চঙ্জরকপনি।" মীরমলেনগী চান্নবী নূপী অমনা মীরমলেনগী চান্নবা নিপা অমদা অশুম্না মশাগী পরিচয় পীজবা হায়বসি খক ওইথোকপা মওঙ্ নত্তে; করিনা, মাগী ইন্দ্রিগী পেন-জবা ওইনবগীদমক মাগী নায়ক অদুগী মফমদা চঙ্জরিবনি, অদু ওইরবদি মানা পুম্নমক থাদোকপা অমা ওইরে হায়রুনবা মরম লৈতে। অহোয়নতুম মাগী প্রার্থনা পুম্নমক অদু মাগী ইন্দ্রিনা পেনজনবগীদমক্তা ওইবনা অথোইবা মবমনি। মরম অদূনা গোপী-শিংগী রাহৈ অসিনা যান্না রাংনা লৈগ্রবা অতুগুম্বা ঈশ্বরগী মফমদা লৈবা অনুরাগগী মতৌমক শেংনা ফোংদোকলি। অদুগা অমুকস্তু গোপীশিংনা খুদম পীরি—"আদিদেব নারায়ণনা মুক্তি পামজব-শিবু মতোন্দা লৌশিনবীবগুম নঙনস্তু ঐখোয়বু লৌশিনবীয়ু" অশুম হায়না। মসিবু অতোপ্পা নিপাগী মফমদা ওক্রবী নূপী অমনা হাযজবা তুক্কচনবগী মশক ওইরবা, হঙোইফম থোকপা অতু-গুম্বা লৈপুন রাহৈ অদুগা পাংথক ওইবা মতৌ অতুরা? ঐখোয়না উবা ফংলে, সচ্চিদানন্দঘন ওইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মীরমল্লেনগী নায়ক অমগুমনা গোপীশিংবু থিংননবা, লৎননবা ওইনা অমা হায়-রগা অমবু থঙহনবা (শ্লেষ) রাঙাঙ্না ফাগি তৌহনা লঙনবা রাহৈবু ভগবানদা মথরায় কথোক্লরবী গোপীশিং অতুনা অদোমদা মমায় লৈশিল্লুবা তৌদনা—মখোয়গী অনীংবা অদুতদা চপ লেপ্তুনা লৈখি। মসিগী মতুংদা মীরমলেনগী নায়ক নায়িকাগী মতৌগুম্বা অকাম্বা অমকপা ভাব অতু ওইনা চিংনরুনীংঙাই মরম করিস্তু লৈতে। মসিদি হোংবা য়াদ্রবা, লেঙদ্রবা অমদি লৈতাববা ঈশ্বর অনুরাগগী মতৌ নত্তনা অতৈ কবিস্তু অমা নত্তে। মসিগী মথংদা গোপীশিংনা ঈশ্বরদা লৈবা অনুরাগ অতুগী মশক অমুকস্তু হেন্না মরীক চুম্বা মতৌ উৎলি—

সত্যশাংখী ( অচুম্বতা ভাঙ্বা ) ওইব গর্গ মুনিনা গোকুলদা লাক্লগা ভগবানগী নামকরণ তৌরখি—মিংথোল্লখি। মচা-মুংশিবনা থুম্মৎলবা ব্রজরাজ নন্দগী মফমদা ভগবান কৃষ্ণবু নন্দনা মীওইবা অভাংগী রাখন্দা মামক্কী মচা ওইনা খল্লনবা অদূমদি ওইরগা মতুগী মনুংদা লাইনি হায়বমু ( ভগবত্তত্ত্বমু ) অতুম্মক শেংনা উৎপা অতুগুম্বা য়াঙাঙ্না মতম অতুদা মহাক্না নন্দদা ভগবানগী পরিচয় তাকখি। মখল কয়া কয়া ভাঙ্লবপগী মনুংদা মহাক্না হায়রকই—"হে নন্দ! নঙ্গী নচা অসিদি অফবা গুণতনা তিনবনা নারায়ণমক্কা মান্নগনি।" মীথাঙ্ মথং মথং ভাঙ্নরকপদগী গোপীশিংনা মদূবু তাজবা ফংখি; অদূনা ভগবানদা মখোয়না হায়জরকই—নারায়ণনা, মুক্তি পামজবমখৈবু লৌশিনবীহুনা মঙোন্দা তিলহনবীথিবগুম নঙ্-নসু ঐখোয়বু লৌশিনবীয়ু। মরমদি, ইবুংঙো নহাক্তি নারায়ণমক্কা মান্ননা গুণ চেনবীরিবনি॥ ২৮

> যৎ পত্যপত্যসুহৃদামনুবৃত্তিরঙ্গ
> স্ত্রীণাং স্বধর্ম্ম ইতি ধর্ম্মবিদা ত্বয়োক্তম্।
> অস্ত্বেবমেতদুপদেশপদে ত্বয়ীশে
> প্রেষ্ঠো ভবাংস্তনুভৃতাং কিল বন্ধুরাত্মা॥ ২৯

---

অনুবাদ। হে কৃষ্ণ! ঐখোয়না খঙ্জবা ভমলে, ধর্ম্মশাস্ত্রদা নঙ্দি মায়কৈ ভাকপা পণ্ডিতমক্নি ( নঙ্না ধর্ম্ম মখঙ্লে ); নঙ্না তাকপিখিবা "ইপুরোয়বা, ইচা অমদি মরী মতাশিংগী সেবা তৌবনা নুপীগীদি স্বধর্ম্মনি ( মথৌনি )" হায়বত্ত তশেংবমক্নি। মতু ঐখোয় য়াজৈ; অদূবু ইবুংঙো নঙ্দি ঈশ্বরনি, মরম অতুনা নহাক অসিতনা নঙ্গী পাউতাক অতুগী অথোইবা মরুনি হায়বদি নঙ্গী সেবা ফংজবনা ঐখোয়দা মখোয় পুন্নমক অদগী সেবা তৌবা

শকহনবীমু ; মরমদি, নহাক্না দেহধারী ( হকচাং নাইবা ) পুম্নমক্কী আত্মানি, চান্নথোইবনি অমস্তুং মরূপশু নহাক্নি ॥ ২৯

তাৎপর্য্যার্থ—মসিদগী হেন্না রাংবা সাধনগীরা, মসিদগী হেন্না রাংবা সাধক কী রা অমদি মসিদগী হেন্না রাংখৎখিবা ভগবৎ-প্রেমগী রাবু অতৈ করি অমা অমুক লৈরম্বা য়ারিবগে ? জীবনা মশাবু প্রকৃতিনি হায়বা খঙ্জহনা মধুর-ভাবতা পরমপুরুষ ভগবানগী সেবা তৌবা ফংজবা—অহুগুম্বা মিৎকুপ অহুমক্তদা মাগীদি চরমগতি হায়বদি খোঙ্চৎ-লোম্লবনি অদুগা পরম মুক্তিসু ওইরবনি।

শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমস্তুং মধুর হায়বা ভাব মথল মঙা অসিনা ভগবানদা ভক্তি তৌজববু মধুর-ভাব হায়না কৌই। শান্তভাব—ঈশ্বরনি খন্না ভক্তি তৌজবা। দাস্যভাব—মপুনি খন্দুনা ময়াথং ঙাকচবা। সখ্যভাব—লুনা তিন্নবা মরূপমক ওইনা নুংশিজবা। বাৎসল্যভাব—ইচানি অম্নুম্না খন্দুনা নুংশিজবা। মধুরভাব—ইপুরোয়বনি অম্নুম্না খন্দুনা মথক্কী শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য হায়বা ভাব মথল মরি অসিগা লোয়ননা ইশাবু কথোকচবা।

সংসার অসিগী মীওইবা পুম্নমক্কী মফমদা হায়রিবা ভাব মথল মঙা অসিগী মনুংদা মী অমগা মী অমগা অনিগী মরক্তা করিগুম্বা ভাব অমদি হেক্তেমক লৈনবা উই। হায়রিবা ভাব মঙা অসিগী মনুংদগী অতোপ্পা ভাব অমদা মী অমনা মী অমগী সেবা তৌনৈ ; মী অমনা মী অমবু নুংশি ; অহুম তৌজবতনা মাগী নুংঙাইজনবা ওই। অসিগুম্বা ভাব মথল মঙা অসিতনা সংসার অসিবু ফাহনা থমলিবনি অমস্তুং ভাব মথল মঙা অসি লৈবতনা সংসার অসি লৈবা ওমলিবনি। ভগবৎ-প্রেম হায়বসি অতৈ করিস্থু অমা নত্তে—ভাব মথল মঙা অসিবু সংসার অসিদগী থাদোক্লগা মদুবু ভগবানদা হাপচিনবা নত্রগা কথোকপা অহুত্তনি—মসিনা ভগবৎ প্রেমগী থম থেংবা মতৌনি নত্রগনা মাধুর্য্য-প্রেম হায়বহ মসিনি।

ঈশ্বরতনা মপুনি, ঈশ্বরতনা মরূপনি, ঈশ্বরতনা হুংশিজরবা ইচানি, ইপুরোয়বসু ঈশ্বরনি—সংসার অসিদা ঐগীনি হাযবা নকবা কনাসু লৈতে—অসুম্না, ভাব অসিবু থাজবগা লোযননা চেৎনা শাগোন্নজবৰদি জীবনা পরমানন্দবু লায়না ফংই হাযবদি লেঙ্দবা, ময়েং ভারকপা লৈত্রবা অহুগুম্বা মথলগী খ্বায়দগী হেনবা হুংঙাইবহু ফংজৈ।

অহুগা হুংঙাইবহুবু ফংনবনি অসুম হাযহুনা তোঙানবা পোৎ অমা নত্রগা তোঙান তোঙানবা মাশক অমমমবু থক থিকুগদবসু লৈতে। জীবনা, হুংঙাইবা খিবীক্কী মরু ওইবা অহুগুম্বা, শ্রুতিনা ভাকলিবা পরমানন্দ অদুবু ফংলবদি মহাক্কা মকম অমত্তুদা মতম অমত্তুদা হুংঙাইবা মথল পুন্নমক শুনা অহুম্মক পুন্না ফংলুবা যাই। শ্রুতিনা হায়রি—সংসাব অসিদা জীবশিং পুন্নমক্কা অহুগুম্বা ব্রহ্মানন্দ অহুগী মহাউ মরাক অমমমদং ফংনজবতনা হিংবা হাযবত্ত ওইনরিবনি; মরম অহুনা হুংঙাইবা মনীক অমত্তনসু অসুম্না জীবগী হিংজনবা মচাক ওইরবদা অহুগুম্বা হুংঙাইবা পুন্নমক্কী হোফম ওইবা হুংঙাইবা চবুন অদুবু সংশঙ্ ফংলুরবদবু মথ। তাবা অতোপ্পা করম্বা হুংঙাইবা অমা অমুক পামলুফম থোকলিবগে?—মবমদি, হুংঙাইবা পুন্নমক অহুগী অমত্তসু রাৎপা লৈতনা অহুম্মক ফংহুনা পেন্দবা হায়বা অমা অমুক লৈত্রবনি। মরম অসিদগীনি ভক্তচূডামণি ওইবা প্রহ্লাদনা প্রার্থনা তৌখ্রিবা—

যা প্রীতিরবিবেকানাং বিষয়েষ্বনপায়িনী।
ত্বামনুস্মরতঃ সা মে হৃদয়ান্মাপসর্পতু॥

"হায়বদি বিষযদা লুপলিবা রাখল থেনবা মীওইশিংনা তোপ্পা তোপ্পা বিষয় ভোগ তৌবত্তদসু পেনজবনা থল্লিবনি, ইবুংঙো নহাক নথনতবু নীংজবসিনা লেঙ্ড্রবা অহুগুম্বা হুংঙাইজবহু ঐগী থম্মোইদগী মাঙ্খিদবা ওইসনু।" লমহুই পুন্নমক্কী খোংবা মথোং অমত্তনি, চপ মান্নে।

গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণদা হায়জরি—নঙ্‌দি ঈশ্বরনি, নঙ্‌বু সেবা তৌজবতনা ঐখোয়না ইপুবোযবা, ইচা অমদি নক্লবা মরী-মতাশিংগী সেবা তৌবহ্ন শকচগে; হাযবদি যূম্বাল্লিবী নহানা মপুরোয়বা, মচা অমদি মবী-মতানচিংবগী সেবা তৌরগা ফংবা হৌনবা মহৈ—ফংবা হৌনবা হুংঙাইবা—পূম্নমক অহু নঙ্‌গী সেবা তৌজবতনা অহুম্মক লোইনা ফংজগনি। ঐখোয়গী নীংজবা ঈশ্ববদি নহাক্তনি, নহাক্তনা মরূপনি—মপাংনি, ইচাম্ব নঙ্‌নি, ইপুবোযবম্ব ঐখোয়গীদি নঙ্‌তনি। ঈশ্বব হাযবদনা 'শান্তভাব' মরূপ হাযবদনা 'সখ্যভাব' ইচা হায়বদনা 'বাৎসল্যভাব' অমদি ইপুবোযবা হাযবদনা 'মাধুর্য্যভাব' অহুম্মক য়াওখরে; অহুগা সেবা তৌবগী রাক্ষমদনা 'দাস্যভাব' অহুম্মক শাগোন্নখরে। অদূনা হুজীক খঙ্‌বা ঙমলে—গোপ-নিঙোলশিংনা সংসাব অসিগী কনাগুম্বা অমত্তগা মরী থম্নবা তৌদনা মথক্কী ভাব মথল মঙা অসিমক শুনা শ্রীভগবান মথন্তদা চঙ্‌জবহু পামলি। মপুরোয়বা, মচা, মরূপ--পূম্নমক ভগবান মথন্তনা ওইবনি হায়বগী মবম অহুম্ব উৎগ্রে অদূগা ভগবানবু সেবা তৌজবতনা সেবা মথল পুম্নমক তৌবম্ব শকলে হায়বগী মরম অহুম্ব উৎলে। মখোযনা হায়জরি—লৈবিবা মশক নাইবা (দেহধারী—হকচাং নাইবা) পূম্নমক্কী আত্মাদি ইবুংঙো নহাকনি, কবিগুম্না—মিৎনা উরিবা থোকলিবা হুমিৎ অসিগী মৈশা ওইনা মীবমলেনগী পোৎ পূম্নমক্তা চঙ্‌হুনা লৈবগুম ঐখোযগী ইনাঙ্‌দা ঙান্থোইবাবিবা চিৎঘন-মূর্ত্তি ওইবা ইবুংঙো নহাক অসিতনা জীবগী মশা পূম্নমক্তা চৈতন্যগী মশক ওইবা (খঙ্‌বা হায়বা) আত্মা অহু ওইবীরিবনি। মরম অহুনা মপুরোয়বগী জাৎ হায়হুনা লৈরিবা মখোয় নিপাশিং অদুগী মহুৎদা থূপলিবম্ব ইবুংঙো নহাক্কি; ইচাগী মহুৎদম্ব নঙ্‌না লৈবীরিবনি। অহুগুমহুনা মরী-মতা, মরূপ-মপাংশিং অহুগী মশাদা লৈরিবম্ব নঙ্‌গী নঙ্‌মক্তনি—নথন্তনি। মরম অদূনা থোকলিবা হুমিৎপু

পুজা কৎলগা পোৎ পূন্নমক্তা চঙ্ হুনা লৈরিবা মাগী মৈশা পূন্নমক অদুবুসু অহুম্মক পুজা তৌবা শকপা অহুগুম্না থায়গী হৌকম ওইবা অহুগুম্বা মুলপতি ( মুল=হৌফম ওইবা, মকোক ওইবা, অহানবা অসিনচিংবা ), মুলপুত্র অমদি মুলবন্ধু ওইবা ইবুংঙো নঙ্বু পুজা কচ্চরবদি, সেবা তৌজরবদি লুহোঙ্হুনা ওঙ্লুবা অহুগুম্বা উপপতি ( অশেংবা মপুরোয়বমক নত্তবা হায়বদি ভগবান মথন্তনা অশেংবা মপুরোয়বা ওইথ্রবনা, মীরমলেনগী মপুরোয়বনি হায়রিবসিদি অরোনবা নিপাগুম থোকপনা মহাকপু অসুম্না 'উপপতি' হায়বনি ) ; গর্ভদগী তাবা—ইচামক নত্তনা ইচা শাবা অমদি পূক্নী তনা শাগৎপা মন্নাপ নত্তনা মন্নাপনি থল্লুবা শাবা—অহুগুম্বা মথোয় অহুগী সেবা তৌবসু অহুম্মক মশানা তাজরবা রাফমনি ।

মথোযগী লৈজবা খিবীক ভগবানতনা ওইজরবী অহুগুম্বী গোপীশিংগী পূক্নীংদা ভগবান মথন্তনা মরুওইবা ( হৌফম ওইবা ) অমদি অশেংবা মপুরোযবনি, ভগবান অসিতনা অশেংবা মচানি, ভগবানতনা অশেংবা মন্নাপনি ; অহুগা মীরমলেনগী মপুরোয়বনা অতোপ্পা নিপানি, মচা পূন্নমকসু মীচাবোকনি অদুগা মন্নাপ খিবীকসু শাজিন্নবা ঙাক্তনি অসুম্না থনথি । তত্ত্ব-খঙ্বশিংনা মতাং অসিদা নোকপিরোই হায়না থল্লি । গোপীশিংনা হায়জরিবসি মীরমলেনগী চৎনবিবা ধর্ম্ম-শাস্ত্রগী রা অহু নত্তে—মীওইবা লোক অসিগী রাংমগী ওইবা, থম থেংলবা, মথক্তা অমা লৈত্রবা অহুগুম্বা তত্ত্ব অহুগী মরমদনি । মসি গোপীশিংতগী রাফম নত্তে—পরমার্থ ওইবা হায়বদি অচুম্বা মশক লেপ্পা অহুগুম্বা শাস্ত্রশিংগী মতসু মসিনি । ভক্তশিংনা য়ানরিবা দ্বৈতবাদ (অনি থোকপী মতৌ হায়বদি জীবাত্মা-পরমাত্মা, স্রষ্টা অমদি সৃষ্টি অমদি পুরুষ অমসুং প্রকৃতি—অসুম্না তোঙানবা অনি অনিগী মশক লেপ্পা অহুগুম্বা দার্শনিককী মত ) অহুগী সিদ্ধান্ত অহু মসিমক্নি । ভক্তনা লুনা থাজনরিবা দ্বৈতবাদকী

অভিপ্রায়দদি—শুদ্ধজীবদি চিন্ময়নি, প্রকৃতি নত্তবা হায়বদি লাই-রৈবাক্কী ওইবা চিন্ময় ধাম অতুনা মাগী লেঙ্‌দবা লৈফমনি অদুগা সচ্চিদানন্দগী মশক ওইবা ভগবানগা মাগা নিত্য-সম্বন্ধ ওইনা লৈ হায়বদি থক তংন-থানবা লৈতে। অসিগুম্বা শুদ্ধজীব অসিনা ভগবানগী ইচ্ছাতনা মরম ওইদুনা কর্মগী মতুংইনবা ভৌতিক-দেহ ধারণ তৌবগা (লৈপাক্কা শাব হকচাং ওইদুনা) মীরমলেন অসিদা ভাইহাক্কী ওইবা মাগী লৈফম শেমদুনা, মফম অদুদা লৈরৈ অদুগা মফম অদুদা হান্না লৈরম্বা ভূতময় দেহ অতৈগা ভাইহাক্কী ওইবা মরী-মতা শেমগদুনা মওঙ্‌ অম্নুন্না লাংগোয় চনশিন্দুনা লৈরে। দাফম অসি শস্ত্র ভাক্তনা লেপ্পা রা নত্তে; খন্নহৈবা মীওইবগী রাখন্দা অতুম্মক লায়না ফংবা ভন্না তশেংনা খঙ্‌নরবা অমনি। অম্নুন্না মসিদগী খঙ্‌বা ভম্মী মতুদি, মফম অসিগী যুম-কৈ অসিনা থক অশেংবা যুম ওইদে, মফম অসিগী ইচা ইশূশিংনা থক অশেংবা ইচা নত্রগা ইশূ হায়বতু ওইদে, মফম অসিগী মরূপ্পা অশেংবা মরূপ থক ওইদে অমসুং মফম অসিগী ইপুরোয়বনসু অশেংবা ইপুরোয়বা থক ওইদে। শম্না হায়ববদা, মফম অসিগী লৈনরিবা মরী পূর্ণমক শাজিন্নবা মরীমক্তনি, অশেংবদি অমত্তসু নত্তে। মীরমলেন অসিগী, উনাগী খাংপোক্তা যাইপ্পা—লায়ব-চূদংনবা মী অমদগীনা অরাংবা দলান্দা লৈবা নিংথৌরেল ফাওবনা মশাগী নত্তবা যুমদা হায়বদি ভাড়াদা রায়বা যুমগুম্বদা লৈনরিবা ভাক্তনি অদুগা করিসু থোক্লদবা মখৈগা নরুবা মরী-মতাগুম লোয়নরি। ব্রহ্মাগুগী মবুংভোনা মানা হেক থল্লকপা মিংকূপ্তা মহৈ মহৈ অমদগী অমবু নমদুনা শেত্তোক চিংথোকপিরক্কনি অমসুং চিংথোক্তুনতসু লাক্লিবনি। মসিবু ঐখোয়না উন-উনমক উনদে, খঙ্‌ন-খঙ্‌নমক কনানসু খঙ্‌নদে। শ্রীবৃন্দাবনগী গোপীশিংদি মতু খঙখি, মরম অতুনা শাজিন্নবা যুম, শাজিন্নবা মচা, শাজিন্নবা মরূপ অমসুং শাজিন্নবা মপুরোয়বগা লৈনরম্বা, শাজিন্নবা

মরীশিং অদুবু থাদোক্লন্নগা মশাগী অবেপ্পা যুমদা চৎনবগীদমক ; অশেংবা মচা, অশেংবা মরূপ অমস্তুং অশেংবা মপুরোয়বগী শেগাদা চঙ্জরকলি।

'পা' ধাতুদগী পতি রাহে অসি থোকই ; ঙাকপিবা ঙম্বা মহাক অদু পতিনি ( মপুবোযবনি )। মশা মথন্তদু ফাওবা ঙাকচকনজবা ঙমদ্রবা মী অদুনদি কমদোনা অতোপ্পা অমগী মপুরোযবা ওইগদৌবিবনো নত্রগা ঙাকপিবা ঙমগদৌরিবনো ? 'পুৎ' হাযনা কৌবা নবক অদুদগী উদ্ধার তৌবিবববদুবু 'পুত্র' হাযবদি মচানিপা কৌই। মশামকপু ফাওবা উদ্ধাব তৌজবা ঙম্দ্রবা মী অদুনদি কমদোনা অতোপ্পগী 'পুত্র' হাযবদি নবকতগী বনবীবা ঙম্বা হায়বত্ত ওইরুগদৌবিবনো ? মশাগী স্বার্থ যাওদনা হাযবদি মশাগী কান্নবা য়েংবা তৌদনা অতোপ্পগী কান্ননবা তৌবাবা মীশক অদুবু সুহৃৎ ( মরূপ ) কৌই। মতম অপুম্বদা মশাগী ওইজবত্তমক থিদুনা লৈবা মী অদুনদি কমদোনা অতোপ্পগা মরূপ হাযবদি মশাগী যেংদবা মরূপ হায়বত্ত ওইগদবনো ? মবম অদুনা জগৎ পূন্নমকপু ঙাকপিরিবা, পাপ অপুম্ববুসু কোকপিহৈবা, অরাৎপা কবিগুম্বা অমত্তসু মঙোন্দা লৈত্তবা অদুগুম্বা পবমেশ্বর ভগবানতনা অশেংবা অবেপ্পা ইপুরোযবনি, অরেপ্পা অমদি অশেংবা ইচানি অমস্তুং অরেপ্পা মরূপনি। ইপুরোযবা ইচানচিংবগী মিংথোল লৌবিবা লৈপাক্লা শাবা হকচাংশিং অদুগদি কনা অমত্তগা করিগুম্বা মবা অমত্তসু লৈনবা নত্তে, হকচাং অদুগী মহুংদা থুপ্তুনা লৈরিবা পরমাত্মা অদুগদি পূন্নমক্কা লেঙদবা মরী লৈনৈ ; অদুগুম্বা পূন্নমক্কা লেঙদবা মরী লৈনবিবা পরমাত্মা অত্তমক্কা হুজীক মপান্দা চোংথোকপিদুনা মূর্ত্তি-ওইনা গোপীগী মাঙদা সংশঙনা শ্রীকৃষ্ণ ওইনা ঙাম্থোইবীরি। গোপীশিংনা ইবুংঙো মাবু থঙজবা ঙমথি ; মরম অদুনা পূন্নমকপু থাদোক্রম্নগা মঙোন্দা চঙজক্কম থিজররি।

গোপীশিংনা ভগবানবু 'হুংশিথোইবা' অম্সুম্না মিংগৌনরি। মী পুম্নমক্না, মশা অমদি মশাগী হকচাং অদুগী পোৎ-মখৈতবু হুংশি, অদুগা মখোয়গী জীবাত্মাবুনা অমুক্তা হেন্না হুংশিবা ওই অদুগা পরমাত্মানা মখোয়গী খ্বায়দগী হেনবা হুংশিথোইবনি। পরমাত্মাবু থাদোক্লগা জীবাত্মানা হুংশিবা ওই অদুগা জীবাত্মা অতুবু অমুক থাদোক্লম্লগনা মশাবু অমদি মশাগী ওইবা পোৎপু মখোয়না হুংশি— পাম্মী। মরম অতুনা হুংশি থোইরিবদি পরমাত্মা মথন্তনি। শ্রুতিনা হায়—"মপুবোয়বু মপুবোযবতুগীদমক ওইনা কনানসু হুংশিনবা নত্তে—মচা অতুগীদমক্তা কনানসু মচাবু হুংশিবা নত্তে; অসুম্না কনানসু কনাবু কনাগীদমক্তা ওইনা খক হুংশিকবা লৈতে। মী অমনা নত্রগা পোৎ অমনা অতোপ্পগী হুংশিবা ওইবিবদি আত্মাগীদমক্তনি।" অতু-গুম্বা আত্মা অতুগীসু আত্মা ওইবিবা পরমাত্মাদি মূর্ত্তি পান্না হুজীক মাঙদা চোংথোকপিরিবা শ্রীকৃষ্ণ অসিতনি। মরম অদুনা শ্রীকৃষ্ণতনা হুংশিথোইবনি অমসুং ইবুংঙো মহাক্না পেনবিরগা জগৎ-অপুম্বগীসু পেনবা ওইরিবনি—"তস্মিন্ তুষ্টে জগৎ তুষ্টম্"। মরম অদুনা গোপীশিংনা হায়জরিবসি তশেংবমক্তি—'নঙতগী সেবা তৌবনা ইপু-রোয়বা, ইচা অপুম্বগী সেবা তৌজবা শকসনু'।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা তাকপিখি—"ত্রৈগুণ্য-বিষয়া বেদা নিস্ত্রৈগুণ্যো ভবার্জ্জুন।" হায়বদি "বেদদি গুণ অহুমগী মশক্তি, নঙদি গুণ অহুম অতু য়াওদবা ওইয়ু"। অতোপ্পা মফম অমদসু য়াওরি—'অবিদ্যাবদ্ বিষয়ো বেদঃ" হায়বদি জ্ঞান লৈতবতনা মরম ওইতুনা (খঙদবতনা) প্রকৃতিগী পোৎ মখৈতবু অথোইবা পোৎনি অদুগা প্রকৃতিগী হুংঙাইবতবু হুংঙাইবগী পাঙ্খেনি অসুম্না খল্লিবা মখোয় অতুদি অথোইবা, অশেংবা পোৎ অমদি হুংঙাইবগী পাঙ্খে অদুগী মশক খক খঙজবা ঙমদে; বিধি-নিষেধকী (হৌনবা হৌনদবা অয়াবা-য়াদবা, তৌহৈবা-তৌহৈদবনচিংবগী) শরূক্তমক ওইবা

বেদনচিংবা ধর্ম্ম-শাস্ত্র পুম্নমক অসিদি অতুগুম্বা খঙ্দবা মীওইশিং অতুগীদমক্তনি। অশেংবা পোৎকী তত্ব খঙ্হনা পরমানন্দবু আস্বাদন তৌজবতদা (মহাউ তংবতদা) সংসারগী ওইবা নুংঙাইবা মখল পুম্নমকপু করিস্নু লৈতনা খল্লবা অতুগুম্বা মখোয় অতুগীদমক্তি নত্তে। লুপ-তোংনা শাবা হকচাংবু মপুরোয়বনি খন্দুনা মশাগী ইন্দ্রিতগী পেম্নবা তাল্লিবী অমদি মচা-মশুনচিংবা ফংজগে খল্লিবী অতুগুম্বী নুপীশিং অতুগীদমক্তনি "পতিরেব গুরুঃ স্ত্রীণাম্", "পতি স্ত্রীভির্ন হাতব্যঃ" অসিনচিংবা শাস্ত্রনা লাউরমলিবা। অসিগুম্বী মখোয় অসিগীদি মপুরোযবা মচানচিংবগী সেবা তৌদ্রবদি অধর্ম্ম হায়বতু ওই, অদুগা জগৎকী মপু অদূতবু অশেংবা মপুনি, মপুরোয়বনি অম্নুম্না খঙ্লবা অমস্তুং মথরায়গা মপুরোয়গা অমত্তা ওইশন্নহুনা (পুক্নীং হকচাং অমত্তা ওইহুনা পুক্নীং চপ যুংনা) "ত্বয়া হৃষীকেশ হৃদিস্থিতেন, যথা নিযুক্তোঽস্মি তথা করোমি" (হে হৃষীকেশ! এনা তৌরিবা পুম্নমক ইবুংঙো নঙ্না থম্মোইদা লেঙ্দনা লৈবীহুনা নঙ্গী থৌদাতবু পাঙ্থোকচবিবনি) অম্নুম্না হায়বা ঙমজরবা অদুগা "ঈশ্বরঃ সর্ব্বভূতানাং হৃদ্দেশেঽর্জ্জুন তিষ্ঠতি, ভ্রাময়ন্ সর্ব্বভূতানি যন্ত্রারূঢ়ানি মায়য়া' (হে অর্জ্জুন ঈশ্বরদি থবায পানবা পুম্নমক্কী থম্মোইদা লৈ অতগা জীবশিংনা মাযাদা তোংহুনা কোয়না অম্নুম লৈহনতা লৈরিবনি) হায়বসিগী অশেংবা অর্থ খঙ্লবা অতুগুম্বা মখোয় অতুগীদি মীরমলেন অসিগী তৌফম থোকপা মথো তৌববনা করিস্নু পুণ্য ফংবা ওইদে, তৌরুদবগী পাপস্নু মখোয়দা চঙ্দে। নুংঙাইবগী চবুন (আনন্দঘন) ওইবা, কামদেবমক্কা ঙক্রবা ওইবা অতুগুম্বা শ্রীদমনমোহন ভগবানগী নীংথিজবা রূপ অতুদা শুক্ষৎখিহনা মীরমলেনগী নুংঙাইবা মখল পুম্নমকপু নাপীগুম খন্দুনা লায়না থাদোক্নরম্লগা ইবুংঙো মাতগী শেগাদা থূপচরবা অতুগুম্বা মখোয অদুগী মফমদদি মীরমলেনগী ওইবা ধর্ম্মা-ধর্ম্মগী রা অসি চঙ্লুবা লৈত্রে। মরম অহুনা ভগবানতনা

অথোইবা মরল ওইনজরবী অতুগুম্বী গোপীশিং অদূগী মকাদসু অসিগুম্বা ধর্ম্ম নৎপা নত্তবগী রাফম অসি করিসু লৈখিদ্রে। তৌই-গুম্বসুং শ্রীভগবান-নদি মখোযদা অতুগুম্বা মীরমলেনগী ওইবা চৎনবী ধর্ম্ম-শাস্ত্রগী মতুংইন্না গোপীশিংদা মচা মপুরোয়বনচিংবগী সেবাতুম তৌরুনবা তাকপিখিবদগী মখোয়না ইবুংঙো মঙোন্দা অরুবা ধর্ম্ম-তত্ত্বগী রা তাহনজখ্রিবনি অদুগা লোযন-লোয়ননসু ইবুংঙো মহাকপু "ধর্ম্মবিৎ" ( হে ধর্ম্মশাস্ত্র হৈবা ইবুংঙো ) অসুম হায়না নোকুখিবনি।

শুকদেবনা তাকপিবিবা শ্লোক অসিদা গোপীশিংনা হায়রিবা অসিদি উপনিষদ্ পুন্নমক্কী মচি ওইবা রাফমনি, বেদান্তনা লৌরিবা অরোইবা সিদ্ধান্ত অতুসু মসিমক্কি অদূগা মসিনা; সাধকশিংগীসু ভগবৎ-ফংজনবগী অতেনবা সাধন অতুনি।

---

কুর্ব্বন্তি হি ত্বয়ি রতিং কুশলাঃ স্ব আত্ম-
ন্নিত্যপ্রিয়ে পতিসুতাদিভিরার্ত্তিদৈঃ কিম্।
তন্নঃ প্রসীদ বরদেশ্বর মাস্ম ছিন্দ্যা
আশাং ধৃতাং ত্বয়ি চিরাদরবিন্দনেত্র ॥ ৩০

অনুবাদ। ইবুংঙো নঙদি পুন্নমক্কী আত্মাগী মশক্কি। মবম অতুনা হে নিত্যপ্রিয়, শাস্ত্র খঙবা মীওইশিংনা ইবুংঙো নঙোন্তদা রতি ( অপাম্বা ) পোকুজরিবসি মবম অতুতননি। ইপুরোয়বা-ইচানচিংবদি রাননবত্তগী মশক্কি—ঐখোযদি মখোয়বু পামজদ্রে। মরম অতুনা হে বর পীনহৈবা মিৎস্নাথম্বালৈকা-মানবও ননাই ওইবী ঐখোয়বু চানবীয়ু; নঙতগী আশাদা ( রাথন্দা ) লেন-জবকপা মতম কুইরবনি; অতুগুম্বা আশা অদুবু থদৎপা তৌবীগনু ॥ ৩০

তাৎপর্য্যার্থ—প্রমাণশিংগী মনুংদা সদাচারসু ( হৌন লোন-চৎসু) প্রমাণ অমনি। শ্রীকৃষ্ণনা ঈশ্বরমক্তি হায়বগী মরমদা গোপীশিংনা হৌন লোনচৎ ( সদাচার ) উত্তুনা মতুনা প্রমাণ তৌনরি। মখোয়না হায়রকই—'য়েংবীয়ু হে কৃষ্ণ! নূপীনি হায়বসিতনা মরম ওইতুনা ( নূপী ওইরম্বতনা ) ঐখোয়না রারৈ চেনবনি, ইবুংঙো নহাক্না ঐখোয়বু ওক্তবী ( ব্যভিচারি ) নি অম্মুম্না খনবিরি, খন্দুনা য়েংবীয়ু শাস্ত্রগী মরম খঙ্লবশিং অতুদি নূপী-নিপা খক থিদে—ঐখোয়না তৌবগুমনা ইবুংঙো নঙ্গী নফমদা অনুরাগ তৌদনা খক মখোয়না লৈজবা ঙমদে। তশেংবমকস্মুনি, শাস্ত্রনা তাকলিবা শ্রীকৃষ্ণতত্ত্ব অদুবু খঙ্জবা ঙমলবদি ইবুংঙো মঙোন্দা অনুরাগ তৌদনা তোকপা ঙম্বা খক লৈতে। অসিতসু নত্রি, মহীরুচিংবা অপীকপা তীলদগীনা মীওইবা কাওবদা লৈরিবা জীব পানবা পূন্নমক অসিনা শ্রীকৃষ্ণতবু পামরিবা ঙাকনি, কৃষ্ণদা তাংজবনা মখোয়না হিংজবনি অমসুং মতম অপূম্বদা কৃষ্ণতবু মখোয়না অম্মুম থিনতুনা লৈরিবনি। মরম অতুনা গোপীশিংনা ইবুংঙো মাগী মগুণ অনিখকপু শীংথাতুনা হায়রি —"স্বে আত্মনি" অমসুং "নিত্যপ্রিয়ে"। "নিরুপাধি প্রেমাস্পদত্বম্ আত্মত্বম্" হায়বদি মরম অসিমগীনি হায়বা ইরৈ লৈতনা পোকপদগী হৌনা জীবনা অতুম্মক নুংশিতুনতা লাকলিবা অতুগুম্বা পোৎ অতুদি "আত্মা" অসিতনি। মরম অতুনা জীবনা মরম লৈতনা নুংশিজ-রিবদি "আত্মা" হায়বা অসিতবুনি। অসিগুম্বা জীব অসিগা শাগোম্নতুনা অতুম্মক লৈরিবা, চৈতন্যগী মশক ওইরিবা অন্তর্য্যামী আত্মা অতুমক্না মপান থোরক্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তি ওইনা উহনবীবতনি। অম্মুম্না আত্মাতবু নুংশিজবনা জীবশিংগী থাদোকওক্ষত্রবা মনাৎ ওইরবদি মূর্ত্তি ওইনা পুক্লপ তাশিল্লবা আত্মা হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা প্রেম ( নুংশিবা ) লৈবসু অতুম্মক হৌনশানি—মশানা তাজবনি। শ্রীভগবাননা স্বয়ং তাকপিখি—"অহমাত্মা গুড়াকেশ

সর্ব্বভূতাশয়স্থিতঃ” হায়বদি “হে অর্জ্জুন! ঐ অসিনা থরায় পানবা পুন্নমক্কী থম্মোইদা আত্মা ওইনা লৈরিবনি। অদূগা শ্রীমদ্ভাগবত অসিমক্তদসু শ্রীশুকদেবনা শ্রীকৃষ্ণবু আত্মাগীসু আত্মানি হায়বদি পরমাত্মানি অসুম্না হায়রি—“কৃষ্ণমেনমবেবহি ত্বমাত্মানমখিলাত্মনাম্” হায়বদি অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ অসিবু আত্মা পুন্নমক্কী আত্মানি নত্রগা হায়রিবা পরমাত্মা অত্থমক্কি হায়বা খঙ্দে। শ্রুতিনা হায়—“মানা চানবীবা জীব অত্থগী মকাতদা অসিগুম্বা আত্মা অসিনা মাগী মশক ফোংদোকপি।” মরম অত্থনা হুংশিকম থোকপা মতৌনা আত্মাগী মতৌ ওইরবনিনা পরমাত্মাসু মত্থদগী হেন্না হুংশিকম থোকই অদূগা শ্রীকৃষ্ণ অসিনা অত্থগুম্বা মশক নাইবা পরমাত্মা অত্থমক ওইবনা মহাক্তি অমুক্তসু হেন্না হুংশিজফম থোকপনি। অসুম্না আত্মাবু পুন্নমক্কা হুংশিকম থোকপা মতৌ অসিনা মশাগী ওইনা লৈবা লেঙ্দ্রবা স্বাভাবিকনি (হৌনশানি) হায়বসিদি থম্হৈবা মীওইবনা তশেংনমক খঙ্নরবা রাক্ষমনি। লায়থুং-তীনথুংনা লাকহংলবা মীওইবসু থক শিনীংবা য়াওদে; মত্থগী মরমসু অতৈ অমনা নত্তে; মশাগী আত্মাবু হুংশিবতননি।

অসুম্না শ্রীকৃষ্ণনা নিত্যপ্রিয় ওইবগী মরম লেপ্লে। অদূবু মায়ানা শুষ্কংলবা মীনদি মত্থবু খঙ্বা ঙমদে; মশা মশাগী থম্মোইনা য়ৌনা হুংশিজরিবা মহাক অদূবুদি মখোয়না থক খঙজবা ঙমদে; হুংতদা অত্থম্মক থুপ্পুনা লৈ; শাস্ত্রগী তত্ত্ব খঙ্বশিংনদি শ্রীভগবানগী কৃপানা মদূবু হোত্রোঙ্ হোনা অত্থম্মক উবা ঙম্বনা ইবুংঙো মঙোনতদা হায়বদি শ্রীকৃষ্ণতদা মখোয়গী প্রেম অত্থ কংনৈ।

গোপীশিংনা ভগবানবু ‘নিত্যপ্রিয়’ (হুংশিত্থনতা লৈবা) অসুম্না মিংগৌনরি। হান্ননা হায়রবা কৃষ্ণতত্ত্ব অদূবু নীংশিংলবদি অত্থম্মক খঙ্নবা ঙম্মী মত্থদি; “শ্রীকৃষ্ণতনা জীবগী নিত্যপ্রিয়নি।” মথক্তা প্রমাণ তৌখরে—‘হুংঙাইবগী শংশঙবা মূর্ত্তিদি শ্রীকৃষ্ণনি।” অসিগুম্বা

হুংঙাইবা অসিবু নত্তনা জীবনা থমথেংনা পামজবা পোৎ অমত্তা লৈতে। মসিদি খম্বৃরগা হেকমক ফংবা রাফমনি। সংসার অসিগী হুংঙাইকম থোকপনি হায়ত্না লৈরিবা পোৎ পুম্নমক থায়দগী হেনবস্ন ওইসনু, মদুবু অস্নুম মতম শাংনা ভোগ তৌহনা লৈরবদি মমৈদদি লেথোকপা নাইরকই, পেল্লকই,—মখা তানীংলক্তে; মতুগী মহুত্তা অতোপ্পা মথলগী পোৎ অমা অমুক লামনীংলকই; মরম অসিনা মীয়মলেনগী করিগুম্বা পোৎ অমত্তনা ঐখোযদা লেঙ্দবা হুংঙাইবা হায়বত্ত থক ওইহনবা ঙমদে—লেঙ্দবা হুংঙাইবা হায়বদি হুংঙাই-তুনতা অহুম লৈবা হায়বনি; মদূবুনি নিত্যপ্রিয় হাযরিবসি—মতম পুম্নমক্তা মাবু লেথোকপা লৈতনা অস্নুম পামত্নতা লৈবা ওইগদবনি। অসিগুম্বা মহুংঙাই অসিবুদি কনানস্নু থক লেথোক্করুবা লৈতে। অত্তগুম্বা হুংঙাইবগী চবুন ওইবা মশক্তি—ভগবান শ্রীকৃষ্ণনি; মরম অতুনা শ্রীকৃষ্ণদি জীবনা মতম অপূম্বদা পামজত্নুনা লৈবা পোৎনি।

পঞ্চদশী হায়না কৌবা বেদান্ত-গ্রন্থ অতুদা হায়রি—'ইয়মাত্মা পরানন্দঃ, পরপ্রেম.স্পদত্বতঃ। মা ন ভূবং হি ভূযাসমিতি প্রেমাত্ম-নীক্ষ্যতে'। হায়বদি সংবিৎ হায়বদি চৈতন্য (খঙ্বগী জ্ঞান) অসিতনা আত্মানি অদূগা হায়রিবা আত্মা অসিমক্তা পবমাত্মাগী মশক্তি; মরমদি অথোইবা ওইনা প্রেম তৌনরিবসি (জীবনা পাম্নবা হুং-শিনবসি) আত্মা অসিতবু ওইবন। পুম্নমক্তা খন্নবা ঙাক্তনি—ঐ অসিতা থক মাঙ্খি ভাথিবা থোক্তসনু—ঐদি মতম অপূম্বদা অমর ওইহনা অস্নুম্মক লৈগে অস্নুম্না। পঞ্চদশীগী রাঙাঙ্ অসিনা হান্নগী ঐখোয়না নৈনপ্রবা মওঙ্ অতুমকপু অতুম্মক কোংদোকল্লি। পঞ্চদশীনা হায়রি—"হুংঙাইবা নত্তবা অতৈ অতোপ্পা করিগুম্বা অমত্তদস্ন নিত্যপ্রেম (পামত্নুনতা লৈবা) হায়বত্নু থক লৈতে। আত্মাদি হুংঙাইবগী মশক্ত ওইবনা পুম্নমক্তা আত্মাতবু হৌনশা ওইনা লেঙ্দনা হুংশিনৈ; অতুগীদমক্তনি শিনীংবা কনাস্নু য়াওনদ্রিবা—

পুন্নমক অমর হায়বত্থ ওইরলীংবা ঙাক্তনি। মথক্তা কয়ারক হন্না কয়া থোক্কত্থ নৈনগ্রে—হায়রিবা আত্মা অত্থমক শ্রীকৃষ্ণনি। আত্মা হায়বসিদি যু'ঙাইবতগী শরারি হায়বত্থ হান্নবা হায়গ্রে। অস্থুন্না শ্রীকৃষ্ণনা অত্থুগুম্বা যুংঙাইবগী মশক ওইরবা আত্মা অত্থ ওইরবদি প্রেমগী শকলোন পুবী ঐখোয়গী গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু আত্মা অমদি নিত্যপ্রিয় হায়না মিংগৌনরিবসি শাস্ত্র পুন্নমক্তা য়ানরবা অত্থগুম্বা প্রমাণ অত্থুনা অথোইবা মরমনি। লাইরিক পাবীরিবশিং অমদি সাধন তৌবীবা ভক্তশিংনা খঙ্বিগদবদি গোপীশিংনা চঙশিল্লিবসি পরমার্থগী (থায়দগী কান্নবা—ব্রহ্ম খঙ্বা—কৃষ্ণ ফংবা) তশেংবা লখীমক্তি হায়বসিনি॥ ৩০

চিত্তং সুখেন ভবতাপহৃতং গৃহেষু
যন্নির্বিশত্যুত করাবপি গৃহ্যকৃত্যে।
পাদৌ পদং ন চলতস্তব পাদমূলাদ্—
যামঃ কথং ব্রজমথো করবাম কিংবা॥ ৩১

---

অনুবাদ। হান্নদি ঐখোয়গী পুক্নীং অসি ইমুংগী থবক-থনা তৌবতদা লুপশিন্দুনা যুংঙাইজরম্বনি, অত্থুগুম্বা নৈতাজরম্বা পুক্নীং অত্থ হুজীক্তি নঙ্না হুবিখরে অদুগা হান্নদি ইমুংগী থবক-থনাতদা মথৌ চিনজরম্বা অত্থুগুম্বা ঐখোয়গী ইখুৎ-ইখুৎশিং অত্থসু নঙ্না হুবিখ্রবা পুক্নীং অত্থুগী মথা পোনবা ওইবনা নঙ্না হুবদা অত্থম্মক য়াওখরে। অসিগুমত্থনা পুক্নীংগী মথা পোনবা,অতৈ-ইন্দ্রি পুন্নমকসুনি। ঐখোয়গী ইখোঙ্ অসিনা নঙ্গী শ্রীচরণ নাক্তগী খোঙ্কৈ অমা ফাওবা থাংদোকনীংবা নৈখিদরে। অসিগুম্বা ফিবম অসিদবু ঐখোয়না ব্রজদা অমুক করম্না চৎলুবা ঙমগদগে অদুগা চৎলুরগসু করিবু তৌরুগদগে অমুক্তা তাকপিয়ু য়েংসি॥ ৩১

তাৎপর্য্যার্থ—পাঙ্থোক্লীংবা থবক-থৌরম পূম্নমক তৌগ-দৌরিবা মী অদুগী মপুক্লীংদা হান্না ফাওবা মক্তনি ; মদুবু মপানগী ইন্দ্রিশিংনা ( খোঙ্ খূৎনচিংবনা ) মথংদা থবক ওইনা পাঙ্থোক-পতনি। সংসার অসিগী করিগুম্বা থবক অমদবু পুক্লীং থিংজিল্লুরবদি অতোপ্পা থবক অমা থক পাঙ্থোকলুবা ঙম্বা নৈতে। জ্ঞানেন্দ্রিয়—( জ্ঞান পোক্লবা ইন্দ্রি—পুক্লীং, মিৎ, নাকোঙ্, নাতোন, লৈ, উনশা), কর্ম্মেন্দ্রিয—( রাহৈ, খূৎ, খোঙ্, অমাংথোঙ্ অমসুং ঈশিংথোঙ্—থবক তৌবা ইন্দ্রি )—হায়দুনা লৈরিবা মখোয় পূম্নমক অসিনা পুক্লীংগবু শম্নকুদ্রবদা মখোয় অমত্তনসু কবিগুম্বা থবক অমত্তা পাঙ্থোকপা থক ঙমদে। অশেংবা সাধক ভক্ত অমগী পুক্লীংনা জপনচিংবা তৌদুনা পুক্লীং চপয়ুংনা ভগবানবু ধ্যান তৌবিদৈদদি মানা সংসার অসিগী মবমদা থক মপুক্লীং হাপ্লুবা নৈতে। অদুগুম্বা মতমদদি মখোয় অদুন, ( ইন্দ্রিশিং ) কবিগুম্বা থবক অমতা থক পাঙ্থোক্লবসু ঙমদে। গোপীশিংগী মপুক্লীংসু মমাঙ্দা ঙাম্নোইরিবা শ্রীভগবান অদুতদা লূপশিন্দুনা লৈখিবনা মখোযগী মখোঙ্ মখূৎন-চিংবা ইন্দ্রিশিং অদুসু লেঙ্বা ওৎপনচিংবা কবিসু তৌজবা ঙমখিদে। ভগবানদা পুক্লীং লূপশিনবা হায়বদি কমদৌই হায়বদুগী মরমদি,—ইবুংঙো মানা তাকপিখ্রিবা ময়াথংশিং অদুনি। হুংঙাইবগী মমিদং উবকপদা জীবনা মশানা মশাবু ফাওবা হেক কাউথোকচবা ঙমলিবা অদুগুম্বা হুংঙাইবা অদুগী সংশঙ্বা মূর্ত্তিমক উরবদবু কমদৌনা লেঙ্বা খোৎপা ঙমলুফম থোকপগে ? যোগবাশিষ্ঠনা হায়—

"ন কর্ম্মাণি ত্যজেদ্‌যোগী কর্ম্মভিস্ত্যজ্যতে হ্যসৌ"

হায়বদি যোগীশিংনা থৌওইনমক হোৎনদুনা কর্ম্মবু থক থাদোক্লবা নৈতে, কর্ম্মনা যোগীবু থাদোক্লম্বতনি। * জ্ঞান-যোগীসু, অষ্টাঙ্গ

* জ্ঞান যোগী—ব্রহ্মবু ফংননবা থনবা।

অষ্টাঙ্গ যোগী—খূৎ অনি, মিৎ অনি, থম্মোই, লাইপক, খোরী, থুকউ,

যোগীসু, ভক্তি যোগীসু অহু মঙায়—পরমানন্দগী মহাউতবু ফংলবদি মহুতদা মখোয়গী মপূক্নীং অহু হেক্তমক পূমলুপ লূপশিনখি, মরম অহুনা মতম অদূদা পূক্নীংগী মখা পোন্না লৈরিবা ইন্দ্রি পূম্নমক অহুগী পাংগল করিসু লৈরক্তে। অসুম তৌনা কর্ম্মনা (থবক্না) মথন মথন্তা অহুম্মক থাদোক্লরম্মী। গোপীশিংনা অহগুম্বা মতৌ অদুবু থরায় পানবা পূম্নমক্তা খঙ্‌হনবীরি ॥ ৩১

সিঞ্চাঙ্গ নস্ত্বধরামৃতপূরকেণ
হাসাবলোক-কলগীতজ-হৃচ্ছয়াগ্নিম্‌।
নো চেদ্বয়ং বিরহজাগ্ন্যুপযুক্তদেহা
ধ্যানেন যাম পদয়োঃ পদবীং সখে তে ॥ ৩২

---

অনুবাদ। হে কৃষ্ণ! মোমোন-মীনোক লোয়নবা নঙ্‌গী নীংথিবা মিৎয়েংবু উজবদা অমদি খোয়থুম্নবা মুরলী খোম্বাঙ্‌ তাজবদা ঐখোয়গী ইশাদা কামগী মৈরিনা রাযথরে; মরম অহুনা নঙ্‌গী চীনবান-খোইহী থীকপিহুনা মদূবু মূৎপিযু। অহুম্না তৌবীদ্রবদি হান্নদগী কামগী মৈরিনা চাক্লিবা অদূগী মথক্তা নঙ্‌গী কায়ন-মৈরিনগা অমুক মৈচাক ফনা চাক্তুনা ঐখোয় পূম্নমক ইবূংঙো নঙ্‌তবু ধ্যান তৌনা তৌনা নখোঙ্‌ থম্বাল-নাক্তা য়ৌনজগনি ॥ ৩২

---

তাৎপর্য্যার্থ—শ্লোক অসিদা ভক্তভাবসু কামিনীভাবসু অনিমক তূনা য়াওরি। মথক্তা গোপীশিংনা হাযখ্রিবশিং অহুদি

---

খোঙ্‌ অনি অমসুং চীন—নিপান অসিবু অষ্টাঙ্গ কৌই। মখোয় অসিগী যোগবু হায়বদি অষ্টাঙ্গগী পাম্বৈতনা ভগবানবু ফংনবা হোৎনববু কৌই।

ভক্তি যোগী—ভক্তিযোগ তৌববু থঙ্‌নৈ। ঈশ্বরবু তাইবঙ্‌ মপুনি থম্মুনা মপুগা মনাইগা লোয়নবগুম থাজনা, কিনা অমসুং লুনা সেবা তৌজববু ভক্তি যোগ [illegible]না কৌই।

ভগবাননা লৎনবিরবা অতুগুম্বা ভক্তগী রাঙাঙ্ মক্তনি। মখোয়গী রাঙাঙ্ পুন্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণবু আত্মা, পরমাত্মা, ঈশ্বর অমদি অন্তর্য্যামী অম্সুমতা হায়তুনা লাকলিবনি। হুক্তারা 'সখে' (হে চান্নবা, হে মরূপ!) অম্সুমা মিংগৌনতুনা চৌনবান-খোইহীনা কামগী মৈরি মুৎ পিনবা হায়জরি। অদুগা মতুগী মহুংদা অমুক নোংশিন্নক্লিবা রাহৈনা —'অম্সুম ধ্যান তৌবতনা নখোঙ্ থম্বাল-নাক্তা য়োগজনি'; অসিনি। ভগবাননা গোপীশিংবু লৎন-রাহৈনা থিংবিখিবা মতৌদা মখোয়না ক্ষনমক খাঙ্ঙমদবা ওইতুনসু যৈথৎ বাঙাঙ্শিং অতুগী মহুংদা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়বু লঙ্নবীবা মতৌগী শরূক খরা য়াওরিবদুবুদি মখোয়না খঙ্নখি—মসিগীদি মরম উত্তূনা হান্নবা নৈনজখ্রে। মরম অদূনা গোপীশিংগী থম্মোই অতু পল্লেপফম খঙ্খিদে। অম্সুমা ভক্তগী ভগবৎ-প্রেমদা ঘি-নচিংবা অমেঙ্বা পোৎকুমা করিগুম্বদসু ফমজিল্লি অদুগা করিগুম্বদনা ঈশিংগুমসু হেক মহী লাঙ্থোকই। ঘি-নচিংবা শোদোকপা নাইবা পোৎনা ঈংলগা ফমজিল্লি—মৈশা ফংলগনা মহী লাঙ্থোকই। অম্সুম তৌনা ভক্তগী ভগবৎ-প্রেমসু ঈংলগা ফমজিল্লি, শারগা লাঙ্থোকই। মচুদি ঙাঙ্বা, ঈংবদি ঈংবা অতুগুম্বা পাত্র অমদা ঘি হাপলবদি মতুনা ফমজিনথ্রবদা পাত্র অতুগী মখাগী অঙাঙ্বা মচু অদুবুদি উবা ফংখিদে—মতু ঘি অতুগা মচু অমতা ওইশিন্নখি। অতুগা পাত্র অতুনা মৈশা লাংতুনা শাগৎলক্লবদি ঘী অতু মহী লাঙ্থোরকই অতুগা পাত্র অতুগী মখাগী অঙাঙ্বা মচু অতুসু ফাওরকই—উরকই। ভগবানগা তিন্নজবা ফংলবদা ভক্তগী থম্মোই অতু পরমানন্দ ফংজবনা শান্তিগী মশক ওইতুনা পুমঈং ঈংথখি, মতম অতুদা মাগী থম্মোইদা ফাওরিবা সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মধুরনচিংবা প্রেম অতুনা অম্সুপকী মতিক কুংশিল্লকখি মতুদি, থম্মোই হুংদা লৈরিবা ভগবান অতুমকপু 'ভগবান' অতুনি হায়না উজবা ফংলক্তে, ঐশ্বর্য্য-তরঙ্গা তিনবা তাইবঙ্ শীনবা থুংবা পুরুষ অতুনা

কুংশিল্লবা ( থাগংলবা ) প্রেমনা কুপশিন খনজিনগ্রবদি ইবুংঙো মহাকস্তু ভক্তগা অতুম্মক মান্নবা লৈখি। অতুগা অমুক ভক্তগী থম্মোইনা ভগবানগা কায়নবগী মৈশানা শাগৎলক্লবদনা খুদক্তা মহী লাঙ্থোরক্তুনা থম্মোইমুংগী ভগবান অদুবু ঈশ্বরমক্তি অস্তুন্না খঙ্-লকই। ঐখোয়গী গোপীশিং অসিস্তু শ্রীভগবানগী লৎন-রাহৈশিং অদুবু নীংশিংলুবনা মরম ওইতুনা ইবুংঙো মাগা কায়নবা ওইগদরা অস্তুম খন্দুনা থম্মোই মৈশা লাংলক্লবদা শ্রীকৃষ্ণবু স্বয়ং ভগবান অতুমক্তি হায়তুনা স্তব স্তুতি ( লৈশী-লৈথোন ) অমদি প্রার্থনা তৌজরি অতুগা অমুক্তা শ্রীকৃষ্ণগী থম্মোইমুংগী লৎনবীবা মতৌ অদুবু খল্লুবদনা অমুক হাইফেৎ মুংশাখীবা কোকচতুনা থৌনানা নাঙ্ওইনতুনা "সখে" ( মরূপ ) অস্তুন্না মিংগৌনতুনা কামগী মৈরী মুংপিনবা প্রার্থনা কচ্চবি।

প্রেমগী স্বভাবতি ( শাক্তৎতি ) অসিগুম্বনি। হকচিল্লবা প্রেমনা ভগবানবু মশামক্কীনি অস্তুন্না খল্লকই; মদুবু য়োরকপা ঙমদ্রিমখৈদি থক পরমানন্দবু ফংবা ওইদে। কামগী মরমদি মথক্তা হান্নবা নৈনখরে, মতু অমুকস্তু হন্না মতাং চানা শন্দোক্না নৈনরকখিগনি। গোপীশিংনা হুজীক ফংলিবা ( ওইরিবা ) মখোয়গী মশা অতুনা চঙ্না চঙ্নমক অতুম শ্রীকৃষ্ণবু ফংবা ঙমদ্রবদি মখোযনা মাবু মথবাব থারবা ফাওবদা ফংজনীংলি; অশেংবা প্রেম হায়বতুগী মতৌদি অসিগুম্বনি॥ ৩২

> যহ্যম্বুজাক্ষ তব পাদতলং রমায়া
> দত্তক্ষণং কচিদরণ্যজনপ্রিয়স্য।
> অস্প্রাক্ষ্ম তৎপ্রভৃতি নান্যসমক্ষমঞ্জঃ
> স্থাতুং ত্বয়াভিরমিতা বত পারয়ামঃ॥ ৩৩

অনুবাদ। হে মিৎস্না থম্বাল্লৈকা মানবও! বনদা লৈবশিংতবু

নঙ্‌না হেন্না চানবীবনি ; ঐখোয়স্তু বনদা লৈবী ঙাক্তনি ; অদুতনা মরম ওইদুনা লক্ষ্মীদেবীগী নুংঙাইজনবা-পেনজনবা ওইবা নখোঙ থম্বাল অদুবু শোকচবা ফংদুনা অথোইবা নুংঙাইববু ঐখোয়না ফংজবনি, ঐখোয়না রাজবদু করম্নবু ফোংদোক্লসিগে তশেংনমক মদুদগী হৌনা ঐখোয় অসিনা কনাগীস্তু মনাক্তা লৈজবা ঙমখিদরে ॥ ৩৩

তাৎপর্য্যার্থ—শ্লোক অসিদা গোপীশিংনা ভগবানগী স্বভাব অমদি মশা মশাগী মতম অদুগী ওইরিবা মতৌবু খঙ্‌হল্লি। মখোয়না হায়রকই—লম্লৈমা অমদি নীংথিবা ফজবতগী মশক ওইবী শ্রীলক্ষ্মী-দেবীনা নঙ্‌গী চরণথাদা চঙ্‌জদুনা অথোইবা নুংঙাইববু ফংজরিবনি ; অদুগা ইবুংঙো নহাক্তি বনদা লৈজবা জীবশিংতবু চানবিবনি হায়বদি লক্ষ্মীনা নঙ্‌বু মাগী চান্নথোইবনি খঞ্জে—নঙ্‌বুতবু ফংজনীংই অদুগা অমরোমদা নঙ্‌নদি করি লৈজব্রবী বনদা লৈবা মীতগী মফমদা নশাবু পীথোকপিরি। নুংঙাইনীংদুনা মীনা ললথুম তান্নৈ, অদুগা মখোয়না নীংজবগী ওন্নতৈনবা মহৈতমক ফংদুনা তোকনৈ হায়বদি অদুক্কী মতিক মরল লৈবা মী অদুনা অদুক্কী মতিক পূক্নীং লাঙ্‌বা হেল্লকই, তপথফম খঙ্‌লক্তে—রাফম অসিদি খজীক্তং খন্থবতদস্তু অদুম্মক লায়না ফংবা পোংনি। পৃথিবীগী মপু ওইরিব। অদুদি অহিং নুংথিল কাংদনা মপূক্নীং লাঙ্‌দুনতা লৈরিবনি হায়বসি মহাক অদুতনা খঙ্‌জৈ। পানগী মিৎয়েংতদা য়েংবা লায়রবা মী অমনা খল্লি—নিংথৌ হায়বসি নুংঙাই রিনিদকো অস্তুন্না ; অদুবু নিংথৌ অদুগী থম্মোইনুংগী নুংঙাইবা অদুদি নিংথৌ অদুতনা খঙ্‌জৈ। অমরোমদস্তু, 'ঐগীনি' অস্তুন্না খন্দুনা ঐনা ঙাকফম কনফম থোকপা অদুগুম্বা পোৎ অদুনা অদুক্কী মতিক মশীং য়ামদ্রিবমথৈ, মী অদুগী নুংঙাইবগী অমদি পূক্নীং লৈতাবগী চাংস্তু অতম্না অদুম্মক হেনগৎলকই। মহাজনশিংনা তাকপিবা লৈ—

"অর্থানামর্জ্জনে দুঃখমর্জ্জিতানাঞ্চ রক্ষণে।
নাশে দুঃখং ব্যয়ে দুঃখং ভিগর্থং দুঃখভাজনম্ ॥"

ছায়বদি লল হায়বসি ফংনবা তানবস্মু রায়, মাঙ্‌দনবা মাবু শেম্ন-বস্মু রায়, মাঙখ্রবদস্মু রায়, পীথোকপদস্মু রায়, মরম অত্তুনা রানবতগী মশক ওইবা অসিগুম্বা লল অসিদি অরেম্বনি। মরম অত্তুনা লল পাম্বা হায়বা অসিদি রাজগে হাযত্তুনা নরাণ লেপ্পনি অত্তগা লল পুনশিনবা হায়বসিনা অবাবমথৈবু খোমজিন্দুনা লীবগা চপ মান্নৈ। গোপীশিংনা হাযবকই, লক্ষ্মীগী নুংঙাইজফমদি নঙ্‌গী নখোঙ্‌ থুয়া-দনি; নঙ্‌বু হাযবদি অখোইবা নুংঙাইববু ফংজবতনা লক্ষ্মীনা লক্ষ্মী ওইজত্তুনা ঙানজবনি; অত্তুগা নহাকমক্তি হাযবদি অখোইবা নুংঙাইবা হায়বা অত্তুনদি মশাদা মরল মচেৎ অমা ফাওবা শাগোন্নত্তুনা লৈত্রবা অত্তুগুম্বা বনদা লৈবা মীশিং অত্তবু (মুনি ঋষিশিংতবু) নুংশিনা চান্না তৌবি। লক্ষ্মীনা লৈবা মফম হায়বদি মীরমলেনগী ওইবা লন-থুমগী তুংফমদদি ইবুংঙো নহাক্না থক লৈবিবা তৌদে,—অত্তুনা মত্তুদা নুংঙাইবা লৈতে, অত্তুগা লক্ষ্মী নত্রগা লন-থুমগা কবিগুম্বা মরী অমত্তা লৈনদ্রবা অত্তুগুম্বা মফমদদি নঙ্‌না লৈবী, তুংবি—হায়বদি মফম অত্তুদদি খায়দগী হেনবা নুংঙাইবা অত্ত ফংই—হায়বদি নুংঙাইবা চবুন ওইবা অত্তুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ কোবা ইবুংঙো নঙ্‌না লেঙ্‌দনা ঙাম্মোইবি।

চিনি অঙাঙ্‌বা নত্তনা অতৈ অহাউ অথুম অমত্তবুস্মু থক চাজদ্রিবা, চীঞ্জাক অতৈ অমগী মশক ফাওবা উদিবা অত্তুগুম্বা মী অত্তুগী মফমদা বর্দ্ধমানগী সীতা-ভোগ অত্তগী মগুণ ফনমক যৌনা থাগত্তুনা হায়রুত্তুনস্মু মী অত্তুনা মাগী হান্নগী চিনি অঙাঙ্‌বদূবু থক থাদোকলুবা ঙমগদবা লৈতে; নোক্তুম নোক্লরকনি; তৌইগুম্বস্মুং অশেংবা 'সীতাভোগ' কা মহাউ খঙ্‌লবা মী অত্তুনদি কৈদৌঙৈদস্মু চিনি অঙাঙ্‌ববু চাবা হৈনগদবা লৈতে। ঐখোয়দি চিনি অঙাঙ্‌বত্তুতবু মতম শাংনা চাত্তুনা লৈরক্লবা মীনি—সীতাভোগকী মহাউ খঙ্‌দ্রি হায়বদি সংসার অসিগী কান্নদ্রবা নুংঙাইবতবু মপোক কয়া কয়া চুপ্পা হন্না হন্না অস্মুম চাদুনত্তা লাকলি, ঐখোয়না মদুতবু নুংঙাইবনি অস্মুন্না

খঙ্লি ; ভগবানগী পাদ-পদ্মগী ( মখোঙ্ থম্বালগী ) মহাউ অহু থক ফংলুদ্রি ; মবম অহুনা অশেংবা রস খঙ্লবা অহুগুম্বা ঋষিশিংনা তাকপিবা ভগবৎ আনন্দগী বাফম তাবগা মদুবু পূক্লীংনা থক থাজ্রুদে। অহুগা কবিগুম্বদা মদুবু ঋষিমক্লা হাযবম্বনি অম্নুা থাজনবা হোৎনরবমক্তদম্মু য়োনা শেংনা থাজবা হাযবহুমদি থক ওইদে — অহুনা মহু থাজবা নত্তে ; মদুদি চিংনবনা থনবা লৌনম চেনবা থাজবনি, —চুম্নগী ইচীন অসিত্তনা তুক থাজবা শাশিন্নবগী মথৈতনি। মরম অহুনা যেলহৌভৈমক্তদগী অহুন হৈনহুনা লাক্লবা, মহুগী মহাউ নত্তনা অতোপ্পা মহাউ অমা খঙ্লক্লিবা কান্নদ্রবা অংগুম্বা সংসাবগী গুংঙাইবা মহাউ অসিবু থক থাদোকপা ওন্নদ প্রেমগী শকলোন পুবা ব্রজ-নহাশিং অসিদি সীতাভোগকী মহাউ ফংনববা মক্তনি হাযবদি থাযদগা হেম্না হুংঙাইবগী মশক ওইনবা অহুগুম্বা সংশঙ্বা ভগবানগী শ্রীমুর্ত্তিবু উজবা অমদি শোক্ল শয়ন্না ফংলবা অহুগুম্বাশিংনি, মরম অহুনা মখোযগা মকাদদি নাবনশেননা ওইবা হু ঙাইবা পূম্নমক্লা উৎবাই-গুমনাকবিস্নু লৈখিদ্রবনি। নবন অসিতংনি মখোযনা হাযবকালিবা— "নঙ্গী নখোঙ থম্বালবু শোকচবা ফ খিবা অহংগুমা হুমিৎ অহুদগা হৌনা ঐখোয অতোপ্পা কনাগীম্নু মনাক্তা লৈজবা ঙমদ্রবানি।" অাস যৌববা সাধকশিং অহুগী মকাদদি মতো অসিমক হেক ওই-বিবনি, নহুনা নিপা-নূপী খাযবগ রা কবিস্নু লৈতে, অশেংবা সাধক অহুতগী ওইজবা বাফমনি। সাধকশিংনা হায—

> "স্মেবাং ভঙ্গিত্রয-পরিচিতাং সাচিবিস্তীর্ণ দৃষ্টিং
> বংশীন্যস্তাধব কিশলযামুজ্জ্বলাং চন্দ্রকেণ।
> গোবিন্দাখ্যাং হবিতনুমিতঃ কেশিতীর্থোপকণ্ঠে
> মা প্রেক্ষিষ্ঠাস্তব যদি সখে বন্ধুসঙ্গেঽস্তিরঙ্গঃ॥"

"হে মরূপলোয! সংসাবগী মরীমতা-মরূপমপাংশিং অসিগা অম্নুম শান্নহুনা লৈনীংলবদি, কেশিঘাট মনাক্তা লৈবা মিৎস্না থম্বাল

মানবা মোমোন মীনোকপা, রাহোং মতুনা কোকী লৈতেংনবা, চীন-থান বাঁশী থোংবা অত্থুগুম্বা গোবিন্দগী শ্রীমূর্ত্তিবু থক দর্শন তৌজরুগম্থু; শকফম অদুবু অমুক্তং উরুবা থোক্লবদি সংসার অসিদা অমুক থোঙ-দারকপা ঙম্নবোইদবনি।"

গোপীশিংনা ঙসি হায়রি—নখোঙ থম্বালবু শোকচবা ফংখিবা হুমিৎ অত্থুদগী হৌনা অতোপ্পা অমগী মনাক্তা লৈজবা ঙম্নক্তবনি। শ্রুতিনস্থু হাযবি—"অত্থুগুম্বা পরমপুরুষ ভগবানগবু শংশঙনা উন্নরুবা থোক্লবদি, কর্ম্ম পূন্নমক লোইনা মাঙখি, চিংনবমথৈস্থু লোইনা কোকখি অত্থুগা কিশিগী মশক ওইরবা থম্মোইহুংগী মায়াগী লীপুন অত্থুস্থু কোমথ-হিকথজবকই। গোপীশিংনা হায়বিবসিমক বেদনা তৌ হায়বা অত্থুমক্কী অয়োবী থাক অত্থুনি। (অত্থুগুম্বা শক অদুবু উজবা ফংত্রিবা ঐথোয় অসি লাইবক ফরিবনি)॥ ৩৩

শ্রীর্যৎপদাম্বুজরজশ্চকমে তুলস্যা
লব্ধ্বাপি বক্ষসি পদং কিল ভৃত্যজুষ্টম্।
যস্যাঃ স্ববীক্ষণ উতান্যসুরপ্রয়াস-
স্তদ্বদ্বয়ঞ্চ তব পাদরজঃ প্রপন্নাঃ॥ ৩৪

অনুবাদ। ব্রহ্মানচিংবা অতোপ অতোপ্পা লাইশিংনা মাগী থৌজান মিৎযেং ফংজনবগীদমক মতম পুন্নমক্তা থানা হোৎনজবিবা অত্থুগুম্বী লক্ষ্মী অত্থুনা ইবুংঙো নঙগী থবাক মক্তুদা চঙজফম ফংলবী ওইহুনস্থু তুলসী পত্রগা লোযননা ভক্তনা সেবা কৎনজরিবা অত্থুগুম্বা নখোঙ থম্বালগী থূযা উফুল অদূতবু পাম্না নিজরিবনি। মতৌ অত্থুগুম্না ঐথোয়স্থু ইবুংঙো নঙগী থূযা উফুল অদুতবু নিজবী ননাই মক্তুনি॥ ৩৪

---

তাৎপর্য্যার্থ—বৈকুণ্ঠগী মবেম্মা লক্ষ্মীমক্না ব্রজদা লৈবী গোপীশিংগী মধুর-ভাবতা কৎচবা কৃষ্ণ সেবা অদুবু উবদগী, মদুতবু

ফংজনীংবনা বৃন্দাবনগী 'বিল্বন' কৌবা মফমদা অকনবা তপস্যা তৌজরখি। মানা কবিগীদমক তপ তৌবনো হায়না ভগবাননা হংলবদা লক্ষ্মীদেবীনা মশাগী অপাম্বদু ফোংদোকচখি। মদু তারগা ভগবাননা তাকপিখি—ঐশ্বর্য্য ( অক সুংঙাই ) গা খজীক্কং মরী লৈনরিমথৈদি কনানম্মু গোপী ভাবতা সেবা থক ফংবা যাদে। নঙ্দি লনথুম পূন্নমক্কী ( ঐশ্বর্য্য ) মবেম্মনি, গোপী ভাবতা ঐগী সেবা ফংবদি যারোই। ঐদি, কবিম্মু লৈত্রবা অতুগুম্বা মীওইশিংতনা ফংবনি। লৈরিবা ঐগী শকলোন কযা কযাবুদি অয়াম্বনম্মু অতুম ফংনবা য়াই, অতুমদি ওইরগা অসিগুম্বা ঐগী নন্দ-নন্দন-রূপ অসি ফংবদি থক তরাইবা ওইদে। লক্ষ্মী হায়বদি ঐশ্বর্য্যগা মরী লৈনবিবা মখোয় অতুনদি ঐবু থক ফংগদবা নত্তে। গোপীশিংদি—মচাক-মবল, শাগৈ-নাতৈ পূন্নমক্কা মরী ককথৎনববা ভাক্তনি অদুনা মখোয়না ঐবু ফংজবনি। নঙ্দি লৈম্লেমনি, মবম অতুনা নঙ্দি ঐবু ফংনবগী অধিকার অতু লৈবা য়াদে ( হকলৈতে )। অতুম ওইনমক নঙ্গী তৌজরিবা তপস্যা অসিবুম্মু ঐনা লেমনা মাঙহল্লোই নঙ্দি সনাগী মযি ওইনা ফাওতুনা ঐগী থবাক্তা লৈবা ফংজো। অতুদগী হৌতুনা লক্ষ্মীনা শ্রীকৃষ্ণগী থবাক্তা সনাগী ময়ি ওইতুনা লৈথ্রিবনি; অম্মুম্না পুরাণগী রাবীদা হায়বা লৈ। মতুগী মতুংইন্না গোপীশিংনা প্লোব অসিদা হায়রিবা রাহৈশিং অসিবু শীজিন্নবকখিবনি। অসিগুম্বা গোপীগী রাহৈশিং অসিদা 'দাস্য-ভাব' কী মতৌ হাইফেৎ ফোংদোকলি॥ ৩৪

তন্নঃ প্রসীদ বৃজিনার্দ্দন তেঽঙ্ঘ্রিমূলং
প্রাপ্তা বিসৃজ্য বসতীস্ত্বদুপাসনাশাঃ।
ত্বৎসুন্দরস্মিতনিরীক্ষণতীব্রকাম-
তপ্তাত্মনাং পুরুষভূষণ দেহি দাস্যম্॥ ৩৫

---

অনুবাদ। মমম অতুনা, অরা-অনা পূন্নমকপু কোকপিহৈবও হে!

ননাই ওইবী ঐখোয়বু চানবিয়ু! ইবুংঙো নঙ্‌তবু উপাসনা তৌজ-নীংবনা মরম ওইত্তনা সংসার অপূম্ববু থাদোক্রমত্তনা নঙ্‌গী শ্রীচরণ-নাক্তা .য়ৌনজরকপা ননাই ঐখোয়নি। হে নিপা লক্তগী অথোইবা, হে পুরুষোত্তম ওইব ও! নীংথিঙ্গবা নঙ্‌গী মোমোন মীনোক অমদি প্রেমগী মিৎয়েংনা থম্মোই হুংদা কামগী মৈহুম চুরবী ঐখোয়বু ননাই হুবী ওইনা লৌশিনবিয়ু॥ ৩৫

---

তাৎপর্য্যার্থ—মথক্কী শ্লোকতা 'দাস্য ভাব' কী মওঙ্‌ হাইফেৎ কাঙ্‌বা হৌথবে, হুজ্জীক শ্লোক অসিদনা তশেং তশেংনমক 'দাস্য' অদুবু ফংহনবীনবা হায়জরকলি। গোপীশিংনা অস্তুন্না দাস্যবু প্রার্থনা তৌজেদি হায়ববু মত্তুগী মহুংদা 'শান্ত' অমস্তুং 'মাধুর্য্য' স্তু অত্তুম্মক ফুমলি হায়বত্তু উংলি। শ্রীকৃষ্ণবু মখোয়না 'বৃজিনার্দ্দন' ( অরা অনা কোকপিহৈবা ) অস্তুম হায়না মিংগৌনরি ; মসি ঈশ্বরদা উৎপা হৌনবা 'শান্তভাব' কী মিংগৌনি। অমুক্তস্তু হায়রি—"নীংথিবা নঙ্‌গী মোমোন মীনোক অমদি প্রেমগী মিৎয়েংনা ঐখোয়গী থম্মোইবু কামনা লাকহৎলি"—মসিদি মাধুর্য্য নত্রগা মধুর-রসগী রাঙাঙ্‌নি। মত্তু ওইফম থোকপনি মরমদি মাধুর্য্য-ভাব অসিদদি ভাব পুম্নমক শুনা অত্তুম্মক তিল্লি ; কাযন-শেৎনরবদা নত্রগা শেৎন-কাযনগনি হায়-বগী করিগুম্বা চিংনবা লৈবা থোক্লবদি ভাব পুম্নমক মথং মথং অস্তুম ফাওরকই। অসিগুম্বা মতৌ অসিবু নাযক নায়িকা অনিগী ভাবতা উবা ফংনবগুম মথং মথং হেনগৎলকপা অত্তুগুম্বা 'আরূঢ়-ভক্ত' শিংগী মফমদস্তু মখোয়না শ্রীভগবানবু দর্শন ফংজবা নত্রগা ইবুংঙো মাবু দর্শন ফংগ্ররোই হায়বগী চিংনরকপা অত্তুগুম্বা মতাংদা অসিগুম্বা ভাব অসি ফাওরকই। অসিতস্তু নত্তুনা মথক্তা ঐখোয়নস্তু নৈনখ্রে মত্তুদি—অতোপ্পা রস অমনা থোমজিল্লকপা নত্রবদি মরু ওইরিবা রস অত্তুগী মপুংফাবত্ত থক ওইদে। অশীনবা,-অথুম্বনচিংবা থক্লবা মহী মনাইগী পোৎস্তু হোংনা হোংনা মহাউ য়েংগদবনি নত্রবদি মহাউ মথল অমত্তবু

অসুম হন্না কন্না থক্কুনতা লৈরবদি শাউনীংবহুম পোক্লকই ; রাক্ষম অসি পুন্নমকুস্থু অহুম্মক থঙ্‌নবীরি। অস্মন্না কাব্য-রসকী মতোদস্থু মসিমক ওইরিবনি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা কাব্য-অভিনয়গী মতোদা ভক্ত ভাবস্থু উৎপিরি ; মতুগীদমক্তা ওইনা প্রেমগী শক্তম লৌবী গোপী-শিংগী মচীন্দগী, তাবদা পেন্ননবা ওইবা অহুগুম্বা কাব্যগী ভাব অমদি খায়দগী হেন্না নুংঙাইবা ফংহন্ননবা ওইবা অহুগুম্বা ভক্তিগী ভাব— অসিগুম্বা ভাব মখল অনিমকপু ফোংদোকপিরি, ইবুংঙো মাগী থৌজান্দি থক মপান নাইবা নত্তে। অহুগুম্বা মাগী থৌজান অদুবু ঐখোয়না থক লৌজবা হৈতে॥ ৩৫

বীক্ষ্যালকাবৃতমুখং তব কুণ্ডলশ্রি-
গণ্ডস্থলাধরসুধং হসিতাবলোকম্।
দত্তাভয়ঞ্চ ভুজদণ্ডযুগং বিলোক্য
বক্ষঃ শ্রিয়ৈকরমণঞ্চ ভবাম দাস্যঃ॥ ৩৬

অনুবাদ। মণিকুণ্ডলনা লৈতেংবা নাংথিবা নঙ্‌গী চায়রুং অনি, অমৃতগী মশক ওইবা চীনবান থক খা, নোমোন মীনোক লোয়নবা খোয়খোযবা শন্নাংনা লৈতেংবা নঙ্‌গী নীংথিবা মায়খোং, অকি অখং পুম্ববু কোকপিহৈবা অহুগুম্বা শাংলবা নঙ্‌গী নপাম্বোম অনি অমদি লক্ষ্মীদেবীগী নুংঙাইজরবা শাইদাংফম ওইনজরিবা কল্লবা নঙ্‌গী থবাক-মতা ফবদুবু উজবতদা ননাই ওইজনীংহুনা লাক্লজবী ঐখোয় মক্তনি॥ ৩৬

তাৎপর্য্যার্থ—মতাং অসিদস্থু মধুর-রসগী ভাবনা মপুং ওইবা দাস্যগী মতো অহু উৎলি। অস্মন্না গোপীশিংনা ভগবানগী মফমদা দাস্য মতোদা রা ঙাঙ্‌লকপা থুদীংদা মহু মধুর-রসনা মপুং ওইবা অহুগুম্বা দাস্য (মনাই ওইবগী) ভাব অহুনি হায়বহু থঙ্‌নগদবা

ওই—থবক নোমহন্নবা নেক্তুনা থম্বী মীনাই অতুমক্তি নত্তে। ইংরাজ-নুপীশিংগীদি অতুগুম্বা চৎনবী অহ্ লৈতে অতুগা হুজিকী মতমগী স্কুল কলেজ তম্বা লোইরবী লৈবাক মচা তারবী ভারতবর্ষগী নীংথিবীশিং-নস্থ ইকাইনীংঙাই ওইবা মশক্তি হায়তুনা অতুগুম্বা চৎনবী অদুবুদি থাদোক্নখরে ; তোইগুম্বম্নুং নোল্লুক শাজৎতনা মশাগী লৈতেং ওইন-জবী, ধর্ম্মতদা লুপচবী, মপুরোয়বতবু লাইনি হায়না থজবী অতুগুম্বী লাইরিক-লাইশু- খংজদবী অমদি চাওখৎতবী ওইনস্থ শীংথানবিরিবী, মযূম পাল্লবী আর্য্য নুপীশিং অতুদি ঙসি ফাওবদস্থ মপুরোয়বগী মফমদা চিঠি অমত্তং ইজবা মতমদা 'নখোঙ্ থূয়া-থাগী ননাই-নুপী' অস্থুম হাযবগা মশাগী সহি তোনবি। ভগবানদা মথরায় লুপ্লবী গোপীশিংনা অতুগুম্বগী মীনাই মথল অদূতবু ওইনজবা পামলি। অসিগুম্বা মতাং অসিদদি শৃঙ্গার রস-দা দাস্য ভাব থিংজিল্লে (নুংশি-নুংঙনদা মীনাইগী মতৌ পুশিল্লে) হায়তুনা রস ময়েং তাহনবগী মশক্তি হায়না চিংনরুফম লৈতে। মীরমলেন লাইরমলেন হায়বা রাহৈ অনি অসি গুন্ন-তৈনবা অর্থ ফোংদোকপা মক্তনি ; মরম অতুনা লাইরমলেনগী ওইবা হিরম খূদীংমক মীবমলেনগী মতৌদগী তোঙান্নবা হায়বতু ওইরিবনি। মীরমলেন অসিদদি মপু শারগা নুংঙাইনৈ ; মরম অতুনা পুম্নমক্কা মপু হায়বতু ওইননাংই—কনানস্থ মীনাই ওইববুদি থক তরাই তরাই পামনরুবা লৈতে। অতুগা লাইরমলেনগী মতৌদি লাইরমলেনতগী ওইবা (মীরমলেনগী মতৌ নত্তবা) অতুগুম্বা আনন্দময় (নুংঙাইবগী মশক ওইরবা) শ্রীভগবানগী মনাই ওইজবদা ফংবা নুংঙাইবা মতৌ অতুদি মীনাই চামনা সেবা তৌবা, সমুদ্রনা থাঙ্লাক-ওইনবী লৈপাক লৈমা অপুম্বগী (পৃথিবী অপুম্বগী) মপুমক ওইতুনস্থ মদুবু মাগী রাখলনা ফাওবা থক লামলুবদা ফংলরোইদবা অতুগুম্বা মশক্তি। ঐথোয়মক্কা হায়রবদি অয়াম্বনা নোক্নবিগনি, কপিলদেবনা তাক-

"সালোক্যসার্ষ্টিসামীপ্যকসারূপ্যৈকত্বমপ্যুত।
দীয়মানং ন গৃহ্ণন্তি বিনা মৎসেবনং জনাঃ॥"

ঐগী ভক্তশিং অদুদি ঐগা ইশক-ইতৌ চপ হেক মান্নবন-চিংবা মুক্তি মখল মঙামক শুনবা লৌজ্ঞৌ হাযববা ফাওবদা মদুবু থক জৌ হায়বা য়াদে, মখোযনা পামজবদি—শুপ্নগী ঐ অসিগী সেবা তৌজবা অদুগী মখৈ তনি॥ ৩৬

মুক্তি মখল মঙা—সালোক্য- লোক অমত্তদা ভগবানগা লৈমিন্নবা।
সার্ষ্টি—ভগবানমক্কা মান্নবা ঐশ্বর্য্য ফবা।
সামিপ্য—ভগবানগী মনাক নকচবা।
সারূপ্য—ভগবানমক্কা মশক মতৌ মান্নবা।
একত্ব—ভগবানমক্কা অমত্তা হেক ওইশিন্নবা।

কা স্ত্র্যঙ্গ তে কলপদামৃত বেণুগীত-
সম্মোহিতার্য্যচরিতান্ন চলেত্রিলোক্যাম্।
ত্রৈলোক্যসৌভগমিদঞ্চ নিরীক্ষ্য রূপং
যদ্গোদ্বিজ-দ্রুমমৃগাঃ পুলকান্যবিভ্রন্॥ ৩৭

অনুবাদ। হে কৃষ্ণ! ইবুংঙো নংগী তাকপিবি—অতোপ্পা নিপাগী শেগা তাংবদি (অবোনবা নিপা থম্বদি) নুপী ওইবীগী যান্নমক তাথীনীংঙাই ওইবা থবক্নি; ফবে অদুদি তাকপিযু—নীংথিজরবা পদনা তিনবা অমৃতমক্কা মান্ননা থুম্বা অতগুম্বা নংগী নুংশিরবা বাঁশী খোম্থাঙ্, তাবদা অমদি মবোল অহুমক্কী শুম্বাৎনীংঙাই ওইববা নীংথিরবা নংগী নশক উজবদা মশাগী ধর্ম্মবু থক থাদোক্তবী অদুগুম্বী কনা নুপীবু মবোল অহুম অসিদা যাওবগে? নংগী ঈশৈবু তাজবদা অমদি নংগী নশক উজবা ফংবতদা যণ-শক্তি, উচেক রায়া অমদি উপাল-রাপালপুম্নমকস্ন হরাউ-তুজুংনজবা ঙাক্তনি॥ ৩৭

তাৎপর্য্যার্থ — মথক্তা হায়রিবা নৈনখরবা অহুৎগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী রূপ অমদি ঈশৈশ্বী মতৌনচিংবা অদুবু উক তারুরবদি অচৎ-চত্ত জীব পানবা পূম্নমক্কী ফাওবা হবাউ তুজুংননবা ওই হায়বসি ওই-থোক্তবা খক ওইরোই। অচৎপম্বু চৎতবম্বু পূম্নমক্কা মুংঙাইবা চবুন অহুগী অকনবা থুংচিং-মায়কৈতদা চেনশিন্নবিবা ঙাকনি। মরম অহুনা গোপীশিংনা হুজীক হাযজরিবা রাহৈ পূম্নমক অসি হাইক্ষেৎ মধুর-রসদি চেনবা খায়দগী থোইদোকপা মওঙ্গী তত্ব-ঙাক্তগী রাঙাঙনি। অমরোমদম্বু, কামনা লাকহৎলবী মথোন কাবা নুপীনা অতোপ্পা নিপা অমদা মথরায় লুপশিনখ্রবদা মতম অহুদা মশাগী ধর্ম্ম নৎপা নত্তবগী জ্ঞান অহু মঙোম্দা থক লৈরক্তে, মদুনবু লৈরিমখেদি থক মাগী মনীং থুংবম্বু ওইদে। মতৌ অহুমক্কা মান্নবা মওংদা মীওইবনা ভগবৎ-প্রেমদা ঙাওজনবদি, মহাক অহুগী মফমদম্বু শাস্ত্রগী বায়েন-বিচার, অকায়বা কাযদবা, ধর্ম্ম নৎপ -নত্তবা করিগুম্বগী রাখল অমত্তম্বু লৈরক্তে অহুগা মহু পূম্নমক অহুনা অহুম লেংদনা লৈবা থোক্লবদনা মানা তাল্লিবদুবু থক ফংবম্বু ওইথোক্তে। অহুগা খঙ্জিনগদবা অমদি, উত্তম অধি-কারীতদা হাযবদি খাযদগী হেন্না মতিক চারবা মীওইশিংতদা অসিগুম্বা মতৌ অসি লৈগদবনি, মখাগী হন্থবা মীওইশি গীদমক্তি ধর্ম্ম থাদোক-পদা পাপ লঙ্শিল্লুবতমক থোকনি, মসিদা থোইনা চিংনকফম লৈত। মরম অহুগীদমক্তনি শাথৌবা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী চান্নরবা মরূপ অর্জ্জুনদা খক মশাগী ধর্ম্মবু থাদোকপা তৌদনবা হন্না হন্না থাম্বগা লোযননা ক্ষেত্রি-মচাগী হৌনবা শাফম লানফমতগী মায়কৈদা মপুক্কীং থৌজিন-বীখ্রিবা। ঙসি, মফম অসিদা রস-পূম্নমক্কা হৌফম রসিক-নাগর ওইনা ঙাল্লিবা অহুগুম্বা ভগবান অসিমক্কা মফম অহুদা শাথৌবগী থবক তৌবীখ্রিবনি। অপন-অহুই করিম্বু লৈতনা, লম্বীদা দোলাই থৌবতনা শাথৌবগী মথৌনি। মওঙ্ অম্মুম তৌখ্রিবসি মরম অদুতননি॥ ৩৭

ব্যক্তং ভবান্ ব্রজভয়ার্ত্তিহরোঽভিজাতো
দেবো যথাদিপুরুষঃ সুরলোকগোপ্তা।
তন্নো নিধেহি করপঙ্কজমার্ত্তবন্ধো
তপ্তস্তনেষুচ শিরঃস্বুচ কিঙ্করীণাম্॥ ৩৮

---

অনুবাদ। লেপ্পমক, ইবুংঙো নহাক্তি, লাইরৈবাক্কী মপু ওইবা নারায়ণমক্ন্না ব্রজবাসীগী পূক্নীং হকচাং 'পূম্বগী অরাবা অপূম্ববু কোকপিনবগীদমক অবতার তৌবিরকপনি। মবম অহুনা তোল্লবগী মপু ওইবও হে! ব্রজদা লৈজবী ননাই নূপী ঐখোযগী মৈশা-মৈরি লাং-বতনা থাঙ্-ভমজব্রবা অসিগুম্বা ইশা ইশাগী থাবোমশিং অমদি ঐগী ঐগী ইকোকথক অসিদা ইবুংঙো মঙ্গী নখূৎ থম্বাল অহু থম্বীয়ু॥ ৩৮

---

তাৎপর্য্যার্থ—গোপীশিংনা মশা মশাবু মীনাইনুবীমক ওইনা উৎচবি, থাবোমদা খূৎ থম্বীনবা হায়জবি, অহুগুমহুনা মকোক মকোকস্নু খূৎনা নানবীনবা নিজ্জরি। মবম অহুনা শ্লোক অসিদা শান্ত দাস্য অমসুং মধুরগী রাস তশেংনমক যাওরি। হায়বিবা গোপীশিংগী রাঙাঙ্ অসিগী অরোইবা শ্লোক—হায়বদি অযোবী উৎপা রাঙাঙ অসিদা মখোয়না নাংজবগী থম থেবা অযোবা মপূক্নীং নতা অহু ফোংদোকলি। থাবোম খূৎনা পাযবা হাযবসি তাবদা যামনক ফ গোই নাংঙাই ওই। মসিগী মথংদা লাক্কদৌবিবা প্রকৃতিগী (মীরমলেনগী মতৌগী) রাস-লীলা অহু হৌরক্লবদি অমুক্কসু হেন্না হংগোইফম থোকপা রা ভাক্তবু তারকখিগদবা লৈরি; মসিগী মরমদি মতাং মতাং অহুদা কোন্না শন্দোক্না নৈনরকখিগনি।

শ্রীভগবানন তাকপিখিবা য়াথংগী পাউখুম ওইনা গোপীশিংনা হায়জখিবা ময়াম অহুগী মরক্তা ইবুংঙো মাগী অধরামৃতনা (চিনবান খোইহীনা) কামগী মৈ মুৎহনবা অহুগা মৈশা লাংলবা থাবোমদা খূৎনা শোকপগী রাকম অসিবু লৌথোকখ্রবদি লেমহৌরিবা রাঙাঙ পূন্নমক অহু পরমার্থ বিষয় (ভক্তনা ফংগে তাল্লিবা অথোইবা ললগী

মরম ) অদু ভাকুগী ওইগদবনি। অদুগা কামবু মুখৎপা অমদি মৈশা লাংলবা থাবোম হায়বা রাহৈ অনি অসিমক্তি শ্রীধরনা হায়বা মতুং ইন্না—শৃঙ্গার ( নুংশি-নুংওন ) গী ওইবা মতৌ অদুগী মখৈতনি হায়বদি মথক্কী কুযোম অমত্তগী মতৌতনি—হায়শিন্নবত্তনি মদু অশেংবমক্তি নত্তে। মরম অদুনা খন্থবীহৈবা সাধকশিংনা য়েংশিনবীগনি মদুদি ——গোপী খুদীংমক্কী থম্মোই মহুং মহুংদা অনি অনি থোক্লা চৎলি—অমনা অতোপ্পা নিপা পাম্বী অদুগুম্বী বিপ্রলম্ভগী মতৌনা তিনবী ( বিপ্রলম্ভ—শেৎন-খাইন-রাখলনা লাকহৎপী ), ব্যভিচারি ভাবনা তিনবী ( অতোপ্পা নিপাদা হুলান্দুনা ওক্ত শাজৎ চৎলবী ) অদুগুম্বী মথোন কাবা নূপীগী মতৌনি, অদুগা অতোপ্পা অমনা ওইজ-ওইথক পুন্নমক থাদোক্লবী, ভগবৎ প্রেমতবু পামজবী অদুগুম্বী প্রেমগী শকলোন পুবী প্রকৃতিগী মতৌনি। কামগী মৈশা লাংবমতৌ মাঙহনবীনবা হায়জবনা মখোয়গী মথোনকাবী, নৌরিবী-নুপী ওইবগী মতৌনি অদুগা ভগবৎ প্রেমগী রাফমনা প্রেমগী মশক ওইরবী প্রকৃতিগী ( মাঙ্বা নাইবা অদুগুম্বা তাইবঙ্গী মতৌনা তিনবী ) শকলোননি। কামগী মৈরা মুৎপগী রাফমনা মথোন কাবী নূপীগী মতৌনা তিনবী পুক্নীং মতা অদুগী মায়কৈগীনি অদুগা ভগবানগা মরী লৈনবা রাকম অসিনা প্রেমগী মশক ওইবা প্রকৃতিগী মাইকৈগী ওইবা রাফমনি। লৈপাক্লা শাবা অতোপ্পা নিপাগী লৈপাক্কী মশক ওইবা হকচাং অদুগা শন্নবতনা মথোন কাবী নূপীগীদি মহুং মতমগী ওইবা নুংঙাইনীংবা হোনবা নহা-পুকচেনবুদি ওই চুম্মী—অদুবু কামগী মৈশাবু হায়বদি থাবোম অনি পায়বতনা মত্ত হেক কোকপমক্তি নত্তে। ঙাইহাক্কী ঈহৌরকপা, হেকস্থ মমাঙ্খিগদবা অদুগুম্বা নুংঙাইবা মতেক অদুত্তবু পাম্বনা নিপা অমস্থুং নূপীনা মহৈ মহৈ লৈপুনগী মতৌ ওইনবনি ; অদুন্নমক ফনা তৌহুনস্থ মহুনা পুম্নীগী ওইনা ঈখৌ লাংনবা কোকপদি থক ওইদে। অদুগা অশেংবা নুংঙাই-

বগী মশক ওইবা অহুগুম্বা ভগবানগী মুক্তি অহুগা অমুক্কংতবু শম্নজ-ক্লবা ফংলবদি জীবনা অমুক অতোপ্পা করিগুম্বা অমগী ঈথৌ লাং-লকপা থক লৈত্রে ( নির্ব্বৃতি )। গোপীশিংনা, কামবু নৈহৎলগা মতম পূম্নমক্কী ওইনা মদূগী ময়াই পোক্লক্তবদূবু পামলি, অহুনা তুংঙাইবগী শক্তম লৌবা ভগবানগী মূক্তি অহুদা মখোয়না মহুমকপু প্রার্থনা তৌজরি। প্রেম মার্গদা লৈজবা ( প্রেমগী ঈফুৎ ফাওনবা চৎচবা )—ভগবানবু নীংজবা অহুগুম্বা সাধক অহুনা নিপামক ওই-হুনস্থ মাগীস্থ ফিভম অসিমক ওইগদবনি—মরম অহুরুননি গৌরনা রাধাভাবতা লৈবিগ্রিবা মতৌ। শ্রীগৌরাঙ্গনা রাধামক ওইহুনা কৃষ্ণগীদমক্তা ঙাওচৎনখি; রাধামক ওইদ্রবদি অহুম্না তৌবহু থক ওইথোক্লম্লোই। হায়নবা লৈ মহুদি—নোংমা মিরাবাইনা বৃন্দাবন্দা লৈবা ভক্ত অথোইবা সনাতোন গোস্বামীগা উন্নগে হায়হুনা চৎলুই। লম্বোইরবা সনাতননা নূপীনি হায়হুনা মাবু উন্ননীংখিদে; মহুদা মিরাবাইনা মহাকপু তূক্কচনা অম্মুম্না হায়রকই—সনাতন অসি হুজীক ফাওবদা 'নিপা ওইরমলি, মরম অহুনা মাবু ঐনস্থ হেন্না উন্ননিংদে। ভক্তি শাস্ত্রগী ফিরেপ ( সিদ্ধান্ত ) মতুং ইন্নদি নিপা ওইরিবদি ভগবান মথন্তনি, মহাক নত্তবা অতৈ মখৈদি ঙম্না প্রকৃতি মক্তনি ( মঙোন্দগী থোকপনি—লৈপাক অমদি ঈশিং তুংশিৎনচিংবা মরম মঙানা তিল্লগতা থোকপনি )। মরম অহুনা জীবনা অশেংবা প্রকৃতি-মক ওইনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু নীংজগদবনি। নিপানি হায়বগী রাখল থাদোকপা ঙমত্রিমখৈদি থক কৃষ্ণ সেবা ফংগদবা লৈতে। মসিগী অশেংবা তাৎপর্য্যদি ( তুংগী অশেংবা অর্থবুদি ) খঙ্দনা মশানদি বৈষ্ণবনি হায়জবা শাবা অহুগুম্বা মীওইশিংনা নূপী শাহুনা নূপী ফিজেৎ শেত্তূনা কৃষ্ণ নীংবনি হায়হুনা তৌরি। নূপীদং শারগা হেক চৎনগদবা নত্তে, মীওইবী নূপীগা প্রকৃতি হায়বসিগদি য়াম্নমক তোঙান্নবা মশক্কি। মরম অহুনা মশানা অহুম্মক প্রকৃতি অহু শেংনা ওইহুনা

লৈগদবনি—হাযরিবসিনা মীওইবী হুপীমকপুদি হায়বা নত্তে। পাবী-রিব অমদি পূকচেল চাউবা সাধকশিংনা থাবু ফংগে হায়না মথূৎ থাঙ্গৎপা অতুগুম্বা অঙাংগী মতৌগুম্বা মতিক চাজত্রবা লেখক অসিবু চানবীত্থনা মসিগী অথূপ্পা হুংগী অর্থ অসিতদি খঙজিং বিগদবা ওই ॥ ৩৮

---

শ্রীশুক উবাচ॥

ইতি বিক্লবিতং তাসাং শ্রুত্বা যোগেশ্বরেশ্বরঃ।
প্রহস্য সদয়ং গোপীরাত্মারামোঽপ্যরীরমৎ ॥ ৩৯

অনুবাদ। যোগেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মশামক্না আত্মারাম ওইদুনসু (মথন্তদা মথন্তনা হুংঙাইজবা ওইদুনসু) গোপীশিংগী অসি-গুম্বা মথরায় শোকপা রাঙাঙ্‌শিং অসিবু তাবদগী থৌজানবীহৈবা পূকচেন্না মোমোন-মীনোক-মায়থোংগা লোয়ননা মখোয়বু শান্নহন-বীরকলে ॥ ৩৯

---

তাৎপর্য্যার্থ—কৃষ্ণতনা থরায় ওইনজবী গোপীশিংনা ভগবানগী চাংয়েংদগী লাম্থোকচবা ঙমখ্রে। ভক্তবু চানবীহৈবা ভগবান-নসু মখোয়গী নিংজবদু থুংহনবীরে। মহাকবি কলিদাসকী 'কুমারসম্ভব' পাবীবা মী থূদীংমক্না খঙ্‌বিরিবনি মদুদি—দেবাদিদেব ওইবা (অহানবা লাই ওইবা) মহাদেবসু মাবুতা য়োনা পামজবী পার্ব্বতীবু মওঙ্‌ অসিমক্কা মান্নবা চাংয়েং তৌবীখি—অদুগা মদুনা মানা লাম্থোক-চবা ঙমলে খঙ্‌বীরবদা ইবুংঙো মাগী সেবা তৌজবা ফংহনবীখি। মদু-মকসু পরমার্থতত্ত্বগী ওইবা রাফমনি। ভগবানদি থৌজানগী সমুদ্রনি অদূবু মাগী থৌজাল অদূবুদি কনানা পাম্বীরি? কমদোনসু পামলু-গনি? মী পুম্নমক মাগী মাগী করিসু রাত্তনা লৈনরি; ঈশ্বরগী থৌজানবু অমুক করিদা কান্নগদবা লৈ? ঈশ্বরগী থৌজান পামলিবা

মীশিং অতুনা অমরোমদা অমুক চুম্নগী মমায়তমক থাংগত্ননা লৈনৈ থম্মোইদি থক য়াওবা লৈতে। মখোয়না মপুক্তা থল্লি—ঐখোয়গী ইচাক ইরল লৈরি, ইশানকম্ থৃৎকন-পাংগল্লি। ভগবানদি থঙ্‌দ-উদব লৈতবা অন্তর্য্যামীনি, মানদি মত্থ পুম্নমকপু লোইনা উবি, থঙ্‌বি ; মরম অতুনা মানা থক থৌজানবীরকপা লৈতে—অতগা থৌজানগী ইরেল অতদি হান্নগী হান্নত্থ ওইনা অতুম্মক লঙ্‌দনা লৈ। কনাগুম্বা মীনা অত্তোপ্পা মী অমগী মকাদা ভিক্ষা নিবা চৎলগা 'থাগী ওইনা লুপা লীশীং অমমম লাকপা অহুগুম্বা ঐগী লৌ-ইঙ্খোলগী সম্পত্তিদং লৈঙ্গে, ইচানিপা মরিদংগা পোকচৈ অতুগা ইশামকম্ তীনজেন লায়চেনবা মীওই নৎচদে ; অহুনা চানবীতুনা ঐঙোন্দা ভিক্ষা থরদংদি হাপ্পিয়ু' অসুম্নবু হায়রুরবদা পাগদৌরিবা মী অতুনা করিগুম্বদা চানবিরকপা হৌনবরা ? মত্থ কৈদৌঙৈদম্ ওইথোক্তে। ভগবান-গীসু অতুমক্লি, করিগুম্বদা মাগীনি হায়বা থরদং লৈরিবা অতুগা মাগীনি হায়বা মীওই কনাগুম্বা থরদংসু লৈরিবা অতুগুম্বা মীগী মফমদদি থক মানা চানবীবা লৈতে। ভগবানবু ফংগে হায়রবদি গোপীশিং অসিগুম্না পুম্নমক থাদোক্লবা ওইগদবনি, তাইবং মালং অসিগবু মরী থজীক্তং লৈনরিমথৈদি মানা থক চানবীগদবা নত্তে—মাবু থক ফংগদবসু ওইদে। ব্রজগী নিংঙোলশিং অসিগীদি করিসু কনাসু অমত্তা লৈজদ্রবীনি—অমুক করি হায়গনি ; মখোয়গী লেপ-চফম খোঙ্‌ফম মচেৎ অমা ফাওবসু লৈজদ্রবীনি ; মপান্দসু মপ্পুংদসু থঙ্‌দ উদবা লৈত্রবা অন্তর্য্যামীতবু কৌজতুনা, থম্মোইগুংগী রাকৎ ফোংদোকচতুনা থরায় হকচাং ফুরা কপচরিবী অতুগুম্বী মখোয়নি। ভগবান-নসু মদুবু থঙ্‌বিরে—থৌজালগী ইরেল মপুক চোল্লকলে। চঙ্‌ফম লৈজদ্রবী গোপীশিংবু ইবুংঙো মহাক্লা মশাগী শেগাদা থুপচফম পীবিনবা থৌরাঙ্‌বিরে।

শ্রুতিনা হায়--মহাক্তি লাপ্পা লৈ, নক্বা লৈ—হায়বদি ভগবানবু

ফংবদা রাবা অদুগুম ফংবদস্থু য়াম্নমক লায়না থোকই। থম্মোইদা লৌনম মচেৎ অমতং লৈরিবৈদদি মহাক উদবমখৈ লাপ্পা লৈখি অদুগা ব্রজগোপীশিং অসিগুম্না লৌনম-লৌথূপ য়াওদনা মিত্তুগী পি শিম্থজরবদি, মহাক ইনক নক্লা অদুম্মক লেপ্তুনা লৈ। থরায়দগীস্থু হেন্না মুংশিজবা অদুগা থরায়মক ফুক্লা মাবুতবু ফংজনীংবা অদুগুম্বা মীশক অদূবু উজরুবা ফংব্রবদা, মাগা রা-লান ভাঙ্‌নজবা ঙমখিজ্রবদা অমদি ঐনা মাগী মশাবু শোকচরুবা-শম্নজরুবা ফংব্রবদা—ইখুৎ অনি-মক চঙ্‌না মিৎ নোইরগা নমত্তুনা মঙদগী পি চিংথোকলুগদবা নত্তে; অসিগুম্বা মতমদদি হোৎনরুবা নাইদনা ঐগী মিত্তুগী অদুম্মক পি শিম্থজরকই। অম্মুম্না থরায়মক ফুক্লা ভগবানবু পামজবা মীশিংনা ভগবানবু দর্শন ফংজবদস্থু থক মমিংকী পি থিংবা ঙমজদে। অসিগুম্বা মতৌ অসিদি থক থোইনা হোৎনকুবা লৈতে, মদুগীদমক থোইনা থল্লুগদবস্থু নত্তে—মফম শঙ্‌দবা অসিগুম্বা মুংঙাইবগী পিরাং অসিত্তনা মুংঙাইবগী মশক ওইরবা, শঙ্‌দ-উদবা লৈত্রবা অদুগুম্বা শ্রীভগবান অদুগী মমল শকপনি। অসিগুম্বা পিরাং মরীক অমতং লাম্থোকচবদা মহাক্লা মশাবু হেক্তমক ফংহনবি। অদুগুম্বা ইবুংঙো মহাক্লা মনাই ভক্তশিংগী মফমদা অসিগুম্বা পিরাং শিন্থবসিবু তাকপি তম্বীগে হায়বগীদমক ইবুংঙো মঙোন্দগী তোংঙানবা নত্তবী অদুগুম্বী শ্রীরাধান-চিংবী হ্লাদিনী-শক্তিশিংবু (মুংঙাইবগী মশক ওইবী মশাগী শক্তিবু) মঙোন্দগী তোঙান তোঙান্নবী ওইহন্দুনা অন্তর্দ্ধান তৌবীবা ওইনা (উহন্দবগুম্না) তত্তুনা কপহনবীথি। ব্রহ্মানচিংবা লাইশিংমক্লা ফংনঙমদ্রবা অদুগুম্বা পোৎশক অমগী মমলবু লৌনম য়াওদবা পিরাং মরীক অমথক্তুংনা ওইনবা য়ারবদবু; মসিদগী হেন্না নকপা, লায়বা অমদি খ্বাযদগী হেন্না হোঙ্‌বা অতৈ করি অমবু লৈরম্বা হৌনরিবগে? হৈ-শিংবা, মরাইবক ফবা সাধকশিংগীদি ভগবৎ-কৃপা অসি য়াম্নমক লায়না থোকপা পোৎনি—অদুগা মরাইবক থীরবা লেখক অসিগী

কাদা হোঙ্‌লিবা পোৎশক্তি—কালি, কলম অমদি ইননবা চে অসি মঙায়রে॥ ৩৯

---

তাভিঃ সমেতাভিরুদারচেষ্টিতঃ
প্রিয়েক্ষণোৎফুল্লমুখীভিরচ্যুতঃ।
উদার হাসদ্বিজকুন্দদীধিতি-
র্ব্যরোচতৈণাঙ্ক ইবোড়ুভির্বৃতঃ॥
উপগীয়মান উদ্গায়ন্ বনিতাশতযূথপঃ।
মালাংবিভ্রদ্‌বৈজয়ন্তীং ব্যচরন্মণ্ডয়ন্ বনম্॥
নদ্যাঃ পুলিনমাবিশ্য গোপীভির্হিমবালুকম্।
জুষ্টং তত্তরলানন্দিকুমুদামোদবায়ুনা॥ ৪০

অনুবাদ। কুন্দ-পবেং মানবা শংথিবা যাগী অবংবা মঙাল লোয়নবা নীংথিবা মোমান মীনোক্লা মাগী ওইবা চানবীহৈবা শ্রীকৃষ্ণনা মুংশিজবা মাগী শকফম উজবদা মাযথোং মকাবামজববী গোপীশিংনা কোযশিন্দুনা থরান্মীচারা কোযশিনবা মপূংফাবা থানিনগুম ঙান্থোই-বীরকলে।

ঈংলবা লৈঙোই মপৈনা কোযনা শীনবা কালিন্দী তোর্ব্বান্দা, ফুগায়না শাৎলবা থবো-থারীকথাগী লৈনম চেনবা—ঈরীক পুবা মুংশিৎনা তপ্না তপ্না হুমলি। বৈজযন্তী মালানা (বৈজয়ন্তী—মচু মঙানা তিনবা লৈপবেং, থুকউ যৌনা চোনবা) ঙক্কী লৈতেং ওইন-শিবা, অয়াম্বী নুপীগী নাযক ওইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগা লোয়ননা মফম অদু তান্না লাক্লগা কোয়না অস্তুম চংলবে। মথোয়না অস্তুম চৎপসিনা মরম ওইদুনা মফম অদুগী বনগী লমদম 'পুম্বগী ফজবা নীংথিবা হেলহল্লি। গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী গুণবু থাদুনা ঈশৈ শক্লবা হৌরকখি অদুগা স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণমক্লস্ত খোঞ্জেল রাংনা ঈশৈ শকপা হৌবীরকলে॥ ৪০

বাহুপ্রসার-পরিরম্ভ-করালকোরু-
নীবী-স্তনালভননর্ম্মনখাগ্রপাতৈঃ ।
ক্ষ্বেল্যাবলোকহসিতৈর্ব্রজসুন্দরীণা-
মুত্তম্ভয়ন্ রতিপতিং রময়াঞ্চকার ॥ ৪১

---

অনুবাদ। কবিগুম্বদা মহাক্না পাম্বাম তিংথোক্তুনা, কবিগুম্বদনা কোনবাহুনা, কবিগুম্বদনা মখূৎতা খূৎনা পাযবিহুনা, কবিগুম্বদনা খোইখোযবী শমলাং, কবিগুম্বদনা ফৈরু, খাঙ্গোথ-মচীন অমদি থাবোম পাযবিহুনা,—কবিগুম্বদনা খোযথুম রাঙাঙ্ ঙাঙ্বিহুনা, শুংশিনা চান্না যেংবহুনা অংদি নীংথিবা মীনোক্না নোকপিহুনা গোপীশিংগী কাম যাকাযহনবগা মখোযবু শান্নহনবীবকলে ॥ ৪১

---

তাৎপর্য্যার্থ—শ্রীশুকদেবনা হাংবিবা শ্লোক অহুম অসিদি চুম্নগী বাবাগী হৌনবী রস অত্তুংগী নোংখোকহন্নবা ওইবা মত্তোগীনি ॥ ৪১

এবং ভগবতঃ কৃষ্ণাল্লব্ধমানা মহাত্মনঃ ।
আত্মানং মেনিরে স্ত্রীণাং মানিন্যোঽভ্যধিকং ভুবি ॥ ৪২

অনুবাদ। মত্তৌ অস্সুম্না গোপীশিংনা পরমাত্মা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মফমদগী অসিগুম্না ইকাই খুম্নবিবা মত্তৌ অসিবু ফংনজরবদগী নাপননা থোযগৎনরক্তুনা মখোয খূদীংমক্না পৃথিবী অসিগী নূপী পুম্নমক্তুগী হেল্লবীনি অস্সুম্না খন্নরকখি ॥ ৪২

---

তাৎপর্য্যার্থ — তশেংনমক গোপীশিংদি নাপল যাওজরবী মত্তুনি। লৈপাক্নী ঈশিংগী মশা অদূবু মাগী 'ঐ' অহুনি খল্লবদি অতুগা অত্তুগুম্বা 'ঐ' হায়বা রাখল অহুনা মরম ওইহুনা নাপলনচিংবগী মত্তৌ পোক্লক্লবদি অতোপ্পা পোৎ অমদা পুক্নীং লূপশিনথিবনা মরম ওইহুনা থক ভগবানগী দর্শন ফংবা ওইদে। অসিগুম্বা তত্ত্বগী পাউত্তাক

অসিবু পৃথিবীদা পাউজেনবীগে খন্দুনা ভগবানমক্না অসিগুম্ব! লীলা অসিবু শান্নবিবনি ; হায়বদি ইবুংঙো মহাক্না মাগী অপাম্বদবু মপূং ফাহনবীনবগীদমক গোপীশিংগী থম্মোইদা মওঙ্ অসিগুম্না নাপলতনা ময়াইক্ষাবী হেক ওইহনবীখিবনি ॥ ৪২

তাসাং তৎ সৌভগমদং বীক্ষ্যমানশ্চ কেশবঃ।
প্রশমায় প্রসাদায় তত্রৈবান্তরধীয়ত ॥ ৪৩

ইতি শ্রীকৃষ্ণরাসলীলায়াং প্রথমোঽধ্যায়ঃ ॥

অনুবাদ। ভগবান কেশবনা, মরাইবক ফবতনা পোক্নরকপা গোপীগী অসিগুম্বা নাপল অমদি ময়াই কানরকপা মতৌবু উবারক্লবদা মখোয়গী নাপল অমদি ময়াই কাবা মতৌ অদূবু মাঙহন্দুনা মখোয়বু কৃপা পীনবীগে অম্বুম্না খন্দুনা মফম অতুমক্তদগী অতুম্মক মাঙবিখরে ॥৪৩

শ্রীকৃষ্ণরাসলীলাগী অনুবাদতা অহানবা অধ্যায় মতাং অসিদা লোমলে ॥

তাৎপর্য্যার্থ—শুকদেবনা হায়রি—ভগবাননা মফম অতুমক্তদা অতুম্মক মাঙখরে। মসিদগী অতুম্মক খঙবা ঙম্মী মতুদি, ভগবাননা মফম অতুদগী কদাইদম্বু চখোকপিখিবা নৈতে ; মফম অতুদা লেঙদনা অতুম্মক নৈবীরিবনি অতুমদি ওইরগা গোপীশিংনদি মহাকপু উজবা ফংখিদে। পুক্নীংনা ভগবানবু দর্শন ফংজবগী মরম খন্থরবদি ঐখোয়না অসিগুম্বা লীলাগী অশেংবা মরম অদূবু খঙবা ঙম্মী। পুক্নীং অসিনা তোঙান্নবা পোৎলম অনিবু পুন্না মতম অমত্তদা অতুম চপ মান্ননা কোনশিল্লুবা—মতু থক ওইথোক্তে—মসিগী মরমদি হান্ননম্বু নৈনখ্রে। গোপীশিংগী পুক্নীংনা মখোয়গী মশা অমদি ময়ুম মকৈনচিংববু পুমকাউ কাউথোক্লুনা শ্রীকৃষ্ণতদা পুমলূপ লূপশিল্লম্বা অতুপকী মথৈ মখোয়না কৃষ্ণগী দর্শন ফংজরম্মী ; মখোয়গী মপুক্নীং অতুনা

মশা মশাদা অমুক হন্থহনা লাকখিবা হায়বদি হকচাংগী মশক ওইরিবী অসিগুম্বী ঐখোয় অসিতনা মথোনকাবী নুপী পুম্নমক্কী মরক্তা খায়দগী হেনবীনি অস্মুম্না হেক খল্লকখিবা মিৎকুপতা শ্রীকৃষ্ণনা লোৎপিথ্রিবনি হায়বদি কৃষ্ণবু উখিদবনি। মরম অহুনা শ্রুতিনা রাকম অনিখক হায়রম্বা লৈ—

"ব্রহ্মাদি পুক্নীংতনা উগদবনি" অহুগা অমুক্তা "পুক্নীংনা খক য়োঙমদবা অহুমক ব্রহ্মনি" অস্মুম্না। মসিগী অর্থদি অসিনি—অতোপ্পা করিগুম্বা অমবু খল্লুবা লৈত্রবা অহুগুম্বা তরু তরুবা পুক্নীংতনা ব্রহ্মবু উজবা ফংগদবনি, অতোপ্পা করিগুম্বা অমদা হাপলিবা অমোৎপা পুক্নীং অহুনদি খক ওইখোক্তে। অস্মুম্না শ্রুতিনা হায়রম্বা, তাক্লম্বা অহুমক ভগবাননা লীলা ওইনা শান্নহনা উৎপিরকলি।

ভগবাননা পাম্বীবা মখল অনিখক্তি লীলা অসিনা প ঙ্‌থোকপা ওইরে মহুদি—থক্কী ওইবা, অশেংবমক নত্তবা (উপরিস্থ ছলময়) শৃঙ্গার রসদা শেৎন-থাইনবা মতোমক য়াওদ্রবদি খক রস অহুগী মপুংফাবা ওইদে, হাযরিবসি কাব্য-নৈনবা মী খূদীংমক্তা অহুম্মক খঙনবীবা রাক্ষমনি। রস শাস্ত্রনা হায়—

> "ন বিনা বিপ্রলম্ভেন শৃঙ্গারঃ পুষ্টিমশ্নুতে।
> কষায়িতে হি বস্ত্রাদৌ ভূয়ান্ রাগো বিবর্দ্ধতে।"

হায়বদি অঙৌবা ফিদা অঙাঙবা অমদি নাপুনচিংবা অতোপ্পা মচু অমা শঙবা তারবদি অহানবদা ফি অদুবু অফকপা মচু অমনা হান্না লোকথোকখিগদবনি। অস্মুম্না অফকপা মচুনা লোক্লবা ফি অহুতদা অতোপ্পা মচুনা চূশিনবা হেল্লি। অহুগুমহুনা শেৎন-থাই-নবগী মথংদা ওইরকপা মিলন (নৈপুন) অহুনা হেন্না মরীক চুম্না হুংঙাইবা হায়বহু ওই। শেৎন-থাইনবা মতৌ ইয়াওমক য়াওদ্র-বদি লীশাং-শীংনা অস্মুম তিন্ন-তোৎনবতনদি শৃঙ্গার-রসকী মপুংফাবা হায়বহু খক ওইদে। মরম অসিদগী শ্রীকৃষ্ণনা শৃঙ্গার-রসকী নাযক

ওইবীহ্নুনা বস মপুং ফাহনবীনবা গোপীশিংগী মফমদা শেৎন-থাইনম মতৌ ওইহনবীবি অহ্নগা অমরোমদনা ভগবান ওইমা ভক্তগী প্রেম-উৎকণ্ঠা ( প্রেমগী ঈথৌ লাংবা মতৌ ) অদুবু মমুন ফাম। মুলহন-বীনবগীদমক অন্তর্ধান তৌবীখিবনি । অক্রুম-লাইতৌনচিংবা অনাবনা ফবা হৌনক্লবদা চাক-চাবা হৌবল্লবদসু হেন্না ফগৎনবগীদমক থংনবা মতুং হুমিৎ থবদি অহ্নম্মক হীদাক চাহ্নুনা অমসুং নিযম ঙাক্তুনা লৈথখিবা তাই। মতৌ অহ্নগুমহ্নুন। তাল্লিবা জ্ঞান অহ্নুনা ফংলব-মক্তদসু মদুবু মমুন ফাহন্নবগীদমক অহ্নম্মক জ্ঞানগী অভ্যাস তৌহ্নুনা লৈগদবনি অহ্নুগা অহ্নগুমহ্নুনা প্রেমগী লনমক ফংলবা মতুংদসু প্রেম অহ্নুগী মমুন ফাহনবদি তৌদফনবনি । ভগবাননা গোপীশিংগী প্রেম অদুবু মমুন ফাগনবীনবা ওইনা অসিগুম্বা লনা ভসি শান্নবিহ্নুনা অচম্বা মীওইবদা খঙ্হংবীবি । বাফম অসিমক ভগবানগী শ্রীমুখ-মক্লসু গোপীশিংদা তাকপিবকখিগনি । রাসপঞ্চাধ্যাযগী অহানবা অধ্যায়দা, মহৈ মহৈ যৌনা হুংশিনরবা নাযক-নাযিকাগী ফাগিগী মতৌনা তিল্লবা প্রণয-কলহগী ( চীন্দা-পাউদান্নহ্নুনা থৎনশিন্নবা ) মওংদা আব্দাঢ ( মথং মথং অরাংবদা হাইগৎলক্লবা অহ্নুগুম্বা ) ভক্ত-শিংগী ভগবদ্ ফংনবগীদমক্তা থম্মোইনুংগীদি পেন্ননীংঙাই ওইরবা অহ্নগুম্বা অরাবা মতৌবু অসুন্না উৎচবি ॥ ৪৩

শ্রীকৃষ্ণরাসলীলাগী তাৎপর্য্যার্থ তাকপগী অহানবা মতাং অহ্ন মসিদা লোমলে ॥

# দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ

**শ্রীশুক উবাচ**

**অন্তর্হিতে ভগবতি সহসৈব ব্রজাঙ্গনাঃ।**
**অতপ্যংস্তমচক্ষাণাঃ করিণ্য ইব যূথপম্॥ ১**

---

**অনুবাদ।** অস্মুম্না ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা খঙ্‌হৌদনা মাঙ্‌খ্রবদা, শারূপ পুবা শাম্নু-লমশাবু উদ্রবদা শাম্নু অমোমশিংনা তৌবগুম ব্রজ-গোপীশিংনা ইবুংঙো মাবু উদ্রবদা খম থেংনা পূক্নীং হামচৎনবী ওইহৌরে॥ ১

---

তাৎপর্য্যার্থ—শ্লোক অসিগী থূদমগী শরূক্তনা নায়ক-নায়িকাগী ভাবনি অত্তগা উৎলিবনা ভক্ত অমসুং ভগবানগী ভাবনি। শারূপ পুবা শাবু উখিদ্রবদা শাম্নু অমোম মখৈনা রানহৌবা মতৌ অত্তদি কামগী ওইবা অরাবনি। অত্তগা ভগবানবু উজবা ফংখিদ্রবদা ভক্তনা রাবনা প্রেমগী মতৌদনি। মরম অত্তনা কামগী রাবা মতৌ অত্তদগী কামগী শরূক মখৈদং অত্ত থাদোক্লগা নৈহৌবিবা অশেংবা অরাবগী মতৌ অত্তনা থূদম ওইনবনি হায়বসি থঙ্‌গদবা ওই। থূদম হায়বসি পুন্নমক্তা হেক্তমক চপ মান্নবদি খক ওইথাক্তে। মতাং অসিদা মহর্ষিনা উৎনীংলিবদি ভগবানবু দর্শন ফংখিদ্রবদা প্রেমগী শকলোন ওইবী গোপীশিংনা খাঙ্‌ঙমদনা রানহৌবা অত্তগুম্বা মৈচাক অদূত্তবু উৎপিগে তৌবনি।

ভগবানবু উজবা ফংখিদ্রবদা ওইহৌবা গোপীশিংগী অরাবা মতৌ অত্তমক্তি মীরমলেনগী ওইবা করিগুম্বা থূদম অমত্তনা মদূবু ফোংদোকলুবা ঙমগদবা ওইদে। আনন্দময় শ্রীভগবানবু ফংলুরগা অমুক মাঙ্‌জগ্রবা অত্তগুম্বা অথোইবা ভক্তজনশিং অত্তনা মসিবু করম্বা মথলগী অরাবনো হায়বত্ত খঙবিরমগদবা মঙায়। মীরমলেনগী

ওইবা ঐনা য়ৌনা পামজবা পোৎ অমা মাঙ্‌খিবদা ওইবা হৌনবা য়ৌনা ৱাবা পুক্নীংগী মতৌশিং অদুগী মরুংদা খায়দগী হেন্না মৈচাক ফংনবা ওইবা অদুগুম্বা মতৌ অমবু থনগৎলগা গোপীশিং অসিগী মপুক্নীং ৱাবগী শক্লক মচেৎ অমথক্তবু উৎপগী মখৈতনি। শামু হায়বা শা-জাৎ অসিগীদি শোক্ন-শম্নজবা যান্না পাম্মী ; মসি খঙ্‌নরবা ৱাফম ওইনা তৌই। মহাজনশিংনা হায়বিরম্বা লৈ—

"কুরঙ্গ-মাতঙ্গ-পতঙ্গ-ভৃঙ্গ-মীনা-হতাঃ পঞ্চভিরেব পঞ্চ।

একঃ প্রমাদী স কথং ন হন্যতে যঃ সেবতে পঞ্চভিরেব পঞ্চ॥"

শজি, শামু, কৌজেঙ্‌, খোইমু অমদি ঙা—জীব মখল মঙা অসিগী মখল অমমমনা ইন্দ্রি মঙাগী মনুংদা ইন্দ্রি অমমমতগী মখা পোন্দুনা হেক হেক মাঙ্‌নৈ ; অদুনা জাতি ( মখল ) অমত্তনা ইন্দ্রি মঙামক্কী মখা পোনবা ওইরবদি মহাক অদুনা মাঙ্‌লোইদবদি কৈদনো ? শামু অমোমশিংনা শাৱুপ পুবা শামু লাববু উদ্রবদা মাগা শোক্ন-শম্নজবগী অপেনবা নুংঙাইজবদু ফংদ্রবদগী মখোয়না অস্নপকী মতিক খাঙ্‌ঙমদনা কক্‌ঙাওনবী ওইরকই মদুদি, মখোয়না লাংদা থুগ্রব, শামু লমশা লাবা অদুগী মনম ফংবদগী মখোয় মশামকপুস্নু লাংদ থুহজনবা ওইরৈ। মরম অসিনা গোপীশিংগী মৈচাক অদুগী মরীক অমত্তং তুক উৎননবা শামু অমোমনা খুদম ওইনবতনি। কামগী মনুংদা অদম্মক প্রেম হায়বসি ফুমদুনা লৈরিবনি হায়বসিমদি অদুম্মক খঙ্‌নগদবা ওই : মসিগী মরমদা মথংদা নৈনরকখিগনি। মবম অদুনা রাস-লীলাগী মথক্কী শক্লক মখৈবু কামগী মতৌমক ওইনা উরিবনি॥ ১

গত্যানুরাগস্মিত বিভ্রমেক্ষিতৈ-
র্মনোরমালাপ-বিহারবিভ্রমৈঃ।
আক্ষিপ্তচিত্তাঃ প্রমদা রমাপতে-
স্তাস্তা বিচেষ্টা জগৃহুস্তদাত্মিকাঃ ॥ ২

---

অনুবাদ। ভগবানগী চৎ-লেম্লবা শাজৎ, নীংথিজবা মোমোন মীনোক, লোথুপ লোকোই লৈতবা নুংশিবীবা মতৌ, পুক্লীং হুবা লম লা, অর্থ লৈবা নিংয়েং-নায়েং, পেন্ননীংঙাই ওইবা রাঙাঙ শাঙাঙ, শান্নবা মখল কয়া কয়া অমদি অতোপ অতোপ্পা ইবুংঙো মাগী থৌদৌ থৌওঙ্ কয়া কয়ানা গোপীশিংগী থম্মোইবু চিংবীখ্রিবনি; অদুগুম্বী গোপীশিং অদুনা ইবুংঙো মাতবু চপযুংনা থনথিবনা ইবুংঙো মানা শান্নবিখিবা লীলাশিংগী মতৌ তম্নজবা হৌরকলে ॥ ২

তাৎপর্য্যার্থ—হকচিল্লবা নুংশি-নুংওন অমদি মক্তুবা প্রেমগীদি হায়রিবসি তশেং তশেংনমক ওইবা হৌনবা মহৌশা লৈচৎনি। চান্ন-থোইবা নায়ক অদুগী মশক উদ্রেবদা চান্নবী নায়িকা অদুনা অম্সুম্নমক তৌনবা ঙাক্তনি। শেৎন-খাইনরিঙৈ মতমদা চান্নবী নায়িকা অদুনা মানা নুংশিজবা নায়ক অদুগী মতৌ মওঙ্ পুম্নমকপু অম্সুম নীংশিং-জবতনস্সু মাগী নুংঙাইজনবা ওইনৈ, অম্সুম্না নুংঙাইজবা ওইবতনা মরম ওইদুনা অদুগুম্বা রাখল অদুনা নীংশিংলুবা লৈতনা মথন্তা অদুম্মক থম্মোইদা লাকচৈ। কনা কনাগুম্বী নায়িকাদি মাগী নুংশিজবা নায়ক অদুগী থৌদৌ- থৌওঙশিং অদুবু অম্সুম থল্লুবতদগী থম্মোইনুংদা মথন্তা নোক্লীংবা ফাওরকই অমসুং থম্মোইনুংদস্সু অদুম্মক কপচৈ। ফাবা-থিংবা ঙমজদবী কনাগুম্বীনা তপথফম থঙ্জদবনা হেনজিল্লক্তুনা নায়ককী মতৌশিং অদুবু অম্সুম থম্না থম্না মশামক্না মদুগী মতৌমক তমদুনা মপান্দা অদুমক ওইনা ফোংদোকনবস্সু য়াওই। এরম অদুদগী মাগী নুংগী ভাব অদুবু মীনা থঙ্ননবা ওইরকই। হায়রিবা মতৌ অসি নুংশিরিবা নায়ক অমদি নুংশিরিবী নায়িকা অনিমক্কী ওইবা

শেংন-খাইনবিৎঙগী মতৌনি। অত্থুমদি ওইবগা মথোন কাবী মূপীশিংগী থম্মোইদি থোংচ-নৌজবনা মহৌশানি, মবম অত্থুনা অসিগুম্বগী মতৌ অসি নাযিকা ওইবীশিংতদা মবাং কাযনা লৈবা উই। ঐথোযগী লাইবিক পাবীবিরশিংগী মবক্তা বনাগুম্বনা কবিগুম্বদা থবাযমক লুপশিন্না লোন্না হুংশিনবগী ঈরাংদা তউবা কুবা য়াওরবদি অত্থুগা হুংশিবা অত্থুনা যৌনা হকচিন্নবক্লবদা অমুক শেংন-বাযনবগী থাঙ-ঙমত্রবা অরাবা চৈক্রু থেংনবিক্লব থোক্লবদি অত্থুগুম্বা মহাক অত্থনা হাযরিবসিগী মবম মুন্না থঙ্‌বিগনি। হুংশাহবগী মশক ওইববা অত্থুগুম্বা লৈপুন অত্থুগী শেংন-কাযনবা থোক্লবদা চান্নবী নাযিকা অত্থুগী মক্ষমদা ওইরকপা হৌনবা পূক্নীংমত্তা অত্থমক চান্নবদগীস্থু হেন্না চান্নথোইবা, হুংশিবদগীস্থু হেন্না হুংশিথোইবা পবমাত্মা স্বরূপ ওইবা অত্থুগুম্বা ভগবানমকনা উজবা ফংখিদ্রবদা থাক-রাংনা কাথংলক্লবা আরূঢ-ভক্তশিংগী কা-দস্থু ওইরিবনি। রাস-লীলাগী মথক থংবা শরূক্তা নায়ক-নাযিকাতগী ওইবা অত্থুগুম্বা ভাব অদূংবু উবদগী অয়াম্বনা থৌশানদবা ওইনা তৌই, তৌইগুসস্থুং থন্থহৈবা অমদি বস থঙ্‌বা পাবীবিবা নত্রগা তাবিবিবশিংনদি লেপ্পনক থঙ্‌বিগদবা লৈ মহুদি—নাযক নায়িকানা অম্মুম্না থূদম ওইনবমক নত্রবদি থূপলেন থুপ্লবা অসি-গুম্বা'রাসলীলা অসিবু থঙ্‌ননবা উপায অমা লৈতে। অসিগুম্বা থূদম অসিমক বেদান্ত দর্শনদস্থু উংলম্বা থেংনৈ। পঞ্চদশীকারনা হায়--

> 'পরব্যসনিনী নারী ব্যগ্রাপি গৃহকর্ম্মণি।
> তদেবাস্বাদযত্যন্তনব-সঙ্গ—রসায়নম্ ॥
> এবং শুদ্ধে পরে তত্ত্বে ধীরো বিশ্রান্তিমাগতঃ।
> তদেবাস্বাদযত্যন্তর্ব্বহির্ব্যবহরন্নপি ॥"

হায়বদি অতোপ্পা নিপাদা থোয়দাবী নুপীনা ইমুংগী থবক-থনাদা ফনমক রাই চিন্দুনস্থু মাগী থম্মোইহুংদদি মরুম্বী নিপা অত্থুতগী হুংঙাইবা রাখলতদা তাউহুনা লৈ। অত্থুগুমহুনা শেংলবা পরতত্ত্বনা

(ঈশ্বরগী তত্ত্ব) পোথাক্তব। ওইরবা পুক্নীং লৈতাজরবা অতুগুম্বা মীওই-শিংগীসু মতৌ অতুগুম্বা মাগী মপানগী ওইবা ইন্দ্রিশিংনা (মখোঙ, মখুৎনচিংবনা) সংসার অসিগী ওইবা থবক থনা তৌন-তৌনমক মাগী থম্মোইশুংদদি অতৎপা লৈতনা, অথোইবা কুংঙাইবগী মশক ওইরবা অতুগুম্বা ভগবানগী রাখন্তপা তাউতুনা লৈ। মরম অতুনা রাস-লীলা অসিবু অহানবা অমুক্তং পারগা শাউগৎলুবনা হায়বদি করিসু কান্নবা ফংলোই; পুক্নীং অনি লোঙ্চনা লৈতানা অমদি ঈংনা তপা, চপয়ুংবা মতৌনা হন্না হন্না অস্সুম খন্থবীরবদি চিংনবা পুন্নমক কোকপিখিগনি। অহকপা মুংশি-মুংওনগী শেৎন-থাইনবা থোক্লবদা নায়ক নায়িকা অনিমক্তা অস্সুম্না অমনসু অমগী রাখন্দা হেক মুন্নবা অসিগুম্বা মতৌ অসি ওইনৈ। অতুতসু নত্তনা, থরদংগা খন্থববদি ঐখোযনা থঙ্নবা ঙম্মী মতুদি—অসিগুম্বা মতৌ অসিদি মা পুন্নমক্কী মতম পুন্নমক্তা ওইনরিবমক্তনি, মসিমক য়ৌদ্রবমকসু ঙাইহাক্তংদি খরতা ওইরবসু মুন্নবা ঙাক্তনি; ঐখোয়মক্তদসু থোক্লরিবনি। তোযনা উবা ফংত্ত, কনা-কনাগুম্বা মীওইশিংনা লম্বীদা চৎনা চৎনা মথন-মথন্তা রা কযা ঙাঙ্তুনা অস্সুম চৎলি; মতুগী মরমদি অতৈ করিসু নত্তে, মতম অতুদা মানা করিগুম্বা পোৎ নম্রগা কনাগুম্না মী অমগী মফমদা পুরীং লুপশিনখিবতননি। অস্সুম্না মচীন্দা রা ঙাঙ্থোরকপদি লৈতবা অতুগুম্বা মখোয় অতুগীসু মিৎকুপ খুদীংগী ওইনা করিগুম্বা অমদা নম্রবসু করিগুম্বা অমদদি মপুক্নীং লুপশিন্দুনা মুন্নরিবা ঙাকনি। করিগুম্বা অমবু পুক্নীং চঙ্না থল্লিভৈদদি মতুদা মহাক মুনবা তাবনি—রাখল থনবগী মতৌদি অসিনি। অসিগুম্বা থনবগী মতৌ অসিনা করিগুম্বা হীরম অমত্তদগী থক হেন্দ্রবদি (হোংদ্রবদি) মদুবু 'সমাধি' হায়না কৌই। মতুমক গোপীশিংদা থোকখ্রিবনি—ঐখোয়গীনা মীরমলেনগী রাখন্দা—গোপীগীনা ভগবানগী রাখন্দা॥ ২.

গতিস্মিতপ্রেক্ষণভাষণাদিষু
প্রিয়াঃ প্রিয়স্য প্রতিরূঢ়মূর্ত্তয়ঃ।
অসাবহন্ত্বিত্যবলাস্তদাত্মিকা
ন্যবেদিষুঃ কৃষ্ণবিহারবিভ্রমাঃ॥ ৩

**অনুবাদ।** চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণগী নীংথিবা শাজৎ, নীংথিবা মীনোক, অনুরাগনা থল্লবা হুংশিবা মিৎযেং অমদি খোযথুম রা-ঙাঙ্‌শিং অদুবু কাউইংমজদবনা মহুতবু নীংশিংজবদা পুংমুন হেক মুল্লবী পাঙ্গল শোনবী গোপীশিংগী মুত্তি পুন্নমক অদুনা মমৈদা মাগী (কৃষ্ণগী) মা মক ওইবক্তুনা মশা মশানা কৃষ্ণগুম্না চৎপা, কৃষ্ণনা নোকপগুম নোকপা, কৃষ্ণগী মিৎযেংগুম যেংবা, কৃষ্ণনা ঙাঙ্‌-বগুম ঙাঙ্‌নুনা এ-অসিমক কৃষ্ণনি" হাযনা ইবুংঙো মাগী মতৌ তমত্তুনা মখোয মশেলমক্তা মহৈ মহৈ হাযনবকই। ৩

তাৎপর্য্যার্থ—যোগীশিংনা সমাধিদা লৈবা মতমদা মখোযনা নীংজবিবা পরমাত্মাদা লুপ্তুনা মহাক অদুংক হেক ওইনা লৈ; মঙ্‌-মঙ্‌বা মানা মনঙ্‌দা উবিবা মী অদুগী মশাদা তদাকার ওই (মহাক অদুগী মশক লৌই) অদুগা মিৎকপ থোকপা মতমদসু (তুমদবা মতমদসু) অযাম্বা মীনা কবি কবিগুম্বদা মানা খল্লিবা পোৎ অদুতদা পুক্নীং যৌনা লূপখিবদগী সতুমক হেক ওইশিনখি। মসি পুন্নমক পুক্নীং লোংদবা—ফাংদবা অমদি চপ-যুংবগী মহৈনা ওইরি-বনি। মীবম'লনগী পোত্তা পুক্নীং হাপ্লুবগা ওইবা তদাকারগী মওঙ্‌ অদুসু যোগ মথল অমনি নত্রগা সমাধি মথল অমনি। মীরমলেনগী পোত্তা পুক্নীং চঙ্‌লুবদা ফংলিবা হুংঙাইবা অদুনা ঙাইহাক্কী ওইবা মহুংঙাইনি, অদুনা মদুতদা অসুম মতম শাংনা পুক্নীং হাপ্লুবা থক ঙমদে। যোগীশিংনা, মক্তবা হুংঙাইবগী মশক ওইবা পরমাত্মাতদা পুক্নীং হাপনৈ, মরম অদুনা লেঙ্‌দবা হুংঙাইবগী মহাউ ফংনৈ। গোপীশিংনা, শক্তম যাৎলবা অদুগুম্বা পরমাত্মাতদা পুক্নীং হাপই;

মন্নম অত্থনা মথোয়না কৃষ্ণমক্কী মতৌ ওইরকই—মসিবু প্রেম যোগ নত্রগা প্রেম-সমাধি হায়না কৌই। জ্ঞান, যোগ অমস্থং ভক্তিগী রা তারগা অয়াম্বনা খন্নে, মথোয অসি অমগা অমগা পূমতোপ তোপ্পবা তোঙান্নবা মশেন্নি; অদুবু ঐখোয়দি অত্থম্না খঙজদে; ঐখোয়না খঙই—অহুম অসিগী অমনা অতোপ্পা অমবু থাদোক্তুনা থক হুলৈবা য়াদে। জ্ঞাননা মরুওইবা অত্থগুম্বা লাইনীং অত্থনা জ্ঞান মার্গনি, যোগনা মরুওইবা লাইনীংনা যোগ মার্গনি, ভক্তিনা মরুওইবা লাই-নীংনা ভক্তি মার্গনি। গোপীগী প্রেমদি শকলোন পুবী ওইত্থনস্থ জ্ঞানী অমদি যোগী ওইবীমক্তনি। অথোইবা-হুংঙাইবগী মশক ওইবা ভগবানবু মথোয়না খায়দগী হেনবনি হাযনা খঙলকপা মতম অত্থদা মথোয় অত্থ জ্ঞানী পূম্নমক্কী অথোইবা জ্ঞানীনি। ভগবানগী রাখন্তদা লূপশিন্দুনা মথোযনা ভগবানগী মতৌমক ওইনা তৌথোক্লরকপা অত্থগুম্বা মতমদনা মথোয়না যোগী মবোকনি অত্থগা মথোয়না ভগ-বানগী সেবা ফংজনবগীদমক অঙাওবগুম্না কপচ-লাউজখিবা অত্থগুম্বা মতমদনা মথোগনা ভক্তগী লূচিংবা ওইখি। হুজীকমক্কিদি, ঐখোয়না গোপীশিং অসিবু কৃষ্ণতগী রাখন্দা লূপতুনা সমাধিদা লৈবা, নীংজবা লাই অত্থগী মতৌমক ওইবা ঙম্নবা অত্থগুম্বা অথোইবা যোগীমক ওইনা উরি॥ ৩

---

গায়ন্ত্য উচ্চৈরমুমেব সংহতা
বিচিক্যুরুন্মত্তকবদ্‌বনাদ্‌বনম্‌।
প্রপচ্ছুরাকাশবদন্তরং বহি-
র্ভূতেষু সন্তং পুরুষং বনস্পতীন্‌॥ ৪

অনুবাদ। মথোয় পূম্নমক তিন্নরগা অঙাওবগুম্না খোজেল লাউনা কৃষ্ণগী গুণবু থাত্থনা ঈশৈ ওইনা শক্না শক্না বন অমদগী বন অমা তান্না চত্তুনা থিবা হৌরকলে অত্থগা হৌরিবা উপাল-

রাপালখিবীক্তা—জীব পানবা খূদীংমক্কী থম্মোইহুংদা অমদি মপান্দা শীনবা থুংনা ভাস্থোইবীবা ( অমত্তা ভাংবা ) অত্থুগুম্বা নিপা ( পুরুষ ) অত্থুগী লৈফম হংনজবা হোবকলে ॥ ৪

ভাৎপর্য্যার্থ—শ্লোক মাপনখক্তা মহস্মিনা, গোপীশিংনা অস্থুম্না কৃষ্ণথিবগী রারম যেকপিবম্মী ; শ্লোক পূম্নমক্তা অত্থুম্না হংব-থিবগী রারমতমক হায ; মবম অত্থুনা অবোইবা শ্লোককী মমৈদা মসিগী তাৎপর্য্য অদুবু নৈনবকখিগদবা লৈবন, হুজৌক্তি অতম্মক শম্নগ্ঘা মওঙ্‌তদা উৎচবে ॥ ৪

দষ্টো বঃ কচ্চিদশ্বত্থ প্লক্ষ ন্যগ্রোধ নো মনঃ।
নন্দসূনুর্গতো হৃত্বা প্রেমহাসাবলোকনৈঃ ॥ ৫

অনুবাদ। হে সনা খোংনাং পাম্বা ও ! হে খোংনাং শম্ফবী, তুজোম্বী ! হে বট পাম্বী ! নন্দগী মচানিপানা ঐখোযগী থম্মোইবু হুবান্দুনা চেনখরে, কবিগুম্বা নখোযনা মহাক অদূবু উখি-লাকখিবা লৈবরা ? ॥ ৫

তাৎপর্য্যার্থ—শ্রীধবস্বামীনা শ্লোক অসিগী ভাব মওঙ্‌ অস্থুম্না উৎলম্মী মত্থুদি—

"মহত্বাদেতে পশ্যেযুবিত্যাশযা অশ্বত্থাদীন্ পৃচ্ছন্তি"

হায়বদি মখোয অসি অচৌবা উপালমক্তনি ; মখোযগী মতোন য়াম্না রাংই ; মরম অত্থুনা মখোয়দি যাম্না থাপ্পা উবা ফংলমগনি, মরম অত্থুনা মখোয়দি শ্রীকৃষ্ণবু উরমগনি—অস্থুম হাযবা আশা অসিতনা মখোযনা সনাখোংনাংনচিংবা অরাংবা উপাম্বীশিংদা হংলিবনি। শ্রীধবস্বামীদি মপা লৈতবা, রাখল-লংজীন থোবা মীনি ; মহাক্না কায়ন-মৈশা লাংলবী গোপীশিংগী মপুক্কীংগী ভাব অদুবু উবা ঙমখিবনা মরম ওইত্থুনা অস্থুম্না ইঙ্গিত তৌরম্বনি। মহাক মশামকপু সংসারগী

মরী থদত্তূনা মপূক্লীংনা শ্রীকৃষ্ণতবু অস্মুম কোয়না থিজথিবা অতুগুম্বা মহাপুরুষ অমনি। অতুগুম্বা ফিবমদদি অতুগুম্বত্ত অতুম্মক থোকই ॥ ৫

কচ্চিৎ কুরুবকাশোক-নাগ-পুন্নাগ-চম্পকাঃ।
রামানুজো মানিনীনামিতো দর্পহরস্মিতঃ ॥ ৬

অনুবাদ। হে কুরুবক পাম্বী। ( ) হে অশোক। ( অহল্লম্মন্না মসিবু থারম লৈশোক ওইনা লৌনৈ, অদূবু মপান অঙাঙ্বগী শব্দক্তদা মান্নবনি, অশেংবা অশোকমক্তি উপাম্বীনি, মরী নত্তে ), হে নাগেশ্বর! হে পুন্নাগ! ( কা-পাম্বী ), হে লৈহাউ-লৈরেন পাম্বী! ওইনত্তনা শাউনিবী মথোনকাবীশিংনা মথোয়গী অশাউবা থিবীক মাগী মোমোন মীনোক উবতদা কোরুজবী ওইবা অতুগুম্বা বলবামগী মনাউ ইবুংঙো কৃষ্ণ অদূবু করিগুম্বা মায়কৈ অশোমদককা চৎখিবা লৈববা ? ॥ ৬

---

তাৎপর্য্যার্থ—গোপীশিংনা ভগবানবু "মানিনীনাং দর্পহরস্মিতঃ" হায়বদি "মাগী মোমোন মীনোক্লা শাউরিবী নূপীগী ওইনবা মতৌবু নেমথহনবা"-অস্মুম হায়না গিংগৌনি। তাবদা মস্বিু কাবাগী মতৌমক ওইনতা উরবদস্মু অযৌবী তত্ত্বু খঙ্হনবা মিংগৌনি। শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীবিগ্রহ ( মূর্ত্তি—শক্তম ) অতুদি হুংঙাইবা চবুননা শক্লাইবীরবনি। লৈবাক্লা ঈশিংনা শাবা মীওইবগী অনোকপা মায়থোংবু উরুরগা হুংঙাইবা পোকই, নোকপা হায়বসিনা হুংঙাইববু ফোংদোকই ; অতুগী-দমক্তনি নোকপনা অস্মুক থুমলিবসি। অস্মুম্না, নোকপনা হুংঙাইবা মরীক অমত্তুংগী ওইরবস্মু মশক নাইনা অস্মুক থুম্বা থোক্লবদি হুংঙাইবতনা মশক পান্না চোংথোরকপা অতুগুম্বা মহাক অতুমক্তী মীনাক্তি কয়াগী মতিক থুন্নমফম থোকপা—মদূবু, কৃষ্ণমক হেক ওইশিনগ্রবী গোপীশিং অসি নত্তনা অতৈ কনানদি খঙ্লুগদবা

লৈবগে? অতুগুম্বা মীনোক অদুবু অমুক্তং উজরুবা থোক্লবদি মীওইবনা মশাগী মরম্নাই ওইবা কবিগুম্বা নাপল অমা ফাওবা থক মশাগী থম্মোইদা লৈহল্লুবা ঙমগদবা নত্তে॥ ৬

**কচ্চিৎ তুলসি কল্যাণি গোবিন্দচরণপ্রিয়ে।**
**সহ-ত্বালিকুলৈর্বিভ্রদ্দৃষ্টস্তেঽতিপ্রিয়োঽচ্যুতঃ॥ ৭**

অনুবাদ। কৃষ্ণনা চানজবী, লাইবক ফবী হে তুলসি। শ্রীকৃষ্ণদি নঙ্ঙগী চান্নথোইবনি, থোইমুনা যোম্লবা নঙ্গী পবেংতবু মাগী মঙক্তা শিবনি, নঙ্নদি মাবু উথিবা লৈববা? ॥ ৭

তাৎপর্য্যার্থ—শাস্ত্রনা তাকপা পূজা থৌবমগী মবমদি যাম্নমক্ত থুপ্না লৈ, অচম্বা ঐখোযগী ইবুদ্ধিনা হাবম থৃদাংমকপু থক শুনা লৌশিল্লুবা ঙমদে। ঐখোযনা খনবদা বাখলনা লামলুবা ফংদবা নত্রগা লৌশিল্লুবা ঙমদবা অতুগুম্বা পোৎ অদুবু তাৎনি—ওইদবনি অম্মুম্না হাযনবা মতৌ অসিদি যাম্নমক মগৌনা লৈবগী মতৌনি। জ্ঞান-বিজ্ঞান চঙ্খোন্না হৈববা, লু-নম্ম খম্মহৈববা অতুগুম্বা ঋষি অথোইবশিংগী অভিপ্রায পুম্নমক অদুবু অচম্বা মীওইনদি থক খঙ্লুবা লৈতে। গোপীশিংনা তুলসীবু গোবিন্দচরণ-প্রিয়ে' ( গোবিন্দ-চরণনা পামজবী হাযবদি গোবিন্দগী চান্নবী ) অম্মুম্ন হাযরি—শাস্ত্রদসু লৈ, তুলসী অসিতনা বিষ্ণু পূজাগী অথোইবা পোৎচঙ্নি। তুলসী যাও-দনা থক বিষ্ণু পূজা তৌবা যাদে। বিষ্ণু পূজা তৌগদবা মী মহাক-মকসু তুলসী পরেং ( উনীক নত্রগা মালা ) শিগদবনি। মরম অদুনা ঐখোযনা খঙ্লুদ্রবমকসু তুলসী অসিদি কৃষ্ণনা চানবীনি—ঋষিনদি থক অবানবা হাযবা লৈতে। মরম অতুগীদমক্তা গোপীশিংনা তুলসীবু "গোবিন্দনা চানজবা" অম্মুম্ন হাযখ্রিবনি অতুগা মঙোন্দগী কৃষ্ণগী মপাউ লৌনরা হংজখ্রিবনি। তুলসী হায়বসি যাম্নমক শেংবা সাত্ত্বিক-বস্তুনি হায়বসিদা চিংনমীংঙাই থক ওইদে. মরম অতুনা সত্ত্বগী মশক

ওইবা অতুগুম্বা বিষ্ণুনা চানজবী অমা ওইরিবনি—ঐখোয়না মপা লাক্লুনা অসি ক্ষাওবদংদি অমুম্না অহুমান তৌবা য়াই ॥ ৭

মালত্যদর্শি বঃ কচিন্মল্লিকে জাতিযূথিকে।
প্রীতিং বো জনয়ন্ যাতঃ করস্পর্শেন মাধবঃ ॥ ৮

অনুবাদ। হে মালতি, হে জাতি, হে যূথিকে! গোবিন্দনা লেঙ্খিবা মতমদা নখোয়বু হুংঙাইহনবীহুনা মথুৎনা হেক হেক শোকপি নানবীরমলিগনি—অহুনা নখোয়দি মাবু উজহৌবা ফংলিগনি নত্রা? ॥ ৮

---

তাৎপর্য্যার্থ—থম্বহৈবশিংগী লুচিংবা শ্রীধরস্বামীনা শ্লোক অসিগী অর্থদা অমুম্না পুরি মহুদি—

"গুণাতিরেকেঽপি নম্রত্বাদিমাঃ পশ্যেয়ুরিতি পৃচ্ছন্তি"

হায়বদি গোপী মথৈ অহুনা থল্লি—মালতী, মল্লিকানচিংবা লৈপানশিং অসিদি ফনমক মগুণ চেন্দুনসু মরাই লূকথরি—মরম অহুনা মখোয়দি শোয়দনমক শ্রীকৃষ্ণবু উজবা ফংনহৌরমগনি। গোপীশিংনা খঙই, অহুগা ঐখোযমরুসু শাস্ত্রদা লৈবা উই, গুরুগী চীন্দগী ওইনা পাউতাক কয়া অমসু ফংই—কৃষ্ণবু ফংজনবগী মরু ওইবা মূলমন্ত্রদি 'নোল্লুকপতনি' মরম অহুনা মহাপ্রভুনা তাকপিরমলিবনি—

"তৃণাদপিস্নুনীচেন তরোরপি সহিষ্ণুনা।
অমানিনা মানদেন কার্ত্তনীয় সদা হরিঃ॥

"নাপীদগীসু হেন্না নেমগনি, উদগীসু হেন্না খাঙহৈগনি, থাগৎপা থাদবদ নাচুংলোই অহুগা হরিবু তক্তনা শোনগনি॥"

ভপথক্ম খঙজত্রবী গোপী মথৈনা হুজীক্তি মায়কৈ-শলাই মকম খঙখিত্রে, অচুম অরান লেপচবা ভমখিত্রে; মখোয়না খঙজরিবমক্তবু "নোনবতবু নোঞ্জরবদি কৃষ্ণবু হেক্তমক'ফংলে" অসিগী

মখৈতনি। মরম অহুনা নোল্লুকচবতনা মশাগী মতৌ ওইনজবী অহুগুম্বী মালতী, মল্লিকানচিংবগী মক্ষমদা মখোযনা রাহং-পাউহংবা হোৎন-জরি॥ ৮

চূত-প্রিয়াল-পনসাসন-কোবিদার-
জম্ব্বর্ক-বিল্ব-বকুলাম্র-কদম্ব-নীপাঃ।
যেহন্যে পরার্থভবকা যমুনোপকূলাঃ
শংসন্তু কৃষ্ণপদবীং রহিতাত্মনাং নঃ॥ ৯

অনুবাদ। হে চূত। (হৈনৌ), হে পুংতোন, হে থৈবোঙ, হে মেক্রুক পাম্বী (মখোম থোকপী চীংগুবুম্ব হায), হে কোবিদার (অঙ্গোৎ মানবী), হে জাম, হে অঙ্গোৎ, হে হৈখাগোক, হে বকুল, হে হৈনৌ। হে কদম, হে কেলিপাম্বীনচিংবা যমুনা খোঙ্বান্দা হোবা অতোপ্পা জীবগী থবায ওইবা উপাল পূন্নমক! ঐখোয ঙসি থরায় হামচৎনবী ওইরবনি; (চানবীহুনা) কৃষ্ণগী লম্বী তাকপিয়ুগবা॥ ৯

— —— —

কিন্তে কৃতং ক্ষিতি তপো বত কেশবাঙ্ঘ্রি-
স্পর্শোৎসবোৎপুলকিতাঙ্গরুহৈর্বিভাসি।
অপ্যঙ্ঘ্রি-সম্ভব উরুক্রমবিক্রমাদ্বা
অহো বরাহবপুষঃ পরিরম্ভণেন॥ ১০

---

অনুবাদ। হে লৈপাক লৈমা, হে লৈমরেন ও। কবম্বা তপ তৌজরকপনা মবম ওইহুনা নঙ্বু মাগী মখোঙ্না নেৎপিরম্বদগী পেনজবা মক্তনা নহাক্লা, নথক্তা হৌরিবা নাপী-শীংবীশিং অসি ওইনা নশাগী হরাউ-তুজুং মতৌ ফোঙ্দোক্লনা অম্বুক নীংথিজবী ওইরিবনো? হায়য় য়েংসি—নঙ্না অম্বুক য়াম্না হরাউ-মখোই কাজরিবা

মতৌ অসিবু হন্দক শ্রীকৃষ্ণগী চরণ ফংজরবা অসিতনরা নত্রগনা মমাঙৈঙদা ত্রিবিক্রম বামন ভগবানগী মখোঙনা নেৎপিখিবত্থনরা নত্রগনা মত্থগীমক্কীসু মমাঙদা য়াম্না হান্না ওক্-কী মশক লৌবা বরাহ-বিষ্ণুনা চেৎনা কোনবীখিবা অত্থনা ওইবরা ? ॥ ১০

---

তাৎপর্য্যার্থ—হুংঙাইবগী অতোপ্পা মতৌ অমদি হরাউ-তুজুং-বনি। য়াম্নমক কা হেন্না হুংঙাইরবদি মীগী মশাদসু তুজুংলকই। অদূবু অসুম্না তু-মান চুংনা হুংঙাইবা অসিদি বিষয়গী ( ইন্দ্রিগা লৈনবা মরী ) মরীদদি খক থোক্তে। মরমদি, ইন্দ্রিতগী হুংঙাইনবা ওইবা অত্থগুম্বা বিষয়গী হুংঙাইবদদি লৈপাক্তগী থোকপা পোৎতগা (ভৌতিক পদার্থ) হকচাং অমদি পুক্নীংগা শম্নবনা মদূতবু হুংঙাইবত্থনি হায়না লৌনগদবনি। অসিগুম্বা কুয়োমনা য়োমশিন্দবা হায়বদি ইশাগী ইন্দ্রিতগী ওইবা মায়াগী মওঙতমক ওইবা হুংঙাইবা অশেংবদি নত্তবা অত্থগুম্বা মনুংঙাই অত্থনা কূপশিন খজিনখিবা লৈত্রবা হায়বদি মায়া পক্রবা অত্থগুম্বা অশেংবা হুংঙাইবা অত্থনা শোকপি থেংবীররবা মী অত্থগীদি শোয়দনমক তু-মান চুংবগী মতৌ অসিমক ওইগদবনি। অত্থগুম্বা মখলগী করি অমত্তনসু কূপশিন খনজিনখিবা লৈত্রবা অশেংবা হুংঙাইবা অত্থনা শক্লাইবীত্থনা চোংথোকপিরকলিবদি শ্রীকৃষ্ণতনি; মরম অত্থনা অত্থগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ অত্থগবু শোক্ল শম্নজরুবদি শোয়দনমক তু-মান চুংবগী মতৌ অসিমক ওইফম থোকপনি। অমুক করিবু হায়গনি, কনা কনাগুম্বা অহকপা প্রেমতনা মাগী মরল ওইনজরবা অত্থগুম্বা ভক্তনদি শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোনবা-শকপা অমদি মদূবু তাজরুবতদসু হকচাংদা তুজুংবা মতৌ অসি ওই। শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গগা শোক্লজরুমক নত্তনদি হকচাংদা খক তুজুংবা ওইদে। মরম অত্থনা মখোয়না, অসুম্না তপথক্কম খঙনরক্তবদা লৈপাক লৈমগী মথাদা নাপী-শীংবীনচিংবা হৌরিবদূবু উরগা মদূবু শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গগা থেংনজরুবদগী ফংহৌবা খায়দগী হেনবা হুংঙাইবা অত্থগী মতৌমক্কি

খন্দুনা অসুম্না রাহং পাউহংজরকথ্রিবনি। পৃথিবী অসিদি লৈপ্পাক্কা শ্যাব্বা লৈপুংনি ; লৈপুংগীদি মতু-মমান চুংবা হায়বা অমা থক লৈরা হৌনদে—মতুগী জ্ঞান অহু ফাওবা গোপীশিংদা ফাওখিদে—মখোয়না যৌনা থাজখি, শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংগবু শম্নজরুবা থোক্লবদি নুং-উ অমদি লৈতঙ্‌গায কাওবনা তু চূ ই। অচুম্বগী মশক শেংনা খঙ্‌লবা ঋষিশিংনসু মতুমক ওইনা তাকপিবস্বা লৈ—অশিংবা ঐখোযতনদি মদুবু থক থাজকুবা ঙমদ্রি॥ ১০

অপ্যেণপত্ন্যপগতঃ প্রিয়য়েহ গাত্রৈ-
স্তন্বন্ দৃশাং সখি সুনির্বৃতিমচ্যুতো বঃ।
কান্তাঙ্গসঙ্গ-কুচ-কুঙ্কুম-রঞ্জিতায়াঃ
কুন্দস্রজঃ কুলপতেরিহ বাতি গন্ধঃ॥ ১১

অনুবাদ। ইতাবোয়! হে শজি অমোম ও! মাগী চান্নবীগা লোযননা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী পূক্লীং হুববা হকচাং কাযাৎশিংবু উহনবীহুনা নীংথিজবী নখোযগী নমিৎ নমিৎ মথৈবু পেলহন পেলহনবীবমনা নখোবগী ননাক অসিদা, মাযকৈ অসোমদা কবিগুম্বা চৎখিবা লৈনবা ? থাবোম-লৈতেং ওইনা চান্নবী অহুগী মশাদা তৈবা অহুংস্ব কুঙ্কুম-চন্দন পক্লবা শ্রীকৃষ্ণগী ঙকশমদা থোনবা কুন্দপবেংগী মুংশিববা লৈনম অহু মফম অসিদসু নমলিবগুম তৌবি॥ ১১

বাহুং প্রিয়াংস উপধায় গৃহীতপদ্মো
রামানুজস্তুলসিকালি-কুণ্ডলৈর্মদান্ধৈঃ।
অন্বীয়মান ইহ বস্তরবঃ প্রণামং
কিংবাভিনন্দতি চরন্ প্রণয়াবলোকৈঃ॥ ১২

---

অনুবাদ। হে উপাল খিবীক! মঙক্তাশিবা তুলসী মালাগী

মনম ফংবদা খোইমু মপৈনা ককণ্ডাওনবমখৈ কোয়না অম্মম মতুংইন্নবা অত্থুগুম্বা বলরামগী মনাউ ইবুংঙো কৃষ্ণ অত্থুনা মাগী চান্নবীগী মরেং-বান্দা ওয়গী খূৎনা কোল্লগা য়েৎথংবা খূৎনা শান্ন-শান্ননা ফুগায়না শাংপী থম্বাল অম। অম্মম পায়ত্থুনা মফম অসিদা লেঙ্ বিখিবা মত্তমদা মাগী মিৎয়েংনা যেংবীরম্বদগী নখোয়না খুরুমজখিবদা মানা তরাম তরাম্না নখোয়বু ওকপিরম্বা লৈবরা ? ॥ ১২

পৃচ্ছতে মা লতা বাহূনপ্যাশ্লিষ্টা বনস্পতেঃ।
নূনং তৎকরজস্পৃষ্টা বিভ্রত্যুৎপুলকান্যহো ॥ ১৩

---

অনুবাদ। গোপী খরনা হায়রকই—হে সখি ! মাঙ্গী উরীশিং অসিদা অমুক্তা হংত্থুনা য়েংসি ! মখোয়না অচৌবা উপালশিংগী শেগাদা তাংজ-তাংজনমক মতু চুংলিবা অসিনদি লেপ্পমক মখোযবু শ্রীকৃষ্ণগী খুজীন্না শোকপিরম্বা ওইগনি। মখোয় অসে কয়াগী মতিক মরাইবক ফরিবা ? ॥ ১৩

---

তাৎপর্য্যার্থ—শ্রীকৃষ্ণগী দর্শন ফংজনীংবনা লাকহৎলবী গোপী-শিংনা শ্রীকৃষ্ণবু কোয়না থিনা হংজবগী মতাং অত্থু মসিদা লোইরে। শুকদেবন হায়—"গোপীশিংনা অঙাওবীমক ওইনা শ্রীকৃষ্ণবু কোয়না থিবা হৌরকলে।" খন্থইবা মীশিং হায়বদি খনবতগী মপান্না অত্তোপ্পগী থম্মোইদা মশাগী থম্মোইবু তিনশিনহনবমক ঙম্নবা অত্থুগুম্বা মখোয় অত্থুনদি হায়বিগনি, গোপীশিংনা ঙাঙ্থোক-শক্তোরব্রিবা পুম্নমক অঙাওবীগা পাংথকনি—অঙাওবীমক্তি নৎখিদে। নায়ক-নায়িকা অনিগী হুংশি হুংওন মত্তোদা নত্রগা মাযা পক্রুবা ভক্তগী শুদ্ধ প্রেমগী মত্তোদা, অমনা অমবু উবা ফংনদ্রবদা অম্মম্না অম্মম্মক হাওনবা ঙাক্তনি। চান্নজবী নূপীগী মশক উদ্রবদা চান্নবা নিপাগী অত্থুগা চান্নবা নিপাবু উব্রবদা চান্নবী নূপী অত্থুগী নপূক মপুত্ত।

খল্লরকই ;—হৌরিবা উপাল রাপালশিং অসিদস্মু হংহুনা ভুক য়েংগে—শা-উচেকশিংদস্মু ভুক মহংগে, চীং-তুরেন্দস্মু হংহুনা ময়েংগে অস্মুন্না। অহুগা মখোযনা তশেং তশেংনমক হংলকপা থোক্লর্বদি রাথল থেনবা মীগী মফমদদি মহাক অদুবু জ্ঞান তাদবনি, অঙাওবনি অস্মুন্না খন্দুনা নোক্লবা নত্রগা লঙনবীবনচিংবা তৌবি। পুক্নীং লৈতাবদা মাগা মান্নবা অমা লৈত্রব। শ্রীরামচন্দ্রকস্মু থবায়দগী হেল্লবী সীতানা মাঙথ্রবদা দণ্ডকারণ্য কৌবা উনংদা তৌবা উপাল উবীশিংমক্তুদস্মু পাউহংখি। নুংশি-শেংন-মৈবিনা চাকথেল্লবা যক্ষ কৌবা, কবি কালিদাসগী পুক্নীংদগী থোকপা মচানিপা অহুনা আত্তিয়াদা তাউরিবা মনিলগী মশক ওইবা, অপাবা অমংবা নোং পুন্নমক ফাওববু পাউ পুনহন্দুনা লমদম তামথ্রবী মাগী চান্নজবী অহুগী মকা য়োম্নবা খাথি। রামচন্দ্রগী রাবীদি অচুম্বা ইতিহাসনি, যক্ষগী রাফমনা উপন্যাসনি ;—শাক্তিনবা ওইদবা রাবীনি। যক্ষগী রাবী অসিনা শাক্তিনবা ওইরবদস্মু মাগী রারা অহুগী যুম্ফম অহুমক্তি রামচন্দ্রগী মতৌগুম তশেং তশেং-বনি ; মরমদি, সংসার অসিদা অসিগুম্বা অচুম্বসি থোকপা লৈবতনা অচুম্বা অহুগী ফিদম লৌহুনা শাক্তিন্নবা রাবী লাইরিক পুমনমক ইনরিবনি। অশে বহু লৈবতনা নকল লৈবনি ; অশেংবদুবু লৈত্রবদি নকলস্মু থক লৈবা যাদে।

নাযক-নায়িকা অনিগী ওইবা কায়ন-শেংনরিভেদা ওইবা ভাবকী মগুঙ উৎলিবসিদি ভগবৎ দর্শন ফংজনবগী মরমদা ভক্তশিংনা য়োনা লাঙতক্লজবা অহুগুম্বা উৎকণ্ঠা অহুগী মমি মচেৎ খরতগী মতৌনি। শ্রুতিনা হায়রি—'থরায পানবা পুন্নমক্লা অহুগুম্বা নুংঙাইবা মনুংঙাই অহুগী মরীক অমস্তুং—মঙান মচেৎ অমস্তুংতগী মহাউ ফংনবনা হিংজবা ওম্বনি।" অহুগুম্বা মনুংঙাই অহুগী মঙান্নবু ফংজবদি মীনা অঙাওবা পাংথক্লনা উ-রানচিংবগী মফমদা থিরুল্লগা ফংগত্রা হায়বগী আশা তৌরকই। শক্লাইদবনা শক্তম য়াংলকপা অহুগুম্বা নুংঙাইবা চবুন

অদুবু ফংলবমক্তদা মাঙ্‌খিবা থোক্লবদি মতুদা মথোয়না লাঙ্‌তক্লজবা মতৌ অতু চুম্নগী অচম্বা কলম মচীন্দগীদি পাক হেক থোরকদবা পোৎ নত্রে। মতুমক নত্রবদস্থু, কায়ন-মৈনা চাকথেক্লরবা নায়ক-নায়িকা অনিগী থৌদৌ থৌওঙ্‌দং য়েংবতনস্থু, ভগবানদা মথরায় হকচাং পূম্নমক থাকচবা লৈতনা কথোকচগ্রবা অতুগুম্বা ভক্তগী কায়ন-মৈচাক অতুগী মপা লাক্তুনা অতুম্মক থঙ্‌নগদবা ওই। ভগবৎ প্রেম হায়-বসি করম তৌবগে হায়বগী মরমদা শাস্ত্রনদি তাকপিরি হায়ববু করিগুম্বা ফিদম অমদা তাংলুবা তৌদনা চুম্নগী লাইরিক্তমক পারুবা অতুতনদি লাইরিক্লা হায়রিবা রাহৈ অদুতবু চীনফা পুতুনা তোকই; বাহৈ অতুগী অর্থদি খক খঙ্‌লুবা লৈতে। অতুগুম্বা ফিদম অতু ঐখোযনদি কদাইদগী ফংলুগনি?—মত সংসার অসিমক্তদা, মান্নবমক নত্রবদস্থু খরগী মথৈদি অতুম্মক ফংগনি। মচানা মমাদা লৈবা ভক্তি, মমা ওইবীনা মচাবু হুংশিজবা মতৌ, মন্নাপ্পা মন্নাপ্পু হুংশিবা থাজবা অমদি নায়ক-নাযিকা অনিগী অমনা অমবু নীংন-পান্নবা মতৌ —অসি পূম্নমকপু উরগ', য়েংলগা ভক্তগী ভগবৎ-প্রেম অদুবু মশক খঙ্‌নবা হোৎনগদবনি। হুংশিবা হায়বদুবু ঐখোয়না খঙ্‌ই, হৈনৈ, নোকপস্থু হৈ, কপ্পস্থু মকপলি, অতুমদি ওইরগা হুংশিকম থোক্লিবদুবু কনানো, কনাবু ফংলগা হরাউনা নোক্কদবনো অতুগা কনানা মাঙ্‌-খিবদা ঐখোয়না কপকদবনো—মতুতনি খঙ্‌নত্রিবসি। মতুমকপু খঙহনবীনবগীদমক জগোই হৈবদা মাগুম্বা অমা লৈত্রবা নটচূড়ামণিনা মওঙ্‌ অশুম্না অভিনয় তৌবীরিবনি (লীলা শান্নরিবনি)। মশামক্লা নায়ক-শাবীতুনা, মহাক্কী মশামক ওইবী অতুগুম্বী গোপীশিং:বুনা নায়িকা ওইহন্দুনা—লেঙ্‌দবা হুংঙাইবগী মহাউ অমুক্তং ফংহল্লম্লগা হুন্জীক্লা মাঙ্‌থোকখরে: কৃষ্ণনা থরায় ওইনজবী গোপীমথৈনা ইবুংঙো মাবু উত্রবদা পুমঙাও ঙাওনরে—তশেংনমক ঙাওনগ্রে—মতিক চাবা চাদবা খঙ্গরুবা ভমদনা উপাম্বী কাওবদা কৃষ্ণগী মপাউ হংলকলে।

মহাক্না জগৎ তাইবঙ্‌পানবব্‌ খঙহনবীরি ; 'ঐবু উত্ত্রবদা অসিগুম্বা মওঙ্‌ ওইরকপা অদুগুম্বা মী অদুতনা প্রেম-পোকপা হায়বদু ওই, অদুগুম্বা মহাক অদুতনা ঐবু ফংই ।'

হুজীক ঐখোয়না শ্রুতিগী ব্রহ্মজিজ্ঞাসাগা গোপীশিংগী কৃষ্ণজিজ্ঞাসাগা অনি অসি অমুক চাংদম্নগনি । হুজীক্তদি ঐখোয়গুম্বা মতম চাদনা মুনবা হৈরোনগী জাৎ ওইবা অদুগুম্বা ব্রহ্মজিজ্ঞাসু ওইবা ( ব্রহ্মবু থিবা ) মীগী মশীংবুদি রাংপা নত্রে । হংবা থিবগী রাবুদি থমখিসি, ঐখোয় ইশামক্না ব্রহ্মদি খঙ্‌দনা ব্রহ্মবু তাবপা পামলি । তৌইগুম্বস্নং ব্রহ্মথিনবগী মতিকচাবা মতম অমদি লৈ,—শাস্ত্রনা লেপ্পা অধিকার অমদি লৈ । ব্রহ্মসূত্রগী ইহান হেক হানবা সূত্রমক্তদা ব্রহ্ম-থিবগী অধিবার মশক তাকলি। অহানবা সূত্র অদুদি "অথাতো ব্রহ্মজিজ্ঞাসা"—'মসিগী মথংদদি ব্রহ্মথিবা' । ভাষ্যকার ভগবান্‌ শঙ্করাচার্য্যনা অথ তৌরি,—'নিত্যানিত্যবস্তুবিবেক' হাযবদি করম্বনা লেঙ্‌দবা পোৎনো, অরেপ্পা লৈতবা পোৎনা কবিনো মদুগী বিচারনি । মসিদি—'মুত্রফলভোগ-বিরাগ' হাযবদি মীরমলেন লাইরমলেনগী নুংঙাইবা মখল পুম্নমকপু অমত্তা পাম্বা লৈতবা, শম-দম-নচিংবা সাধন সম্পত্তি হায়বদি শম, দম-নচিংবা সাধনগী থবক ; মুমুক্ষুত্ব, হায়বদি অরানবা খুবম তানবা ; মদুগী তুংদন ব্রহ্ম-জিজ্ঞাসা । বেদান্তসারদস্যু রাহৈ অসিমক্কা মান্নবা অদুম্মক য়াওরি । বেদান্তনা অমুকস্নু হায়রি,—"মৈ চুদুনা মকোক মৈ চাক্লবা মীনা মৈশা খাঙ্‌-ঙমদদুনা মদুবু মুৎহন্নবগীদমক মথোঙ্‌ খঙদনা চেনবগুম, ব্রহ্ম-থিবগী অধিকার ওইরবা ( মতিক চারবা ) মীনা সংসার অসিগী মৈশাবু খাঙ্‌বা ঙম্নক্তদুনা মদুদগী নাংথোকচনবগীদমক্তা, অদুগুম্না মথরায় রানা ব্রহ্মবু থিজনবগীদমক অফবা মতিক চাবা গুরু অমগী মকাদা চঙ্‌জনী'লকই ।" মসিনা জ্ঞান-মার্গগী ( জ্ঞাননা ব্রহ্মথিবগী) রানি ; অদুগা প্রেম-মার্গদস্যু আরূঢ় ভক্তনা ( মথক্কী অরাংবা থাক

য়ৌরক্লবা ভক্তনা ) ভগবানবু ফংজনবগীদমক্তা হোৎনবদা অসিগুম্বা মওঙ্ অসিমক ওইরকই—মতুমক গোপীশিংগী মফমদস্মু ওইখি। শ্রীকৃষ্ণগী দর্শন ফংত্রবদা প্রেমগী অবতার ওইবা শ্রীচৈতন্য ভগবান-মক্কাস্মু অসিগুম্বা মওঙ্ ওইরকখি ; মহাক কৃষ্ণগীদমক্তা ঙাওখি। ঐখোয়দি জ্ঞানগস্মু করিগুম্বা মরী অমত্তা থম্লবা লৈতে, প্রেমগীস্মু খক মনাক নকশিল্লুদে ; মরম অতুনা 'গড্ডালিকা-ন্যায়'গী মরক্তা অমগী মীচংদা লেপ্তুনা করি নত্রবদা খৎনবতদা হেক শিগদোরিবনি।*

ব্রহ্মজ্ঞানদা অরেপ্পা লেপ্তুবা পোৎকী মশক লেপ্পবা হোৎনবা অতুগা ভগবৎ প্রেমদনা অমস্মু অমস্মু পাম্বা মতৌ লৈবা—অনিমক রাফম অমত্তগী মতৌনি। মসিনি জিজ্ঞাস্মু অমদি উপাসক (থিনীংবা অমদি উপাসনা তৌবা ) কী মতৌ ; হুজীক যেংসি—কনাগী মফমদা চঙ্‌তুনা থিরুবা তাই ? মতুস্মু অমুক্তং য়েংথোকফম থোকই। শ্রুতিনা হায়রি—"মৈদা, ঈশিংদা, উরক-রারক্তা অমদি হীদাক-লাংথক্কী পাম্বীদা চঙ্‌তুনা লৈবীরিবা অতুগুম্বা লাই ; তাইবঙ পানবা পুম্নমক্তস্মু শীনবা থুংনা লৈবীরিবা অতুগুম্বা লাই মাবু থুরুমজে।" চুম্নতগী চীন অসিনা থুরুমজে অসিদং হায়রগদি হেক যাবা নত্তে ; উপাল, রাপাল, হীদাক পাম্বী, মৈ, ঈশিং, অসিনচিংবা পোৎশিং অসিগী খায়দগী মনুং হুঞ্জিনবা, লুবদা থম থেংলবা অতুগুম্বা অথূপ্পা মফম

* গড্ডালিকা—য়াউ শঙ্কু। গড্ডালিকা প্রবাহ—য়াউ-সঙ্গুনা মথোম্ননা চৎলিবা মায়কৈ অতুতদা অংম্মক চৎপা হায়বদি করিস্মু খন্তরুবা তৌদনা পুম্নমক্না উনা উনা মাঙ্‌লমচৎকী মত মতুংইন্না থবক তৌবা। গড্ডালিকা প্রবাহ-ন্যায়—সঙ্গুলক্তগী করিগুম্বা য়াউ অমনা ঈশিংদা তাখিবা থোক্লবদা য়াউ অতৈস্মু অতুম্মক ঈশিংদা তাশিনবগুম মকোক থোংবা নিপা অমনা অত্নম্মা তৌখিবা থবক অদুবু অতোপ্পা মীশিংনস্মু মকোক্না তৌগ্রবনি হায়তুনা মাগী খুতুং ইন্দুনা অংম্মক মান্নবা থবক তৌবা ; মদুবু তৌবা ফৌনৈ হৌনদে খক খন্তরুবা লৈতবা।

অত্তদা চঙশিন্দুনা সৎ-চিৎ অমসূং আনন্দগী মশক ওইবা অত্তগুম্বা পরব্রহ্মবু থিগদবনি। য়োনা পুক্সাং চঙ্‌বগা লোয়ননা অম্মুম ধ্যান তৌনা তৌনা সচ্চিদানন্দবু খঙ্‌জবা হেল্লাক্লবা অত্থপকী মথৈ মুক্তি পামজত্থনা ব্রহ্মবু থিবিবা উপাসক অত্থনা বপ্পত্তদা অম্মুম লৈত্তাফম খঙ্‌লকলোই—মসিনা অমুক পূর্ণানন্দবু ( মপুং ফাবা, মচেৎ তাদবা অত্থগুম্বা হুংঙাইবা ) ফংননবগীদমক্তি হেন্না হেন্না অম্মুম ঙাওখৎলক্কদবনি। ঙসিদি, প্রেমগী শকলোন পুবী ব্রজগোপীশিংগীম্মু মতৌ অত্থমক ওইরিবনি। মখোয়না আনন্দময়গী মহাউ ফংজনবমত্তনা ফংনা মংনা মাঙ্‌থ্রিবনি; অত্থনা অঙাওবা পাংখক ওইনা। বান্সু লৈতবা উপাম্ব ফাওবদা কোযনা হংলি নত্রগা থিবি। অত্তমদি ওইরগা, জ্ঞানীনা থিবগা প্রেমিক অমনা থিবা মথিগা খেন্নবিবদি মসিনি মত্থদি, জ্ঞানী-শিংগী লাঙ্‌তক্লবা মতৌনা থম্মোই মন্থং মন্থংতদা অত্থম ওম চাক্লে অত্তগা প্রেমিক ভক্তশিংগীনা লাঙ্‌তক্লবা মাগী থম্মোই অদূবু ফাজিন-নমশিন্দুনা অম্মুম থমজনা ঙমলক্তে। জ্ঞানীশিংনা পোৎ খূদীংমক্কী মহুংদা পুম্বা লৈরিবা সৎ কী শক্লক ( সন্মাত্র ), চিৎ-কী শক্লক ( চিন্মাত্র ) অমসুং আনন্দগী শক্লক (আনন্দমাত্র) অত্থতং খঙ্‌বা ঙম্বদা অত্থম্মক পেনথোকচবা ঙম্মী; অত্তগা প্রেমিকা ভক্তগীদি মত্তনা খক পেনবা ওইদে। প্রেমিক ভক্তগী থম্মাইদি জগৎ-তাইবঙ্ পান-অপূম্বগী হুংগীম্মু হুংদা থূপ্তুনা লৈবিবা অত্থগুম্বা মপান নাইত্রবা সচ্চিদানন্দ অদূবু মশাগী থম্মোইদা হাপচবা চন্না মদনমোহনগী মশক ওইনা ( কামদেবমক্লা ঙক্লবা ওইবা শকফমদা ) আলিঙ্গন তৌজবা অদূতবু পামজে; নত্তনদি মাগী প্রেমগী ঈথৌ লাংবা মতৌ অত্থ খব কোকচবা ঙমদে। প্রেমনা শক্তম লৌবী অত্থগুম্বী ব্রজনহাশিংনা ভগবানবু মফম পুম্নমক্তা শীনবা থুংবনি হায়বা খঙ্‌ন খঙ্‌নমক অমুক অত্থম্না কোয়না থিথ্রিবত্থ মরম অসিতননি। মখোযনা হায়রি—
"ঐখোয়না খঙ্‌ই, খঙ্‌ই—নঙ্‌দি পুম্নমক্কা শীনবা থুংবনি, মত্থ মুম্না

খঙ্‌ই। নং্‌বু পূম্নমক্তা শীনবা থুংবনি হায়না খঙ্‌জবতনা মখোয়গী পান্দম ওইনবা অত্থুগুম্বা মখোয় অতুগী মক্ষমদদি নঙ্‌না অত্থুম্মক কোয়না শীনবা থুংবত্থ ওইত্থনা লৈবীয়ু, অত্থগা ঐখোয়মক্তীদি মত্থনা থক পেঞ্জবা ওইদে, তাইবঙ্‌ শুম্বংপা নঙ্‌গী শক্তম অত্থুতবু ঐখোয়দা উহনবীয়ু।"

মথক্তা ঐখোয়না হান্না হাযখ্রে—কৃপথ্রবা তীলদগীনা তাইবঙ্‌ মীওই ফাওবদা হুংঙাইবগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণতবু অস্নুম কোয়না থিনত্থনতা লৈরিবনি। অদুবু মখোযনা থিরিবত্থ করিনো, করিবু থিরিবনো হায়বত্থমক্তি মখোয মশানা থক খঙ্‌নজদে। ঐখোয়না, নূপীদা, ইচানিপা-নূপীদা, ইচাক্তা ইরলদা—পূম্নমক অসিদগী হুংঙাইবা হায়বদি কৃষ্ণ অদুবুতা থিনত্থনা লৈ। ঐখোয়গী হুংগীস্থু হুংনা নত্রগা থম্মোইগীস্থু থম্মোইনা কৃষ্ণতবু পামনৈ; অদুবু শেরান্নবা পূক্নীংগী রাখলনদি চুম্নগী নূপী-অঙাংতবু পাম্বা ওইনা খল্লি। ঙাওরিবা জ্ঞান তাদ্রিবদি ঐখোয়নি, গোপীদি ঙাওদে। গোপীশিংগী থম্মোইগী থম্মোইনা অমদি থরায পানবা পূম্নমক্তী হুংগীস্থু হুংনা, থম্মোই-থম্মোইনা পাম্নরিবদূবু করিনো, গোপীনা মত্থ শেংনা খঙ্‌ই। গোপীদি পূক্নীংগী অরানবা মতৌ অত্থ যাওক্রবীনি, মরম অত্থনা মখোযনা শ্রীকৃষ্ণবু কোয়না অস্নুম্না রানা থিরিবনি॥ ১৩

**ইত্যুন্মত্তবচো-গোপ্যঃ কৃষ্ণান্বেষণকাতরাঃ।**
**লীলা ভগবতস্তাস্তা হ্যনুচক্রুস্তদাত্মিকাঃ॥ ১৪**

অনুবাদ। অস্নুম্না কৃষ্ণথিবা হোৎনবদা হকৃনা রারবী গোপী শিংনা অঙাওবগী চোইরোনগুম অস্নুম হায়না হায়না তন্ময়তাভাব (মহাকমক হেক ওইথোরকপগী তাঞ্জা) য়োৌশিল্লক্কুনা হান্নানা শান্নথ্রবা ভগবানগী লীলাশিং অত্থুগী মতৌ তম্বা হোৌনরকলে॥ ১৪

তাৎপর্য্যার্থ—শ্লোক মাপনথক্তা গোপীশিংনা কৃষ্ণগী মতৌ-তম্বা অমদি তন্ময় ওইবগী মতৌবু বর্ণন তৌরি। পুমনোই লোক-শিল্পকপগী মতাংদা তাৎপর্য্য তাক্লকখিগনি। হুজীক্তি কান্নবা য়েংহুনা য়াম্না শমনা শমনা করি করিগুম্বা শ্লোক থরদংগী ওইনা তাৎপর্য্যগী মরম নৈনগনি, মরমদি, কান্নদবদা হেন্না ইশিল্লুরগা লাইরিক চাউখোরুবতনি॥ ১৪

---

**কস্যাশ্চিৎ পূতনায়ন্ত্যাঃ কৃষ্ণায়ন্ত্যপিবৎ স্তনম্**
**তোকায়িত্বা রুদন্ত্যন্যা পদাহঞ্জকটায়তীম্॥ ১৫**

অনুবাদ। কৃষ্ণশাবী কনাগুম্বী গোপীনা পূতনা শাবী গোপীগী খোম্লাং চুপ্তুনা অমৃত থকলি, কনাগুম্বী গোপীনা অঙাং পিশক শাহুনা কপ্পা কপ্পা যণগাড়ী (শকট) শারিবী গোপীবু মখোঙ্না কাওখায়রি॥ ১৫

তাৎপর্য্যার্থ—ভগবাননা পূতনা হাৎপগী লীলা অসিদি য়ামন-মক ফাওরিবা, ময়ামনসু অদুম্মক থঙ্নরবা লীলানি। গোপানা মহুমক্কা মতৌ তমলি। নোংমগী হুমিত্তা হিংচাবা অমনা নন্দালয়দা লৈবা যণগাড়ী অমদা চঙ্খি। ভগবানবু হাৎকে হায়না মানা নাংখি। অদুবু অঙাংমচা ওইনিবা ভগবাননা অঙাংনা মখোঙ্ কাও-হুনা শান্নবা অহু ওইনা উহন্না মহাকপু কাওখায়হুনা তোইহনখি। মসিগী মমিং শকটভঞ্জন-লীলা কৌই। মসি মহুতগী মতৌ তম্বনি॥ ১৫

---

দৈত্যায়িত্বা জহারান্যামেকা কৃষ্ণার্ভভাবনাম্।
রিঙ্গয়ামাস কাপ্যঙ্‌ঘ্রী কর্ষতী ঘোষনিস্বনৈঃ॥
কৃষ্ণরামায়িতে দ্বে তু গোপায়ন্ত্যশ্চ কাশ্চন।
বৎসায়তীং হন্তি চান্যা তত্রৈকাতু বকায়তীম্॥ ১৬

---

অনুবাদ। কনাগুম্বী গোপীনা মশাবু তৃণাবর্ত্ত-হিংচাবনি খন্দুনা অঙাং শাবী অতোপ্পী গোপী অমবু হুহুনা পুরি। কনাগুম্বী অমনা খাঙ্গোয় মখোল খোকহন্না থুকউ লৈপাক তাহুনা যণ-শানা কোয়না চত্তুনা লৈরি॥

গোপী অনিখক্কা অমনা কৃষ্ণ অমনা বলরাম অহুগা অতৈ গোপী খবনা গোপমচা ওইহুনা শান্নরি। গোপী অমনা কৃষ্ণ শাহুনা ষন্নাউ-মচা শাবী গোপীবু, অহুগা গোপী অমনা উরোক শাবী গোপীবু (বকাসুর শাবীবু) হাৎননবা থৌরাঙ্‌লি॥ ১৬

---

তাৎপর্য্যার্থ—নোংমগী হুমিত্তা নন্দরাণী যশোদানা থা অনিতা ভাযরিবা কৃষ্ণবু সঙ্গাই-মাংগোন্দা ক্ষম থাহুনা হীপহল্লম্মী। অঙাংনা তুমথগ্রবদা কংসনা থারকপা (শীরকপা) তৃণাবর্ত্ত কৌবা হিংচাবা অমনা নোংলৈ-নুংশিৎ ওইনা ব্রজদা চঙ্‌লক্কগা অঙাংবু হুহুনা আতিয়া মথক্তা পাইখৎখি। শ্লোক অসিগী অহানবদা গোপীশিংনা মহুগী মতৌ তমখিবদুবু বর্ণন তৌরি। মথংদা অঙাংগী শক্তম লৌবা ভগবাননা যণ-শাহুনা চৎখিবগী মতৌ তমখিবদুবু উৎলি। ভগবাননা নিপামচা অমা ওইনা মমান্নবশিংগা লোয়ননা ষন্নাউ-মচা ময়াম হোইহুনা বনদা চৎথোক চৎশিন তৌরক্লবদা নোংমদি কংসনা থারকপা উরোক-কী মশক লৌবা বকাসুর কৌবা হিংচাবা অমবু, অতোপ্পা নোংমা অমদনা ষন্নাউ-মচাগী মশক লৌবা হিংচাবা অমবু হাৎখি। শুকদেবনা শ্লোক অসিগী মমৈদা লীলা অনিমক্কী মতৌ তস্বহু উৎলি। লীলা অনি অসিদি ব্রজগী মপান্দা থোকখিবনি, গোপীশিংনদি মদুবু মমিৎমক্কা উনহৌবা নত্তে; কোন্না ব্রজগী নিপামচাশিংগী মচীন্দগী তারকখিবনি।

তাবদগী হৌনা মথোয়না মদূতবু হন্না হন্না থনখি। হুঙ্গীক কৃষ্ণবু উখিত্রবা মতম অসিদা কনাগুম্বী গোপীনা লীলা অহুতদা মপুক্লীং চপ য়ুংখিবদগী তন্ময় ওইরক্তুনা মহুমক্কী মতৌ তম্বা হৌরকখি॥ ১৬

আহূয় দূরগা যদ্বৎ কৃষ্ণস্তমনুকুর্ব্বতীম্।
বেণুং ক্বণন্তীং ক্রীড়ন্তিমন্যাঃ শংসন্তি সাধ্বিতি॥
কস্যাঞ্চিৎ স্বভুজং ন্যস্য চলন্ত্যাহাপরা নন্বু।
কৃষ্ণোঽহং পশ্যত গতিং ললিতামিতি তন্মনাঃ॥ ১৭

---

অনুবাদ। কনাগুম্বী গোপীনা কৃষ্ণগী মতৌ তমহুনা বঁশী খোংহুনা থাপ্না শঙ্গীক চাত্রবী যণবীশিংবু কৌশল্লগা শান্নহুনা লৈরি অহুগা অতোপ্পী গোপী কয়ামরুমনা "সাধূ সাধু" হায়হুনা মাবু থাগৎনরক্লি॥

অতোপ্পী কনাগুম্বী গোপী অমনা কৃষ্ণগী রূপতা তন্ময় ওইখিবদগী অতোপ্পী গোপী অমগী লেংবান্দা মখূৎ থমহুনা চৎনা চৎনা হায়রকই—'হে সখি! ঐ কৃষ্ণনি নহাই, ঐগী নীংথিবা শাজৎ অসি ফজত্রা য়েংজো॥ ১৭

মা ভৈষ্ট বাতবর্ষাভ্যাং তত্ত্রাণং বিহিতং হি বঃ।
ইত্যুক্ত্বৈকেন হস্তেন যতন্ত্যুন্নিদধেঽম্বরম্॥
আরুহ্যৈকা পদাক্রম্য শিরস্যাহাপরা নন্বু।
দুষ্টাহে গচ্ছ জাতোঽহং খলানাং ননু দণ্ডধৃক্॥ ১৮

অনুবাদ। কনাগুম্বী গোপীনা মশাগী ইন্নফিবু মথক্তা রাংনা থাংগৎলগা হায়রকই, 'নোং-নুংশিৎ-তগী কিরুনিঙাই লৈতে, য়েংউ, ঐনা নখোয় পুন্নমকপু মহুদগী কনবীরি॥"

অতোপ্পী গোপী অমনা অতোপ্পী গোপী অমবু মখোঙ্না

কাওথুহনা মকোক্তা নেত্তুনা থম্লগা হায়রকই ; 'হায়, ফত্রবা লিন ! নঙ্ মফম অসিদগী থাপ্পা চৎখরো ; ফত্তবমখেবু লাকথুনবগীদমক ঐনা মপোক তম্লকলিবনি ॥ ১৮

তত্রৈকা চাহ রে গোপা দাবাগ্নিং পশ্যতোল্বণম্ ।
চক্ষুংষ্যাশ্বপিধধ্বং বো বিধাস্যে ক্ষেমমঞ্জসা ॥ ১৯

---

অনুবাদ। মফম অদুদা অতোপ্পা গোপী অমনা অমুক হায়রকই, 'হায়, গোপমচা পুন্নমক ! অকিবা ফংলবা লমৈ অসে য়েংউ ; থুনমক নখোযগী নমিৎ নমিৎ অদু উইশিল্লু, ঐনা নখোয়গী ক্ষনবা তৌবাগনি ॥" ১৯

---

তাৎপর্য্যার্থ—নোংমা শ্রীকৃষ্ণনা গোপমচাশিং লোয়ননা অশুম মণ শেল্লম্মী। মতম অদুদা লমৈনা বন অদু চাকশিল্লক্লম্মী। ভগবাননা মমান্নবশিংবু মমিৎ উইশিন্দুনা লৈনবা হায়রকই অদুগা মখোয়না মমিৎ উইশিল্লিঙৈদা মহাক্না মৈ পুন্নমক অদুবু লোইনা থকচিনখি। মতু উবদগী গোপমচাশিং অদু ঙকপনা থেংখি। শ্লোক অসিদা লীলা অদুগী মতৌ তশ্বদুবু উৎলি। মসিদা হায়গদবা অতৈদি থোইনা লৈতে ॥ ১৯

বদ্ধান্যয়া স্রজা কাচিৎতন্বী তত্র উদূখলে॥
বধ্নামি ভাণ্ডভেত্তারং হৈয়ঙ্গবমুষস্ত্বিতি।
ভীতা সুদৃক্ পিধায়াস্যং ভেজে ভীতিবিড়ম্বনম্ ॥ ২০

অনুবাদ। "নঙ্না চফু থুগাইরবা অমদি মাখন হুরাল্লবগীদমক হুজীক পুন্দুনা থমগনি" অশুম হায়দুনা কনাগুম্বা গোপী অমনা ময়াঙ্ কংবী কনাগুম্বা গোপী অমবু লৈপরেংতনা গুম্বনগা পান্ননা

পুন্দুনা থমগ্রবদা মহাক অতুনা মীংথিরবী মমিংনা লৈতেংনবী অতুগুম্বী মমায়বু মথূংনা খনজিন্দুনা কিবগী মতৌ মালহল্লি॥ ২০

---

তাৎপর্য্যার্থ—কৃষ্ণ কাযনবগী মৈনা চাক্লবী গোপীশিংনা কৃষ্ণগী লীলা মতৌ তমতুনা শান্নবা অমস্মুং মহাক অতুমক হেক ওইরকপগী তাৎপর্য্য অতু হায়্ননা মথক্তা চাউবাকপা অমা ওইনা হাযখরে। থম্বা হৈবা পাবীবিবা পাঠকনা লেপ্পা থঙ্বিরমগনি মতুদি, শেৎন কায়নরিভৈ মত্তমদা কায়নরিবা নিপা নত্রগা কাযনন্নিবী নূপীগী মপুক্সীংদা চান্নবা নত্রগা চান্নবীগী মশা মউ, রাঙাঙ্ শাঙাঙ্ অমদি থোদৌ-থৌওঙ্ পূন্নমক মতম পূন্নমক্তা খন্দুনতা অতুম লৈবনা মমৈদা মমৈদদি মপুক্সীং অতু তন্নয ওইশিল্লকই হাযবদি মামক অতুগী মতৌ লৌবকই। অসিগুম্বা ফিবম অসিদদি মী পূন্নমক্তা মাগী মাগী থম্মোইন্নুংদা মাগী মাগী চান্নবা নত্রগা চান্নবীনা চৎপা-শাজৎ, মানা ঙাঙ্বা শকপা মতৌ, অমদি মাগী থোদৌ থৌওঙ্শিংগী মতৌ অতুতমক অস্নুম তমতুনা লৈনৈ; কবিবু অমুক হাযরুগনি, করি করিগুম্বদদি চেকশিলহৌদ-বদগী লৈমিন্নবিবা মনী মতাশিংগী মমাঙ্ ফাওবদা অমুক অমুক নোকথোবকপা, কপথোবকপস্নু যাওই অতুগা মসিনা মশা মথন্তুগী ইকাইজবা নংনবা মরম ওই। অস্নুম্না কাযনবগী মৈচাক অতুনা য়াম্না হেন্না মপাংগল কনখৎলক্লবদি মী অতুগী মপানগী জ্ঞানবু মতুনা খূতুম চনশিনখি অমস্নুং অতুগুম্বা মত্তমদদি থোইনা হোৎনরুবা হাযবা অমা লৈতনা অস্নুম্না নুংতনা মতৌ তম্নম্বদগী মতু মপান্দা কোক হেক ফোংদোবকই। অসিগুম্বা মতৌ অসিমক্তি তম্বা থোক্রবা নুংশি-নুংওনগী লক্ষণনি।

নাযক-নাযিকাগী ভাবতা যেংলবদি হাযবিবা মতৌ অসিমক গোপীশিংদস্নু ওইখিবনি। গোপীগী থম্মোই মনুংগী মতৌ-মওঙ্ অতুনা অকনবা শাফু লোযননা মপান থোরকখি। মরে, গোপীশিংনা অস্নুম্না ভগবানদা লূপ্পরিবা মতৌ অসিমক চুম্নগী নায়িকা-ভাব

অত্থনি হায়নতস্থ লোবসি, অদুবু গোপীশিংনা তৌখিবা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাবু মতৌ তম্বা হায়বা রাক্ষম অসিবু মুন্না খন্থতুনা য়েংলবদি খঙ্নব ঙম্মী—অসিগুম্বা নায়িকা-ভাবকী মতৌ অসিদদি ভগবৎ ভক্তিগী ভাব অমা হুংদা চাউনা ফুমতুনা অত্থম্মক লৈ। গোপীশিংগী মবক্তা, ভাবানগী লীলাদা মপুক্লীং চপ-য়ুংখিবী অত্থগুম্বী কনাগুম্বীনা মানা খল্লিবা. লীলা অত্থতদা তন্ময় ওইখিতুনা (মাগী মপূক্লীং অত্থনা লীলা অত্থমক হেক ওইশিনখিতুনা) লীলা অত্থগী মতৌ তমলিবনি। কৃষ্ণ লীলাগী মতৌ তম্নখিবী গোপীশিং অত্থগী অয়াম্বদি শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্যতনা মশক পাল্লকপী মক্তস্থ ওইরিবনি। অহানবদা পূতনা হাৎপা, অনি শুবদনা শকট-ভঞ্জন (মণগাডা কাওখায়বা), অহুম শুবনা তৃণাবর্ত্ত হাৎপা, মরি শুবনা বৎসাস্থুর হিংচাবা হাৎপা, মঙা শুবনা বকাস্থুর হাৎপা (ঊরোক্কা শক্তম লোবা হিংচাবা), তরূক শুবনা গোবর্দ্ধন থাংগৎপা, তরেৎ শুবনা কালিদমন (কালি কৌবা লিনবু লাকশিনবা, নিপান শুবনা লম্মৈ যোৎশিনবা অমস্থং মাপন শুবদনা দামোদর লীলা (খাঙ্দা থৌরানা পুনবা)—হায়রিবা পুন্নমক অসি মথং মথং মতৌ তমতুনা লোইনা শান্নখিবনি। অত্থ ওইরবদি মসিদগী অত্থম্মক খঙ্নবা ঙমলে—হুক্তীক্তি মখোয়না কৃষ্ণবু ঈশ্বরমক্তি হায়না খল্লি।

হান্নবা হায়রগ্র, শ্রীকৃষ্ণগা তিংজবা ফংলবদা গোপীশিংনা ইবুংঙো মাগী তৌবা ভম্বা শক্তি অমদি ঐশ্বর্য্য পুন্নমকপু লোইনা হেক কাউ-থোকখি অত্থগা লায়নরক্লবদনা মাগী ঐশ্বর্য্যাশিং অত্থত্তবু মখোয়না নীংশিংলকখি। মীরাংলনগী মতৌস্থ মসিমক্তি; নিংথৌগী মহারাণী নত্রগা নিংথৌনা চানবা কনাগুম্বী লীলা নিংথৌ অদুবু মাগী মপু-রোয়বনি নত্রগনা লুংশিনবা নিপানি হায়নতা মথল্লি; নিংথৌনি হায়তুনা মাবু বিরুবা নত্রগা ভক্তি তৌরুবা থক লৈতে; অত্থম ওইনমক নিংথৌ অত্থনা মাবু থাদোকপিরবা, মতমদদি নিংথৌগী শক্তি অদুবু

নী'শি'লক্তূনা লৈশী-লৈথোন কযা তৌবা হৌবকই। গোপীশিং অসিগীশু মতুমক ওইথি, তিন্নবিঙৈদনা মশাগী লন্নাই ওইবা চান্নজবা নিপানি, উন্নখিদ্রবদনা মহাক অত্থু তাইবঙ অপুম্বগী মপু ভগবান অত্থুনি।

ইহান হানবদনা গোপীশি'বু বাঁশীগী খোন্থাঙ্না চিংবীবগা মযুম মযুমদা অমুক হনখিনবা তাকপিখিবদা মখোযনা ইবুংঙো মাবু ঈশ্বরমক্নি খঙ্না কয়া থোক্না লৈশী-লৈথোন তৌজখি, হুন্দোক্না অমুক উজবা ফ খিদ্রে, মখোযনা ইবুংঙো মাগী ঈশ্বর ওইবগী মতৌনা তিনবা অত্থুগুম্বা থবক থনাতবু খন্দুনা, মত্থতদা মুন্দূনা, মত্থতগী মতৌ তমজবা হোৎনবি। অসুম্না পল্লেপক্ষম অমা নাইদবদি, গোপীশিংগী বাখল অমদি লীলা মতৌ তম্বা অসি পুন্নমক নাতৈ-চাদবা ঙাক্না ওইবকই, করিনা হাযববু গোপীশিং অসিবু শ্রীকৃষ্ণগা চহি লে'মান্নবী নত্রগা কৃষ্ণদগী চহি অমা-অনিদংগী ওইনা থবা থবা হন্নখিবীমক্তনি হাযনা লৌরবসু পূতনা হাৎপা, যণগাডী বাওখাযবা, তৃণাবর্ত্ত হাৎপা, অসি-বুদি মখোযনা থক খল্লুনবগী মবম ববিশু লৈতে মবমদি, হাযবিবা লীলাশিং অসিদি ভগবাননা পোকপদগীনা থাতব্রক ফাওবতগী মথুংদা থোকখিবা ঙাক্তনি। মবম অত্থুনা নাযক নাযিকাগী ওইবা মহৈ মহৈ নীংনবগী যুম্ফমদা ঈশ্বর অনুবাগগী পাউতাক পীত্থুনা তাকপা নত্তনদি কৃষ্ণ-লীলাগী অতৈ অভিপ্রায় অমা থক ওইবা যাদে।

ভগবান পতঞ্জলিনা, পবমাত্মাদা সমাধি তৌনবগীদমক যম-নিযমনচিংবা পুন্নমক্কী মবম তাক্তূনা হাযরি--"ঈশ্বর প্রণিধানাদ্ বা" হাযবদি যম-নিযমনচিংবা নী'থিনা ঙাক্না চৎলবদি ঈশ্বরদা তন্ময ওইবা য়াই নত্রগসু ঈশ্বরদা পুক্নীং য়োনা লুপশিঞ্জবতনসু তন্ময হায-বসি ওইবা য়াই। পাতঞ্জল-সূত্রগী ভাষ্যকারনা "ঈশ্বর-প্রণিধান" হায়বসিগী মরমদা অসুম্না অর্থ তৌবি—মসিদি ভক্তি মথল অদনি। ভক্তি মথল অমা অত্থুমক্নি প্রেম হায়ব্রিবসি। গোপীশিংনা ভগবৎ-

প্রেমদা তন্ময় ওইরি—মশা মশানা কৃষ্ণদা নত্রগা কৃষ্ণগী থোদো-থোওঙ্দা অতুম্মক অমত্তা ওইনা লূপশিন্নরি। অম্মুন্না প্রেমনা ভগবানদা তন্ময় ওইবা য়াই, মন্থ, ভগবানবু প্রেমনা থূম্নাত্তুনা কন্নিগুম্বদা থঞ্জখিবা নত্রগা কৌজবা ঙমখিবা অতুগুম্বা মখোয অতুতনদি হেকমক থঙ্বি-রমগনি। অতুগা যোগীশিংদি সমাধি তৌরিঙৈদা থম্মোইহূংনা আত্মানন্দগী মহাউ ফংবনা "কোংগোন" ওইনা তাউহনা অতুম ফমহনা লৈথোকখি.—প্রেমিককী মফমদদি মতৃতনা থক পেঞ্জবা হায়বহ্ ওইদে—গোপীশিংনা মশাংক্না কৃষ্ণ ওইবতনস্ব পেঞ্জদে; অকনবা হূংগী ঈথৌ অমদি অতুম্মক লাংহনতা মরৈরে। হূংস্বু পানস্বু অনিমক্না আত্মানন্দগী স্বরূপ অতুমক ফংবা ঙমদ্রবদি মখোয়না থক লৈতাজবা ঙমদে। অম্মুন্না শ্রীচৈতন্যস্ব লৈতাফম থঙ্খিদে। পুন্নীং চঙ্না থন্থর-বদি থঙ্বা ঙম্মী, শ্রীবৃন্দাবনন্দদি জ্ঞানস্ব লৈ অতুগা যোগস্থ অতুম্মক লৈ, অতুমদি ওইরগা মফম অসিদদি জ্ঞানস্থ যোগস্থ অনিমক মপুং ফাদে—গৌণনি—অনিমক্কী অপূনবা তূংফমদি অহকপা প্রেমতদা থোকই। জ্ঞানদস্বু যোগ অমস্বূং ভক্তি অনিমক লৈ অতুমদি ওইরগা যোগ অমস্বূং ভক্তিদি হূংদা থূপ্না লৈ। অস্মুম তৌতুনা যোগদস্থ জ্ঞান অমদি ভক্তি লৈ, অদূবু মতুদা জ্ঞান অমদি ভক্তি অনিমক থূপ্না লৈ অতুগা ভক্তি নত্রগা প্রেমদস্বু জ্ঞান অমদি যোগ অসি চঙ্লিবনি; তৌইগুম্বস্বুং অহকপা প্রেমগী মতৌদদি হায়রিবা জ্ঞান অমস্বূং যোগ অনিমক অসি পুল্লপ তূংহনা লৈ॥ ২০

এবং কৃষ্ণং পৃচ্ছমানা বৃন্দাবন-লতাতরূন্।
ব্যচক্ষত বনোদ্দেশে পদানি পরমাত্মনঃ॥
পদানি ব্যক্তমেতানি নন্দসূনোর্মহাত্মনঃ।
লক্ষ্যন্তে হি ধ্বজাম্ভোজ-বজ্রাঙ্কুশ-যবাদিভিঃ॥ ২১

---

**অনুবাদ**। অমুক হন্না গোপীশিংনা বৃন্দাবনগী উরী-উপাল-শিংগী মফমদা কৃষ্ণগী মপাউ হংনা হংনা কোয়না অস্নুম থিরকপদা উমং মচি অমদা শক্লাইবা পরমাত্মা ভগবানগী খোঙ্গুল তারম্বা থেংনখি অমসুং মতু উরগা মখোয় মশেল মহৈ মহৈ হায়নরকই—মখোয় অসি শোয়দনমক মতিক চাউরবা শ্রীনন্দ-নন্দনগী খোঙ্গুল ওইরমগনি, করিনা, মসিদা ধ্বজ ( ফীরান ), পদ্ম ( থম্বাল ), বজ্র ( নোংমৈ শীংজঙ্ ), অঙ্কুশ ( শামু কাটি ) অমসুং যব ( বার্লি তরুবা ফৌ জাৎ অমা ) নচিংবা অমদা লৈবা হৌনদ্রবা অতুগুম্বা ইবুংঙো মাগী চরণ-চিহ্ন ( খূয়া ময়ি ) শিং অতু উনা তারি॥ ২১

---

**তাৎপর্য্যার্থ**—লম্ফাং চৎপা কল্পনানা মাঙ্খাবা অতুগুম্বা সমাধিনা মরক মরক্তা চীকমাঙ্ হেক মাঙ্বগুম হায়বদি মপানগী জ্ঞানদা অমুক হেক হঞ্জিল্লগপগুম—গোপীশিংগীসু মওঙ্ অতুমক ওইখি। কৃষ্ণবু উত্রবদা গোপীশিংনা অহানবদা কায়ন-মৈশাতমক লাংলম্মী, মথংদনা মগুণ থাতুনা ঈশৈ ওইনা শক্লা শক্লা কোয়না থিখি, মথং তাবদনা অমুক তন্ময় ওইরক্লুনা কৃষ্ণ লীলাগী মতৌ তমখি, অতুগী তুদনা অমুক মপানগী ওইবা হান্নগী জ্ঞান অতুদা হঞ্জিল্লক্লুনা অমুক হন্না থিরকপদা লৈমায়দা খোঙ্গুল তারম্বা থেংনররি। অসিগুম্বা মতৌ অসিদি মীরমলেনগী ওইবা মুংশি মুংওন কায়নবদা অমদি থক্তা য়াংনা কাখৎলক্লবা অতুগুম্বা 'আরূঢ়' ভক্তনা ভগবানগা কায়নবা মতমদসু মান্নবা অতুম্মক থোকই।

বৈকুণ্ঠগী মপু নারায়ণ অমসুং বৃন্দাবন বিহারী শ্রীকৃষ্ণ অনিমক্কী খূয়াদা ময়ি ২১/২১ ফাওই। মরম অতুনা মতাং অসিদা গোপীশিংনা

'ধ্বজাম্ভোজ-বজ্রাঙ্কুশ-যবাদিভিঃ' অস্মুন্না 'যবনচিংবা' হায়রমলিবনি। মীগী মরক্তদি হায়রিবা ময়ি ২১ অসিগী মহুৎদগী কনা কনাগুম্বগী খূয়াদা মযি অমা অনিদং লৈনবভদস্ু মহাক অতু য়াম্নমক লাইবক ষবা মহাপুরুষ অমা ওইরিবনি। হায়রিবা মযি ২১ অসিমক্তা খূয়ামযি ওইনবা মহাক অতুদি ভগবানমক্তি হায়বদি শ্রীভগবানগী চরণদদি হায়-রিবা মযিশিং অসিনা শুনা থোগন তৌতুনা লৈ। মসিদি তম্বা থোক্তবা ভগবান মথক্তগী ওইবা খূদম ঙাত্তনি। বৈকুণ্ঠগী নিপা মথৈদি ঙন্নমক মপাম্বোম মরি মরি পাল্লি—ফুয়না হৌবা নোংলেন (ঐখোয়গী অহল্লম্মন্না 'রাম্দেং খোইবী' কৌবা নাপী অতুগী মপান ওইনা কৃষ্ণগী কুচু থানরম্মী) কুচুনি অতুগা সনাফিগে ঙন্না শেৎলি; অতুগুম্বা বৈকুণ্ঠ হায়বা মফম অসিদদি হায়রিবা ওইথোক্তবা খূদমশিং অসিতনা শ্রীনারায়ণবু নারাযণনি হায়না মশক লেপ্পা ঙম্বতু মঙায় নল্লবদি শক-চু অমদি ফিজেৎ লৈতেংদা অতুম্মক চপ-চপ মান্নবনা তোপ্পা খঙনবা উপায় থক লৈরমলোইদবনি। শ্রীবৃন্দাবন অসিদস্ু শক অমস্তুং ফিজেৎ লৈতেংনচিংবদা শ্রীকৃষ্ণগা চপ চপ মান্নবা অতুগুম্বা ব্রজগী নিপ মচা য়াম্না য়াওরম্মী — হায়রিবা মযি ২১ অসিতনা মাবু তোপ্পা খঙনবা উপায়নি। মযি পুন্নমক অসিনা করি করম্বা অর্থ চেল্লিবনো মতু ঐখোয়না খঙলুদে; স্কন্দপুরাণদদি খূদম মঙাথক্তংগী তাৎপর্য্য য়াওরম্বা থেংনৈ, মতুমক মতাং অসিদা অর্থগা লোয়ননা লৌখৎলি—মতুদি—

> দক্ষিণস্য পদাঙ্গুষ্ঠমূলে চক্রং বিভর্ত্যজঃ।
> তত্র ভক্তজনস্যারি-ষড়্বর্গচ্ছেদনায় সঃ ॥ ১
> মধ্যমাঙ্গুলি-মূলেচ ধত্তে কমলচ্যুতঃ।
> ধ্যাতৃচিত্তদ্বিরেফাণাং লোভনায়াতিশোভনম্ ॥ ২
> পদ্মস্যাধো ধ্বজং ধত্তে সর্ব্বানর্থজয়ধ্বজম্ ॥ ৩
> কনিষ্ঠামূলতো বজ্রং ভক্ত-পাপাদ্রিভেদনম্ ॥ ৪

পাঞ্চিমধ্যেহঙ্কুশং ভক্ত-চিত্তেভ-বশকারিণম্ ॥ ৫

অর্থদি— ভগবাননা মাগী ভক্তগী য়েক্লবা ওইবা কাম ক্রোধনচিংবা তন্নকমকপু ককথৎপিনবগীদমক য়েৎকী খোঙ্‌বী মরুদা চক্র, ধ্যানদা লুপচরিবা মনাই ভক্তগী চিৎ-কী মশক ওইবা খোইমুবু মিত্তাহনবীনবগী দমক য়েৎকী খোঙ্‌য়ায় মরুদা ফূগায়না শাৎলবা থম্বাল, থম্বালগী মথাদনা অমাঙ্‌-অতা খিবীকপু তখায়বিনবা লানঙম ফীরানগী মশক ওইবা ফীরান, ভক্তগী মশাদগী পাপ-চীংজাউবু থুগায়-য়ানখায়বিনবগী-দমক য়েৎকী খোঙ্‌নাউবী মরুদা বজ্র (নোংমৈ শীংজং) অমস্যুং লাক-ঙক্রবা ভক্তগী পুক্লীং-শামুবু লাকপিনবগীদমক থূয়া থম্বালদনা শামু কাটিগী (অঙ্কুশ) ময়িবু ধারণ তৌবীরি।

শুকদেবনদি অশেংবা ভগবাননা শান্নবিখিবা লীলা কয়াবু বর্ণনা তৌবীরিবনি ; মরম অতূনা গোপীশিংনা তশেংনমক চরণ-চিহ্নশিং অসিবু উজবা ঙংখিবমক্নি। হুজীকমকসু কনাগুম্বা ভক্তনা ভগবানগীদমক গোপীগুম্না কপচবা ঙম্নবা অতূ ওইরবদি মহাকসু অসুম্না তশেংবমক্তম ভগবানগী খোঙ্‌গী ময়িশিং অসিবু উবা ঙমগদবনি। মদূতবু খঙহন-উহনবীনীংতনা লীলাময়না অসিগুম্বা লীলা অসিবু শান্নবিরিবনি। সচ্চিদানন্দ-বিগ্রহগী খোঙ্‌য়া ময়িদি থক লৈবাক তাদে ; মতূদি—মপুক্লীং-হকচাং চপয়ুংবা অতূগুম্বা ভক্তগী হৃদি-বৃন্দাবন (থম্মোইহুংগী বৃন্দাবন-ধাম) অতূতদা তাগদবা ময়িনি, ৱাফম অসিমক্তি তশেংবনি। অতূম অতূম ওইনমক ইবুংঙো মহাক্তি ভক্তগী মথা পোনবনি ; মনাই ভক্তনবু পামজ্ররবদি লৈমায় মথকমক্তদসু মাগী শ্রীচরণ-চিহ্ন উৎপিবা মহাক্নি ; অসুম হায়না ঐখোয়না থাজে ॥ ২১

তৈস্তৈঃ পদৈস্তৎপদবীমন্বিচ্ছন্ত্যোঽগ্রতোঽবলাঃ।
বধ্বাঃ পদৈঃ সুপৃক্তানি বিলোক্যার্ত্তাঃ সমব্রুবন্॥ ২২

অনুবাদ। গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ্গুল অম্সুম লীরকপদা ইনক-নক্না কৃষ্ণগী খোঙ্গুলগা শম্নমা তামিন্নরম্বা রাধাগী খোঙ্গুলবু উরুবদগীদি মথরায় মুংঙাইতনা মহৈ মহৈ হায়নরকই॥ ২২

তাৎপর্য্যার্থ—চেনথ্রবা মাগী খোঙ্গুল লীতুনা থিনবসি মীয়ম-লেন্দম্সু চৎনৈ। লীলাদা গোপীশিংনা নায়িকা ভাবতা চান্নখোইবগী খোঙ্গুল লীতুনা থিবা হৌরকখি। তত্ত্বগী মায়কৈদস্সু অম্সুম্না অতুম্মক ওই। মরমদি, ভগবানবু খিগে হায়রবদি ইবুংঙো মাগী খোঙ্গুল লীজবা নত্তনদি উপায় লৈতে। জ্ঞানী অমসুং যোগীনা মাগী মাগী তৌবঙম্বা শক্তি ফোংদোক্লতুনা জ্ঞান অমদি সাধন তৌনতুনা ব্রহ্ম অমদি পরমাত্মাবু ফংননবা হোৎনৈ; ভক্তদি শ্রীভগবানগী মখোঙ্ থম্বালতনা পাম্বে ওইনৈ। জ্ঞানীগী ব্রহ্মজ্ঞানসু ভগবৎ কৃপা ফংনবগী-দমকনি, হায়রিবসি জ্ঞানি-শিরোমণি শঙ্করাচর্য্যনসু য়াবীরম্মী। প্রেম-ধাম শ্রীবৃন্দাবনদদি পরব্রহ্মসু মূর্ত্তি পানবা ভগবাননি অতুগা মাগী কৃপাসু মশক নাইবা খোঙ্গুলশিং অসিনি। মাবু ঈখৌ লাংবনা য়োনা লাঙ্‌তক্লজবী গোপীশিংদা মহাকমক্না মাগী লম্বীবু উৎপিরি। ঐখোয়সু মাগীদমক্তা গোপীনা তৌবগুম ঈখৌ লাংনবা ঙমজরবদি শোয়দনমক ইবুংঙো মাগী কৃপা ফংনগদবনি; অম্সুম্না খোঙ্গুল মশক উজবা ফংবগা লোয়ননা প্রেমগী মশক ওইবী শ্রীরাধাগী কৃপাসু লেপ্না অতুম্মক ফং-গদবনি; কৃষ্ণগী খোঙ্গুলগা ইশম শম্নবী ইবেম্মা মাগী খোঙ্গুলবুসু ঐখোয়না পূন্না অতুম্মক উমিন্নগদবনি। প্রেমগা মুংঙাইবা 'আনন্দ' হায়বসিগদি মহৈ মহৈ অতুম্মক তাশিন্নতুনা লৈ; মরম অতুনা প্রেমগী মশক ওইবী রাধা অমদি মুংঙাইবগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণ অনিমকসু থানবা লৈতনা অতুম্মক পূন্না লৈমিন্নৈ; মরম অতুনা অনিমকী খোঙ্গুলসু অমগা অমগা তিনশিন্নৈ। সচ্চিদানন্দগী মশক ওইবা

পরব্রহ্মনা জ্ঞানগী মিৎয়েংদদি নিরাকারনি (মশক মওঙ্ অসিনি হায়নীংঙাই লৈতবা শক্লাইদবনি), তৌইগুম্বসুং মহাক অচুমক্না প্রেমগী কা-দদি শক্লাইবনি। ঐখোয়না অরেম্বদা য়েংনবত্তা থংই। মরৈ য়েংনবনা কৈদৌউৈদসু থক ব্রহ্মবু খঙ্‌বা ঙমগদবা ওইদে। বেদান্ত সূত্রদা ভগবান বেদ-ব্যাসনা হায়রি—"তর্কাপ্রতিষ্ঠানাৎ" হায়বদি তর্কনা (মরৈনা) অরেপ্পা করিসু পুরকপা ঙমদে। পণ্ডিত অমনা মরৈ য়েত্তুনা অতোপ্পা নিপা অমবু মায়থীবা পীরে, অচুগা অমনা অমুক লাক্লগা মহাকপু অমুক মায়থীবা পীররে; মথংদা অহুমশুবা নিপা অমনা অমুক লাক্লগা অনিশুবা পণ্ডিত অদুবু মায়থীবা পীরে— অসুম্না মরৈ তৌনবগী থক লোইবা লৈতে! শ্রুতিনা হায়—"ব্রহ্মদি খোনথোক্তে" হায়বদি শব্দনা (খোন্থোক্লা) মাবু থক তাকপা ঙমদে। মরম অচুনা ঐখোয়গী মত্-তদি য়েংনবা তোক্তুনা পুক্নীংনা খঙ্‌লিবা মহাক অচুতদা অসুম লেপচত্নুনা লৈবনা হেন্না ফৈ। অচুগুম্বা পুক্নীং লেপচবগী মমিংনি 'ভক্তি' হায়নরিবসি। জ্ঞান অমসুং তর্কনা (মরৈ তৌনবনা) শ্রীবৃন্দাবন লীলাবু থক খঙ্‌বা ঙমদে। ভগবাননা তাকপিখিবা লৈ—"ভক্ত্যাহমেকয়া গ্রাহ্যঃ" হায়বদি "ঐবুদি ভক্তিতনা ফংগদবনি"। মরম অচুনা ভক্তিগা লোয়ননা ভগবানগী ব্রজ লীলাবু পাজরবদি অথোইবা নুংঙাইবা ফংই। অসিগুম্বা ভক্তি অসিগী মরুদি থাজবনি; "ফংই কৃষ্ণ থাজবনা, য়াম্না লাপথি মরৈনদি" ॥ ২২

---

কস্যাঃ পদানি চৈতানি যাতায়া নন্দসূনুনা।
অংস-ন্যস্ত-প্রকোষ্ঠায়াঃ করেণোঃ করিণা যথা ॥ ২৩

---

অনুবাদ। এ-এ য়েংউ, য়েংউ! ময়াম অসিনা অমুক কনাগী খোঙ্গুলনো? নূপী অসিনা নন্দগী মজাইবুংঙো অচুগী লেংবান্দা মখুৎ থম্লগা শামু লমশা-শাবগা লোয়নবী লমশা অমোমগুম কোয়না অসুম মাগা চৎমিন্নরি ॥ ২৩

তাৎপর্য্যার্থ—ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা রাধাবু পুথুনা লেঙ্‌থি। উরিবা খোঙ্গুলশিং অসি শ্রীরাধামক্তীনি। রাফম অসি গোপীশিংনা অতুম্মক শেংনা থঙ্‌ই। কা-হেনবা কল্লক-খম্বন পূকচেননা মরম ওইথুনা মাগী মমিংবুদি মখোয়গী মচীন্দা পন্নখিদে। অসিগুম্বা ক্বিবমদদি নায়িকা-শিংদম্ম অম্মুম্না অতুম্মক ওইনবা মতৌনি। অতুমদি ওইরগা কৃষ্ণগা কায়নরবী গোপীগা—হুংশি শেৎনরবী নায়িকাগা অনিগী মরক্তা লৈনরিবা খম্বনবগী মতৌ অসিদি মান্নবা মওঙ্‌গী ওইনমক উরবস্ম পূমতোং তোঙাল্লে। নাযিকাগী কল্লক-খম্বনদি চুন্নগী মৈচাক্তমক পীবনি, গোপীগী কল্লক-খম্বনদি প্রেমতবু হেনগৎহন্নবা মচাক্লি। নায়িকানা খম্বনবগী মহৈদি অরাবনি, গোপীনা খম্বনবগী মহৈনা খায়-দগী হেনবা হুংঙাইবা—পরমানন্দবু ফংজবনি হায়বদি ভগবানবু সংশঙ্‌ হেক ফংজবত্তনি॥ ২৩

অনয়ারাধিতো নূনং ভগবান্ হরিরীশ্বরঃ।
যন্নো বিহায় গোবিন্দঃ প্রীতো যামনয়দ্রহঃ॥ ২৪

অনুবাদ। তশেংনমক নুপী অসিনা পরমেশ্বর ভগবান শ্রীহরিবু চপচানা, মওঙ্‌চুন্না আরাধনা তৌজরম্বা তাই (নীংজরম্বা তাই)। গোবিন্দনা ঐখোয়বু থাদোকপিরগা অচীকপদা থরায় তানা মাবুতা পুদূনা লেঙ্‌খ্রিবসি মবম অতুতনা ওইরমগনি॥ ২৪

---

তাৎপর্য্যার্থ—হুজীক অসিদা বুদ্ধি চঙ্‌খোল্লবা সমালোচক-কাঙ্‌বুনা শ্রীমদ্ভাগবততা রাধিকাগী মিং য়াওদে হায়থুনা ইবেম্মা মাবু ফূ-লাউনা কামথোকখিনবা হোৎনরি। শ্লোক অসিদা, কায়না মৈহুম চুরবী গোপীশিংনা কল্পনা নত্তবা শ্রীরাধাগী অরেপ্পা মিংলেন অতুম্মক উৎথোরক্লি। মখোয়না হায়রকই—"অনয়া রাধিতো নূনং ভগবান্ হরিরীশ্বরঃ" লাই পূন্নমক্তী কোকলেন ওইবা শ্রীহরিবু গোপী অসিনা মতিক চানা নীংজখি হায়বদি ভগবানবু গোপী অসিনা মপূং

ক্নবা নীংজখি ( আবাধনা তৌজখি )। মহুগী মরম অমুকস্থ উৎলি—"যন্নোবিহায় গোবিন্দঃ প্রীতো যামনযদ্রহঃ" হায়বদি "গোবিন্দনা ঐখোয়বু থাদোকপিবন্নগা মাবুতা অচীকপদা থরায তানা পুহুনা লেঙ্খ্রি।" অহু ওইরবদি ঐখোয়না খঙ্বা ঙমগ্গ মহুদি—ভগবাননা মাবু পেনবিগ্রে, মনা ভগবানবু মতিক চানা নীংজখি হায়বদি 'রাধনা' তৌজখি, অস্মুন্না মতিক চানা "বাধনা' তৌজখিবী মহাক অহুমক তশেংবী 'বাধিকা' হায়বসিনি। 'মহাক্নি, তশেংনমক 'রাধনা' তৌজখিবী'—রাহৈ অসিবু শূপচিন্না ফোংদোকপা তারবদি অস্মুন্না হায়বা তাই—'মহাক্নি বাধিকা' অস্মুন্না। অহুগ 'মহাক্নি তশেংবী রাধিকা'—রাহৈ অসিবু শাংদোক্না হায়বা তারবদি অস্মুন্না হায়গনি "মহাকমক্নি তশে বী বাধনা তৌজবীদো"। কনাগুম্বা নিপা অমগী মফমদা অমগা মান্নভ্রবা মতৌদা খ্বাযদগী হেন্না চমজবা, খ্বায়দগী হেন্না শেংজবা, অমকপা লৈতনা তশেংনা অপাম্বা থাদোকপা অমদি মীনা খঙ্ঙমদ্রবা তম্বা থোক্রুবা মতৌগী ওইবা অহুগুম্বা ভগবৎ-প্রেম অদুবু তশেংনমক লৈবহু উকবা থোক্লবদি ঐখোয়না হায়নৈ, "মহাক-মক্নি তশেংবা সাধকতি।"

অস্মুন্না কনাগুম্বী নূপী অমগী মশাদা হায়রিবা গুণ পুম্নমক অসি শুনা লৈরম্বা থেংনরবদি ঐখোযনা হায়নগনি, "মহাক অসিমক্নি তশেংবা সাধিকা।" "সাধক অমস্যুং সাধিকা' অমদি 'রাধক অমস্যুং রাধিকা" রাহৈ অমতনি। তশেংবমক ওইনা কনাগুম্বা নিপা অমনা তশেংনমক অমকপা করিস্থ যাওদ্রবা অহুগুম্বা প্রেমনা ভগবানবু আরাধনা তৌজবা থোক্লবদি মপানগী মিৎয়েংদদি মাবু নিপা ওইনা উরবস্থ ঙংদদি মহাক 'রাধিকা'নি। প্রেম হায়বা পোৎশক অসিমক নুপীগী শক্তমনি, হায়রিবসি থন্থবীহৈবা মীনদি হেক্তমক খঙ্বিরমগনি মরম অহুনা নিপাস্থ ওইসহু, নূপীস্থ ওইরমসহু, ভগবৎ প্রেমতনা থম্মোই পুমথন হেক থলহঞ্জরবা মী মহাক অহুদি—'রাধিকা'নি।

প্রেমগী মতৌদি পূর্ব্বাং লোঙ্দনা চপযুংনা হুংশিববু হায়বনি ; অথোৎপা অমেঙ্বা ইচম চমথোকপা, নোল্লুকপা অমস্বুং অমকপা য়াওদবা তশেং তশেংবা মতৌনা প্রেমগী স্বভাবনি ( হৌনশানি ), অতুগা হুংশিবনা হেক মঙী চেনবা, সেবা তৌবা, ভক্তি অমদি লুনা নীংবা—মখোয় অসিনা প্রেমগী মথৌনি। মসিবু রাহৈ অমত্তনা মহুৎ শিন্দুনা হায়বা তারবদি অশেংবা 'রাধনা' হায়বসিমক প্রেমগী থবক্নি। ঐথোয়দি নরলোক অসিদা লৈবা নরনি ( মীরমলেনগী মীনি ) ; অসিগুম্বা নরলোক ( মীরমলেন ) অসিদা উবা ফংই—প্রেমগী স্বভাব ( মশক্ মওঙ্, মতৌ ), প্রেমগী থৌওঙ্ নত্রগা প্রেমগী থবক অসিদি নারাতদা ( নূপীতদা ) লৈ। অথোৎপা, অতিংবা, নোল্লুকপা অমদি অশেংবগী মতৌদি নূপীতদা লৈ অতুগা হুংশিবাহৈবা, সেবা তৌবা, ভক্তি অমস্বুং লুনা নীংবগী মতৌ—পুম্নমক অসি নূপীতনা থঙ্ই ; হুংশিবা মীগী সেবাদা থরায়মক খুবাক্তা হাপ্পগী মতৌ আস নূপীতদা লৈ। নোংদম্বনা প্রেমগী ফিদম মশক খঙ্হনবানবগীদমক নূপীবু শেম্বিরমলিবা ওইরমাল্লে। লাইয়েকপা হৈবা মী অমদা প্রেমগী মূর্ত্তি অমতং য়েকউ হায়রবদি মহাক অতুনা নূপীগী মূর্ত্তিতমক য়েক্লক্কনি --মসিদা থোইনা চিংনরুনীংঙাই লৈতে। অতুতননি ঙসি শ্রীবৃন্দাবন অসিদা কৃষ্ণগী থরায়মক ওইবী প্রেমময়ী শ্রীরাধিকানা নূপীগী শক্তম লৌরিবা,—ভাইবঙ্-নূপীগী মতৌ মখে লোইনবা লৌথোকপ্রবমকস্সু ( য়াওদতুনসু ) ভাইবঙ্ শক্তমদা শ্রীরাধিকা ওইনা ঙাল্লিবা। প্রেমগী ভাবত্তা হায়বদি শ্রীরাধিকাগী ভাবতা চঙ্শিল্লক্কুনা ভগবানদা মশা পুম্নমক কথোকচবা ঙম্নবা মী অতুদি নূপীমক্নি ; মপান থোঙ্দা নিপা ওইতুনসু মহুং মহুংদদি মহাক রাধিকা নত্রগা সাধিকানি। মরম অতুনা নবদ্বীপকী থানিম ওইবা নিমাইনা মপান থোঙ্দা নিপামক ওইরবসু, হুংগী ভাবতদি মহাক নূপীনি,—শ্রীরাধাগী ভাবতা রাধিকানি হায়বদি রাধা ভাবকী সাধিকানি।

ঙাইহাক মুংঙাইথোক্লীংবা অদুগুম্বা পাঠক (লাইরিক পাবীবা; অমা ওইনা রাহৈ রাতাগী মাযকৈতদা মিংয়েং থমদুনা পারবদি শ্রীমদ্ভাগবতনা হায়রিবা শ্রীকৃষ্ণলীলা অসিদা রাধিকাগী মিংবু থক উবা ফংদে। অদুমদি ওইরগা শ্রীবৃন্দাবনগী লীলা, শ্রীকৃষ্ণ অমদি শ্রীরাধিকাগী অশেংবা মশক মতৌ অদুবু পূক্লীংদা লাকশিন্দুনা, সাধক অমগী ভাবতা পাঠ তৌজববদি, অদুগুম্বা ভাবকী মিংয়েংদা (রাখল মিংশেন্দা) তশেং তশেংনা উবা ফংলকই; শ্রীবৃন্দাবন লীলাগী যুম্ফমদি শ্রীরাধিকাতনি,—উবা ফংলকই; মুংঙাইবগী মশক ওইবা ভগবানগী হকচাং কাযাৎ খূদীংমক্তা "বাধিকা" হাযবী মিংলেন অসিতা যেক্তনা লৈ,—উবা ফংলকই, প্রেমগী শকলোন পুবী শ্রীরাধিকাগা লোযননা মুংঙাইবগী শকলোন ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা ঙাম্মোইরি,—উবা ফংলকই,—সনাদগী হেন্না লংবী প্রেমময়ীগী মঙাম্তনা শ্রীকৃষ্ণগী অমুবা কুচুনা লংনা ঙাম্মোকলি,—উবা ফংলকই—শ্রীরাধিকা তনা শ্রীকৃষ্ণগী থরায় ওইনা লৈ। মরম অদুনা শ্রীবাধিকা হায়বা মিংলেন অসিদি কনানস্মু থোনগদবা মিং নত্তে, কনানস্মু যেক্কদবা নত্তে। কৃষ্ণ লৈবা মফমদা রাধিকা লৈ, কৃষ্ণনা লৈরিমথৈ রাধাস্মু লৈ। মসি ভাবুকনদি (থম্মৈবা মীনদি) হেক্রুমক খঙবা ঙম্মী। মরম অদুননি মতম অহুম্মক খঙলবা (হৌগ্রবা, ওইবিবা ওইবরুদবা মতম অহুম) মহর্ষিনা ভাবুক অমস্তুং বস খঙবা রসিকশিংবু কৌদুনা তাকপিরমলিবা—

"পিবত ভাগবতং বসমালয়ং মুহুরহো রসিকা ভুবি ভাবুকাঃ" হায়বদি 'হে ভাবুক ওইবা রসিকজন পুম্নমক! শ্রীমদ্ভাগবতকী মশক ওইববা রসনা থল্লবা অসিগুম্বা উহৈ অসিবু অরানবা খুবম ফংদ্রিবা ফাওবা ততনা অদুম থকচিঞ্জো।"

ঐখোয়দি ভাবুকস্মু নত্তে, রসস্মু খঙদে (রসিক নত্তে); কনাবু ভাবুক কৌরিবা, রসিক হায়বনা করিবু খঙহল্লিবা মদুস্মু খক খঙলুবা

লৈতে ; অতুমদি ওইরগা ভাগবতকী মশক ওইরবা অথুম্বা রসনা থল্লবা উটেবুদি থক্কবগীদমক ফমদেংলি ! কমদৌনা মহাউ ফংলুগনি ? কমদৌনম্মু পেনগনি ? খায়দগী হেন্না থুম্নবা, রসনা চোল্লবা অসিগুম্বা উহৈমকপু ঐথোয়দদি থা-না থোকলি—থাজক্কবা ওমদে, লৌশিনবস্মু হৈতে,—মতাং মতাং থূদীংগী চিংনবনা মাঙ্দা থংলি, করিস্মু হুংঙাই-ফম থঙ্দে ( হুংঙাইবা পোক্তে )। মণি লপ্লোনবতনা মণিবু মশক থঙ্ই, অচম্বা মীনদি লীকলীনি থন্দুনা মণিবু লংথোকই। মসিমকস্মু মহাজনশিংনা হায়নবা পাউরৌনি। হেন্না হায়রুবগী করিবু কান্নগদগে ? ॥ ২৪

ধন্যা অহো অমী আল্যো গোবিন্দাঙ্ঘ্র্যব্জরেণবঃ।
যান্ ব্রহ্মেশৌ রমা দেবী দধুর্মূর্দ্ধ্ন্যঘনুত্তয়ে ॥ ২৫

অনুবাদ। হে সখি পুন্নমক ! শ্রীগোবিন্দগী খূয়া উফুলশিং অসিদি য়াম্নমক শেংবা মশক্তি, ব্রহ্মা, মহাদেব অমস্মুং লক্ষ্মীদেবীমক্না মশা মশাগী মপাপ কোকথোকচনবগীদমক মকোক্তা মসিগী মরাক হাপ্পজরিবনি ॥ ২৫

---

তাৎপর্য্যার্থ—অস্মুন্না উথিদ্রবা অসিদদি ভগবানগী পূর্ণ-ঐশ্বর্য্য ( তৌবঙম্ব-শক্তি নত্রগা মতিকময়াই পুন্নমক ) অত্তু মকা ফোংদোক-রকই। মতাং অসিদদি নায়িকা-ভাব করিস্মু য়াওখিদরে। মথোয়না ভগবানগী চরণ-রেণু ( খূয়া উফুল মরাক ) গী মতিক মগুণ উংলকলি। মতু তরাইবা মওঙ্গী নত্তে ;—হায়রি—'ব্রহ্মা, মহাদেব অমস্মুং লক্ষ্মীদেবীমক্না মকোক মকোক্তা খূযা-উফুল-অসিবু হাপ্পরি।" অদুনা ঐখোযনা উবা ফংজরে মর্হদি—গোপীশিং অসি করিগুম্বা মতমদনা হুংশি-শেৎনা-মৈরিনা রাসরবী নায়িকাগী শক্তমনি, করিগুম্বদনা অমুক ভগবানতবু থিজবা অথোইবা প্রেমিক ভক্তগী শকলোন লৌবীনি ॥ ২৫

তস্যা অমূনি নঃ ক্ষোভং কুর্ব্বন্ত্যচ্চৈঃ পদানি যৎ।
যৈকাপহৃত্য গোপীনাং রহঃ ভুঙ্‌ক্তেঽচ্যুতাধরম্‌॥ ২৬

অনুবাদ। অসিগুম্বা মাগী খোঙ্গুলশিং অসিনা ঐখোয়বু য়োনা থরাম্ শোকহল্লি। শ্রীকৃষ্ণগী চীনবান-থোইহী অতুদি ঐখোয় পুম্নমক্কী ওইবা অশূপ্পা ইরলনি ; অদুবু মহাক্কা মতু ঐখোয়দগী হুহনা পুথ্রগা মহাক মশাতগী পেন্নবা ওইনথরে॥ ২৬

তাৎপর্য্যার্থ—গোপীনা হায়রিবসি তশেং তশেংবমক্কি। ভগবানদি পুম্নমক্কী ওইবাময়াম্মক্কী অপূনবা মরলনি ; ভগবৎ-আনন্দ ফংজনবা হোৎনবদা পুম্নমক্কী মান্নবা হক (অধিকার) লৈরিবনি। পুম্নমক্কমু মতু ইখঙ্‌মক খঙ্‌নৈ অতুমদি ওইরগা মী অমনদি মহাউ অদুবু ফংলগা অমনা ফংলুদ্রিবদি করিগীনো ? অসিগুম্বা মরাল অসিবু ভগবানগীরা৹ তাইবঙ্‌ মীগীরা—মতুগী বিচার অতুমক্তি সুধী সমাজনা তৌবীরসনু (অশিংবগী শরক্কি)। অতুগা ঐখোয়দি, রাজরবী গোপীশিংগী অরাবা মতৌ অসি য়েংঙমজদে, ঐখোয়দি হুজীক মখোয়গী মায়কৈদা তোংলবনি (মীচঙ্‌দা লেপ্লবনি) ; মরম অতুনা খোঙেল হৌনা লাউ-গনি, রাধিকাগী শাথীনা লানবা মতৌনি, মতুদা চিংনফম করিসু লৈতে। অতুমদি ওইরগা থম্মোইহুংনদি কৌরক্কনি—প্রেমগী শকলোন পুবী হে শ্রীমতী রাধিকে! কৃপা থজীক পীনবীযুগবা॥ ২৬

ন লক্ষ্যন্তে পদান্যত্র তস্যা নূনং তৃণাঙ্কুরৈঃ।
খিদ্যৎসুজাতাঙ্ঘ্রিতলামুন্নিন্যে প্রেয়সীং প্রিয়ঃ॥
ইমান্যধিকমগ্নানি পদানি বহতো বধূম্‌।
গোপ্যঃ পশ্যত কৃষ্ণস্য ভারাক্রান্তস্য কামিনঃ।
অত্রাবরোপিতা কান্তা পুষ্পহেতোর্মহাত্মনা॥ ২৭

অনুবাদ। এ, য়েংউ ; হুরান লাম্না হৈবী গোপী অতুগী খোঙ্গুল অত্থ মফম অসিরাইদদি উথিদরে ; অতুনা চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণনা

চারবীতুগী অথোংপী থৃন্না অতুনা বন মনূংদা কোয়না অমুম চংপদা রারক্লবদগী মহাকপু পোতুনা পুবীথিবা শোয়দনা ওইরমগনি।

সখী পূন্নমক! চান্নবীবু অমুন্না পোতুনা পুবদগী কামদা হালেংত্রবা কৃষ্ণ অতু য়াম্না লূমথরকখি; মরম অতুননি ম্লেংউ, মক্ষম অসিদা তারিবা কৃষ্ণগী খোঙ্গুলশিং অসিনা অমুম অমুম লূথরিবা।

পূকচেন চাউরবা শ্রীকৃষ্ণনা লৈ হেকপিনবগীদমক মক্ষম অসিদদি মশাগী চান্নবীবু মরেংবান্দগী কুমহনখিবা ওইনা অমুক তৌরি॥ ২৭

---

তাৎপর্য্যার্থ—অচাকপা মৈরিদা থি হৈজিল্লরে। কৃষ্ণগী কায়ন-মৈরিনা চাকথেল্লবা গোপীশিংনি, অতুগী মথক্তা অমুক শামান্নবী শ্রীরাধাগী অমুক ফবা মরাইবক মতা অসিবু মখোয়না খাঙ্‌জবা ঙমখিদে; অচাকপা থম্মোই মৈরি অতু অমুক্তা হেন্না চাকখৎলক্লে, লোয়ন-লোয়ননা কল্লক-খম্বনগী চাংসু অমুম হেনগৎলকলে। মখোয় মথৈ পুল্লপ হৌনতুনা কাত্যায়নী পূজা তৌমিন্নরে, পুন্না অতুম্মক শ্রীকৃষ্ণবু মপু্‌রায়বা ওইনা ফংজনবা প্রার্থনা তৌনজরে, অমত্তা ওইনা অচৌকপদা ফম্মিন্নতুনা কৃষ্ণগী মগুণ শকমিন্নরকলে, বাঁশীগী খোন্থাঙ্‌ তাবদগী পুল্লপ্পা পূন্নমকপু থাদোক্নরমতুনা অথেঙ্‌বা অহিংদা কৃষ্ণগী নাক্তা য়ৌমিন্নরকলে, অতুমক্তদা ঐখোয় পূন্নমকপুদি থাদোক-লমতুনা কৃষ্ণনা মহাক্তবু খন্দোক্তু্না পুথোকখ্রগা শান্নমিন্নখ্রি; মতম্বাক্তা ফমহনবীরি, মনমদা পোবিরি অতুগা অশোমদনা ঐখোয় মথৈনা অহিং নোংশোয়বা 'হা কৃষ্ণ, হা কৃষ্ণ' কৌতুনা কপ্তু্না লেন্নরি—পূন্নমক অসি খম্বরুবদগী গোপীশিংগী অশাউবা অতু শন্নক অনি হেনগৎলকলি, তুংঙাইখিদবনা থম্মোই মৈহুম চুখৎলকলি, কল্লক-খম্বন রাখন্না থম্মোই মহুংবু নৈখায়রি। কনাগুম্বা মী অমগী মক্ষমদা ভগবাননা কা হেন্না কৃপা তৌবীখিবা উরবদা গোপীশিং অসিগী মতৌগুম্না শাথীনা শাউনীংবা, থাঙ্‌-ঙমদনা চাকপা, থিংঙমত্রবা খম্বন-রাখল—অসিগুম্বা মতৌ অসি ঐখোয়গীদি করিগুম্বদসু—করিগুম্বা মপোক্তসু খব

থোক্লরোইদবরা ? থোক্কনি, ওইগনি, গোপীতবু ওইজবা ঙম্লবদি পুম্নমক থোক্কনি ॥ ২৭

অত্র প্রসূনাবচয়ঃ প্রিয়ার্থে প্রেয়সা কৃতঃ।
প্রপদাক্রমণে এতে পশ্যতাসকলে পদে ॥ ২৮

---

অনুবাদ। চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণনা মফম অসিদা মাগী চান্নবীগী-দমক্তা লৈ হেকপিখিমাল্লে। খোঙ্‌দোন্না লেপ্তুনা লৈ হেক্লম্বনা (খূনীং কাঙ্‌না লেপ্লম্বনা) মফম অসিগী খোঙ্গুলনা মপূম ফাদ্রিবনি, যেংউ ॥ ২৮

তাৎপর্য্যার্থ—থরা অমুক চঙ্‌শিল্লগা গোপীশিংনা মফম অমদা লৈশাৎপা পাম্বী অমগী মখোঙ্‌দা কৃষ্ণগী খোঙ্‌দোন খোঙ্গুলতমক তাবম্বা থেংনখি, মতুদা খূনীংগী শরুক যাওদে। মতু উবদগী মখোয়না খাল্ল, লাম্বা ফংদবা অবাংবা উশাদা শাৎপা লৈ হেক্লবনীদমক কৃষ্ণনা খোঙ্‌দোনতনা লেপখিবনা খোঙ্গুল অসিনা মপূম ফাবমদবনি। যৌনা হবচিল্লবা কৃষ্ণ-প্রেম অতুনা মরম ওইতনা গোপীশিংনা মপান নাইত্রবা কৃষ্ণগী মতিক মগুণ পুম্নমক লোইনা অমুক কাউথোক্লবকখি—কালিদমন, গোবর্দ্ধন ধারণ, অসিনচিংবা ঈশ্বরতনা তৌবা ওম্বা অতগুম্বা লালাশিং অদুবু কাউথোকখি মরম অতুতনা মখোয়না অসুম্না থল্লবকখিবনি মতুগা ভাবাননসু ফনমক মশানা মপান নাইদবা ওইতুনসু, মপান নাইদবা গোপী-প্রেমগী মফমদদি পিশক পীকশিনবী-রকখি। মরম অদুনা হাইফেত্তুং রাংবা উশাদগী লৈ হেক্লবগীদমক খূনীং কাঙ্‌না লৈপাক্তা লেপ্পা তাখি। অসিগুম্বা লীলাময়গী লীল পুম্নমক ধন্যনি ॥ ২৮

**কেশ-প্রসাধনং যত্র কামিন্যাঃ কামিনা কৃতম্।**
**তানি চূড়য়তা কান্তামুপবিষ্টমিহ ধ্রুবম্॥ ২৯**

**অনুবাদ।** কামনা লাকহৎলবা কৃষ্ণনা শোয়দনমক মফম অসিদা মথোন কাবী নুপী অদুগী মশম মনা শেমজিনবীথি অদুগা অহেকপা লৈনা নুপী অদুগী কোক্কী লৈতেং শেম্নবগীদমক মফম অসিদা শোয়দনমক ফমলম্বা ওইরমগনি॥ ১৯

**তাৎপর্য্যার্থ**—হায়ব্রিবা শ্লোক তরেৎ অসিদা শ্রীরাধাগী খোঙ্গুল উবদগী মরোঙ্-মরোঙ্ খনবগী মতৌ অদু ফোংদোকখ্রে। অয়াম্বা নায়িকানা নাযক অমখক্তংবু পাম্নরবদি অদুগা নায়ক অদুনা মথোয় পুম্নমক অদুগী মরক্তা নায়িকা অমখক্তদা খোয়দাদুনা ময়াম মরক্তগী মহাক মথন্তবু খন্দোক্তুনা পুথোকখ্রগা মফম অমদা মথোয় অনিতা তোপ্পা লৈমিন্নখিবা থোক্লবদি হুন্দোকপিবল্লবী অতৈ নায়িকাশিং অদুগী মপূক্লীংদা পঙ্খন্দা অসুম খল্লকপা হৌনবা অদুগী মতৌদা গোপীশিংগীসু রাথল মথল কয়া থোক্লা খন্নবা ওইখি। কায়না মৈশা খাঙ্জবদা রানা থোক্লিবী মথোয় অদুনা মরক্তা অমুক শ্রীরাধাগী মফমদা শাউবা অমসুং খম্বনবগী ভাব চেনখিবগী মতৌ ওইখিবদু শেংনা অদম্মক খঙ্বা ঙমলি: নায়ক-নায়িকা ভাবতদি অসিগুম্বা ফিবমদা অসিগুম্বসি থোক্তুনতা, ওইদুনতা লৈ হায়বসিদি রস খঙ্বা পাঠক অমদি সাধকশিংগী মফমদদি অমুক থোইনা তাক্লরুগদবা নত্রে। হুক্লীক মসিগী মন্নুংদা পরমার্থগী রাদি করিবু য়াওরিবনো হায়বদুগী মরম খঙ্নবদুম হোৎনদুনা অমুক য়েংসি।

চুম্নগী অসুম পাবতা নত্তনা সাধককী মীচঙ্ লোমদা লৈদুনা হিরম অসিবু পাবা থোক্লবদি মসিগী মনুংদা পরমার্থ-কথা (মুক্তিগী রা) ভক্তিনা থম্না লৈবদু তরং তরংনা অদুম উবা ফংলকই। হে সাধক! নঙ্না তশেংবা সাধকমক্তা ওইরবদি—মরূপ মপিক্লা অতৈ কয়াগা লোয়ননা নখোয় পুল্লপ তিম্নদুনা ভগবৎ-সাধন তৌমিন্নবা থোক্লবা

অদুম তৌরিবৈদা নখোয়গী নরক্তগী মী অমনা অতৈ পুন্নমকপু নমহৎ-লম্লগা মথন্তনা ভগবৎ-দর্শন ফংখিবা .থাকখ্রবদি মতম অদুতদা নঙ্না কৃষ্ণ কায়নরবী গোপীশিংগী হুজৌক ওইরিবা মতৌ অসিবু নপূক্নীংদা লাকশিনবা ঙম্লক্কনি অদুগা মসিগী মহুংদা থূপ্তুনা লৈরিবা থম থেংলবা মুক্তিগী পাউত্তাক অদূবু লৌশিনজবগী পাংগলস্থ লৈরক্কনি। অদুগা সাধকমক্তি নত্তবা, সাধনদি তৌজনীংবা অদুগুম্বগী মওঙ্ ওইরগনা, খণ্ডিতা নায়িকাগী ফিদম লৌদুনা অতোপ্পনা ভগবৎ-কৃপা ফংখিবা উবদা নথন্তা হেক লৈফম খঙ্জদবা, কল্লকপা-থম্বনবা অমদি হুংদা ওমচাক্লবনচিংবা মতৌ অদু মতাং অসিদগী তমজবা ফংগনি।

মীরমলেনগী সম্পত্তি পাম্বনা ঐখোয়না হেক ফর-ফর ওন্নবা অদু-গুম্নদি তশেংনা হায়রবদা শ্রীভগবানবু ফংনবগীদমক্তি মদুগী শরূক চাম-থোকপগী শরূক অমা ফাওবা ঐখোয়গী ইশা অসিদা য়াওবা লৈতে। মরম অদুওননি অসিগুম্বা মতৌদা ভক্ত কনাগুম্বনা কল্লকপা অমদি শাউবগী রাফমবু তারগা ঐখোয়না অঙকপগুম থন্নরিবা। ঐখোয় পুন্নমক্কী ওইনা লৈবা অপূনবা ইরল অমবু অতোপ্পা কনাগুম্বা অমনা তাৎ-পা তৌদুনা, উৎ-চাইদুনা ঐখোয়দগী হুরান্দুনা লৌখ্রগা ঐখোয়মক্লা উনা উনা ইমাঙ্মক্তদা মানা মদূবু হুংঙাইনা ফমদেংদুনা চাথ্রবদা মতাং অদুদা ওইরগদবা ঐখোয়গী পূক্নীংগী অশাউবা কল্লক-পনচিংবা পোক্লকফম থোকপা লৈবা অদুগুম্না কনাগুম্বা মী অমনা থরায় পানবা পুন্নমক্কী অপূনবা মরলমক ওইরিবা অদুগুম্বা শ্রীভগবান অদুগী চরণ থম্বালবু ফংখিবা উরবদা, পুক্নীংদা শাউনীংবা অমদি কল্লক থম্বনগী মৈ হৌরিবা অদুগুম্বা মহাক অদুতনি অশেংবা ভক্ত হায়বদি— ভগবানবু ফংগদবস্থ মী মহাক অদুতননি। খণ্ডিতা-নায়িকাগী থূদমনা ফিদম ওইনদুনা উত্রবদি হকচিল্লবা অদুগুম্বা অনুরাগ (অপাম্বা) খঙ্ননবা তাকপা ওইথোক্কে। অদুগীদমক্তনি কৃপাময়না অসিগুম্বী কৃপাময়ী-লীলা অসিবু শান্নবিরিবা, অদুগীদমক্তনি মক্রুবী বৃন্দাবন

লীলাদা অমগা অমগা ক্রক ক্রক য়েংনবী রাধা অমস্তুং চন্দ্রাবলী অনিগী শক্তম উৎলিবা। মসিদা ঐখোয়না অসিগুম্বী রাস-লীলা অসিবু অস্তুম পানা পানা অমদি তান-তানমক মসিবু মীরমলেন অসিগী নায়ক-নায়িকাগী মুংশি-হুংওন-মতৌমক্নি খনবদগী মতু ওইনা অতুস্মক পুক্নীং লুপশিনখিবস্তু য়াই হায়বগী চিংনবা লৈবদগী গোপীগী খোঙ্দা নায়িকাগী মতৌদা ওইবা অতুগুম্বা অরা-তেংথাগী মতুংচন্না ভগবৎ-ভক্তি হায়বতু করম তৌবগে খঙ্নবা উৎপিরি। খোঙ্গুল উরগা মখোয়না হায়নরকই—"শ্রীগোবিন্দগী চরণ-ধুলি ( খুয়া-উফুল ) শিং অসির্মাক্তি ধন্যনি, ব্রহ্মা, মহাদেব অমদি লক্ষ্মীমক্না মসিতবু মকোক মকোক্তা হাপ্পজরগা মরাইবক ফবা ওইনজখিবা অতুগুম্বা খুয়া উফুলনি।" মরম অতুনা উবা ফংলে, গোপীশিংনা নায়িকা-ভাবকী মতুংদা ভগবৎ ভাব খঙ্হনবানবা হোৎনবিরি। অসিতনা লীলা অসিগী তাৎপর্য্যনি। ঐখোয়দি পুক্নীংনা মোৎপগুম মিৎয়েংদস্তু অতুস্মক মমোৎনৈ। অথোইবা মচীত্তবু খূনগৎপা হৈবা সাধক অথোইবা লালাবাবুনা শোক্ক-শম্নহৈদবী, করিস্তু খঙ্জদবী তবঙ্-তবঙ্বী অতুগুম্বী ধোবী-নুপীগী মচীন্দগী মনীং তৌনা হায়দোরকখিবা "মুমিৎ তাশিল্লক্লে, রাংমা লানগদবনি" অস্তুম হায়বা রাহৈ অসিবু তারুবদগী মথরায়মক তানা মানা পামজরম্লিবা পোৎ অতুমক্নী মচি অত্ত খূনগৎ-তুনা মপান নাইত্রবা মচাক-মরল অপুম্ববু নাপীমক্তুম লংথোক্লমতুনা শ্রীবৃন্দাবনদা মাধুকরী বৃত্তি লৌতুনা ( নিরগা চাতুনা ) মপুন্সী লেম্নবা হোৎনখি। অতুগা অসিগুম্ব অশেংবা মচিবু উবা ঙমদবা লাইবক থীবা ঐখোয় অসিনা, খঙ্দ-উদবা লৈত্রবা অতুগুম্বা ভগবান বেদ-ব্যাসমক্না ইবীরম্বা সত্য-স্বরূপ ওইবা শ্রীভগবাননা উৎপিবা মুক্তি পীনহৈবী অসিগুম্বী রাসলীলাবু পাবা অমদি তাবগী থবক তৌন-তৌনমক নরক-তদা অস্তুম পুথনরি—ওশ্লোকপনি ॥ ২৯

রেমে তয়া স্বাত্মরত আত্মারামোহপ্যখণ্ডিতঃ।
কামিনাং দর্শয়ন্ দৈন্যং স্ত্রীণাঞ্চৈব দুরাত্মতাম্॥
ইত্যেবং দর্শয়ন্ত্যস্তাশ্চেরুর্গোপ্যো বিচেতসঃ।
যাং গোপীমনয়ৎ কৃষ্ণো বিহায়ান্যাঃ স্ত্রিয়ো বনে॥ ৩০

অনুবাদ। অশোমদনা ভগবান রাধাবল্লভ কৃষ্ণনা মশানা অহুম্মক পেন্দবা কৌবা অমা লৈবা নত্রবা—মথন্তদা মথন্তনা নুংঙাইজবা অমদি অরাৎপা হায়বা করিম্নু লৈতবা ওইহুনম্নু কামদা হালেংদবা নিপানা কয়াগী মতিক তোনথরকপা অহুগা অমরোমদনা মথোনকাবী নুপীনা কয়াগী মতিক ঙমশিল্লকপা (মথোঙ্-চারক্তবা) হাযবহ্ন উৎপিনবগী-দমক শ্রীরাধাগা লোযননা শান্নবিরকলে॥

শ্রীকৃষ্ণনা থাদোকপিরম্নবী অতোপ্পা গোপী মখৈনা মথোয়বু থাদোক্লম্লগা অচৌকপা মফমদা পুথোক্তূনা চৎখিবী অহুগুম্বী মাগী খোঙ্গুলশিং অদুবু অস্তুম্না মহৈ মহৈ অমনা অমদা উত্তূনা চৎনরক্লি।৩০

তাৎপর্য্যার্থ—শ্লোক অসি থক খা ওন্নবগুম তৌহুনা য়াম্নমক নাত্তে চাদবা ওইনা উরে। গোপীগী তেংথাবোন অহ্ন লোইশিল্লম্বা তৌদনা হেক্তেমক মখা তারকলি—“শ্রীকৃষ্ণনা মথন্তনা মথন্তদা নুং-ঙাইজবা ওইহুনম্নু শ্রীরাধাগা লোয়ননা শান্নবিরকলে।” শ্লোক অসি কনানা হায়রিবনো মহুদি পল্লমদে। গোপীশিংনা হায়বগী মহুং চনবা ওইনা লৈবিবনা রাহৈ অসিমক্তি মখোয়না হায়বা থক ওইবা য়াদে। মসিবু নাত্তে চাহন্নবগীদমক টীকাকার শ্রীধরস্বামীনা মশামক্সা অস্তুম্না হায়বা তাখি—“রেমে ইত্যাদি শুকোক্তিঃ” হায়বদি শ্লোক অসি শুক-দেবনা হায়রিবনি। তৌইগুম্বম্নুং অহুম ফনা ওইহুনম্নু নাত্তেদি অহুম্মক হোরি। শুকদেবনা হায়বনি হায়বদুবুদি মথঙলে অদুবু গোপীগী রাহৈগী লোইশিনবা অমা নাইদ্রিঙৈদা করম তৌনা শুক-গী রা অসি লাকদৌরিবনো? থংনবা শ্লোকী তাৎপর্য্যার্থ নৈনবা মতাংদা ঐখোয়না মহুগী মরমদা লাইখায় অমা তাবা ঙম্বরা য়েংজগনি।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণদি মশা মথন্তদা অতুম্মক পেনজবনি, মথন্তনা মথন্তদা লুংঙাইজবনি, মাগীদি অরাংপা করিগুম্বা অমা লৈত্রবনি; অতুমক্তদা শান্নবিনীংলিবগী মরম অতু ঐখোয়না রাস-লীলাগী অহানবা অধ্যায় মক্তদা নৈনখ্রে। অতুম ওইনমক অনীংবা নত্রগা অপাম্বগী মওঙ্দা খর-খরদি খেন্নবা লৈবনা রা অমা অনিদংদি হায়জদবা য়াদ্রে। মতাং অসিদা, মূল-শ্লোক অসিবু উবমক্তদা ভগবানগী অনীংবা পোৎশক অতু করিনো অতুম্মক থঙ্বা ঙম্মী। কামগী রাথনতদা লূপ্পবা নিপা-শিংনা মাঙ্থরকপা হায়বদি নূপীগী মক্ষমদগী ইকাইবা নংবা অমদি নূপীশিংনা কা হেনগৎলকপা—কামগী রাথন্দা তাউরবা নিপাগী মথক্তা নূপীশিংনা অস্নম কাথৎলকপা অতুগুম্বা ভাব অদূবু উৎপিবনা ভগবানগী অনীংবনি। মতু শুকদেব মশামক্তা হায়রিবনি; অতুমদি ওইরগা মতু মীওইবা পূন্নমক্কী মক্ষমদা থঙ্হনবীনবগীদমক মীরমচৎকী মতৌদা পীবিবা নীতি-পাউতাকনি। পাউতাক অসিগী মরুম থূপ্না মনুংদা মুক্তিগী পাউত্তাক য়াওরি হায়বসি মথংগী শ্লোক্কী তাৎপর্য্য নৈনরকপা মতাংদা হায়রকখিগনি॥ ৩০

> সা চ মেনে তদাত্মানং বরিষ্ঠং সর্ব্বযোষিতাম্।
> হিত্বা গোপীঃ কামযানা মামসৌ ভজতে প্রিয়ঃ॥
> ততো গত্বা বনোদ্দেশং দৃপ্তা কেশবমব্রবীৎ।
> ন পারয়েঽহং চলিতুং নয় মাং যত্র তে মনঃ॥ ৩১

---

অনুবাদ। মতম অসিদা মহাক্না খল্লকই, ঐ অসিতনা নূপী পূম্নমক্কী মকোক থোংবীনি, ঐগী চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণ অসিনা অতোপ্পী গোপী পূম্নমকপু থাদোক্লম্লগা মনীং তৌনা ঐতগী ফোরোয় ইন্দুনা লৈরিবসি মরম অতুতননি। অতুগী তুংদা বনগী মচি অমা য়্যোরক্লবদা নারাংলবী মপুক্কীংগী থৌইনশিন্না কেশব-শ্রীকৃষ্ণদা মহাক্না হায়রকই

—"ঐ অমুক হেনজিন্না চৎচবা ভম্নরোই ; অত্থনা ঐবু লেংবান্দা থোংত্থনা পুবীরগা নভনা চৎপিনীংবা মফমদা পুত্থনা চৎপিয়ু" ॥ ৩১

---

তাৎপর্য্যার্থ—পূম্নমক্কা উনবিরম্নগনি, শ্লোক অসি য়াম্নমক উত্তাই চাদবা ফিবমদা লৈরে। মথক্কা শ্লোকতনা থাদোকপিরম্নবী গোপীশিংগী রাইৈমক লোইড্রিভৈদা শুবংগী রাইৈ ফেনজিল্লে ; শ্রীধরস্বামীনা মশাগী ওইবা মরূন-মরাং চাইশিন্দুনা মদূবু মওঙ্ অমা ওইনা মেনশিন-বীরে ; শ্রীরাধাগী রা অমুক হোৌগৎলক্রে। শুকদেবনা অস্থুম তৌত্থনা রাধাগী রাক্ষম হোৌগৎলগা মথংদা গোপীগী রা অমুক পুশিল্লকলে। শ্লোক অত্থগী মমৈগী তংথায়দনা অমুক রাধাগী রা—ওস্থোক্কা নাতৈ চাদবা মতাঙ্দা লৈরে। হুন্দক্তি শ্রীধরস্বামীনা উত্তাই চানমন্দবত্থ উবীবদগী হান্নগী শ্লোকক্কা "ইত্যেবং দর্শয়ন্ত্যস্তাশ্চেরুর্গোপ্যো বিচেতসঃ" হায়বা শরূক অসিমদি মূলগ্রন্থগী মফুংদা য়াওবা নত্তে হায়ত্থনা থাদোকপিগ্রে ; প্রভুপাদ সনাতন শ্রীজীব অমস্তুং চক্রবর্ত্তী মহাশয়মকস্থ শ্রীধরগী খুত্থং ইন্দুনা মসিদা খুৎ থানবিরমগ্রে। ছাপা নম্বা নত্রনা খুৎই লাইরিক পূম্নমক্তদি হায়রিবা শ্লোকী শরূক অসি অত্থম্মক য়াওরি অমস্তুং সপ্তাহ পাঠনাচংবদস্থ মসিবু অত্থম্মক থাদোকপা তৌদনা পাঠ তৌনরি। মদূবু টীকাতদা লৌখৎতবনদি করিবু কান্নরুর্গনি ? ঐখোয়না হায়জ-নীংই—মসিগী শরূক অসিবু থক থাদোক্রুগদবা নত্তে ; অহোয়নত্থম য়াম্নমক কান্নরিবা শরূক্তি ; তৌবতবু মসি মফম শেরান্নখিবদগী নাতৈ চাদবা ওইখিত্থনা মগুণ হস্থখিবনি। শ্লোক মচেৎ অসিনা মাগী মথক্কী শ্লোক অত্থগী মমাঙ্ থানা অত্থগা গোপীশিংগী রাঙাঙ্গীদি মথাদা ওইনা লৈরম্নবদি তরু-তরুবা মশক অমা থোক্লকই ; অত্থম তৌরম্নবদি শ্রীধরস্বামীনস্থ মথক্কী শ্লোকী টীকা তৌবা মতমদা "রেমে ইত্যাদি শুকোক্তিঃ" হায়না ইবগী অরাবত্থ থক লৈরমলোইদবনি। ঐখোয়না খনবদি, ইহান হানবা ইখিবা মী অত্থনা চেকশিনহোৌদবদগী মওঙ্ অস্থুম্না মফম শেরান্নখিবা ওইগনি হায়বসিনি। মথংগী লেখকশিংগীদি

"যথা দৃষ্টং তথা লিখিতং" হায়বা মহাবাক্য অসিগী মতুং ইন্দুনা থবক অহুম্মক চথনখিবতনি—পাবীরিবশিংস্তু 'যথা লিখিতং তথা পঠিতং' অহুম্মক ওইংখ্রে অতুগা ব্যাখ্যা তৌবিবশিংনস্তু য়েৎ—ওয় হন্না য়েংবা তৌদনা তোররাংদা অহুম্মক লম্বী অদোমদা য়ানশিন্নবিরকখ্রি-বনি। অতমদি ওইরগা শ্রীধরস্বামীনচিংবা চাউরবা টীকাকারশিংমক্তা ঁসিবু উনবিখিদবসিমক্তি করিদগীনো, মতু থন্থক্তম থোকপা য়াফমনি। ঐখোযস্তু খঙরম্মী, ঐংখোয়গী খুংনম অসিদা শ্লোক মতেক অসিমদি লোৌথোক্লগা মফম চাবদা হাপলসিরা অম্নুন্না—অদুবু মতম কুইনা লৈভারক্লবা মাগী মফম অদুবু ওন্থোকলুবগী থৌনা অতু লৈজখিদে। ঐখোয়দি বুদ্ধি থৌদবনি, ঐখোয়না খঙবা শাবসিনদি করিস্তু ওইগদবা নত্তে; মরম অতুনা অশেংবা মশক লায়না খঙ্বিবা ভম্বা পুকচেন চাউরবা সাধক অমদি পাবীরিবশিংগী মফমদা মসিগী মরম খন্দুনা য়েংবীনবা শিন্নজথোকলি। ঐখোয়গীদি, তশেংনা অহুম্মক খঙ্জবা ভমলে—গোপীশিংগী রাহৈ লোইশিনবনা শ্লোক-মচেৎ অসিগী মরু ওইবা তাৎপর্য্যনি।

মথক্তা হায়স্তু হায়জখ্রে, শ্রীরাধাগী ভগবৎ-প্রেমদি পুন্নমক্তগী হকপা হেল্লি; মরম অতুনা ইবেম্মা মাগী পুক্নীংদি ভগবানতদা অহুম্মক লুপ্তুনতা লৈ। অদুবু ভগবানদি জীববু তাকপি-তম্বীনবগীদমক লীলা শান্নবিনবা ফাওবিরবনি; মরম অতুনা কামদা লুপশিনবা নিপাগী তোম্বরকপা মতৌ অমদি নুপীগী মথোঙ্ হুক্তবা থোদোবু উৎপিনবগী দমক ওইনা উহল্লগা মতুংদনা মুক্তিগী লম্বী তাকপিবা তাবনি। মরম অতুনা ভগবানগী ইচ্ছাতনা মরম ওইতুনা কৃষ্ণগী মশকমক ওইবী রাধাগী পুক্নীংদস্তু মশাগী নাপন অমা ফাওরকখ্রিবনি—মাগী পুক্নীং অতুনা মতম অতুদা শ্রীকৃষ্ণবু থাদোক্লগা মাগী মশাবু হন্থনা নীংশিংলকখি-- মহাক্তা কৃষ্ণভক্তিগী মূলমন্ত্রবু কাউথোকখিতুনা মহাক মশাতবু থায়দগী হেনবীনি খল্লকখি—হায়বদি মশাগী লৈখা তাবা মতৌ ওইরকখি।

মথক্তস্থু ঐখোয়না হায়জখরে, অমুক্কস্থু হায়জখিগনি, শ্রীরাধাদি খক কৃষ্ণগা শেৎন-খাইনবা লৈতে। কৃষ্ণ লৈবা মফমদা রাধা লৈ, রাধা-কৃষ্ণদি মূর্ত্তি অমত্তনি। অতুগুম্বী রাধাগী থম্মোইদি কৈদোউৈদস্থু খক শুদ্ধৎকদবা নত্তে—মত্থ্দা খক মশাগী নাপন চঙ্‌লকফম লৈতে। অতুম ওইনমক অসিগুম্বা লীলা অসি শান্নদ্রবদি নাপলতনা য়োমলবা সংসার জীবগী মফমদা খঙ্‌ননবা তাকপস্থু ওইথোক্তে। শুদ্ধৎলাংদা থুদুনা ঐখোয়তনা অশেংবা মরূপ ওইবা ভগবানবু কাউথোক্লবনি; তোইগুম্বস্থুং ইবুংঙো মানদি ঐখোয় অসিবু খক কাউথোকপিবা ঙমদে—ঐখোয়গী অরাবা ইতো অদূবু অস্থুম য়েংহুনা লৈথোকপিবস্থু ঙমদে। ঐখোয়বু থৎলিবা মায়াগী য়ুখল অসিবু হাইদোকপিহুনা ঐখোয়বু লৌশিনবীনবগীদমক্তা তশেংলবী—অমকপা চেন্দ্রবী—প্রেমতগী মশক ওইবী অতুগুম্বী মাগী চান্‌থাইবীমকপু মায়ানা কৃপ-শিনবীরগা ঐখোয়গী মাঙ্‌দা উহনবারি।

নুপীবু অস্থুম মানা তোরিমথৈ য়ারবদি, লুতোন কারণপা শোয়দবনি; মরম অতুনা হে নিপা পুন্নমক। চেকশিল্লু।—লীলা অসিনা মীরমলেন্দা তাকপিরিবস্থু মত্বতনি। পোলোইস্থু খঙ্‌দবা, য়োবস্থু ঙমদ্রিবা অতুগুম্বা সাধকনা ভগবৎ-কৃপা খজীক্তংতা ফংলকপদা ঙায়রিডৈদা মশাতগী মাঙজনবা ওইবা অতুগুম্বা নাপলনা হান্নলা মাঙ্‌ওইনরকই, লীলা অসিগী মরু ওইবা পান্দমদি মদূতনি। যোগমার্গদস্থু য়োনা চঙ্‌শিন্দ্রিবা যোগীশিংনা প্রাণায়ামনচিংবা তোবদগী হান্না মানা খঙ্‌লমদবা অতুগুম্বা লাইগী শক্তি থরদং মশাদা ফংলকপতমক ঙায়রিডৈদা লৈথা তাজনবগীদমক্তা হেক্তমক নাপল অসি কাথৎলকই, মসি তশেংবনি॥ ৩১

**এবমুক্তঃ প্রিয়ামাহ স্কন্ধ আরুহ্যতামিতি।**
**ততশ্চান্তর্দ্দধে কৃষ্ণঃ সা বধূরন্বতপ্যত॥ ৩২**

**অনুবাদ।** রা আস তাবদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা চান্নবীদা তাকপি-নকই, "অত্তুদি সে ঐগী লেংবান্দা লো খৎলু।" অস্তুম্না রাধানা কৃষ্ণগী লেংবান্দা হেক কাওংবে ভোক্রবগ হদা [illegible] না উহনবীখিদরে ( অন্তর্দ্ধান তৌবীখবে ); রাধাসু নীংঙমদনতনা কাহৌরে॥ ৩২

তাৎপর্য্যার্থ—অস্তুম্না লানা শান্নবিত্তনা কামনা লাকহৎপা নিপানা তোনখবকপগী মতৌ অত্তু উৎপিবে—নপীদা বা হেম্না পামশিল্লুবদগী ভগবানমকস্তু নূপীবু নুংঙাংহনবানবগাদম্ক মাবু তোপনবা নোন্থবা তাখি। অমবোমদস্তু অমুক নিপা থোকপা মতৌ উৎপিবি। লেংবান্দা খোংখৎলু অস্তুম হায়বস্পনা লোনা নুংশিবগী তৌফম থোকপা মথৌবুস্তু উপিবস্বা থোকলে। নিপানা [illegible] অথাহবা ভগবাননা উৎপিবি অদুদি, অমবপা লেভনা মাবুতা নুংশিজবা নাযিকা অত্তুনা তশেং তশেংনমক চৎপা ভমদবী ওইরবদি লো বান্দা থোংত্তুনা (পোত্তুনা) পুবীবা অত্তুমবস্তু নাযিকাবু তশেংনমক নুংশিবা নাযক-কাদি তৌফম থোকপা মথৌনারি; তোইগুম্বস্তুং অত্তু নত্তুনা নিপানা লুনা চান্না তৌবাবদগী নুপীনা মথোই হাপকৎলগু্না মানা লেপ্রবনি হাযবগী নাপলনা ঙমত্রে হাযশিনবগা কাখৎ লম্বম ওইবদা খুদম অত্তুনক্তদা মহাক অদুবু থাদোক্রমগদবনি। শ্রীনিবান নাপলং নগাই নাখৎলক্তুনা লেংজুমদা তো গে থোবাঙ্লুই; অহনা নিপা অথাহবা কৃষ্ণনা খুদক্তা মাবু থাদোকপিরমলি। মতৌ অসিমক মীওইববু খঙ্হনবানবা লীলাগী মশকনি।

তত্ত্বগী রাফমদি প্রসিনি—'মূক করোতি বাচালং পঙ্গুং লঙ্ঘযতে গিরিম্" ( মচান থীবা মীগী মচান যেত্তুননা তুশিন্দুনা মরোঙ্গ থোক-হন্দবা ঙম্বা অত্তুগা খোঙ্তেকপা মীবুনা চীংদোন লোমনা কাহনবীবা ঙম্বা ) অস্তুম্না তৌবীবা ঙমলিবা ইবুংঙো মহাক্না ভগবানদা শ্রদ্ধা

লৈজবা অশোনবা মনাই ভক্তবুদি লেংবাম্দা থোংগত্তুনা পুবীগনি হায়বসিদা করিবু ঙৈ লুনাংঙাহ লৈবাগে ? ঐখোয়বু চৎহন-চেলহনবী-স্রিবসু মহাক্কি, ভাঙ্‌বা শকপা ভৎ তনব হস্সু ইবুংঙো মহাক্র। শ্রুতিনা হায়রি—"করিগুম্বা রাহৈ অমত্তনা মাগু হাযদোকঙমদবা (ফোঙ্‌ঙমদবা), রাহৈ অহুবুদি মাতনা থোকহনবাবা, পূরাংনদি মাবু থক থল্লুবা ঙমদবা মাতনা পূক্লীংবু থনবা ঙমহনবাবা—অতুগুম্বা মহাক অহু ব্রহ্মনি।" মসিবুদি ঐখোয়না থক যারুবা তোদনা থূববা ইশা ইশাগী ইন্দ্রি আসিগী শক্তি ত্তবু অথোইবা পাম্বৈনক্কি থন্নরি অমদি লৌনরি, মরম অতুতনা ইন্দ্রিনা ময়েং তাথবকপা ওইবিবনি অতুগা থবক থনা পূম্নমক্কসু চোকথ-হুইথবা নাহারবনি। লোইনাইদবা শক্তিনা মাগী ওইবা অতুগুম্বা ইবুংঙো মঙোন্তদা চঙ্‌জতুনা পূক্লীং হকচাং পূম্নমক্কা মাগী মতেং লৌজরবদি থোঙ্‌-খূৎনচিংবা ঐখোযগী ইন্দ্রিশিং আসিগী শক্তিসু (পাংগলসু) মপান নাইদবা অতম ওইগদবনি। মতুমক ভগবাননা লালাদা উৎপিরি—মানা তাকপিরি, 'ঐদি নখোয পূম্নমক্কী ওইনা মতম অপূম্বদা পোবিনবা শেম শান্তুনতা লৈরিবনি, সংসারগী লম্বা লমশাং চৎপদা কনানা কদাইদা চোকথবা য়াওবগে, মশাগী শক্তিবু করিস্সু লৈতবনি থন্দুনা কনানা মদূবু তূক্কচনবা ঙম্নবগে, ঐনা মতোল্লবনি, ঐ অসিতনা মশোল্লবনি হায়বসি কনানা থম্নবা য়াওরবগে—লাউ, ঐগী ইরেংবান অসিদা তোংজরো, ঐগী ইথক্তা পোত্থাবগা ননীং তৌনা চৎচরে। অতুগা মতুং মতুংদনা নশাগী নাপলবু লোৎশিন্দূনা থম্নবদি (নাপনবু থাদোকপা ঙমত্রবদি) থূদক্তা অতম্মক ঐ মাঙখিগনি, নঙ্‌না নথম্তা কপ্পতদা নপুম থিংচহোগনি। ঐদি থৌজানবাহৈবনি, অতুম্না কপচবতদা নশাগী নাপল অদুবু তাউথোকহনখিবা ঙমজরকপা থূদক অতুমক্তদা ঐ অসিনা অমুক নমাঙ্‌দা হেক্তমক লেপ্পিরগনি।"

বেদ; পুরাণ অমসুং গীতানচিংবা শাস্ত্র পূম্নমক্তা চপ মান্নবা

লাউনরি, ব্রহ্ম নক্ত্রগা ভগবানদি মক্ষম খুদীংদা শীনবা থুংনা লৈ। মক্ষম খুদীংদা লৈরবদি, মাবু ঐখোয়না উদ্রিবা করিগীনো ? করিগী-দমক উদে—মদু থঙ্হনবীনবগীদমক লীলা অসি পুথোকপিরম্বনি। ভগবৎ-লীলাবু তারগা "আহা" "উহু" হায়দুনা কপ্পা লাউবতনদি করিস্সু ফংগদবা নত্তে ; শীনবা থুংনা লৈবা মাবু উত্রিবসি করিগীনো মদু লীলা অসিবু যেংলগা থঙ্জহৌ।

শ্রীরাধাদি ভগবানগা অমত্তনি—তোঙানবী অমা নত্তে,—ভগবানগী হকচাং তংখায়নি—অনিনা অমা ওইবনি। লীলা তৌবীদুনা ভগবাননা বেদ-বেদান্তগী মচি ওইবা রারম তাকপিরে। ঐবু, নঙ্বু, মীওইবা পুম্নমকপু মানা তাকপিরে—নশাগী নাপল থজীক্তং চেল্লিবা অত্থপকী মখৈদি নখোয কনানস্সু ঐবু থক উবা ফংলোই। ননাক্তা লৈন-লৈনমক কনানস্সু ঐবু উগদবা নত্তে। শ্রীরাধাদি ঐগী ইশাগী অথোইবী শক্তিনি—মা ঐ অনিগী আত্মা অমত্তনি ; অদুগুম্বী মহাক অত্থমক্কা মিৎনা বৃষ্ণগী মত্তমদং মাগী মশাগী মায়কৈদা পুক্নীং হাপ্তুনা হাইফেৎ নাপনগী রাখল খল্লুবতদা ফাওবা ঐবু মানা মাঙজখ্রিবনি ; অদুগা নখোয়দি নঙ্গী নঙ্গী নশা অতুতগা শাগোন্নদুনা লৈ, নয়ুম-নকৈ লিংদুনা সংসারদা লুপ্তুনা লৈনরিবা ভাক্তনি—অদুগুম্বা নখোয়নদি ঐবু কমদোনা উবা ফংলুগনি ? ঐবু উনীংলবদি, নঙ্গী নশা, নঙ্গী নয়ুম, নঙ্গী 'ঐ' অমদি ঐগী হায়বনচিংবা পুম্নমক অদুবু কাউথোক্তুনা ঐ অসিতদা নপুক্নীং হাপচো। মদুবু ভমত্রবদি ঐবু উবা—ঐবু ফংবা অমদি ঐ অসিদা লুপচ-তিনজবা ফংবগী রাফম অদুদি নচীন্দা ফাওবা পল্লকস্নু, কান্নরোই॥ ৩২

হা নাথ রমণ প্রেষ্ঠ ক্বাসি ক্বাসি মহাভুজ।
দাস্যাস্তে কৃপণায়া মে সখে দর্শয় সন্নিধিম্ ॥ ৩৩

অনুবাদ। হে ইবুংঙো! হে চাম্নথাইবা! হে অনঙবা! নঙ্গু কৈদনো, নঙ্বু কদায়নো? ননাই ওইবী এনি, রাবগী পংথৈ লোমলে কদাইদনো, নঙ্গী নৈফম তাকপিয়ু ॥ ৩৩

তাৎপর্য্যার্থ—ইকাইবীরেদকো ঐদি রাধে! নঙত্তা থোরা কোঙ্গোই হুক্রগতম শিজখবোগবা! হজীক্তা লেংজুম কাগে তৌরম্বদাই—লেংজুমদা কাখৎনবগীদমক খাঙ্চেৎ লাক্কনা ওযগী খোঙ্ নামা থাংগৎলুরবা নঙ নত্তরা? ইথু থুনা চজারা মীনাইহুবীদা ঙনথ—রক্লবকো? ঐখোয় ওইরবদি অমুক ওন্না ইচান অমিদা কৃষ্ণ কৌবা মিং অহু থক পাঞ্জখ্রোই। নঙবু নযূম-নকৈ-কক্ন শিংদ্রবা জাৎলা? অহল্লম্মন পান্দবরা? নচীন নৌপানর্গিংবা কনাস্ত্র নৈনবরা? নংগী লেপচফম নৈজক্রবনা? নঙ্গীদি কনিশ্বব্ না...ন নপ্যুরোয়বা সনামতুম অমস্ত মরৈরি। অঙগস্তু নংথাক চাউবা মা বংৎ অনগীদমক কপচবা শারিবরা? চংলো, সুম তুম হনখলো। মচৎলরোই হায়বা নৈরগদি, কপউ, নপুম থিংলু,—'হে ইবুংঙো! হে চাম্নথাইবা।' হায়হুনা পেল্লা পেল্লা কপউ। নঙনা কপ্পা মতম, উরগা ঐখোযস্তু বৃন্দগীদমক্লা কপ্পহু তম্নহোগে ॥ ৩৩

শ্রীশুক উবাচ ॥

অন্বিচ্ছন্ত্যো ভগবতো মার্গং গোপ্যো বিদূরতঃ।
দদৃশুঃ প্রিয়বিশ্লেষান্মোহিতাং দুঃখিতাং সখীম্ ॥
তয়া কথিতমাকর্ণ্য মানপ্রাপ্তিঞ্চ মাধবাৎ।
অবমানঞ্চ দৌরাত্ম্যাৎ বিস্ময়ং পরমং যযুঃ ॥ ৩৪

অনুবাদ।—মথক্তা হায়খ্রিবী গোপীশিং অহুনা শ্রীকৃষ্ণবু অমুল্লা

পীনহৈবা শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা অমুক ফংলকই ; অদুগুম্বা কৃপা অদুনা খোঙুলগী মশক ওইনা মখোয়দা লমজি পীবিখি। অসুন্না মতুগী মপান্না মখোয়না প্রেমগী শকলোন পুবা শ্রীরাধাগা নাক্তা য়েংবরকপা ঙমখি।

হুজীক ঐখোয়না খঙবা ঙম ল, মহাভাবক মশক ওইবা অহকপা প্রেম অদুমক নত্রবদি থক কৃষ্ণ ফংবা ঙমদে। অদুগা অমবোমদা অদুগুম্বা অহকপা প্রেম অদুমবসু কৃষ্ণ-কৃপা নত্তনা থক ফংদে। গোপীশিংনা কৃষ্ণ দর্শন ফংজনবগী মতম ওইরকলে, মবম অদুনা কৃষ্ণ কৃপানা মবম ওইদুনা মহাভাবকী মশক ওইবা শ্রীরাধাবু মখোয়না ফংজররে। ইবেম্মা মাগা লোয়ননা পুন্না অমুক থিবগী থবক তৌবক্লে। থাবনগী অঙানবা মঙাল ফংলিবমখৈদা চত্তুনা মখোযনা থিরে, মহুৎদা শুন্নবা বন মমুংদা শাথিনা মমলম্বা উবদন থিবা তোকলে। মতাং অসিদা ঐখোয়না আধ্যাত্মিক ওইবা মংঙদা হায়ফেওং অমুক নৈনখিগনি—

ব্রহ্মাণ্ড মখল অনিনি, অচৌবা অমদি অপীকপা। পৃথিবী অমসুং মুমিৎ-থানচিংবা গ্রহ-নক্ষত্র চাম-চামনা পুনশিনদুনা শেম্বা সৌরজগৎ চাম-চামনা পুন্না শাবা অদুগুম্বা ব্রহ্মাণ্ড অদুদা চাউনা চাউনা লৈখ্রিবা পোৎ-পুম্নমক অদু অপীকপা ব্রহ্মাণ্ডদসু মওঙ পীবশিন্না অদুম্মক শুনা লৈ। ভাবকী মশক ওইববা কৃপলেন কৃপ্পা অদুগুম্বা মখোয় অদুগী মমিংবুনি 'আধ্যাত্মিক' হায়নরিবসি। অচৌবা ব্রহ্মাণ্ডগী মনুং চল্লিবা অদুগুম্বা পৃথিবী অসিগী লৈমাযদা অচৌবা বৃন্দাবন অমা লৈবগুম, মাগী হকচাং অমমমগী মনুংদসু মওঙ চপ মান্নবা কৃপথরকপা মতৌদা কৃপথ্রবা অমদি শেংথ্রবা সত্বগী মশক ওইবা অদুগুম্বা বৃন্দাবন অমমমসু লেঙদনা লৈরিবনি। মদুবু আধ্যাত্মিক বৃন্দাবন অসুন্না মমিং থোনবা য়াই। অহানবমক্তদা শেংলবা মক্রবা সত্বগী মশক ওইবা পুর্ণিমা থাগী মক্রবা মঙান্না তাউথোক্লবা থম্মোই

বৃন্দাবনদা কৃষ্ণ-দর্শন যংই ; মংংদা মপান থোঙ্‌দসু মিৎনা য়েংখি য়েংখিবা মায়কৈদা পূম্নমক্কী শক্তম লোবা শ্রীকৃষ্ণবু অতুম্মক উবা ফংলক্কনি। অতুগুম্বা থম্মোইংংগী বৃন্দাবন অতুদা তমঃ হায়বদি তমোগুণ হেক চঙ্‌লকপনদা ( জ্ঞানগী ভমথৈ লোইখিত্তনা মমশিনবা হৌরক্লবদা ) থম্মোইগী মূর্ত্তি অদুব থম্মোই বৃন্দাবনদসু অতুম্মক উবা ফংলোই অতগা মহাকপ্প মপানগী বৃন্দাবনদসু অতুম্না অতুম্মক উবা ফংলোই। মহর্ষিনা হায়রি—বৃন্দাবনদা তমঃ হায়বদি তমোগুণগী মশক ওইবা অমম্বনা চঙ্‌শিল্লকপা উবদগী গোপীশিংনা কৃষ্ণথিবা লেপখি। অসিগুম্বা তমঃ তসি অহানবদা মখোয়গী থম্মোই বৃন্দাবনদা হান্না চঙ্‌লকখি, মরম অদুনা মপানগী বৃন্দাবনদসু তমঃ হায়বদি অমম্ববু মখোযনা মায়খোক্লখি। মখোয়না তমোভাবনা নাপন চেন্না মশাগী মপাঙ্গল ফোংদোক্লুনা খোঙ্‌না চঙ্‌না কোয়না কৃষ্ণ থিরম্মী ; অদুবু মতু হেক ওইথোকপা পোৎলা ? মখোঙ্‌না চতুনা ব্রহ্মাণ্ড শাৎনা থিনবদসু অতুক লাযনা কৃষ্ণবু হেত্তুনক থেংনগদবরা ? কৈদৌ-কৈদসু ওংরোহ—লাইবা নাইবা মতমগী খোঙ্‌চত্তসু অতুমঙায়।

গোপীশিংনা হুজীক মতু খংজবা ঙম্নকলে—শ্রীরাধাগা তিন্নজবা ফংবদগী মতু ভাব তানা থঙ্‌লকলে—মখোয়না খঙ্‌লে—ঐখোয়গী থম্মোই বৃন্দাবনদা অমম্বা (তমঃ) চঙ্‌লে, মরম অদুনা থিবসু লেপলে। ঐখোযসু তীর্থ কয়ারক চংলে, শ্রীবৃন্দাবন কয়ারক হন্না য়ৌরুরে—কৃষ্ণ ফংনরকখিবা লৈবরা ? বৃন্দাবনদবু কৃষ্ণ লৈতবরা ? লৈ, হুজীকসু অতুম্না অতুম্মক লৈ ; শাস্ত্রনা হায়বনা চুম্নবা অতুগা শ্রীকৃষ্ণনা সচ্চি-দানন্দ অমদি মফম খূদীং শীনবা থুংবা ( সর্ব্বব্যাপী ) ওইরবা অছু ওইরবদি হুজীকসু অতুম্না অতুম্মক লৈরিবনি, অতুম্না অতুম্মক লীলা শান্নবিরিবনি ; অদুবু ঐখোয়তনদি উজবা ফংদে। ঐখোয়গী থম্মোই বৃন্দাবন অসি অমম্বনা থল্লি অতুনা উবা ফংদে। ভগবাননা, গোপী-শিং অসিগী থোঙ্‌দা ঐখোয়বু মতু নীংশিংহননীরি ॥ ৩৫

তন্মনস্কাস্তদালাপাস্তদ্‌বিচেষ্টাস্তদাত্মিকাঃ।
তদ্‌গুণানেব গায়ান্ত্যো নাত্মাগারাণি সস্মরুঃ॥ ৩৬

অনুবাদ। গোপীশিংনা থব্রায়-হকচাং পূক্লাং ( কায়-মন-বাক্য ) পূম্নমক থাকচবা লৈতনা শ্রীকৃষ্ণদা কখোক্লরগা তন্ময় ওইনা ইবুংঙো মাগী মগুণতবু শক্ল-শোন্নবদা মশা-মশাগী ময়ুম অমদি মাগী মাগী মশা-মকপুস্তু থক নীংশিংনরকখিদরে॥ ৩৬

তাৎপর্য্যার্থ—শ্রীধরস্বামীনা হইবীরি, 'এবং তমঃপ্রাপ্তা অপি স্বগৃহান্নৈব স্মৃতবত্যঃ" হায়বদি গোপীশিংনা তমঃ (অমম্বা) ফংন-ফংনমক (থেংন-থেংনমক) মশা মশাগী ময়ুম মকৈবুদি থক নীংশিংলকখিদরে। স্বামিপাদগী "তমঃপ্রাপ্তা অপি" হায়বা বিশেষণ অসিত্রনা ঐখোয়না লীলা অমস্তূং পরমার্থ ( মুক্তি ) অনিমকপু ফংবা ঙমলি। শূক্লা মম্বা উবদগী মখোয়না অমুক মাঙদা চঙশিন্নবা ঙমখিদে, মতাং অত্তুদদি য়ূম নত্তনা চঙফম অমা লৈত্রবা মতমনি—মরম অদুনা মখোয়না মতম অত্তুদা ময়ুম ময়ুম্বু নীংশিংলকফম থোক্লবনি। অস্তুম্না য়ূম নীংশিংলকফম থোক্লবস্তু মখোয়গী কৃষ্ণ অনুরাগ অত্তুনা মীরম-লেনগী নত্রবা, তম্বা থোক্তবা মতোগী ওইখিবনা কৃষ্ণ নত্তনা অতোপ্পা চঙফম—থূপফম নত্রগা তাংজফম অমবু থক পান্নরুবা তৌখিদে। পরমার্থগী মায়কৈরোমদগী অমুক য়েংসি—থম্মোইদা তমঃ নত্রগা রজঃ অসিনবু চঙশ্রবদি অত্তুম্মক মশানা য়ূমবু নীংশিংলকফম থোক্লবনি। মখোয়গী থম্মোইদদি অত্তুগুম্বা তমঃ অত্তুগী শরুক মচেং থংদং তুক চঙখিবা ওইত্তনস্তু মতুমক্লা মকোক কাঙখৎলকপমক্তি ঙমখিদে—অহোয়নত্তুম মপান নাইত্রবা ভগবৎ-প্রেমদত্তুম হেন্না লূপশিল্লকখি; য়ূম নীংশিংলুনবা তাঞ্জা মখোয়দা ফংখিদে। মখোয়না হুজীক মশা মশাগী মরাল অদুবু নীংশিংনজরকলে, অমম্বা মতৌ ( তমঃ ) অদুবু খঙজবা ঙম্নকলে, অদুনা অস্তুক শাথীনা মায়থীরবা অসি ফাওবদা মখোয়না কৃষ্ণ-গুণতবু শকচবা হৌরকলে। ইশাগী দোষ ( ইরাল )

ইশানা য়াজ্জত্না পূর্ব্বং অনি লোঙ্দনা কৃষ্ণগুণবু শকচ-শোনজবতনা কৃষ্ণ-ফংনবগী উপায়নি। প্রেমাবতার ওইরবা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুন্না মশাগী মরাল পুম্নমক য়াজ্জবগা লোয়ননা কৃষ্ণগুণবু শকখি। মখল ফয়াগী অরা-অনা ফংলবমক্তদস্ু শ্রীকৃষ্ণতদা থাজবা থম্ব' অতৃগুম্বা মী অতৃতনা কৃষ্ণবু ফংই। গোপী শংদি ভগবানবু ফংজগ্রবীনি, মশা মশাদা হস্থনা য়েংনরুবতনা (নীংশিংলুবতনা) অমদি মখোয় মশাত্তবু অথোইবীনি, লাইবক ফবীনি অস্থুন্না থল্লুবতনা ফংন-ফংনমক মাঙ্খিবনি। মখোয়না মশা-মশাবু নুপী পূন্নমক্তগী অথোইবীনি অস্থুন্না থনখি অতৃগা শ্রীরাধামকস্ু মশাতবু থোইদোকপীনি অস্থুন্না থল্লুবদগী নাপননা মাঙ্-ওইনহনা ভমদবা শাজিন্নত্না ভাৎ তৌনা ভগবানমক্কী লেংবান্দা কাৎং-নবা থৌরাঙ্ ফাওবা তৌখি—অহনা মনাক্তা লৈন-লৈনমক মানা কৃষ্ণবু উজবা ফংখিদে। মৈগী মৈশা ফংত্রবদি, মৈদবু শোদোক্ত্রবদি সনাগী অমকপা মথী অতৃ থক কোক্তে; হৃজৌক্তি গোপী পুম্নমক মৈশা লাংলে, কৃষ্ণ কায়না মৈরিনা চাকথেকলে; মখোয়গী থম্মোইদা লৈরম্বা মাগী মাগী মশা, মযূম-মবেগী মশক ওইবা অমকপা পুম্নমক লোহনা কোকথরে—কোনশেংমক অমুক ওইরে॥ ৩৬

**পুনঃ পুলিনমাগত্য কালিন্দ্যাঃ কৃষ্ণভাবনাঃ।**
**সমবেতা জগুঃ কৃষ্ণং তদাগমনকাঙ্ক্ষিতাঃ॥ ৩৭**

ইতি শ্রীকৃষ্ণরাসলীলায়াং দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ

---

অনুবাদ। কৃষ্ণতবু খঞ্জবা, কৃষ্ণতবু ফংজনীংবী অতৃগুম্বী ব্রজগী নহা পুম্নমক্না অমুক হন্না যমুনা মপান তান্না হল্লক্রগা মখোয় মথৈ পুম্না কৃষ্ণগী গুণবু খাত্না শকবা হৌরকলে॥ ৩৭

---

তাৎপর্য্যার্থ—গোপীশিংনা কালিন্দী পুলিনদা ( যমুনা মপান্দা ) লাক্রগা কৃষ্ণগুণবু শক্রবা হৌরকলে। হন্দক্তি মখোয়না চপ চাবী থবক অতৃমক তৌনরে; বৃন্দাবনবিহারীগী দর্শনদি বৃন্দাবনগী

অসিগুম্বা কালিন্দী-পুলিন অসিতদা ফংই। শাস্ত্রনা হায়বা মতুংইন্না মফম অহুমথক্তা ঐখোযনা কালিন্দীবু উবা ফংই। ব্রহ্মসংহিতাগী মত মতুংইন্না প্ররৃতিগী বাংমদা লৈখ্রবা চিন্ময (চিৎকী চৈতন্যগী মশক ওইবা) গোলোক কৌবা ধাম অদুদা চিন্ময়ী ওইবী কালিন্দীগী মবম খঙ্বা ঙম্মী; গৌতমীয়তন্ত্রদনা সুষুম্না হাযনা কৌবী থম্মোইগুংদা লৈবী সাত্বিক ওইবা অদুগুম্বী শিংলী অদুবুসু কালিন্দী কৌই হায, অদুগা ভাগবতনচি বা পুরাণনা তাকলিবা বৃন্দাবনগী ঈচেল নাইবী কালিন্দীবুদি সংশঙ্নমক উনবা ফংলি। কালিন্দী মথল তঙুম অসিমক পরমানন্দগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা শান্নফম ... নি। মত্ত্রবা পূর্ব্বাংতনা (বিশুদ্ধ সত্ত্ব) ভগবানবু উজবা ফংই হাযবসিদি শাস্ত্রনা অদুম্মক প্রমাণ তৌববা বাফমান। পণ্ডিতশিনসু খঙ্নবীববা অমাদ যুাং০সু যানববান। প্রকৃতি নওবা ভগবানগী ধাম অদুদি মক্ত্রবা সত্ত্বগী (অশেংবগী) মশক্তি, প্ররৃতিগী ওইবা গুণ অদুম হায-বদি সত্ত্বঃ রজঃ তমঃ না মথদা লৈতে, মফম অদুদদি লোইনাইদব। মওঙ্দা পাকনা চাউনা অদুগুম্বী শেংলবী ঈচেল নাইবী সত্ত্ব-সবিং (অশেংবা তুবেল) না খঙ্দ-উদ্রবা মতমদগীনা হুজীক ফাওবা অসিদ। অতৎপা লৈতনা অদুম্মক চেন্থতুনতা লাকলিবনি—মদুনা প্রকৃতিগী নত্তবী অদুগুম্বা নিত্য-কালিন্দীনি (অমাঙ্-অতা লৈতবানি), মদু ঐখোয়গুম্বা অমোৎপনা থল্লবা জীবনা থল্লুহনা য়োঙমগদবা নত্রে, থম্মহেবশিংনা থম্মবীফম থোকপা হিবমনি। মফম অদুদদি ভগবাননা লেঙ্দনা অদুম্মক চাম্মোইবীতুনতা লৈ। শেংনা হায়বা তারবদি, সাত্ত্বিক ওইবী সুষুম্না কৌবী শিংলী অদুবু ঐখোযনা থক খঙ্লুবা ঙমদে; শাস্ত্রনা তাকপা মতুং ইন্নদি তশেংনা অদুম্মক খঙ্বা ঙম্মী মদুদি, ঐখোয়গী থম্মোই অসিনা শেংলবা অদুগুম্বা সত্ত্বগী মশক ওইরবদি—মদুদা ঈশ্বরবু উজবা ফংই; কৃপলেন কুপ্প। মওঙ্গী আধ্যাত্মিক-কালিন্দী হায়বদি মদুবুনি। অদুগা পৃথিবীদা লৈরিবী,

ঈচেল-নাইবী বৃন্দাবনগী কালিন্দী অসিনা মথক্তা হায়রিবী গুণগী রাসমদা লৈবী কালিন্দা অনিহুগী গুণ অহুমনা তিনবী অহুগুম্বী ফিদমনি হাযবদি নিংনা উবা মশকনি। মবম অহুনা লীলাগী মূর্তি ধারণ তৌবীবা লীলাময়গী পামজরবা লাল শান্নকন অহুনি-হায়রিবা কালিন্দী অসি। মফম অসিদসু মহাক্তা অহুম্মক থেংদনা ঙানবিহুনা লৈ, করিগুম্বদনা ফোংনা—করিগুম্বদনা ফোঙ্‌দোক্তনা। মফম অসিদা ফম্লগা জগৎপু কাউথোক্লনা 'হা কৃষ্ণ! হা কৃষ্ণ!' হায়না কৌহুনা থরায় শোক্লা কপচববু ঙম্লবদি অহুম্মক কৃষ্ণ দর্শন ফংজৈ। মফম অসিদা মাবু দর্শন তৌজবা ফংলবদি মতুংদনা আধ্যাত্মিক কালিন্দীদা মথংদনা শিরবা মতমদা নিত্য-কালিন্দীদা ইরুংঙো মাগা লোয়ননা অহুম্মক উন্নহুনত্তা লৈ। মফম অসিমক্তদা গোপীশিংনা ভগবানগা অহানবা উন্নজখি; মথংদসু অমুক হন্না মফম অসিদা উন্নরখিগনি।

গোলোক ধামগী কালিন্দী অসিতনা মক্ত্রবা জীবগী লেঙ্‌দবা মফমনি অমসু মফম অদূবু য়েংগ্রবদি জীবনা, মাগী লেঙ্‌দবা স্বরূপ (অশেংবা মশক) অহুদা তিনখি। মসিবু তম্বী-তাকপিহুনা খঙ্‌হন-বীবনা লাগা অসিগী মরু ওইবা পান্দমনি। মীনা হায়নবা লৈ মহুদি, হোঙ্‌না ফংবা পোৎকী মওঙ অহুম শুই—হাযবদি মমল লায়বা পোৎ, নীংফাগ্রিঙৈদা হান্না ফংবা, অমদি মহুগী মর্য্যাদা রাৎপা—মহুনদি পুক্নীংগী অপাম্বদূবু খক থুংহনবা ঙমদে। মনিন্না থৌবা গাড়ীগী মতেংনা হুজীক্তি শ্রীবৃন্দাবননচিংবা অশেংবা তীর্থ-পুন্নমক হোঙনা ফংনরে, নীংবতবু নীংলবদি শেল থরদং তিংথোক্লগা, ইরা-রাদনা সুংঙাইনা তৃমহুনা নোংমা নিনিতগী মতুংদা মফম অহু হেক্তমক য়েৌনবা য়ারে। হুজীক্তি অসুম্না শ্রীবৃন্দাবননচিংবা পুণ্যগী মফম পুন্নমক অসি ওইজ-ওইথক তানবা থবক্তী অহাঙ্‌বা মতমদা পোথাফম-হুম ওইনরক্লে; তীর্থদা য়েৌরবমক্তদসু তীর্থগী থবক্তুদি করিসু তৌন-দরে;—অহুনা ভগবৎ-ভাবতি ইশাদা করি অমত্তবু ফাওরবা লৈত্রে।

তীর্থ চৎপা তারবদি, অহানবদা শাস্ত্রনা হায়বা, তৌফম থোকপা থবক পুন্নমক লোইথোক্লগা, পুক্নীং লোঙ্‌দনা চেকশিন্না যাত্রা তৌগদবনি, হুজীক্তি মহু পুন্নমক অমত্তম্রু লৈখিদরে। মহুনা লৈরিবৈ মতম অহুদদি শ্রীবৃন্দাবনগী কালিন্দী তোর্ব্বান্দা হেক থুংলুবদা কৃষ্ণগী রাখন্তদা তাউরকই—থম্মোই লকাংলুং পুন্নমক মপান নাইদবা থুংলাইবনা ইথন থল্লম্মী—থরায় হকচাং পুন্নমক উন-রাইগুম ঈংজরম্মী। হুজীকম্রু হান্নগী বৃন্দাবন অহু অহুম্মক লৈরিবনি, হান্নগী কালিন্দী অহুম্রু অহুম্মক লৈরিবনি, অদূবু লৈবতনদি কৈদৌনরুগনি। মমল্লার ওনখিহুনা হুজিক্তী বৃন্দাবন অহুম্রু অচম্বা লৈপাক ওনখরে; হান্নগী কালিন্দীগী মতিক মগুণ অহুম্রু হুজীক্কী কালিন্দা অসিদদি য়াওখিদরে। তাইবঙ্‌ মীগী পুক্নীং অসিনা পূন্নমক্কী মরুনি। অহুম ওইনমক গোপীশিংনদি থাজখি—কালিন্দী তোর্ব্বানতদা শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন ফংজগদবনি॥ ৩৭

শ্রীকৃষ্ণরাসলীলাগী তাৎপর্য্যদা অনিশুবা অধ্যায় মতাং অসিদা লোইরে।

# তৃতীয়োঽধ্যায়

**শ্রীগোপীকা উচুঃ ॥**

**জয়তি তেঽধিকং জন্মনা ব্রজঃ**
**শ্রয়ত ইন্দিরা শশ্বদত্র হি।**
**দয়িত দৃশ্যতাং দিক্ষু তাবকা-**
**স্ত্বয়িধৃতাসবস্ত্বাং বিচিন্বতে ॥ ১**

**অনুবাদ।** হে কৃষ্ণ! নবুংগী নঙ্না মফম অসিদা পোকপিরবতনা ব্রজভূমি অসিনা পুণ্যভূমি পূম্নমক্কী মকোক থোংবা ফংজরিবনি। অদুগা লক্ষ্মীদেবীনসু নীংথিজবা অমদি চাউরবা সম্পদ্ (লনথুম) গী মগুন্ লৌদুনা মফম অসিদা মিংকুপ অমা কাংদনা লেম্নদুনা লৈবীরিবনি। হে মুংশিথোইবও! নঙ্গী গোপী মথৈনা ইবুংঙো নঙ্গী-দমক্তা থরাখদং পুজত্তনা মচি থৃদাংদা নহাক্তবু কোয়না থিজরিবসি অমুক্তদি হন্না হেংবীযুগবা (ভগবৎ প্রেমগী মতৌনি) ॥ ১

তাৎপর্য্যার্থ—অধ্যায় অসিগী শ্লোক পূম্নমক গোপীশিংগী তেংথারোন মক্তনি, মরম অদুনা শ্লোক পূম্নমক্কী তাৎপর্য্যসু অমত্তনি। মথম অদুনা মসিগী তাৎপর্য্যদি ঐখোয়না অধ্যায়গী অরোইবতদা পীজগনি। অদুমদি ওইনগা ববিগুম্বা শ্লোকত্তা লৌথৎপা য়াবা মতিকচাবা ভাবকি মতৌ যাম্নববদি মতুসু হায়গনি। শ্লোক অসিদা ঐখোয়না থেংনরিবদি—গোপীশিংনা ভগবানবু ঈশ্বরমক ওইনা থন্দুনা উহনবীনবা প্রার্থনা তৌজরি। ব্রজনহাশিংনা হায়জরি, 'ত্বয়িধৃতাসবস্ত্বাং বিচিন্বতে' হায়বদি 'নঙগীদমক্তা হিংজরিবী ঐখোয়নি।' শ্রুতিনা হায়—জীবনা যেংফম থোকপদি আত্মাতবুনি, হায়বদি থরায় পানবনা হিংবদি পরমাত্মাতবু দর্শন তৌজনবগীদমক্নি। অদুনদি থঙ্লে—গোপীশিংগী ৱাহৈ অসি শ্রুতি অসিগী ৱাহৈ মতুং ইনবনি। সাধকশিংনা থঙ বিগদনদি ঐনা হিংবদি ভগবৎ-দর্শনগী দমক্তনি ॥ ১

শরদুদাশয়ে সাধুজাতসৎ
সরসিজোদরশ্রীমুষা দৃশা।
সুরতনাথ তেঽশুল্কদাসিকা
বরদ নিঘ্নতো নেহ কিং বধঃ

অনুবাদ। হে লাইগী সু লাই ওইবও! ( সুরতনাথ-সম্ভোগপতি—লৈপুন মপু )! হে বর পীনহৈব ও! ফুগায়না শাৎপা শরৎ-থাগী খম্বাল-লৈকা-মানবা-মিৎস্না-মিৎয়েংনা য়েংবীদুনা মমল লৌজদবী ননাই ঐখোয়বু থূৎলাই য়াওদনা হাৎপিরিবরা? মসিদি হাৎপা কৌদবরা? ॥ ২

বিষজলাপ্যয়াদ্‌ব্যালরাক্ষসাদ্
বর্ষমারুতাদ্‌বৈদ্যুতানলাৎ।
বৃষময়াত্মজাদ্‌বিশ্বতো ভয়াদ্
ঋষভ তে বয়ং রক্ষিতা মুহুঃ॥ ৩

অনুবাদ। নিপালক্তগী অথোইবও হে! হু চেল্লবা কালিন্দী ঈশিং থকলুবদগী, চাউরবা অঘাসুর কোবা লিনজাউ অহুগী মখয়াৎ-তগী, ইন্দ্রনা থারকপা অকনবা নোং-নুংশিং অমদি বজ্রগী অকিবদগী, ষণ-লাবগী শক্তম লৌবা অরিষ্ট কোবা হিংচাবগী মখুত্তগী ময়-গী মচা-নিপা ব্যোমাসুর হায়না কোবা হিংচাবগী মখুত্তগী অমদি অকিবা থুদোং থীবা চাম চামদগী হন্না হন্না নঙনা ঐখোয়বু ঙাকপি কনবীরক-খিবা নত্তবরা? ( ঈশ্বরমক্রি হায়বগী ভাবতা চংজবা )॥ ৩

ন খলু গোপিকানন্দনো ভবান্
অখিলদেহিনামন্তরাত্মদৃক্।
বিখনসার্থিতো বিশ্বগুপ্তয়ে
সখ উদেয়িবান্ সাত্বতাং কুলে॥ ৪

অনুবাদ। হে মরূপলোয়! লেপ্পমক নহাক্তি গোপ নিংঙোলনা পোকপা নত্তে। ইবুংঙো নহাক্তি জীব পুম্নমক্কী অন্তর্যামীনি ( খঙদ

উদবা নৈত্তবনি ); ব্রহ্মানা হায়জবতদগী জগৎপু ঙাকপিনবগীদমক যত্থ শাগৈদা ঙানবীরবনি। ( ঈশ্বর ভাবনা শেংনা উৎলবস্থু 'মরূপ-লোয়" হায়বা মিংগৌ অসিনস্থ তশেংবা সখা ভাবকি মতৌস্থু যোংদোকলি )॥ ৪

বিরচিতাভয়ং বৃষ্ণিধুর্য্য তে
চরণমীয়ুষাং সংসৃতের্ভয়াৎ।
করসরোরুহং কান্ত কামদং
শিরসি ধেহি নঃ শ্রীকরগ্রহম্॥ ৫

---

অনুবাদ। যত্থ শাগৈগী মৈরা ওইবা, হে শকহেনবও নীংথিবা! সংসারগী অকিবনা লাকহত্তুনা নখোঙ্ খূয়াদা চঙ্জবক্লবা ননাইশিংবু নখূৎ থাংগত্তুনা অকিবা কোকপিবা, লক্ষ্মীদেবীগী মখূৎ পায়বিবা জাবপানবা পূন্নমক্নী নীংজবা পুম্ববুস্থ থুংহনবীবা অদুগুম্বা নখূৎ থম্বাল অদুনা ঐ'খোয়গী ইকোক-থক অসিদা হাপ্লিয়ু ( ঈশ্বরগী ভাব অদু হেন্না শেংনা উৎলি )॥ ৫

ব্রজজনার্ত্তিহন্ বীর যোষিতাং
নিজজনস্ময়ধ্বংসনস্মিত।
ভজ সখে ভবৎকিঙ্করীঃ স্ম নো
জলরুহাননং চারু দর্শয়॥ ৬

অনুবাদ। হে ব্রজ অপুম্বগী অরাবা কোকপিহৈবও! হে অথোবা! লুনা তিন্নজবা অথোইবা মরূপ ওইবও হে! খোয়থুম্বা নীংথিবা নঙ্গী মীনোক অদুবু উজবতদস্থ নকাদা **জ্জ**ঙ্জবা ননাই ভক্তগী মশাগী নাপল অপূম্বা মাঙ্নবা মশক ওইবা অদুগুম্বা ইবুংঙো নহাক্লি। নকাতদা চঙ্জবী ননাই ওইবী ঐখোয়বু লৎনবিরগস্থু। পুক্নীং হুন্নবা নীংথিবা নঙ্গী মায়থোং থম্বালবু দর্শন অমুক্তদি ফংহনবীয়ু। ( শ্লোক অসিদা শান্ত, দাস্য, সখ্য-ভাব অদুম অসিবু ফোংদোক্লি। অদুম

ওইহনস্থু শান্ত ভাবত্তি তশেং তশেংদে, দাস্য-সখ্য ভাবকীদি 'সখে' অমসুং 'কিঙ্করী' হায়বা শব্দনা অতুম্মক শেংনা উংলি॥ ৬

প্রণতদেহিনাং পাপকর্ষণং
তৃণচরানুগং শ্রীনিকেতনম্।
ফণিফণার্পিতং তে পদাম্বুজং
কৃণু কুচেষু নঃ কৃন্ধি হৃচ্ছয়ম্॥ ৭

অনুবাদ। চঙ্জরকপা মীগী পাপ-পুন্নমকপু কোকপিহৈবা, শা-ষণ পুন্নমক্কী মতুং কোয়না ইনবদা রানা চৎপা, লক্ষ্মীদেবীগী সঙ্গাই-লুংদস্থু লেঙ্থোক লেঙ্শিন তৌবীবা, নাগনিংথৌ কালি কৌবা লিনগী মকোক্তস্থু নেংপিখিবা অতুগুম্বা নঙ্গী নখোঙ্ থম্বাল অতুনা ঐখোয়গী থাবোম অনিমক্তা নেংপিতুনা থম্মোই হুংদগী হৌরকপা কামগী মৈরিবু মুত্থৎপিয়ু। (মসিদনা মধুরগা য়ান্নবা শান্তভাবক অতৌ উংলি। গোপীশিংনা হায়রি—নঙ্গী নখোঙ্ থূয়াদবু চঙ্জর-বদি পাপ পুন্নমক কোকপা ঙম্মী। মসিনা শান্ত-অমসুং ঈশ্বর-ভাব অনিমক ফোংদোকলি॥ ৭

মধুরয়া গিরা বল্গুবাক্যয়া
বুধমনোজ্ঞয়া পুষ্করেক্ষণ।
বিধিকরীরিমা বীর মুহ্যতী-
রধরসীধুনাপ্যায়য়স্ব নঃ॥ ৮

অনুবাদ। মিৎস্না থম্বাল্লৈকা মানবও হে অ.থৌবা! অখঙ্ অহৈ-শিংগী (জ্ঞানীশিংগী) পুক্নীং হুনবা ওইবা, তুম্বক তুম্বকপা খোয়থুম রাঙাঙ্না ঐখোয়বু লায়না শুঙ্কৎপিবা হে—নঙ্গী অধরামৃত (চীনবান খোইহী) ফংহনবীতুনা ননাই ওইবী ঐখোয়বু পেনহনবীয়ু।

(শ্লোক অসিদা মখোয় মশামক্তা 'বিধিকরী' হায়বদি ননাইনুবী হায়রুবসিনা দাস্য ভাব শেংনা উৎলি অতুগা চীনবান খোইহী পীথক্তুনা পেনহনব হায়রুবা মতৌনা মধুর ভাবপুস্থ থঙ্হল্লি। অতুমদি ওইরগা

পুক্নীং চঙ্‌না য়েংশিল্লবদি মসিদা শেংঙাত্তবা মওঙ্‌দা ঈশ্বর ভাব য়াওরি হায়বস্নু খঙ্‌বা ঙম্মী। অহুনা মসিদা ভাব অহুম শুনা

তব কথামৃতং তপ্তজীবনং,
কবিভিরীড়িতং কল্মষাপহম্।
শ্রবণমঙ্গলং শ্রীমদাততং,
ভুবি গৃণন্তি যে ভূরিদা জনাঃ॥ ৯

অনুবাদ। অমুক্তস্নু তাখিদ্রিবা অহুগুম্বা নঙ্‌গী নগুণবু ভাজবনা তাইবঙ্ মৈশা লাংলবা মীশিংগী মথরায ওইনজ্রি অমসুং পাপ পুম্নমকস্নু কোক্নরি। পুক্নীং লৈতাহন্নবা ওইবা অহুগুম্বা নঙ্‌গী নগুণবু থাবা শৈরেং শৈহেকশিং অদুবু ভাজবা হেক ফংবমক্তদা জীব পানবা অপূম্বগী মঙ্গল ওইনজরিবনি; মরম অহুনা ব্রহ্ম খঙ্‌বা মীশিংনা অমৃত চেল্লবা অহুগুম্বা নঙ্‌গী নগুণ শকপা শোনবতনা থাযদগী হেনবনি অমুম্না থাগৎনরি। অহুগুম্নবা নঙ্‌গী অমৃত চৈল্লবা লীলাবু মীরমলেন অসিদা শকচ-শোনজরিবা অহুগুম্বা মখোয় অহুমক্তি হান্নগী মপোক্তা দান-ধর্ম্ম কয়া তৌজরকপতনা মহে চাজরবনি (ঈশ্বর ভাবনি)॥ ৯

তাৎপর্য্যার্থ—গোপীশিংনা হায়রি—অমৃত চেল্লবা নঙ্‌গী লীলাবু শকচ-শোনজবা মীশিং অহুদি হান্নগী মপোক্তা য়াম্নমক দান-ধর্ম্ম তৌজরকপা ঙাক্তনি। মসিদগী খঙ্‌নবা ঙম্মী মহুদি; দান ধর্ম্ম তৌজবা মীতনা কৃষ্ণ লীলাদা অনুরাগ পোকই। অদুবু শ্রীধরস্বামীনদি মাগী অনিশুবা অর্থগী মতাংদা অমুম্না ইরি—'এবম্ভূতং ত্বৎকথামৃতং যে ভুবি গৃণন্তি তে ভূরিদাঃ পূর্ব্বজন্মসু বহুদত্তবন্তঃ সুকৃতিন ইত্যর্থঃ" হায়বদি নঙ্‌গী নগুণবু থাহুনা শকচবা মখোয় অহুতনা লাইবক ফবা মীওইনি। মরম অহুনা দান তৌরগদা কৃষ্ণ লীলাদা পাক্নশিনবা

পোকই হায়বা অতুতম্ নত্রি ; লাইবক ফবম্ ওইগদবনি ; অদুতদা কৃষ্ণ কথাদা অনুরাগ পোকদবনি। করিগুম্বা অকরুবা অকবা থবক অমবু তৌরুরগা হেক্তমক কৃষ্ণগী গুণামৃতবু শকপা শোনবা পাম্মী হায়বতুমক্তি নত্তে। অতুগা করম্বা থবক তৌবনদি কৃষ্ণ কথাদা পামশিন্নকপা ওইরিবনো—মতুগীম্ থোইনা অরেপ্পা লৈবদি নত্তে। হান্নগী মপোক চাম চামদা অফবা থবক কয়া কয়া তৌজরকপগী মহৈনা মীগী মরাইবক ফবা ওইহল্লি, অতুগুম্বা মরাইবক ফবা (মপোক ফবা) অতুগী মহৈনা চহি কযা অমা অমুক লাল্লগা কৃষ্ণ-কথাদা অপাম্বা হাযবতু ওইবক্লিবনি। মরম অতনা অমরোমদা হাযবা তারবদি মওঙ্ অম্মুন্না হাযবা তাই মতুদি—তম্বা ঙমদবা, হায-কম খঙ্দবা করিগুম্বা লাইবক ফবগী মতৌবু ওইরক্লবদি তশেংনমক শ্রীকৃষ্ণগী লীলা-গুণবু শকচ-শোনজবদা য়ৌনা পামশিনবা হায়বতু হেক্তমক ওইরকই। অতুনদি চুম্নগী শ্রীকৃষ্ণগী মতিক মগুণ শকপা শোনবা ফাওবনা লাপ্পা লৈথিবা তারবদি শ্রীকৃষ্ণগী সংশঙ্বা রূপ অদুবু দর্শন ফংবগী রাদি কয়াগী মতিক শাংথখিবা তারিবা॥ ৯

প্রহসিতং প্রিয় প্রেমবীক্ষিতং
বিহরণঞ্চ তে ধ্যানমঙ্গলম্।
রহসি সম্বিদো যা হৃদিস্পৃশঃ
কুহক নো মনঃ ক্ষোভয়ন্তিহি॥ ১০

**অনুবাদ।** হে চান্নথোইবা! হে লৌনম্বা! নীংথিবা নঙ্গী মোমোন মীনোক, মুংশিনা য়েংবা মিৎয়েং, নীংশিংনিঙাই ওইবা কাউ-ঙমদবা শান্নবা মশান্নগী মথল অমদি অচীকপা মফমদা ঙাঙ্বিথিবা থম্মোই মহি চেনবা ঐথোয়বু লঙ্নবীবগী ফাগি রাঙাঙ্শিং অতুনা ঐথোয়গী পুক্নীংবু হুজীক হামচৎনহল্লি। (মীরমলেনগী ওইবা মতৌনি)॥ ১০

চলসি যদ্‌ব্রজাচ্চারয়ন্‌ পশূন্‌
নলিনসুন্দরং নাথ তে পদম্‌।
শিলতৃণাঙ্কুরৈঃ সীদতীতি নঃ
কলিলতাং মনঃ কান্ত গচ্ছতি॥ ১১

অনুবাদ। হে ইবুংঙো! ষণ শেনবীনবগীদমক নঙ্‌না ব্রজদগী বনগী মায়কৈ তমনা চংখিবদা, বনগী লম্বীদা লৈরম্বা নুং, নাপী অমসুং নাপীগী অতুম্বা মতোম্নচিংবনা থিন্দতুনা থোংলবা নখোঙ্‌ থম্বাল অদুবু চৈনা ফাওহল্লমগনিকো হায়বা অসিগুম্বা রাখল অসিতনা ঐখোয়গী পুক্নীংদা তপথকম খঙ্‌হনখিদ্রিবনি। (মীরমলেনগী ওইবা প্রেম-রসকী মনুং চনবা অহকপা ভগবৎ-প্রেমগী মতৌনি)॥ ১১

দিনপরিক্ষয়ে নীলকুন্তলৈ-
র্বনরুহাননং বিভ্রদাবৃতম্‌।
ঘনরজস্বলং দর্শয়ন্‌ মুহু-
র্মনসি নঃ স্মরং বীর যচ্ছসি॥ ১২

---

অনুবাদ। হে অথৌবা, হে অকনবা! নুমিৎ তারমদাইদা নহাক্না অমুবা শমজোইনা কূপশিনবা, ষণগী খোঙ্গাও-উফুনতনসু লৈতেং ওইনা নীংখিরবা অচুগুম্বা নঙ্‌গী ফজরবা মায়থোং থম্বালবু অমুক হন্না উহনবীদুনা নঙ্‌না ঐখোয়গী পুক্নীংদা হন্না হন্না কামগী মৈরিতবু পোকহনবী। (মীরমলেনগী ওইবা প্রেমগী মতৌনি)॥ ১২

প্রণতকামদং পদ্মজার্চিতং,
ধরণিমণ্ডনং ধ্যেয়মাপদি।
চরণপঙ্কজং শন্তমঞ্চ তে,
রমণ নঃ স্তনেষ্বর্পয়াধিহন্‌॥ ১৩

---

অনুবাদ। রতি লীলাদা হৈথোই শিংথোইবা, অরাবা 'পুম্ব কোকপিহৈবও হে! ভক্তশিংগী নীংজ-পামজবা অপুম্ববু পীনহৈবা,

ব্রহ্মামরূস্থ মদুবু ঈড়াচ্চবা, লৈপাক লৈমনা মাগী লৈতেং ওইনজবা অমদি জীবপানবনা শিরমদাইদা মতুতবু খোরাংনজরিবা শান্তিগী মশক ওইবা অতুগুম্বা ইবুংঙো নহাক্কী নখোঙ্-থম্বাল অতনা ননাই ওইবী ঐখোয়গী থাবোম থক্তা নেৎপিয়ু। (তশেংবা ভক্তভাবনি; থাবোমগী থাবোম ওইবা মতৌবু মরু ফংনা মাঙহন্নবা তৌজবা প্রার্থনানি হায়বসি তশেংনা খঙ্বা ঙম্মী) ॥ ১৩

স্মরতবর্দ্ধনং শোকনাশনং,
স্বরিতবেণুনা স্বষ্ঠু চুম্বিতম্
ইতররাগবিস্মারণং নৃণাং,
বিতর বীর নস্তেঽধরামৃতম্ ॥ ১৪

---

অনুবাদ। হে অকনবা! মাবু হেক থকচিনজবতদা অরা-অনা পুম্নমক কোক্লনিঙাই ওইবা, মাবু হেক থকচিনজবতদা অথোইবা নুংঙাইবগী চাং হেনগৎনবা ওইবা অদুগা মাবু থকচিনজবতদা তাইবঙ্ পানবগী অফ-নুংঙাই পুম্নমকপু হেক্তমক কাউনিঙাই ওইবা মুরলী-খোনবা অদুগুম্বা ইবুংঙো নঙ্গী নীংথিবা চীনবান খোইহী অদুবু ননাই ওইবী ঐখোয়দা ফংহনবীয়ু। (তত্বগা ইরোয়নবা মধুর রসকী মতৌনি) ॥ ১৪

অটতি যদ্ভবানহ্নি কাননং,
ত্রুটি যুগায়তে ত্বামপশ্যতাম্
কুটিলকুন্তলং শ্রীমুখঞ্চ তে,
জড় উদীক্ষতাং পক্ষ্মকৃদ্দৃশাম্ ॥ ১৫

---

অনুবাদ। অয়ুক-নুংথিল্দা নঙ্না বৃন্দাবনদা কোয়না চত্নুনা লৈগ্রবদা নঙ্বু উজবা ফংদ্রবা ব্রজবাসীশিংনা মিৎকুপ অমগী মতম (পানা অমুক অমুক মিৎপু থুমজিনবগী মতম) ফাওববু যুগ অমমমগুম শাংদোকথি অদুগা নুমিৎনা লৈথগ্রবদা নহাক্না ব্রজদা অমুক হনবী-রক্লবা মতমদা খোইখোয়বা শমলাংনা লৈতেংলরা নঙ্গী মাক্লথোং

অদূতবু য়ে ঙা তম্নুম লৈজনাংবদা নিংকা পা অসিবু শেম্লমলিবা ব্রহ্মা কোবা লাই অদুবু ফাওবা মখোযনা অপঙ্‌বনা শী থারিবনি। (প্রেমগী ভয়োংবা মশাক্ত)॥ ১৫

পতিসুতান্বয়ভ্রাতৃবান্ধবা-

নতিবিলঙ্ঘ্য তেহন্ত্যচ্যুতাগতাঃ।

গতিবিদস্তবোদ্গীতমোহিতাঃ

কিতব যোষিতঃ কস্ত্যজেন্নিশি॥ ১৬

অনুবাদ। লৈপাক তাবা লৈতবা নধাপংনা নঙ্গী ওইবও হে অচ্যুত! খোঙচেল রাংনা শক্তোবকপা গুংশিবা নঙ্গী ঈশৈ তারুবদগী শুদ্ধাংলবী ওইদুনা ইপুবোয়বা, ইচা, ইবু-ইপা মরূপ-মপিঙ্গা অদুদগীসু হেন্দোক্লুনা নুপী ওইবী অমগী থোবা হে নবা ইনাৎ-ইশিন পুম্নমকপু থম্না থাদাবক্লগা ঐখোয় অাসন নঙ্গী ননাত্তা য়োনজরকখিবনি হায়বসি নঙনসু অম্নুমক খঙ্‌বিরিবনি। হে লোনম্বও! মখোঙ্‌না থোংনা লাকচবা নুপী ওইবাবু অথেঙ্‌বা অহিংমক্তদা অম্নুম্না লৎ-নবসিবু নহাক নত্তবা কয়ম্বা নিপানবু করিগুম্বদা থৌনখিব লৈথ্রবগে? (মীরমলেনগী মতৌনি)॥ ১৬

রহসি সম্বিদং হৃচ্ছয়োদয়ং

প্রহসিতাননং প্রেমবীক্ষণম্।

বৃহদুরঃ শ্রিয়ো বীক্ষ্য ধাম তে

মুহুরতিস্পৃহা মুহ্যতে মনঃ॥ ১৭

অনুবাদ। অচৌকপদা ঙাঙবিখিবা নঙ্গী রাহৈ-রাতাশিং, কাম-য়াকায়হনবা অদুগুম্বা মোমোন মীনোক্তা লৈতেং ওইনবা মায়থোং, লুংশিনা-চান্না যেংবীবা পূক্লীং হুবা মিৎযেং-নাযেং অমদি কজবতগী তুংকম ওইবা অদুগুম্বা মতাকবা, নঙ্গী ফল্লবা থবাক—নীংশিংলুবত্তদা থিংথমদ্রবা ঈখৌ-ঈরাংতনা ঐখোয়গী পূক্লীংবু লাঙ্‌তক্লহল্লি। (মীরম-লেনগী নায়িকানা ঙাঙ্‌বা রাঙাঙ্ মতৌ)॥ ১৭

ব্রজবনৌকসাং ব্যক্তিরঙ্গ তে
বৃজিনহন্ত্র্যলং বিশ্বমঙ্গলম্।
ত্যজ মনাক্ চ নস্ত্বৎস্পৃহাত্মনাং
স্বজনহৃদ্রুজাং যন্নিসূদনম্॥ ১৮

অনুবাদ। হে কৃষ্ণ! ইবুংঙো নঙ্না ফোঙ্বিরবদি ব্রজবাসী-শিংগী অৱাবা কোকচনবা অমদি তাইবঙ্ পানবগী য়াইফনবগী-দমক্তনি। মৱম অদুনা নকাদা চঙ্জরক্লব, নঙ্তবু নীংজবা মীশিংগী থম্মোয়গী লায়না কোকহনবীবা ওষধ অদুগুম্বা হিদাক মখল অমত্তং থাবীদুনা নঙ্তবু ফংজনীংবা ময়াইনা লাকহৎলবী ঐখোয়গী অৱাবা অসিবু কোকহনবীয়ু॥ ১৮

যত্তে সুজাতচরণাম্বুরুহং স্তনেষু
ভীতাঃ শনৈঃ প্রিয় দধীমহি কর্কশেষু।
তেনাটবীমটসি তদ্ব্যথতে ন কিংস্বিৎ
কূর্পাদিভির্ভ্রমতি ধীর্ভবদায়ুষাং নঃ॥ ১৯

ইতি শ্রীকৃষ্ণরাসলীলায়াং তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ।

অনুবাদ। থরায়মক্তগী সু শেনবা হে! য়াম্না চেকশিন্না, কিন অমদি সুংশা-থীনা তপ্না তপ্না ঐখোয়গী থাবোম মথক্তা হাপচব অদুগুম্বা খোংলবা নখোঙ্ থম্বাল অদুনা বন-বনদা কোয়না চৎপদ মনগী লৈমায়দা লৈরম্বা নুঙ্গায় অমদি তিংথং তুম্বোনচিংবনা থিন্দৎ পদদি থক চৈনা ফাওদবরা? ঐখোয়গী থরায়দি নঙ্তনা ওইরিবনি; মৱম অদুনা অসুম্না থনবতদা ঐখোয়গী পুক্নীং অসিদা মদুতনা ওক্লব পোৎ অমা ওইরিবনি॥ ১৯

শ্রীকৃষ্ণরাসলীলাদা অহুমশুবা তাংকক লোমলে।

তাৎপর্য্যার্থ— তাংকক অসি শ্লোক তরামাপন্না শাবনি। তাংকক অসিবু 'গোপীগীত' (গোপীশৈরেং) অসুম্না খঙ্নৈ। গোপীগীত অসিদা গোপীশিংনা লোইবা নাইদনা কপ্না অমদি মথক্তায় রান

শ্রীকৃষ্ণ দর্শনগী দমক কৌজবা অসিগী মতৌতনা তিল্লি।—করিগুম্বদনা মশক উৎখিত্রবা নায়ককী মফমদা চান্নবী নায়িকাগী মতৌনা, করি-গুম্বদনা অমুক হৈরম্নগা মাঙ্‌খিবা ভগবানগী (আইবঙ্‌ মপুগী) মফমদা পূম্নমক লোইনা কখোকচরবা, ভগবানদা থরায় লূপচবা প্রেমিক-সাধক-ভক্ত অমগী মতৌনা তিনবা অতুগুম্বা গোপী শৈ-য়োলনি। গোপীশিংগী রাহৈদা কাযন-মৈশা লাংলবা নায়িকাগী

গোপী ভাব

ভাব ফোংদোক্লবস্থু ঐখোয়না উবা ফংই--মসিদা ভগবানবু ফংনীংবা, ভক্তগী ভাবনা হেন্না য়াওই অমস্তুং মতু তশেং তশেংই। অশেংবা ভক্তগী অমকপা য়াওদ্রবা অতুগুম্বা ভগবৎ-প্রেমগী মতাং অসিদবু হংগোইফম থোকপা অথীবা অতুগুম্বা অচম্বী নূপীগী ভাবতি বদোমদগী লাক্লিবনো? মসিগী মরমদা ঐখোয়না হায়নস্থু নৈ খ্রেদি হায়ববু লৌশিনবদা মতু য়াম্নমক রাবা অরুবা অমা ংইবদগা অমুবস্থু ংম্না নৈনজারি।

চীন-তনা ভগবৎ-প্রেম, ভগবৎ-প্রেম হায়দুনা চুমনা লাউবগা ভগবৎ-প্রেম হায়বসি থাদবা হোংলবগা অনিমক অসিদি য়াম্নমক তোংডাম্নগ্রবা পোৎনি। ভগবৎ-প্রেমবু খঙ্‌নবা তমগে হায়রবদি মতু মীরমলেনগী মতৌতনা ফিদম ওইনগদবনি। মীরমলেন অসিদা ঐখোয়না ইচা হুংশিবা, ইপাবু ভাক্ত হৌবা, মরূপ-মপিজ্ঞাগী মফমদা হুংশিবা ইশাগী নূপীদা প্রেম লৈবা অসিগুম্বা মতৌ অসিবু ঐখোয়না উবা ফংলমদবা থোক্লবদি শাস্ত্রনা তাকলিবা, ঈশ্বরবু হুংশিবগী রাক্ষম অদুবু পারুরগা নত্রগা। গুরুগী চান্দগী তারগা মদুবু করিস্থু লৌশিনবা ঙম্নগ্লোইদবনি। মমিৎ তাঙ্‌বা মী অমনা মী অমনা হায়রকপা অঙাঙ্‌বা, অঙৌবা, অশংবা নাপু অসিনচিংবা তোঙান তোঙানবা মচুগী রা অদুবু মাগী মনাকোঙ্‌তনা তাত্তনা তোকপগুম ঐখোয়স্থু চুম্নগী তাবা নত্রগা পাবতং তৌনরমগদবনি—মাস শোয়দ্রবনি। মীরমলেনগী অসিগুম্বা হুংশিবা পাম্নবনচিংবগী মতৌশিং অসি লৈবতনা, মদুবু মিৎনা

ইনয়বতনা ঈশ্বর অনুরাগ নত্রগা অংবং-পেমাই ক্রা তাবদা ঐখোয়না খজীক্তংতা ওহৈবরস্মু লৌশিন্নবা চনংশাং। মসম অতুনা তাইবঙ্গী কুংশবা মতৌ অসিনা ঈশ্বরবু হু শিবা নত্রগা ভগবৎ- নগঙ্নবা হোংনবগী ফিদম নত্রগা যম্ফ নি। হায়বিদসি ঐখোয়না বিচার তৌরুনগা ফংলকপা অতুতগী বাকম নত্তে—অচৌ-অচৌবা ভক্ত মহাজনশিংমক্লস্ম হান্নদগী অদুম্মক হায়বমলিবান—

> "যা চিন্তা স্বকলত্র-পুত্র-ভবন-ব্যাপার সম্পোষণে
> যা চিন্তা ধনধান্যভূমিযশসাং লাভে সদা জায়তে।
> সা চিন্তা যদি নন্দনন্দনপদদ্বন্দ্বারবিন্দে ক্ষণং
> কা চিন্তা যমরাজভীমভবনদ্বার-প্রয়াণে মম ॥"

"ঐখোযনা নূপী অমদি অচানবা যোক্ক-থাক্লবগীদমক অমদি চান থক্লবা অমদি লন-থুম তাম্লবগীদমক অমস্তং অখোইবা মিংচং ফংনবগীদমক মতম চূপ্পদা থন্দুনতা লৈবা অদুগুম্না চিংকুপ অমত্তগী মতম ফাওবদংগী ওহৈনস্মু শ্রীনন্দনন্দনগী খুযা থম্বালবু নীংশিংজবা ওম্লবদি অশিবা কৌবা লাইগী থোঙ্জান্দা চংলুগনি হায়বগী অকিবা করিবু লৈরুগনি ?"

ঐজাক ঐখোযনা খঙ্বা অমাল, সংসার অসিদা লৈবিবা মীনা সংসার অসিবু হু শিবিব। অদুগুম্না শ্রীভগবানবু হু শজবা ওন্নবদি মদুবু ভগবৎভক্তি হায়না কৌরে অদুগা। ইচাক-নচা কৌশেঙনচিংবা চান থক্লবা পোংচৈ অমদি মিংচংনচিংবা ফংনবগীদমক্তা লাঙ্তক্লবিবা অদুগুমনা শ্রীভগবানবু ফংনাংবনা লাঙ্তক্লবা ওমজরবদি মাবু লাযনা অতুম্মক ফংই। অসিগুম্বা মীবমলেনগী ওইবা অপাম্বা নত্রগা হু শিবা মতৌ অসি নিপা-নূপী অনিগী শুংশিনবা মতৌদনা হকচিনবা হেল্লি, অমবোমদা অমুক কামদা হালেংদবা নিপানা মীগী নূপীদা অমদি নূপীনা কাবা নূপীনা অতোপ্পা নিপাগী কাদা খোয়দানবা মতৌনা অমুক্তা হেনজিল্লি হায়বদি মমিং পূমতাঙ্

হেক তাঙ্‌বগুম তৌনৈ, মসি ঐখোয়না মীরমলেন অসিদা উনরবা ঙাক্তনি। মতৈ মনাউ অনি হুংশিনবা মত্তৌনা ফনমক হকচিল্লবা ওইহুনস্ত মখোয়দি য়ুম-পানবগী হৌনবা চাগা-চাদীং, মরী-মতা, মরূপংমপাং, ধর্ম্মগী থৌরম অমদি সমাজগী চৎনরোল—পুম্নমক অসিগী মায়গৈ শুনা ঙাক্তুনা চত্তবা যাদে। নিপানা অতোপ্পী নূপীদা, নূপীনা অতোপ্পা নিপাদা কা হেন্না পান্নকবা থোক্লবদি—মখোয়দি করিগুম্বা অমত্তদস্ত হন্না য়েংবা মরৈত্রে। মরী মতা খঙ্‌লক্তে, চৎনরোল থৌশারক্তে, চাগা-চাদীংগী হিসাব থমলক্তে অহুদগীস্ত হেন্দোক্তুনা ধর্ম্ম ফাওববু থৌশারক্তে,—মখোযদি নূপানা, নিপাগী, নিপানা নূপীগীদমক্তা ঙাওনৈ—মমিৎ তাঙ্‌লবগুম্নমক তৌবকই। চিদানন্দঘন ভগবানবু ফংগে হায়ববদি—খ্বায়দগী হেনবা হুংঙাইবা অহুদা তিনজনাংলবদি—অহুগুম্বা হুংঙাইবগী শকুম অহুগা কোন্নজ-নাংলবদি—জীবস্ত মখোয় অসিগী মতৌমক ওইনা চৎকদবনি। ওক্তবী নূপীতদা য়ৌনা হারবা; বিল্বমঙ্গল ঠাকুবগী মফমদা চিন্তামণিনা হায়াখবা পাউতাকশিং অদুবু ময়াম্নস্ত অহুম্মক খঙ্‌নরমগনি। অকনবা হুংশিং লোয়নবা অখাক অরাউ অমদি য়োংশূক মরুম চাউবা নোংলীতনা অতৎ-অখম লৈতবা মখৈ হৈথরিবা য়ৌনা খুদোং থীরবা অহুগুম্বা নোং-হুংশিং ফাওববু মিংচিনা ফাওবা য়েংলুবা তৌদনা অমম্বা মপং অদুবু ফাওদত্তুনা বিল্বমঙ্গলনা চিন্তামণিগী হোজঙ্‌ য়োরকখি, অমদি কযারক হন্না কোরবমক্তদস্ত চিন্তামণিনা খুন্নকপা মরৈখিদ্রবদা চেকপন মথক্তগী য়াম্বরকপা 'লিন' অমদা যান্দুনা মহুংদা চোংশিল্লকখি। হুমিৎ অহুদা চিন্তামণিনা হায়খি—"অজ্ঞা! নঙ্‌না ঐবু হুংশিবারিবা অহুনা ঐঙোন্দা নত্তনা মহুনা ভগবানবু হুংশিবা ঙম্লবদি নহাক অসি মপোক মহৈ য়ানগদবনিদকো—ওম্মোকইদা!" ওক্তবীমক্কী মচীন্দগী অম্বম্না হায়রকপা তাবদা লাইবক ফরবা বিল্ব-মঙ্গলগী মিংকপ থোক্লবা ওইখি; মহাক্না মহুমক তৌখি—চিন্তামণিগী

রাখল পুম্নমক জগৎ-চিন্তামণিগী চরণদা লোইনা কথোকথি। মন্তুংদা করিগুম্বা শুম্বৎনীংঙাই ওইবা পোং অমুক উক্রবস্থ খণ্ডদে হায়রতুনা মতুতগী অকিবনা মশিং ক্ষাওবা কোকাকথি। মতুগী মহৈনা কবি ওইথি—শ্রীভগবান মশামক্না, মমিং পূমতাঙ তাঙলবা মনাই ভক্তগী চৌক্লাক মখূৎমক্না হুনবীথি। অস্নুম্না শ্রীকৃষ্ণদা কথোকচরবা ওক্তবীগী মতুংশি অত্তনা ভগবানমকপু মনাইগী মনাই ওইহনবা ঙমখি।

হিরম অসিদা ঐথোয়না হান্না মথক্তা বেদান্তগী প্রমাণ উৎখ্রে। হজ ক্না পুরাণগী প্রমাণ অমুক উৎচরি—

"যুবতীনাং যথা যূনি যূনাঞ্চ যুবতৌ যথা।
মনোঽভিরমতে তদবন্মনোঽভিরমতাং ত্বয়ি॥"

"পাখংনা লৈশাবীগী, লৈশাবীনা পাখংগী পুক্নীং হুংঙাইহনবগুম ঐগী পুক্নীং অসিনা নঙোন্তদা হুংঙাইজবা ওইসনু।"

অস্নুম্না নায়ক-নায়িকা নত্তনা ভগবৎ-প্রেমগী থূদম উৎনকম লৈত-কদগী বেদান্ত অমদি পুরাণ অনিমক্না মওঙ অস্নুম্না থূদম পীনরম্বতনি। ভগবাননস্থ মতুমকপু গোপীশিংগী মকমদা অভিনয তৌহনা ক্ষোংদোক-পিন্নিবনি অত্তগা জগৎ অপূম্বগী যাইফনবা থনবিবা মহষিনস্থ মদূবু শন্দোক্না অমদি হেন্না খোয়থুমহন্না কাব্যগী মওঙদা থম্বীবমলি। গোপীশিংনা অস্নুম্না শ্রীকৃষ্ণবু ভগবান ওইনা নীংহুনা ইবুংঙো মাগী মখোঙ থম্বাজতবু ফংজনীংনা প্রার্থনা তৌনজরি, অমূক্না মথোয়না চান্নজবা নিপা অমা ওইনা হুংশিনবগী ভাব ক্ষোংদোকলি। মসিগী মরু ওইবা ভাবতি—কায়ন-মৈরনা রায়রবী, ঙাওচৎনরবী, ১থোন কাবী নুপীগী ভাব অহু লৌহুনা পুম্নমকপু থাদোক্নম্নগা শ্রীকৃষ্ণগী দর্শন ফংননবা নিজগদবনি; মরম অহুননি, কৃষ্ণতনা মথোয়গী মথরায় ওইনজবী গোপীশিংনা ঙসি, মশাগী জাতি, নুপাগী মতৌ, ইকাই ইকি, ধর্ম্ম অধর্ম্ম, মযুম-মকৈ অমদি মপানগী হকচাং—মরূপ মপিজা, পুম্নমকপু থাদোক্নমহনা—মারমলেন লাইরমলেন পুম্নমক্তা

"ক্লীং কৃষ্ণায় নমঃ" হায়না মতম পুম্নমক্তা 'হা কৃষ্ণ হা কৃষ্ণ, কৈদনো নঙ্বো অশুম হায়নতা কপ্পুনা লেনজরিবা।

গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণদা হায়রকই,—নঙদি যশোদানা পোক্পা নত্তে, নঙদি থরায় পানবা অপুম্বগী থরায়লেন হায়বদি পরমাত্মা ওইবা ভগবান নারায়ণমক্তি। অদুগা অমুকশু অশুম্না হায়রকই, —থোৎলবা নখোঙ্ থম্বাল অদুদা তিংখং তুম্বোনা য়ুরম্লগনি খনবদা ঐখোয় তপথফম থঙজদরে। সচ্চিদানন্দগী মশক ওইবা ভগবানগী মখোঙ্দবু করম্বা তিংখংনা য়ুরুবা ঙম্ফম থোকপগে—মতু ওই-থোক্তবনি, পুম্নমক্কশু অতুম থঙনবিবা পোৎনি, গোপীশিংমক্কশু মথঙ্ লিবনি। অদুবু থঙ্হ হায়তুনদি কৈদৌনি! হকচিল্লবী মখোয়গী প্রেম অতনদি মখোয়দা মদুবু থক থঙ্হনবীবা লেতে। গোপীশিংনা হায়—নঙদি ঈশ্বরনি, সচ্চিদানন্দমক্কা শক্লাইবীবনি; তাঞ্জা অসি-মক্তদা হকচিল্লবী মখোয়গী মাধুর্য্য-প্রেম অদুনা অমুক হায়রকলি, 'হবুংঙো! নঙগী নখোঙ্দা তিংখং তুম্বোনা থিল্লে।' প্রেমিক ভাবুক নত্তনদি অসিগুম্বা প্রেম অসিগী মতিক ময়াহবু কনানা থঙ্লুকম থোকপগে? প্রেমনা মশক নাইবী গোপীনা ভগবানমক্কী সংশঙ্বা মুত্তি অদুগা কোয়না শান্নমিন্নরি, মখোয় অদুগীদি তিংখং-তুম্বো য়ুবশু ময়ারো, য়ুমদা লাৎলবা ভগবানগী নুংগী মুত্তি অদুনা রারম্ল-গনি খন্দুনা অয়োব। প্রেমগী থাক য়োরক্লবা অদুগুম্বা প্রেমিক ভক্তগী থম্মোইনদি হেক হেক লাঙ্তক্লরকপশু ময়াওই; মখোয় অদো করি খঙদবা অপঙবা অমদি নত্তে—ভাওদে—মখোয় অদো তশেংলবা ভগবৎ-প্রেমিক ওইবা ভক্তনি

হরিহর অধিকারী হায়বত অসিগুম্বা মথলগী প্রেমিক অমা ওই-রম্মী। মখুৎমক্কা লিংখতুনা লাৎচবা অদুগুম্বা নুংনা শাবা লাড্ডু-গোপাল (লড্ডু পায়বা গোপালদেব) অমগী সেবা তৌজরম্মী। মপা মমা ওইবনা মচা নশু য়োকপগুম হরিহরশু মাগী গোপালগী

সেবা তৌজরম্মী। গোপালগী মন্দির অদু মাপুং অমত্তা ফাংলমদে। অদুগা মাগী গোপালনা ওলাংলনবদগী নীংথনা তুংজবা ফংল-রোই খন্দুনা বালেনগী অহিংদা চংলগ না গোপালবু চেৎনা মথাদা কোল্লগা দলান মথক্তা কাখত্তুনা যেংনবা মখুৎনা কোনা হমাই হমত্তুনা নুংগী গোপালবু হবচক লাংতন্নবা হোৎনাখ। হরিহরনা খড়্‌লিবনি, মাগী গোপাল ওত্তু নুংনা শাবনি। নুংগীদি ওলাড়্‌বা হমাং শৌবা থক লৈতে, অদুবু মাগী অশেংবা প্রেম অত্তুনদি মঙোন্দা অহুম্না থক খড়হনখিদে ; মাগী প্রেম অদুনা শাযখি—গোপাল ওইনদি গোপাল আস মথনাযনক পাল্লিবনি,—নুংগীগ্নি শোংবা খদ্‌ই।

মুংশিবা যোজেনতবু তাব, মুংলেংব॥ শোক্ল শম্নবতবু পাম্বা, ফজবা শক তবু থেংনাবা, অতাংবতবু চানবা, মুংশিবা মনমতবু নমনাংবা অদুগুম্বা ইন্দ্রিয়গী পেম্ননবা যোগনা মাংলিবা এখোয়নাদ আসিগুম্বা প্রেমগা মতাং অসিবু কম্না খঙ্‌নুগদবা ওইবগে অশেংবা প্রেমিক, অশেংবা ভাবুক (খঙ্‌হৈবা মী) ওইবা অদুগুম্বা মখোয় অত্তুতনা খঙগনি অদুগ মদুবু খঙ্‌বিগদবা অমনা—ভাব-তবু অথোইবা সেবা গোংচ্‌ ওইনা লৌববা—ভাবগ্রাহী জনার্দন ভগবান মহাক্তনি।

প্রেমগী মশক ওইবা গোপীনা সচ্চিদানন্দ (সৎ-চিৎ আনন্দ) ওইবা ভগবানগী খোঙ্‌মত্তুদম্মু তিংথাং মবনগনি তাযনা চিংনবা নত্তে অসি এখোযত্তুম্বনদি লোক্ল। লবম্মু প্রেমিক অনৌগী মফমদাদি মতম মাগী প্রেমগী মৈবাগী মশক্ল, অথোইবা মুংলাংহবা পানতেবা মচাক্ল অমম্মুং মশাদ মদুনা হবাউ তুজ্য পোকহন্নবা অথোনবা পোংলননি। লেংথপ লৌনোহ নৈজদবী ঠাতিং তিংজবা, মশক মত্তৌ চঙ্‌-খোনজবা অদুগুম্বা ব্রজ-নহা লৌশীং লাশীংনা পানগী মুংভাইব-মথেবু পূমথা থাদোরবম্লগা শ্রীভগবানবু উজনীংবতনা লোইবা নাইদনা বপলি—কয়াদ পূর্নাং হুনিবা—কয়াগী মতিক থুমলিবা

মীরমলেনগী মতৌ নত্তবা তম্ফম খঙ্দবা মওঙ্গী কয়াগী মতিক খুংঙাইথ্রবা লৈপুনগী মশক ওইরিবা—মসিবু উরগা, তারগা অমদি খল্লগদি নুং-ফাওবগী পেৎননবা ওইবা অতুগুম্বা মশক্কি। ঐখোয়দি নুং-মক্তগীসু হেন্না কল্লি—অতুতননি অসিগুম্বা গোপী ভাবকী মরমদা ফন-তাড়নসু, ফন পাড়নসু, মদুবু ফনমক খল্লুহনসু ঐখোয়গী থম্মোইনা থক মহী চেল্লিবা—মিত্তগী পি শিম্থড়িবা অমদি ইশাদা থক তু-মান চুংনদ্রিবা!

গোপী ভাবতি মসিনি অমসুং ভগবৎপু ফংননবা কান্নদ্রবা (মরক হন্দবা) মতমগী ওইবা হেক থংনবা লাইনীংগী মশক অতুমকসু মসিনি। য়োঙমদবা, অতুমদি ওইরগা মতৌনা ঐখোয়গীদি অথোইবা পাম্বে ওইরিবা অতুগুম্বা পাউতাব-লৌচিং অদুতবু উৎপীনবগীদমক্তনি 'গোপী-শৈরোন' কৌবা তাংকক অসিগী মরু ওইবা পান্দমদি (অর্থদি)। (শ্রীহরিনামদি লৌজবতবু ঙম্নবদি লোইরে, চুম্নগী রাগী রা অতুতনদি করিসু কান্নবা লৈতে)। কৃষ্ণতগা লোয়নবী গোপীশিং অসিগী মমিং তাবতদা মখোয় অসিবু শুক্তবা গোয়াল নুপীমক্তনি অসুম্না খন্দুনা লোয়রবা, অমদি মখোয়বু হংগোইনবনা অয়াম্বনি। অতুগা অমরোমদা অমুক গোপীভাব অসিবুদি উরু-খঙ্লুবা তৌদনা গোপীগী মিং তাবতদা হেক চোংহনা জগোই শানবসু ময়াওই। কৃষ্ণগী লোয়নবা গোপী হায়বসি কদায়বু কৌবগে হায়বহুমদি মখোয়না থক খঙ্ননবা পিরুবা লৈতে। অসিগুম্বী গোপীশিং অসিগী মশক খঙ্বিনীংবশিংনা অমদি শ্রীভগবানগী মফমদা মশা কখোক্লগা খায়দগী হেনবা মুংঙাইবদুবু মহাউ ভংবিনীংবশিংগীদমক্তি—মহর্ষি বেদ-ব্যাসনা লেংখৌরম্বা, শ্রীশুকদেব মুনিগী চীন্দগী ওথোরকপা—অসিগুম্বা গোপী-গীতা (গোপী শৈরোন) অসিবু থরায়মক য়াওনা নৈনবিগদবা ওই। মতম অতুদা উবীরক্তনি, ভগবানগীদমক্তা পুম্নমক থাদোক্লম্বা ঙমলবা অতুগুম্বা মী মহাক অতুনি

হাযবিবী গোপীশিং অসি ; খঙ্‌বিবকনি, গোপী শৈরোন্দা গোপী শিংনা উৎলিবা ভাব পূন্নমক অসিনা অশেংবা গোপী ভাব হায-বতুমক্নি হাযবা॥ ১৯

শ্রীকৃষ্ণরাসলীলাগী তাৎপর্য্যদা ততুমশুবা তাংকক লোমলে।

# চতুর্থোঽধ্যায়ঃ

## শ্রীবাদরায়ণিরুবাচ ॥

ইতি গোপ্যঃ প্রগায়ন্ত্যঃ প্রলপন্ত্যশ্চ চিত্রধা।
রুরুদুঃ সুস্বরং রাজন্ কৃষ্ণদর্শনলালসাঃ॥ ১

অনুবাদ। হে মহারাজ! কৃষ্ণবু উজ্ঞনাংবতনা লঙ্‌তক্লবা গোপী মথৈনা ঈশৈ শক্তুনা অমদি মখল কয়া থোক্লা তেংথাতুনা মওঙ্ অম্‌মা সুংশিবা খোস্বাঙ্‌না কপ্পবকলে॥ ১

তাৎপর্য্যার্থ—মথক্কী তাংকক্কী ভাব তাকপা মতাংদা গোপীনা কপ্পগী নীংথিবা অমদি সুংশিবা মতৌশিং অতুগী মরম পনজরে প্রেমগী তত্ত্ব খঙ্‌লবা শুকদেবনসু হায়রি,—গোপীশিংনা সুংশিবা খোঞ্জেলনা কপ্পা হৌরকলে। অকপ্পা খোঞ্জেলবু কনানসু খোস্বোক সুংশিবা ওইনা লৌনদে অতুমদি ওইরগা গোপীশিংগী মীকপ অসিবু ভক্ত যোগী শুকদেবনা য়াম্নমক খোযথুম্লবা-সুংশিবা অমা ওইনা খনখি ; অতুনা হাযবি—"সুস্বরং রুরুদুঃ" হায়বদি সুংশিবা সুরদা কপ্পা হৌবকলে। "সুস্বর" (সুংশিবা খোঞ্জেল) নত্তনদি কপ্পি অমদি হায়রুনিঙাই লৈ, করম্বা মখলগী খোঞ্জেল খোম্বোক্লা গোপী তেংথা-শৈরোন অসিগী খোয়থুম্বা মতৌ অতুমক ওইনা উৎথোক্লবা তমগদবা লৈবগে ?—অতুক সুংশিবা খোঞ্জেল-খোম্বোক অদুবু কোঙ্‌দোরবা করিগুম্বা রাহৈ অমত্তসু লৈতে। মরম অতুনা শুকদেবনা "সুংশিবা

খোঞ্জেল” অসিতমক হায়নগা তোক্রম্মী। অতুমদি ওইরগা তাইবঙ্ মীওইবনা “হুংশিবা খোঞ্জেল” হায়রগা খঙ্নরিবা অতুমক্তগীদি গোপীগী তেংথা-শৈরোন অসিনা হেন্না হুংশিনবা মশক্কি— মতুমক্তগীস্ম হেন্না হুংশিরিবনি,—অতু পূম্নমক্তগীস্ম পূমহেন হেল্লিবনি। মী অমনা, মী অমগী খোঙ্খোক্তা শকপা ঈশৈগী হুংশিবা স্বর অদূবু তারুরগা মদূবু চপ চেক চানা অতোপ্পা মী অমদা মানা মথাঙ্ অমুক তাহল্লুবা থক ওইথোক্তে। মরম অতুনা মীরমলেনগী মতৌ নত্তবা গোপীনা শকখিবা তেংথা শৈরোন অসিনা কয়াগী মতিক থুমখিবগে হায়বতু ফোংদোক্লবা কবিগুম্বা রাহৈ অমত্তস্ম লৈতে।

ভাইহাক্কীদা ওইবা অতগুম্বা (থুনমক হেক মাঙখিগদবা, তুং কোই-রোইদবা) পোংকী শেংন-খাইনবদা ঐথোয়না কপ্পরিবা মকপ অতুদি তাবা হুংঙাইবা ওইদে অতুনা মদূবু কনানস্ম থক পাম্নরুবা তৌদে। তৌহগুম্বস্মুং ময়েং তাবা লৈত্রবা, মাঙ্লোই-তাকলোইদবা —মতম পুম্নমক্তা মাবুতা পামহুনা কোয়না অস্মুম থিজরকলিবা. প্রেমতনা ফংবা হৌনবা অতুগুম্বা খ্বায়দগী হেনবা অপাম্বা পোং অতুনা উখিদ্রবদা মতুদ' কপ্পা হৌনবা মকপ—মহুদি য়াম্নমক হুং-শিফম থোকপা খোয়থুম্বা অমদি পাম্ননীংঙাইস্ম ওইবা মশক্কি। অতুগুম্বা পোংশক অতুগীদমক থরায়মক ফূক্কা করিগুম্বদা কপচবা ঙমগ্রবা অতুগুম্বা মীওই নত্রগা অতুগুম্বা মীকপ অদূবু থম্মোই শোক্কা তাজবা ফংগ্রবা মীওই—মহাক অতুতনদি মহুগী হুংশিবা নত্রগা খোয়থুম্বা মতৌ অদূবু খঙ্বিরমগদবা মঙায়। শুকদেবদি খঙ্বিখি, মরম অতুনা হুংশিবগী অপাম্বা উত্তুনা অরেম্বতদা পিরাং শিম্বনরিবা মীওইবদা গোপীগী মতৌগুমনা, মথোয়গী মকপ অসিগুম কপচনবা তাকপিরি॥ ১

তাসামাবিরভূচ্ছৌরিঃ স্ময়মান-মুখাম্বুজঃ।
পীতাম্বরধরঃ স্রগ্বী সাক্ষান্মন্মথ-মন্মথঃ॥ ২

অনুবাদ। শূরসেনগী শাগৈদা পোকপা, সনা-ফীগে থোনবা, নীংথিবা লৈগী পরেংনা লৈতেংবা শ্রীকৃষ্ণনা কামদেবমকপু শুম্বাৎপা শক্তমনা মোমোন মীনোক লোয়ননা গোপীশিংগী মমাঙ্দা ফাওবিররে॥ ২

তাৎপর্য্যার্থ—শ্রুতিনা হায়খিবত্থু ঐখোয়না অমুক নীংশিংলকই, "অফবা পাউতাক্না হায়বদি গুরুগী পাউতাক্না, বুদ্ধি থৌবনা অমদি অয়াম্বা শাস্ত্রবু তারু-পারুবনস্থু হায়রিবা আত্মা অসিবুদি থক ফংলুবা ঙমদে ; মানা পাম্বীরকপা অচুতনা হায়বদি মাগী ভক্ত অশেংবানি হায়না মানা খঙ্বিরিবা অচুগুম্বা মী অচুগী মকাতদা আত্মা অসিনা মাগী মশক ফোংদোকপি।" ভগবান বাসুদেবনা শ্রুতিগী ৱাহৈশিং অসিবু অভিনয় তৌবাচুনা মচুনা জাবাশিংগী কান্নবা উৎপিরিবনি,—পূক্নাং অনি লোঙ্দ্রবী, খ্বায়দগী হেন্না হক্লবা (ঐকান্তিক) অচুগুম্বী প্রেমগী শক্তম লৌবা গোপীশিংগী মমাঙ্দা সচ্চিদানন্দ ওইবা ইবুংঙো মাগী শকলোনবু ফোঙ্বিরকলে। গোপীশিংনা হায়জবা, নোনজবা, স্তব কয়া, স্তুতি কয়া তৌজচুনা কপ্পা কপ্পা শ্রীবৃন্দাবন উমং শীনবা থুংনা ফনমক পিরুদনস্থু কৃষ্ণবু উজখিদ্রবনি ; চুজাক্তে ভগবান মশামক্না চোংথোকপিরক্লে— পোৎ নিবা মীগুম্না মাঙদা লেপ্পিররে। শোয়ফদ্রবা উপনিষদ্‌কী ময়েক থূদীংমক্না চপ চানরবা, তশেং তশেংলবা অসিগুম্বা লললাগী অর্থবুনা হুন্দোক্লগা নাপনগা লোয়ননা ঐখোয়না ভাবনা শাবা অর্থ অমদা পুরুবদি, মচু ঐখোয়তগী লাইবক থীবনি।

ভগবাননা উৎপিরি—থাজগন্দ্রবা ঐখোয়গুম্বা মীওইবগী মফমদা অভিনয় তৌচুনা উৎপিরি ; "ঐ অসিবু,—সচ্চিদানন্দ মূর্ত্তি ওইবা ঐ অসিবুদি শাস্ত্রতবু নৈনবনদি থক ফংগদবা লৈতে,—লোশিং

শিংবতনস্থ থোইদোক্কে—গুরুগী মমল য়াম্বা পাউতাক্লস্থ কান্নদে; ধ্যান তৌবনা, অথোইবা জ্ঞানীগী মীৎয়েংনা, যোগ-সাধন কয়া তৌবনা, হোম-জপ কয়া কয়ানা ঐবুদি খক ফংগদবা ওইদে; মপান নাইদ্রবা (লোইবা থম্বা লৈবা হৌনদ্রবা) ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক শীনবা গুনা পিক্রুবনস্থ ঐবুদি খক ফংগদবা লৈতে, অদুমদি ওইরগা হুংঙাই-য়াইক পুম্নমকপু থাদোক্লগা, মচি অমদা ফমদুনা গোপীনা তৌরগুমনা ঐতগী লম্বা য়েংদুনা লৈবা—ঙগীদমক্তা মথরায়-ফুক্কা কপচরবা, অদু ওইরবদি ঐ ইশানা চত্তুনা মাবু অদুম্মক দশন পীগনি, ঐ অসিদি লৌনম য়াওদ্রবা অদুগুম্বা প্রেমতগী মথা পোনবনি।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণগা রাস-লীলাদা অমকপা অপাম্বগী মতৌ (কাম-দব) মরাক অমা ফাওনা যাওবা লৈতে, মসি ঐখোয়না অহানবা অধ্যায়মক্তদা লৈনখরে। ঙজীক্তি অংশংবা রাসলীলাগী হৌরমদাই ওইরকলে; অদুনা শুকদেবনা তাকপিরি—"সাক্ষান্মন্মথ মন্মথ" হায়বদি 'কামদেবমকপু শুক্ষৎপা শক্তমদা ভাম্ভোইবীররে। কাম মশামক্তা শুক্ষৎনবা ওইবা শক অদু পুদুনা ভগবাননা রাস-শান্নবা থোরাঙ্গিরকলে। অদুগুম্বা নীংথিবদা মপা লৈত্রবা তম্বা থোক্রবা শকক্তম অদুবু উরুরবদি কামনা করিগুম্বা মাগী মথৌ অমত্তস্থ পাঙ্-থোকপা ঙমদে; কাম মশামক্তা মরোল অদুম্মকপু জয় তৌবা ঙম্বা ওইদুনস্থ অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী নীংথিবা রূপ অদুগী চাংজৌ নাইদ্রবা ইরেলদা হেক্তমক লূপশিনখি, থক মকোক হাইগৎপা ঙমদে; হাই-গৎলুবস্থ মশামক্তা পামজদে। অসিগুম্বা মদন মোহনরূপ অসিগী মরমদি ঐখোয়না ঙম্বা মওঙ্দা রাস-লীলাগী মমৈদা শন্দোক্তা লৈনরকখিগনি; চুজীক্কা ওইনদি য়াম্নমক শূপচিন্না মতেক অমতং ওইনা হায়জগে—গুণ অদুমগী মরক্তা গুণ অমত্তগস্থ মরী লৈনদবা, লৈপাক ঈশিংনচিংবগী কুয়োমনস্থ খঞ্জিনবা নত্তবা অদুগুম্বা পরমানন্দ (থায়দগী হেনবা নুংঙাইবা) অদুনা করিগুম্বা শক্তম অমা য়াৎলকপা

তারবদি মহুমক হায়রিবা মদন মোহনরূপ ( কামবু শুদ্ধংপা শক্তম ) অসিনি। কামদি, মায়ানা যোল্লবা ভাইবঙ্ পানবগী মীওইনি ; মানা ফংলিবা মহাউদি মায়াগী ওইবা লৈপাক্লা-ঈশিংনা কুয়োম ওইনব অহুগুম্বা পোৎ অহুভদগী ফংবা হৌনবা অহুগুম্বা পরমানন্দগী ( অথোইবা হুংঙাইবা অহুগী ) মমি অদু ত্তবনি। মরম অহুনা মানা খকস্ত পেনবা নাইদে ; হুংঙাইবা পুন্নমক্কী হৌফম ওইবা, করিগুম্ব কুয়োম অমত্তনস্তু মরক খনবা লৈংবা অহুগুম্বা পবমানন্দবু মহাক্লা উজরুবা ফংবা হুমিৎ অহুদদি, অমদি মফম অহুমক্তুদদি মাগী পুং-পেন পেনজবা মত্তৌ ওইগদবনি হায়বদি মহুদা মহাক পুমশুম হেব শুদ্ধংকদবনি। ডসিদি, গোপীশিংগী মমাঙদা হুংঙাইবা পুন্নমক্কী হৌফ-ওইবা অহুগুম্বা পরমানন্দনা ( অথোইবা হুংঙাইবা ) শক্লাইবীররে— মুত্তি পান্না লেপ্পিররে ; মরম অহুনা মহাক অহু 'মন্মথমথ'নি হায়বদি কামমক্কী মবুংঙোনি। হুংঙাইবগী শক্তম ওইবা মীরমলেনা রাখন্না লামলুবা ডম্ফদ্রবা অহুগুম্বা নীংথিবা মদন মোহনরূপ অহুত্তবু ধ্যান তৌগে হোৎনরুরবদি—কোক্তা রাহোং চূড়া, নাপদা ঙা-ফিয়োং মানবা কুণ্ডল, নাতোন্দনা অগুরু চন্দন, চীনবানদা মোহন মুরলী, পাম্বোমদা 'তাল, খৃজেংদা খৃজি, খাঙ্দনা সনা-ফীগে-ফৈজোম অহুগা শ্রীচরণদনা হুংশিনা খোম্বোকপা মণি-নূপুরনা লৈতেংনবা অহুগুম্বা নটবর ত্রিভঙ্গ ফিরেপনা পুক্লাং হুনবা ওইবা—ফুয়না হৌবা নোংলেনগুম কুচুনা শংমুনবা, গোপ-নহা শক্তম লোবা অহুগুম্বা মুত্তি অহুমক ওইনা খন্থহৈবা অশেংবা ভক্তগী থম্মোইগুংদদি হেক্তমক মশানা অহুমক ফাওজরকই। প্রাথবাদা লৈরিবা ফজবা মথল পুন্নমক, হুংশিবা মনম খৃদীংমক, অঙৈবা পোৎ পুন্নমক, হুংশিবা খোম্বোক পুন্নমক অমদি অহাউ অথুম হায়হুনা লৈরিবা মহাউ পুন্নমক অহুগী মখোয় মখোয়গী হৌরকফম মরু—মরুশিং অতগী ওই-ররুবা তত্ত্ব পুন্নমক অহুনা পুল্লপ তাশিল্লগা হায়ারবা মদন-মোহ-

রূপ' অসি ওইরিবনি। রাহোং চূড়া, সনাফীগে, লৈগী পরেং, অমদি নূপুরনচিংবা লৈতেংগী ফজবা, অগুরু-চন্দনগী হুংশিবা মনম, মোহন মুরলীদনা হুংশিবা খোম্বোক, ফুরনা হোবা নোংহোগুম শংমুনবা কুচুনা উনমরুম ঈংনবা ওইবা অমদি চিং অমসুং আনন্দগী (চিদানন্দগী) মশক ওইরবা হকচাংগী ফিদূপ অহুমনা মাগী ফীরেপ ওইনবা অদুগুম্বা শ্রীমূর্ত্তি অদুত্তনা অথোইবা হুংঙাইবগী মশক ওইরবা খায়দগী হেনবা রসনা তিনবা—মসিবুনি মদন মোহনরূপ হাযবদি—মাবু উবতদা কামনা ঙকপা থেংলিবা। অসিগুম্বা মদন মোহনগী শক্তমদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গোপীগী মমাঙ্দা ফাওবিররে ॥ ২

---

তং বিলোক্যাগতং প্রেষ্ঠং প্রীত্যুৎফুল্লদৃশোহবলাঃ
উত্তস্থুর্যুগপৎ সর্ব্বাস্তন্বঃ প্রাণমিবাগতম্ ॥ ৩

**অনুবাদ।** পাংগল লৈজদ্রবী ব্রজগোপীশিংনা মখোয়গী শিরুরবা মশাদা থঙ্হোদনা অমুক হঞ্জিনবীরক্রবা, মথরায়মক শরুবা অদুগুম্বা চান্নথোইবনা মমাঙ্মক্তদা ঙান্থোইবীরবা উবদা পেনজবনা থল্লবী—ইফন ইফন-ফন্নরবী মমিং-মনা লোয়ননা খূদক্তা অতম্মক চপ মান্ননা হোগৎনরকলে ॥ ৩

---

তাৎপর্য্যার্থ—কৃষ্ণবু উজবা ফংবদা গোপীশিংনা ওইখিবা মতৌ অদু ফোংদোকপতনা শ্লোক অসিগী মরু ওইবা শক্তম্নি। শ্রুতিনা হায়রি—"থরায়গী থরায় ওইবা, মিৎকীসু মিৎ ওইবা, নাকোঙ্গীসু নাকোঙ্ ওইবা অদুগা পুক্নীংগীসু পুক্নীং ওইবা অদুগুম্বা ইবুংঙো মহাক্নি।" কৃষ্ণনা থরায় ওইনবী গোপীশিংনা মখোয়গী থরায়গী থরায় অদু মাঙখিবদগী শিবমক্তা মান্নরুরবনি, হুজীক মখোয়গী চান্নববু খঙ্ট উজরকপদগীদি অমুক হিংজরবী ওইহুনা, মতম অমত্তদা চপমান্ননা ফুক-ফুক হোগৎনরকলি। অসিগুম্বা শ্রুতিনা হায়রিবা বচন অসিগী ভাব লৌতনা ভক্ত যোগী শুকদেবনা অশিবা হকচাংগা

গোপীশিংগা অমদি অমুক হজিল্লকপা থরায়গা শ্রীকৃষ্ণগা পান্দম তৌহনা উৎলিবনি। ভগবানতবু থরায় ওইনজবা হে প্রেমিক-ভক্ত পূন্নমক! গোপীগী মতৌ অসিবু খঙ্জিনবীয়ু। ভক্তি য়াওদ্রবা ঐথোয়নদি গোপীগী অবস্থা অসিবু য়োনা খঙ্‌হজরুবা ঙমদ্রে।

> কাচিৎ করাম্বুজং শৌরের্জগৃহেহঞ্জলিনা মুদা।
> কাচিদ্দধার তদ্‌বাহুমংসে চন্দনরূষিতম্॥
> কাচিদঞ্জলিনাগৃহ্লাৎ তন্বী তাম্বুলচর্ব্বিতম্।
> একাতদঙ্ঘ্রিকমলং সন্তপ্তা স্তনয়োর্ন্যধাৎ॥ ৪

অনুবাদ। হরাউ মথোই কাঙ্গবী কনাগুম্বা গোপীনা মখুৎ অনি চঙ্‌হুনা শ্রীকৃষ্ণগী খূৎ-থম্বাল অহুবু পাযর্জরি; কনাগুম্বা অমনা চন্দন্না লৈতেংলবা ইবুংঙো মাগী পাম্বোমবু মশাগী মরেংবান্দা থাংগৎচরুরি, নীংথিজবী কনাগুম্বী গোপী অমনা মখূৎ খুজোক্না ভগবানগী অশায়বা পা-ন-বু য়াজরি; মৈশা লাংলম্বী অতোপ্পী কনাগুম্বী গোপীনা শ্রীকৃষ্ণগী খূৎপু মশাগী থাবোম অহুগী মথক্তা থমজরুরি॥ ৪

তাৎপর্য্যার্থ—শুকদেবনা মথক্তা শ্লোকতা গোপীশিংনা ভগবানবু উজবা ফংবদা হরাউমনখ্রহুনা হৌগৎমিন্নবগী রা হায়বিথরে, হুজীক্না শ্লোক মঙাশক্তা গোপীশিংনা খায়দগী হেন্না নুংঙাইজবগী মতৌ উৎপা মওঙ্‌ অহু অমুক হায়রি। শ্রীবৃন্দাবনদা শ্রীভগবানগী চান্নবী গোপী চাম-চাম থোন্না লৈ—মখোয় পূন্নমক অহুগী মরমদা তোপ্পা তোপ্পা হায়রুবদি ওইথোক্তবনা শম্পৎপা মওঙ্‌দা গোপী তরেৎখক্তংগী মশক অহুতং তাকপিরমলি।

প্রেমগী মশক ওইবী গোপীশিংগী মরক্তসু মখোয়-মখোয়গী প্রেম অহুগী অথোই অহেন নাইনা খেন্নবা লৈ। প্রেম মখল অনিনি— তদীয়তাময় অমসুং মদীয়তাময়। "ঐদি ভগবানগীনি" অমুম থনবনা

'তদীয়তাময়' প্রেমনি অদুগা "ভগবানদি ঐতগীনি" অশুম্না থনবনা "মদীয়তাময়" প্রেমনি। মসিগী মতুংদমু মরোল মরোল নাইনা খেন্নবা কয়া কয়া অমসু লৈখি। 'ঐদি ভগবানগী নত্তে, ভগবানদি ঐগীনি'--মসিমক্তি খজৌক খরাকী ওইবা রাফম নত্তে; মরম অদুনা "মদীয়তামায়" হায়বা প্রেম অসিনা অহেনবনি হায়বসিদি অদুম্মক খঙ্নরবা রাফমনি। ইহানমক হানবা ওইনা মখূৎ অনি চঙ্দুনা ভগবানগী খূৎ পায়জরখিবী গোপী অদুগী প্রেমদি "তদীয়তামায়"নি হায়বদি মানা খঙ্জখি—"ঐ অসি কৃষ্ণগীনি"। মশানা তৌথোরক-লেবা মত্তৌ অদুমক্না মদুবু অদুম্মক তাকচরি। মহাক মশামক্না শ্রীকৃষ্ণগী নাক তান্না চঙ্শিনজবা অমদি মখূৎ অনিমক্না পায়শিজরুবা মতম অদুমক্তদগী অদুম্মক খঙ্বা ঙম্মী, মদুদি—মহাক মশামক্না মশাবু কৃষ্ণগী মথা পোনবীনি হায়বসি য়াদে। মাগী মথা পোনবনি হায়না য়াফম থোক্লবা মী অদুগী মফমদদি নোল্লুকপা অমদি তোন্থবা মত্তৌ অসি মশানা অদুম্মক লাকচৈ। মহাক্না অসিগুম্বা নোল্লুকপা অমদি তোন্থবা মত্তৌ অসি উত্তুনা মহাক মশাগী ওইজবা 'তদীয়তা-ময়' হায়বা প্রেম অদুগী মশক তাকচরি। অশুম্না মহাক অসিনা অদুগুম্বী 'তদীয়তামায়' প্রেমদা লৈবী অদুগুম্বী গোপী পুম্নমক্কীদি লুচিংবীনি। শ্রীচৈতন্যদেবগী সকচর ওইবা প্রেম-রস-মুন্না খঙ্লবা গোস্বামী প্রভুপাদশিংনা লেপ্লবীরম্বা মতুংইন্নদি মহাক অসি "চন্দ্রাবলী" সথীনি।

অতোপ্পা গোপী অমনা ভগবানগী খূৎ পায়রগা মশাগী লেংজুমদা থাংগৎচরি। হায়রিবী গোপী অসিদনা 'তদীয়তামায়' অমসুং 'মদীয়-তামায়" ভাব অনিমক অসিগী প্রেম মখল অনিমক্না পুনবা মত্তৌ লৈ। মাবু কৌরুবা অমদি হায়নরুবা লৈতনা মশানা অদুম্মক কৃষ্ণগী নাক্তা চৎচখিবনা "তদীয়তামায়" প্রেমগী মত্তৌ ওইরি অদুগা ভগবানগী খূৎ পায়রগা মরেংদা থাংগৎলুবনা নীংতম্বা উৎপা অদুগুম্বা 'মদীয়তা-

ময়' হায়বা প্রেম অদুগী মতৌম্মু উৎলি। অনিগী মরক্তা মান্নবা ভাব লৈত্রবদি থক মরূপ ওইনবা য়াদে। চন্দ্রাবলীগা মাগদি মপূংফানা মান্নবা ভাব লৈনদবনা মহাক অসি চন্দ্রাবলীগী সখী ওইজবা ফংদে, অদুগা অমরোমদম্মু 'মদীয়তাময়' প্রেমদা লৈবী মখোয় অদুমক্কী সখীমক ওইরুবদম্মু মহাক অসি মতিক চাদে ; মরম অদুনা 'তটস্থা' হায়বদি 'তদীয়তাময়' অমস্থূং 'মদীযতাময়" ( মাগীনি নভ্রগা ঐগীনি ) অশুম্না থনবা ভাব অনি অসিগী মরক্তা অদুম্মক লৈবীনি। বৈষ্ণব-প্রভুপাদশিংনা লেপ্লম্বা মতুংইন্নদি মহাক অসি 'শ্যামলা' কায়না কৌবী সখী অদুনি খঙ্নগনি। তটস্থ-লক্ষণনা তিনবী ওইদুনম্মু মঙোন্দা 'মদীয়তাময়' ভাবনা নমনা লৈবা মরমনা মহাক অসিবু শ্রীরাধামক্কী সখীনি হাযনা খঙৈ।

খূজোক্লা ভগবানগী পানা অশাযবা যাঙখিবী অমদি ভগবানগী শ্রীচরণবু মশাগী থম্মোইদা হাপচখিবী অদুগা মশা-মশানা মতোম মতোমতা কৃষ্ণগী নাকতাম্না চঙ্খিদুনা মখা পোনবীগুম অতোনবা মতৌ উৎনরুবনা মখোয় অনিমক অসিদা 'তদায়তাময়' হায়বা ভাব অদু ফোংদোকই। চপ মান্নবা ভাব লৈবদগী মখোয় অনি অসিমক চন্দ্রাবলীগী সখীমক্তনি, মখোয অমগী মিংনা "শৈব্যা" কৌই, অতোপ্পী অমগীনা "পদ্মা" কৌই ॥ ৪

একা ভ্রুকুটিমাবধ্য প্রেমসংরম্ভবিহ্বলা।
ঘ্নতীবৈক্ষৎ কটাক্ষেপৈর্নির্দ্দষ্টদশনচ্ছদা ॥ ৫

অনুবাদ। অতোপ্পী গোপী অমনা মুংশি-রারৌ চাউবী মতৌনা লাঙতক্লবী ওইদুনা য়াথক্লা চীনবান চীক্লগা পীশুম থেক্তুনা মানা ভগবানবু চৈনামক পীবগী মতৌদা অথৌবা মিৎচি-মিৎয়েং কাপা শিল্লকলি ॥ ৫

তাৎপর্য্যার্থ—মহাক অসিমক্তি গোপী অথোইবী, লুচিংবী শ্রীরাধিকা। ইবেম্মা মাগীদি মপুং ফারবা "মদীয়তাময়" ভাবনি ( ঐতগীনি হায়বা প্রেম অদুনি )।—মসিবু 'মহাভাব' (খ্বায়দগী রাংবা ভাব ) হায়না কৌই। মহাক্না য়ৌনা থাজৈ, কৃষ্ণদি ঐগীনি, ঐ অসি কৃষ্ণগী নত্তে ; মরম অদুনা ঐনা মাগী মনাক্তা করিগী চৎকনি, কৃষ্ণনা ঐগী ইন ক্তা মখোঙ্না থোংনা চঙজরক্কদবনি। মরম অসি লৈবনা অদু। চন্দ্রাবলীনস্থ কৃষ্ণবু থোগল তৌহুনা লৈথিবা ওইবনা শাউহুনা য়াক্লবা মিৎচি-মিৎয়েংনা কৃষ্ণবু রাহনগে মতাগুম তৌখ্রি-বনি। জ্ঞানমার্গ অমদি যোগমার্গবু য়াবা কাঙবুনা হায়ননীংবা হায়সস্থ, ঐখোয়নদি হায়গনি, পূর্ণ-ব্রহ্ম-স্বয়ং ভগবানদি মপুং ফানা শ্রীরাধিকাগী মখাদা পূমলৈ লৈ। খ্বায়মক্তগী হকপা অদুগুম্বা প্রেমগী লৈফমদা ভগবানগী তুংফমনি ; প্রেমগী মখা পোনবা ভগবাননি—প্রেমনা ভগবানগী মখা পোনবা নত্তে ; মরম অদুনা ভগবাননা প্রেমগী মশক ওইবী রাধাগী মখা পোন্না লৈবনি ; রাধানা ভগবানগী মখা পোনবী নত্তে। শ্রীরাধানা তৌবগুম অসিগুম্বী মহাভাবকী মশক ওইবী খ্বায়দগী হেন্না হকপী প্রেম অসিবু থম্মোইদা শাগৎচবা ভক্লবা অদুগুম্বা অথোইবা ভক্ত অদুনদি কৈদৌঙৈদস্থ ভগবানগী মফমদা কুপা তৌবীনবা থক হায়জরুগদবা নত্তে ; মযুমদা অদুম ফম্না ফম্না মানা হেক কৌবতদা ভগবান মশানা লাক্নুনা মমাঙদা অদুম্মক লেপচ-রগদবনি। ভগবানগী মথক্তা মানা শাউজবা য়াই—মতুমক্তদা কৈদৌ-ঙৈদস্থ মহাক অদুনা কুপাবুদি থক নিরুগদবা লৈতে। ঐগীনি হায়বা করিগুম্বা অমত্তা তাইবঙ অসিদা লৈতে ; ঐগী পোৎনি নত্রগা ঐগী মীনি হায়হুনা করিগুম্বা, কনাগুম্বা অমা লৈবা তারবদি মহু ভগবান মথস্তনা ওইগদবনি। অম্মুন্না খনবা মতৌ অসিবু হায়বনি শ্রীভগবৎ প্রেম হায়বদি। রাফম অসি ঐখোয়না মথক্তস্থ হান্না নৈনপ্নে। তাইবঙ মীগী মরক্তস্থ কনাগুম্বা অমনা কনাগুম্বা মী অমবু হুংশিখিবনা হেন্দুনা

মাবু "ঐগীনি" অম্সুম্না চপ য়ুংনমক খনজবা ঙম্নবদি মহাক অদু মাগী অদুম্মক ওইরকই। লোঙ্দবা পুক্নীংনা হুংশিবগী পাংগলদি অম্সুম্না তৌই। কনাগুম্বা মীনা ভগবানবু অমকপা চেন্দ্রবা তরুতরুবা প্রেম কচ্চদুনা থম্মোইমক শোক্না 'ঐগীনি' অম্সুম্না হায়জবতবু ঙম্নবদি ইবুংঙো মহাক মাতগী ওইবা শোয়দবনি। ভগবাননা মাগী ফোরোয় ইন্দুনা চৎলগনি, মশানা মখোঙ্না থোংনা মনাক্তা অদুম লাকচগনি হায়বদি ভগবাননা মাগী মথা থম থেংনা পোনবীরগনি। শ্রীরাধাদি প্রেমতনা শক্তম য়াৎপীনি, প্রেমময়ীনি, ভগবানদি মাতগী ওইফম থোকপনি, মখোঙ্না থোংনা মাগী মকাদা লাক্নদবনি হায়বসিদা ঙকলুফম কবিবু লৈবগে? মদুতবু উৎপিনবগীদনক শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা মশানা চঙ্লকপা তৌখিদ্রিবনি। প্রেমিক-ভক্তনা ভগবানবু জম্ম তৌজবা ওম্বগী মতিক-মগুণতবু ফোংদোরবা হোৎনবনা শ্লোক অসিগী অশেংব তাৎপর্য্যনি॥ ৫

অপর্য্যানিমিষদ্দৃগ্‌ভ্যাং জুষাণা তন্মুখাম্বুজম্।
আপীতমপি নাতৃপ্যৎ সন্তস্তচ্চরণং যথা॥ ৬

অনুবাদ। অতোপ্পা গোপী অমনা মমিৎ কৃপ্না তোদনা শ্রীকৃষ্ণগী মায়খোং থম্বালবু উজবা মক্তদসু পেন্দবনা হেন্নক্‌না অম্সুম হম্না হম্না যেংদুননা লৈরি। শ্রীকৃষ্ণগী চরণ-দশন ফংলগক্তদসু সাধুশিংনা থক পেজবা লৈনদনগুম মাগীসু যেংজবগী পেম্নাইবা কোব লেতরি॥ ৬

তাৎপর্য্যার্থ—মানা ভগবানগী নাক্তসু চঙ্খিদে, অতোনবা মতৌসু উৎখিদে—অদুমদি ওইরগা মায়গৈ অনিমক্তি ভাক্না অদুম্মক চৎলি। কৃষ্ণগী নাক্তবুদি চঙ্লুবা তৌদ্রগা অশাউবা মতৌদা মদীয়তাময়-প্রেমগী মশক্তি শেংনা অতম্মক উৎলি। অদুগা পেনজবা কোবা লৈতনা মমিৎনা শ্রীকৃষ্ণগী মাযথোং থম্বাল-লৈহৌ চুপ্না চুপ্না মানা কৃষ্ণবু শুংশিজবগী অহকপা অহেনবা মতৌবু ফোংদোকলি। মরম অদুনা

মহাক অসি শ্রীরাধাগী ভাব-মণ্ডল্ মাল্লবীনি—অতুনা ইবেম্মা মাগী অথোইবী সখী-লুচিংবী নত্রগী সহচরীনি (লোম্বনবীনি), মাগী মমিংদি ভক্তনা খঙ্নরিবী 'ললিতা' হায়বীনি। সাধক ভক্তশিংনা খায়-দোকপিরম্বা খূদম মখল্লশিং অসিবু কৃপা য়োংশিনবীয়ু—"সন্তত্তচ্চরণং যথা"—কৃষ্ণগী চরণ-দর্শন ফংজরবা সাধশিংমক্কী মতৌগুম মহাকস্তু খক পেনজবা নাইখিদে। মসিদগী খঙ্বা ঙম্বাদ—শান্ত অমসুং দাস্য-ভাবনা ভগবানগী চরণদা অধিকার লৈ, অতুগা সখ্য বাৎসল্য অমসুং মাধুর্য ভাবনা অধিকারনা শ্রীমুখদা (মায়থোংদা) লৈ। ললিতাদি মাধুর্য ভাবনা মূ চেনি, মতুনা ভগবানগী মাযথোং থম্বাল-গদা পোঙ্জবা লৈতনা মামৎনা অতম যেংদুনতা, মতুদা পূমলূপ হেক পাশনজতনা লৈখি—অমুক হন্না ফাওৎলকপা চমখিদে। অস্তুন্না ভগবানগী মাযথোংবু অমুক উজারুববু ফংলবদি অতুগুম্বা মী অতুগী নমিৎ অতু মতুতদা অতুম কূপ্পুনতা লৈগদবতনি।

ভক্তি শাস্ত্রনা গেপন্নিবা ললিতাগী নশক অতু উবদগী ঐখোযনা খঙ্ই, মহাক্তি যাঃমক অযাবপা মতোনা তিংনবীনি। গাক্লবস্তু ক্রস্-এক্ লাউবা (মতো শুদ্ধাশয়দবা) অতুগুম্বগী মযাক অতুমক্তি নওে—থোংনা মেঙ্বা মযাক্লি। মহাক্না শ্রীভগবানবু থোয়দিং নখায অমা ফাওবা কিরুবা লৈতে। ভগবানগী মথক্তা মাদি মপূং ফানা মনীং তৌজবা যাবানি। ভগবানক্রস্তু মাবুদি কিনা কিনা চৎলি অমসুং অশীনবগা অথুম্বগা য়ান্নবা (হৈহ অম্বোলগুম্বা) অতুগুম্বা করেম-কথাই-নবা মতৌদা ভগবানমকপু হেক হেক রাবৈ চেলহনবীনি। রাধাকৃষ্ণ অনিগী লৈপুন লীলা শাগৎনবা অথোইবা মতেং পীবদি শ্রীললিতা অসিতনি। ভগবৎ-প্রেমগী মতাংদা ললিতাদি শ্রীরাধামক্কী হেক মথংদা লৈবীনি, হেক তাইনবীনি (মরক্তা অমা খন্দ্রবীনি)। শ্রীরাধামক্তা হেক মাল্লবীনি হাযবমকস্তু যাবীনি। ভগবানদা লৈবা শ্রীরাধাগী অহকপা 'মদীয়তা ভাব'কী মতৌ অতুমক ললিতাদস্তু চপ

মান্নরা লৈ। মরম অদুনা ললিতাসু শ্রীরাধানা তৌরগুন মশামক্না ভগবানগী নাক্তা চঙ্‌লুবা তৌদনা অদুম লেল্লগা যেংহুনতা লৈখ্রিবনি। অসিগুম্বা মযেং অসিগী মকুমদা লৈবিবা অদুগুম্বা হুংঙাইবা-মহুংঙাই অদুদি থক মপান নাইবা নত্তে। অদুগুম্বা মদন মোহনরূপ অদুবু যেংজবতদা মাগী মমিৎ অনি অদুনা কুপকনি হায়বা ফাওবা খঙ্‌-খিদে। অসুম্না মহাক্না মমিৎ কুপ্না তৌদনা আনন্দময়গী মাযথোং থম্বাল অদুদবু পেনবা লৈ না যেংবতদা মুঙখি। মাগী হুংনা পামজ্জে —ভগবাননা ঐপী ইবাদা লেঙ্‌শিনবীবকপা ওইসনু; ভগবানগী কা-দা লৈজবা ভক্তগী মনাং তৌজবা মতৌ অমদি ভক্তগী কা-দা ওইবা ভগবান মাগী অতোনবা মত্তৌ অদুবু ঐনা তাইবঙ্‌ অপুম্বদা অমুক্তং উৎচনবা হোৎনগে ॥ ৬

---

তং কাচিন্নেত্ররন্ধ্রেণ হৃদিকৃত্য নিমীল্যচ।
পুলকাঙ্গ্যুপগুহ্যাস্তে যোগীবানন্দসংপ্লুতা ॥ ৭

অনুবাদ। কনাগুম্বা গোপীনা মমিৎ মিৎকমগী অ-হাবদা ভগবানবু চিংশিন্দুনা মাগী থ-ম্মাইহুংদা থম্নগা মমিৎ উইশিন্দুনা যোগীগুম হবাউ-মথোই বানা মতু মমান চুংজবি ॥ ৭

---

তাৎপর্য্যার্থ—মাগী মতৌসু ললিতাগুম্বানি। মবম অদুনা মাগী ভাবসু মদীয়তাময়নি ( ঐগী নি খনবা মতৌনি )। অদুনা মহাক অসিসু শ্রীরাধাগী অথোইবী সখী অমনি, মমিংনা 'বিশাখা' হায়না কৌই। বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী টীকাকার-ভক্তশিংনা পুরাণগী মত মতুংইন্না হায়বৈ, —শ্রীবৃন্দাবনদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী কুপা ফংবী অদুগুম্বী গোপীগী মশীংদি কোটি চহুমথকনি। মসিমক্তি হেনমল্লি হায়না খল্লি; অদুবু অশেংবা শ্রীকৃষ্ণ-তত্ত্ব অমসুং গোপীতত্ত্বগী মরমদা খম্বরুরবদি মতু ওইথোক্তনীংঙাই মরম লৈতে। মতুমক্তদগীসু হেন্না হায়বা নত্রগা মশীং-লাকঙমদেমক হায়বদসু অদুম্মক ওইথোকলিবা রাকমনি। মতাং চানা ঐখোয়না মসিগী মরমদা অভম্বা মওঙ্‌দা নৈনজরকখিগনি

হান্নবা হায়খরে, গোপীশিংগী মরক্তা যূথ কয়া, নত্রগা সম্প্রদায় কয়া নত্রগা কাঙ্‌বু কাঙ্‌বু কয়া থোক্লা খাবদোকলি। যূথ (কাঙ্‌বু) অমমমগী যূথেশ্বরী ( লুচিংবা ) অমমম লৈ অদুগা যূথেশ্বরী অমমমগী সখি নিপান নিপানস্ন লৈ। মতাং অসিদা ঐখোয়না যূথেশ্বরী অপুন্বগী অমস্তং সখী পুন্নমক্কী মশক তাকপদি ওইখোক্তবনা অথোইবী যূথেশ্বরী অনিগা সখী মঙাখক্কী রান্নমগা অসিদং হায়খরে। ঐখোয়গুম্বা অধিকার লৈত্রিবা মানা অশেংবা কৃষ্ণ-উপাসনাগী মতৌ খঙ্‌লুবা থক ইতিক ওইদে। অশেংবা বৈরাগ্য-ভাব পোক্ত্‌না ( লেঙ্‌লি পাল্লিবা তাইবঙ্‌গী পোৎ পুন্নমক্কা অপান্বা থাদোক্ত্‌না ) ময়েং তাবা লৈত্রব' অদুগুম্বা মুংঙাইবা চবুনগী মশক ওইবা পরমাত্মাবু খোরাংজবমক্তনা লৈতাফম খঙ্‌লক্ত্রবা মতমদা অফবা মতিকচাবা লমজিংবীব। গুরুগী পাউভাক্তা ঐগী লেজবা হৌনবা অশেংবা অধিকাব ( হক ) মতুংইন্না চত্ত্‌না হায়রিবা গোপীশিং অসিগী মরক্তা অমগী তুং-ইনজবা অমা ওহগনি। অম্সুন্না সখীগী তুং-ইনবী অমা ওইবা হায়বগা ভাবকী মতুং ইনবা হায়বগা রাফম অমত্তনি। মরমদি— হায়রিবী সখী পুন্নমক অসি ভাবতনা শাগৎপা মুক্তিমক্তনি হায়বদি ভাবনা শক্তম য়াৎপী ঙাক্তনি। কৃষ্ণনা চানজবী গোপীশিংদি ঐখোয়গী যূমদা লৈরিবী নুপীশিং অসিগুমনা ওইবী নুপীগী শক্তমশিং অসিগুম্বী নত্তে অদুগা ভগবান শ্রীকৃষ্ণস্নু ঐখোয় অসিগুম্বা লৈপাক্তা শাবা নিপাহ নত্তে। মরম অদুনা নুপী শাহুনা ঐখোয়না মহাভাবকী শক-লোন ওইবী অদুগুম্বী শ্রীরাধাগী সখী ওইগে হোৎনবা শারুবহ অরেম্বনি, মহুনা অহোযনহুম তোংবগী মহুত্তা মাঙ্‌বনহুম হেনগনি, ইশাগী থম্মোইবু অহানবদা গোপীভাবতা লৈবহ তম্বীগদবনি— মরম অদুতননি গোপী ভাবতদা শ্রীকৃষ্ণবু নীংজনবা থৌশীল লৈরিবা। কনাগুম্বী সখী অমগী ভাবতা চঙ্‌জহুনা ঐনা উপাসনা তৌজরগা, ঐনা চঙ্‌জরুবী সখী অহুনা ঐবু মঙোন্দগী হেন্না রাংবী অতোপ্পী সখী

অমদি মঞ্জরীশিং অসিগী রাক্ষমগা অমত্তনি। মক্ষম অত্থদনা লাই আমমমগী মত্তেংনা অতোপ্পা লাই অমদা চৎপা, মক্ষম অসিদনা ভাব অমমমগী মত্তেংনা অতোপ্পা ভাব অমদা অমুক হোংবা— অসিতনি। অদুম অদুমদি ওইরগা হায়রিবী গোপীশিং অসিগী চান্নবা মশক লৈবা নত্তে হায়বমক্তি নট্রি; অসিগুম্বা ভাবকী শকলোন অমা শাগত্তুনা পুক্কীংনা লেপচবা ঙম্লবা অদুগুম্বা মীওইশিং অদুনদি হায়রিবী গোপীশিংগী মশক মতৌশিং অসিবু অদুম্মক থম্মোইদা লাকশিনবীবা ঙমগনি। শক্লাইদবা ব্রহ্মবু ভাবনা কোক্তবা অদুনা থরবু শাফৈ তৌইওম্মসুং নুংঙাইবগী অমদি ভাবকী মশক লেপ্পবা হোৎনবা হায়বা অসিদি ওইথোকপদা য়াম্নমক রাবা মতৌনি। (মদুদি লুরেন লুবনি, গুরু শিষ্যদা উবা লৈতে)॥ ৭

সর্ব্বাস্তাঃ কেশবালোকপরমোৎসবনির্বৃতাঃ।

জহুর্বিরহজং তাপং প্রাজ্ঞং প্রাপ্য যথা জনাঃ॥ ৮

অনুবাদ। জীবনা তুমখুন হুল্লিভৈ মতমদা প্রাজ্ঞ* গায়না কৌবা চৈতন্য অদুবু ফংবদগী অরা-অনা করিস্ত্ত লৈখিদবগুম গোপীশিনা কৃষ্ণবু উজবা ফংবগী নুংঙাইজবা অদুতনা পেনমনখিবদগী হেন্দুনা মথোযগী কায়ন-মৈশা পুম্নমক অদুবু ঙম্ন থাদোক্লখি॥ ৮

তাৎপর্য্যার্থ—তাইবঙ জীবগী অবস্থা মখল অহুম শুষ্ট মত্তুদি— ১। জাগ্রৎ (তুমদবা), ২। স্বপ্ন (মঙ), ৩। সুষুপ্তি (কন্না তুমখুন হুনবা)। অবস্থা মখল অহুম্মক অসিদা হকচাং মঙুংদা লৈবা চৈতন্য (থঙবগী শক্লক) অদুদি চাং অমত্তদা মওঙ কায়দনা অদুম্মক লৈ। জীবনা তুমদবা মতমদা, মঙ-মঙবদা অমদি কন্না তুমখুন হুনবা মতমদা, জীবগা শাগোন্নরিবা বুদ্ধি অদুতনা ক্ষিবম হাংবা ওইরকই অদুগা বুদ্ধিগী মথা পোল্লিবা হকচাং অমদি ইন্দ্রি-

* প্রাজ্ঞ—কন্না তুমখুন হুনবগী সাক্ষী ওইনা লৈবা অশেংবা জ্ঞানগী মশক।

শিংগীস্থু মগুঙ্ অত্তম্না ফিবম হোংলকই। অ বদি মাম্না তূংলিবা হকচাং অত্তনা মবম ওইত্তুনা নাপনগী মযাই অমা লৈবা মবনদগী (দেহাভিমানী ওইবদগী) মথক্তা চাযহিবশিং অসিবু অঁবতনা ফিবম হোংলিবা ওইনা নীংই। কবিগুম্না নাটা শাংলা (রঙ্গমঞ্চ—লীলা শান্নফম) অমদা পাশিনফ ভেং বা মঙনদা, কনানা অগোই শাই, কনানা ঈশৈ শকই, কনা অমনা নাবক, কনানা কপই, কনানা অমুক তূমলি—অদূবু নাটা শানাদা থাং, না থাউটৈমে অতোদি তোঙান তোঙানবা ফিবমদা লৈনরিবা, অমুক পৌনবিবা নীশিং অদুব উইন্দুনা, মশাগী ফিবমদি থক হোংবা লৈতনা ঙান্দুনা অত্তুম্মক লৈ মতৌ অত্তগুমহুনা হকচাং মনুংদদা লৈব চৈতন্য (খঙ্বগী জ্ঞান) অত্তুনা নাপনগী শাগোম্নববা হবচাং অমদি ইন্দ্রিশিংগী তোঙান তোঙানবা মতৌবু ফোংদোক্লগা মতুংক মশাগক্তি ববিগুম্না ফিন অমত্তা হোংব তৌদনা অত্তুম্মক চৎদুনা লৈ। সাধবশিংগী বাম্লনব বাথলনা মাঙ ওইনবিবা অত্তুগুম্না শাত্রবাব (শ স্ববু শেম্বা-ইবা) শিংন উপাসকশিংগী (লাইনাং লম্বাদা চৎচবশিংগী) খুদোং চাজনবগীদমক হাযত্তুনা অবস্থা অহুম আসগী মনুংচনব নশক অমত্তুমক ওইবা চৈতন্য হাযবা আদিগী মনিং মথক অহুম পোন্না থোনবীবম্মী। তূমদা মতমগী সাক্ষীগী মশক ওইবিবা চৈতন্য অত্তুগী মমিংনা 'বিশ্ব', মং-হাগী সাক্ষীগী নশক ওইবিবা চৈতন্য অত্তুগী মমিংনা 'তৈজস' অনস্থুং বম্না তূমথুন হনবা মতমগী সাক্ষীগী নশক ওইবা চৈতন্যগী মমিংনা 'প্রাজ্ঞ' হাযনা কৌই। শান্তি পামত্তুনা সাধন তৌজবা মাশিংগীদি হাযরিবা হিবন অসি খঙ্জিনবদা যাম্নমক কান্নগদবা লৈ। হকচাং মনুংদা শীনবা থুংনা লৈবিবা শিংলী পুম্নমক্কী চাউ-বাকপা মমিংবু অত্তুম্মক 'শিংলী' হাযনতা খঙ্নরবম্ম লায়েংবগী থবক তমগে হাযরবদি শিংলী খুদীংমক্কী তোঙান তোঙানবা অকক্লবা মমিংশিং অদূবু থক খঙ্জিন্দবা য়াদে। অত্তুগুমহুনা

অবস্থা ( ফিবম ) পূম্নমক্কী ওইবা চৈতন্যগী থায়না থঙ্নবা মমিংনা অদুম্মক 'চৈতন্য' হায়নসি ওইরবস্থু সাধন তৌবা সাধকশিংনদি তোঙান তোঙানবা অবস্থাগী ওইবা তোঙান তোঙানবা মমিংশিং অদু থঙ্জিল্লবা য়াদবনি।

তূমদ্রিবৈঙে মতমদা জীবনা, হকচাং অমদি থোঙ্-থূৎনচিংবা থবক তৌননবা মপানগী ইন্দ্রিশিং অসিনা থবক তৌই অমস্তুং মিৎ-নাকোঙ্নচিংবা মপানগী ওইবা জ্ঞানেন্দ্রিয় ( থঙ্বা ঙম্বা ইন্দ্রি ) শিং অসিনা থোঙ্জেল অমদি অথীবা, ফজবনচিংবা মপানগী ওইবা বিষয়তবু ভোগ তৌদুনা ( চাদুনা ) মতম অদুগী ওইবা মুংঙাইবত্ত ফংলে, অদুগা অমুক নুংনা পামলিবা হিরম অদু রাৎপনা মরম ওইদুনা রারকই। 'বিশ্ব' হাযনা কৌবা চৈতন্যনা তূমদ্রিবৈঙেগী সাক্ষীনি ( বিশ্ব-বিশতি, প্রাবিশতি রূপেণ সর্বেষাং মনঃ,—বিশতি স্বেতরেষু সর্বেষু তন্ত্রেষু—মঙোন্দগী তোঙানবা তত্ত্ব পূম্নমক্তা চঙ্দুনা লৈবা—বিষ্ণু )। মঙ্ মঙ্লিবৈঙেদদি পানগী হকচাং অমদি ইন্দ্রি পূম্নমক লেঙ্বা ওৎপা তৌদনা লৈ, মতম অদুদা জীবনা সূক্ষ্মদেহদা * সূক্ষ্ম ইন্দ্রিনা মাগী মাগী সংস্কার ( হৈনবী, চূনবী, মনাৎ অমদি

---

*সূক্ষ্মদেহ—লিঙ্গশরীর,—কারণভূত ওইবা, বৃপ্লেন কৃপ্পা, ইন্দ্রিনা শোকপা থঙ্বা ঙমদবা অমদি মশকসু উঙমদবা হায়বদি থুপ্পা লৈবা অদুগুম্বা দেহ অমনি। মসিগী পোকপা লৈবা নত্রগা লোইথিবা হায়বদি মাঙ্থিবা থক লৈতে হায়বদি মাগী মশক থক তোংবা লৈতে। মতম পূম্নমক্তা অদু-ম্মক লেঙ্দনা লৈ। মপানগী হকচাং অসিনা মাঙ্খ্রবদা চোংথোরক-লিবা জীব অদুনা অতোপ্পা লোক তান্না চৎপদা মাগী মপান তাংলিবা ( পাম্বৈ ওইনরিবা ) অদুগুম্বা জীববু পুরিবা মহাক অদু হায়রিবা 'সূক্ষ্মদেহ' নত্রগা লিঙ্গ শরীর অসিনি। অসিগুম্বা মিৎনা উঙমদবা কূপথ্রবা, নুংগী ওইবা হকচাং অসিদা মশীং লাকঙমদ্রবা কর্ম্মগী সংস্কার অদু ভূংদুনা লৈ। অহানবা মপোক্কী কর্ম সংস্কার অদুগা লোয়্ননা জীবনা লৈপাক-ঈশিংনা শাবা মপানগী হকচাংদা চঙ্ই। অসিগুম্বা মপানগী হকচাং অসিনা

মসিন্নচিংবা ) মতুংইন্না থবক তৌতুনা লৈ অমসূং সংস্কারগী মতুংইন্না মানা পামলিবা বিষয় অতু ভোগ তৌতুনা ঙাইহাক্তংগী ওইনা হুংঙাইবা ফংনৈ। মদুবু ফংদ্রগনা রাবস্নু মবায়। অসিগুম্বা অবস্থাদদি 'তৈজস' হায়না কৌবা চৈতন্য অতুনা মশাগী ফিবম করিস্নু হোংবা তৌদনা সাক্ষী ওইনা অতুম্মক ঙান্দুনা লৈ। ( তৈজস—জীবগী মঙ্‌ মঙ্‌লিবৈঙেগী অবস্থা, প্রণবকী 'উ" কার )। অতুগা কন্না তূমথুন হুন্নিবৈঙে নতমদদি মপানগী অমসূং হুংগী ওইবা ( স্থুল-সূক্ষ্ম ) ইন্দ্রি

মশক পান্নক্লিবৈঙেদসু লিঙ্গদেহদি অতুম্মক লৈ। মায়াগী কুয়োমনুংদা লৈরি-বৈঙেমশৈদি জীবনা লিঙ্গশরীরদা তূংতুনা লৈ। মথং মথং মুক্তিগী লম্বীদা চঙ্‌শিন্নক্তুনা প্রকৃতিগী কুয়োম ফাওদংনকপা ফাওবদা অসিগুম্বা নুংগী ওইবা হকচাং অসি অতুম্মক লৈ অতগা চাথারবা প্রকৃতি ( *nature* ) গী কুয়োম অদুবু ফাওদংখ্রবদি হায়বদি প্রকৃতিদগীদু লান্থোকখ্রবদি লিঙ্গ-শরীর অসিসু মাং থি। অসুম্না মুক্তি তেক ফংবদা পানগী অমসূং নুংগী ওইবা হকচাং মথল অনিমক লোইনা মাঙ থি। থোকখ্রিব জীব অতুনা অসুম্না মুক্তি ফংলবদদি কুইনা শাগোন্নরম্নবা অতুগুম্বা লিঙ্গ শরীর অদুবু ফাওবা থাদোক্লম্নগা ভগবানগী নিত্যধামদা যৌখিদুনা পার্সদ অমগী মফম ফংজখি। ভগবানদ নিষ্ঠাভক্ত লৈজবা মীনা হান্নগী মপোক্তা তান-শিন্নবপা কর্ম্মফল অতু চাবা লোইবা ফাওবদি লিঙ্গ-শরীরদা অতুম্মক লৈ অতুগা অচম্বা, জীবশিংদি হান্নগী কর্ম্মফল চাবা লোইবগা অমুক মথংগী ফল চাননবা হন্না হন্না পোকপা শিবা তৌদুনতা লৈ। মবম অতুনা হায়রিবা জীব অসিনা কর্ম্মফল পূম্নমক চাবা লোইরবদা নিত্যধামদা ভগবানগী পার্ষদ ওইজবা ফংলুবনিনা মসিদি ( জীব ) কর্ম্মনা ফাজিন্দুনা থম্বা ঙমদে, মাদি নিত্য-শুদ্ধনি ( অতুম্মক কোনশং ওইনতা, লৈ ), অতুনা ভগবৎ-সেবা তৌজবগী অধিকার লৈজৈ। অতুগা করি করিগুম্বদা ধ্রুব গুম্বদি মীরমলেনগী মশা অতুমক্তা অতুম্মক লাইরমলেনদা তিনজবা ফ দু —মতুদি রাখলনা লামলুবা ঙক্ষদ্রবা অতুগুম্বা শ্রীভগবানগী তৌবা ঙম্বা শক্তিতনা ;ওইবনি খঙ্‌নগনি। ( গৌড়ীয় বৈষ্ণব অভিধান, লামায় ৬৭০—৭১ )।

মখল্ল অনিমক অসি তূকথহুনা লৈখি ; করি ভামুক হায়গনি, পূক্লীং অমদি লৌশিংস্থু ( বুদ্ধি ) মাগী মাগী মথৌ তৌনরক্তে। অমদগী অমদা চোংথোক চোংশিন তৌবত্তনা মশাগী মনাৎ ওইবা অহুগুম্বা পূক্লীং লৌশিং অমদি ইন্দ্রশিংনা মরক থল্লবা লৈত্রবনা মতম অহুদা জীবনা 'সুষুপ্তিসাক্ষী' ওইবা হায়রিবা 'প্রাজ্ঞ' অসিগা তিন্নহুনা অপনবা লৈভনা শান্তিগী হুংঙাইবা মতৌবু ফংবা ঙম্মী। অস্থুম্না য়োনা তূমথুন হুমবগী মতাং অসি য়োথ্রবদি অরা অনা করি অমত্তস্থু মমি তাথিদ্রে। হায়রিবসি মী পূন্নমক্লা অহুম্মক খঙ্নরিবা মত্তৌনি, অহুগা মক্ত্রবা তরু তকবা অত্তগুম্বা মখলগী লৈতাজবা হুংঙাইবস্থু মসিনা ফংই—মসি শাস্ত্রনস্থু য়াব, অখঙ্ অহৈশিংনস্থু অনুমান ( মপা লাক্তুনা লেপ্লবা ) তৌনরবা মশাক্রি। অস্থুম্না হকচাং হুংগী হুংদা লৈবা 'প্রাজ্ঞ' হায়না কৌবা চৈতন্য অসিবু ফংলবদি জীবগী য়োনা পোথাজবা ( শান্তি ফংবা ) হায়বহু ওই হায়বসিনা চুম্বা থোক্লবদি অসিগুম্বা 'প্রাজ্ঞ' কৌবা চৈতন্য অসিগী হোরকফম ওইবা অহুগুম্বা মহাক অদূবু ফংজরবদি মতনা কয়াগী মতিক হুংঙাইজবা হায়বহু ওইগদগে, মহুগী মরমদি থস্থহৈবা মাতমা খঙ্বিগনি।

গোপীশিংনা ময়ুন মকৈ কাউথি, মশা মশাবু ফাওবা কাউথোকচখি অহুগা মগানগী ওইবা করিগুম্বা পোৎ অমত্তদা মখোয়গী ইন্দ্রিনা পামলুবা লৈখিদে ; মরম অহুনা থম্মোইহুংদা লৈরিবা 'প্রাজ্ঞ'গা হান্না থেংনহুনা প্রেমনা মিৎ-পাঙ্থোক্লপদা মপান্দস্থু শক্লাইবীরবা অহুগুম্বা প্রাজ্ঞ অহুগী দর্শন ফংজরে ; মরম অহুনা মখোয়গী হুংঙাইবদি য়োনা তূমথুল হুনথ্রবা অহুগুম্বা জীবনা হুংঙাইবা অহুদগী শক্লাক চামা হেনখি,—মখোযগী থম্মোইহুংদনা শক্লাইদবা (নিরাকার) হুংঙাইবগী মহাউ ফংজৈ, মপান্দনা অহুগুম্বা হুংঙাইবহুনা শক্লাইবীবা শ্রীমূর্ত্তিবু দর্শন ফংজৈ। অথোইবা হুংঙাইবগী মশক ওইবা মদনমোহনরূপ উজবদা ভক্তনা হুংঙাইজবা মহুংঙাই অহুগী মান্নবা চাংদমদি

খক লৈবা হৌনদে ; মরম অতুনা মহর্ষিমক্না উপায় লৈত্রহুনা 'প্রাজ্ঞ'গা ফংনবগী হুংঙাইবা অতনা খুদম ওইনহুনা শ্রীকৃষ্ণবু ফংবগী হুংঙাইজবা অতুগী চাউরাকপা ইঙ্গিত খরদং তুক উৎলম্বতনি।

মহর্ষিনা তাকপিরি—"জহুর্বিরহজং তাপম্" হায়বদি গোপীনা কৃষ্ণগা কায়নবগী মৈচাক 'পুম্বা থাদোকখলে। মসিবু তারুরগা ঐখোয়গী করি তোংজবা লৈবগে ? অতুগা গোপীশিংনা কৃষ্ণ কায়নবদা রাজরগবু ঐখোযদা অমাঙ্বা করি থোকপগে ? মখোয়না কৃষ্ণ দর্শন ফংহুনা অরাবা কোকচবগস্নু ঐখোযগীদি করিদবু থোইগৎলকফম লৈবগে ? গোপী মখৈহু ঙন্না শিগে শিজখিসনু, চঙ্গে চঙ্সনু —মহুনা ঐখোয়গী অমাঙ্ অতোং করিস্নু লৈতে। গোপীগী মফমদগী ঐখোযনা করিগুম্বা ফিদম খবদং ফংবা তাববদি মখোযগী অবস্থা ( ফিবম ) অহুতদি ঐখোযনা মুন্না তাশিনফম থোকই। মুন্না খন্নহুনা যেংলবদি অসিগুম্বা গোপীশিং অসিগী অবস্থাশিংদগী ঐখোযনা যাম্নমক তমশিনফম থোকপা শক্লক যাওরি। তশেংবমক গোপীগীদি কৃষ্ণগা খক কায়ন-শেংনবা হায়বহু লৈতে, গোপীদি ভগবানগা থরায অমত্তা ওইবা ঙাক্তনি, মরম অহুনা মখোযগীদি কৃষ্ণগা কায়নবগী অন্নাবহুস্নু খক লৈতে। গোপীনা অচম্বা মীওই ঐখোযদা খঙ্হনবীবিবদি অসিনি—হুংঙাইবগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণতবু দর্শন ফংজরবদি লোইরে--জীব অদো লোইবা খম্বা লৈত্রবা মওঙ্গী শান্তি অহুম্মক ফংজরবনি।

তশেংবমকস্নু মহুনি, ঐখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী রূপপু নীংশিংলগা খন্নহুনা যেংলবদি শোয়দনমক খঙ্বা ঙম্মী, হুংঙাইবগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণ অদুবু উজবা ফংদবতনা ঐখোয়না অরাবা নংলিবনি। হুমিৎ হেক খুদীংগী ওইনা ঐখোয়না অযুক অমদগীনা অযুক অমা ফাওবদা, অমদি পোকপদগীনা শিবা তানবা ফাওবদা খেংনরিবা অরা-অনা কয়া অসিগী চামা থোকপগী শক্লক মচেৎ অমা ফাওবগী ওইনা শান্তি

ফংনা হুংঙাইবা হায়বত্থ থক ফংবা লৈতে। মথ্রগী মরমদি—কৃষ্ণ কায়নবতনা ওইরিবনি, মদূবু ঐখোয় কনানা থক খঙ্নরুবা লৈতে। অরাববু অরাবনি হায়ছুনতা ঐখোয়না ফমত্থনা অত্থম লৈথোকই। মতম শাংনা নম্রগা মপোক কয়া চঙ্না ঐখোয়না অস্থম অরাবা খাঙ্ছুনতা লাকপনা মমৈদদি মত্থনা ঐখোয়গী হৈনবীত্থম ওইথরে; মরম অত্থনা মত্থ কোক্লনবা হোৎনরুবস্থ লৈত্রে। কনাগুম্বা নিপা অমনা করিগুম্বা মরাল অমগীদমক মতম খরদংগী ওইনা কৈশুমশঙ্দা অমুক্তং লৈরুবা থোক্লবদি মহাক অত্থ মতম পুম্নমক্তা মথরায় হুংঙাই-তনা লৈ; অত্থগা মতম শাংনা কৈশুমশঙ্দতা অস্থম লৈরক্লবা মী অত্থগীদি কৈশুমশঙ্গী অরাবা অদূবু মমৈদদি অস্থম অস্থম হৈন-রকই; মহাক্লা খুৎশূমন ফংবস্থ নত্তনা, নীংলুবস্থ লৈতনা, পোত্থাদনা থবক অত্থম তৌরি; মিৎকূপ অমত্তংগী ওইনা লোম্না পোত্থারুবদা মানা শিবা য়াবা চৈফূস্থ খাঙ্লি; অত্থগা অহাঙ্বা মতম খরদং ফংলক্লবদনা মাগা মান্নবা অতৈ বন্দী মচৌম্মনাউশিংগা নোকমিন্নত্থনা ফাগি-জুগাইস্থ তত্তনা অত্থম মর্তৌনৈ। মানা ময়ুম-মকৈ অমদি মাগী মী কনাবুস্থ থক নীংশিংলকপা লৈতে। ঐখোয় অসিগী অবস্থাস্থ মসিমক্নি। মপোক কয়া কয় ঐখোয়না তাইবঙ্ কৈশুম-শঙ্লেনগী খাঙ্-ভমদ্রবা চৈনাখোনতমক খাঙ্ছুনা অস্থন লাকলি; অসিগুম্বা চৈনাখোল অসি হুজীক্তি ঐখোয়না খাঙ্বা হৈনরকলে; মরম অত্থনা অত্তৎপা চৈত্রবা অরা-চৈনা মরত্তস্থ অমুক নূপী অঙাং হায়না কৌবা মাগী মাগী কর্ম্মফল চারব (মপূক থন্নবা) অত্থগুম্বা কৈশুম শঙ্লেনগী অতৈ বন্দীশিংগা লোয়ননা হরাউ-তয়াম কয়া অমস্থ তৌনত্থনা লৈরি। অশেংবা ইশাগী ইয়ুম অমদি মশাগী করিস্থ য়েংবা লৈখিদ্রবা অত্থগুম্বা অশেংবা মরূপ অদূবুদি ঐখোয় পুম্নমক্লা লোইনা কাউথোক্লখরে—আনন্দময়বু মাঙ্হঞ্জরে (অশেংবা হুংঙাইবা হায়বদূবুদি থোওইনা থাদোক্লখরে)—মরম

অতুনা (হৃজীক ওইরিবা) অসিগুম্বা ফিবমদা ঐখোয়না লৈমবতনি। ইথরায়না যোনা পামজবা অতুগুম্বা অশেংবা স্বরূপ অতুগীদমক ঐখোয়না গোপীগুম কপচবা ঙম্বপা হুইং অতুদদি শোয়দনমক উবা ফংজগনি, মাঙদা শ্রীমদনমোহনরূপনা ঙানবারগনি— অতুগুম্বা হুনিং অতুদনি ঐখোয়না অনা-শনা পুম্বা কোকচগদবদি।

---

তাভি র্বিধূতশোকাভি র্ভগবানচ্যুতো বৃতঃ।
ব্যরোচতাধিকং তাত পুরুষ, শক্তিভি র্যথা ॥ ৯

অনুবাদ। ঐশ্বর্য্যনচিংবা মশাগী স্বরূপ শক্তিশিংনা কোয়না ঙানবগুম, ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অরা অনা কানস্থ চেন্দ্রবা অতুগুম্বী গোপী-শিংনা কোয়না থৌগন তৌদুনা ঢাল্লি ॥ ৯

তাৎপর্য্যার্থ—ব্রহ্মাদি সৎ-চৎ অনস্থং আনন্দগী মখৈতনি; মব-অতুনা থোইদোক্তে। ফজবা নীংথিনগী রাদি থমখো, কবিগুম্বা থোইদোকপা; মশক অমা লৈত্রবা পোৎ অদুদি লৈ হায়বব্ব থঙদে। অতুগুম্বা থোইদোকপা। শক্তম অমা লৈবা নত্রবা পরব্রহ্ম অতুমক্তা চবুন অতুনা মীরনলেনগী ওইবা নত্তবা (প্রকৃতি মত্তুবা) নীংথিবা মতৌনা শক্লাইবীবকপা অমস্থং হ্লাদিনীনচিংবী মশাগী শক্তি-শিংনা কোয়না যানতুনা ঙাবাবা অতুগুম্বা মহাউ অতুতনি ভক্ত সাধকশিংনা খায়দগী হেন্না পেমজবিবদি। অতুগুম্বা শকফম অতুগী চাংদম্নীংঙাই ওইবা পোৎ কবিস্থ লৈতে। অস্থুন্না মনাই ভক্তশিংবু কৃপা পীনবীনবগীদমক চাংদমনীংঙাই লৈত্রবা, প্রকৃতিগী নত্তবা অতুগুম্বা মতৌগী হুংঙাইবনা শত্তম য়াৎপিতুনা শ্রীবৃন্দাবনদা ঙান-বীররিবনি ॥ ৯

---

তাঃ সমাদায় কালিন্দ্যা নির্ব্বিশ্য পুলিনং বিভুঃ।
বিকসৎকুন্দমন্দারসুরভ্যনিলষট্‌পদম্ ॥ ১০
শরচ্চন্দ্রাংশুসন্দোহধ্বস্তদোষাতমঃ শিবম্।
কৃষ্ণায়া হস্ততরলাচিতকোমলবালুকম্ ॥ ১১

অনুবাদ। শরৎ-থাংনগী মেঙলবা মঙান্না অহিংগী অমম্বা শুম্নমক কোকহল্লবা, ঈথক্কা মশক ওইববা মখুৎনা যমুনানা মোল্লবা লৈংঙোই মপৈবু লৈতেম মান্নবা শীন্দোক্তুনা নীংথিজহল্লবা, ফুগাযনা শাংপী কুন্দ অমদি অংকোৎ-মপালনা শুংশিংকী ইপোমদা তোংহুনা কোযনা শীন্না মশা মশাগী লৈনমবু যোংবা— মুংঙাইবগী মশক ওইববা অদুগুম্বা যমুনা পুলিনগী মফম অমদা শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংবু পুবী-ববলে ॥ ১০ ॥ ১১

---

তদ্দর্শনাহ্লাদবিধূতহৃদ্রুজো
মনোরথান্তং শ্রুতয়ো যথা যযুঃ।
স্বৈরুত্তরীয়ৈঃ কুচকুঙ্কুমাচিতৈ-
রচীকপন্নাসনমাত্মবন্ধবে ॥ ১২

অনুবাদ। শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন ফংজবগী নুংঙাইবনা গোপীশিংগী থম্মোই-মৈশা অপূম্বা বোনচখরে—শ্রুতিগুমনা মখোয়গী পূর্ণা'দা শান্তিতনা লৈতাখরে। থনাযগী মবূংদোনা লেঙশিনবানবগী দমক মখোয়না থাবোম কুঙ্কুম তৈনবা মশাগী ইন্নফিনা খুদা ওইনা থানরক্লে ॥ ১২

তাৎপর্য্যার্থ—বেদদি জীবগী থম্মোইতদা তুংহুনা লৈবনি। থরায় পানবা জীব পুম্নমকী অপূনবা শক্তম অদু ব্রহ্মনি। মরম অদুনা বেদদি ব্রহ্মাদগী পোল্লকপা। ওইবনা ব্রহ্মাদগী থাদোরক্লিবা অদুগুম্বা জীবগী থম্মোইদসু শোয়দনমক বেদ-লৈফম থোকপনি। কনাগুম্বা মীওই অমনা মশামকপু মথক্তা হায়রিবা জীব পুম্নমক অসিগী অপূনবা

শক্তম অদুমক্তি হায়না খঞ্জবা ওম্বা থোক্লবা ; অদু ওইরবদি ঈশ্বরগী থোক্নাম্না বেদ-পুরাণমক মাগী থম্মোইদা অদুম্মক মথন মথন্নতা ওাম্থোক-চবকনি। হুজাবনবস্তু পিশক পীক্লবা ঐ.খায়গী ফিবম অসিদা মিৎনূপ অমত্তগী ওইনম্তু অপীকপা অচোবা নত্রগা অপোবা অকুপ্প, যেক্লবা-য়েক্লদব, তমবা মচেবা অনিনচিংবগী থূববা ( পীক্লবা ) রাখলশিং অসিবু পূমনাউ লেক বাউথোক্লগা ইশাগী থম্মোইবু মপান্দগী মনুংদা মমায় লৈশিনহনবা ওমজববা অদু ওইনবদি হৃদক অত্তমক্তদা উবা ফংজক্কনি, বেদদি ঐখোয়গী থম্মোই লকা লাত্তমদ অদুম্মক সনাগী ময়েক্লা যেত্তুনা লে। মতম অদুদদি মৈশা লাং-ঙুববা পুক্লীংনা লৈতানা পোখাওবা ফংলবদগী মশানা অদুম্মক তক তক খঙজ-উজরকদনা লৈ। বেদদি খোম্থোক্কা মশক্তি ( শব্দময় ), খোম্থোক অসিতনা বেদগী অঙ্গপ্রত্যঙ্গনি (হকচাং মপূম অমদি কায়া অমমমনি), মরম অদুনা খোম্থোক্কা মপাংগলনা অদুপকা নাত্তব লৈবিনখেদি বেদম্তু অত্তমক লৈগনি, অদুগা অসিগুম্বা খোঙে। খোম্থাক অসিনা চংবা যাদবা অদুগুম্বা মফম অত্তদদি বেদগী শব্দক লোইরে—চমলে, অমুব মাগী চঙফম লৈত্রে। ঐখোযম্তু খোজেংনা খোম্থোক শীডিঙ্মহনা ডাং না লাউংবিমখেদি অদু মঙাই, থক লৈত্তাবা ফংলোই, অদুগুম্বা তোঙান তোঙানবা পুনীংবা অর্থ কয়া থোক্লা পুবা য়াবিবা খোম্থাক অদূবু থাদোক্লবতদা পোখাজবা ফংগদবনি। হায়নিবাস ঐখোযনা মিৎনূপ অমত্তগী ওইনম্তু তরু তরু অদুম্মক উবা ফংনারিবনি। ভগবাননা তাকপিবা লৈ—

"যদা তে মোহকলিলং বুদ্ধির্ব্যতিতরিষ্যতি।
তদা গন্তাসি নির্ব্বেদং শ্রোতব্যস্য শ্রুতস্যচ॥"

হায়বদি, "নঙগী নবুদ্ধি নরৌশিং অদুনা অরানবা কয়াগী রাংমা লাম্থোকচরকপা ওম্বা মতম অদুদদি নঙনা হান্না তাগ্রবা অমদি তাকম থোকপা হিরম পুম্নমক্তা করিম্তু হৈনীংলক্তবা অমা পোক্লকনি॥"

শুকদেবনা হায়রি,—শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন ফংজরবদা গোপীশিংনা শ্রুতিগী মশক ওইবা হায়বদি বেদগী মশক ওইবা পূরীংগী হায়বদি কামগী মশক ওইবা অদুগুম্বা পূরীং লাঙ্‌হন্নবগী মচাক পুম্নমক অদুগী রাংমা লাম্থোকপা ঙমখি। অসুম্না মখোয়না মপূংফানা মৈশা লোকপা ওইদুনা লৈতাজবা ফংখি। বেদনা, মাগী কর্ম্মকাণ্ডদা (বেদগী কাণ্ড অহুমগী মনুংচনবা কাণ্ড অমা—বেদগী শরীক অমা) খোম্থোরা মরম ওইদুনা খঙ্‌হনবা ইন্দ্রনচিংবা লাই মখল কয়া বয়াগী মশক মচুনচিংবা থারি, যাগ-যজ্ঞনচিংবা থবক-থনা কয়াগী মরমদা শন্দোক্লা তাকলি অদুগা অদু অদুগুম্বা থবক-থনাশিং অদুনা পীরকফম থোকপা, পূরীংনা মিতানীংঙাই ওইবা মহৈগী রাম্থু কয়া থোক্লা উংলি; অদুবু মদুগী পল্লেপফম—পোথাফম অমা উৎপদি মঙমদ্রে;—অদুম্না অদুম্মক বেদনা মশাগী খোরাংবা অদুদি থক কোকহঞ্জবা ঙমদে। মথংদা জ্ঞানকাণ্ডনা "অতন্নিরাস" * তৌদুনা তায়বদি খোম্থোক্লা রাহৈনা খঙ্‌নরিবা তাইবঙ্‌ পানবগী পোৎ পুম্নমক অমদি থবক-থনা পুম্নমকপু থিংদুনা শল্লগা ফংগে তাল্লিবা 'খোম্থোক্তবা' (অশব্দ) পোৎ অদুতবু তাশেংনা য়াবা ওইদুনা মশাগী খোঙ্‌চৎ অদু লেপখি। ব্রজগোপীশিংস্থু রানা কাত্যায়নী পূজা তৌজদুনা অমদি মশাগী অরাবা কয়া খাংফদুনা বৃন্দাবন- উমং পুম্নমকপু শীনবা থুংনা শেত্তুনা ফাক্রুনা কয়া থিজরবমক্তুদসু ফংজনীংবা পোৎ ফংখিদে,—মখোয়না তোকথোকপসু ঙমখিদে। মমৈথঙ্‌দা মখোয়না মশাগী তৌফম থোকপা (পানগী হকচাংনা তৌফম থোকপা) অদুগুম্বা থবক পুম্নমকপু করিস্থু অমত্তা থৌশারক্তুনা তাইবঙ্‌ পানবা পুম্নমক

* অতন্নিরাস—ব্রহ্মাগী মশক লেপ্পবা হোংনবদা অতৈ পুম্নমকপু থাদোকপা। নূংনচিংবা মথং মথং ফাওদোক্লগা মণি লৈফমদগী মণি তান-বগুম ব্রহ্মবু ফংগে হায়বগীদমক প্রকৃতিনচিংবা পোৎ পুম্নমকপু থাদোকপা মতৌবু 'অতদ্বস্তু নিরসন' হায়না কৌই। গৌঃ বৈঃ অঃ দ্রাঃ ২৩

অসিবু কান্নদ্রবা উৎ-রাইগুম থল্লক্তুনা খ্বাযদগী হেনবা শাইদাংফম (পরমাশ্রয়) অদুগীদমক লাঙ্‌তক্নরকখিবা থূদক অদুমক্তদা উজবা ফলবথি--বেদনা তাহ্লিবা খোন্থোক্তবা পোৎশক অদুনা মুক্তিমক পান্না মখোযগী মমাঙ্‌দা চপ লেপ্লিরবনি। পূন্নমবপু থাদোক্তুনা শ্রুতিনা থূদোম্বী থিন্দুনা তাক্লম্নগা পোথাখিবা অদুগুম্বা পোৎশক অদুবু গোপীশিংনা মমিৎনা সংশং উজবা ফংলে, মবম অদুনা গোপীনা ঈথৌ লাংলম্বা 'পুম্বা কোকচবে। অমুম্না গোপীনা ব্রহ্মবু থিন্দুনা-তাক্লম্বা-শ্রুতিগুম মপূং ফানা লৈতাজবা ফংলে। অম্মুম্না শ্রুতিনা খোন্থোক যাওদবা পরব্রহ্মবু থিন্দুনতা তাক্লম্নগা মথং তাবা খোন্থোক অমরুদি থিবা ঙমখিদে। মবম অদুনা পোথাবা তাখি অম্মুম্না গোপীগী পূন্নাংনা, বেদনা তাকলিবা পরব্রহ্মগী মহাউ তংজব ফংলদুনা মদুনা মহৈ যানজবা ওইখারে।

ব্রহ্মবু মশক থংদনা থোযনা খোঙ্জেলনা, খোন্থোক্না নভ্রগ রাহৈনা অতোপ্পগী মফমদা ব্রহ্মবু তাক্লনা হোংনকনা শাহ অমদি অতে অতোপ্পা মতশিংবু লাহৈনা বক্তুনা ইশাগী মতপু বলহৎবা ইফি-তাখৎলি; অদুবু মসিংদি অবেপ্পনি মতুদি, বাহৈনা মচান কাড্‌থোক-ফম লৈতবা অদুগুম্ব মফম অদুতদা পূর্কাং অসিগী পান্নপফম ওই-রিবনি। শ্লোক অসিগী অশেংবা অর্থদি মসিমাক্ন অমসুং বেদন তান্নবিবা অশেংবা মশক অদুসু মসিতনি।

শুকদেবনা হায়রি—"গোপীশিংনা মপূর্ক্নাংগী পান্নপাফম খঙ্‌-জখরে।" অদুগা অসিমসু হায়বি মতুদি—"মথুরাযগী মবূংঙোনা লেঙ্‌শিনবানব মফিনা থুদা (ফিদা) থারি।" পূন্নাংগী মথা তাফম অমা অমুক লৈএবদা অম্মুম্না অমুক তৌবিবসিমক্তি করি থোদো হায-বন্নেনো ? —কবিগীদমক অমুক সেবা পামলিবনো ? প্রেমগী মতৌদি অসি ঙাকনি। প্রেমদি থক মবন্নাই ওইজবা তান্দে। প্রেমনা, সেবা তৌদনা লৈজবসু ঙমদে,—কান্নবগী নত্তে, কান্নদবগী নত্তে, সেবা

তৌদনা মানা থক লৈজবা ঙমদে। শ্রুতিনস্তু হায়রি—মুক্তি ফংহুনা লোইথ্রবা মী ফাওবনা মশানা পামজবা মুক্তি অমা নাইহুনা ভগবানগী সেবা তৌজে।” রাক্ষম অসিবু জ্ঞানী অমদি যোগীশিংমক্তদি য়াবীত্র-বস্তু প্রেমিক অমগী মক্ষমদদি মসিনা মাগী তশেং তশেংজবা মতৌনি। মরমদি, প্রেমগী মনাংতি—সেবা অসিত্তনি। মশাগী ঈকাই খুম্নবা, মশাগী মরম্নাই নুংঙাইজনীংবা, মশাবু লুনা তৌবা—অসিগুম্বগী মায়কৈদা প্রেমনা থক হন্না য়েংলুবা লৈতে। নুংশিক্ষম থোক্লিবা পোং অহুতগী সেবা তৌজবনা প্রেমগী পেনজবনি। ‘কাম’ হায়না খঙ্নরিবা সংসার অসিগী ওইবা অমকপা প্রেম অসিদস্তু মসিগী মমি তাববুদি উই, অমরোমদা অমুকস্তু মসি লোনন-লোথুপ-যাওত্রবা লুনা তিন্নবা অহুগুম্বা মক্লপকী কা-দস্তু থেংনৈ। মরম অহুমা প্রেমিক ভক্তনা ভগবানগী সেবা তৌজবসিদি মশাগীনি, মসিদি অমুক হায়নবা নাইত্রবা রাক্ষমনি। ভক্তগী পূক্নীংনা সেবাগীদমক লাঙ্তক্লজবদুত্তবু উনীবদগী ভগবাননা শক্লাইবীহুনা মশানক্লা সেবা লৌবিহুনা মনাই ভক্তবু হেন্না হেন্না নুংঙাইহনবীরি। সংশঙ্না অস্তুন্না ভগবানবু হকথেংননা উজবা ঙমদবশিংনা, ভগবানগী অশাবা মূর্তিগী সেবা তৌজবতদস্তু হাইফেংতি অহুম্মক পূক্নীংগী শান্তি ফংনজবা ওই ॥ ১২

> তত্রোপবিষ্টো ভগবান্ স ঈশ্বরো
>
> যোগেশ্বরান্তর্হৃদি কল্পিতাসনঃ।
>
> চকাশ গোপীপরিষদ্গতোঽর্চিত
>
> স্ত্রৈলোক্যলক্ষ্ম্যেকপদং বপুর্দধৎ ॥১৩

---

অনুবাদ। সমাধি সিদ্ধ ওইরবা যোগীশিংনা মাগী মাগী থম্মোই থম্বান্দা মাগী লেঙ্শিনক্ষম থুদা থানজরিবা—জীব অপুম্বগী নুংদা শীনব। থুংনা লৈবীরিবা অহুগুম্বা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গোপী ময়ামগী মযায়দা

মখোযনা কচ্চবা ফিগী আসনদা ( খুদাদা ) লেঙ্শিনবীহুনা তম্বা থোক্লবা মরোল অহুমগী ওইবা ফজবা নীংথিবা মতৌ পুম্নমক্কী তাংজকম ওইবা শক্তমনা চাংনা-লেমনা ঙাম্মোইবীরকলে ॥ ১৩

তাৎপর্য্যার্থ — শুকদেবনা হায়রবই ;—যোগীগী থম্মোই আসনতদা লেঙ্শিন্দুনা চানবীবা অহুগুম্বা ইবুংঙো মহাক্না গোপীনা থাজবা ফিগী আসনদা মরোল অহুমগী ফজবা পুম্নমক্কী অপুনবা শক্তমদা ঙাম্মোইবীরকলে। তশেংনমক যোগীমক্কী থম্মোই আসনদদি ভগবাননা অস্থক নীংথিবহু থক ওইদে। ফজবা নীংথিবা মখল অনি শুই মহুদি —পানগী ওইবা নীংথিবা, খুংগী ওইবা নাংথিবা। পানগী নীংথিবা ফজবনা শক্তা, খুংগীনা গুণদা। মপানগী মিৎযেংতনা যেংবা মখোয় অহুনা মাওইবা হকচাংগী শক অমদি ফিজেৎ-লৈতেংনচিংবগী অথক-অরংনচিংববু উবদা থাগৎনৈ অহুগা খুংগী মিৎযেংনা যেংবা মীশিং অহুনা থৌজাল হৈবা অমদি পূকচেন চাউবনচিংবা গুণবু উবতদা শুক্লংলি। মপাংগল মথৌনা লৈবা নিংথৌ অমনা মমান্নবা নিংথৌ অমনা কৌবদগী মামক্কীগা মান্ননা লৈতেংলবা নীংথিবা কোম্খুংদা চঙ্হুনা মাগী মতিক চাবা সনাগী তাঙ্বন্দা ফম্লরবদা—মপানগী মিৎয়েংদদি কয়াগী মতিক চাং লেম্না নীংথিজরিবা ; তৌইগুম্বস্থুং মহুদা খুংগী ওইবা ফজবা মতৌদি থক উরুবা লৈতে। মতিক মগুণ চাউ-রবা নিথৌ অহুনা লায়বজবা নিপা অমনা লুনা কৌজবদা হরাউ হরাউনা মাগী থাঙ্পোকশঙ্ অহু তান্না চত্নুনা নিপাহুনা থাজবা কৌনাফক অমদা ফম্বিররবদি মহুনা মাগী ফজবনি—অহুতদা মাগী নীংথিজবা অযাম্বা ভাবকী ফজবা অহুনা অরোইবা মায়কৈ-ঙমথৈ ফাওবা য়ৌনা ঙাম্মোকখি। তশেং তশেংবা খঙ্দ-উদবা লৈত্রবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা, সমাধিনা শূদোক চামথোক্লবা, মাতগী শরুক ওইবা অহুগুম্বা শেংলবা যোগীগী থম্মোই আসনদা অন্তর্য্যামী ওইনা ঙাম্মোইবীরবা মতমদা—মহুনা ইবুংঙো মহাক্কী অহুক হাক্না ফজবা

হায়বত্থ ওইদে ; মসিদি মশানা ওইজবা তাবনি, মসিদা য়েৎলুক্ষম অমদি তারুক্ষম থোকপা করিস্থ লৈতে। ইবুংঙো মহাক্না, পুম্নমক থাদোক্লবী, বনদা লৈজবী গোপী নহাশিংনা হুংশিনা কৌজবা মীকৌদা যমুনা পুলিনদা লেঙ্‌বিরক্লগা, শীজিন্নরবা মখোযগী ফিমন অত্থনা থুপচিল্লগা থাবা থুদাদা মূর্ত্তিমক পান্দুনা স্বয়ং লেঙ্‌শিনবীরকখিবা মত্তম অত্থমক্তদা 'অতোনবগী মরূপ' হায়বা ইবুংঙো মাগী মিংলেন অসি অমুক্না হেন্না লংথৎলকই—ইবুংঙো মহাক্কী শ্রীমুখদগী থোকখিবা —"সমোহহং সর্ব্বভূতেষু" হায়বত্থমক্কী মশক শেংনা থঙ্‌বা ঙম্মী—খূদক অত্থমক্তদা ইবুংঙো মহাকমক্না তাকপিখিবা "যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহম্" হায়বা য়াথং অসিগী লেপ্পা মহৈ য়ানবা হায়বত্থ ওই,—খূদক অত্থমক্তদা "থৌজানগী মপু" হায়বা মাগী মিংলেন অত্থগী য়াইবুং মখোলস্থ হৌনা থোক্লকই। অত্থগুম্বা ফজবা মতৌ অত্থদি যমুনা পুলিনতা নত্তে—শ্রীবৃন্দাবন উমংতস্থ নত্তে—ভারতবর্ষতগী রা ঙাকস্থ নত্তে—অত্থগুম্বা ফজবগী মঙান অত্থনা মরোল অহুম শীন্না মঙান শন্দোকখি। ভক্তশিংনা ঙসি ফাওবদা অত্থগুম্বা মঙানগী পান্থৈতনা সাধন-মার্গগী মায়কৈ লেপ্পরি। নাপনগা লোয়নরবা দুর্য্যোধনগী বার্ত্তোন ফংত্থনা লেঙ্‌বিরক্লবা শ্রীকৃষ্ণনা সনাগী পাত্র-তদা হাপ্পা হাউর-হাউরবা নিংথৌগী চীন্দম-পোৎশিং অদুবু হাবীখিরম্বা থোক্লবদি কনানস্থ রাফম অদুবু ঙসি ফাওবদা থক নীংশিংনরমলোইদবনি। তৌইগুম্বস্থং তোল্লবা বিত্থরগী চেক্থূপ অত্থনদি মহাকপু মতম পূম্নমক্কী ওইনা মক্ত্রবা মঙান চেলহাল্লি। মরম অত্থনা তত্ত্ব মশক খঙ্‌লবা শুকদেবনা তশেংনমক তাকপিরমলিবনি মত্থদি, —'গোপীগী থম্মোই আসনদা ঙানবীরম্বা মানা গোপনিংঙোনগী ফিগী আসনদা লেঙ্‌শিনবীত্থনা থোইনা হেন্না নীংথিজখরে।' ঐখোয়গী হুংগী থম্মোই অসি ফাওবা নীক্লকই ; ব্রজ-নহা ওইবীশিংগী মফিনা কংপা ফিদাদা ঙাম্মোইবীরিবা অত্তগুম্বা যমুনা-পুলিনগী পরমেশ্বর ভগবানবু অমুকস্থ হন্না থুরুমজৈ।

"হে কৃষ্ণ করুণাসিন্ধো দীনবন্ধো জগৎপতে।
গোপেশ গোপিকাকান্ত রাধাকান্ত নমোঽস্তুতে॥ ১৩

থৌজানগী সমুদ্র ওইবা, অতোন-অতাংগী মরূপ ওইবীবা, জগৎ পুম্নমক্কী মবুংঙোম্‌ ওইরিবা, হে গোপ শাগৈগী মপু—গোপী অমদি শ্রীরাধিকাগীসু থরায়গী মবুংঙো ওইব-ও হে কৃষ্ণ! নঙ্‌বু ননাইনা খুরুমজে॥ ১৩

---

সভাজয়িত্বা তমনঙ্গদীপনং
সহাস-লীলেক্ষণ-বিভ্রমভ্রুবা।
সংস্পর্শনেনাঙ্ককৃতাঙ্ঘ্রিহস্তয়োঃ
সংস্তুত্য ঈষৎকুপিতা বভাষিরে॥ ১৪

---

অনুবাদ। ভগবাননা উংাপখিবা পামজ্রবা মতৌ অদুদা গোপী-শিংনা হাইফেৎনা রারৌখি অদুগা হজীক খঙ্‌হৌদনা দর্শন পীবিররবা অসিদনা হরাউজবনা থেংই; মরম অদুনা থোয়রুম মোমোন মীনোক লোয়নবী মায়থোংদা থোইথোইবা মিৎচি মিংয়েংনা য়েংদুনা মুংশি-মুংওনগী ওইনজবী মতৌ অমদি মতম্বাক্তা থাংগত্তুনা মাগী মখুৎ অমদি খোঙ্‌ নোইজবা মতৌ অদুনা পেঞ্জবগী মতৌ ফোঙ্‌-দোক্তুনা কাম পোকহন্নবগী মশক ওইবা অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণবু অসুম্না হায়জররকই॥ ১৪

---

তাৎপর্য্যার্থ—লঙ্‌নদুনা ফাগী তৌবদা হৈ-শিংবা নায়কপু উজ-রবদা ওইন-চাউবী নায়িকা (চান্নবী) অদুনা তৌবা হৌনবা মতৌবু মথক্তা হান্না য়েক্লগা থংনবা মখাদনা, মতম কুইনা খৌরাংজরক্লবা ভগবানবু দর্শন ফংজবদা ওইবা হৌনবা—অরাংবা থাক য়ৌনা কাখৎ-লক্লবা অদুগুম্বা প্রেমিক অমগী থায়দগী রাংবা ভাব অদু উৎলি॥ ১৪

শ্রীগোপ্য উচুঃ ॥

ভজতোঽনু ভজন্ত্যেক এক এতদ্বিপর্য্যয়ম্ ।
নোভয়াংশ্চ ভজন্ত্যন্য এতন্নো ব্রূহি সাধু ভোঃ ॥ ১৫

অনুবাদ গোপীশিংনা হায়জরকই—'হে কৃষ্ণ ! সংসার অসিদা মথল অমগী মীওই কয়ামরুম লৈ, মখোয়না মাবু নীংলগা নীংবা হায়বদি হুংশিরগা হু শিবা ; কনা কনাগুম্বা অমনা মাবু নীংদ্রবসু নীংবা অতুগা কনা কনাগুম্বা অমনা অমুক মাবু নীংজরবসু নীংদবা, নীংলুদ্র-বসু নীংদবা—মসিগী মবমদা নঙ্না ঐখোয়দা শন্দোক্না তাকপিয়ু হায়বদি হায়রিবশিং অসিগী মহুংদা নহাক অসি করম্বা মথলগী মী-ওইনো মত্ত হায়বিয়ু ॥ ১৫

তাৎপর্য্যার্থ—মপান থাংদনা ইবুংঙো মাগী ফজদবা লোনচৎ অদুবু মামক্কা শ্রীমুখদগী তাজনীংতুনা ঙাক্না হৈ-শিংলবা ফাগিগী রাঙাঙ্ মান্না ফোংদোকলি অতুগা থম্মে ওলুংনা পামজরিবনা ভগবাননা করিগীদমক্তা ভক্তগী মকাদা লেওুনতা লৈবাগিবনো অতুগা কনা বনাগী মকাদনা ইফোং-ফোংনা হেক্রুমক ফাওবিতুনা লেঙ্দনা ঙাম্হোইবীবনে—রাফম অসিবু ইবুংঙো মামক্কা শ্রীমুখদগী থোক-হল্লগা মদুবু তাইবঙ্ পানবদা শন্দোকহনাংবগী মতৌনি। মসিদা, হৈ-শি-বা মতো অমা উবা ফ লিব অসিগুম, থুন্নবা মাধুর্য্য ভাবনসু তিল্লি।

ভগবাননা অন্তর্ধান তৌবীখ্রবদ বৃফতনা থরায় ওইনবী গোপীনা কা-হেন্না ওইনবা মতৌনা থম্মোই মহুং চাকথেকখি ; থাঙ্-হুমদ্রবা অরা মৈশা লাংখি অমদি হুংশি-হুংওন রারো-পূকচেননা তপথফম খঙ্জখিদে। থৌজানবীহৈবা ভগবাননা অমুক হন্না মথন্তা অতুম্মক ফাওদোকপিররবদগী ঙমখৈ লৈতনা মখোযনা রানরম্বহু কোকচখি ; মখোয়না পেনজবা অমদি হুংঙাইজবগী ঙমখৈ লৈখিদে। মমাঙ্দা ঙাল্লিবা সচ্চিদানন্দ ওইবা মদনমোহনরূপ অদুবু দর্শন কংজরবদা

মখোয়না ঙমখৈ লৈতনা হুংঙাইজরবদস্মু মখোয়গী অশাউবা ওইনবগী ভাব অতুমদি মখোয়গী থম্মোইদা হুজীকস্মু অতুম্মক মশেন মরাং ওহনা মমি তারি। মরম অতুনা থম্মোই কল্লবা ভগবানবু য়াহৈ অমা অনিদং তাহল্লবদি মখোযগী থম্মোই অতু ঈংজবা ঙমখিদে। হুংশি হুংওনগী ওইনবা মতোদি অস্মুন্নতা তোরিবনি। মীবমলেনগী হুংশিনবদা অস্মুম্না তোনবা মতো অসিবুদি অযাম্বনা অতুম্মক খঙনবীরিবনি, ঐখোয়স্মু খঙজে স্মদুবু প্রকৃতিগী মতো নত্তবা অতুগুম্বা ভগবৎ-প্রেমদস্মু অস্মুম্না অস্মুম্মক খল্লুবা য়াবব' য়াদবরা—মতুমক্তি ঐখোয়না খঙলুবা লৈতে। লোথূপ লোকোই য়াওদনা ভগবানদা প্রেম হাপচবা ঙম্নবা, প্রেমনা হেক হাতুনা ভগবানবু মাগীমক্তি অস্মুন্না হেক হায়জবা ঙম্নবা অমদি ভগবানগী মফমদা মখোয়গী অকিবা হংগোইবা বরি অমত্তা লৈত্রবা অতুগুম্বা মীশিং অতুতনদি মসিগী মরম শেংনা খঙগনি॥ ১৫

শ্রীভগবানুবাচ।

মিথো ভজন্তি যে সখ্যঃ স্বথৈ কান্তোত্তমা হি তে।
ন তত্র সৌহৃদং ধর্ম্মঃ স্বত্মানং তদ্ধি নান্যথা॥ ১৬

---

অনুবাদ ভগবাননা পাউথুম পীবিরকই,—হে সখী পুম্নমক। অমবু অমনা মহৈ মহৈ নীংনবা হায়বদি অমনা হুংশিরগা অমনস্মু হুংশিবা—অতুগুম্বা মখোয অতগী মতো অতুদি মশাতগী য়েংবা মতু শিনি, মরম অতুনা মখোয়না হুংশিবিবদি মশা মশাতবুনি, অতুনা মশা মথন্তবু নীংজবনি—অতুগুম্বা মনুংশি অতুদদি অশেংবা (ওইজবা তান্দবা) মতো অতু লৈতে—ধর্ম্মস্মু য়াওদে। মরমদি, মতুগী মনুংশি অতুনা মরম্নাই তান্দবা হাযবতু ওইদে॥ ১৬

---

তাৎপর্য্যার্থ—গোপীশিংনা ভগবানদা হংবা য়াহং অহুমথক্তি—১। নীংলগা নীংবা, ২। নীংলুদ্রবস্মু নীংবা, ৩। নীংলুরবস্মু

নীংবিরক্তবা, মীংলুক্রবস্থু নীংবিরক্তবা। মখোয় অসিগী মরক্তা নঙ্না করম্বা মখলগী মীওই ওইরিবনো? মতুগী পাউখুম মথং মথং ওইনা ভগবাননা পীবিরকলি।

শ্রীমদ্ভাগবতনচিংবা ভক্তি শাস্ত্রনা তাকপা অমস্তুং ফংগে তাল্লিবা পোংশক্তি লেঙ্দবা হুংভাইবা চবুননা তাশিন্দুনা ওইবা অতুগুম্বা ভগবানগী পরাশ্রয়স্বরূপ ওইবা মূত্তি অদূতবুনি। অতুগুম্বা ভগবান অদূবু ফংগে হায়রবদি লোনম-লোথুপ য়াওদবা ধর্ম্ম হায়বদি মরম লৈতবা (অহৈতুকী) ভক্তি অতু লৈবা তাই। মসিগী মরমদা ভাগবতকী অহানবা স্কন্ধগী ইহান হানবা অধ্যায়গী অনিশুবা শ্লোকতা হায়রি—

"ধর্ম্মঃ প্রোজ্ঝিতকৈতবোঽত্র পরমো নির্ম্মৎসরাণাং সতাং,
বেদ্যং বাস্তবমত্র বস্তু শিবদং তাপত্রয়োন্মূলনম্।
শ্রীমদ্ভাগবতে মহামুনিকৃতে কিংবা পরৈরীশ্বরঃ,
সদ্যো হৃদ্যবরুধ্যতেঽত্র কৃতিভিঃ শুশ্রূষুভিস্তৎক্ষণাৎ॥"

হায়বদি মহামুনি বেদব্যাসনা লেংবা অসিগুম্বা শ্রীমদ্ভাগবত অসিদা নাপল য়াওদ্রবা অতুগুম্বা পূকচেন তপ্পবা ভক্তশিংগী সাধন তৌবদা মতিকচাবা অশেংবা অথোইবা ধর্ম্ম ( পরমধর্ম্ম—খ্বায়দগী হেন্না কান্নবা ওইবা অতুগুম্বা তৌফম থোকপা অথোইবা ) অতুগী মশক তাকলি অতুগা মসিদা জীবনা খঙ্ফম থোকপা অরা অনা মখল অহুম ( ত্রিতাপ ) মকপু মাঙ্হনবা ঙম্বা মঙ্গল পুম্নমকপু পীনহৈবা অতুগুম্বা পরমসত্য ( খ্বায়দগী হেন্না চুম্বা ওবা ) ওইবা পোংশক অতুগী মশক তাকলি। মরম অতুনা অতোপ্পা শাস্ত্র অতৈ অমগী থক কাম্নরুবা লৈতে; থরায়না পামনা অমদি থাজনা অসিগুম্বা শ্রীমদ্ভাগবত অসিবু তাজরবদি থীন্দনমক শ্রীভগবানবু থম্মোইদুংদা অতুম কোনজবা য়াই। মুন্না খিজিল্লকপদা মীরমলেনগী ওইবা করিগুম্বা ফল অমগী অপাম্বা মতৌ অমা হেক্তেমক লৈরম্বা অতুগুম্বা ধর্ম্মদি 'সকৈতব' হায়বদি ওইদবা ধর্ম্মনি,—মদূবু থক ধর্ম্ম কৌরুবা য়াদে, অতুগী

দমক্তনি ভগবাননা ত্তাকপিরিবা—মখোয় অমগা অমগা নীংনবা হায়বদি অমনা নীংলগা অমনস্মু নীংবা, কান্নবা ত্তৌরগা কান্নবা ত্তৌবকপা, নুংশিরুবগা নুংশিরকপা—মসিদদি ওইজবা য়াওদবা মতৌ ( সৌহার্দ্দতা ) অত্থু থক যাওদে, ধর্ম্ম হাযবত্তুস্মু নত্তে। মত্থুদি মহৈ মহৈ নীংনবনি, অন্নায অথুমনি নত্রগা ইপোৎ লাম্বোক্লগা মীপোৎ লৌবনি, অমনা মতেং পাংবদা অমনস্মু মতেং পীবনা লম্মন শিং-লকপগী ভাবনি, অমবোমদা হাযবগা অসিগুম্বা মত্তৌদি নু শিববু লৈবা য়োনবা ত্তৌনবতনি। অস্নুম ত্তৌনা লাই নত্রগা ভগবানবু নীং-জবদস্মু মত্থুগী মহৈ তাল্লুববদি ( ক্বিগুম্বা মহৈ অমা ফংনবগীদমক ওইববদি) মত্থুমক কারিস্মু কান্নবা ওহদ ব —লাইনাং লাইশোল হাংবত্ত নত্তবে। মচা নত্রগা মবল ফংলীংত্থুনা ঈশ্বরবু নাংবা, নত্রগা স্বপ ফংনাংবা—অসিগুম্বা লাইনাংগী মকদি ( সূক্ষমদি ) মচা মবল অত্থনি ফংগে তাল্লিবত্ত মচাগা নত্রগা মবলগবুনি, ঈশ্বরনা চৈপ্পাক মদুবু উবি খঙ্বিরিবনি। মত্থুম্বা লাইনাং অত্থুদা শাগানবিবা ভক্তিগী শক্তাক খরদং অত্থুদি মতে অমদা তেবা ভক্তি নত্তে—মচা মবল অনি অত্থুদা ত্তৌবা ভক্তি মতাংনা—মদুবু লাই নত্রগা ঈশ্বরদা ত্তৌবি-বনি হাংকুবা যাদে। অসিগুম্বগী লাইনাং আসস্মু লৈবা যোনবগা পীথোক পীশিনা ত্তৌনবা মত্তে অত্থুগা নখেতনি। কি যোনবা মীনা শেল লৌশিন্দনা থক কি পীংকপা লৈত্তবা, অবেবা মীংস্মু কি ফং দনদি থক শেল লাংম্বাত্তবা—অত্থুগুনত্থুনা লাইনা মচাগা মবলগা পীগনি, অত্থনা মীনা মাবু নাৎনগনি. ঈভাৎ থৌনি ত্তৌনগনি—লাইনা মচাক মবল পীগনি—মসিদি শেংলবা লৈবা যোনবগী মত্তৌনি। কৃষ্ণ ভজনগীদি অসিগুম্বা লৈবা যোনবসি লৈত্তে—পীথোক পীশিন অমদি অন্নায় অথুমগী ভাব কারিস্মু যাওদে।

লাৎনরিবা লাই-নিপা নূপীগী মূত্তিশিং অসিমক্তদা ঐখোয়না উবা ফংই, লাই কনানা বব পীবিরি, কনা অননা 'কিগনু' অস্নুম্না হান্নবি,

কনা অমনা অমুক য়েক্লববু মাঙ্‌হনবীরি; তৌইগুম্বসু়ং শ্রীকৃষ্ণগী মূর্তিদি মহু পুম্নমক অমতা য়াওদে; মুংঙাইবগী মশক ওইরবা শ্রীকৃষ্ণদি হকচাং ফিহুপ অহুমদা লেপ্লগা তাইবঙ্‌ শুম্বাৎপী মুরলীডদা ঈশৈ শকপিহুনতা অস্লম দৈ। তশেং তশেংনা মাবু নীংজবশিংনা মাবু ফংজে, অহু নত্তবা অমনদি থক ফংগদবা লৈতে,—অতোপ্পা করিগুম্বা অপাম্বা অমনা মাঙ্‌হেক থারুবদা মাবু থক ফংগদবা লৈতে। মাঙ্‌বা তাকপা নাইবা কান্নদ্রবা পোৎশক অমদগী লোইনাইদবা মুংঙাইনবু থক ফংলুগদবা নৎতে। অসিগুম্বা মাঙ্‌বা তাকপা নাইরিবা পোৎ পুম্নমক্কা লৈনবা মরী পুম্নমকপু থাদোক্লগদি লেঙ্‌দবা মুংঙাইববু লেপ্পা অহুম্মক ফংই, মসি তত্ত্ব খঙ্‌বা মী পুম্নমক্কা লেপ্পা অহুম্মক খঙ্‌নরবা রাকমনি, অসিমু মহুনি। করিগুম্বা অনীংবা অপাম্বা অমতং হেক লৈরিবা অহুগুম্বা মকমদাদি কৃষ্ণ থক লৈতে; অপাম্বা করিগুম্বা অমতা য়াওদ্রবা অহুগুম্বা মফমতদা লেঙ্‌দবা-মুংঙাইবগী-মূর্তিমক ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা ঙাস্থোইহুনা লৈবি। মখোয়বু নীংলুরগা মখোয় অহুনসু নীংবিরকপা, কান্নবা তৌরুরগা কান্নবনা লম্মন শিংলকপা, মুংশরুরগা মানস্থ মুংশিবারকপা অহুগুম্বা মখোয় অহুগী মরক্তদি থক ভগবানবু চনশিল্লুবা য়াবা মরম লৈতে—মসিনি ভগবানগী মতৌ নত্রগা অভিপ্রায়দি।

তৌইগুম্বসু়ং শাস্ত্রদদি ঐখোয়না উবা ফংই, নীংববু নীংলুদ্রবদি থক ভগবানবু ফংলুগদবা লৈতে; মরম অহুনা শাস্ত্রগী মত মতুংইন্না নীংলবদি মানস্থ ঐখোয়বু নীংবিরিবনি হায়বদি কৃপা পীবিরিবনি। ইবুংঙো মাগী শ্রীমুখমক্কা তাকপিখ্রিবনি—

"যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহম্‌।"

মানা মানা পামজবা মতুংইন্না মানা মানা পামজবহু ঐনা ঐবু নীং-জবশিংদা হেক হেক পীনবি।"

মসি ভগবানমক্কী য়াথংনিদি হায়ববু মসিমক্তি ভগবান নত্তবা

অতোপ্পা কবিগুম্বা পোৎ অমগী অপাম্বা লৈবা অদুগুম্বা মীওইশিং অদুগীদমক্তা বাফম অসি তাকপিবিবনি ( মবমদি মখোয়না নীংলিবদি অপাম্বা পোৎ অদুতবুনি, অতৈ অমবুদি নত্তে হায়বদি ভগবানবুদি নত্তে)। গোপীনা তাল্লিবদি শ্রীভগবানবু ফংজব হায়বা অদুগী মখৈতনি, অতৈ অমবু নৎখিদে। অম্সুম্না ভগবানবু ফংবা হায়বা অসিদসু নীংবু নীংলুদ্রবদি ওইবা যাবা পোৎ নত্তে—মসিসু অচুম্বা রাফমনি, অদুম ওইনমক শ্রীভগবানদি মাবু মীনা নীংবিবকপা অদূতবু অম্সুম ঙাইত্তনা থক লৈতে, মাবু মীনা নীংহন্নীংবা, নীংহন্নীংদবসু কবিসু লৈত্তে। অসিগুম্বা নীংবা মনীং অসিদা মীবমলেনগী মনীংগা মান্নদ্রিবা, তোঙান্নবিবদি অসিনি—মীবমলেনগী নীংনবা মত্তৌ অসিদদি মাচঙ্ অনিমক্লা মহৈ মগৈ নীংনবগী হায়বদি কান্নবনা কান্নবা পুবকহন্নীংবা ভাব অমমম লৈনৈ, অদুগা ভগবানগী লাইনীং লম্বীদদি ভক্তসু ভগবানসু অনিগী মবক্তা কনানসু কবি অমত্তবু প ন্নবা লৈতে। মরম অদুনা ভক্তনা নীংলগা ভগবাননা মশাবু পীথোকপিবকপা অসিগুম্বা মত্তৌমক লৈদুনসু অসিগুম্বা মনীং অসিমক্তি মীবমলেনগী চৎনবিবা, মী মশেল নী নবিবা অসি-গুম্বা মত্তৌগদি পূমওন ওন্ননা লৈবা মওঙ্গীনি। লীক্লাই অমদি লৈপাক্লা শাবা পোৎ অমগী মহুংদা জবাকুসুম অমা থম্লবদি মক্ত্রবা লীক্লাই ( লাকলি ) দনা জবাকুসুম অদূবু অদুম্মক মশক শেংনা উগনি। অদুগুমদুনা লৈপাক অদুগী মহুংদা লৈবা জবাকুসুম অদূবুদি থক উকবা লৈত্তে। অদুগুমদুনা, গুণ-না তিনবা ( মশক নাইবা, অসিনি হায়না তাক্লাংঙাই লৈবা—অফবনি, ফত্তবনি,—ফজবনি অথীবনি হায়বনচিংবা; মশক অমা যাৎনীংঙাই ওইরিবা অদুগুম্বা ) পোৎতদা পুক্লাং হাপ্লা অদু তোক্লবদি তরু-তরুববা মাগী থম্মোই মিংশেল অদুদা হুংঙাইবগী মশক ওইবা অদুগুম্বা মূর্ত্তি অদুগী মঙান অদুম্মক তারক্কনি, গুণনা তিল্লিবা হায়বদি লৈখোম-লৈনাংনা

থংলিবা থম্মোই অতুদদি মতু থক ওইগদবা নত্তে। অসিগীদমক্তা ভগবাননা তাকপিখ্রিবনি--"য়েংউ সখিশা! কনাগুম্বা ভক্ত অমনা নীংজরগবুদি লেপ্পমক ঐনা কৃপা তৌবি হায়বসিবুদি অচুম্বনি; অতুমদি ওইরগা মতু—ওইজনীংবনা মাঙথাবা, লৌনম-লেখুপ্পা তিনবা মীরমলেনগী মনীং অতুগুম্বনদি ওইদে অতুগা মতুগী মহৈ ওইনা ফংলকপা হৌনবা অতুগুম্বা মীরমলেনগী ওইবা মতৌগী লম্মন-মশিং অতুস্মু নত্তে। মরম অতুনা হে সখি পূম্নমক! ঐনা. ঐগী ভক্তশিংদা মানা মানা নীংজবা, পামজবা মতুংইন্না হেক হেক অতুম্মক কৃপা পীনবীবা ওইতুনম্মু নখোয়না হংলিবা অহানবা ব্রাহংগী মমুংচনবা মীশিং অতুগী মমুংদদি ঐবু চনশিনগদবা নত্তে।

নুংঙাইবা হাযবা অসিতনা ব্রহ্মগী মশক্তি; মসি শ্রুতিনা হায়রিবা রাফমনি; ভগবান শ্রীকৃষ্ণস্মু নুংঙাইবগী মূর্তিনি, মসিস্মু ঐখোয়না গীতা, মহাভারত অমস্যুং পুরাণগী প্রমাণ উত্তূনা নৈনজগ্রে। মরম অতনা ভগবানবু ফংবা হায়বসিগা, ময়েং তাবা নৈত্রবা খ্বায়দগী হেন্না নুংঙাইবা (লেংদ্রবা) অতবু ফংবা হায়বগা রাফম অমত্তনি, খেন্নবা করিস্মু নৈতে। মাঙবা তাকপা নাইবা পোৎনা পীবা অতুগুম্বা মনুংঙাই অতুগী অপাম্বা নৈবা মফম অতুদদি লেংদ্রবা নুংঙাইবা হায়বসি থক নৈতে,—লেংদ্রবা নুংঙাইবগী নৈফমদি পরিগুম্বা অনীংবা, অপাম্বা অমত্তস্মু নৈতবা অতুগুম্বা মফম অতক্তদনি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মনাই উদ্ধবতা তাকপিখি—

"দুঃখং কামসুখাপেক্ষা সুখং দুঃখসুখাত্যয়ঃ।"

হায়বদি মাঙবা তাকপা নাইবা পোৎতগী নুংঙাইবা ফংনীংলুবনা রাননবত্তা ওইহল্লি, অরাবা নুংঙাইবা করি অমত্তা থিরুদবা মফমদনা নুংঙাইবগী মশক ওই। মরম অতুনা পোৎতগী নুংঙাইবা ফংনীংলুবিমখৈদি কৃষ্ণ ফংবগী আশা থক নৈতে। মরম অতুনা ভগবাননা গোপীশিংনা ফিদম ওক্লনতুনা অচম্বা মীওইনা খঙজনবা কৃপা তৌবীরি॥ ১৬

**ভজন্ত্যভজতো যে বৈ করুণাঃ পিতরৌ যথা।**
**ধর্ম্মো নিরপবাদোঽত্র সৌহৃদঞ্চ সুমধ্যমাঃ ॥ ১৭**

**অনুবাদ।** হে নীংথিজবী পুন্নমক ! খোজাল হৈবা মীগা অমদি মপা-মমা ওইবশিংগদি নীংদ্রবস্থু অতুম্মক নীংবি। অসিগুম্বা মনীং অসিদদি তরু-তরুবা ধর্ম্ম হায়বতু লৈ অতুগা তশে৲না হুংশিবা মতো-নস্থু তিল্লি ॥ ১৭

তাৎপর্য্যার্থ—মীরমলেন অসিগী নীংনবা মনাংন অমদি হুংশিনবা মহুংশি অসিদি লৌনম্বনি হায়বদি ওইজনাংবনা মাগী মতোনি—মাস শাস্ত্রনস্থু য়াবা অতুগা তরু-তরুনস্থু অতুম্মক উনরিবা রাফমনি। অতুমদি ওইরগা, অসিগুম্বা মীরমলেন অসিমক্কী মহুংদা মশীংলোমদদি অতুক হাক্লা য়ামদ্রবস্থু, মীনা মখোয়বু হুংশিবীবা হুংশিবীদবা থিদনা, শম্মন খুন্নরুবগী রাখল লিং৲লুবা তৌদনা অতোপ্পবু অতুম্মক হুংশিবীবা অমদি কান্ননবা তৌবীবা অতুগুম্বা কনাগুম্বা মীওই খরস্থু অতুম্মক ময়াওই। অমবোমদা, সংসার অসিগী মহুংমক্তদা ওইজ-নীংবগী শরূক য়াওদবা অতুগুম্বা হুংশিবতু করিগুম্বদা লৈরম্বা থোক্লবদি মতু, অপোকপা ইপা অমদি ন উকোনবীরকপী অতুগুম্বী ইমা অতুগী থম্মোহ লনাম্নুংতদা লৈ। মচানা ভক্তি তৌদ্রবস্থু (কিনা লুনা চত্রবস্থু) মমা মপা ওইবনা মচা শুইববু অতুম্মক হুংশিবি অমদি লুনা চান্না অতুম্মক তৌবি। অসিগুম্বা মতৌগী নীংবা মনীং অমদি হুংশিবা মহুংশি অসিগী মহুংদা ধর্ম্মস্থু যাওই অতুগা হুংশিবস্থু অতুম্মক লৈ। থোজান হৈবা মীনা মাগী কান্ননবা তৌবীবদা ধর্ম্ম লৈ অতুগা মপা মমা ওইবগী পূকচেননা মচাবু হুংশিবা অতুদস্থু হুংশিবা অমদি চানবীবা মতোনা তিল্লি। ভগবাননা তাকপিবা লৈ— অসিগুম্বা থোজল হৈবগী নীংবা মনীং অমদি মপা মমা ওইবনা নীংবিবা মনীং অসিস্থু ফনদি কৈ চুম্মী, অদূবু মতুগী মহুংমক্তদস্থু ঐ অসিনা লৈবদি নত্তে। অহানবমক্তদা—নীংদবশিংবু নীংলুবা লৈতবা

—অদুগুম্বগী মরক অদুদসু ঐ অসি লৈতে ; অনি শুরকপদা—থৌজাল হৈবগী থৌজাল অমদি মপা মমা ওইবগী হুংশিবা মহুংশিদগীসু ঐগী থৌজাল—ঐগী মহুংশিনা পূমতোপ তোপই। থৌজাল হৈবা মীগী থৌজান্দি মাগী সত্বগুণ অদুগী মতৌদং উৎচবতনি। মী অমগী অরাবা মতৌ উরগা থৌজাল হৈবা মীগী মেঙ্লবা থম্মোই অদু হেক্তমক কল্লকই, মরম অদুনা মহাক্না থৌজাল উত্না মশাগী ওইজবা থিরুবা লৈতনা হেক্তমক অরাবগী অরাবদু কোকপিনীংই। ঐদি, মীরমলেনগী ওইবা, অফ-ফত্ত হায়দুনা লৈরিবা গুণ পূম্নমক অদুগী রাংমদা লৈবা লেঙ্দবা হুংঙাইবগী মশক্নি ; মরম অদুনা অতোপ্পনা রাবদা ঐনা রারুবা থক লৈত্তে অদুমদি ওইরগা ঐগী থৌজানবুদি ঐনা অত্তম্মক হেক হেক পীবি। মপা মমাগী হুংশিবা মহুংশিনা মচা হায়না খঙ্নরিবা মাগী মাগী অরেপ্পা মীশকশিং অদুগী মকাতদা লৈবনি, ঐগী হুংশিবদি ব্রহ্মাণ্ড অপূম্বদা শুংনা শীন্দোক্লনা লৈ। অদুনা ঐগী থৌজাল, ঐগী হুংশিবা মহুংশি অসিদি কবিগুম্বা মরম অমত্তগী থক ওইদে ; ঐদি থৌজাল হৈবনি, হুংশিবীহৈবনি—ঐগী থৌজান্দি পূম্নমকী মফমদনি, ঐগী হুংশিবা মহুংশিদি অথোই অহেন নাইবা তৌদনা অত্তম্মক লেঙ্দনা লৈজবনি—মদূবু জীবনা লৌজবা ভয়গা লোইরে।

"সমোহহং সর্ব্বভূতেষু ন মে দ্বেষোহস্তি ন প্রিয়ঃ।
যে ভজন্তি তু মাং ভক্ত্যা ময়ি তে তেষু চাপ্যহম্॥"

মরম অদুনা নথোয়গী অনিশুবা রাহং—নীংলুদ্রবস্ত নীংবা হায়বসিগী মহুংদসু ঐ অসিনা থক লৈরুদে॥ ১৭

ভজতোঽপি ন বৈ কেচিদ্ভজন্ত্যভজতঃ কুতঃ।
আত্মারামা হ্যাপ্তকামা অকৃতজ্ঞা গুরুদ্রুহঃ॥ ১৮

অনুবাদ। কনা কনাগুম্বনা আত্মারাম (মথন্তনা মথন্তদা নুংঙাইজবা) ওইনৈ হায়বদি মপানগী মিৎযেং য়াওদে, কনা কনাগুম্বনা আপ্তকাম হায়বদি মপূক্নীং থুংদবা কৌবা লৈতবা, ইপেন্দমক পেন্থোকপা হৈবা, কনা অমনা তৌবীমল খঙ্দবা অমস্তুং কনা অমনা গুরুদ্রোহী ওইবা হায়বদি নাগী ফননবা তৌবীবা মীগীস্তু মাঙ্ননবা তৌবা—মখোয অসিদি নীংলুরবস্তু নী লক্তে; অদুনা নীংলুদ্রবদি নীংলক্তে, নীংলকপস্তু লৈতে হায়বসিদদি করিবু গায়রু-নীংঙাই লৈগদগে ?॥ ১৮

---

তাৎপর্য্যার্থ—পোপীশিংগী অদুম শুবা রাহংদি—নীংলবস্তু নীংদবা, নীংলুদ্রবস্তু নীংদবা, মখোয অসিগী মরক্তা নহাক অসি লৈবরা অসিনি। গোপীশিংনা থাজে৹ ভগবানগী মফমস্তু মখোয অসিগী মরক্তা য়াওবি। শ্রীকৃষ্ণনা মদূবু খঙ্বিখি; খঙ্বিবনা মরম ওইদুনা তাকপিরি, মখোয অদুগী মরক্তা ঐ লৈতে। মখোয়গী মরক্তা য়াওরিবা আত্মারাম ওইবা মীশিং অদুদি মশাগী নুংঙাইজবা অদুগী মায়কৈতদা অদুম য়ে শিন্দুনা লৈ, মখোয়গী মিৎয়েংনা থক মপাল্লোমদা য়েংথোরকপা লৈতে। ঐ অসিমকস্তু আত্মারামনি. অদুবু আত্মারাম ওইদুনস্তু ঐদি পূম্নমক শীনবা থুংনা য়েংবা তাই; ঐদি অতৎপা লৈতনা মপান-নাইদ্রবা ব্রহ্মাণ্ড অসিগী মপান নাইদ্রবা জীবগী মখুং-মপান অনিমক তু-না য়েংদুনতা অস্তুম লৈবা মরমনা হায়খ্রিবা মখোয় অদুগা ঐগদি থক মান্নবা হায়বত ওইদে। অদুগা আপ্তকাম ওইবা হায়বদি মথন্তনা মথন্তবু পামজবা অত্তগুম্বা মীওইগীদি মপান্দা য়েংথোকপা মিৎয়েং লৈন-লৈনমক মতম্না থক তৌনীংলুবা লৈতে। অদুনা মহাক অদুনা কনাবুস্তু থক নুংশিরুবা লৈতে। ঐ অসিমকস্তু হায়রিবা আপ্তকাম অদুমক্নি—অদুম ওইদুনস্তু

ভক্তগী অনীংবা ইচ্ছানা ঐবুস্নু অদুম অনীংবা ইচ্ছা পোকহল্লি ; মরম অদুনা মখোয় অদুগস্নু ঐগা খক চাংদম্নরুবা য়াবা থোক্তে। অস্নুন্না তৌবীমল খঙ্দবশিংগী মরক্তস্নু ঐ অসিবু চনশিল্লুবা য়াদে ; মরমদি —ঐদি ভক্তনা নীংঙবা মশক অদুমক মহৈ ওইনা (ঐনা) মখোয়দা হেক হেক পীনবি। অদুগা গুরুদ্রোহী হায়বদি কান্ননবা তৌবা মীগী মাঙ্নমবদুম তৌবা অদুগুম্বা পাপীশিং অদুগা ঐগা চাংদম্নবস্নু খক য়াদে মরমদি, ঐ অসি পাপীশিংগীদি 'ঋম'মক ওইরিবনি।

অস্নুম তৌনা তরা-তরুক, তরা-তরেৎ অমদি তরানিপান শুবা শ্লোক অদুম অসিদা হৈথোই-শিংথোইরবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হৈ-শিংলবা গোপীগী লাংথাক রাঙাঙ্শিংগী (পাখোঙ্গী) লুরবা কোঙ্গোই কিশি অদুমদগী মশানা লায়না নাম্বোকলমবীরি। ঈবুংঙো মানা উৎপিরি, অফবদবু ওইরবস্নু ফত্তবদবু ওইরবস্নু, মীওইবগী লোনচৎ শাজৎকা ঐগদি করিগুম্বদস্নু খক মান্নবা ওইদে। ঐ অসিদি সৃষ্টিছাড়ানি (সৃষ্টিদা য়াওদবা—তাইবঙ্ শেবাৎপা—ভ ইবঙ্ খুৎশেম মনুংচন্দবা)॥ ১৮

---

নাহন্তু সখ্যো ভজতোঽপি জন্তূন্
ভজাম্যমীষামনুবৃত্তিবৃত্তয়ে।
যথাধনো লব্ধধনে বিনষ্টে
তচ্চিন্তয়ান্যন্নিভৃতো ন বেদ ॥ ১৯

অনুবাদ। হে সখী পুম্নমক! লায়রবা মীনা, লাইনা পীবিবা মরল অদুনা মাঙ্খ্রবদা অদুগুম্বা মরল অদুগী রাখন্দা লুপশিন-খিবনা অতৈ অমত্তবুস্নু খঙ্বা ঙমশিল্লক্তবা অদুগুমনা ঐগী ভক্তনস্নু অতৎপা লৈতনা ঐতবু খনবদা জগৎ অসিবু হেক কাউথোকচবা

ঙম্মী, অছুতনা ঐনা ভক্তমকপুস্থ নীংলুদে হায়বদি দর্শন পীবম্লগা অমুক হেক্তমক মাঙ্ই ॥ ১৯

তাৎপর্য্যার্থ--রাস-লীলাদা মীবমলেনগী ওইবা মুংশি মুংগুন মতৌনা কৃপশিন খজিল্লম্বন্থ হুজীত্তদা হাংদোক্লবে, ভগবানগী শ্রীমুখমক্তগী ইবুংঙো মানা ভগবান ওইবাবগী মতৌ অদুমক ফোং-দোকপিরে। ভগবাননা মাগী মরাল পুম্নমকপু অস্নুম্না কন্থোক-পিখিবা অসিনস্থ লোইবীদ্রি ; হান্না হায়থ্রবা অরাবা ফংহনবীবগী মরক অতুদস্থ শেংলবা মাগী মুংশিবাহৈবগী মতৌ য়াওবদুস্থ উৎপিরি। মীরমলেনগী ওইবা অরা-অনা পুম্নমক কোক্তনা মতম কুহনগীদমক ভগবানবু ফংহুনতা অদুম লৈনীংলবদি ভগবানবু লোইবা নাইদনা অদুম খন্দুনতা লৈবা তাই। মবম অসিস্থ চপ-মান্নবা মওঙ্ অমনা থূদম উত্নুনা তাকপিব। অসিগুম্বা লন-থুমগী অপাম্বা খোরাংবগী মবমদি ঐখোযনা মথক্তস্থ নৈনজগ্রে ; মদু ভগবানমক্সস্থ হুজাক অমুক তাকপিবকনি। পৈশা অমবু ঐখোয়না য়ামথ্রবা মমলগী পোৎ ওইনা খল্লি, অদুবু ( যামথ্রবা মমলগীনি, অতাঙ্বনি অস্নুম্না খল্লিবা অদুবু ) মাগী মানওা উৎ-চাইহুনা, উবাক্তা চন্দনগতনা ভক্ত শাজিন্নহুনা, লম্বী-লমথাঙ্দা থুত্তা হরিনামগী মালা-থাউদং যানশিল্লগা পুক্রাংদনা পৈশা, পৈশা হায়নত্তা অস্নুম শোন্দুনা চৎলি। ভগবানবু ফংনবা হোৎনবদা চন্দন অমদি মালাগী কবিস্থ খোইনা কান্নবা লৈতে, কান্নবিবদি পুক্নীং অসিতনি, অতৎপা লৈতনা ধ্যান তৌজবা অছুতনি। অতৎপা লৈতবা ধ্যান হাযবসিদি কবম তৌই ?—মতুমক ভগবাননা তাকপিবি। মাদি খঙ্দ-উদবা লৈতবা অন্তর্য্যামিনি—মাদি ঐখোয়গী পুক্নীংগী রাখল পুম্নমক খঙবি ; মরম অতুনা মানা তাকপিরি—'হে বিষযদা লূপ্লবা মীওইবশা! নরল-নথুমগী মরমতদা নখোয়না যৌনা হকচিন্না পামশিন্নরিবা অছুগুম্বা মতৌনা ঐ অসিবু নীংজো, নরল নথুম মাঙ্থ্রবদা তুমদ

চাদবমথৈ মতুতগী চিন্তা তৌতুনতা লৈবা অতগুম নথরায় রানা ঐবু অতৎপা লৈতনা ধ্যান তৌতুনা লৈজৌ। লনথুম ফংলম্বদগী মতুনা মাঙখ্রবদা লোইনাইদনা খন্দুনতা লৈ; অতুগুমতুনা ঐবুস্ু কনাগুম্বনা ফংলম্লগা মাঙখ্রবদি মতৌ অতুগুম্না ঐতবু অসুম লোইনাইদনা খন্দুনা লৈ। মরম অতুনা ঐনা কৃপা পীবিনাংবা মী অতুগী মকাদদি অমুক্তং ঐবু উহল্লম্লগা অমুক অমুক চীকমাঙ মাঙই। লোইরা খম্বা লৈতবা মতমগী ওইনা ভগবানবু ফংগে হায়রবদি ববম্ব মখলগী ধ্যান তৌকম থোকপগে হাযবতু জীববু খঙহনবীনবা হোৎনবনা শ্লোক অসিগী মরু ওইবা পান্দমনি। মতুদা গোপীনা খূংলাই ওইনবিবংনি।

অমকপা অকাম্বা ওইনা লৌতুনা রাস-লালাবু থৌশাবীদবা মীশিং অতুনা ভগবানগী য়াথংশিং অসিবু তাশিনবায়ু অতুগা রাস-লীলাগী রারম অসিবু হেক তাবতদা জগোই শাগৎনবিবা অতুগুম্বা শেল লৈরগতা লোইরে খনবা মীওইশিং অতুনস্ু মতাশিনবায়ু। সংসারবু সুংশিরিবা মতৌ অদূবু মরুফনা থুংজাক্লগা ভগবানগী শ্রীচরণদা কথোক্কদবনি। গসি তারবমতুদস্ু হান্নগী অমকপা পূকচেল অতুনা অতুম্মক লৈবা থোক্লবদি মতু, শান্তোকঙমদ্রবা লাইবক থীবতননি নভ্রগা মীবুতা নমথাক তৌনগী মতৌনি। ভগবানদি, সংসার সমুদ্রগী রাংমদা লৈবাবনি অতুনা মফম অসিগী মবী খজীক্তং লৈরিমথৈদি মাবু থক ফংলুবা ঙমদে। ফংবীনীংবশি না হোৎনতুনা অমুক্তং যেংবীয়ু. তৌইগুম্বস্ুং ঐখোয়গীদি আশা লৈজদ্রে ॥ ১৯

এবং মদর্থোজ্ঝিত-লোকবেদ-
স্বানাং হি বো ময্যনুবৃত্তয়েঽবলাঃ।
ময়া পরোক্ষং ভজতা তিরোহিতং
মাসূয়িতুং মার্হথ তৎ প্রিয়ং প্রিয়াঃ॥ ২০

---

অনুবাদ। হে পাংগল শোঞ্জবী পূন্নমক ! ঐগীদমক্তা নখোয়না মীরমলেনগী চৎনবী, বেদগী রায়েন অমদি শাগৈ-নাতৈ, মরূপ-মপাং পূন্নমকপু থাদোক্লরকলে। ঐনস্পূ নখোয়বু থাদোক্তুনা কদাইদস্পূ খক চথোকপা লৈতে ; ঐগী ইকা-দা লৈবা নখোয়গী অনুরাগ অদূত্তবু চাউথৎ-হেনগৎহনগে থন্দুনা শক উহন্দনা লৈরুবতনি ; ঐনদি নখোয়বু অত্তুম্মক উই অতুগা নখোয়না কপ্পা-লাউনবত্নস্পু অতুম্মক তায়। নখোয় পূন্নমক ঐগী চান্নবীমক্তনি অতুগ্গা ঐস্পু নখোয়গী খ্বায়দগী হেন্না কননবা তৌবা অমনি ; মরম অতুনা ঐবু (নখোয়না) দোষ লঙ্শিনবত্ন হৌনদে থাদোকউ॥ ২০

---

তাৎপর্য্যার্থ—গোপীশিংগা অহানবা উন্নবিরম্নগা ভগবাননা চীক-মাঙ্ মাঙবিশ্রবদা শুকদেবনা হায়খি—"তত্রৈবান্তরধীয়ত" গোপীগী নাপন উবীবদগী ভগবাননা মফম অতুমক্তদা চীকমাঙ্ মাঙ্খরে, উখিদরে। মত্নু হুজীকমক ভগবানমক্লা তাকপিরকলি। অসিগুম্বা অন্তর্দ্ধানগী (চীকমাঙ্গী) মরম অসিবু ঐখোয়না মতম অতুমক্তদা অত্তুম্মক নৈনজখরে।

ভগবাননা তাকপিরকই—উহন্দনা লৈত্নুনা ঐনদি নখোয়বু অতুম উত্নুতনা লৈখি, নখোয়না ভাঙ্ব শকপগী মখৈ অত্তস্পু অতুম্মক তাখি। হায়রিবসি ভগবাননা গোপীশিংগী মফমতদা তাকপিবা রা নত্তে ; রাহৈ অসিদি নঙ্গী নফমদা, ঐগী ইকাদা,—জগৎকী মীওই অপূম্বগী মফমদা তাকপিরিবা য়াথংনি। ইবুংঙো মহাক্তি খঙ্দ-উদবা লৈতবনি—মফম পূন্নমক্তস্পু অতুম্মক শীনবা থুংবনি—মতম পূন্নমক্তা নখোয় ঐখোয় পূন্নমকী ইনাক্তদা লৈবীত্নুনা ঐখোয়

অপুম্বগী থবক-থনা পূম্নমকপু য়েংদুনা অস্তুম লৈবীরিবনি, পূম্নমক্লা ঙাঙবা শকপা পূম্নমক মানা তাবিরিবনি অমদি পূম্নমক্লা করিবু খল্লিবা, করিবু পামলিবা অসি পূম্নমকস্তু মাদি লোইনা থঙ্‌বি-রিবনি। ইবুংঙো মহাকপু থঙ্‌হন্দনা ঐখোয় কনা অমত্তনা করিগুম্বা থবক অমত্তবুস্তু খক তৌবা ঙমদে, চীন অসিনা করিবুস্তু হায়দোকপা ঙমদে, পুক্লাং অসিনা করিবুস্তু খল্লুবা ঙমদে। অস্তুম্না মরুমদা লৈবীহুন মহাক্ল: ইত্তিং তিংজবী গোপীশিংগী মতৌ পূম্নমক উবীরে, লৌথূপ লৈত্রবী মখোয়গী রাঙাঙ্‌-শাঙাঙ্‌ পূম্নমকপু লোইনা তাবিরে, চপয়ু বা মপুক্কী রাখলস্তু থঙ্‌বিরে—মরম অদুনা হুজীক লেঙ্‌-থোরক্কুনা দর্শন পীবিররে। ইবুংঙো মানা অস্তুম তৌনা ঐখোয়গী লোনম-শাজৎ য়েংবীরিবনি, নত্ত ওইদবা রাঙাঙ্‌ তাবিরিবনি, অদুতস্তু নত্তে—সংসার পূম্নমক্কী মপুক্লীংস্তু মানা থঙ্‌বিরিবনি, মরম অদুনা ইনাক্তা লৈন লৈনমক মহাক্লা ঐখোয়বুদি থক উহনবীদ্রিবনি। মসিনা প্রেমগী লম্বাদা চৎচবশিংগী বাফমনি, প্রেম-মার্গদা লৈবা ভক্তদি ভগবানবু হকথেংননা অংস্মক দর্শন তৌজবা ফংই, মরম অদুতনা অসিগুম্বা মওঙ্‌গী রাফমতবু অস্তুম নৈনরিবনি; তৌইগুম্বস্তুং জ্ঞান মার্গ অমস্তুং যোগ-মার্গদদি অস্তুম্না উরুনিঙাই ওইবা, উজবা অমদি উবীনবা মতৌ অসি য়াওদে (দৃশ্য, দর্শন, দ্রষ্টা)—য়াওরিবা হায়বনত্তবু উপাসক কা (লাইনীংবা) উপাস্য-গা (নীংলিবা লাই) অমত্তা ওইশিনখিবা অসিতনা লোইরে। জ্ঞানীনা তানবনা ব্রহ্মানন্দ, যোগীগীনা আত্মানন্দ অদুগা প্রেমিক ভক্তগীনা ভগবৎ-আনন্দ অসিনি। ব্রহ্মানন্দ অমস্তুং আত্মানন্দদা—নীংজরিবা পামজরিবা হুংঙাইবা অদুগা মাবু পামদুনা তানজরিবা অদুগা (উপাসক-কা) অমত্তা ওইশিনখিবা হায়বসি ওইরবদস্ত ভগবাননা তাকপিরি—জ্ঞানী অমস্তুং যোগীগী মফমদস্তু মখোয়গী অপাম্বগী চাং হেনগৎহন্নবগীদমক্তি (অনুরাগ বৃদ্ধি) হায়রিবা মওঙ্‌ অসিমক ওইরিবনি। আরূঢ়

জ্ঞানীগী ( অরাংবা থাক য়ৌরক্লবা জ্ঞানী ) মাগী অহানবা তাংক্ষম মক্তদদি নোংথাঙ্‌গুম্না অমুক অমুক ব্রহ্মগী মশক্না কুফেৎ-কাফেৎ ঙাল্লম্লগা অমুক হেক শ্বায় মাঙ্‌খি, অদুগা অস্তুম্না মূৎপ্রবদা (মাঙ্‌প্রবদা) মানা ফংপ্রবা, খঙ্‌প্রবা পোৎ অদুবু অমুক ফংননবা মাগী অপাম্বা, লাঙ্‌তক্লবা মওঙ্‌ অদুনা হান্নদগী চাং হেনগৎপা হৌরকই। যোগী-শিংগীসু অসি মডায়—মখোয়না সমাধি তৌরিঙৈদা আত্মানন্দবু মহাউ তংবা ফংনা ফংনা হেক হেক অমুক মাঙ্‌খিদুনা উবা ফংখিদে, মতম অদুদা অমুক হকথেংনজপ্রবা অদুগুম্বা আত্মানন্দ অদুবু অমুক হন্না ফংজনবগী মরীদা অমুক্না হেন্না লাঙ্‌তক্লরকই। অস্তুন্নতা তৌনা তৌনা মমৈদনা মখোয়গী মুক্তি ফংজনবা মতৌ ওইরকই। অস্তুম তৌনা আরূঢ় ভক্তশিংমক্নীসু অহানবা মতাংদদি য়াম্না হেন্না হকচিন্না পুক্নীং লূপশিনখিবনা মরম ওইদুনা হকথেংননা ভগবৎ-দর্শন হেক হেক ফংনজে, অদুগা পুক্নীং অদু খজীক্তং শেপ্লপ্পদগীদি হায়বদি সংসারগী রাখল খজীক্তংতবু থল্লুরবদি উজবা ফালন্নবা হুংঙাইবগী মুক্তি অদুবু উজবা ফংখিদবনা ঙমখৈ লৈতনা পুক্নীং লাঙ্‌তক্লবা ওইরকই—অসিগুম্বা লাঙ্‌তক্লবা মতৌ অসিনা হেন্না হেন্না মপাংগল কনখৎলক্লবদি মমৈদা মতম অদুগী ওইনা লেঙ্‌দনা অদুম্মক ভগবানবু ফংজবা হায়বদু ওইরকই। মরম অদুগীদমক্তা ভগবাননা গোপীশিংদা তাকপিরিবনি—'ঐবু অরানবা তাহনগনু, নখোয়গী য়াইফবা ওইজন-বগীদমক নখোয়বু অরাবা থাঙ্‌হনবীবানি হায়বদি মতম অপুম্বগী ওইনা ঐ অসিবু নখোয়গী নকাদা পীথোকপা য়ানবগীদমক্তা মিংকুপ অমগী মতমদং চীকুমাঙ্‌নরুবনি।" শাস্ত্র পূম্নমক্কী থ্বায়দগী মচি ওইবা রাঙ্‌গঙ্‌দি মসিতনি॥ ২০

---

ন পারয়েঽহং নিরবদ্যসংযুজাং—
স্বসাধুকৃত্যং বিবুধায়ুষাপি বঃ।
যা মাভজন্ দুর্জ্জরগেহশৃঙ্খলাঃ
সংবৃশ্চ্য তদ্বঃ প্রতিযাতু সাধুনা ॥ ২১

ইতি শ্রীকৃষ্ণ-রাসলীলায়াং চতুর্থোঽধ্যায়ঃ।

---

অনুবাদ। থদংঙম্ফদ্রবা অত্থুগুম্বা যুম্বান-য়োঙ্গিলংবু পুমথৎ থদত্তু না পূম্নক্ত্‌বু লোইনা লংশেক্লম্লগা অপাম্বা করিস্নু য়াওদনা নখোয়না ঐগী ইকাতদা চঙ্‌জরকপনি। নখোয়গী অসিগুম্বী নীংথিজবা নতৌশিং অসিগী লম্মন্দি ঐনা লাইশিংগী পুন্সীমক ফংহুনম্নু থক শিংবা চ্নমলুগদবা লৈত্রবনি। মরম অত্থুনা নখোয নশা নশাগী অচোবা নপূকচেনশিং অত্থুতগী গুণনা মনম ওইহুনা ঐ অসিনা লম্মন শিংজরবা ওইনা লৌবিয়ু ॥ ২১

---

তাৎপর্য্যার্থ—ব্রজগোপীশিংগী মফমদা ভগবানমক্লা লম্মন তোনবা মীশক ওইবীররে। পূম্নমক খাকচবা লৈতনা থাদোক্লবী, করিস্নু অমত্তা লৈজদ্রবী গোপীশিংগী মফমদা মহাক্না লম্মন তোনশিন্দবা ঙমখিদ্রে। তাবদদি, রাফম অসি যাম্নমক নাতৈ চাদবা ওইনা ঙুই ; অদূবু মসি য়াম্নদি শেংবা রাফমনি। —মুন্না থন্থরবদি খঙ্‌বা ঙম্মী, হায়রিবসিমুক শেংবা রাফম অমদি লৈত্রে। অপাম্বা করিস্নু য়াওদনা হায়বদি নিষ্কাম ওইনা, লৈজবা থিবাক থাদোক্তুনা ভগবানতদা চঙ্‌জরবা অত্থুগুম্বা মখোয় অত্থুগী মকাদদি তাইবঙ্‌ মপুমক্লা মাগী লম্মন তোনবা ওইরকই—রাফম অসিদি য়াম্নমক শেংবনি। জ্ঞানীনা তৌবগুম্নদি ভক্তনা ভগবানদা তিনশিনখিহুনা মশাগী তোঙানবা মশকপু থক মাঙ্‌হন্জনীংলুবা লৈতে, চিন্ময় ওইবা (জ্ঞানগী মশক ওইবা) মাগী নিত্যদেহ অত্থুনা লোইবা থম্বা লৈতবা মতমগী ওইনা পেঞ্জবা কোবা লৈতনা শ্রীভগবানবু ফংজবগী ঙুংঙাইবা অদূত্তবু মহাউ তংহুনা লৈজনীংই। ভক্তগী মথা পোনবা ভগবানম্নু

ভক্তগী পূক্নীং মথা পোম্না লৈবীবা তারকই। অম্মুম্না মীবমলেনগী মতৌ নত্তবা অত্তুগুম্বা ভগবান ফংজবগী নুংঙাইবা মহাউবু তংজববা ভক্তগী পূক্নীংদদি থক বুদ্ধি শেবান্নবকপা হায়বত্তু লৈতে অত্তুগা মপান নাইদ্রবা লোইবা খম্বা লৈত্রবা ভগবানগী খ্বাংদগী হেনব অত্তু-গুম্বা নুংঙাইবগী মতৌ অত্তুগীস্তু থক লোইনাইদে। মরম অত্তুনা লম্মনশিংনবগী অসিগুম্বা মতৌ অসিদি মতম পূন্নমক্তা অত্তম ওইত্তুনা ঙাক্তা লাক্লিবনি। ভক্তনদি ভগবানবু পেলহনবা ঙম্মী অত্তুগা ভগবাননদি ভক্তবু থক পেলহনবীবা ঙমদে। মবম অত্তুতনা ইবুংঙো মানা গোপীশিংগী মফমদ মহাক মশাবু মখোয়গী লম্মন তোল্লবনি হায়না হেক্তমক যাথোকপিবিবনি।

অনিশুবদা—ভগবানবু কনানদি 'ভগবান' গায়না খঙ্নবম্বা লৈবগে? ভক্তনা ভগবানবু ভগবান ওইহনবনি। ভক্ততনা, জগৎ সংসাবগী অফ নুংঙাই পূন্নমকপু উৎ-বাইগুম থন্দুনা অত্তুগুম্বা সংসাব অত্তুগা লৈনবা মবা পূন্নমকপু থদত্তুনা ময়েং তাবা লৈত্রবা, মপূম ফাববা ভগবৎ-আনন্দবু মহাউ তংজত্তুনা মদূতবু তাইবঙ্ পূন্নমক শীনবা থুংনা শন্দোকচবিবনি অত্তুগা মবম অসি লৈবতনা অত্তুগুম্বা লোইনাইদ্রবা নুংঙাইবা মহাউ অত্তুতবু মিত্তাবনা তাইবঙ্ মীওই অপুম্বনা ইবুংঙো মাতবু ঈডাং-পূজা তৌনজরিবনি। অম্মুমনা ভক্তনা অরা-অনা যাওদ্রবা, লাযথুং লাযনা পত্ত্রবা অত্তুগুম্বা লেঙ্দবা নুংঙাইবতগী ভূংফম ওইবিবা নিত্যধাম অত্তুগী রাকম অদুবু তাইবঙ্ পানবা অসিদা শন্দোক্লমদবা থোক্লবা, ইবুংঙো মাগী মপান নাইদ্রবা —মরম অমত্তস্তু যাওবা লৈত্রবা অত্তুগুম্বা অশেংবা থৌজান অত্তুগী রাফমবু ভক্তনা খোজেল হৌনা অম্মুম্না কোয়না লাউথোক্লমদবা থোক্লবা অত্তুগা ইবুংঙো মাগী মপান নাইদ্রবা তৌবা ঙম্বা মতিক মগুণবু থাত্তুনা খোজেল রাংনা ভক্তনা শকপা শোনবগী থবক তৌরম-দবা থোক্লবা—অত্তম তৌরম্বা থোক্লবদবু কনানা মাবু খঙ্নরমগদবা

য়াওবগে ? কনানা মাগী মগুণ শক্কবীরমগনি ? কনানা মাবু ঈড়াং-পূজা তৌনরমগনি ?

মপূক্লীং অনি লোঙ্‌ত্রবা মনাই-ভক্তনা পুন্নমক্কা লৈনরম্বা মশ্নী পূন্নমকপু থাদোকচরম্লগা ইবুংঙো মাবু থঙ্‌জন্নকখিবনি, মতিক মগুণ শন্দোরকখ্রিবনি,—মরম অহুতনা মাবু হুজীক "তাইবঙ্‌ মপু" অম্সুম্না থঙ্‌নরকখিবনি, —লুনা তৌনরকখ্রিবনি অমস্তূং লুনা লাংনরকখ্রি-বনি। তৌইগুম্বস্নুং তাইবঙ্‌ মপু ইবুংঙো মহাক্নদি কনাবুম্নু থক থাদোক্কপিবা লৈতে। ভক্ত নংপা নত্তবা, জ্ঞানী ওইবা ওইদবা, থরায় পানবা-পান্দবা—পূন্নমক্না ইবুংঙো মাবুদি ওম্না দর্শন ফংনজগ-দবা ঙাকনি, মরম অহুনা ইবুংঙো মহাক্তি, মপূক্লীং অনি লোঙ্‌ত্রবা, মাবুতা খন্দুনা লৈজবা অহুগুম্বা মনাই ভক্তগী মফমদদি মতম পূন্নক্তা অহুম্মক লম্মন তোনবা ওহনতা লৈবীরিবনি; অম্সুম তোনা ইবুংঙো মাতনা মখোয়গী থরায়গী থরায় ওইনজরিবী, অহুগুম্বী গোপীশিং অহুগী মফমদা হবুংঙো মহাক্না লম্মন তোনবা অমা ওই-বীবদি হায়রুহুনা কম্নিবু কান্নগদগে। মী পূন্নমক্না ইবুংঙো মহাকপু তোঙমদবা লৈতবনি হায়বদি শক্তি পূন্নমক্না তিনবানি অম্সুমনা থঙ্‌নবা ওইহুনস্নু ইবুংঙো মহাক্না মনাই ভক্তগী লম্মনবুদি কৈদৌঙৈদম্ন থক শিংবীবা ঙমদে। অমরোমদস্নু ইবুংঙো মহাক্তি সত্যগী ( অচুম্বগী ) মশক্তি, করিস্নু তৌজবা ঙমদবা, হামচংনবা, করি লৈতবা শাহুনা ইবুংঙো মানা ইন্‌সল্‌ভেন্সী ( insolvency—মীগী শেন্দোন শিংবা ঙমদবা ) ওইনবগী মরমস্নু লৈতে, মরম অহুনা ইবুংঙো মহাক্না পূকচেন চাউবা অহুগুম্বা মহাজনগী মকাদা ( শেঞ্জাউ পায়বা মী নত্রগা অচৌবা ভক্ত ) চঙ্‌ফম থিবা তারকই অহুগা তঙাইফদনা অম্সুম্না হায়দবা য়ারক্তে মহুদি—'ঐনা তোনশিনবা লম্মন্দি নখোয় নখোয়গী নগুণশিং অহুতনা কোকপিগদবা মঙায়।' ( ধন্যনি ব্রজ-গোপী—ধন্যনি পূক্লীং লোঙ্‌দবা ভক্তশিং !! )

মথং তারকপদা, হুজীক ঐখোযনা শাস্ত্রনা য়াবা, পুন্নমক্নস্থ মথঙ্-নববা অতুগা ঐখোয়নসু পামজবা অতুগুম্বা মওঙ্দা অশেংবা ফিরেপ অমা অমুক নৈনজগনি। ভগবাননা, ভক্তগী মফমদদি মতম চুপ্পগী ওইনা অতুম্মক লম্মন তোন্দুনা লৈবাবা অতুগা ভগবানগী মফমদা ভক্তনসু মতম পুন্নমক্তা অতুম লম্মন তোনবা—মসি অশেংবা ফিরেপ্নি। পৃথিবীগী থোদো-থোওঙ্ পুন্নমকপু যেংলগা মাঙ্বা তাকপা নাইবা বিষয়শিংগী মবমদি খঙ্দোক্কদবনি। মীরমলেনগী নিংথৌনা প্রজাগী লম্মন তোল্লি; প্রজানসু নিংথৌগী লম্মন তোল্লি। থাঙ্-চুঙ্গোয য়াওদবা গঙ্গাবাম সদ্দারগী মতৌগুমনা প্রজা য়াওদবা নিংথৌদি হাস্য-রসকী হৌফমদগক ওইহুনা তোকই। অশেংবমক প্রজা লৈবনা নিংথৌ লৈবনি, নিংথৌ লৈবতনা প্রজা লৈবনি, নিংথৌনা প্রজাবু ঙাকই, প্রজানসু নিংথৌবু কল্লি। অসুম তোনা অবায-অথুম তৌনবগী লম্মন থন্নবা মতৌ অসিনা মীবমলেন অসি পাল্লিবনি। মায়কৈ অমগুংমবু লম্মন অতুদগী কোমথোকখ্রবদি নগা নাস্থোক-খ্রবদি লৈবাক অতুম্মক কাযবে। অসুম তোনা, মীরমলেনগী নত্তবা, মাঙ্বা-তাকপা লৈত্রবা হুংঙাইহবতগী মশক ওইবা অতুগুম্ব লৈবাক অতুদসু প্রেমগী মশক ওইরবা অশেংবা জীবগী অমসুং হুংঙাই-বগী মশক ওইরবা ভগবানগী মবক্তা মহে মহৈ অমসু অমসু প্রেমানন্দগী লম্মন তোনশিন্নবতনা খঙ্থিদ্রবা মতমদগীনা হুজীক ফাওবা অসিদা অতুম্মক লেঙ্দনা লৈবিবনি। হুংঙাইনীংবা ভক্তশিংন ভগবাননা পীনবীবা মবাই তন্রবা অতুগুম্বা মত্রুব। হুংঙাইবা অদুবু কংজবনা ভগবানগী মফমদা লম্মন তোল্লি অদুগা প্রেমগী মশক ওইবা তগবানসু মনাই ভক্তনা কচ্চবা অমকপা লৈত্রবা অতুগুম্ব প্রেমগী মহাউ ফংবাহুনা ভক্তগী কা-দা লম্মন তোনশিনবীবিবনি। কনাগুম্বা মাযক অমত্তনসু অসিগুম্বা লম্মন অসিবু কৈদৌঙৈদসু থক শিংনবা ঙমলোইদবনি। মীচঙ্ অনিমক্তা অসিগুম্বা লম্মন

তোনশিন্নবগী মতৌ অসিদি হৌত্রবা হায়ফম খঙ্ ত্রবা মতমদগী অতুম্মক মহৈ মহৈ তোনশিন্নতুনতা লাক্লিবনি, মতুং আ-ফাওবসু অতুম্মক লৈখিগনি, কৈদৌঙৈদসু মতুগী মখোই খজীক্তুং ফাওবা মাঙ্ খিবা লৈগদবা নত্তে। মরম লৈতবা, অমনা অমগী লম্মন তোনশিন্নবা অসিগুম্বা মতৌ অসিতনা পুনবনা গোলকনচিংবা ভগবৎ-ধামনা লেঙ্ দনা ঙাল্লিবনি। প্রজা য়াওদবা নিংথৌগুম্না, ভক্ত য়াওদবা—নীংনফমদি থোকপা অতুগুম্বা ভগবানসু চুম্নগী ভগবান হায়বা মিং অতুগী মথৈতা লৈজবা মঙায়গদবনি। ভক্ত লৈবতনা ভগবান ওইবনি অতুগা ভগবান লৈবতনা ভক্ত লৈবনি। অনিমক অমনা অমগী উকলনি। মতাং অসিদা লক্ষ্মীগী মবুংঙোনা গোপীশিংদা তাকপিরি—"নখোয়গী লম্মনদি মতম পুম্নমক্তা শিংঙম্লরোই।" ঐখোয়না লেপ্পমক হায়জবা ঙম্মী মতুদি—কৃষ্ণগী রূপা ফংজরবী গোপীশিং অতুনসু মপূক মপূক্তা শোযদনা হায়নরমগনি--"হে চানবীহৈবা! নঙ্গী শ্রীচরণ-খাদা চঙ্ জরিবী ননাই ওইবী ঐখোয় পুম্নমক লোইবা লৈত্রবা মতম ফাওবগী ওইনা থোজান হৈরবা ইবুংঙো নঙ্গী নখোঙ্ খুয়াখাগী মক্মদা লম্মন তোনশিনজরবীনি।" লাইরৈপাক্নী ওইবা মীরম-লেনগী নত্তবা মতৌনি—মায়কৈ অমত্তুদসু অরাংপা করিগুম্বা অমত্তুং ফাওবা লৈতে, অতুমদি ওইরগা মায়কৈ অনিমক লম্মন তোন্নতুনত্তা লৈনৈ, মীচঙ্ অমওনসু হায়রিবা লম্মন অসিবু খক শিংদোক্লনীংদে, লম্মন অতুনা অসুম নোয়খৎ-চাউখৎলক্লিমখৈ অত্তপকী মতিক পেন্নবা হেন্নে। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়দি, লম্মন অমত্তসু খক তোনশিঙ্করুবা লৈত্রবা, যুমদগীসু খক মপান থোকত্রিবা জীবনি—ঐখোয়দি ভগবানগী মমি ফাওবা খক খঙ্লু উরুবা লৈতে—অতুনা অতুম্মক সুংঙাইনা পানজরি।

তাইবঙ্ মৈচাক কোকহনবী, খারদগী হেনবা সুংঙাইবা পীনহৈবী অত্তগুম্বী শ্রীকৃষ্ণ-রাস-লীলাগী অহানবা তাংকক্তনা পূর্ণীং লোঙ্ ত্রবা

ভক্তনা মতম চানা শ্রীভগবানবু দর্শন ফংজবগা, মিংকূপ অমত্তং পৃক্কীং ক্ষৈরেংনরুবদগী অমুক চৌবমাঙ্ মাঙখিত্নুনা উবা ফংখিদবা ; অনিশুবা তাংকক্তনা অহুগুম্বা হুংঙাইবগী মূর্ত্তি অদুবু উজবা ফংখিত্রবদগী ভক্তনা নীংঙম্লক্তবা মতৌ, মশা মথন্তবু মংন্তনা নিন্দা তৌজন্নকপা, উনংবনা লাঙ্তক্লবা, মঙোন্তদা পূংলূপ নূপাশনবা অমদি মমৈদনা মপুক্কীং অহু মাগী মা-মক হেক ওইথোবকপা ( তদাকাব ) ; অহুম শুবা তাংকক্তনা সংসার অসিগী মবী পূন্নমক কাউথোকখিত্নুনা অতৎপা অকাংবা লৈতনা ভগবানতবু থনবদা অমদি ভগবানগী গুণবু শকচকোঞ্জত্নুনা শ্রীকৃষ্ণ অনুরাগগী মমুন ফাবা মতৌ অদুবু উৎলি অতুগা মরিশুবা তাংকক্তনা অমুক হন্না ভগবানবু ফংজবকপগী মতৌ উৎলি। অসুম্না তাংকক মরি অসিদা অথোইবা ভক্তনা ভগবানবু ফংজবা ফাওবগী মতৌ অহু উৎলি ॥ ২১

শ্রীকৃষ্ণরাস-লীলা তাৎপর্য্যদা মরিশুবা তাংকক লোইবে।

# পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ।

## শ্রীবাদরায়ণিরুবাচ॥

ইত্থং ভগবতো গোপ্যঃ শ্রুত্বা বাচঃ সুপেশলাঃ
জহুর্বিরহজং তাপং তদঙ্গোপচিতাশিষঃ॥ ১

অনুবাদ। শ্রীভগবানগী শ্রীঅঙ্গগা শোক্ন শম্নজবা ফংলবী থোইনা হরাউ-মথোই কাজরবী অদুগুম্বী গোপীশিংনা ভগবানগী শ্রীমুখদগী থোরকপা পুক্নীং হুরবা অসিগুম্বা য়াথংশিংবু তাজবা ফংলবদা মথোয়গী কায়ন-মৈহুম মৈচাক অদু ঙম্না থাদোক্নখরে॥ ২

তত্রারভত গোবিন্দো রাসক্রীড়ামনুব্রতৈঃ।
স্ত্রীরত্নৈরন্বিতঃ প্রীতৈরন্যোন্যাবদ্ধবাহুভিঃ॥ ২॥

অনুবাদ। ভগবান শ্রীগোবিন্দনা হরাউবতনা মথোই হাপচরবী ইবুংঙো মাগী তুং-ইন্নবী নূপী-লক্নগী থোইদোক্নবী অদুগুম্বী গোপীশিং অদুগা লোয়ননা তিন্নদুনা রাস-লীলা হৌগৎপিরক্লে॥ ২

তাৎপর্য্যার্থ—শ্লোক অসিদদি অশেংবা রাসলীলাগী রারম তারকলে। অসিগুম্বী রাস-লীলা অসিমক্নি ঐথোয়না খঙ্নকম থোক্নিবা মরমদি। মসিদি ঐথোয়গী অচম্বা বুদ্ধিগী রাংমগী ওইবা পোংনি। মরম অদুনা শ্লোক অসিগী তাৎপর্য্য ওইনা রায়াম ঙাঙ্বা তাই। ঐথোয়না শ্লোক অসিগী তাৎপর্য্যগী মরমদা থোইনা করিস্সু হায়বা তৌদনা মসিগা থংনবা শ্লোককী মতাংদা হায়জন্নকলি; মরমদি, হায়রিবা শ্লোক অসিতদা অশেংবা রসকী অভিনয় অদু উৎলকলি॥ ২।

রাসোৎসবঃ সংপ্রবৃত্তো গোপীমণ্ডলমণ্ডিতঃ।
যোগেশ্বরেণ কৃষ্ণেন তাসাংমধ্যে দ্বয়োর্দ্বয়োঃ॥
প্রবিষ্টেন গৃহীতানাং কণ্ঠে স্বনিকটং স্ত্রিয়ঃ— ॥ ৩
—যং মন্যেরন্, নভস্তাবদ্ বিমানশতসঙ্কুলম্।
দিবৌকসাং সদারাণামত্যৌৎসুক্যভৃতাত্মনাম্।
ততো দুন্দুভয়ো নেদুর্নিপেতুঃ পুষ্পবৃষ্টয়ঃ।
জগুর্গন্ধর্বপতয়ঃ সস্ত্রীকাস্তদ্‌যশোঽমলম্॥ ৪

অনুবাদ। ব্রজগোপীশিংনা যোনা নীংথিজবা মণ্ডদা পরেং লেংহুনা ইকোয-কোযনা লেপলি, যোগেশ্বর ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা গোপী অনি অনিগী মরক্তা লৈবীহুনা মথোয় খুদীংমক্কী মংক মঙক্তা কোন-বীহুনা তুংঙাইববা রাস শান্নবা হৌবীবকলে। গোপী খুদীংমক্না খন্নে,—"শ্রীকৃষ্ণদি ঐগী ইনাক্তদা লেঙ্‌দনা লৈবনি— অংতোপ্পী কনা-গুম্বী অমগী মনাক্তা খক লৈতে।"

খুদক অহুমক্তদা অহুগুম্বা রাসকী জগোইবু যেংজন লবা লাইযাম-মথৈনা মশা মশাগী লাইরেম্বীশিং লোযননা মশা মশাগী বিমান (দোলাই অপাইবী) তোংনবগা লাক্লবন আতিযা মংকায পুম্নমক ইথন থল্লি, মথংদনা মখোযনা দুন্দুভি (যাইবুং) থীনগংনবক্লি অমসুং নথক্তগী লৈ চাইথনবক্লি। অংথাইবা গন্ধর্বমথৈনা মাগী মাগী নূপীশিং লোযননা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী শেংলব মতিক মগুনবু থাহুনা ঈশৈ শক্লবা হৌবকলি॥ ৩/৪

তাৎপর্যার্থ—বসবাজ শ্রীকৃষ্ণনা প্রেমগী শকলোন পুবী ব্রজ-গোপীশিংগা লোয়ননা মহারাস-লীলা শান্নবা হৌবীবকলে। 'রাস' কদাযবু কৌবগে? "রাস" হাযবা রাইহে অসিগী অশেংবা অর্থ কল্লিনো? মসিগী মবমদা শাস্ত্র অমদি যুক্তি মতুংইন্না। তুজীক ভমজবা মওঙদা ঐখোযনা...তক থরদং ওইনা নৈনজগনি। অসিগুম্বা রাস-লীলাগী মরম তাকলুবা ওন্থোরা লুবা থবক্লি—অহুনা খঙবদস্ত রানা

থোকই। বেদনচিংবা শাস্ত্র অমদি পুকচেল চাউরবা টীকাকারশিংগী মত মখোং থোমজিন্নরগা মসিগী অশেংবা অর্থ অদু থিদোকচবা তাই। 'রস-শাস্ত্র'না রাস লীলাবু অচম্বা মওংদা চাউবাক্না তাকলিবদি—

"নটৈর্গৃহীতকণ্ঠীনামন্যোন্যাত্তকরশ্রিয়াম্।
নর্ত্তকীনাং ভবেদ্রাসো মণ্ডলীভূয় নর্ত্তনম্॥"

নট অমসুং নর্ত্তকীশিংনা (নট—চেগোই শাবা নিপা, নর্ত্তকী—জগোই শাবা নুপী) কোযনা লেপ্লগা জগোই শাবা নিপাশিংনা জগোই-শাবী নুপীশিংগী (নটনা নর্ত্তকীশিংগী) মখক মখুক্তা কোন্দুনা অমদি জগোইশাবীশিংনা মখৈ মখৈ খুৎশম্নদুনা শামিন্নবা জগোই মথল অদুবু 'রাস' হায়না কৌই।

শ্রীমদ্ভাগবতকী টীকাকার অথোইবা শ্রীধরস্বামীনসু মসিগী মতৌ লোন্দুনা তাকাপবম্মা মখুদি—

"রাসো নাম বহুনর্ত্তকীযুক্তো নৃত্যবিশেষঃ।"

হায়বদি জগোইশাবাময়ামগা লোয়নদা শামিন্নবা জগোইগী মথল অদুবু 'রাস' হায়না কৌই। শ্রীধরস্বামী আসমক্না রাস লীলাগী অহানবা শ্লোককী ব্যাখ্যাদা মথ দ অমুকসু তাকপিরি,—

"তস্মাদ্রাসক্রীড়াবিড়ম্বনং কামজয়খ্যাপনায়েতি তত্ত্বম্॥"

হায়বদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা কামবু জয় তৌবগী মতৌ উৎপিনবগী-দমক 'রাস-লীলা'গী মওং উৎপিবি, মাগীনা তশেং তশেংবা মরু ওইবা মসিগী তত্ত্বনি। শ্রীধরস্বামীগী অপাম্বা অভিপ্রায়দি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা, জগোইশাবী ময়ামগা পুন্না শামিন্নবা অচুম্বা মীরম-লেনগী রাসলীলা অদুগী মতৌদা ওইনা তশেংবা হায়বদি মীরম-লেনগী জগোইশাবা অমদি মীরমলেনগী জগোইশাবী নুপীশিং অদুগী মতৌমক ওইনা উত্তুনা মীরমলেনমক্তা পোৎতি নত্তবা অচুম্বা তশেং তশেংবা রাসকী তত্ত্ব অদুবু খঙহনবীরি। ঐথোয়নসু হন্না হন্না কয়া থোক্না নৈনজখন্নে জগৎ তাইবঙ পানবগী মতৌদা হায়বদি

মীরমলেনগী থৌদো থৌওঙ্না ফিদম ওইনদুনা নিত্যধাম—লাইরম-লেনগী মহাউ অদুবু ফংননবা হোৎনগদবনি। মীরমলেনগী তাইবঙ্ মীনা তৌবগুম্না লীলা শান্নবিদুনা ভগবানমকপু খঙ্-ঙমত্রবা মহুগী গুত্থগী লম্বেল অদুবু য়াম্নমক শমজিন্না উৎপিরি। ঐখোয় মীরমলেনগী লীলা-শান্নকমদা নিপানা নূপী শাদুনা, মরমচৎ ফজবা মীনা হুরানবা ডাকু শাদুনা অমদি লাইরিক হৈত্তবনা অহৈবা পণ্ডিত শাদুনা লীলাদা অভিনয় তৌনৈ; হায়বদি মীনা—মানা মানা থক ওইনরুদ-বদু ওইনা তোঙানবা শকলোন লৌদুনা শান্নরি। মরম অদুনা ঐখোয়না ধরস্বামীগী ব্যাখ্যাদগী অসিমথৈদি খঙ্নবা ঙম্মী মহুদি—তাইবঙ্ মীওইবনা শান্নবা রাসলীলাগী মতৌ লৌদুনা ভগবাননা রাস-লীলা শান্নবিরি হায়বদি রাসবিহারী শ্রীকৃষ্ণদি তাইবঙ্ মীনা ওইবা জগোই শাবা নিপা অদু নত্তে অদুগা রাস-লীলাগী অথোইবা শরূক য়ারিবী গোপীশিং অসিসু জগোইশাবী তাইবঙ্ নূপীশিং অদুমক নত্তে; মখোযনা জগোইশাবা 'নট' অমদি জগোইশাবী 'নর্ত্তকী'গী মতৌ লৌদুনা তাইবঙ্ মীগী লীলা মতৌ তমখিবতনি।

ভগবানগী লীলা মথল অহুমনি; নির্গুণদা হায়বদি প্রকৃতি নত্তবা গুণদা, নিত্য-চিন্ময় ওইবা প্রকৃতি নত্তবা ধামদা শান্নবা নিত্য-লীলা (নিত্য—অমাঙ্ অতা লৈতবা, মতম পূম্নমক্তা ওইদুনত্তা লৈবা, চিন্ময়—জ্ঞানগী মশক ওইবা), থরায পানবা খূদীংমক্তী থম্মোই সুংদা শান্নবা আধ্যাত্মিক লীলা (আত্মানা শান্নবা) অমসুং প্রকৃতি নত্তদুনসু প্রকৃতিগুম্না (তাইবঙ্দা পোকপা মীওইবনচিংবা জীবগুম্না) উনবা করিগুম্বা মতমতগী ওইবা অদুগুম্বা তাইবঙ্গী মতৌ ওইবা লীলা। অকোনবগী অসিগুম্বা মীরমলেনগী মতৌ ওইবা লীলা অসিদি শ্রীবৃন্দা-বনদা, শ্রীমথুরাধামদা, অমদি শ্রীদ্বারকাধামদা শান্নখি। লীলা অহুম অসিগী মহুংদা শ্রীবৃন্দাবনগী লীলা অসিনা অথোইবনি অদুগা অমুক বৃন্দাবন-লীলাগী মহুংদনা রাস-লীলা অসিত্তনা অথোইবনি

মরমদি, অসিগুম্বী রাস-লীলা অসিতনা অছুগুম্বী অমাঙ্ অতা লৈত্রবী হুংঙাইবতগী মশক ওইবী ( নিত্যানন্দময়ী ) শান্নতুনতসু লৈবী (নিত্য-লীলা ) অতুগী অথোইবা ফিদম মশক্কি। অতুম ওইনমক ঐথোয়নদি অসি ফাওবদা মদুবু তশেংনা থক খঙ্লুবা লৈত্রি। খরসু হেন্না থিতুনা য়েংথখিসি—

শ্রীগৌরাঙ্গগী মনাই-ভক্ত ওইবা সনাতন গোস্বামীনা মাগী 'তোষণী' হায়না কোবী টীকা অদুদা অসুম্না ইরি—

"রাসঃ পরম-রসকদম্বময় ইতি যৌগিকার্থঃ"

হায়বদি—রাস হায়বা রাহৈ অসিগী মশানা তাকচবা অর্থদি 'অথোইবা রস-গী মপেনা তিনবা লীলা' হায়বনি। তক্তিরসনা থুম্মৎ-লবা পুকচেন চাউরবা বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা 'সারার্থ-দর্শিনী' হায়না কোবী মাগী টীকাদা অসুম্না ইরি মছুদি—

'নৃত্য-গীত-চুম্বনালিঙ্গনাদীনাং রসানাং সমূহো রাসস্তন্ময়ী ক্রীড়া'। হায়বদি, ঈশৈ-জগোই অমদি কোন্ন-চূপ্পবনচিংবা রস থিবীক্লা তিনবা অছুগুম্বা লীলা মথল অদুবু 'রাস-লীলা' কৌই।

তত্ত্ব বিচারগা রস-গী মহাউ তংবগদি থক পুনশিন্নবা য়াদে। তত্ত্ব-বিচারনা মাঙ্ওইনতুনা অথোইবা তত্ত্বগী মরম হান্না লেপথোকখিগদ-বনি ; মথং তাবদনা লীলা-রস-গী মহাউ অতু কোন্না তংগদবনি। শ্রীকৃষ্ণ-লীলাদি থম্বহৈবা ভাবুক অমদি ভক্তশিংনা মহাউদং তং-নজগদবা ওইবা অতুগুম্বা শোৎশক্কি ;—মদুবু থক বিচার তৌরুগদবা অতুগুম্বা মশক অমদি নত্তে। চাক চাগে হায়তুনা ফমথরগা, চেঙ্ অসিবু কদাইদা পানবনো, কমদৌনা পোক্লকলিবনো, মমলনা কম-দৌবনো, মসিগী মগুণনা করিনো—অসুম্না বিচারগী মায়কৈদবু চঙ্শিনবা হৌরুরবদি চাবগী হুংঙাইবতু থক মপুং ফাগদবা নত্রে, চারিবা চাক অতুগী অশেংবা মহাউসু ফংত্রে। চেঙ্গী মরমদা কুপ্পা খঙ্গে হায়রবদি মতুনা হান্না থিদোক্তুনা খঙ্দোক্লগা কোন্না

চাননবা তৌ, অদুম্না তৌরবদি চাবগী মহাউ ফংগনি। অনাবা মীনা মাইৰনা থাবা হীদাক অমা চাবা মতমদা হীদাক অদুগী অকুপ্পা তত্ত্ব-বিচার তৌননবা হোৎনদুনতা অদুম লৈথোক্লবদি নাবা ফরকপদি লায়রদুনা মথরায়দুম মাঙ্‌দুনা তোকনি। শ্রীকৃষ্ণ-লীলাদি মহাউদং তংগদবা পোৎনি অমসুং তাইবঙ্‌-লায়নাগী লেপ্পমক লায়কোকহন্নবা অমাঙ্‌ অতা লৈত্রবা অদুগুম্বা হীদাকনি। মহর্ষি কৃষ্ণ-দ্বৈপায়ননা শ্রীমদ্ভাগবতকী অহানবা স্কন্ধদগীমা মাপনশুবা স্কন্ধ ফাওবদা ভগবৎ তত্ত্ব, জীব-তত্ত্ব, মায়াতত্ত্ব অমসুং অবতার-তত্ত্বনচিংবা খঙ্‌ফম থোকপা হিরম পুম্নমক—বেদান্ত ভাষ্যগী মশুঙ্‌দা বিচার তৌদুনা তাকপিরি। (তত্ত্ব—করিগুম্বা অমগী অশেংবা অর্থ খঙ্‌নবা হোৎনবা, ভাষ্য—মূলসূত্রগী অর্থ তাকপা)। মসিগী মথং তারকপদনা মহাক্না ঐথোয পুম্নমক্কী মহাউ তংনফম ওইবা অমদি তাইবঙ্‌ পানবগী লান্নবা হীদাকী মশক ওইবা অদুগুম্বা ভগবানগী লীলা অদুবু হোৎখ্রল। শ্রীধরস্বামীনচিংবা, মীরমলেনগী কান্নবা রাখলনা মাঙ্‌ওইনরবা, য়োনসু রস খঙ্‌বা অদুগুম্বা টীকাকার মথৈনসু সাধক ওইবা অতাবা কাঙ্‌বুগী (শ্রোতা) অমদি অপাবা কাঙ্‌বুবু (পাঠকবর্গ) মুংঙাইহনবীনগীদমক ব্যাসনা লেংবীবম্বা লীলা-রস অদুবু ফুগায়না অমুক শাত্তোকহনবীরমলি—লীলাগী ব্যাখ্যা তৌবদা মথোয়না থক তত্ত্ব বিচারদা চঙ্‌শিল্লমদে। তৌইগুম্বসু ঐথোযদি সাধক অমসু নত্তে, সাধন তৌনীংবগী অপাম্বা অদুসু থক লৈকদে, ভগবানগী লীলাবু তাজরগা হেক্তনক মহৈ য়ানবা শুইজগনি অসুম হায়বা থাজবদুসু ঐথোয়গী ইশাদা লৈজদে; মরম অদুনা মীনা খঙ্‌ন-ঙমত্রবা অদুগুম্বা রাস-লীলাগী তত্ত্ববিচার তৌননবা (অশেংবা মরম খঙ্‌নবা ভানবা) হোৎনরুবা শাবদি অপঙ্‌-থৌনা উৎপত্তমক থোক্কনি।

'রস' শব্দগী মমৈদা 'ঘঙ্‌' প্রত্যয় তৌরগা 'রাস' শব্দ থোকই,

অতুগা মতুগী ওইরকপা অর্থনা রস-গা মরী লৈনবা হায়বদি রস-খিবীরুা তিনবা হায়বসিনি। 'সাহিত্য দর্পণ' হায়না কৌবা অলঙ্কার শাস্ত্রদা 'রস' শব্দগী হৌরকফমগী মরম অসুম্না তাকলি—

'রস্যতে আস্বাদ্যতে অসৌ রসঃ'

'মহাউ তংবা য়ারিবতু রসনি'। লাইরিক অসিমক্তদা অমুকস্ম হায়রি—

"বিভাবেনানুভাবেন ব্যক্তঃ সঞ্চারিণা তথা।
রসতামেতি রত্যাদিঃ স্থায়ী ভাবঃ সচেতসাম্॥"

বিভাব, অনুভাব অমসুং সঞ্চারী ভাবনা ফোংদোকহল্লগা শৃঙ্গার-নচিংবা রস-গী রতিনচিংবা (রতি—অপাম্বা) স্থায়ী ভাবনা রস-গী মশক লৌরকই হায়বদি মহাউ তংবা য়ারকই। অলঙ্কার-শাস্ত্রগী মত-দা রস মথল মাপন থোক্লা থায়দোকই—মতুদি—শৃঙ্গার, হাস্য, করুণ, রৌদ্র, বীর, ভয়ানক, বীভৎস, অদ্ভুত অমসুং শান্ত। মসিদগী ঐখোয়না অতুম্মক খঙ্নবা ঙম্মী মতুদি—শৃঙ্গারগী স্থায়ী ভাবাত রতিগী (অপাম্বগী) মনুংদা রস লৈ (হায়বদি মহাউ তংবা য়াবা পোৎ য়াওই); অতুগা হাস্যগী স্থায়ী ভাবনা (লেঙ্দবা রাথলনা) হাস্যদা (অনোকপদা), করুণগী স্থায়ী ভাবনা অরাবদা, রৌদ্রগী স্থায়ী ভাবনা অশাউবদা, বীরগী স্থায়ী ভাবনা উৎসাহগী (থৌনাগী) মনুংদা, ভয়ানককী স্থায়ী ভাবনা অকিবদ, বীভৎসগী স্থায়ী ভাবনা তুরুচবা অমদি হংগোইবদা, অদ্ভুতকী স্থায়ী ভাবনা অঙকপদা অতুগা শান্তগী স্থায়ী ভাবনা শান্তিদা (পুক্নীং লৈতাবা মতৌদা) রস লৈ হায়বদি মহাউ তংনীংঙাই ওইবা পোৎ লৈ। অসিগুম্বা রস ময়াম অসিগী অশেংবা থৌদোকী লীলা নত্রগা অভিনয় উবদা নত্রগনা লীলা শুণনচিংববু শকপা শোনবা তাজবতদা ঐখোয়না অপেনবা হুংঙাইব-তগী মহাউ ফংনরি। পুক্নীং লুপশিন্না অমদি হকচিন্না থম্মরবদি ঐখোয়না খঙ্নবা ঙম্নকই—ঐখোয়না মহাউ তংনমীংলিবসি 'হুংঙাইবা' হায়বা

অসিত্তবুনি, অদৈ অমবু থক নত্তে। শৃঙ্গারগী মন্নুংদা অমম্নুং হাস্যগী মন্নুংদা তশেং তশেংনমক হুংঙাইবা ফাওই, অদুগুম্না শান্তগী মন্নুংদসু অদুম্মক হায়রিবা হুংঙাইবা মতৌ অসিবু খঙ্নবা ঙম্মী ; করুণনচিংবা অদৈ অতোপ্পা রস পুম্নমক্কসু হুংঙাইবতনা মহাউ তংনীংঙাই ওইরিবনি। হুংশিবা চান্নবগা শেংন-খাইনবদা থরায় শোক্পা কপলিবা মী অদুগী মতৌবু কুপ্না য়েংশিল্লবদি শোযদনা খঙ্বা ঙমগনি মদুদি, অদুগুম্বা মথরায় শোকপা মীকপ অদুগী মন্নুংদা মশেল মরাং ওইনা হায়রিবা হুংঙাইবা অসি থুপ্পুনা লৈ। মতৌ অদুগুম্না রৌদ্র, বীর, ভয়ানক —অদুদগীসু হেন্দোক্কনা তুক্কচনবগী মশক ওইরবা 'বীভৎস রস' মক্কী মন্নুংমক্কদসু হায়রিবা হুংঙাইবা অসিবু অদুম্মক থিবা ফংই। করিগুম্বা মখলগী হুংঙাইবা অমত্তসু লৈতবা অদুগুম্বা থবক্তি কনানসু থক তৌননীংলুবা লৈত্তে--মসিদি মশানা তাজরবা রাকমনি। কপনীংবা মীনা কপখোকচরগা পোত্থাজে ; লান তৌনবা মীনা মদুতদা মাগী হুংঙাইবদু লৈ, শাউদুনা অতোপ্পা মী অমবু মাঙ্-হন্নবা থৌরাঙ্লিবা মী অদমক্কীসু হুংঙাইজবা মখল অমনা মাবু অদুম্না তৌহল্লিবনি। অমুকসু—অশাব, অথাবা, অশীনবা, অফকপা, অয়াকপা অমদি অথুম্বা অসিনচিংবা লৈ-তনা মহাউ খঙ্নরিবা রসশিং অসিগী মন্নুংদা লৈরিবা মহাউশিং অদুসু হায়রিবা হুংঙাইবা অসিত্তনি। মী অমনা অথুম্বা চাবা হৈনৈ, অমনা মোরোক্কুম্বগী অশাবা মহাউ অদু নত্তনা কবিগুম্বা মথেল অমত্তবুসু চাবা হৈনদে। মোরোক চারগা লৈ অসি য়াম্না শাই, মদুবু অশাবা চাবা হৈনবা মীনদি মদুতনা মাগী হুংঙাইজবা ওই। দান তৌগনবা মী অমনা অতোপ্পদা মশাগী মরল পীথোকই, হুরানবা মী অমনা মাগী মরলবু হুরাল্লি, হুংঙাইনা পানজনীংবা মী অমনা মশানা তানজবা মরল-মথুমশিং অদুবু মখল কয়া থোক্পা চাদুনা মশাগী ইন্দ্রিগী পেন্নবা তৌই, অদুগা অমরোমদনা অরীকপা মী অমনা কনাদসু কন্নিসু পীথোকপা লাম্হোকপা য়াওদনা

অতুগা মশামক্লস্থু চাজবা তৌদনা মরল পূম্নমক অদুবু মশাগী শেনগাউ-হুংত্তদা অতুম ফাজিন্দুনা থম্মী। হায়রিবা মখোয় পূম্নমক অসিনা তোঙান :তাঙান্নবা শাজং চংনরবস্থু মখোয় পূম্নমক্কী অপাম্বা নত্ত্রগা মহাউ ত'ননীংবা পোংশক্তি—"হুংঙাইবা" হায়বা মহাউ অসিত্তবুনি—চপ মান্নৈ। মসিগুম্বা হুংঙাইবা অসিগীদমক্তনি জীব পানবা পূম্নমক্কা অহিং–হুংথিল নাইদবমথৈ ফর-ফর ওন্না কোয়না চেম্নরিবা অতুগা অতুম্না ফর ফর ওন্নজবনা মখোয়গী হুংঙাইনজবা ওইনরি। অতুনা পণ্ডিত, মুর্খ, ইনাক-খুনবা, খুন্দবা, সাধু নংপা নত্তবা, অঙাং, অহল. নিপা–নূপী অসিনচিংবা পূম্নমক্কা "হুংঙাইবা" অসিতবু কোয়না থিনতুনা লৈ অমম্থুং অম্থুম্না থিনবা অসিতনা মরম ওইতুনা খর-খরত ওইরবস্থু হুংঙাইবা-মহাউবু ফংনজবা ঙমলি। সাধুনা হুরানববু তাথি, হুরানবনা সাধুবু তাথি, দান তৌবা মীনা অরীকপা মীবু তাথি, অরীকপা মীনা দান তৌবা মীবু তাথি, ধর্ম্ম খঙ্‌রা মীনা য়ুথকপা অঙাওববু নিন্দা তৌই, য়ু-ঙাওবশিংনা ধর্ম্ম তৌবা মীবু নিন্দা তৌই, য়ুম্বাম্লোন্দা হৈনবা মীনা সংসার থাদোক্লবা মীবু নিন্দা তৌই—অতুগুমতুনা সংসারগী অপাম্বা থাদোক্লবা মীনস্থু য়ুম্বানবগী থবক্তা হায়রিবা অতগুম্বা মীওইবু য়েৌনা নিন্দা তৌই—ওন্না-তৈনবা শাজংকী মীওইশিংনা অম্থুম্না অমগা অমগা তাথীনরবস্থু মখোয় পূম্নমক্কী অনীংবদি মশক অমত্তনি,—ফংগে তাল্লিবা পোং অতুস্থু মখল অমত্তনি, তংনীংলিবা মহাউস্থু মখল অমত্তনি—হায়বদি হায়-রিবা হুংঙাইবা অসিতবু তান্নরিবা ঙাক্তনি। মীওইবগী রাদি থমখিসি—শা-উচেক, তীল-কাঙ্‌ অসিনচিংবা অত্তোনবা জীবশিং ফাওবগী অপাম্বা নত্ত্রগা মখোয়না তংজনীংলিবা মহাউস্থু অসিগুম্বা "হুংঙাইবা" অসিতবুনি।

মক্কম অমদা লীলা, যাত্রা তৌরি—ঈশৈ শকপতুনা 'ডানা-নানা' হায়তুনা ঙংলি, থলকনা 'তেরে থে টৈতা' হায়বা মরোলনা য়ৈরি,

বেহালানা 'ঙ্যা, ঙ্যোং' খোংলি, মন্দিরদনা কোং-কাং তৌরি—তম্বুরানা 'ম্যাও ম্যাও' খোংলি—মপানগী খোম্বোক অমত্তম্থ ভিন্নদে, ভোঙাম্নবমক্কনি, তৌইগুম্বম্নুং অতুম ওইনমক মখোয় পূম্নমক মান্নবা স্থুর অমনা পুন্দুনা থমলিবনি, মসি ঈশৈ হৈবশিংনদি অতুম্মক খঙ্‌বিরিবনি। অতুগুম্না ভাইবঙ্‌ লীলাদস্থ কনানা নোকলি, কনানা কপলি, কনানা দান তৌবি, কনানা হূরাল্লি, কনানা চাকরী তৌরি, কনানা মীনাই থমলি, কনানা যোনবগী থবক তৌরি, কনানা লৈরি, কনানা চারি, কনানা মশাদা তৈবা খোৎপগী থবক তৌরি—অসিনচিংবা কয়া কয়া থরায় পানবশিংনা তৌনরি। ময়াম অসিনা তৌনরিবা মপান খোঙ্‌গী ওইবা থবক থৌওঙ্‌ পূম্নমক অসিবু উবগদি থল্লকই— ভোঙান ভোঙানবা মীওইগী অপাম্বস্থ তোঙান তোঙাল্লি—তৌইগুম্বম্নুং অশেংবদি মহু নত্তে; পূম্নমক্কা মরু ওইনা পাম্নাববা—তাম্নরিবা—অশেংবা মহাউ অতুদি মথল অমত্তগীনি হায়বদি হুংঙাইবতবুনি। মরম অতুনা ভাইবঙ্‌ লীলা অসিদস্থ হায়াররা যাত্রাদা তৌখিবা অতুগুম্না স্থুর অমত্তগীনি—হায়রিবা হুংঙাইবগী স্থুর অতুতনা ভাইবঙ্‌ পানবা অসিবু ফাহুনা থমলিবনি।

শ্রুতিনস্থ হায়রি—"জীবনা হুংঙাইবদগী পোক্লকই, হুংঙাইবদা হিংনৈ, হুংঙাইবদা লোইনৈ।" হুজীক ঐখোয়না খঙ্‌লে, জীবনা পামলিবসি হুংঙাইবতবুনি, অতুগা অসিগুম্বা হুংঙাইবা অসিতনা জীবপানবনা তংজনীংবা মহাউনি। মথক্তা ঐখোয়না উখ্রে, মহাউতংবা য়ারিবত্থ রসনি। অম্মুম্না মহাউনা রস হায়বসি ওইবা তারবদি অতুগা হুংঙাইবতনা হায়রিবা পূম্নমক্কী অপাম্বা মহাউ অতু ওইরবদি হায়রিবা 'হুংঙাইবা' অসিতনা অশেংবা রসনি। রস অসিবু খঙ্‌লবামী অতুদি হায়বদি ভাইবঙ্‌ পানবা পূম্নমক অসিবু স্থুর অমত্তনা, হুংঙাইবা অমৎতনা, রস অমত্তনা ফাহুনা থমলিবনি হায়বসি ভাব তানা খঙ্‌লবা অতুগুম্বা মী মহাক অতুদি অশেংবা রসিক (রস খঙ্‌বা) হায়বত্থ মহাক্কনি।

অদুবু লুরিবা অমদি—অসুম্না পূম্নমক্পা রস-পুদি থিনরি—রস অসিগীদমক্তস্থ থরায় ফাওবা কথোক্লরি, অতুম ওইনমক ফনানস্থ অশেংবা রসপুদি থক ফংনবা লৈতরি। মথোয়না রসগী হায়বদি শুংঙাইবা থিবদুবুতনা রসনি নত্রগা শুংঙাইবনি হায়না থম্নরি অমস্থং মতুতনস্থ ঙাইহাক্কী ওইনা থজীক্ত'তা ওইরবস্থ শাক্তি ফংনরি। রসনি নত্রগা শুংঙাইবনি হায়না জীবনা থম্নরিবশিং অতুমক্তি অশেংবা রস অমদি অশেংবা শুংঙাইবা অদুবু নত্তে, মতুদি—র-স-গী নত্রগা শুংঙাইবগী মমি তাবতনি—মঙান মশাতনি। জীবনা লেঙ্দবা শান্তিবু থক ফংনঙমদ্রিবসি মরম অতুতননি। মথোয়না হেন্ন-হেন্নতুম অসুম লৈতাদবা ফেল্লকই। অশেংবা রস নত্রগা অশেংবা শুংঙাইবদুবু ফংলবদি জীবনা লেঙ্দবা শান্তি ফংনগদবনি। অতুদি, রসকী নত্রগা শুংঙাইবগী মমি অসিমক্তি কদাইদগী লাক্লিবনো? নকলবু লৈরবদি অশেংবা পোৎস্থ শোয়দনা লৈফম থোকপনি। —মসিবু লৈরবদি মশাস্থ শোয়দনা লৈগনি। মঙানবু তারবদি মতুগী হৌকমস্থ শোয়দনা লৈগনি।

শ্রুতিনা হায়রি—"জীবনা মাবু ফংজরগা শুংঙাইনজরিবা অতুগুম্বা মহাক অতুমক্তি 'রস' হায়রিবসি" অমুকস্থ হায়রি—'শুংঙাইবনা ব্রহ্মগী মশক্তি, অতুগুম্বা শুংঙাইবা অতুগী মাত্রা হায়বদি মতুগী মঙান-মশা থরতনা জীব পানবা পূম্নমক্কী হিংমনব' মচাক্তি—থরায়নি।' শুজীক থঙ্বা ফমলে, ব্রহ্ম হায়বসিমক শুংঙাইবনি অমস্থং ব্রহ্ম হায়-বসিমক রসনি। জীব পূম্নমক্পা অতুগুম্বা ব্রহ্মানন্দগী নত্রগা ব্রহ্মরসগী (শুংঙাইবগী মশক ওইবা ব্রহ্ম নত্রগা রসগী মশক ওইবা ব্রহ্ম) মঙান মশাগী শরুক থরদংগী (মমি থরদংগী) মহাউ ফংনজে। জীবনা ভোগ তৌনরিবা (চানরিবা-হিংনরিবা) অতুগুম্বা বিষয়ানন্দ (মাঙ্বা নাইবা লন থুম্নচিংবনা পীবা শুংঙাইবা) অতুস্থ ব্রহ্মানন্দ নত্রগা ব্রহ্ম-রসদগী তোঙানথিবা পোৎশক অমদি নত্তে অতুমদি ওইরগা মতুনা

অশেংবা ব্রহ্মরস অদুমক হেক ওইবমক্তি নত্তে। মদুদি গুণ অদুমনা ত্তিনবনি হায়বদি গুণ অহুম্না ( সত্ত্ব, রজ, তম ) শেম্বা রসনি। মরম অদুনা রসমক ওইদুনম্মু মদু রস-নত্তবগুম্মী। খোৱাংবনা লাকহৎলবা মীনা অঈংবা ঈশিংনা থল্লবা—করিগুম্বা অহোবা মথুল অমত্তুম্মু লৈত্তবা অদুগুম্বা ঈশিং হাপ্লবা পাত্র অমা ফংলবমক্তদম্মু গতি লৈজদবা ওইদুনা পাত্র অদুগী অঈংবা মশা অদুতদা মরৈনা অম্মুম লেক-লুবদুনদি নত্রগা মাগী মশানা পাত্র অদুদা থেংলু-তকলুবতনদি মশাগী খোৱাংবা অদু থক কোকচবা ঙমদে, হেন্ন হেন্নদুম খোৱাংবা হেল্লকই। জীবগী মতৌম্মু মদুমক্কা মান্নখরে। গুণ অদুমগী মশক ওইরবা জগৎ অসিগী মনুংদা ব্রহ্মরস ফুমদুনা লৈরিবনি, জীবনা মদূবু মপান্দা লোথোকচবা ঙমদদুনা ইন্দ্রি মঙামক অসিনা মদুগী মথক্তদা অম্মুম নান্দুনতা লৈরি। মরম অদুনা শান্তিগী মহুত্তা লাঙ্‌তক্কবদুম অম্মুম হেনগৎলকই। অদুগুম্বা হুংদা ফুমলিবা অশেংবা রস অদূতবু মপান থোকহল্লকপা ঙমজরবদি থূদক্ত অদুম্মক ফংগনি শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ॥

ঐখোয়না উরে, ব্রহ্মতনা হুংঙাইবনি, ব্রহ্মতনা রসনি, মরম অদুনা র-স-গী হায়বদি পরব্রহ্মগী লীলাবু 'রাস-লীলা' হায়বনি। অদুগুম্বা সৎ-চিৎ-আনন্দগী মশক ওইবা পরব্রহ্ম অদুমক্ক য়াৎলকপা শক্তমদি শ্রীকৃষ্ণনি। অদুগুম্বা ভগবান শ্রীকৃষ্ণমক্কা তাকপিবা লৈ মদুদি—

"ব্রাহ্মণো হি প্রতিষ্ঠাহম্" হায়বদি 'ঐ ব্রহ্মগী মশক্কি হায়বদি পুন্না ভাশিল্লবা ব্রহ্মনি। অদুগুম্ব অশূপ্পা ব্রহ্মগী রাস-লীলা অদুদি মীয়মলেনগী রাংমদা লাইরমলেন্দা ( প্রকৃতিনা য়োঁঙমদবা মফমদা ) লেপ্পা লৈতনা অদুম্মক মতম পুম্নমক্তা শান্নদুনতা লৈরিবনি। রসরাজ শ্রীকৃষ্ণনা মশাগী অংশ নত্রগা মশাগী শক্তিগী মশক ওইবা অদুগুম্বা অমকপা চেন্দ্রবা জীবশিংগা ( শুদ্ধজীবগা ) লোয়ননা অতৎ-অথম

লৈত্তনা রসগী মশক ওইবী লীলা অসিতা শাস্ত্রত্তনা লৈবীরিবনি। জীবনা, ভগবানগী মশক ওইবা অদুগুম্বা মুংঙাইবা অদুগী মহাউ ফংনৈ অদুগা ভগবানস্থু মশামক্লা মুংঙাইবা চবুন ওইবীদুনস্থু প্রেমতনা মশাগী স্বভাব ওইনজরবা অদুগুম্বা শুদ্ধজীবগী ইতাউ তাউজবা প্রেম অদুতদা মপান নাইদনা মুংঙাইবীরি। অস্থুন্না মঙোন্দগী হানবা অমা লৈত্রবা অদুগুম্বা নিত্যসিদ্ধ-রাসলীলা অদুমক—জীবদা লায়না খঙ্-হনবীনবগীদমক শ্রীবৃন্দাবন অসিদা মীরমলেন-রাস-লীলাগী মওঙ্দা শাস্ত্রবিরবনি। হুজীক ঐখোযনা নিত্যধামতদা শাস্ত্রবা নিত্যরাস-লীলা অদুগী মরম নৈনরবা তুংদা বৃন্দাবনগী রাসলীলা অমুক শন্দোক্লা খঙ্-হজনবা হোৎনবি। ( নিত্যধাম—মাঙ্বা তাকপা লৈত্রবা মফম )।

ঐখোয়গী শাস্ত্রশিংগী বচন মতুংইন্না সৃষ্টিগী অহোবা অরোইবা থক লৈতে। অদুমদি ওইরগা সৃষ্টি তৌরি, মুৎলি অস্থুন্না অহোবা অরোইবগী রাবুদি লৈ; হান্না ইরৈ লৈরমদবদগী হন্দক্তদা নৌনা সৃষ্টি তৌরকপনি হায়বগুম্বগী অহানবা হোবা মহৌ অদুদি থক লৈতে। মরম অদুনা মদুগী অরোইবা হায়বা অমস্থু লৈতে। প্রকৃতিগী মহাপ্রলয়দা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক মুৎথ্রবদা ( প্রলয ) ব্রহ্ম মথন্তমক লৈহৌই—অতৈ করি অমত্তস্থু লৈখিদে। ব্রহ্মদি সৎ-চিৎ-নি অমস্থুং আনন্দগী মশক্নি। ব্রহ্মাণ্ডদা লৈরম্বা জীব পুম্নমক্লা ইবুংঙো মঙোন্দা লোইনা তিনথি—পুম্বাঙ্ হেক মাঙ্খিবমক্তি নত্তে। সৃষ্টি অমুক তৌরবা মতমদা মশা মশাগী অপাম্বা, হৈনবা অদুগা চান্নবা অদু অত্তগুম্বা মরাইবক অদুগা লোয়ননা হান্নগুম্না তোঙান-তোঙানবা মওঙ্দা অমদি তোঙান তোঙানবা স্বভাবতা অমুক মপান থোক্লরকই। শ্রুতিনা হায়রি—"থরায় পানবা পুম্নমক্কী থোররুক্কম ওইবা, মঙোস্তদা হিংহুনা লৈবা হায়বদি মা-তনা হিংননবা ওইবা অমস্থুং মঙোস্তদা অমুক লোইনা চঙ্শিনবা ( লুপশিনবা, তিনশিনবা ) অদুগুম্বা মহাক অদু ব্রহ্মনি।" মশা অমস্থুং মশাগী 'ঐ' অদুগী নাপন থাদোকপা ঙমদবা জীবশিংদি

অশেংবা ব্রহ্মদা থক তিনজবা ফংদে,—মহাক অত্তুদি গুণ অহুমনা তিনবী প্রকৃতি অসিতদা তিল্লি। অত্তুগা অমুক প্রকৃতিনা ( পঞ্চভূত —মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, অতিয়া অমস্থং পৃথিবী ) পরব্রহ্মদা চঙ্‌ত্নমা তিনশিনখি। অস্সুম তৌনা মতম অত্তুদদি পুম্নমক অসিনা অমত্তগী মশক ওইশিন্নপ্রবস্থ প্রকৃতিদা তিল্লিবা জীব পুম্নমক অত্তুনা কুপলেন কুপ্পা মওঙ্‌দা তোপ্পা তোপ্পা অত্তুম্মক লৈনৈ অমস্থং প্রকৃতিমকস্ু মত্তুদগী হেনজিন্না কুপ্পা মওঙ্‌দা য়াম্না হেন্না অমুক কুপথপ্রবা অত্তুগুম্বা ব্রহ্মদা তোপ তোপ্পা অত্তুম্মক লৈরুই। জীব পুম্নমক্কা মাগী মাগী অপাম্বা অনীংবা তোঙান তোঙানৈ; মরম অত্তুনা পুম্নমক্কা কুপ্প কুপ্পবা মাগী মাগী অপাম্বা, অনীংবা কুয়োম অত্তুগী মস্থংদা ফাজিন্দুনা অত্তুম্মক লৈনরকই।

মতম অত্তুদদি ব্রহ্ম অসি গন্ধবণিক-কী ( চন্দননচিংবা মনম-মহান-চিংবা লল্লোনবা মী ) থাউমক হেক মাল্লকই। লল্লোনবা নিপা অত্তুনা অহানবদা থাউ মচা মচা শেম্মী, মথংদনা থাউ মচা মচা থরা পুনশিল্লগা চাউতক তৌবা থাউ অমা অমুক শেম্মী। অসিগুম্বা চাউতক তৌবা থাউ অনি মরি তিন্নবগা হেন্না চাউথংপা থাউ অমা অমুক শেম্মী। যেংবদদি, চুম্নগী থাউ অমত্তং ওইনা অত্তুম্মক উই; তোইগুম্বস্থং মস্থংদদি তোঙান তোঙান্না লৈ। প্রলয়গী মতৌস্ু মত্তুনক্লি। অহানবমক্তুদা তোঙান তোঙানবা অপাম্বা অনীংবনা য়োম-ত্তুনা লৈনরিবা মশী থঙ্‌ত্রবা কুপ্প কুপ্পবা জীব, মথংগীনা মত্তুদগী থরা চাউথংপা মওঙ্‌দা প্রকৃতি ( পঞ্চভূত—অতিয়া, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, মঙান ), মত্তুগী মথং তারকপদনা মপান নাইত্রবা, ভমখৈ লৈত্রবা অত্তু-গুম্বা পরব্রহ্ম। সৃষ্টিগী মতমদদি পুম্নমক অমুক মপান থোরকই; অত্তুগা জ্ঞাননা থুংলাই ওইনত্তুনা অনীংবা অপাম্বগী কুয়োম অদুবু কক্কথংপা ভমজবা অত্তুগুম্বা জীব অত্তুদি অস্সুমনা অমুক মপান থোরকপা অসিদা য়াওরক্রে; মহাক্তি তংনাইত্রবা পরব্রহ্মমক্কা মান্নানা

প্রকৃতিগী কুয়োম ফাওদতুনা পরব্রহ্মদা তিনজবা ফংই। শ্রুতি, বেদান্ত অমদি গীতাবু নৈনবিরিবা অত্তগুম্বা মীশিং অতুনদি হায়রিব-সিবু অতুম্মক খঙ্নবীগনি। অসিগুম্বা সৃষ্টিগী মতৌ অসিদি পরব্রহ্মগী পাংগল মরি থোকপগী মতুংদা অমত্তগী থবক্তি হাযবদি থরদং কোঙ্-দোরকপত্তনি। মতুগী মথংদদি হাযবদি প্রকৃতিগী রাংমদদি মাগী তৌবা ঙম্বা শক্তিগী শক্তক অতুম্মক পুন্না অতুম্মক লৈ—মপান নাইত্রবা হায়কম খঙ্দবা মওঙ্দা মভান মশা চাউনা অতুম্মক লৈ। রাফম অসিমক শ্রুতি অমসুং গীতা অনিমক্তা য়াওরি। শ্রুতিনা হায়—"মৈ-ঈশিং-মুংশিং-লৈপাক অমসুং অহাঙ্বগী শক্তা (নত্রগা মতুনা শাবা মশক নাইবা জীবশিংনা) ওইবা প্রকৃতি পুম্নমক্তা মাগী তৌবা ঙম্বা শক্তকী মরি থোকপগী অমত্তনি অতুগা স্বর্গদা (লাই-রৈবাক) হায়বদি প্রকৃতিগী রাংমদদি মাগী তৌবা ঙম্বা মতিক মগুণগী মরি থোকপগী অতুম্মক শুনা অতুম্মক লৈ।"

শ্রীমদগীতাদা ভগবাননা তাকপিরিবনা—"বিষ্টভ্যাহমিদং কৃৎস্ন মেকাংশেন স্থিতো জগৎ।" স্বর্গগী ওইবা অসিগুম্বা শক্তক অহুমনা তিনবা ভগবানগী শক্তি অসিগী মতুংদা ওইবা রাস-লীলাগী মরম অতু ঐখোয়না হুজীক অমুক খিদোক্তুনা য়েংসি—

শ্রুতিনা হায়রি—"পরব্রহ্ম মথন্তনা অয়াম্বগী অনাংবা অপাম্বা পুন্নমক অতুম্মক থুংহনবী।" শ্রীমদ্গীতাদা ভগবাননা তাকপিবা লৈ—'যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহম" হায়বদি মাগী মাগী অপাম্বা অতু ফংজনবা ঐবু নীংবা অত্তগুম্বা জীবশিং অতুদা ঐনা মানা মানা পামজবা পোৎ অতু হেক হেক পীবিত্তনা মনীং থুংহনবী। ভাইবঙ্ খোন্না খঙ্নরবা মহাজনশিংগী রাহৈ অমসু লৈরি মতুদি—

"যাদৃশী ভাবনা যস্য সিদ্ধির্ভবতি তাদৃশী।"

হায়বদি মী মীগী সিদ্ধিসু মাগী মাগী অপাম্বা মতুংইন্না ফংই। সৎ-চিৎ-আনন্দগী মশক ওইবা ব্রহ্মনা প্রকৃতিগী রাংমদসু মপান

নাইদবা শকলোন পুন্থনা লেঙদনা অত্থম্মক লৈ। জ্ঞানী মথৈনদি শক্লাইদবা অমদি মপান নাইদবা ব্রহ্মদা মখোয় মশাবু অত্থম্মক ত্তিনশিনজক্লবা পামনৈ, মরম অত্থুনা মখোয়না পামজবা অত্থনক মখোয়না ফংই, শক্লাইদ্রবা ব্রহ্মদা অত্থম্মক ত্তিনশিনজকই। অম-রোমদা অমুক মখোয়গী অনদি মখোয়গা ব্রহ্মগী চিৎ (চৈতন্য-জ্ঞান) অত্থগা অমও ওইশিনহজনা হ; মরম অত্থনা মখোয়গী নীংজবত্ত মখোয়না অত্থম্মক ফংনক্লে; অম্মম তৌনা মখোয়না ব্রহ্মগী চৈতন্য-স্বরূপ ওইনা লৈখি। ভক্তশিংনদি-- পরব্রহ্মবু শুংঙাইহবতগী মশক্তি হায়না উহ অমসুং পোঙব নাইদবা মতম ফাওবগী ওইনা তোঙান্না অত্থম্মক লৈজহনা ব্রহ্মগী শুংঙাইহবা শক্ক অদূত্তবু মথাউ তংহনা অত্থম লৈজনাংই, মবম অত্থং ভক্তি, গীতা অমদি মহাজনশিংনা হায়রম্বা মতুংইঃ। মখোয়গা নাংজব, পানজবা অত্থসু অত্থম্মক ফংনজে।

ভক্তগী ভাব মখল মথানি হায়বদি মঙা থোক্লা খঞ্জবা যাই মত্থদি, শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মাধুর্য্য (নত্রগা মধুর)। মসিগী মতুংদা মাধুর্য্য ভাবনা খ্বাযদগী হেনবগী মবম মথক্তা হায়া নৈনখরে। অসংতম্বা 'রাসলীলা'গী মতাং অসিদা মরু ওইনা ঐখোয়না নৈনফম থোক্লবদি হায়রিবা মাধুর্য্য ভাব অসিতনি।

পঞ্চদশী হায়না কৌবা বেদান্তগী লাইবিক্লা যাওরি—

"ইহ নাত্মা পরানন্দঃ পরপ্রেমা স্পদত্বতঃ।"

হায়বদি জ্ঞানগী মশক ওইবা আত্মা অসিদি শুংঙাইবগী মশক্তি, করিনা, হায়রিবা আত্মা অসিতনা অখোইবা প্রেমগী মশক ওইবনা (হায়বদি জীবনা মাবুতা শুংশিনবনা)। আত্মাদি শুংঙাইবতগী মশক ওইবনা ঐখোয়না আত্মাবু ইনাৎ ইশিন ওইনা অত্থম্মক প্রেম তৌনৈ (শুংশিনৈ, পামনৈ)। অত্থনদি খঙবা ঙমলে, প্রেম অসিত্তগী মপান্না ঐখোয়না শুংঙাইবগী মহাউ ফংনৈ। শ্রুতিনা অমুক হায়রি

—"ইহান হেক হানবমক্তি আত্মা মথন্তনি, অতৈ করিশু অমত্তা লৈরম্বা নত্তে।" ভগবাননা গীতাদা তাকপিরি—

"অহমাত্মা গুডাকেশ সর্ব্বভূতাশয়স্থিতঃ।"

"জীব পানবা পুম্নমক্কী মশা মতুংদা ঐ অসিতনা আত্মা ওইতুনা লৈরিবনি।" অতনদি ঐখোয়না আত্মা মখল অনি থোক্না ফংলে —অমনা মপান নাইদ্রবা শীংথারুকম খঙ্দ্রবা অতুগুম্বা হুংঙাইবতগী মশক ওইবা মরু ওইবা (হৌক্ষম ওইবা) আত্মা অতগা অনি শুবতুনা জীবপানবা পুম্নমক্কী হুংদা লৈবা—থাইথরকপা শরূক ওইবা অতগুম্বা আত্মা—অসিনি। হায়রিবা আত্মাগী শরূক অসিমক ঐখোয় ঐখোযগী 'ঐ' অসিনি,—ঐমক্কী রানি হায়রিবসি; মরম অতুনা ঐনা ঐবুতা হুংশিজে; ঐবুতা মপামজে। হন্না হন্না ঐখোয়না লাউজ্জরবাল মতুদি—শরূক মচেৎকী (অংশ) মতৌ য়েংলগা অপূন-বগী মতোবুম্মু মপা লাক্ক্ননা অতুম্মক খঙ্নবা য়াই। মৈরীক অমগী মৈচাক য়েংলগা অচৌবা মৈবিগী মৈচাক অতুম্মক খঙ্নবা ঙম্মী। মরু ওইবা মপান নাইদ্রবা, হুংঙাইবতগী মশক ওইবা অতুগুম্বা আত্মা অতুগী শরূক ওইবা অসিগুম্বা জীবনা মশানা মশাতবু হুংশি-জরগা মশাতগী হুংঙাইজবা ওইবনা এবম ওইতুনা মরু ওইরিবা মপান নাইদবা হুংঙাইবগী মশক ওইবা অতগুম্বা আত্মা অতুসু মশানা মশাবু হুংশিজতুনা মথন্তনা মথন্তগা হুংঙাইবা মহাউ তংতুনা লৈরিবনি। মশাগী হুংশিবা মতৌ অতুনা মহাক্না মথন্তবু অতুম্মক মহাউ ফংহল্লি। অম্মুম্না, হুংশিবা মতৌনা মশাগী হুংঙাইবা মহাউ ফংলব-নিনা অতগুম্বা হুংঙাইবা মহাউ তংলিবা শক্তি (পাংগল) অতুগী মমিং 'প্রেম' কৌই। অসিগুম্বী হুংঙাইবা মহাউ ফংহল্লিবী শক্তি অসিনা হুংঙাইববুমু অতুম্মক হুংঙাইবা মহাউ ফংহল্লি। মরম অতুনা অতোপ্পা মাগী মমিং অমদি "হ্লাদিনী শক্তি" অম্মুম্না খঙ্নৈ। অতনদি খঙ্নবা ঙমলে মতুদি,—মহাক্না, মশাগী হুংশিবা শরূক্না মশাগী

হুংঙাইবা শব্ধকপু মহাউ তংজে। শক্তিনা, মশাগী হৌরককম ওইবা শক্তিমানবু থাদোক্লগা তোপ্না থক লৈবা যাদে, অতুগুমতুনা শক্তিমান্-নসু ( শক্তিবু পুন্নিবা, পায়রিবা অতুনসু ) মশাগী শক্তিবু থাদোক্তুনা থক লৈবা ঙমদে,—মসিদি মশানা অতুম্মক ওইজরবা অচুম্বনি, অতুমদি ওইরগা শক্তিগা শক্তিমানগা অনিমক অসি পোৎশক অমত্তা ওইবদি নত্তে—তোঙান তোঙান্নবনি, মসিদসু চিংনকনিংঙাই থক লৈত্তে। মরম অতুনা পরব্রহ্ম নত্রগা মরু ওইরিবা ( মূল ) আত্মা হায়বসিনা মশক অমত্তমক ওইতুনসু অনিনি অতুগা অমরোমদসু অমুক অনি ওইতুনসু অমত্তনি—দ্বৈতাদ্বৈত নত্রগা বিশিষ্টাদ্বৈতনি।

প্রেমগী ( হুংশিবগী ) মহুংদা ভাব হায়বা অমসু অমুক লৈবি—প্রেমদি অমত্তনি, ভাবতি মখল কযাগীনি। প্রেমগী লীচৎতি অপান্বা নত্রগা হুংশিবনি। মীশক অমত্তবু মমানা, মাগী নূপীনা, মচন-মচেনচিংবনা অতুম্মক হুংশিনৈ. মখোয খূদীংমক্কী হুংশিবা নত্রগা প্রেম অতুদি অমত্তনি—অদুবু মওঙ দি তোঙানৈ। নূপীনা মপু-রোয়ববু হুংশিবদি মধুর-ভাবতনি ( খোযগুম্নবা মওঙ দনি ), অসিগুম্বা মধুর-ভাব অসিগীসু পীক্ল-পীক্লবা শকলোন্দা মখল চামা চামা থোক্লা অমুকসু থায়দোকপা লৈবি। মরম অতুনা হুংঙাইবগী মশক ওইবা, রসগী মশক ওইবা অতুগুম্বা পবব্রহ্মগী প্রেমগী শব্ধক্লা মশীং থঙ দবা শব্ধক কযা কযা থোক্লা থাযদোকখিতুনা মশীং থঙ দবমখৈ হুংঙাইবগী শব্ধক অদুবু মহাউ তংনতুনা লৈ। তোঙান-তোঙানবা ভাবকী মশীং থঙ দ্রবা তোঙান তোঙানবা প্রেমগী শব্ধক মখৈনা মাগী মাগী ভাবনা ওইবা কূপলেন কূপগ্রবা অতুগুম্বা কুয়োমনুংদা ফাজিন্দুনা লৈথিবনা ভাব মখল অমগী প্রেমনা অতোপ্পা ভাব মখল অমগী প্রেমগা থক তিম্নরুবা ঙমদে। হাযরিবসি, ঐখোযনা ঐখোযগুম্না প্রকৃতিগী অফা অপুন নংলবা জীব অতৈগী মতৌ কূপ্না য়েংশিল্লবসু অতুম্মক থঙবা ঙম্মী। পৃথিবীদা লৈরিবা মী পূম্নমক্লা মপানগী ওইবা মশক

মতৌদা, মহৈ মহৈ অমত্তা মান্নদবগুম পূক্লীংগী রাখল্দা অমদি মাগী মাগী অপান্বদা, হৈনবী লোনচৎ-শাজত্তা অমদি মনাৎ মশিন্দস্তু মহৈ মহৈ থক তিন্নদে। থরায় পানবা পূন্নমক চৈতন্যগী মশক্তি ( জ্ঞানগী মশক্তি ) ; মরম অতুনা মশক অমত্তা ওইরবদস্তু তোঙান তোঙানবা রাখলগী কুয়োমনা থাজিন্দুনা থমখিবনা পূন্নমক অমগা অমগা তোং— ঙান্নৈ। মরম অতুতনা শিরগা হকচাং মমুংগী চৈতন্য (অখণ্ড্ বগী শরূক) না নত্রগা জীবনা মহাচৈতন্যদা ( জীবগী চৈতন্যগী থোরকক্কম নত্রগা হৌরকক্কম ওইবা মরু ওইবা চৈতন্য অ২দা ) থক তিল্লুবা ঙমদ্রিবনি। অসিগুম্বা কুয়োম অসিদং লৈরমদবা থোক্লবদি পূন্নমক শিরগা অরানবা খুবম হেক্তেমক ফংনরমগদবনি। অম্মুম তৌনা ব্রহ্মাণ্ড পূন্নমক্কী ওইবা অতুগুম্বা মহাপ্রলয়গী মতমদস্তু জীব পূন্নমক্কা অসিগুম্বা ভাব অসিগী নত্রগা ভাবকী মশক ওইবা নোংদমখোনগী ( লাইবক্কী ) কুয়োমনা য়োমতুনা তোঙান তোঙান তাননা অতুম্মক লৈনৈ—মসিগী মরমস্তু ঐখোয়না মৎক্তু হান্না নৈনখ্রে। তৌইগুম্বস্তুং সত্ত্ব, রজ, তম হায়বা গুণ অহুম অসিগী মশক ওইবা অতুগুম্বা ভাবকী কুয়োম নত্রগা মরক থনবী মতৌ অসি লৈবতনা মরম ওইতুনা যোগ-গা প্রেমগা অনিমক অসি তোঙান তোঙান্নরকই ; অতুমদি ওইরগা মখোয় মশাগী ওইনা শাগোন্নতুনা লৈরিবা অতুগুম্বা ভগবৎ-প্রেমগী কুয়োম অতুমদি থক তৎন-থানবা লৈতে ; মতুদি হান্নগী হান্নতু ওইনা লেঙ্দনা অতুম্মক লৈ অমস্তুং লৈখিগনি : মরমদি মতু, হৌবা লোইবা লৈতবা অতুগুম্বা পরব্রহ্মগী শরূকনি ( অংশনি ) নত্রগা মাগী শক্তিনি। অসিগুম্বা হায়রিবা কুয়োম নত্রগা মরক থনবী অসি অসুপকী মতিক কূপই অমদি লংঙ, মদুবু মীওইবগী বুদ্ধিনদি থক মশক লাকলূবা ঙমদে ; মরম অতুগীদমক্তনি ঐখোয়না পরব্রহ্মবু শক্লাইদবা হায়নরিবা। তশেংবমকস্তু মাদি শক্লাইদবনি অতুগা অম- রোমদস্তু শক্লাইবনি, অতুগা মথন্তনা শক্লাইদবা, শক্লাইবা অনিমক্কি

—হায়বদি জ্ঞানগী মিৎয়েংদনা মহাক শক্লাইদবনি, প্রেমগী মক্ষমদনা মহাক শক্লাইবনি। লৈপাক-ঈশিংনচিংবনা শেম্বা প্রকৃতিগী মরক থনবী অসিম্ভু কা-হেম্না লংলবদি ( অমকপা চেন্দ্রবদি ) মদূবু অচম্বা মিৎয়েংনদি উরুবা, ফারুবা ঙমদে, মসি ঐখোযনা মহাভারত পারু-বগা খঙ্বা ঙম্মী অত্থুগা ঐ ঈশামক্লস্থু মরক মরক্তা হেক হেক থেংনরকপা য়াঙই। মহাভারতকী সভাপর্ব্বদা মযদানবনা শাবা যুধিষ্ঠিরগী, চুম্নগী মতৌতমক মালহন্দুনা থম্বা অত্থুগুম্বা লীক্লাইগী থোঙ্দা দুর্য্যোধনগী মমায় যৈশিল্লুবা থেংনৈ। অম্বুম্না লৈপাক্তগী থোকপা পোৎনা মরক থনবদা মত্থুনা অমকপা য়াওদনা অৎংবা ঙাক্তা ঙায়থ্রবদি মদূবু মিৎনা উরুবা ঙমদে, অত্থু ওইরবদি, কূপলেন কূপ্না —মত্তদগীম্থু হেম্না কূপথ্রবা অত্থুগা লূবা-লংবদগীস্থু অমূক্তা হেম্না লূথ্রবা অত্থুগুম্বা প্রেমগী নত্রগা ভাবকী ( রাখল ) মশক ওইবা মরক থনবী অদূবুদি পূক্লৌং ফাওবনা থক উরুবা ঙমদে হায়বসিদা করিস্থু ঙক-লূকম লৈতে।

প্রেমগা আনন্দগদি ( নুংশিবগা নুংঙাইবগদি ) অত্থুম্মক তৎনবা থানবা লৈত্তনা শাগোন্নত্থুনতা লৈ হাযবসিগী মবমদি ঐখোয়না নৈনখ্রে অত্থুগা হায়রিবা প্রেম অসিদি প্রকৃতিগী মতৌনি হায়বসিমস্থু হায়খ্রে —মরম অত্থুনা অত্থুগুম্বা তোঙান তোঙানবা মশকী ওইবা প্রেম অদূবু আনন্দময়গী (নুংঙাইবগী মশক ওইবা আনন্দগী) লোয়নবীমক্তি হায়বা য়াই। শ্রীমদ্গীতাদা ভগবাননা তাকপিরি—

"অপরেয়মিতস্ত্বন্যাং প্রকৃতিং বিদ্ধি মে পরাম্।
জীবভূতাং মহাবাহো যয়েদং ধার্য্যতে জগৎ॥"

হায়বদি লৈপাক্লচিংবা পোৎলম নিপানমক অসিদি ঐগী খায়দগী তোনবা প্রকৃতিনি অত্থুগা জীব অসিদি ঐগী অথোইবী ( পরা ওইবী ) হায়বদি খায়দগী থোইদোকপী অত্থুগুম্বী প্রকৃতি অত্থুনি ; মরম অত্থুতনা জীবনা মশা মশানা তৌজবা কর্ম্মনা জগৎ তাইবঙ্ পানবগী

ঈচেল অসিবু থকহন্রিবনি। মরম অহূনা জীবসু প্রকৃতিনি, প্রেমসু প্রকৃতিনি। অসিগুম্বা কর্ম্মগী মথাপোনবা জীব অসিনা ভগবানবু নীংজহূনা কর্ম্ম অদুবু মাঙ্ হল্লগা প্রেমগী মশক ওইবী অহুগুম্বী নিত্য-প্রকৃতি ( শাগোন্নবী প্রকৃতি ) অহূদা তিনজরুবা য়াই। অহুগুম্বী প্রেমগী মশক ওইবী প্রকৃতিগা হুংঙাইবগী মশক ওইবা অথোইবা রসকদি (পরব্রহ্ম) তৎনা-থানবা লৈতনা য়েৎনহূনা অহুম্মক লৈরিবনি, অনিমক থাদোক্নবা লৈতনা অহুম্মক শাগোন্নরিবনি। অসিগুম্বী মশীং লাকঙমদ্রবী প্রেমগী শকলোন ওইবী প্রকৃতি নত্রগা তৎনা-থানবা লৈতবী লোয়নবীশিং অসিগা পরমানন্দগা নত্রগা অথোইবা রসগা থক তৎনা-থানবা লৈতে হায়র্বাদি মতম চূপ্পদা শাগোন্নহূনতা অহুম্মক লৈমিন্নে হায়বদি শান্নহূনতা লৈ, মহুগী মমিংবু "রাস-লীলা" অস্সুন্না কৌই।

অসিগুম্বা অশেংবা রাস-লীলা অসিনা মাঙ্বা তাকপা লৈতবা ওইহূনতা লৈবগুম—মাগী ঙমথৈসু লৈতে, মপানসু নাইদে। পর-ব্রহ্মগী মশক ওইবা থৌজান হৈরবা ভগবাননা তাইবঙ্ মৈশা লাংলবা জীব পুম্নমক অসিবু অহুগুম্বা নিত্যরাসকী (লেঙ্দ্রবা, ওইহূনতা লৈবা রাসকী) অথোইবা রস অহুগী মহাউ ফংহনবীনবগীদমক শ্রীকৃষ্ণগী শক্তম লৌহূনা শ্রীবৃন্দাবন অসিদা প্রকৃতিগুম্না (মাঙ্বা তাকপা নাইবা মীরমলেনগী মতৌদা) রাস-লীলাবু শান্নবিরবনি। মশামক্না অহুগুম্বা হুংঙাইবগী শক্তম অহুমক ওইনা নটবর বেশ (জগোই শাবা নিপাগী ফিজেৎ) থোমবিহূনা অমদি মশীং লাক-ঙমদ্রবী নিত্য-সহচরীশিংবুনা (লোয়নহূনতা লৈবী) তৎনা থানদ্রবী গোপী-সহচরী ওইহনবীহূনা মণ্ডলীদা (কোয়না লেপ্পুনা) জগোই শামিন্নরি, ঈশৈ শকলি অমসুং কোম্নবনচিংবা তৌবীরি। নিত্যরাসকী মপান নাইদবা মতৌ অদুবু উৎপিনবগীদমক্তা অস্সুম্না ইকোয় কোয়না মণ্ডলী শেমহূনা লেপপ্রিবনি। মপান নাইদবা মতৌ উৎকে হায়-

ব্রবদি মতু অকোয়বা অমগী মতৌদা উৎকদবনি ; করিনা, অকোয়বা অসিগুম্বা পোৎকিদি অহৌবা অরোইবা লৈতে—মপান নাইদবা পোৎকীস্নু হৌফম লোইকম থঙদে। ঐখোয়না পরব্রহ্মবু চীনতনা "মপান নাইদে—অনন্ত'নি অস্নুম্না তুক হায়নবতনি, অতুগুম্বা অনন্ত ( মপান নাইদবা ) অদূবু করি হায়না থঙ্গদগে হায়বত্তুদি থঙলুদে— মদুবু লাকশিল্লুবস্নু ঙম্মদে। তৌইগুম্বস্নুং করিগুম্বা পোৎ অমবু মপান নাইদবা ওইনা থল্লুবা তারবদি মতু হেক্তেমক ইকোয়-কোয়শিল্লকই —মতুমদি থঙনরবা মতৌনি। মপান নাইদ্রবা সমুদ্রেগী ময়ায়দা লেপ্লগা মায়কৈ মরিমক্তা কোয়না লৈতুনা য়েংলবদি ইকোয় কোয়নতা অতুম্মক উগনি—মপান নাইদবা ঈশিং মপৈস্নু অস্নুম্না কোইরপ কোয় অতুগা মপান-নাইদনা, ঙমথৈ লৈতনা পাক শনথ্রবা অহাঙবা আতিয়া সমুদ্র অসিবুস্নু অতুগুম্না অতুম্মক ইকোয় কোয়না উই। মরম অতুনা, ঐখোয়না হায়বগুম্না, চীনতনা ব্রহ্মদি থক মপান নাইদে, মাগী ঙমথৈ লৈতে অস্নুম্না হায়নরিবা মীশিং অতুগী রাদি তোঙান্না থমখিসি, তৌইগুম্বস্নুং থম্মহৈবা মীশিং অতুদি হেক থম্মবা হৌবমক্তদা হেক্তেমক উবীগনি—অকোয়বা মশক অমা। অকোয়বা হায়বা অসিবু থঙনবা পাম্বৈদি ঐনা মতুগী ময়ায়দা লেপ্লগা মান্নকৈ পূম্নমক্তা য়েংবদা অতুম্মক অরাও অথু চপ মান্নবা মতৌ অদুবু অকোয়বা হায়বনি। অস্নুম্না মপান নাইদবা পোৎকীস্নু মশক তাক্কে হায়রবদি অকোয়বা মওঙ ওইনা ( মগুলী ওইনা ) উৎকদবনি। কোইরপ কোয়বা 'শালগ্রাম-শিলা' অমদা তাইবঙখোনবা শ্রীবিষ্ণুবু লাকশিন্দুনা পূজা কৎনরি, মতুমকস্নু মপান নাইদ্রবা- শরাইদ্রবা ব্রহ্মগী ফিদম অমনি। পৃথিবীগী মেপ য়েকপা অপীকপা গ্লোব-মচা অমা য়েংলগা পাক চাউরবী লৈপাক লৈমা ( পৃথিবী ) অসিবু থঙনবা ঙম্বগুম, বৃন্দাবনগী রাস-মণ্ডলবু উরগা মপান নাইদ্রবা প্রেমানন্দগী মণ্ডল (অকোয়বা মতৌ) অতুগীস্নু অতুম্মক থরত ওইরবস্নু অস্নুম্না মমি লাকপা ঙস্কম থোকই।

মথক্তা ঐখোয়না হান্না হায়জখরে, শ্রীবৃন্দাবনদা লৈবী, ভগবানগী চান্নবী গোপীগী মশীংদি থীঙমদে ; মহু হুজ্জৌক্তি চুম্নখরে। মী অয়াম্বনা হায়নবীগদবা লৈ—মশীং লাকঙমদ্রবী গোপীনা ঙমখৈ নাইবা বৃন্দাবন অসিদা কমদৌনা লেপফম ফংনরিবনো ? মহুগী পাউখুমদা ঐখোয়না হায়জগদবদি—মপান নাইদববু খঙ্লুনবা পাম্বৈ লৈতে হায়বসি অচৌবা মণ্ডলবু উরুবগদি খঙ্নফম থোকই, অহুগুমহুনা মশীং লাকঙমদববুস্থ খঙ্লুনবা উপায় লৈতে—চুম্নগী অয়াম্বা মশীংগীনি হায়নতা খঙ্নগদবা ওই।

মূল শ্লোকতা ঐখোয়না উই, গোপী খুদীংমক্কী য়েন্তা-ওয়দা, নাকল অনিমক্তা রসরাজ শ্রীকৃষ্ণনা খুৎ অনিনা গোপী খুদীংমক্কী মঙক-মঙক্তা কোনবীরি। মণ্ডলীগী নীংথিজবা মতৌ উংননবগীদমক অম্সুম্না তুক হায়রম্বতনি ; তৌইগুম্বস্থং তশেংবমক্তি শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবীশিংগীদি মখোয়গী ওয়দা-য়েংতা মাচ্দা তুংদা মথক্তা অমস্তুং মখাদা—মায়কৈ পূম্নমক্তা কৃষ্ণগী কৃষ্ণ চাক্তনি। নিত্যরাস অসিগী মরম নীংশিংলবদি ঐখোয়না মহু শেংনা অহুম্মক খঙ্নবা ঙম্মী। ঈশিংদা, ঈরাক্তরবা মী অমগী অকোয়বদা, মায়কৈ পূম্নমক্তা মাগী মশা পূম্নমক ঈশিংতগা অহুম শম্নবগুম, মাগী মাগী ভাবকী মূর্ত্তিনা মপান নাইদ্রবা হুংঙাইবা সমুদ্রদা লূপ্নহুনা লৈবা অহুগুম্বা মখোয় অহুগীস্থ মায়কে পূম্নমক্তা, মশা পূম্নমক্তা হুংঙাইবা অহুত্তগা শোক্ল-শম্নহুনতা অহুম লৈরিবনি। অসি-গুম্বা বৃন্দাবনগী রাস-মণ্ডল অসিদগী মহুমক ঐখোয়না খঙ্জিনগদবনি।

ঐখোয়না 'ভাবকী মূর্ত্তি' অম্সুম্না হায়জবা অসিদা লৈবাকমচা অতৈগী পেম্নদনবা ওইরমগদরা, মহুমক্তি হায়জরুবা ঙমদ্রে। অদুবু ঐখোয়গী থাজবদি, অসিগুম্বা ভাবকীস্থ (রাখলগীস্থ) মশক মতৌ নাইরি, অহুগুমহুনা হুংঙাইবগীস্থ লৈ। থম্বগী থবক তৌবীরবা মীনদি মসিবু অহুম্মক খঙ্নবি অহুনা সাধন তৌরগদি মহু অমুক্তস্থ হেন্না শেংনা ফাওই। ঐখোয়না উনরে—চিদানন্দগী মশক ওইবা

পরব্রহ্মগী শরূক তংখায় অমদি প্রেমনি অতুগা তংখায় অমনা চিদানন্দনি ; মরম অতুনা প্রেমগী শরূকস্তু 'চিৎ' কী মশক্তি (জ্ঞানগী মশক্তি) হায়রিবা চিন্ময় ওইবা প্রেমগী শরূক অসিনা মাগী মাগী তোঙান তোঙানবা মশক অদুবু মশানা খঙ্জবা ঙম্নকপা মতমদা মাগী মাগী মশক মচুস্তু অতুম্মক ফাওজরকই—মসি অরেপ্পনি। মী পুম্নমক্না উনবা ফংলিবা মাগী মাগী মশক মওঙ্শিং অতুনা মাগী মাগী মশক অতুম্মক ওইরিবনি। অতুম ওইদুনস্তু হায়রিবা শক-চু অসিবু কমদোবনো হায়বা অতুমক্তি ঐখোয়নদি হায়রুবা ঙমদে—মতুদি কনানস্তু হায়নবা ঙমলোই। ঐখোয় অপুম্বসি মীওইবা, মীওইবী ঙাক্তনি; মরম অতুনা য়োনা ফজরবা মীওংবা অমদি য়োনা ফজবী মীওইবীগী শককম ওইনা পুক্নীংদা লাকশিন্দুনা মদুবু খঙ্নবা হোৎনগদবনি। সাধন তৌজবগী মহৈনা মতুগী মতুংদা লাকপা অশেংবা মশক অদুবু খঙ্জরকপা ঙম্নবা অতুগুম্বা মী অতুতনা অশেংবা মূর্তি অদুবু খঙ্বা হায়বতু ওইগদবনি, অতুম ওইনমকস্তু—মহাক অতুমক্তস্তু মদুবু মরোম্না ফোংদোকপদি খক ওইথোকদবা লৈতে।

মূল শ্লোকতা শুকদেবনা হায়রি—মণ্ডলদা লৈরিবা গোপী থুদীংমক্না শ্রীকৃষ্ণবু মাগী মাগী মনাক্তদা লৈবা ওইনা উই, অতোপ্পগী মফমদদি খক উরুবা লৈতে। মসিস্তু হায়থ্রিবা মপান নাইদবা প্রেমানন্দগী মকোয় অতুতনা ওইবা মতৌনি। মফম অতুদা, মশীং লাকঙমদ্রবা প্রেমগী মশক ওইবা ভাবকী মূর্তি কয়ানা মপান নাইদ্রবা—ঙমথৈ লৈত্রবা অতুগুম্বা হুংঙাইবা ইরেলগী শরূক অমমমদা মানা মানা লুপ্নরুরিবা মফম অদুতবু অথনবনি ( মপুং ফাবনি, মচেৎ তাদবনি ) অস্তুম্নতা থন্নে অমস্তুং মানা মানা থেংনরুবা মফম মফম অতুতগী মহাউ তংনতুনা মহাক মশামকপুস্তু ইথন থনবা ওইনা নীংজতুনা পেন্নজে। মাগী মায়কৈ মরিমক্তা হুংঙাইবতগী মশক লৈ—মান্নকৈ পুম্নমক্তা কৃষ্ণগী কৃষ্ণ ঙাক্তনি ; অস্তুম্না কৃষ্ণতনা মাবু য়োমতুনা লৈবনা

মহাক অহুনা করিগুম্বা অতৈ অমবুদি থক উরুবা লৈতে। ঐখোয়
মীওইবগী মরক্তস্থ করিগুম্বা, ভক্ত চাম-চামনা মকম অমত্তুদা পূম্না
ক্ষম্মিন্নহনা ভগবৎ-ধ্যান তৌনবদা পুক্নী‘বু চপ-থুংনরবদি হায়বদি
তন্ময়তা ভাব য়ৌনবা ভঙ্গবদি মী খুদীংমক্না উনবা ফংগনি মহুদি,
ভগবাননা ঐগী ইনাক্তদা লৈবীরি—অস্মুম্না অতোপ্পগী মকাদদি ঐনা
মাবু থক উরুবা তৌরোই। মরম অহুনা ঐখোয়না শ্রীবৃন্দাবনগী
রাস-লীলাদা গোপী ময়াম, কৃষ্ণ ময়াম্বু উরগা অমদি গোপী খুদীংমকী
নাক্তা য়েত্তা শ্রীকৃষ্ণনা লৈরিবহু উরগা থম্মোইন্থুংগী আধ্যাত্মিক-রাস-
লীলা অমস্থুং নিত্যধ্যামদা ওইরিবা নিত্য-রাস লীলা অনিমক্কী তত্ত্ব
অদুবু খঙ্নবা ভমনৈ।

হুজীক্তি গোপীগী রাকম অমুক লাকলে।—অথোইবা নুংঙাইবগী
মশক ওইরবা পরব্রহ্মনা হেক হৌডৈদগীনা ঙসি তানবা ফাওবদা
মশাগী প্রেমদা মথন্তনা মথন্তগী মহাউ তংহুনা লাকলি—মসিগী মরমদা
ঐখোয়না চাউরাকপা মওঙ্দা নৈনজখরে। মাগী প্রেমগী শরুক্না
অমুক মশীং লাকঙমদ্রবা ভাবকী মশক (রাখলগী মশক) লৌরক্তুনা
মহুগীস্থ মশীং লাকঙমদবা ওইরকই অহুগা মহাক্না অমত্ত ওইহুনস্থ
অমমমগা শাগোন্নবনা মশীং লাকঙমদবা ওইরকই। হায়রিবা মাগী
প্রেমগী শরুকশিং অসিনা মাগী প্রকৃত্তিনি হায়বদি সহচরীনি (লোয়ন-
বীনি)। অহুগুম্বী সহচরী অহুনা শ্রীবৃন্দাবনগী লীলাদা গোপী ওইরিবা
অসিনি। হায়রিবী গোপীশিং অসিগী ভাব খেন্নবা অমদি মাগী মাগী
প্রেম অহুগী অরাৎপা অহেনবা নাইবা মতুংইন্না মওঙ্স্থ তোঙান
তোঙাল্লি। মখোয়গী মরক্তা, প্রেমদা অমদি ভাবতা অরাৎপা লৈতবী
—মপূং ফাবীদি শ্রীরাধাতনি। রাধা নত্তবী অতৈবুনা ললিতা, বিশাখা
অসিনচিংবী মিং ময়াম থোন্দুনা খঙ্নবা অমা লৈখরে। নিত্যসিদ্ধা
ওইবী গোপীগী মরমদা ঐখোয়না হান্না হায়জখিবহু হুজীক্তি তশেংনা
খঙ্লে। অফা-অপুন নংলবা জীব পূম্নমক অসিমা হায়রিবা নিত্য

লীলা ( থোক্কুনতা লৈবা ) অসিগী নিত্যানন্দ অদুবু ( লেঙদবা স্থুং-ঙাইববু ) মহাউ ত'ক্তনীংলবদি, নিত্য-সিদ্ধা ওইবী হায়রিবী গোপীশিং অসিগী তুং-ইনজবী ওইগদবনি হায়বদি—মানা ভগবানবু ফংনীংলিবা মশাগী ভাব অতুগা মান্নবী গোপী অমদা চঙজগদবনি হায়বদি মাগী ভাব অতু লৌদুনা সাধনা তৌজগদবনি। অসিগুম্বা ভাবশিং অসিবু 'মঞ্জরী' হায়রনা খঙনৈ। ভক্তি-শাস্ত্রগী মত মতুংইন্না, কনমক সাধন তৌদুনম্মু কনানস্মু রাধামক হেক ওইরুবদি য়ারোই, অতুমকপু রাধাগী ভাবতা কনাগুম্বনা করিগুম্বদা মশাবু পূমথন হেক থলহল্লুবা ঙম্নকপা থোক্লবা অতু ওইরবদি মহাক অতু নিত্যরাধাদা তিনজরুবা ফংগনি ( সাযুজ্য )। অসিগুমদুনা কনাগুম্বী গোপী অমগী ভাবতা মশাবু মপুং কাহল্লবা ঙম্নবা, অদুগুম্বা মী মহাক অতুম্মু গোপী অতুগী মান্নবা থাক য়ৌজরকপা ফংগনি নত্রগা নিত্য-গোপী অতুদা তিঞ্জগনি।

ঐখোয়না হায়রনা উনখরে মতুদি, তোঙান তোঙানবা ভাবকী কুয়োমনা মরক থন্দুনা ভাব পুন্নমক তোপ্পা তোপ্পা লৈনৈ ; মরম অদুনা ভাব মশেল অনিনা খেন্নবা লৈতনা মান্নরবদি অতুম্মক ঈশিংগা ঈশিংগা তিন্নবগুম অমত্তা ওইশিন্নখিগনি হায়বসিদা চিংনমিঙাই করিস্মু লৈতে। মহাভারত পারুবদগীম্মু ঐখোয়না মসিগী মঙান থজীক্তি অতুম্মক ফংবা ঙম্মী। মহাভারতকী মহাপ্রস্থান-পর্ব্বদা ( নোংগা-রোনদা ) উবা ফংই, শাপ-ফংলবা ধর্ম্ম বিদুরনা ধর্ম্মগী মচা ওইবা যুধিষ্ঠিরগী মশাদা তিনশিনখি। মসিম্মু হায়রিবা মতৌ অসিমক্তি। শাস্ত্রদা য়েকলি—"আত্মা বৈ জায়তে পুত্রঃ" হায়বদি মপানা মচা ওইনা মপোক ত্তুকই ; অদুনা কৈনা থক তোকপা পোক্তে হায়বদি মপাগী মচা হায়বদু অতুম্মক ওইরিবনি। বিদুরদি স্বয়ং ধর্ম্মমকনি অদুগা যুধিষ্ঠিরনা ধর্ম্মকী মচানি ( ঔরস-পুত্র ) মরম অদুনা অনিমক মপুং মচুংদাদি অমত্তনি ; মরম অদুননি বিদুরনা মাগী লু-তোংনা শাবা মশা অদুনা মাঙথবদ কুপলেন কুপ্পা ধর্ম্মগী মশক ওইবা যুধিষ্ঠিরগী

তুংগী হকচাং অতুদা অতুম্মক তিনশিনখিবা। অতুনা হুজীক ঐখোয়না খঙ্বা ঙমলে,—রাধা অনি অহুম, ললিতা অনি অহুম অমদি বিশাখা অনি অহুমদি থক ওইবা য়াদে। জীবনা মশাগী সাধনগী পাং-গলনা নিত্য-লীলাদা য়াওরিবী মশীং লাকঙমদ্রবী অতুগুম্বী সখী ভাবকী অমদা নত্রগা অমদা অমত্তা ওইনা অতুম্মক তিনশিনখি।

সখীগী ভাব অসি অমুক্কা হন্না নৈনখিসি। শ্রুতিনা হাযরি—"উচেক অনিথক য়াম্না লুনা তিনৈ, চান্নে; অানমক উপাল অমত্তুদা পুন্না লৈমিন্নে, কৈদৌঙৈদস্থ থক থাদোক্লবা লৈতে। উচেক অমনা উপাল অতুগী উহৈ চায়, অমা অতুদি মদুবু অম্তুম য়েংতুনতা লৈ।" হায়বদি হকচাং অমত্তুদা জীবাত্মা পরমাত্মা অনি পুন্না লৈমিন্নে—অনিনক য়াম্না চানৈ। জীবাত্মানা মাগী হকচাং অতুনা তৌবা পাপকী নত্রগা পুণ্যগী মহৈ ওইনা অরাবা অমস্তুং তুংঙাইবা চাতুনা লৈ. মদুবু পরমাত্মানদি সাক্ষী ওইনতা অতুম্মক য়েংতুনা লৈ। অতু ওইরবদি ঐখোয়না খঙ্বা ঙমলে—পরমাত্মা জীবাত্মা অনিমক অমনা অমগী মরূপনি। ঐখোয়না মথক্তা হান্না হাযখ্রে, প্রেমদি প্রকৃতি স্বভাবনি (মহোশাগী ওইবা লাচৎনা মাগীনি), মরম অতুনা জীবনা চৈতন্যনা প্রধান ওইরবদি (জ্ঞাননা হেন্না লৈরবদি) পরমাত্মাগী সখা (মরূপ) ওই অতুগা প্রেমনা প্রধান ওইরগনা (তুংশিবা মতৌতনা হেনবা ওহরবদনা) সখী (লুনা তিন্নবী মরূপ) ওইরকই। শ্রুতিনা হায়রি—জীবাত্মা লৈবা মফমদা পরমাত্মা লৈ। ঐখোয়নস্থ হান্না নৈনখ্রে, প্রেম লৈবা মফমদা তুংঙাইবা লৈ; মরম অতুনা প্রেমগী মশক ওইবী রাধানা লৈবা মফমদা তুংঙাইবগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণস্থ লেঙ্দনা লৈ। জ্ঞানগী শক্তমদা, জ্ঞানগী মশক ওইবা অন্তর্য্যামী পরমাত্মাগী নিত্যসখা ওইবা অতুগুম্বা জ্ঞানগী মশক ওইবা জীব অতু-মক্কা মাগী প্রেমগী লাচিংতনা চিদানন্দ ঘননা (জ্ঞাননা ফংবা তুংঙাইবা চবুননা) শক্লাইব'রকপা অতুগুম্বা পরমাত্ম ভগবানগী নিত্যসখীস্থ

অহুম্মক ওই। হকচাং তোঙাম্নবনা জীবসু মশীং থীঙমদে, পরমাত্মাসু মশীং লাকঙমদে, অহুগুমহুনা তোঙাম্নবা ভাবকী সখীগী মশীংসু মপান নাইদে ; মুক্তি নাইবা পরমাত্মাসু মশীং থীঙমদে। ইবুংঙো মহাক্তি চিজ্জড় (চিৎ—জ্ঞান, জড—লেৎ্বা ওৎপা ঙক্দবা) হায়বদি জ্ঞাননা তিনবা ব্রহ্মাণ্ডগী মওঙ্দা মশীং য়াম্না থোকপা ঙম্মী, মক্তুবা অশেংবা চিদানন্দ ( জ্ঞাননা ফংবা হুংঙাইবা ) অহুগী শকলোন ওইনসু অহুম্মক ময়াম ওইবা ঙম্মী। অহুগুম্বা খায়দগী হেন্না হুংঙাইবা চিদানন্দ অহুগী শক্তমদা মশীং মযাম থোক্লা মশাগী প্রেমনা মথন্তনা অতৎ অথম লৈতনা মশাগী মহাউ তংবীরি ; মহুগী মমিংবু 'রস' হায়না কৌই।

শুকদেবনা হায়রি—লাইনিপা চাম চামনা দোলাই তোংতনা আত্তিয়া মথক্তুগী ভগবানগী রাস-লীলাবু যেংনরকলি। হাযরিবসিগী অর্থনা করিনো ? ঐখোয়না স্বর্গগী লাইবু থাজে ; মরম অহুনা ঐখোয়গী পূর্ব্বীংদদি মহু অঙকপা অমা নত্তে। মহু নত্তনা আধ্যাত্ম-লীলাবু নৈনরবসু মহু তশেংনা অহুম্মক খঙ্নবা ঙম্মী। ঐখোয়গী শাস্ত্রগী মত মতুংইন্না মীওইবা হকচাংগী ইন্দ্রি খূদীংমক অসিবু পুবা লাই অমমম লৈ। অহুগুম্বা ইন্দ্রি পুবা লাইশিং অহুনা মাকোঙন-চিংবা জ্ঞানগী ইন্দ্রি মঙাগী মতেংনা মপানগী খোঞ্জেল খোঙ্হোক্লচিংবা হিরম মঙাবু ভোগ তৌহুনা ( চাহুনা ) ঙাইহাক্কী ওইবা হুংঙাইবগী মহাউ অহু ফংই ; অহুগা খূৎনচিংবা থবক তৌবা ইন্দ্রি মঙাগী মতেংনা লৌবা, পায়বনচিংবা মপানগী ওইবা থবক্তা অত্তৎপা লৈতনা রাই-চিন্নহুনা লৈ। তৌইগুম্বসুং যোগীনা সমাধিদা লূপ্তুনা লৈবা মতমদদি মাগী মশাগী কনাগুম্বা ইন্দ্রি পুবা লাই অমত্তনা করিগুম্বা মপানগী থবক অমত্তসু তৌবা লৈখিদে : মখোয় পূম্নমক হুংদত্তা অহুম্মক য়ৈশিন্দুনা লৈনখি। অসুম তৌরিবসিমক্তি করিগীনো ? মসিদি হায়রিবা রাস-লীলা অসিগীদমক্তনি। সমাধিগী মতমদা যোগীগী জীবাত্মা অহুনা মশাগী তৎন-থানবা লৈত্রবা লেঙ্ত্রবা সথা ওইবা

পরমাত্মা অহুগা শাগোম্নহুনা খায়দগী হেনবা হুংঙাইবা অমদি খায়দগী হেন্না হাউরবা মহাউ অদুবু তংহুনা মহুদা লূপশিল্লগা লৈবতননি ; হায়বদি মতম অহুদা যোগীগী থম্মোই বৃন্দাবনদা আধ্যাত্মিক-রাস লীলা অহু শান্নরি। মরম অহুতনা ইন্দ্রিপুবা লাই পূম্নমক্না করিন্মু কান্নরবা মপানগী হুংঙাইবা অদুবু থাদোক্লগা জীবগা লোয়ননা অহুংগুম্বা খায়দগী হেনবা রস অহুগী মহাউ ফংবদা গুম্মাতু না লৈখি ॥ ৪

---

বলয়ানাং নূপুরাণাং কিঙ্কিণীনাঞ্চ যোষিতাম্।
সপ্রিয়াণামভূচ্ছব্দ স্তুমুলো রাসমণ্ডলে ॥ ৫
তত্রাতিশুশুভে তাভির্ভগবান্ দেবকীসুতঃ।
মধ্যে মণীনাং হৈমানাং মহামরকতো যথা ॥ ৬

অনুবাদ। শকলোন কয়া থোক্লবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগা লোয়নরবী গোপী নহা চাম-চামগী খুজি, নূপুর অমদি খাঙ্গোয়গী থাং-শরাকশিং-দগী থোক্লকপা অপুনবা খোঞ্জেলতনা রাস-মণ্ডল অপূম্বহু পুমনিল নিনখরে ॥ ৫

অসিগুম্বা রাস মণ্ডল অসিদা ফুয়না হোবা নোংহো কুচু ভম্বা দেবকীনন্দন শ্রীভগবাননা সনাকুচু লময়োবী গোপীশিংগী মরক মরক্তা, সনামচুগী মণি-পরেং-লক্তা থাম্বা অশংবা মণি মতূম অমমমগুন্না ঙাম্মোইবীরকলে। ৬

---

তাৎপর্য্যার্থ—শ্রীশুকদেবনা হায়রকই, রাসমণ্ডলদা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং গোপীশিংগী খুজি-নাশিনচিংবা লৈতেংশিংগী তিন্নবা অপুনবা খোঞ্জেল থোক্লকলে অমসুং শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগী মরক মরক্তা নীল-কান্ত মণিগী মতোগুন্না ঙাম্মোইবীরকলে। লৈতেং মখোলগী মরমদদি হায়গদবা রাকম থোইনা করিন্মু লৈতে; ব্রজবাসীশিংগী মরক্তা অতোপ্পা কনা অমত্তনসু বৃন্দাবনগী রাস-লীলা অসিবু উনবা য়াওখিদে

—লৈতেং মখোলস্থু কনানস্থু তানখিবা লৈতে অদুগা পুরাণ লেংলিবা মহর্ষিস্থু মকম অদুদা য়াওরুবা নত্তে। মহর্ষিনা পূম্নমক খঙ্বা অমদি উবা ঙম্বা সাধক অমগী যোগ-শক্তিতনা মবম ওইদুনা পূম্নমক অদুবু উবা তাবা ঙমখি। শ্রীভগবাননা প্রবৃত্তিগী জগোই-শাবা, জগোই-শাবী ওইনা বৃন্দাবনদা বাস লীলা শাম্লিবনি হায়বগী রাকম অসি হাম্লনস্থু হায়জগ্রে; মবম অদুনা বৃন্দাবনগী রাসলীলাদা লৈতেং-মখোন থোকখ্রিবনি; অদুগা আধ্যাত্মিক লীলাদা অমদি নিত্যলীলা-দদি মসি পূম্নমক লৈতে।

ভগবানগী কুচুনা শংবাম্লবনি হদুগা ব্রজগোপীশিংগীনা সনাগী কুচু লমযোবীনি হায়বসি মহর্ষিনা মমিৎমক্না উবাখি। মবম অদুনা সন রীক্কী মরক মরক্তা থনবা অশংবা মপিন। খূদন ওইনদুনা ভগবানগী নাংথিবা মতৌবু উৎলি। মদুগা অশেংবা অর্থগী মবমদা থিজিল্লু বদগীস্থু ঐখোয়না অদুম্মক খঙবা ঙম্মা, ভগবানদি নিত্য-শ্যামনি (মংম চুপ্পদা শংবাম্লবত্তা ওইদুনা লৈবনি) অদুগা গোপীনা নিত্য গৌবীনি (মতম পূম্নমক্তা অদুম্মক অপানবা কুচু ওইদুনত্তা লৈবানি)। মুংঙাইবা হাযবাসনা মুংশিব। হাযবাসগদি অমন। অমবু ফোঙ্দোকব অমাদ ফোঙ্দোকপগী থবক্তা নরা লৈনৈ (প্রকাশ্য, প্রকাশক)। মুংশিবা প্রেমতনা মুংঙাইববু ফোঙ্দোকহল্লি অদুগা মুংঙাইবা হাযবা অসিতনা মুংশিবা প্রেমগী পেন্নবা ওই; মবম অদুনা অনিমক্না অনি-মক্কী কাম্নবা ফংনৈ (মতেং ফংনৈ)। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মুংঙাইব চবুননি—গোপীনা প্রেমগী মূর্তিনি; মরম অদুনা গোপীগা লৈমিন্নবনা কৃষ্ণগী অনম্মুং কৃষ্ণ লৈবনা গোপীগী ফজবা অমদি নাংথিবা ওইবিবনি। থম্মরবদি এখোয়না খঙ্নবা ঙম্মী মদুদি; —মুংঙাইবা হাযবা অসিদি মহী চেনবা খোয়থুম্নবা পোৎনি অদুগা মুংশিবা প্রেম হায়বসিনা লংলবা নাংথিজবা পোৎশক অমনি। মরম অদুনা মুংশিবা প্রেমনা মহী চেনবা খোয়থুম্নবা শ্রীকৃষ্ণবু হেন্না লংখৎহল্লি অদুগা মশামকস্থু

খোয়থুম্নবা কৃষ্ণগী মাধুর্য্যগী মতৌ অদুনা ইপেন পেঞ্জদুনা হেন্না লংখৎ-চবা ওইরকই। হুংঙাইবা চবুন ওইবা ভগবানগী অমস্থূং প্রেমগী চবুন ওইবা গোপীগী কুচু কমদৌবগে হায়বদুদি মদূবু ক্ষোঙ্‌দোক্লবা লোল লৈতে; অদুম ওইনমক অমনা অমবু ফোঙ্‌দোকপদা মতেং পীনবা অদুগুম্বা মরী অদুতনা মরম ওইদুনা মরকত-মণি অমদি সনম্নীক্কী থূদমনা ফিদম ওইনদুনা হাইক্কেত্তংগী ওইনা উৎনবদং হোৎ-নবগী মখৈতনি। অশংবা মচুগা নাপু মচুগা অনি অসি অমনা অমবু ঙা-স্থাক্লহল্লি; মরমদি—অশংবগী মনাক্ত' নাপু মচু লৈরবদি, অশংবগা নক্লনা লৈবা নাপু মচু অদু হেন্না লংখৎলকই অদুগ। নাপু মনাক্তা লৈবা অশংবস্নু অদুম্না অদুম্মক লংখৎলি—মসিদি পূন্নমক্না অদুম্মক থঙ্‌নম্লি। মরম অদুতনা মতৌ অস্তুম্না থূদম পীরম্বনি। তশেংলমক—গোপী কৃষ্ণগী তিম্নবনা কয়াগী মতিক ফজবগে হাযবদুদি প্রেমিক ভক্তজন-শিংতনা থঙ্‌নবীফম থোকপনি, —করিগুম্বা লোন অমনা মদূবু শীং-থাদুনা হায়রুনবগী অমদি মৌরমলেনগী করিগুম্বা থূদম অমনা মদূবু থঙ্‌হল্লুনবগী হিরমদি নত্তে। শ্রুতিনস্নু হায়রি—“মহাক্তি মতুম তাবা অচৌবা পোৎ অমা নত্তে, অদুগা কূপালেন কূপ্পা অণু অদুমকস্নু নত্তে, মহাক্তি অপৌবনি অমস্থূং অকূপ্পস্নুনি অদুগা মাদি মচু অসিগীনি হায়বস্নু লৈত্তবনি অদুমদি ওইরগা অশংবা মচুনা মাগী ওইবনি।” মরম অদুনা হুংঙাইবগী মশক ওইরবা পরব্রহ্ম নত্রগা ভগবানগী শং-বান্নবা মচু অসিদি শ্রুতিনস্নু য়াবা মতৌ উৎলি। ঐখোয়না মক্ষম কদাইদস্নু প্রেমগী মচুদি অস্নুম তৌই হায়বা অমা ফংলুবমক নত্রবদস্নু অসিগুম্বা প্রেম অসিতনা হুংঙাইবগী মশক ওইবা ফূয়না হৌবা নোংহৌ মচুগুম শংবান্নবা (শংমুনবা) ভগবানগী অশেংবা মচুবু ফুদোকহন্নবা মচাক ওইবনা প্রেমগী মচুস্নু অরংবা মচুগী নাপুনি হায়না খনফম থোকপনি অমস্থূং মদুনা মশানা অদুম্মক তাজফম থোকপা রাফমস্নু ওই॥ ৫/৬

পাদন্যাসৈর্ভুজবিধুতিভিঃ সস্মিতৈর্ভ্রূবিলাসৈ-
র্ভজ্যন্মধ্যৈশ্চলকুচপটৈঃ কুণ্ডলৈর্গণ্ডলোলৈঃ ॥
স্বিদ্যন্মুখ্যঃ কবররসনাগ্রন্থয়ঃ কৃষ্ণবধ্বো
গায়ন্ত্যস্তং তড়িত ইব তা মেঘচক্রে বিরেজুঃ ॥ ৭

অনুবাদ। কৃষ্ণগী চান্নবী ব্রজনহাশিংনা মকোক্কী শমলাং পুনখত্তূনা অমদি খাঙ্‌দা শেৎলিবা ফিবু কন্না কন্না লাকশিন্দুনা নীংথিবা খোঙ্‌-থাং-খুৎছাই অমদি মোমোন মীনোক লোযননা নীংথিবী পীশুম থেক্‌না কৃষ্ণ গুণবু শকচবা হৌরকলে। মখোযগী থাবোম-থাখুমক্কি কোমথ-হীকথনরকলে; চাযরুংগী কুণ্ডলনা তমিক তনিকলে অমসুং মায়থোং থম্বাল 'পূম্নমু চুমাংনা লৈতেংনববকলে। অসুন্না শ্রীকৃষ্ণগী নাকন-নাকল্দা লৈহুনা মখোযনা মতম অসিদা নোংলক-নোংথাংগুম নীংখিজরকলে ॥ ৭

তাৎপর্য্যার্থ—ভগবাননা গোপীশিংগা লোযননা মীবমলেনগী মতৌদা অভিনয় তৌহুনা বাস-শান্নবিখিবা অদুবু মওচ্‌ কাযদনা হায-বদি তৌগ্রিবা মতৌ অত্নমক চপচানা শৈবেংগী মওঙ্‌দা বর্ণনা তৌবা নত্তুনা শ্লোক অসিগীদি অতোপ্পা অর্থ অমা থোইনা লৈতে। অত্নমদি ওইরগা মথক্কী শ্লোকতনা গোপীগী মরক মরক্তা লৈহুনা শ্রীকৃষ্ণনা ফজবগী মতৌবু বর্ণনা তৌথি অত্নগা হন্দক্কী শ্লোক অসিদনা কৃষ্ণগী মরক মবক্তা লৈবী গোপীগী ফজবা মতৌবু উৎলি। ভগবাননা শংবান্নবা (শংমুনবা) বুচুনি, গোপীনা সনা বুচু লমযোবানি; মবম অত্নুনা সনাগী মঙান চেনবা অত্নগুম্বা মণিগী মরক মরক্তা মরকত-মণিনা লীকয়ান ওইনা উত্তূনা ভগবানগী নীংথিবা ফজববু বর্ণন তৌরি। হন্দকসু মতাং অসিদা মতৌ অত্নগুম্না লৈনা-কোয়না পাইবিবা অমুবা নোংলক্কী নোংথাঙ্‌না খুদম ওইনত্নুনা গোপীগী নীংথিবা মতৌবু উৎলি। কৃষ্ণগী ফজবা অত্নতং উৎলগা তোক্লবদি শৈরেংগী রস মপূং ফাবা মতৌ ওই-রমলোইদবনি; কাব্যগী মরম মুন্না থঙ্‌বশিংনদি মসিবু অত্নম্মক

খঙ্ বিগনি। অসিদন্মু নত্তনা অশেংবা মতৌ উৎপদা গোপী-কৃষ্ণগী নীংথিজবা মতৌবু খূদম উত্তূনা তাবপসি য়াম্নমক তঙাইফদবনি। মরমদি, কৃষ্ণ-লীলাদি হুংঙাইনবগী ওইনা চুম্নতগী পাননবা মশক অতুতা নত্তে; মসিদি সাধক ভক্তশিংগী ধ্যানগী ওইবা পোৎনি। অতুক হাক্লা চঙ্ শিন্ত্রিবা ভক্ত অমনদি প্রেমানন্দগী ( প্রেমদগী কংবা হুংঙাই-বগী ) কৃপলেন কৃপা লৈগ্রবা অতুগুম্বা লীলাগী মতৌবু থক ধ্যান তৌক্তরুবা ঙমদে : মরম অতুনা যৌনা থৌজানবীহৈবা মহর্ষি ব্যাস-দেবনা অতুগুম্বা মতিক চাজত্রিবা ভক্তশিং অতুনা ধ্যান তৌবদা লাকশিনজবা ঙম্নবা ফাওবতগী ওইনা মওঙ্ অসুম্না বর্ণনা তৌবীরম-লিবনি ॥ ৭

উচ্চৈর্জগুর্নৃত্যমানা রক্তকণ্ঠ্যো রতিপ্রিয়াঃ।
কৃষ্ণাভিমর্ষমুদিতা যদ্গীতেনেদমাবৃতম্ ॥ ৮
কাচিৎ সমং মুকুন্দেন স্বরজাতীরমিশ্রিতাঃ।
উন্নিন্যে পূজিতা তেন প্রীয়তা সাধু সাধ্বিতি ॥ ৯
তদেব ধ্রুব মুন্নিন্যে তস্যৈ মানঞ্চ বহ্বদাৎ ॥ ১০

অনুবাদ। মহৌশানা হবাউ তযম্মতবু পামজবী অতুগুম্বী গোপী-শিংনি অমসুং মখোযগী খোঞ্জেলদি যায়মক হুংশি। মুক্তি পীনহৈবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীঅঙ্গ অতুগা শোক্ল-শমজকবদগী কা-হেম্না হবাউ-জবী ওইদুনা জগোই শানা শানা হুংশিবা খোন্থাঙ্না খোঞ্জেল রাংনা ঈশৈ শকপা হৌরক্লে। মখোযগী ঈশে মখোলনা জগৎ-সংসার অপূম্বদা খোম্থাঙ্ যৈরকলে ॥ ৮

অথন্নবা মওঙ্গী স্বর আলাপ তৌববু সংগীত শাস্ত্রনা 'জাতি' কৌই—

"ষাডজ্যার্ষভী চ গান্ধারী মধ্যমা পঞ্চমী তথা।
ধৈবতী চাথ নৈষাদী শুদ্ধা এতাস্তু জাতয়ঃ ॥"

হায়বদি "ষাডজী, আর্ষভী, গান্ধারী, মধ্যমা, পঞ্চমী, ধৈবতী অমসুং

নৈম্বাদী—ভবেং অসিবু 'জাতি' কৌই। রাস মণ্ডলদা যাওরিবী কনাগুম্বী গোপীনা মুক্তি পীনহৈবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা হায়-রিবা স্বরজাতি অসিবু হুংশিবা খোম্থ'ঙ্দা আলাপ তৌমিন্নরকলে। মত্থ ভশেং ভশেংই—অমকপা চেন্দে। অসিগুম্বা স্বর-আলাপ অসিবু ভারগা ভগবাননা যৌনা পেনবিবত্থনা সাধু সাধু অস্নুম্না হায়ত্থনা গোপী অদুবু হন্না হন্না থাগৎপিবক্লে ॥ ৯

সংগীত শাস্ত্রদা 'ধ্রুব' হায়না কৌবা তোপ-তোপ্পা তাল অমা লৈ। হায়খ্রিবী গোপী অসিনা যান্নবা লৈত্রবা অশেংবা "স্বব-জাতি" অদুবু "ধ্রুব" হায়না কৌবা তালদা শকলকখি অমস্তুং মদুবু তাবিবগা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা পেনবিবত্থনা গোপী অদুবু অমুক্কস্থ হেন্না ঈকাই খুম্ননা থাগৎপিরকলে ॥ ১০

---

তাৎপর্য্যার্থ—মসি পূম্নমক মশানা ওইবিবা, তৌবিবা হিরম অদ্ভুতবু বর্ণন তৌবনি। মসিগী থোইদোকপা তাৎপর্য্য লৈতে, গোপী-কৃষ্ণগী মবমদা ঐখোযনা খনজবা, না'জবা অত্থগী মথৈদং মতাং অসিদা হায়জবক্কে। প্রেমগা আনন্দগা ( হুংশিবগা হু ঙাইবগা ) অনি অসিতনা গোপী-কৃষ্ণগী মশক্তি। মবম অত্থনা ভক্ত অমস্তুং ভগবানগী মরু ওইবা তত্ত্বান। মাওইবা থম্মোই অমমমদা জাবাত্মা অমমম লৈ—পবমাত্মাস্থ লৈ ; মরম অত্থনা ভক্তস্থ লৈ, ভগবানস্থ লৈ হায়বদি প্রেমস্থ লৈ, হু ঙাইবস্থ লৈ। নাবমলৈনগী কনাগুম্বা প্রেমিক ভক্ত অমনা হরিনাম সঙ্কীওন তোনা তৌনা—মশানা থিংঙমদনা হেক জগোই শাদোরকপা মতমদা ঐখোয়না উবা ফংই, মাগী মথোঙ্ মথৃৎনাচ বা হকচাং কাযাংশিংতনা হাযবদি মাগী পানগী মশা অত্থতনা জগোই শাবি, তৌইগুম্বস্তুং পূক্নীং লূপশিন্না খম্থরবদি খঙ বা ঙম্রকই মত্থদি,—অহানবদা, হকচাং অত্থগী মনুংদা লৈরিবা প্রেম অমদি আনন্দগী মশক ওইবা জাবাত্মা অমস্তুং পরমাত্মানা হান্না নীক্লকখি ; হুংগী ওইবা অসিগুম্ব মনীক ( নিরুপা ) অসিনা মথাঙ্ য়ৈরকপদগী

লৈপাক্কা শাবা হকচাং অহুম্সু নীত্তুনা অম্সুম জগোই শাগৎলকই। মসিদি প্রেম অমসুং আনন্দ অনিগী মিলননি (লৈপুননি): মসিদা হকচাংদি অহুম্মক জগোই শারকক্ম থোকপনি। তাইবঙ্ পানবগী মতৌদস্সু য়াম্মা হেন্না হুংঙাইরক্লবদি হুং-পান অনিমক্তা অম্সুম্মা জগোই শারকই। ঐখোয়না কা হেন্না হুংশিজবা, থরায় হকচাংমক য়াঙনা খোয়দাজবা অহুগুম্বা মীশক অমবু থঙ্হৌদনা মাঙ্দা উরকপা থোক্ল-বদি হরাউবা হুংঙাইথনা ফুং কেক কারকই; মহুনা নীক্লকপদা থম্মোই হুংগী আত্মানা মহুং-মহুংদা অহুম্মক জগোই শাগৎলকই অমসুং অহুগুম্বা অনীকপা অহুগী থৌইনশিন্না হোৎনরুবা লৈতনা হকচাংস্সু মথন্তা অহুম্মক হৌগৎচরকই। ঐখোযগী জীবাত্মানা অম্সুম্মা হুংঙাই-বগা থেংনবদা শোযদনমক জগোই শাদোবকই অমসুং হকচাং অসিস্সু হোৎনরুবা লৈতনা মথন্তা হৌগৎলক্তুনা হুংশিবা মী অদুবু পায়কবা —কোল্লুনবগীদমক চৎলি, মহুস্সু হকচাংগী জগোই নত্তনা করিবু ঙইক্লগদগে?

অতোপ্পা মতাং অমদা শ্রুতিনস্সু রাকম অসিমক হায়বি। শ্রুতিনা হায়রি—"থঙ্হেদনা চঙ্লকপা অহল অমবু উবদা নহা পাথংগী থরায় অহু ইথক থকৎলি (মথোঙ্ থঙ্লক্তে, লৈতাফম থঙ্লক্তে), মতিক চাবা ঈকাই খুম্নবা উংথোক্লবা মতুংতদা লৈতাবা ওইবকই।" মবম অহুন্না কন্দলম্বা নহা পাথংনা মথক থোংবা মীবু উরগা হৌগত্তুনা লেপ্পরিবসিগী অর্থস্সু মসিনি। ভক্তি (হায়বদি কিনা লূনা তৌবা) তৌবগী হুংঙাইবহুতনা অহানবমক্তদা মশা থীংলবা থরায় অসিবু ঈরাং পোকহল্লুই, অহুগুম্বা ঈরাং অহুনা য়েরগা হকচাংস্সু মথন্তা অহুম্মক হৌগৎচরকই। মরম অহুনা হুংঙাইবা ফংবদা জীবনা হাম্না নীকই, মথংদনা থরায়গী ঈরাং পোকই, মথংদনা হকচাংনা মথন্তা হৌগৎচরকই।

মরম অহুনা করিস্সু লৈত্রবা অচম্বা মীরমলেনগী হুংঙাইনা কাওবদা অম্সুম্মা থম্মোইহুংগী আত্মানা নীক্লবদি হায়বদি জগোই শারবদি অহুগা

অহুগুম্বা জগোই অহুনা মথাঙ্ ৈয়রকপদা হকচাংনেম্নু অহুম্না জগোই শাবক্লবদি তশেংনমক নুংশিজক্কম ওইরিবা অহুগুম্বা পরমানন্দ অহুগা খেংনরবদা কা-হেন্না হরাউজবনা জীবাত্মানা জগোই শাগৎলক্কনি অমদি জগোই অহুগা লোয়ন-লোযননা পানগী হকচাং অসিম্নু জগোই শারক-কনি হায়বসিদদি ঙক্ল্ক্কম কবিবু লৈবিবগে ? সমুদ্রগী ঈথক-ইপোম মথক্তা তাউরিবা জাহাজনা, মথাদা লৈবা জগোই শারিবা ঈথক ঈপোম অহুনা ইল্লকপদা জগোই শারকপগুম, নুংঙাইবা ঈপাক্তা জগোই শারিবা প্রেমগী ঈথক ইপোমনা খুহুম চন্না পানগী হকচাং অসিম্নু মথস্তা অহুম্মক জগোই শাজবকই। নল্লগনা ঈশিং থন্দবা চফু অমগী মন্থুংদা য়াওবা ঈশিং অহুনা নীক্লকপদা চফুগী মশা অহুম্নু নীক্লকপগুম হকচাং মন্থুংগী জীবাত্মা অমদি পবমাত্মা অনিনা জগোই শারক্লবদি হকচাং অসিম্নু জগোই শাবকই। হবিনাম সঙ্কীর্ত্তন তৌরগা অমদি হরিনামবু তাজবগা ভক্তশিনা জগোই শানরকপগী মবমদি অসিনি। লেপ্পমক, ঐখোযনা ঐখোযগুম্বা ভক্তগী রাবুদি হাযজবা নত্তে; শ্রীচৈতন্যগুম্বা ভক্তাবতারগী ( ভক্ত-লাইপোককী ) রাতবু হায়জবনি। হরিনামদা ঐখোযগী নুংবু পুরিবা আত্মাদি খক জগোই শারক্তে, নমহুনা ঐখোযনা ঐখোযগী ইশা অসিবু জগোই শাহনবতনি।

হুক্তোক্তি ঐখোযনা থঙ্‌বা ঙমলে, প্রেম অমদি আনন্দ অসিগী লৈপুনদা অনিমক চপ মান্ননা নীকমিন্নে নল্লগা জগোই শামিন্নে— মসিদি মশানা ওইজবা মতৌনি। প্রেমগা আনন্দগদি তিন্নহুনতা লৈবনি ; মবম অহুনা অমনা নীক্লবদি হায়বদি জগোই শারবদি অমম্নু অহুম্মক জগোই শারকক্কম থোকই। থোইদোকপদি, অহানবদা নুং-ঙাইববু উরগা প্রেমনা জগোই শাবরা (ঈহৌরকপা) মথংদা আনন্দনা শারকপন্না নল্লগনা প্রেমবু উবদা আনন্দনবু হান্না জগোই শাবরা, মথংদনা প্রেমনা কোম্নবু শারকপরা মহুমক্তি অরেপ্পা ওইনা হায়ক্লবা ঙমদ্রে। হৌনহুনা অনিমক শামিন্নবদি শোয়দবনি। প্রেমনা নীকপদা

আনন্দনা নীকপা, প্রেমনা জগোই শারক্লিবমখৈ আনন্দসু অসুম শাগৎলকপা, অদুগা আনন্দনা জগোই শারক্লিবমখৈ প্রেমসু অদুম্না অদুম্মক শাগৎলকপা—অদুম্না অনিমক অসি অহেনবা তাম্নদুনা জগোই শাগৎনরকই। ওসিদি রাস মণ্ডলদা প্রেমগী মূর্ত্তি ওইবী গোপীনা জগোই শারিবমখৈ, মুংঙাইবা আনন্দগী মূর্ত্তি ওইবা কৃষ্ণসু জগোই শারকলি অমসুং কৃষ্ণনা জগোই শাগৎলক্লিমখৈ গোপীসু অদুম জগোইদা হেন্না হেন্না থৌগৎলকলি। রস খঙ্বা, খন্থৈবা, প্রেমিক ওইবা—হে পূকচেন চাউবা পুন্নমক! গোপী-কৃষ্ণগী জগোই অসিবু রাখলগী মিৎয়েংনা অমুক্তং য়েংবীয়ু, খ্বায়দগী হেনবা মুংঙাইবদু ফংবীগনি।

ঐখোয়না হায়জখিবা, লাইরৈবাক্তা তৌদুনতা লৈরিবা অদুগুম্বা নিত্যরাসকী মতাংদদি অসিগুম্বা প্রেম অমসুং আনন্দ অনিমকী জগোই অসিদি হৌঙৈদগীনা অদুম্মক শাদুনতা লাকলিবনি। মকম অদুদা তৌবা মরম্না জীবগী থম্মোইদসু জীবাত্মাগা পরমাত্মাগা অনিনা জগোই শারিবনি। তাইবঙ্ মৈশা লাংলবা জীবশিংদা মদুবু খঙ্হনবীগে হায়বগীদমক অমদি অদুগুম্বা খ্বায়দগী হেন্না মুংঙাইবগী মশক ওইবা নিত্যরাস অদুদা পুশিনবীগে হায়বগীদমক, লীলা মখল অনি অসিগী মশক তাকপা ওইনা শ্রীবৃন্দাবনদা প্রেমগী মশক ওইবী গোপী অমদি মুংঙাইবা আনন্দগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা জগোই শারিবনি। মশানা জগোই শাদবা মীনা—হায়বদি মশানদি শাদনা অতোপ্পা কনাগুম্ববু জগোই তম্বীবা থক য়াদে। তত্ত্ব খঙ্বা রাখল তৌবা সাধকনদি শোয়দনা খঙ্বিগনি, মপান নাইদনা চাউথ্রবা অসিগুম্বা প্রকৃতিনা ওইবা ব্রহ্মাণ্ড অসিদসু ইবুংঙো মহাক্না মশামক্না জগোই শাবীদুনা মিৎকুপ অমা কাংদবমখৈ মশীং লাকঙমদ্রবা জীবশিংবু জগোই শাহনবীরি; অদুমক্তদা, রাখল থেল্লবা জীবনা মাগা তাল চাননা থক জগোই শাজবা ঙমদে। খন্থদুনা য়েংবীগনি—পৃথিবী শীনবা থুংনা

লৈরিবা মীওইবা সমাজ পুম্নমক্না অজেংপা লৈতনা শৃঙ্গার, হাস্য, করুণ-নচিংবা রস মাপনমক্কী নাট্য-অভিনয়নচিংবা তৌনরি—মতুমকন্থু জগোই মথল অমনি। অতুমদি ওইরগা প্রেমানন্দগী ঈরাংদা মথোই কায়না ভক্ত অমসুং ভগবাননা জগোই শাই অদুগা সংসারদা লূপলিবা মীওইবনা মাঙ্‌বা তাকপা নাইবা পোংতগী ফংবা অদুগুম্বা চুংঙাইবা অদুগী ঈরাংতদা জগোই শাই। সংসারদা লৈরিবা মীওইবনা পোক-পদগীনা শিবা তানবা কাওবা অমদি অযুক অমদগীনা মথংগী অযুক অমা কাওবদা অতংপা লৈতনা গুং-পান অনিনক্তা থা থা হায়দুনা মথোঙ্‌ মরম থঙ্‌দবমথৈ কোযন জগোই শানবি : অসিগুম্বা জগোই অসিবু মফম কদাইদগীনো মাগী হৌরবফমনা কদাইদনো ? ইহান হানবমক্তদা অপাম্বা অন ংবা পোং অদুতবু ফংননবা ঈবাংদা মখোযগী থম্মোই মুংদা থুপ্তুনা লৈরিবা কুপলেন কুপ্পা মওঙ্‌গী কাম ( অপাম্বা ) অদু কাঙ্‌থৎলকই ( য়াকাযরকই ), মদুনা মরম ওইদুনা ঙাইহাক্কী ওইনা ( কামদ্রবা ) চুংঙাতবদু ঈরাং হৌরকই, অদুগুম্বা অপাম্বা ফং-নীংবগী ( কামামোদ ) ঈরাংদা থরায় পুবা চুংশিং অসি ( প্রাণবায়ু ) শউম কনথৎলকই ; মবম অদুনা অদুগুম্বা চুংশিং অদুনা থেংলবদগী নত্রগা ঈনশিল্লবদগী হকচাং অসি লৈত্তানা লৈজব। ঙমক্তে—জগোই শারকই ( মথুম মবাঙ্‌ হৌরকই ) হায়বদি কোয়চেন চেল্লকই। ঐখোয়না হায়রা হায়জখরে, গুম্নমক্না মতম লৈবা থিবাক্তা ঙম্না জগোই শানৈ, তৌইগুম্বসু ভগবাননা থাবীবা তাল অদুগা চাননা খোঙ্‌ থাবতদি মঙমদ্রে ॥ ১০

---

কাচিদ্রাসপরিশ্রান্তা পার্শ্বস্থস্য গদাভৃতঃ।
জগ্রাহ বাহুনা স্কন্ধং শ্লথদ্‌বলয়মল্লিকা ॥ ১১
তত্রৈকাংসগতং বাহুং কৃষ্ণস্যোৎপলসৌরভম্।
চন্দনালিপ্তমাঘ্রায় হৃষ্টরোমা চুচুম্বহ ॥ ১২
কস্যাশ্চিন্নাট্যবিক্ষিপ্ত-কুণ্ডলত্বিষমণ্ডিতম্
গণ্ডং গণ্ডে সংদধত্যাঃ প্রাদাত্তাম্বূলচর্ব্বিতম্ ॥ ১৩
নৃত্যতী গায়তী কাচিৎ কূজন্নূপুরমেখলা।
পার্শ্বস্থাচ্যুতহস্তাব্জং শ্রান্তাধাৎ স্তনয়োঃ শিবম ॥ ১৪

অনুবাদ। জগোই শাবনা মবম ওইহ্নুনা বনাগুম্বী গোপীগী মথূৎবী থূজি নীক্রম্মী অত্থগা মকোক্কী লৈতেং মল্লিকা পরেংসু কীন্থ-বক্রম্মী। মশা চোকথরক্রহুনা মহাক্কা মনাক্না লৈবা গদাধবগী লেংজূমদা পাম্বোম থাংগত্তুনা যাল্লি ॥ ১১

রাসমণ্ডল অসিদা কনাগুম্বী গোপীনা মশাগী মবেংবান্দা কোল্লিবা, নী থিবা চন্দন্না লৈতেংবা থম্বাল লৈনম চেনবা অত্থগুম্বা কৃষ্ণগী পাম্বোম্বু মনম নমজবদা মশা পূম্নমক শীনবা থুংনা হবাউ তুজুংজনা হন্না হন্না মদূবু চুপচবি ॥ ১২

জগোই শাবনা মবম ওইহ্নুনা ফেৎ-ফেৎ হাযবিবা নাপকুণ্ডল মঙাল্লা চাযরুং অনিমক ইবং ইবং লংলিবী অত্থগুম্বা বনাগুম্বী গোপী অমনা কৃষ্ণগী লাইপক্তা মশাগী মবাইবল্লা নপশিল্লকপদা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী মচীন্দা অশাযবা পানা ইনবীবি ॥ ১৩

নূপুর অমদি খাঙ লাক্কী শেংগাউ-শরীক মখোল লোযনন্না ঈশৈ শক্লা শক্লা জগোই শাবম্বী, মশাদি চোকথববী কনাগুম্বী গোপীনা মশাগী নাকন্দা লৈরিবা শ্রীকৃষ্ণগী থোংলবা খূৎ-থম্বাল অদূবু মশাগী থাবোমথক্তা হাপচবি ॥ ১৪

গোপ্যো লব্ধাচ্যুতং কান্তং শ্রিয় একান্তবল্লভম্ ।
গৃহীতকণ্ঠ্যস্তদ্দোর্ভ্যাং গায়ন্ত্যস্তং বিজহ্রিরে ॥ ১৫

অনুবাদ। লক্ষ্মীনা লুনা তৌজবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু মপুরোয়বমক ওইনা ফংজরবী অমদি ইবুংঙো মহাকমকী নীংথিরবা পাম্বোমনা মাগী মঙক্তা কোনশিনবীরবী অতুগুম্বী কনাগুম্বী গোপীনা মবুংঙোগী মগুণ শক্লা শক্লা শান্নজরকলে ॥ ১৫

তাৎপর্য্যার্থ—ভরামাথোইদগীনা ভরামঙা শুবা শ্লোক মঙা অসি-দদি থোইদোকপা তাৎপর্য্যার্থ য়াওদে। তৌরি তৌরিবা মওঙ্ অতুতবু চুম্না য়েকশিন্দুনা মীরমলেনগী ওইবা শৃঙ্গার-রসপু নোয়থোক চাউথোক-হনবতনি। অসুম্না মীরলেনগী ওইবা শৃঙ্গার-রসকী মতৌদা লাইরম-লেনগী অথোইবা রস অদুবু উৎননবগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা রাস-লীলা শান্নবিখিবা ওহরবদি, মীবমলেনগী ওইবা রসপু নোযথোক চাউথোক-হনর্বসিনা লাইরমলেনগী ওইবা রসপুসু অতুম্মক চাউথোকহনবা ওই-রিবনি। মরম অতুনা ভগবাননা হাযরিবা মীরমলেনগী মতৌ অতুদা লীলা শান্নবিখি, মদুবু মতুমক ওইনা অতুম্মক য়েকলম্বতনি ॥ ১৫

কর্ণোৎপলালকবিটঙ্ককপোলঘর্ম্ম-
বক্ত্রশ্রিয়ো বলয়নূপুরঘোষবাদ্যৈঃ ।
গোপ্যঃ সমং ভগবতা ননৃতুঃ স্বকেশ-
স্রস্তস্রজো ভ্রমরগায়করাসগোষ্ঠ্যাম্ ॥ ১৬

অনুবাদ। অসুম্না গোপীশিংনা ভগবানগা লোয়ননা জগোই শান্নরকপদা মথোয়গী শমজিরৈ পরেং কীম্থনরক্লে, নাপ লৈতেং ওইনা চিন্নবা থম্বাল অঙাঙ্বগী মঙান্না য়ৈবদা অমুক্তা হেন্না নীংথিজ-হল্লবী, শমজোইনসু থনজিন্নরবী, হুমাং মরীক্রসু লৈতেংনরবী অতুগুম্বী মথোয়গী মায়থোংশিং অতুনা হায়ফম থঙ্দবমখৈ ফজরি। তাঙ্গা অসিদা থোইমু মপৈনসু ঈশৈ শকলি ( ভংলি ) অতুগা মথোয়গী খুজি-নাচি অমদি নূপুরগী অপুনবা খোংথোকশিং অতুনা তাল থারি ॥ ১৬

তাৎপর্য্যার্থ—শ্লোক অসিদস্থ তশেং তশেংবা পরমার্থগী ( পরম-অর্থ—অথোইবা লল—মুক্তি ) তাৎপর্য্যদি থোইনা লৈতেদি হায়ববু 'খোইমুনা ঈশৈ শকপা' হায়বসিগী মওঙ দা ঐথোয়গী থম্মোইদা কাও-রকখিবা ভাব অদুবুদি হায়দোক্তনা লৈবা ঙমজত্রে। অনকপদা লৈবা পাৎ-নত্রগা পুথ্রীদা থন্না শাৎলিবা থম্বাল-মপৈদা লৈহী পাম্বনা ককঙাওনরবা অত্থুগুম্বা খোইমু চাম-চামনা ঙংলকপগী অপূনবা খোঞ্জেল অদুবু তাবিরবা অমদি মিৎকুপ অমত্তংগী মতম ওইরবস্থ সংসার অসিবু কাউথোক্লুনা অচীকপদা ভগবানগী ধ্যানদা লুপ্তুনা থম্মোইহুংদা অস্থুম 'প্রণব সাধন' তৌবীরবা অত্থুগুম্বা ভক্তশিং অত্থনদি অসিগুম্বা—'রাস-লীলা'দা খোইমুনা ঈশৈ শকপগী অর্থ অসিবু লায়নমক অত্থম থঙনবীরমগনি। ভগবৎ-ধ্যানদা লুপ্তুনা পূক্নীং চপযুংনা ( মত্থতদা মুন্দুনা ) প্রণব ( ওঁ-কার ) সাধন তৌরবদি অনকপদা ঙংবা খোইমু মপৈগী শেংফাত্তবা অমদি হুংশিরবা খোম্বোক্কী পীক্লবা, মিরবা অপূনবা খোম্বোক অত্থমক্কা মান্ননা খোয়দোদগীনা থম্মোই য়োৌবা কাওবদা থম্বৌ মশিংগুম কুপ্পবা খোম্বোক অমা ফাওরকপা থেংনরকই। ভগবৎ-ধ্যানদা লুপ্পবদি থম্মোই থম্বালদা ঙাল্লিবা ভগবানগা জীবগা তিন্নরকই হায়বদি লৈপুন্নরকই : মসিনি আধ্যাত্মিক-রাস-লীলা হায়বদি। অসিগুম্বা রাস-লীলা অসিদগী প্রণবকী হৌরকফম ওইস্নিবনি অমস্থুং মত্থগী লয়-স্থান নাদ (তানজা মেজা খোম্বোক্কচিংবা) অত্থমক্কা হায়রিবা খোইমু খোম্বাঙ অসিনি। ধ্যান তৌবীবা যোগীশিংনদি মসিবু অত্থম্মক হকথেংনবিরিবা অত্থগুম্বা পোৎশকনি।

মায়া-রাংমগী ওইবা, জ্ঞানগী মশক ওইবা অত্থগুম্বা বৈষ্ণব-ধাম অত্থদদি হায়বদি লাইরমলেনগী ওইবা অত্থগুম্বা 'নিত্য-রাস-লীলা' অত্থদদি মতৌ অস্থমনা তত্তনা খোইমুগী ঈশৈ অসি শকলিবনি। মধুস্থ থম্বীহৈবা ভক্তশিংনা থম্বত্থনা য়েংনবিগনি। শব্দগা অর্থগা অনি অসিদি মতম পুন্নমক্তা শাগোন্নত্থনতা নপ্পত্থনা লৈ ; শব্দগী লৈফমদা

অর্থসু লৈ, অর্থগী লৈফমদসু শব্দ অতুম্মক লৈ। মবম অতুনা শব্দ-ব্রহ্মগা পরব্রহ্মগসু তংনা থানবা লৈতনা অতুম্মক শাগোন্নতুনা লৈ। শব্দগী ( খোঞ্জেল, খোস্থোক, মখোল ) মশক ওইবা প্রণব (ওঁকার) না লৈবা মফমদা অর্থগী মশক ওইবা অতুগুম্বা 'ব্রহ্ম' অতু লৈ অতুগা ব্রহ্মনা লৈবা মফমদসু 'প্রণব' অতুম্মক লৈ। মরম অতুনা শ্রুতিনা 'প্রণব' অমসুং 'পরব্রহ্ম'বু অমত্তানি তোঙান্নবা নত্তে হায়না লাউরম্মী। অসুম্না ভক্তি শাস্ত্রদসু মিংগা মিং অদু কৌবিবা মিংগী মপু অতুগা খেন্নবা কবিসু লৈতে হায়বসি যারি ( নাম অমসুং নামধেয় )। মরম অতুনা ঐখোয়না হুজ্জীক হায়বা যাবে মতুদি—লাইবনলেনগী ওইবা নিত্যরাসতসু অসুন্না অতুম্মক খোহমু খোঞ্জেল অসি থোক্লুনতা লৈ। মফম অতুদা প্রেম অমসুং আনন্দনা নাক্লকপদা হায়ফম থংদবা তম্বা থোক্লবা অতুগুম্বা নাদধ্বনি ( খোস্থাক মখোল ) অমা অতংপা লৈতনা অতুম্মক অসুম থোক্লুনতা লৈ—প্রেমগী শকলোনপুবা গোপীশিংগা, সুংঙাহবগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণগা পোথাবা লৈতনা শামিন্নবা অপূনবা জগাতগী মতমদা 'নাদ'গী মশক ওইববা খোযথুন্নবা অসিগুম্বা খোহমু খোঞ্জেল অসি ওতনা অতুম্মক থোকাগিবনি। চাক্লা ফমতুনা পূক্লাং চংনা ঙাঙববদি মফম অসিদগীসু অতুম্মক মদুবু তাজবা ফংই। ঐখোয়দি ওনা পঙবা মানি, বৃন্দাবনগী ঈশে অদুবুদি থক তাজবা ফংদে।— ইশামক্লা পম্মাওগা ঈশবু ওশানা তাজবা ধংদি। অতুগুম্বা এখোয় অসিনা নাযাবা মগী ওহব অতুগুম্বা মফম অতুগী ঈশৈবুদি কবম্না তাবা ফংলুগনি?

গ্রন্থকারগী ( লাইরিক লেংলম্বা মাগী ) মপূক্লাংগী অনীংবা অদুবু ফোংদোক্লুনা ঙাঙবা তরাইবা থবক নত্তে। থোইদোক্লদি ঋষিনা লেংবীবা ভক্তি অমদি জ্ঞানগী মবম ওহবা অসিগুম্বা অধ্যাত্ম-শাস্ত্রগী ( পরমাত্মাবু ফংনব লম্বী তাকপা লাইরিক্লা ) অশেংবা অর্থমকপু তাকপা হায়রবসি ঐখোয় অচম্বা মাওইবগী কন্দদি মতু হোৎনবগী

য়াংমদা লৈবা পোৎনি। অচুগীসু মথক্তা শৃঙ্গার-রসকী মতৌনা কুয়োম ওইনা য়োমশিন্দুনা লৈগ্রবা পরমতত্ত্ব ( থায়দগী হেনবা অৱাংবা থাকী ওইবা তত্ত্ব ) অচুদি য়াম্নমক কা-হেন্না খঙ্-ঙমদবা মওঙ্গীনি। অচুম অচুম্মক ওইনসু অশেংবা ভগবানগী মশক মতৌদি কমদোবগে হায়ব-চুগী মরমদা খঙ্লুনবগী করিগুম্বা পাম্বে অমত্তা লৈজখিদ্রবা ফাওবদসু ভক্তশিংনদি মদুবু মশা মশাগী থম্মোইদা য়াত্তুনা লাৎনজরিবা অচুগুম্বা রূপ ( মশক ) অচুতদা পেন্নজৈ, মুংঙাইজৈ। মওঙ্ অচুমকুম, ইবুংঙো মাগী লীলা-কথাগীসু ( লীলাগী রারমগীসু ) মানা মানা পাম্নবা অর্থ তৌনজহুনা মচুতনা মশা মশাগী মহৈ য়াম্নজবা ওইনা অচুম্মক নীং-নজৈ। ভক্তমকসু নত্তবা ঐখোয়না, তয়াং-তশোইবা পূক্নীং অসিগী অপাম্বা থজীক থুংজনবগীদমক ওইনা খোইমুনা শকপা ঈশৈগী মরমদা নৈনজরুবা শারি। অহানবমক্তদা ঐখোযনা হায়জখরে—ঐখোয়গী পূক্নীংদা ফাওরকপা ভাবকী মতুং ইন্নতা ইজবনি হায়না। শ্রীশুক-দেবগী অপাম্বা অর্থদি শুকদেবত্তনা খঙ্বিরমগনি ॥ ১৬

> এবং পরিম্বঙ্গ-করাভিমর্ষ-
> স্নিগ্ধেক্ষণোদ্দাম-বিলাসহাসৈঃ।
> রেমে রমেশো ব্রজসুন্দরীভি-
> র্যথার্ভকঃ স্বপ্রতিবিম্ববিভ্রমঃ ॥ ১৭

অনুবাদ। পীকলিবা অঙাংনা মশাগী মমিগা শান্নমিন্নবগুম, লক্ষ্মীগী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণনা মহৈ মহৈ কোম্নচুনা, মুংশি মুংশিনা য়েংনচুনা, থুৎকা থুৎকা পায়নচুনা, হয়াউ-মথোই কানা অমদি নোক্না খেনা ব্রজগোপীশিংগা শান্নবিরকলে ॥ ১৭

তাৎপর্য্যার্থ—ভাগবতপু মচীন্দা হায়বা, মী পুম্নমকী কান্ননবা নীংবিবা শ্রীশুকদেবনা কয়াম্দা ঙক্না লৌশিং তৌবীরমগ্রবা! হৈথোই

শিংথোইরবা পাঠকশিংনা (পারৌরিবশিংনা) লেপ্পমক মদুবু উনবিবম-গনি। মীগী কান্নবতা তৌবা লাযেং-হৈরবা মাইবা অমগুম্না মহাক্না, ভাবতদা পেন্ননীংঙাই ওইরবা অচুগুম্বা কাব্যবসপু মিতাহন্দুনা তত্ত্ব খংজিন্রিবা পুক্নীং শোনবা মীওইবদা খঙ্‌ন-ঙম্ফত্রবা পরমার্থ-তত্ত্ববু ( অবান থুবম ফংনবা মরম ) তপ্না তপ্না অস্থুম মরাউ তংহনবীবকনি। মহাক্না, মীবমলেনগী ওগোইশাবা-জগোইশাবীগী ( নট-নটী ) মতৌমক ওইনা গোপী-কৃষ্ণগী জগোই-ঈশৈনচিংববু যৌনা খোযথুম্নবা লোন্দাদা শৈরেংবীবদগী মমৈদ, মতুনা অমুক মওইবনা মীবমলেনতগী ওইবা রস-ত্তদা লুপশিনখিতুনা তোক্লবগনি হায়রবগী চিংনবনা যাম্না লৌশিং তৌনা গোপী কৃষ্ণগী অশেংবা মশক মওং বু খুদম তৌনা তাক্কুনা নীং-শিংহনবীবমলিবনি। মানা তাকপিরি—"পীকলিবা অঙাংনা মশাগী মমিগা শান্নমিন্নবগুম ভগবান কৃষ্ণনা গোপীশিংগা শান্নবিরি।" শুক-দেবনা উৎপিস্লিবা খুদম অসিদগী খঙ্‌বা ঙম্মী মঙদি,—ভগবাননা অতোপ্পা কনাগুম্বা নুপী অমত্তগা শান্নমিন্নখিবা নৈত, ইবুংঙো মহাক্না মশাগী মমিত্তগা শান্নবিখিবনি। গোপী অমস্যং কৃষ্ণগী জগোইগী মতাংদা ঐথোযনা হাযজখবে, হুংঙাইববু ফংলবদা হুংশিবা প্রেমনা ঈহৌরকপা অচুক প্রেমগা শম্নবদগী হুংঙাইবতুস্সু অচুক ঈকারকই হাযবদি চাং হেনগৎলকই হাযবদি অনিমক ত্রক ত্রক যেংনবা মতৌগুম (অমনা অমবু হেনগে মতাগুম ) জগোই শাগৎমিন্নবকই। অঙাংনা জগোই শারগা মশাগী মমি অচুম্মু মাগী মথা পোল্লা মাগী মতৌ তমহুনা জগোই শারকই; অচুগা মমিগী জগোই অদুবু উবগা অঙাংনস্মু হান্ন-দগী হেন্না হৈনীংনা, মশা খীংনা জগোই শাগৎলকই, মতুগী মতুংইন্না মাগী মমি অচুস্মু হেন্না কনশিন্না অচুম্মক শাগৎলবই। মরম অচুনা শুকদেব মহামুনিনা ব্রজপ্রবা চাংদম অমনা প্রেমানন্দগী হাযবদি গোপী কৃষ্ণগী শান্নবা মতৌবু লাযনা উথোকপিরমলি। অস্থুম্না ভগবাননা নুপী সঙ্গ তৌবা নত্রগা মীগী নুপীগা শান্নমিন্নবগী রাখল অদুবু

কোকহনবীরমলি। পরীক্ষিতনা হংবগী পাউথুম পীবা মতমদস্মু মসিগী মরমদা অমুক্কস্মু শেংদোরকখিগনি।

অসিগুম্বা অঙাং অমদি মাগী মমিগী খূদম অসিনা গোপী-কৃষ্ণগী মশক উৎলকপজিদা য়ানীংদবা খরদংদি লৈবগুম তৌই। নুংঙাইবা আনন্দগা নুংশিবা প্রেমগা, ভগবানগা জীবগা, অনি অসিনা মশাগা মনিগা অনিগী মশক ওইবা থোক্রবদি, প্রতিবিম্ব বাদপু শৌগৎপা থোকলে। * মমিদি থৱায় পান্দে, অতুগা করিগুম্বা পোৎ মখল অমস্মু নত্তে; অতুনা জীববু ঈশ্বরগী মমিনি হায়রবদি জীবস্মু থৱায় পান্দবা পোৎ অমনি হায়না শীংথারুবা য়াদবগুম থোকলে। মরম অতুনা জ্ঞানগী মশক ওইবা অশেংবা পোৎস্মু ওইরিবা অতুগুম্বা জাবদি ঈশ্বরগী অংশান,—নুমিৎ অমস্মুং নুমিৎ মঙানগুম্না অমদি মৈজাউগা মৈরীক্ক-গুমনা জাবদি ঈশ্বরগী শরুক ওইরিবনি—মমিমক্তি নত্তে। অসিগুম্বা চিংনকম থোকপা মতাং অসিদা, হাযরিবা অস্মুম্না ফিরেপ লৌননীংবস্মু য়াওই। ঐথোয়না হাযজরি, জাববু ঈশ্বরগী মমিনি হায়রুবগী থোইনা লানবদি লৈরোই। মরু ওইরিবা পোৎ অতুগী মমিংবু 'বিম্ব' (মূর্ত্তি নত্রগা মশক) কৌই অতুগা অসিগুম্বা মরু ওইরিবা পোৎ হায়বদি মূর্ত্তি নত্রগা মশক অতুমক্কা চপ মেক মান্নবা তারিবা অতুনা প্রতিবিম্ব হায়বদি মমিনি। অতুনা মশা নত্রগা মূর্ত্তি অতুনা ওইরিবা মখল অতু মমিস্মু মতুগী মখল অতুম্মক ওইগনি। সূর্য্য-মণ্ডল অসিস্মু জড়নি

---

* প্রতিবিম্ববাদ—'ঈশিংদা নুমিৎকা মান্নবা নুমিৎ ময়াম অমা মমি ওইনা উবগুম জগৎ অসিদস্মু পরমাত্মাগা মান্নবা আত্মপ্রতিবিম্ব (মশাগী মমি) ময়াম থোক্লা উই' অসুম হায়বা শ্রুতিগী বচন অসিগী মতুংইন্না প্রতিবিম্ববাদী ওইবা অদ্বৈতবাদীগী মততা লৈবা (জীবগা ঈশ্বরগা অমওনি হায়বা) মণ্ডল-মিশ্রনা হায়—মায়াগী মমি ওইনা তারিবা পরমাত্মামক্কা জীবনি, মমি হায়বসি মশাদগী তোঙানখিবা পোৎ অমা নত্তে—অন্বয়-ব্যতিরেক তৌরগা অসিগুম্বা তত্ত্ব অসি লেপকদবনি—গৌঃ বৈঃ অঃ লাঃ ৪৭৮

অদুগা শাস্ত্রগী মত মতুংইন্না অশেংবগুন্নতা উবা অদুগুম্বা করিস্সু ওইদবা পোৎনি। অঙাংগী মশাস্সু জড়নি অদুগা শাস্ত্রগী মত মতুংইন্না অশেংব-গুন্নতা উবা—ওইদবা পোৎ অমনি; মরম অদুনা মদুগী মমি অদুস্সু অদুগুম্বগী পোৎ মথলনি হায়বদি জড় অমস্তুং করিস্সু ওইত্রবা মাগী মশা অদুগী মমি অদুস্সু জড়নি অমস্তু অশেংবা ওইনতা উবা অদুগুম্বা করিস্সু নত্তবা পোৎ মথল অমনি। ব্রহ্ম নত্রগা ভগবান নত্রগা ঈশ্বরদি অশেংবা মশক্তি, জ্ঞানগী মশক্তি অমস্তুং মুংঙাইবগী মশক্তি ; মরম অদুনা জড়গী মমিনা 'জড়' ওইবা অদুগা করিস্সু নত্তবা পোৎকী মমিনস্সু করিস্সু ওইদবা অদুগুমনা চৈতন্যগী (জ্ঞান) মমিস্সু অদুম্মক চৈতন্যনি, অশেংবগী মমিস্সু অদুম্মক অশেংবনি অদুগা মুংঙাইবগী মমিস্সু অদুম্মক মুংঙাইবনি—মসিদি লেঙ্ক্লক্রবনি। মরম অদুনা ভগবাননা ওইরিবা পোৎ মথল অদু মাগী মমি ওইরিবা জীবস্সু অদুগুম্বা মথলগী অদুম্মক ওই। মরম অদুনা জীববু মমিনি হায়বদা দোষ করিস্সু লাকফম থোক্তে। মসিগী মরমদা বেদ অমদি পুরাণদা খুদম রাত্তনা লৈ।

খুদম নত্রগা পান্দম হায়বসি পুংমান হেক মান্নবদি থক থোক্তে, মসি পুন্নমক্লা অদুম্মক থঙ্নরি। গোপীশিংদি ভগবানমক্তগী তোঙান তাখিবা অতোপ্পা পোৎ অমদি নত্তে হায়বসি উৎকে হায়বগীদমক অমগা অমগা শম্নরা মরী লৈনবা অঙাংগা মাগী মমিগা ওইনা চাংদমরমলি-বনি। অঙাংগী মমি মথন্তনদি থক জগোই শাবা ঙমদে অদুগুমক্তুনা মাগী মশা অদুনস্সু মথন্তা থক জগোই শাবা ঙমদে। অহানবমক্তদা জ্ঞাননা পাংগল ওইনবা অদুগুম্বা থবক তৌবা ঙম্বা মাগী মথরায় অদুনা হান্না জগোই শারক্লগা, মদুগী মুংঙাইবতনা পানগী হকচাং অসিস্সু জগোই শাগৎলকই অমস্তুং হকচাং অদুনা তৌবা ফিদম-ফিরেপ মতুং-ইন্না মদুগী মখা পোন্না মমি অদুগীস্সু ফিদম ফিরেপ লৌরকই। মরমদি, অনিমক চৈতন্যস্বরূপনি (জ্ঞানগী মশক্তি)। মরম অদুনা অনিমক্লা শান্ননীংবগী তোপ-তোপ্পা অনীংবা অমমম চপ মান্ননা লৈনৈ। অদুমদি

ওইরগা অনিমক্কী অনীংবা মতৌ অহুদি অমনস্থ অমগী মপান তাংনৈ। অহুগুমনা জীবগা ব্রহ্মগা নক্ষ্রগা গোপীগা কৃষ্ণগা মতম অমত্তদা— অমত্তস্থ ওইনবা অমদি তোঙান্নবস্থ মওইবা অহুগুম্বা মতৌবু উৎপতনা অসিগুম্বা শুকবাক্য অসিগী মক ওইবা তর্থনি ॥ ১৭

তদঙ্গসঙ্গপ্রমুদাকুলেন্দ্রিয়াঃ
কেশান্ দুকূলং কুচপট্টিকাং বা।
নাঞ্জঃ প্রতিব্যোঢুমলং ব্রজস্ত্রিয়ো
বিস্রস্তমালাভরণাঃ কুরুদ্বহ ॥ ১৮

অনুবাদ। হে নিংথৌ পরীক্ষিৎ মহারাজ! অসুম তৌনা ব্রজ-গোপীশিংনা ভগবান-শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংগা শোক্ক-শম্নজবা ফংলুবদা হরাউ মথোই কাজবনা অস্মুক্কী মতিক মপূক্কীংদা লাঙ্ তক্কবা পোকখি মহুদি, মথোযগী মকোক মকোক্কী শমফিরৈ অমদি মশা মশাগী লৈতেং পূম্নমক কোমথ-হীক্থনরকখি অমসুং ফাদোক্কবা শমলাং, কোমথরবা মফিজেৎ অমদি নাস্থনরক্কবা মাইথুম-ফি অসিনচিংবা পূম্নমক মফম মফম চানা ফাজিন-খোমজিনজবা ঙম্নখিদে ॥ ১৮

তাৎপর্য্যার্থ—কৃষ্ণগা লোযনজবা ফংবদা গোপীনা হরাউজবগী থুদমনি ॥ ১৮

( গোপীশিংনা ভগবানবু ফংজনবা, মাবুতা পেলংজনবা লৈতেং তৌরম্বনি। হুজীক ফংলহনা মাগা শুংভাইমিন্নরক্কবদদি তিন্নবগী শুংভাইব- ৭ না হেনমনর্খবনা লৈতেংনচিংবহু করিসু থোশানখিদে, হন্না য়েংজবা ফাওবা শংখিদে। অভিসারগী মতমদস্থ মথোয়না ফিজেৎ লৈতেং থোশানরকখিদে হুজীক্কা থরা অহু ফাওবা হন্না য়েংলক্কে )।

**কৃষ্ণবিক্রীড়িতং বীক্ষ্য ব্যমুহ্যন্ খেচরস্ত্রিয়ঃ।**
**কামার্দ্দিতাঃ শশাঙ্কশ্চ সগণো বিস্মিতোঽভবৎ ॥ ১৯**

---

অনুবাদ। বিমান তোৎলিবী লাইরেম্বীশিংনা ব্রজগোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগা অস্সুম্না শান্নবা মত্তৌ অসিবু উজবদা মদূতবু ফংজনীংবনা পূম-শুম শুক্ষ্মৎনখি অত্তুগা থোক্লিবা থানিনমকশু মদূবু উজবদা অতোপ্পা গ্রহ নক্ষত্রশিংগা লোয়ননা পূমঙক হেক ঙক্লখি ॥ ১৯

---

তাৎপর্য্যার্থ—প্রেমগী মশক ওইবা গোপীশিংগা, কাম-মকপু শুক্ষ্মৎপা মদন-মোহনগী অথোইবা হুংঙাইবগী মশক ওইরবা অসিগুম্বা রাস-লীলা অসিবু উজরধদি, বেদবু পুথোকপা নোংদম্বা ব্রহ্মমক্কী পূক্নীং ক্ষাওবা শুক্ষ্মৎলিবনি অমসূং কামবু চাকথেক্তূনা উৎ-ওলহনখিবা জ্ঞানগী মশক ওইবা অত্তুগুম্বা মহাদেবমক্কীসু ঙক্লবা ওইখ্রিবনি : অত্তুনা স্বর্গগী লাইরেম্বীশিংনা ঙক্লকম থোকই হায়বসিদা করিবু ঙকলুক্ষম লৈবগে ? মীরমলেন অসিগী মফম পুন্নমক্তাদি শৃঙ্গার-রসকী শান্নবদা কামতগা লোয়ননা শান্নমিন্নে ; তৌইগুম্বসুং ভগবানগী রাস-লীলাদদি মীরমলেনগী শৃঙ্গার-রস-লীলা অত্তুগুম্না পুন্নমক লোইনা শুনা লৈ অত্তু-মদি ওইরগা মত্তুদা কামদি থক য়াওদে ; কাম-ভাবকী ( অমকপা অপাম্বগী ) থূদম ফাওবা লৈতে। স্বর্গগী লাই অমসূং লাইরেম্বীশিংনা ঙক্লরিবদি মরম অসিতননি। নোংদম্বা লাইমক্লা, মামক্লা পোকপী মচা নিংঙোলবু উবদা কামগী মখা পোনখ্রিবনি অত্তুগা মহাদেবমকসু কামদেববু চাকথেকহনখ্রবতদা মাগী মথুত্তগী লীথোকপা ঙমহৌরিবনি ; মরম অত্তুনা মূর্ত্তিমক ওইনা চোংথোরকপী অত্তুগুম্বী মহামায়া অত্তুমক্কা লোয়ননা লৈত্তুনসু থোইনা পামশিল্লুবমক্তি য়াওদনা যুম লিংজবা ঙমখ্রি-বনি। তৌইগুম্বসুং অথোইবা হুংঙাইবগী মশক ওইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদি কামদেব অদূবু হাৎলু-থোৎলুবা করিসু তৌবা লৈতনা, মথরায়গা লোয়ননা মশাবু হেক পূমশুম শুক্ষ্মৎহন্দুনা থম্নগা, করিগুম্বা আসক্তি অমত্তা য়াওদনা (পামশিল্লুবা লৈতনা) ব্রজগী নীংথিবীশিংগা শান্নমিন্নরি

—মদুবু উজরুবা কনানদি ঙক্করোইদবা য়াওবগে ? মিংচৎ থীরবা থা কৌবা লাই অতুমক্না ভারাবু উরুবদা মশাগী অফ-ফত্ত খঙ্‌লকখিদে ; মরম অতুনা মহাকমকস্তু থেক-তেক্না কামগী মগুণ খঙ্‌লিবনি। মরম অতুনা ঙসি ভগবানগী অসিগুম্বা রাস-লীলাদা অতুগুম্বা কামদেব অতু-মক্না শুন্দৎলিবা (কামদেবনা মাগী শক্তি শীজিন্নরুবা ঙমদতুনা তোকপা অমস্তুং মানা চঙ্‌লুবা য়াদবগী মরমস্তু খঙ্‌দবনা হেক ঙকপনা থেংবা) মতৌ অদুবু উরুবদগীদি (থা) মহাকস্তু অতুম্মক ঙক্তবা ঙমখিদে। মতাং অসিদা নীংশিংনগদবা অমদি মসিদা শীজিন্নরিবা "শশাঙ্ক" হায়বা সংস্কৃত রাহৈ অসিগী অর্থ—থা মকোয়বু হায়বা নত্তে ; থা মকোয়গী মনুংদা থুপ্তুনা লৈরিবা জ্ঞানগী মশক ওইবা থা হায়না কৌবা লাই (থাগী চৈতন্য মূর্ত্তি) অদূতবু শ্লোক অসিনা হায়রিবনি। "সবিতৃ মণ্ডল-মধ্যবর্ত্তী-দেব নারায়ণ" হায়না প্রসিদ্ধ ওইবগুম (থাযনা খঙ্‌নবগুম হায়বদি নুমিৎ মকোয় মনুংদা লৈবা নারায়ণ অস্তুন্না খঙ্‌নবগুম) "চন্দ্রমণ্ডল মধ্যবর্ত্তী দেব (থা মকোয় মনুংদা লৈবা লাই) অমস্তু শোযদনা লৈরিবনি, মসিদ চিংনরুনীংঙাই করিস্তু লৈতে। অতুগুমতুনা গ্রহ নক্ষত্রনচিংবগীস্ত ম'-মাবু লোইরিবা মপু—লাই অমমম লৈবগী অর্থদা পুগদবনি। শ্লোক অসিদা য়াওরিবা শশাঙ্কশ্চ সগণো বিস্মিতোঽভবৎ" হায়বা শব্দক অসিগী টীকাদা শ্রীধরস্বামীনা অস্তুন্না ইরি—"শশাঙ্কেন বিস্মিতেন গতৌ বিস্মৃতায়াং ততঃ প্রাক্তনাঃ সর্ব্বেগ্রহাস্তত্র তত্রৈব তস্থুঃ। ততশ্চাতিদীর্ঘাস্থু রাত্রিষু যথাসুখং বিজহ্রিতি।" হায়বদি রাস উরুবদা থানা পূমঙক ঙক্তুনা মশাগী খোঙ্‌চৎ ফাওবা কাউথোকখি : মরম অতুনা মতুং ইল্লিবা গ্রহ মখৈস্তু মফম লেঙ্‌দনা অতুম্মক চপ লেপ্পতুনা লৈখি ; মরম অতুনা অহিং অতুনা য়াম্নমক শাংবা অহিং অমা ওইখিবনা ভগবাননা গোপীশিং লোয়ননা মনীং তৌনা শান্নখি। বস্ত্রহরণগী মতমদা ভগবাননা গোপী-শিংদা তাকপিখি—"যাতাবলা ব্রজং সিদ্ধা ময়েমা রংস্যথ ক্ষপাঃ"

হায়বদি হে পাংগল লৈজদবী পূম্নমক। নখোয় পূম্নমক ওম্না সিদ্ধ ফংলবীমক্তনি, অদুম ওইনমক হুজীক্তি ব্রজদা হন্নখবে, লাক্কদৌরিবা অহিংশিং অসিদা নংখায়গা ঐগা শান্নমিন্নগন। মত্তাং অসিদা অহিংবু খঙ্নবা 'ক্ষপা' হায়বা শব্দ অসিদা ময়াম খঙহনবগী বিভক্তি তপলি। মসিগী মথংদস্সু শুকদেবনা অমুক তানপিবি—"এবং শশাঙ্কাংশুবিরাজিতা নিশাঃ স সত্যকামোঽনুরতাবলাগণঃ।" হায়বদি গোপীশিংগা লোয়নননা থাবন ফরবী অহিংশিং অদুদা ভগবাননা শান্নবিবকলে। মতাং অসিদস্সু অহি খঙ্নবা 'নিশ' হায়ব নাইহে অসিদস্সু বহুবচনবিভক্তি তপলি। মবম অদুদগী শ্রীধরস্বামীনা অহিং ময়াম হায়বা যানবগীদমক্তা মওঙ্ অসুম্না ব্যাখ্যা তৌবিদনলিবনি নাংই। বৈষ্ণব "তোষণী" হায়না কৌবা টীকা লেংবা প্রভু সনাতন স্বামীনদি ব্যাখ্যা অসিবু যাখিদে। মানা হায়বমলিবনা—"গতিস্থগিতভ্রুস্পং পেক্ষামাত্রম" হায়বদি—"থগী খোংচৎ লেপখি, অসুম হায়না স্বামিপাদনা তাকপিরমলিবসিদি উৎপ্রেক্ষামাত্রনি (অলঙ্কার ভিন্নাস্থনি) তৌহগুম্বস্সুং বাখলনা যৌকবা ওমদ্রবা অদুগুম্বা শক্তিনা হবুং ঙা মাগী ওইবা হায়খিবা যাথং খক হে ংদব অদুগুম্ব স্বয়ং ভগবান অদুগী ইচ্ছাদদি পূম্নমক ওইখোকই, মবম অদুনা শ্রীবিষ্ণু ভগবানগী মনাই অচানবা (শম্ভুসমাদৃত) স্বামিপাদনা অচৎপা ভক্তি অমদি যোংনা থজবগা লোয়নননা যেকাপরম্বা মশক অসিবু এখোয়না লেপ্পনক ইকোওা হাপচফম থোকই। অদুনা স্বামিপাদগা থেঙ্নমন্না শ্লোক অসিগী ব্যাখ্যা তৌজনকখিবনি। অদুম ওইনমব মসিদা এখোয়গা হায়জনীংবা লন্নাই রাবম খবস্সু লৈজে, নত্তু হুজাক অসিদা হায়জরৌবি। ভগবানগী রাস-লীলা উকবদা লাহবেম্বীমখেনা ওক্লখি—পঙ্থনখি। মখোয়না খঙ্ই, নিপাতগবু শান্মিন্নববদি মহাশানা নুপীগী কামবু যাকায়হন্নবা ওইবিবনি, অদুবু চঙ্খাল্লবা নিপা ওইবা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়নননা শান্নববমক্তদস্সু গোপীশিংনা কাম পোকপগী হৌনবী মশাগী

ইন্দ্রিনচিংবগী ঈরাং হোৌবা মতৌ করি অমত্তনু য়াওবা লৈখিদে। মরম অসিতনা, কামনা খুদুম চল্লিবী অদুগুম্বী লাইরেম্বীশিং অদুনা ঙক্লনবা ওইখ্রিবনি হায়বদি কামমকপু খোঙ্‌নেংনবী অদুগুম্বী লীলা অসিবু উবদা মখোয়গী থম্মোইমুংগী কাম অদু ফাওবনা হেক শুম্মৎপা ওইখ্রি। মখোনকাবী নুপীগা পুম্না শান্নমিন্নবগী রাদি থমখো, মখোন কাবী লৈশাবী অমবু চুম্না মশক্তং উরুবা ফাওবদা নিপাগী কামবু হেক্তমক য়াকায়হল্লিবনি, রাক্ষম অসি গুরুপত্নী ( গুরুমক্কী মুপী ) মকপু হল্লাল্লু-ম্নবা চন্দ্রদেবনা ( থা কৌবা লাইনা ) শেংনা থঙ্‌বিরবনি। মহাক্তি ( থা-দি ) মহৌশানা কামনা লাকহৎপা মীওইনি ; তৌইগুম্বমুং ফজবদা মপা লৈত্রবী অদুগুম্বী গোপ-নিংঙোলশিংগী মঙক কোম্নুনা শান্নরিবমক্তদম্ম ভগবান শ্রীকৃষ্ণদি কামবু শুম্মৎপা মদন মোহন ভগবান অদু ওইনা অদুম্মক লৈ ; অসিগুম্বা মতৌ অসিতনা মপোক্কী ওইনা কামগী ঈরাংতদা ঈরোয়নবক্লবা অদুগুম্বা থা কৌবা লাইগী ঙক্লবা অথোইবা মরমনি। অসিগুম্বা রাস লীলা অসিবু উরুবদগী কামদা হালেংদ্রবা থা কৌবা লাইগী ঙক্লবা অথোইবা মরমনি। অসিগুম্বী রাস-লীলা অসিবু উরুবদগী কামদা হালেংদ্রবা থা কৌবা লাইগী থম্মোইমুংদা লৈরিবা কাম অদুগী মাঙ্‌নবা ওইখি। শুকদেবনা রাস লীলাগী অরোইবা শ্লোকতা হায়রি—অসিগুম্বী রাস-লীলা অসিবু থাজবগা লোয়ননা তাজবা নত্রগা শকচ-শোনজবা অদুগুম্বা মী মহাক অদুদি কামগী মশক ওইবা থম্মোইগী লায়নাদগী থীন্দনমক কোকচবা ঙমগনি। চুম্না তাজবা অমদি শকচ-শোনজবতদম্ম কামগী রাথল মুথৎপা ঙমলিবা অদুগুম্বা লীলাবু সংশঙ্‌না মিৎনা উরুবা থোক্লবদি শোয়দনমক কাম অদু শুম্মৎখিগনি হায়বসিদা করিদবু ঙকলুক্ষম লৈরিবগে ? মরম অসিনা রাস-লীলাবু উরুবদগী লাইরেম্বীশিংগী অমদি থা কৌবা লাইগী কাম পোকহন্নবা ওইখি, অমুম্না কনাগুম্বনা ব্যাখ্যা তৌনবা য়াঙরক্লবদা মদুবু লৌরুক্ষম থোক্লিবরা, থোক্তবম্না মদু, অশিংবশিংনা রাথল তৌবীবা ওইরসমু।

মথংদা অমুক অশাংবা অহিংগী রাকম—স্বামিপাদনা তাকপিরি, থক্তা থোক্লিবা থা-না রাস-লীলাবু উরুবদগী ডবখিদুনা মশাগী মথৌ কাউথোকখিবদগী, মকম অতুমক্তদা অদুম্মক চপ লেপ্তুনা লৈখ্রে ( চৎখিদরে ), মরম অদুনা মাগী মতু ইনবা গ্রহমখৈশু অদুম্মক মচি লেঙ্‌নখিদ্রে ; মরম অদুনা অহিং অদু য়াম্নমক শাংদোকখি। বস্ত্র-হরণগী তুমিত্তা গোপীশিংদা ভগবাননা তাকপিখি—"যাতাবলা ব্রজং-সিদ্ধা ময়েমা রংস্যথ ক্ষপাঃ"। মসিদা য়াওরিবা 'ক্ষপা' হায়বা রাহৈ অসিগী মমৈদা বহুবচনগী বিভক্তি তপলি ; রাস-লীলাগী অহানবা শ্লোক "ভগবানপি তা রাত্রীঃ শারদোৎফুল্লমল্লিকাঃ। বীক্ষ্যরন্তুং মনশ্চক্রে যোগমায়া মুপাশ্রিতঃ॥" মসিদা য়াওরিবা 'রাত্রি' শব্দগী মমৈদা বহুবচনগী বিভক্তি তপলি, মসিগী মতুংদশু "শশাঙ্কাংশুবিরাজিতা-নিশাঃ", মসিদশু 'নিশা' শব্দ অসি বহুবচনন৷ লোইরি। পুম্নমক অসি উদুনা স্বামিপাদনা অমুম্ন ব্যাখ্যা তৌবীরমলিবনি। প্রভুপাদ সনাতননা তাকপিরি ; "স্বামীনা হায়রিবা থা-না মাগী খোঙ্‌চৎ কাউবগী রাকম অসিদি 'উৎপ্রেক্ষা'মাত্রনি (অলংকার উৎপত্তনি), তশেংবমক্তি রাস-লীলাগী অহিংদদি জ্যোতিশ্চক্র পুম্নমক ডম্না পঙ্‌থনখিবমক্তনি।" অনিমক্কী পান্দম অমত্তনি। 'ক্ষপা', 'রাত্রি', অমসুং 'নিশা'—শব্দশিং অসিদা বহুবচনগী বিভক্তিশিং ( ময়ামবু খঙ্‌নবা প্রত্যয়) অসি উবদগী মহাক্কসু অমুম্না ব্যাখ্যা তৌবাবা ওইরমগনি। মচিগী শরুক্তসু লৌখৎ-পিবা স্বামিপাদ অমসুং ভক্তি রস-গী রসিক ওইবা প্রভুপাদগী ব্যাখ্যা অনিমক ঐখোয়গীদি ইকোকথক্তা হাপচফম থোকপমক্তনি ; তৌই-গুম্বসুং অদুম ওইনমক রাহৈ অসিমক্তি কা-হেন্না ওইথোক্তবগুম থোকই। জ্যোতিশ্চক্রনা পঙ্‌থদুনা চপ-লেপখিবা থোক্লবদি সুমিৎসু মানা লৈরম্বা মকমদগী অদুম্মক হেল্লমলরোইদবনি। অদুম তৌবা থোক্লবদি পৃথিবীগী নাকল অমদা অশাংবা অহিং ওইখিবা অদুগুম

অতোপ্পা নাকল অমদসু অদুগুমনা শাংবা হুংখিনগী মতম

অমা শোয়দনা লৈগদবনি। অস্রুম্না পৃথিবী অসিতগী নাকল অমদনা অশাংবা অহিং অত্তুগা অতোপ্পা নাকল অমদনা অশাংবা হুংথিল ওইবা অদুত্তগী রাকম নত্তে ; হুমিৎনা কোল্লিবা সৌরজগৎ অসিগী মহুংদা লৈরিবা গ্রহ, নক্ষত্র পুম্নমক্তস্তু মচি অমদনা অশাংবা অহিং, অতোপ্পা নাকল অমদনা অশাংবা হুংথিল অত্তুম্মক ওইরুফম থোকপনি। মহু-মক্তি শাথীনা ওইথোকপা য়াদবা অমনি। তৌইগুম্বস্নুং মীগী মীৎয়েংদা অতুপকী মতিকস্তু ওইথোক্তবত্ত ওইসন্তু, ওইথোক্তববু ওইথোকহনবী অতুগুম্বী ভগবানগী মায়া অতুগী মক্ষনদদি অমদি তাকপিবা য়াথং পুম্ন-মকপু থক লৈপাক তাহনবা লৈত্রবা অতুগুম্বা 'সত্যসঙ্কল্প' ওইবা ভগবানগী ইচ্ছা অত্তুগী মক্ষমদদি ওইথোক্তবা হায়বা করি অমত্তবুস্নু লৈবা নত্তে। অত্তুগা রা অমদি, ভগবান-নবু অসিগুম্বা ওইথোক্তবা ইচ্ছা তৌবীরিবদি করিগীদমকনো অসিনি। বস্নুদেবনা, পোকপদমক ঙায়রিবা ভগবানবু মথান্নুংদা কোল্লগা মথুরাদগী গোকুল তান্না চৎপা মত্তমদা কুমগী ঈচাউনা নপূক চোল্লবী যমুনাগী ঈশিংনা খুকউদমক য়োনা চেনখি, মসিস্নু ওইথোক্তবনি, অদুবু মতুগী কান্নবদি লৈখিদবা নত্তে। যমুনাগী ঈশিংনা ময়েং তাথদ্রবদি বস্নুদেবনা থক গোকুল তান্না চৎপা ঙম্নমগদবা লৈত্তে, মরম অতুনা মতাং অহুদদি ভগবানগী ইচ্ছাস্নু ওইথোকপনি অমস্নুং অতুগী মতুং ইন্নদি অসিগুম্বা ওইথোক্তবা থোদোক্কীস্নু অত্তুম্মক ওইথোকই। অস্নুম তৌনা শ্রীকৃষ্ণলীলাগী মতাং মতাংদা ওইথোক্তবা হেক হেক য়াওরকপদা মতাং মতাং অত্তুগী কান্নবা অমমম নত্রগা মরম অমমমদি শোয়দনা অত্তুম্মক লৈখি। রাস-লীলা হুমিত্তুদি জ্যোতিশ্চক্রবু পঙ্‌থহল্লগা অহিংবু শাংদোকহন্দবা য়াদবা অত্তুগুম্বা করিগুম্বা কাম্নবা নত্রগা তঙাইক্ষদবা মরম থোইনা লৈখিবা উদে। অহুমদি ওইরগা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মুত্তি অমত্তনা গোপী খুদীংমক্কা তোপ্পা তোপ্পা তোঙান তোঙানবা মতমদা শান্নবিরম্বা থোক্রবা অত্ত ওইরবদি গোপী চাম-চামগা শান্ননবগীদমক্তা অশাংবা অতুগুম্বা অহিং

অমগী কান্নবহু লৈরক্ষম থোকই, তৌইগুম্বসুং ভগবান-নদি মগুমনা তৌবীখিবা লৈতে। ইবুংঙো মহাক্না, গোপীনা য়ামলিবা মশীং অতুপ য়াম্না মাগী শকলোন ময়াম পুথোক্তুনা মতম অমত্তদা গোপী অপুম্বগী নীংজবা থুংহনবীখি। মরম অতুনা অশাংবা অহিং অমগী কান্নবা করিস্সু লৈখিদে। মবম অসিদগী ঐখোযনা খল্লি, বস্ত্রহরণ-লীলাদা "ক্ষপা" হায়বা শব্দগী মমেদা বহুবচনগী বিভক্তি হাপ্পা, অতুগা বাস লীলাগী মত্তাংদনা 'রাত্রি' শব্দগী মমৈদা অমসুং 'নিশা' শব্দগী মমৈদসু বহুবচনগী বিভক্তি লৈরিবা অসিদি গৌবব-বহুবচননি হাযবদি অহিং অদুবু মপুং ফাহনবা—লুমহনবতগী মতৌনি ( মগুণ চেন্নহন্নবনি )।

পুরাণ তবানিপানগী মহুংদা শ্রীমদ্ভাগবতনা অথোইবনি; শ্রীমদ্ভা-গবতকী মহুংদনা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা বর্ণন তৌবা তবাগুবা স্কন্ধনা অমুক হেল্লি অতুগা ভগবানগী লীলা পুম্নমক অতুগী মবক্তগীনা শ্রীশ্রীরাস-লীলা অসিনা পুমহেন অমুক হেল্লি। তাইবঙ্ পানববু লানবিনবা মশক ওইবী, অরোই অথম লৈত্রবা নুংঙাইবতবু পীনহৈবী, তাইবঙ্গী লাযনা পুম্নমকপু কোকহনবী অসিগুম্বী রাস-লীলা অসি শান্নথিবা অতুগুম্বা অহিং অতুমক্তি জীব-পানবা পুম্নমকী থুরুমজনফম ওইবী অমদি খ্বাযদগী হেন্না হকুপা-মগুণ চেনবী অহিং অমা ওইখি হায়বদা চিংননীংঙাই কবিস্সু লৈতে; মরম অতুনা ভগবদ্ভক্তশিংগী কোকলেন ওইবা মহর্ষি বেদব্যাসনা শেংলবী অহিং অতুগী মগুণ হেনগংহন্নবগীদমক অহিংবু খঙ্হনবা রাহৈ পুম্নমক অতুগী মমৈ মমৈদা বহুবচনগী বিভক্তি অমমম হাপ্পিরমলিবনি; ঐখোয়গী অচম্বা বুদ্ধি অসিনদি অসুম হাযনা খল্লে।

জ্ঞানসু লৈতবা, ভক্তিসু যাওদবা শীংথানত্রবা করিস্সু লৈতবা মীওই অমনা পুকচেন চাউরবা শ্রীধরস্বামীগী অমাদ ভক্ত অথোইবা সনাতন গোস্বামীগী মাযোক্তবু কলম পায়জবা শারিবনি অসুম হায়না কনানসু থম্নবিদবা ওইসনু। মখোযনা তৌবীরম্বা ব্যাখ্যাতনা ঐগী লমজিং

গুইনজরিবনি। ঐনা মখোয়গী ব্যাখ্যাদা য়েৎচরুবা নত্তে। অতুমদি গুইরগা নত্তবা, অরানবা লংজীন অমত্তংনা অতুগুম্বী পাপ মাঙ্হনবী অহিং অতুগী মরমদা মিংকুপ থরদং তুক নৈনঙরুবতনি॥ ১৯

---

কৃত্বা তাবন্তমাত্মানং যাবতীর্গোপযোষিতঃ।
ররাম ভগবাংস্তাভিরাত্মারামোঽপি লীলয়া॥ ২০॥

---

অনুবাদ। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মথন্তনা মথন্তদা নুংঙাইজবা (আত্মারাম) ওইহুনসু গোপীগী মশীং মতুংইন্না শকলোন ময়াম পুথোক-তুনা মখোয়গা লোয়ননা মনীং তৌনা শান্নবিরকলে॥ ২০

---

তাৎপর্য্যার্থ—মসিদি ভক্ত অমদি থন্থহৈবা ভাবুকনা তশেংনমক অতুম খঙ্নবীরবা রাফমনি অতুগা রাসমণ্ডলগী মতাংদসু রাহৈ অসিগী মরমদা মথক্তা হান্নরসু নৈনঙথরে। তশেংনমক্তি মহাক্না থক শক-লোন ময়াম পুথোকপিথিবা লৈতে; ভক্ত ময়ামগী প্রেম অমসুং ভাব-তনা ইবুংঙো মাবু মশীং য়াম্না থোকহনবতনি। নিত্যধামগী নিত্য-রাসতসু মহাক্না মশীং লাকঙমদবা ভাব-মূর্ত্তিগা লোয়ননা মশীং লাক-ঙমদবা শকলোন্না ঙানবীহুনা অতৎ-অথম লৈতনা শান্নবিরিবনি। থোইদোকসু কাত্যায়নী পূজাগী মতমদা গোপী মথৈনা, মফম অমত্তদা, মতম অমত্তদা মন্ত্র অমত্তবু চপ মান্ননা শোননিন্নহুনা প্রার্থনা তৌমিন্নখি—

"কাত্যায়নি মহামায়ে মহাযোগিন্যধীশ্বরি
নন্দগোপসুতং দেবি পতিং মে কুরু তে নমঃ॥"

হায়বদি, 'মহামায়াগী শক্তম পুবী, মহাযোগিনী ওইবী, হে অধিশ্বরি দেবী কাত্যায়নি! শ্রীনন্দনন্দন কৃষ্ণবু ঐগী ইপুরোয়বা ওইনা ফংহন-বীয়ু।' মরম অতুনা ভক্তগী মখা পোনবীবা ভগবানসু মফম অমত্তদা, মতম অমত্তদা, ভাব মখল অমত্তদা গোপী পুম্নমক্কী তোঙান তোঙানবা মপুরোয়বা ওইনা শান্নবিবা ভাখি। ইবুংঙো মাদি মনাই ভক্তগী

নীংজববু থক থুংগনবীদবা লৈতে. থুংহন্দনা লৈবস্থু ঙমদে। খনবদা ৱাথলনা লামলুবা ফংভ্রবা অতুগুম্বা তৌবঙম্বা শক্তিগী পাংগলনা ইবুংঙো মহাক্না গুণ অহুমগা তিন্নতুনা মশীং লাকঙমদ্রবা ব্রহ্মাণ্ড কযাবু ওই-থোকহনবা ঙম্মী, মশীং লাকঙমদ্রবা ভক্তশিংগী অপাম্বা মতুংইন্না মশীং লাকঙমদ্রবা সচ্চিদানন্দ ওইনা ওন্থোকপদস্থু ইবুংঙো মাগী মফমদদি ওইথোক্তবা অমা নত্তে। ব্রহ্মগী মরমদা নত্রগনা ভগবৎকী মরমদদি থক তর্ক চঙ্দে। মরৈ য়েৎনতুনা নত্রগা বিচার তৌরুতুনা ভগবানগী লালাবু খণ্ডনবা হোৎনরুবগী কান্নবা করিস্থু লৈতে। ৱাহৈ অমদি পূক্নীংগী ৱাংমদা লৈথ্রবা অতুগুম্বগী মশকপু চুন্নতগী অচম্বা ৱাহৈনদি কমদৌনা ফোংদোকলুবা ঙম্ফম থোকপগে? অতুগা পূক্নীংনস্থু কমদৌনা মদুবু খল্লুবা ঙমগদগে। বেদ-পুরাণনাচিংবা মরু ওইবা লাইরিকশিং অমত্তদা বিচারগী শব্দক থক য়াওদে, ইবুংঙো মাগী মশক তাকলিবতুনা লোইরে; মতুমবস্থু ব্রহ্ম নত্রগা ভগবানগী মরমদদি মতিক চাবা থক ওইদে। মত্থ খণ্না থাজবগা লোয়নননা উপাসনা তৌবীরিবা মীশিং অতুদি য়ান্নমক অশিংবগী মতৌনি। বেদ-পুরাণ-নাচংবগী ভাষ্য নত্রগা টীকা নত্রগা টিপ্পনী অমত্তা লৈরমদ্রিঙৈদগীস্থু লাইনীং-লাইশোনগী থবক্তি অতম্মক শেংনা লৈরম্মী; হুজীক ভাষ্য, টীকা অমদি টিপ্পনীমক্তনা মথং মথং মবোল নাইনা থোক্লরুবা মতম অসিদদি লাইনীং লাইশোনগী মহুত্তা ৱাহৈগী লানতমক থোক্লবা হেল্লকলে॥ ২০

তাসাং রতিবিহারেণ শ্রান্তানাং বদনানি সঃ।
প্রামৃজৎ করুণঃ প্রেম্না শন্তমেনাঙ্গ পাণিনা॥ ২১

অনুবাদ। মতম শাংনা জগোই ঈশৈ তৌরক্লবী গোপীশিংনা রাহুনা মশা চোকথনরক্লবদা থোজানবীহৈরবা শ্রীকৃষ্ণনা থোংশবা ইবুংঙো মাগী মখুৎনা মখোয় মখোয়গী মমায়বু নানবীরকলে॥ ২১

তাৎপর্য্যার্থ—শ্রীধরস্বামীনা শ্লোক অসিগী মরমদা চাউরাকপা মপা লাক্তুনা ইরমলিবদি—'কৃপাতিশয়মাহ' হায়বদি শুকদেবনা শ্লোক অসিদা ভগবাননা গোপীশিংবু য়াম্না হেন্না কৃপা তৌবীবগী রা ওইনা হায়রি। মসিদগী হেনবা অতৈ অতোপ্পা কৃপাদি করিবু ওইবা য়াবা লৈরিবগে? ব্রহ্মাণ্ড অপুম্বগী মবুংঙো ওইবা ভগবান মশামক্না মখুৎনা মনাই ভক্তগী সেবা তৌবীরি। ধন্যনি কৃপা! ইবুংঙো মাগী পীকথবা-হন্থবা হায়বা অমা লৈতে, অচোপা অরেম করিসু থাযদে, অহোয়নহুম ইবুংঙো মাদি অসিগুম্বা মতৌ অসিগীদমক্তা "ভক্তগী মথা পোনবা" "ভক্তবু চানবীহৈবা" অসিনচিংবা চাউরবা মিংচৎ-পুবা অহুগুম্বা অথোইবা মিংলেন কযানা হেন্ন-হেন্নহুম লংখৎনবা ওইবীরিবনি। তৌইগুম্বসু ঐখোয়নদি মদুবু হায়রুবা, ইরুবা, নত্রগনা চুম্নগী খল্লুবা ফাওবতদস্ল ইশা অসি কিবতনা শ্বায় শ্বায় পাখৎচৈ—ইরাল লঙ্‌শিনবা থোক্কদবরা অসুম্না কেক হেক খল্লকই। অকিববুদি লৈ, অহুমদি ওইরগা প্রেমতবু মিতাবীহুনা যণশেন্নহাগী লুখাক-চাবা, যণশেন্নহাশিংবু মরেংবান্দা তোংহন্দুনা পুবীবা—অহুগুম্বা মতৌশিং অহুনহুম মসিদগী হেন্না ঙক্নীংঙাই ওইরিবনি॥ ২১

গোপ্যঃ স্ফুরৎপুরটকুণ্ডলকুন্তলত্বিড়্-
গণ্ডশ্রিয়া সুধিতহাসনিরীক্ষণেন।
মানং দধত্য ঋষভস্য জগুঃ কৃতানি
পুণ্যানি তৎকররুহস্পর্শপ্রমোদাঃ॥ ২২

অনুবাদ। কৃষ্ণগী শ্রীঅঙ্গবু শোকচবা ফংবদা হবাউজবনা মথোই কারবী গোপীশিংনা চায়রুংদা হাইরিবী, পুক্লাং হুরবী সনাগী কুণ্ডল, (হুমাংনা) থোংলবী শমজাই চাইথোবকপনা তেন্না নীংথিহল্লবী মাযথোং অমদি খোযথুম্নববী বাঙাঙ্ রাতাশি অমসুং হুংশি মিংযেং নাযেং কযা কযানা ভগবানগী তুংঙাইবা চাবু হেনগৎ-হেনগৎহন্না শেংলবা ইবু ঙো মাগী মতিক মগুণবু শরজবা হৌবকলে॥ ২২

তাভির্যুতঃ শ্রমমপোহিতুমঙ্গসঙ্গ-
ঘৃষ্টস্রজঃ স কুচকুঙ্কুমরঞ্জিতায়াঃ।
গন্ধর্বপালিভিরনুদ্রুত আবিশদ্বাঃ
শ্রান্তো গজীভিরিভরাড়িব ভিন্নসেতুঃ॥ ২৩

অনুবাদ। চাংগী পল নমথাযবা হোংনবদা বাববা শামু লমশা লাবনা শাবাপ লমশা অমোনশিংগা লোযননা ঈশি দা কুমহনা লুপ্নগুম ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অমা থোক্লবগাদমক্ত গোপীশিংগা লোযননা যমুনাগী ঈশিংদা কুমথববলে। মথক্তা তাযথ্রবা ঈশে শবপা খোইমুগী মপৈ অহুনা মতম অসিদা রুড়-নহা-ওইবীশিংগা শাগোংবদা তকথায-থ্রবা অমদি থাবেংদা তৈবা কুঙ্কুম চন্দনগী অঙাঙ্‌বা মচু তৈববা অহুগুম্বা কৃষ্ণগী ডক্তা শিবা লৈরাং পবেংগী হুংশিবা লৈনমদা ঙাওহনা ইবু ঙো মাগী তুং-ইন্নজবক্নি॥ ২৩

তাৎপর্য্যার্থ—থোকখিবা মতৌমং শেংনা য়েকপনা মাসগী মরু ওইবা মতৌনি॥ ২৩

সোঽম্ভস্যলং যুবতিভিঃ পরিষিচ্যমানঃ
প্রেম্ণেক্ষিতঃ প্রহসতীভিরিতস্ততোঽঙ্গ।
বৈমানিকৈঃ কুসুমবর্ষিভিরীড্যমানো
রেমে স্বয়ং স্বরতিরত্র গজেন্দ্রলীলঃ॥ ২৪

অনুবাদ। হে মহারাজ! মথন্তনা মথন্তদা হুংঙাইজবা আত্মারাম ওইবা অচুগুম্বা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা শামু লমশা লাবগুম যমুনাগী ঈশিংদা শান্নবিরকলে। ব্রজনহা ওইবী মখৈনা হরাউ মীনোক লোয়ননা মাগী মশাদা মায়কৈ মরিমক্তগী ঈশিং চাইশিন্নহুনা যান্না হুংশিনা ইবুংঙো মাবু অভিষেক তৌনজরকালি অমসুং আতিয়া মকোয়দা কুম্মৈ য়েংলিবা বিমান তোংবা লাই মখৈ অচুনা লৈ চাহিথরকপগা লোয়ননা ভগবান মহাকপু লৈশী-লৈথোনজরকলি॥ ২৪

তাৎপর্য্যার্থ—মশীং লাকঙমদ্রবা ব্রহ্মাণ্ড পূম্নমক শীনবা থুংনা ঈশিংদা, কংফান্দা, অহাঙবা শূণদা প্রেম অমসুং আনন্দ অনিগী পূন্না শান্নবা মতৌ অসি অস্মুন্না চর্খরি: খন্নবাহৈবশিংনদি মচু খঙনবারমগনি। মদুবু উৎনবগীদমক মফম খুদীং শীনবা-থুংবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা কংফানগী লীলা শান্নরবা তুদা প্রেমগী শকলোন পুবী গোপীশিংগা লোয়ননা জলকেলি শান্নবিরি। মপানগী ওইবা লীলামক্তসু মসিদি রস-মপূং ফাহন্নবা মশকনি। ২৪

ততশ্চ কৃষ্ণোপবনে জলস্থল-
প্রসূনগন্ধানিলজুষ্টদিকতটে।
চচার ভৃঙ্গপ্রমদাগণাবৃতো
যথা মদচ্যুদ্দ্বিরদঃ করেণুভিঃ॥ ২৫

অনুবাদ। যমুনা মপানদা লৈবা উপবনগী মায়কৈ মরিমক্তা ঈশিং অমদি কংফান্দা শাৎপা লৈরাংশিংগী হুংশিবা লৈনম চেনবা ঈরীক পুবা হুংশিৎনা তপ্না মেঙনা হুমলরি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা

ঈশিংদা জলকেলি শান্নবা লোইরগা হুংঙাইরবা অতুগুম্বা উপবন মহুংদা শামু অমোমনা কোয়শিনবা লমশা-লাবগুম খোইমু অমদি গোপীশিংনা কোয়না অম্সুম মতুং ইন্দুনা চৎপা হৌরকলে ॥ ২৫

তাৎপর্য্যার্থ—ঐখোয়না খল্লি, শ্লোক অসিনা প্রেম অমস্থং আনন্দনা অহাঙ্‌বা আতিয়াদা শান্নবা লীলা মতৌবুস্থ ইঙ্গিত তৌত্থনা খঙ্‌হল্লি। শ্রীধরস্বামীনা পাম্বীরমলিবস্থ মতুমক্তি খল্লি। মরম অতুতনা মহাক্লা মশামক্কী অহানবা অর্থদা পেনবিবা ভমস্ত্রতুনা অনিশুবা অর্থনা অমুক তাকপিরি—“দিশশ্চ তটং স্থলঞ্চ যস্মিন্ তস্মিন্ বনে” হায়বদি মান্নকৈ পুন্নমক শুনা লৈবা অমস্থং কংফানগী শরূকস্থ য়াওবা অতুগুম্বা উপবন-মখেদা শান্ন-শান্ননা অম্সুম কোয়না চৎপা হৌরকলে। মায়কৈ হায়বসিদি মফম খুদীংমক্তা শুনা লৈরিবনি, অতু ওইরবদি “মায়কৈ পুন্নমক শুনা লৈবা বন” অম্সুন্না পল্লুবগী কান্নবা কবিবু লৈরিবগে ? মরম অতুনা শ্রীধরস্বামীনা নীংলিবদি মসিনি মতুদি, ভগবাননা মায়কৈ পুন্নমক শীনবা থুংনা শান্নবা হৌরকলে। মসিগী মশানা তাজবা অর্থদা অহাঙ্‌বা আতিযাগী লীলাবু হাযরিবনি অম্সুন্না খল্লি। মরম অতুনা মসি, অহাঙ্‌বা শূণ-আতিয়াগী লীলাবু হায়রিবনি হায়বসিদা চিংনরু-নীংঙাই ওইদে। মপানগী ওইবা লীলাগী শরূক্তুনা মসিনা লীলাগী মপূং ফাহন্নবা মচাক ওইনত্তা উৎলি।

মতিক চাবা শাস্ত্র-যুক্তি উত্তুনা ঐখোযনা হন্না হন্না হায়জখরে, ব্রহ্মাণ্ড পুন্নমক শীনব থুংনা মহুং মহুংদা প্রকৃতি পুরুষ অনিগী, মরম হাযবা অমা লৈবা নত্তনা তত্তনা শান্নতুনত্তা লৈবা অতুগুম্বা নিত্য-লীলা অসিদি মিৎকুপ থুদাংগী অতুম্মক চথদুনত্তা লৈম্রিবনি। মসিনি, মপূম অমদি মচেৎ ওইনা শান্নবা ভগবানগী আধ্যাত্মিক লীলাগী মওঙ্‌। ব্রহ্মাণ্ডগী রাংমদা ভগবানগী খোঙ্‌কম অহুমগী বিভূতি লৈবা মফম অতুদস্থ চিৎ হায়বদি জ্ঞানগী মওঙ্‌দা প্রকৃতি-পুরুষকী নত্রগা প্রেমা-নন্দগী ( হুংশিবা হুংঙাইবা অনিগী ) অসিগুম্বা লীলা অসিদি অতুম্মক

তত্তনা তৌহুনতা লৈরিবনি। গুণ অহুমগা তোংনরুবদগী ব্রহ্মাণ্ডগী মন্নুংদা অরাবা-হুংঙাইবা থায়রকথিবনি; তৌইগুম্বনুং ব্রহ্মাণ্ড পুন্নমক অসিদি হুংঙাইবতগী মশক ওইবা অত্থগুম্বা ইবুংঙো মহাক্তগী রাজ্যনি, মফম অসিদদি অরাবা হুংঙাইবা করিস্থু লৈতে, ব্রহ্মাণ্ড পুন্নমক অপেন-বতগী মশক ওইরিবনি। মরম অত্থনা মপানগী ওইবা মিৎয়েং থাদোক-তুনা হুংগী মিৎয়েংনা হন্থনা য়েংলবদি খঙ্নবা ঙম্মী—ঈশিংদা কংফান্দা, অহাঙ্বা আত্তিযাদা প্রেমানন্দতগী লীলা শান্নরি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ঈশিংদা, কংফান্দা, অহাঙবা শূণদা শান্নবিহুনা মদুবু তাইবঙ্ অসিদা উৎপিরি ॥ ২৫

---

এবং শশাঙ্কাংশুবিরাজিতা নিশাঃ
স সত্যকামোঽনুরতাবলাগণঃ।
সিষেব আত্মন্যবরুদ্ধসৌরতঃ
সর্ব্বাঃ শরৎকাব্যকথারসাশ্রয়াঃ ॥ ২৬

---

অনুবাদ। অস্থুম তৌনা সত্য সংকল্প ওইবা (হায়খিবা হোংদবা) ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ইবুংঙো মাগী হকচাংদা শুক্র (য়েন) থিংগত্তুনা থম্লগা চঙ্জরক্লিবী গোপীশিং অত্থগা লোয়ননা কবিনা, থোয়দানরবা শরৎ-থাগা চুনবা শৃঙ্গার-রসকী লীলা শান্নহুনা থাবন ফরবী অমদি শাংলবী অহিং চুপ্পা অত্থ লেনবিথি ॥ ২৬

তাৎপর্য্যার্থ—অরেপ্পা ফিরেপ অমগা লোয়ননা শ্লোক অসিদা রাস লীলাগী লোইশিনবা হায়বত্থ ওইরি। শ্লোক অসিগী টীকাদা শ্রীধরস্বামীনা ইবীরি—

'এবমপি আত্মন্যেব অবরুদ্ধঃ সৌরতঃ
চরমধাতুঃ নতু স্খলিতো যস্যেতি কামজয়োক্তিঃ'

হায়বদি, গোপীশিং লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণনা শৃঙ্গার-রসকী লীলা শান্নবির-বস্থ ইবুংঙো মাগী মশাদগী ধাতু (য়েন) মপাল থোকথিবদি নত্তে,

মসিতনা কামবু জয় তৌবতু উৎলি। স্বামীপাদনা রাস-লীলা :হৌগৎলকপদা তাকপিথি—

"তস্মাদ্রাস-ক্রীড়া বিডম্বনং কামজযাখ্যাপনায়েতি তত্ত্বম্" হায়বদি রাস লীলাগী মতৌদা কামবু জয় তৌবা উৎপতনা অথোইবা তত্ত্বনি (মবমনি)। হান্না হায়খিবা মশাগী রাফম অদুবু হুজীক মহাক্না লোইশিল্লকপা মতাং অসিদ, অমুক পুশিন্দুনা চানহল্লি। কমদৌনা স্বামিপাদগী রাক্কেগা চানবিবনো. হায়বদি কমদৌনা কাম-জয তৌবা উৎলিবনো—মতুগী মবনদা ঐখোযনা থোইনদি শাংফাত্তবা মওঙদা অমুক্তং নৈনজনাংলি—

কামগী পোকফমদ পুন্নাংনি অতুগা ফোড্‌দোবকক্ষমনা ইন্দ্রি-শিংদনি। জীবনা কবিগুম্বা হিরম অমা ফংদুনা হুংঙাইনীংলবদি অতুগুম্বা হিরম অদুবু লোশিনবা। ঙম্বা মতুপা মবী নৈনবা হবচাংবা ইন্দ্রি অতু মযাই কাখৎলবই অতুগা হিবম অদুবু ভোগ তৌবা লোই-রবদা মযাই ভতু অমুক হন্থি (ভুকথখি)। জ্ঞানেন্দ্রি ওইববস্থ নত্রগা থবক তৌনবা ইন্দ্রিশি আসবু ওইববস্থ ইন্দ্রিংবু ওইববাদ অসিগুম্বনা মতুগা মতৌন। বলিগুম্বা বিষয অমবু ভোগ তৌদ্রিঙৈদা পুন্নাংদা অরাংপা অমা লেবঙন তৌই; অতুগুম্বা অরাংপা অদুবু মেনশিন্নাংবা পুন্নাংগা অপাম্বদুবু 'কাম' কৌই। শুকদেবনা হন্না হন্না শ্রীকৃষ্ণবু অ আত্মারাম (মথন্তগা মথন্তনা নুংঙাইজবা), পূর্ণকাম (অপাম্বা পুম্নমক থুব), আত্মরতি (মংন্তনা মথন্তবু পামজবা) অসিনচিংবা বিশেষণ বযানা মিংথোল ওইনদুনা ইবুংঙো মঙোনদা কবিগুম্বা অরাংপা অমত্তা লৈতবগী মতৌ উৎলি। অরাংপা কবিস্থ লৈত্রবদি মহাক পুমথন থনবা হায়বতু ওইরে (পূর্ণ), অতু ওইববদি মহাক অতুনা বিষয়-ভোগ তৌবগী অপাম্বা নত্রগা কাম হায়বতু থক লৈরুবা হৌনদ্রে, কামবু লৈত্রবদি ইন্দ্রিস্থ থক মযাই কাবকদবা লৈতে, ময়াই কাববু পোত্রবদি ইন্দ্রিগী মথৌ পাঙ্‌থোকপস্থ থক

ওইথোক্তে ; অতুনা অমরোমদস্তু ইন্দ্রিনবু মথৌ পাঙ্‌থোক্তবদি ধাতু নত্রগা হকচাং মনুংগী য়েনস্তু থক মপান থোক্লকপা হৌনদে। অসিগুম্বা ধাতু নত্রগা য়েন অসিনা মপান থোক্লবগী মরু ওইবা মরমদি 'কাম' ( অপাম্বা ) হায়বা অসিনি ; মরম অতুনা মাগীদি ধাতু নত্রগা য়েন মপান থোকখিবা লৈখিদবনা ইবুংঙো মাগী পুক্নীংদস্তু কাম ( অপাম্বা ) থক পোকখিবা লৈতে ; মরম অতুনা ধাতু নত্রগা য়েননা মপান থোরকপা থিংখিবনা কামবু ( অপাম্ববু ) জয় তৌবতু উৎলি। প্রভু সনাতন, শ্রীজীব অমস্তুং চক্রবর্ত্তী মহাশয়নদি "অবরুদ্ধ সৌরত" হায়বা ৱাহৈ অসিগী স্বামিপাদনা তৌবীরিবা অর্থ অসিবু য়াবা তৌদে। মথোয়না মানা মানা পাম্বা মতুং ইন্না ব্যাখ্যা তৌনরম্মী। ঐখোয়দি, শীংথাবা য়াদ্রবা করিস্তু লৈতবা মীওইনি, অতুম ওইনমক ইশাগী মত অমত্তং ফোঙ্‌দোকচৌবদা থোইনা ইকাইজরুবা তৌদে—

ঐখোয়না উনথ্রে মতুদি,—রাস-লীলা অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নবগী রা হেক হেক হায়বা মফম মফমশিং অতুদা শুকদেবনা 'ভগবান' 'আত্মারাম', 'স্বাত্মরত' অসিনচিংবা বিশেষণ ময়াম্না ইবুংঙো মাগী অরাৎপা অমদি অপাম্বা লৈতবগী মতৌ উৎথরে। রাসকী অহানবা শ্লোকমক্তদা হায়রি—"ভগবানপি তা রাত্রীঃ শারদোৎফুল্লমল্লিকাঃ। বীক্ষ্যরন্তুং মনশ্চক্রে যোগমায়ামুপাশ্রিতঃ।" হায়বদি শ্রীকৃষ্ণনা ঐশ্বর্য্যদা, বীর্য্যদা, মিংচত্তা, সম্পত্তিদা, জ্ঞানদা, বৈরাগ্যদা পুমথন থনবমক ওইরবদস্তু (অরাৎপা কৌবা লৈত্রবদস্তু) যোগমায়াগী মতেংনা শান্নবিনীংলক্লে। মসিগী ভাবার্থদি অসিনি মতুদি,—ইবুংঙো মাগীদি অনীংবা হায়বা অমা লৈবা হৌনদ্রবনি ; অতুম ওইনমক মায়া আশ্রয় তৌতুনা শান্নবিনীংবা ওইনা উৎলি। রাস-লীলাগী অহানবা তাংকক্তা, কৃষ্ণমাপন শুবা শ্লোকতা হায়রি—

"ইতি বিক্লবিতং তাসাং শ্রুত্বা যোগেশ্বরেশ্বরঃ।
প্রহস্য সদয়ং গোপীরাত্মারামোঽপ্যরীরমৎ ॥"

শ্রীকৃষ্ণনা আত্মারাম ওইরবদি অরাংপা কৌবা লৈত্রবদস্মু গোপীশিংবু শান্নহনবীরকলে। শুকদেবনা শ্লোক অসিদস্মু উৎপিরি—শ্রীকৃষ্ণগীদি শান্ননীংবা করিস্মু য়াওবা লৈতে। রাসকী অনিশুবা তাংকক্কী কুহ্ন া-শুবা শ্লোকতা হায়রি—

"রেমে তয়া স্বাত্মরত আত্মারামোঽপ্যখণ্ডিতঃ।
কামিনাং দর্শয়ন্ দৈন্যং স্ত্রীণাঞ্চৈব দুরাত্মতাম্ ॥"

মথন্তা পেঞ্জবা, অপাম্বা লৈতবা, আত্মারাম ওইবমক ওইরবদস্মু শ্রীকৃষ্ণনা কামদা হালেংদবা নিপানা তোন্তরকপা অমদি নুপীনা কা হেঞ্জিল্লকপা মতৌবু উৎপিনবগীদমক মাগা (শ্রীরাধাগা) লোয়ননা শান্নবা হৌরকলে। ইবুংঙো মহাক্কীদি শান্ননীংবগী মতৌ থক য়াওদে করিনা, মাগীদি অরাংপা করিস্মু লৈতবনা। অতুগা রাসকী মঙাশুবা তাংকক্কী কুনশুবা শ্লোকতা অমুক হায়রিবনা—

"কৃত্বা তাবন্তমাত্মানং যাবতীগোপযোষিতঃ।
ররাম ভগবাংস্তাভিরাত্মারামোঽপি লীলয়া ॥"

হায়বদি শ্রীকৃষ্ণনা আত্মারাম হায়বদি মতম পুন্নমক্তা ময়েং তাবা লৈতনা মুংঙাইবতগী শরূক ওইদুনা (নিত্যানন্দ পূর্ণ) লৈবীবা ওইদুনস্মু গোপীগা মশীং মান্নবা শকলোন কয়া থোক্না মথোয় অদুগা শান্নমিন্নরকলে। মুজাক এখোয়না খঙ্নবা ঙমলে মদুদি, ভগবাননা শান্নবিবগী রাঙাঙ্ হেক হেক যাওবা মক্কমশিংদা শুকদেবনা পারিবা মী অমদি তারিবা ভাবুকশিংবু চেবশিলহন্নবা হেক হেক নীংশিংলি—অসিগুম্বা মানা শান্নবগী রা অসিবু তারগা, পারিবা অমদি তারিবা মীগী পুক্নীংদা কামনা হেক থুম্মৎনবা ওইবা অদুগুম্বা মীরমলেনগী মতৌগুম্না শান্নবগী রাখল অদোমদা ফৈরেংনখিদনবা হায়দুনা হন্না হন্না নীংশিংহল্লি—শ্রীকৃষ্ণদি স্বয়ং ভগবাননি, ইবুংঙো মাদি আত্মারামনি, মথন্তদা পেনজবনি, মহাক্তি, মশাগী মুংঙাইজবতনা হেক ইথল থল্লিবনি, মাগীদি অমুক

শান্ননীংবা হায়বা অমা থক লৈরুবা হৌনদে : অদুবু যোগমায়াগী আশ্রয়দা অতুম হায়না উহনখিবতনি।

শ্লোক অসিদস্থ অমুক শান্নবগী রাকম অঙ্গ লাকলি। মরম অতুনা মতাং অসিদস্থ শুকদেবনা হায়রমলি—"আত্মন্যবরুদ্ধসৌরতঃ।" মরম অতুনা ঐখোয়গী মত-তদি, "ভগবান", "আত্মারাম". অমস্তুং "স্বাত্ম-রত" অসিনচিংবা রাহৈনা ফংলিবা অর্থশিং অতুমক "আত্মন্যবরুদ্ধ-সৌরতঃ" হায়বা পদ অসিগীস্থ অতুম্মক ওই। থোইদোক্নমক "স্বাত্ম-রত" অমদি "আত্মন্যবরুদ্ধ সৌরত" হায়বা রাহৈ অনি অসি মওঙ্দস্থ মাপ্নে অতুগা অর্থদস্থ অমত্তুনি। "স্থরত" হায়বা রাহৈ অসিগী অর্থদি অথোইবা রতিক্রিয়া (লৈপুন) হায়বনি। 'রত' হায়বা রাহৈ অসিগী অভিধাননা তাকপা অর্থদদি রতিক্রিয়া হায়বসিনি অসিদস্থ নত্তুনা নৈষধ (পদলালিত্যদা মপা লৈতবা মহাকাব্য অমা) পার্বারবা মীশিং অদুনদি খঙ্বিরমগনি—

"তদাত্মভাধ্যাতধবা রতেচ কা
চকার বা ন স্বমনোভবোদ্ভবম্॥"

শ্লোক অসিদা য়াওরিবা 'রত' হায়বা রাহৈ অসিগী অর্থদি রতিক্রিয়া হায়বনি। য়ান্নমক হংগোইফম থোকপা মশক ওইবনা শ্লোক মচেৎ অসিগী ব্যাখ্যাদি থাদোকচরে। ঐখোয়দা কান্নরিবা 'রত' হায়বা রাহৈ অতুতগী অর্থদমক তোজরি। অস্থুম্না 'রত' রাহৈগী অর্থনা রতিক্রিয়া (লৈপুন) হাযবসি ওইবা থোক্রবদি "স্থরত" হায়বা রাহৈগী অর্থদদি অতুম্মক অথোইবা লৈপুন অস্থুম্না ওইফম থোকই। অতুগুম্বা স্থরত অতুগী হায়বদি অহকপা লৈপুনগী মতৌ ফংবা অপেনবা নত্রগা স্থংঙাইবা অদুবু 'সৌরত' হায়না কৌই। অতুগুম্বা সৌরত অতুগী হায়বদি অহকপা লৈপুনগী মতৌ ফংবা অপেনবা নত্রগা স্থংঙাইবা মন্থংঙাই অদুবু মতম পূম্নমক্কী ওইনা অতুম্মক থিংগত্তুনা লৈবা মী অদুবু হায়রিবনি "আত্মন্যবরুদ্ধসৌরত"। মরম অতুনা ঐখোয়গী

মত্-তদি শ্লোক অসিগী অর্থ—লৈপুনগী ফংবা হৌনবা অপেনবা, সুংঙাইবা পূম্নমক অহু মশাগা শাগোন্নহুনা অহুম্মক মতম পূম্নমক্তা লৈবা, মশামক্তা অহুম্মক সুংঙাইবগী মশক ওইজবা, অহুগুম্বা ইবু ঙো মহাক্না গোপীশিংগা লোয়ননা শৃঙ্গার-রসকী মতৌ তমহুনা শান্নবিরি—অস্নুম্না থোকই।

ঐখোয়না ভগবানগী শান্নবদা 'কামবু জয় তৌবা' হায়বগী মহুত্তা "কামবু জয় তৌবা" (কামবু লৌশিনবা) অস্নুম্না হায়র্নাংই। মরমদি, য়েক্নবনা লান্দাবগী অকিবা লৈবা মফম অহুতদা জয় পরাজয়গী (মায় পাকপা, মায়থীবা) খ্রাফম লৈবনি; কনা অমত্তনস্নু লান্দারক্কদবা লৈত্তবা মফম অহুদদি অসিগুম্বা জয়-পরাজযগী খ্রাফম অসি থক লাক্পা য়াদে। সচ্চিদানন্দ মূর্ত্তি ওইবা ভগবানগী মদনমোহন রূপ অহু উবদা কাম কোবা লাই অওদি মশানা অহুম্মক শুঙ্কাং চরিবনি; অহুনা ভগবাননা কামবু জয় তৌরে হায়রুরবদি 'শিরবমক্তদা অমুক খুৎলাই থারুবা' ওইনা থোক্কনি। ঐখোয় মীওইবগী মরক্তা কনা-গুম্বনা অকনবা যোগ সাধন তৌজবা মপান্না ইন্দ্রি-লাকশিনবা ঙম্লকপা থোক্লবদি মহাক অদুবু হায়বা যাই—"নিপা অসে কামবু জয় তৌর-বনি" অস্নুম্না। মরমদি—মাগী কা-দদি কামনা মাগী মথক্তা লান্দাবহু লৈরম্বদগী মাগী যোগ-শক্তিনা মদুবু জয় তৌজখিবনি। সুংঙাইবগী মশক ওইরবা ভগবান মদনমোহনগী কা-দদি কামনা থক খুমাঙ্-চাও-শিল্লুবহু ঙমদে; অহুদবু মাবু অমুক জয় তৌরুনবগী অর্থ করিনো? শ্রীধরস্বামীনা ইরিবা "কামজয়োক্তি" হায়বসিস্নু নাতৈ চাদবদি নত্তে। মরমদি, অহানবমক্তদা মহাক্না হায়বিখিবা লৈ মহুদি—ভগবাননা মীরমলেনগী রাস-কী মতৌ তমহুনা শান্নরি। মরম অহুনা ভগবানগী, বৃন্দাবনদা শান্নবা রাস-লীলানা মীরমলেনগী মতৌ তমহুনা শান্নখিবা অহুগুমহুনা ইবুংঙো মাগী শান্নবা মশান্না অহুস্নু মতৌতম্বতনি, অহুগা কামবু জয় তৌই হায়বসিস্নু অহুগুম্বনা মতৌ তমহুনা তৌশিন্নখিবতনি।

হায়বদি ইবুংঙো মহাক্কি মীরমল্লেনগী নিপা-নূপীগুমনা শান্নখিবস্থু তৌদে অত্থুগা মহাক্কা কামবু জয় তৌখিবস্থু নত্তে; হায়বদি সচ্চিদানন্দ-বিগ্রহদদি শুক্র নত্রগা 'যেন' হাযবসি থক লৈতে। লৈতবা পোৎনবু কমদৌনা মপান্দা থোরকলুগদগে? অত্থনা অসিগুম্বা রাসলীলাবু পাবদা নত্রগা তাবা মতমদা থন্নরিবা রাখল থক্কীক অত্থু ক্কাওবা ইবুংঙো মঙোন্দদি মত্থু করিস্থু লৈখিবা নত্তে, যোগমায়াগী শক্তিতনা ইবুংঙো মহাক্কা অত্থুম্না উহনবাখিবত্তনি। কবিগীদমক্তদি মহাক্কা অত্থুম্না উৎপিখ্রিবনো—রাহং অসিমক পরীক্ষিৎনা হংলকখিগনি অত্থুগা শুকদেবনা মত্থুগী পাউথুম পীরকখিগনি; তানজা অত্থুদা ঐখোয়স্থু শুকনা হায়রিবত্থুগী মরমদা শন্দোকনা ব্যাখ্যা তৌত্থনা উৎচরকখিগনি॥ ২৬

শ্রীপরীক্ষিদুবাচ॥

সংস্থাপনায় ধর্ম্মস্য প্রশমায়েতরস্য চ।
অবতীর্ণো হি ভগবানংশেন জগদীশ্বরঃ॥
স কথং ধর্ম্মসেতূনাং বক্তা কর্ত্তাভিরক্ষিতা।
প্রতীপমাচরদ্ ব্রহ্মন্ পরদারাভিমর্ষণম্॥ ২৭

অনুবাদ। হে ব্রহ্মন্! জগৎ অপূম্বগী মবুংঙো ওইবা স্বয়ং ভগবাননা ধর্ম্মবু ঙাকপিনবা অমদি অধর্ম্মবুনা মাঙ্হনবীনবগীদমক লেপ্পমক অংশ-ওইনা অবতার তৌবীরকলিবনি। ধর্ম্মবু তাকপিবা, শেম্বিবা অমদি ঙাকপিবা অমা ওইরগা ইবুংঙো মহাকমক্কা অস্থুক ধর্ম্ম কায়বা মওংদা অতোপ্পগী নূপীগা শান্নবিবদি করিগীনো? ॥ ১৭

তাৎপর্য্যার্থ—মসি পরীক্ষিৎনা হংবা রাহংজনি, মসিদা তাৎপর্য্যগী রা থোইনা লৈতে। অত্থমদি ওইরগা মানা হায়খিবা 'অংশ' হায়বা শব্দ অসিগী মরমদদি হায়নীংঙাই থরা লৈ। ধর্ম্ম সম্প্রদায় পূম্নমক্কী মী পূম্নমক্কা মানা মানা নীংজবা লাইবু খাযদগী চাউবা ওইহন্নবগীদমক্তা শাস্ত্র কৌবা কল্পতরুগী মতেং অমদি রাহৈ রাতা কয়া কয়ানা

শেম্বা কলা-কৌশলনা পাম্বে ওইনা লৌনরি। মহর্ষি বেদব্যাসনা শ্রী-মদ্ভাভবতকী অয়াম্বা মফমদা শ্রীকৃষ্ণবু বিষ্ণুগী অংশনি অম্মুম হায়না তাকলি। দশমস্কন্ধগী (তরাগুবা স্কন্ধগী) অহৌবমক্তদা পরীক্ষিৎনা হায়রি—

"তত্রাংশেনাবতীর্ণস্য বিষ্ণোর্বীর্য্যাণি শংসনঃ।"

অনিশুবা অধ্যায়দনা ভগবান মশামক্না যোগমায়াদা হায়রি—

"অথাহমংশভাগেন দেবক্যাঃ পুত্রতাং শুভে।
প্রাপ্স্যামি ত্বং নন্দপত্ন্যাং যশোদাযাং ভবিষ্যসি।"

হায়রিবা অনিশুবা অধ্যায় অসিমক্তদা লাইয়ামনা দেবকীদা হায়রি—

"দিষ্ট্যাম্ব তে কুক্ষিগতঃ পরঃ পুমান্,
অংশেন সাক্ষাদ্ভগবান্ ভবায় নঃ।"

অধ্যায় অসিমক্তদা শুকদেবনা হায়রি—

'ভগবানপি বিশ্বাত্মা ভক্তানামভযপ্রদঃ।
আবিবেশাংশভাগেন মন আনকদুন্দুভেঃ॥"

মতাং অদুদা মহাক্না অমুক্তস্থু হঞ্জিনা হায়রি—

"ততো জগন্মঙ্গলমচ্যুতাংশং,
সমাহিতং শূরস্থতেন দেবী।
দধার সর্ব্বাত্মকমাত্মভূতং,
কাষ্ঠা যথানন্দকরং মনস্তঃ॥"

অসিতস্থু নত্তনা অতৈ মফম কয়াদস্থু অংশনি হায়না তাক্লমলি অদুগা হুজীক মতাং অসিমক্তদস্থু পরীক্ষিৎনা শ্রীকৃষ্ণবু অংশমক্লি অমুক হায়রি। অদুগা অমরোমদস্থ হায়রিবশিং অসিগী মথক্তা ইবুংঙো মহাকপু পূর্ণনি (মচেৎ তাদবা মপূমনি) হায়না অমুক উৎলস্থু কয়া অমা য়াওরি। হান্না মথক্তা কৃষ্ণবু 'অংশাবতার'নি অস্মুন্না হায়খিবা মফম মফমশিং অদুদা বৈষ্ণব টীকাকারশিংনা শ্রীধরস্বামীমকস্থু য়াওনা

মাগী মাগী অহৈবা বিছাগী পাংগল উত্তুনা, অহয় কয়া তৌহুনা, রাহৈবু থাইদোক থাইজিন কয়া তৌহুনা অমদি অর্থসঙ্কোচ ( ) নচিংবা কয়া তৌহুনা রানা হোৎনরগা পুথোকপা উপায় কয়াগী মতেং লৌহুনা মদু মদূশিং অদুবু "পূর্ণনি" হায়রগী অর্থ তাহন্নবা কয়া কয়া থোক্না হোৎনরম্মী। মতুগী মনুংদা শ্রীধরস্বামীনা অসিগুম্বা পরীক্ষিৎকী রাহৈ অসিগী ব্যাখ্যা তৌবা মতাংদা অম্মুম্না হরি মহুদি—

"অংশেনেতি প্রতীত্যভিপ্রায়েণোক্তম্"

হায়বাদ শ্রীকৃষ্ণবু অংশ অবতারনি হায়রিবসিদি অচম্বা মীওইশিংনা লৌংলবা অহুত্তগী মওঙ্ ইন্দুনা হায়রিবনি। মসিগী অর্থ অসিবু ঐখোয়নস্সু য়াজনীংই। মতাং অসিমক্তদস্সু হুজাক পরীক্ষিৎনা হায়রিবা 'অংশেন জগদীশ্বরঃ' মসিগী অর্থদস্সু অসিগুম্বা অর্থ চেল্লি হায়বসি খঙ্নগদবনি।

রাখলনা লামলুবা ঙস্ফদ্রবা অহুগুম্বা ভগবানগী মকমদদি ওইথোকতবা পুন্নমকস্সু ওইথোক্লিবনি। মহাক্না তাইবঙ্-মিৎয়েং মমাঙদদি 'অংশ' ( শব্দক ) ওইনতা উনরবস্সু মনুংদদি 'পূর্ণনি (মচেৎ তাদবনি, মপূমনি ); অহুমদি ওইরগা অহুগুম্বা মপূংফাবা মতৌ অদুবুদি খঙ্হল্লুবা ঙম্বা কনাগীস্সু মতিক ওইদে, মরম অহুনা কনাগুম্বা লাই অমবু মপুং ফাবনি হায়না খনবা তারবদি মত থাজবা হায়বসি নত্তুনা খক উপায় অমা লৈতে। মরম অহুনা মসিগীদমক অরেম্বদা চীনদা-পাউদানরুহুনা মতম মাঙ্হনবতা থোকনি। মপূ ফাবা—অথনবা ( পূর্ণ ) অহুগীস্সু ঐখোয়দদি থোইনা কান্নবা লৈতে; ঐখোয় ইশানা ইশাবু কমদৌরগা থনজবা হায়বহু ওইগদগে মহুত্তনি ঐখোয়না কান্নরিবদি। ঐখোয়না করিগুম্বা অথনবা অহুগী মরীক অমত্তংগী মহাউদং ফংজরবদস্সু মহুনা ঐখোয়গীদি থনজবা হায়বহু অহুম্মক ওইগদৌরিবনি। বর্দ্ধমান নিংথৌগী মরলনা হেল্লি নত্রগা দ্বারভাঙ্গা নিংথৌগী মরলনা হেল্লি অম্মুম হায়না মরৈ তৌনহুনা লৈবদগীদি ইশাগী কান্নজগদবা শেল খরদং

অহুগী মথৈতা ফংজনবা হোৎনবনা লায়রবা ঐখোয়গী তৌফম থোকপা ইথৌনি। নঙ্না ঈশিং খোৱাংলগা গঙ্গাদা কূমউ—খূজোক অমরা, অনিয়া নত্রগা অহুমলা পেন্নবা থকচৌ, নঙ্গী খোরাংবত্ত কোক্লগা কাখৎলকউ, গঙ্গাদো গঙ্গা ওইনা অহুম্মক লৈজহৌসন্থ। গঙ্গাগী পাকপা-শাংবা অমদি মাগী মবিনগী মরমদা নঙ্না খন্থরুবগীদি নঙোন্দা করিস্থ কান্নবা লৈরোই। মরম অহুনা নশাগী কৃষ্ণভক্তি অহুতা ফং-জনবা, কায়জদনবা থাজবগা লোযননা হোৎনহুনা লৈজ্জৌ।

শাস্ত্রগী মতুং ইন্নদি পুম্নমক পূর্ণগী পুর্ণ ভাকনি অহুগা অহুগুম্বা পূর্ণ অহুদি থকস্থ মচেৎ তাদে হাযবদি মহুগী অংশ হাযবা অমা লৈতে ; অংশতগী অংশ লৈবনি ( মচেৎতগী মচেৎ লৈবনি ) হাযবসি খন্থহৈব-শিংনা অহুম্মক থঙ্বিরি। তৌইগুম্বসুং থোইদোকপা মিং অমা নত্রগা থোইদোকপা শক্তম অমা নত্রগা থোইদোকপা রাখল ( ভাব ) অমগী মরম ওইনবু হায়নরুরবদি মহু হেক্তমক অংশ মওইরে। স্থংদা ফনমক থনবা ( পূর্ণ ) ওইহুনস্থ মহু অংশ হেক্তমক ওই। মাগী মাগী নীংজবা লাইবু অবেপ্পা কারিগুম্বা মিংথোল অমদা, শক্তম অমদা নত্রগা ভাব অমদা ওইনা ফনা থিন্দুনা ভাকলুহুনস্থ অমদি ফনমক লাউবা খোংবা তৌরুহুনস্থ—মখোয়না লাউজ খোংজবহু হেক্তমক অরেম্বা তাই। পরব্রহ্ম নত্রগা ভগবানগী অবেপ্পা মফম, অরেপ্পা মতম, অরেপ্পা মিংথৈ, অরেপ্পা শক্তম, অবেপ্পা ভাব অমদি অবপ্পা শক্তিগী রাবু হায়রুরবদি মহু হেক্তমক অংশনি হায়না থন্নরকপা মশানা তাবনি। চুম্না খন্থবীহৈবা, মপুক্নীংবু নমথাক তৌহুনা রা-ভাঙ্বিবা তৌদবা—অহুগুম্বা মখোয় অহুনদি হায়রিবসিবু শোয়দনমক য়াবীনীংগনি। মরম অহুনা শ্রীধরনা ভাকপিরিবা "অংশেনেতি প্রতীত্যভিপ্রায়েণ" হায়-বসিমক অচুম্বনি। ঐখোয়না শ্রীকৃষ্ণবু পূর্ণমক্নি হায়না থম্মোইহুংদা থাজৈ, তৌইগুম্বসুং মুক্ত খোৎনহুনা 'অংশ' হায়বা রাহৈবু 'পূর্ণ' তাহন্নবা হোৎনবহুমক্তি পামজরুদে। মহুম্না তৌবহুমক পুরাণ

লেংবীরমলিবা মহর্ষিমক্তা পামলম্বা মশক্তি হায়না ঐখোয়না লৌজরুম্বা ঙমদে ॥ ২৭

আপ্তকামো যদুপতিঃ কৃতবান্ বৈ জুগুপ্সিতম্।
কিমভিপ্রায় এতন্নঃ সংশয়ং ছিন্ধি সুব্রত ॥ ২৮

অনুবাদ। অসুম্না অপাম্বা কৌবা লৈত্রবা যদুপতি শ্রীকৃষ্ণনা করিবু থন্দুনা মীনা হংগোইনফম থোক্লবা অসিগুম্বা থবক অসিবু তৌবারিবনো ? হে ব্রহ্মন্ ! অসিগুম্বা ঐগী চিংনবসিবু কোকহনবীয় ॥ ২৮

তাৎপর্য্যার্থ—মসিস্থু পরীক্ষিৎকী রাহংনি। মথক্তা হান্না হংখিবা রাহং অহুমক্কী মশানি, অহুমদি গুইরগা মসিনা হেন্দোকপা শক্কক খরদি লৈ। অহানবা রাহং অহু তারবদি পরীক্ষিৎনা ভগবানবু লমচৎ ফত্তবা ( শুক্রব. ) অমা ওইন, খনএগুম্না নীংই। শ্লোক অসিগী ভাবতনা পরীক্ষিৎনা মসিগী মহুংদা করিগুম্বা অভিপ্রায় অমদি য়াওরি হায়বসি লেপ্পমক খঙ্বগুম তৌরি, মহু করিনে,—মদুবু মানা খঙ্নীংলি। মরম অহুনা মহাক্কা রাফম অমগুবু অরেম্বদা অনিরক হঙ্জিন্না হায়খিবদি নত্তে ॥ ২৮

শ্রীশুক উবাচ ॥

ধর্ম্মব্যতিক্রমো দৃষ্ট ঈশ্বরাণাঞ্চ সাহসম্।
তেজীয়সাং ন দোষায় বহ্নেঃ সর্ব্বভুজো যথা ॥ ২৯.

অনুবাদ। শুকদেবনা খুম্নকই, মহারাজ ! মথৌনা লৈবা মীনা ধর্ম্মগী রাংমা লানব অমদি তৌঙমদবা কয়া ভৌথোরকপা থেংনবা লৈহুনস্থু মৈনা—অথাকপা লৈতনা পুম্নমকপু চাবা ওইহুনস্থু মশাগী মগুণ হন্থরকপা নত্রগা অমাংবা ( শেংদবা ) মতৌ থক ওইদবগুম

মথৌনা-মপাংগল লৈবা মীগীদি মানা ধর্ম্মগী পলমক লাম্বোক্লবদস্মু মহু থক দোষকী মশক ওইদে ॥ ২৯

---

তাৎপর্য্যার্থ—যেক্লবনা ফুজিল্লকপা ওমদনবগীদমক অহানবদদি মক্ষ্ম যাওদনা চুম্নগী মখোন্দং তাহন্দুনা যেংখিগদবনি। মহুদা যেক্লবনা হনগ্রবদি গুলি অমুক তি হল্লুবগী বাংবা লৈত্রে। রাঙাও হৈরবা শুকদেবনা পরীক্ষিৎকী রাহং-লা দগী নাম্বোক্লবগীদমক অহানবদা চুম্নগী অচম্বা খোম্থোক্তুং থোকহন্দুনা য়েংলি। মহাক্না, চুম্নতগী ওক্ত-শীংদা চনবা অহুমদি ওইরগা দোষতি লৈতব অগুণম্বা অতোপ্পা খুদম অমা পীতুনা ভগবানগী দোষ বোক্লব হোৎনরি। মানা হায়রি—ঈশ্বরমক ওইবা মখোয়গীদি ধর্ম্ম কায়বা থবক তৌবনস্মু দোষ ওইদে; মরমদি—মখোয়দি মতিক-মথৌনা চাউবনি। মতিক মথৌনা লৈবশিংগীদি ধর্ম্ম কায়বদা কবিস্মু দোষকী মশক ওহদে। ঋান্নমক লুবা রাক্ষমনি; ঈশ্বর অমস্তুং মতিক মথৌনা লৈবা হায়বশিংবু কবিনি হায়না ঐখোয়না খঙনগদবা ওইবগে? শ্রীধরস্বামীনা ব হৈ অসিগী অর্থ তৌবগী মায়কৈদা চঙশিল্লুবা তৌদনা মমিং পান্দুনা হায়রকলি—

"প্রজাপতীন্দ্রসোমবিশ্বামিত্রাদীনাম্"

ব্রহ্মা, শোরারেন, থা অমস্তুং বিশ্বামিত্রনচিংবা মতিক মথৌনা লৈবশিংগীদি ধর্ম্ম কায়রবদস্মু পাপ চঙদে। সনাতন গোস্বামীনা হায়রি—"কর্ম্মাদি-পারতন্ত্র্যরহিতানাং" হায়বদি থবক্কা মখাপোনবা নত্তবা অহুগুম্বা মখোয় অহুগীদি ধর্ম্ম নত্তবা থবক্তস্মু থক অরানবা ওইদে। মহাকস্মু ব্রহ্মানচিংবগী মমিংবুদি অহুম্মক মপাল্লি। জীব গোস্বামীমকস্মু অস্মুন্না মখোয় থরা অসিগী মমিংদং ইশিল্লগা অহুম্মক তোকপ্রে। বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা অতোপ্পনা শীজিন্নগ্রবা মিংশিং অদুবু লামশিল্লুবা তৌদনা ইরি—"রুদ্রাদীনাম্" অস্মুন্না। হায়বদি রুদ্রনচিংবা মতিক মগুন চাউবশিংগীদি ধর্ম্ম কায়বা থবক তৌহুনস্মু থক দোষকী মশক ওইদে।

অমত্তগী রা নত্তে, টীকাকার অহুম্মকী মত অমত্তনি ; তৌইগুম্বস্মুং অচুম্বগী থৌইনশিন্না ঐখোয়না হায়জরি মহুদি—অপোৗবা অমদি অমকপনা থল্লবা ঐখোয়গী ইবুদ্ধি অসিনদি মসিদা থক পেম্হোকচরুবহু ঙমদ্রে। শাস্ত্রদম্মু উবা লৈ—ঐখোযনম্মু খঙ্ই ; করিগুম্বা অপাম্বা অমত্তা য়াওদনা চুম্নগী তৌকম থোকপনি হায়নত্তা থন্দুনা করিগুম্বা থবক অমা তৌরুবা যোক্লবদি, মহুনা পাপস্মু ওইদে, পুণ্যস্মু ফংদে। অতুগীদমক্তনি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনদা পুক্নীংগী অপাম্বা য়াওদনা স্মে ত্রিমচাগী হৌনবী ভাক্তনা মী ফাওববু গাৎননবা য়াথং তাকপিখ্রিবা।

পূকচেন চাউরবা টীকাকারশিংনদি ব্রহ্মা, শোরারেন, থা, বিশ্বা-মিত্র অনাদ বৃহস্পতিবু ঈশ্বর অমস্মুং মতিক মগুন লৈবশিংগী মহুংচন্না শীংথানাবিবমনি। তৌইগুম্বস্মুং ব্রহ্মাস্মু, শোরারেনস্মু, থাস্মু বিশ্বামিত্রস্মু অমুক বনি হাযগানি বৃহস্পাতি গুরু ফাওবনা কামনা ময়াই কাবা ওই-হুনা মখোয়না নিতানরুবা নূপীশিং অহুনা হায়জ-নোনজবা ফাওববু থোশাদনা ভক্ত-শাজৎ চৎনখিবা ছাকনি ; অহুগবু মখোয়গী ধম্ম কায়বা ওইরোইদবগী মরম অহু বরিনো, মহু ঐখোয়না খঙ্লুবা ঙমদে ঐখোযনা থল্লি,—ব্রহ্মা, শোবারেন, থা, বিশ্বামিত্র অমস্মুং বৃহস্পতিগী মমিং পনবা তোত্তুনা বেদব্যাসকী মমিংদং পল্লম্নগস্মু লোইরবান। বেদব্যাসনা অপোকপী মমাগী য়াথং মতুংইম্না মনাউ নূপীদা গুল্লানখিবা, মদূবু পারুবা নত্রগা তারুবদা নাতৈ চাবা হুংঙাইবা অমনা হকচাংদা তু-মান হেক চুংনবা য়াওরিবনি। অহুম্না মনাউ নূপী-মকপু হুল্লাম্নুরবা ফাওবদা মহুনা থক ধর্ম্ম কায়বা ওইখিদে হায়বসিদি ঐখোয়না খোঞ্জেল রাংনা য়ানরি অমস্মুং অখঙ্-অহৈশিং পুম্নমকস্মু মদূবু অহুম্মক য়ানৈ হায়নস্মু থল্লি। ঐখোয়গী মত্-তদি—মশাদা মশাগী নাপন লৈতবা, ইন্দ্রিগী মথা পোন্দুনা মিত্তাবা পূকচেম্না মরম ওইহুনা করিগুম্বা অমত্তবু থক তৌরুবা লৈতবা অহুগুম্বা মখোয় অহুতনা ঈশ্বরনি, মখোয় অহুতনা মতিক মথৌনা লৈবনি, মখোয়

অতুগীদি মীনা হংগোইনক্কম থোকপা থবক্ক তৌরুক্তনস্থ ধর্ম্মদা কায়বা হায়বত্থু থক ওইদে। 'ঈশ' হায়বা ধাতু অসিগী অর্থদি শীনবিবা নত্রগা মপু ওইববু খঙ্‌নৈ ; মরম অতুনা ইন্দ্রিগী মথা পোনবা নত্তবা, ইন্দ্রিবু মানা লাকশিনবা ঙম্বা অত্তগুম্বা মখোয় অতুতনা ঈশ্বরনি নত্রগা মত্তিক মখোনা লৈবনি ; মখোয় অতুগীদি পাপস্থ পুণ্যস্থ করি অমত্তা চঙ্‌বা লৈতে। অতুগা অমরোমদস্থ মশাদা মশাগী নাপন হাপ্তবা অত্ত-গুম্বা মী মখোয় অতুগীস্থ পাপ-পুণ্য করিস্থ লৈত্তে হায়বসিদি শেংনা অতুম্মক খঙ্‌নবা ঙম্মী : করিনা, মাগীদি থবক্কা মাগী মহৈনি। হকচাং অসিনা 'ঐ' হায়বত্ত ওইদ্রবা অতু ওইরবদি, মনীং তৌনা মাগী মশানা পাঙ্‌থোকপা (অক্কবনিস্থ থন্দবা, কত্তবনিস্থ নীংলুদবা অতুগুম্বা মতৌ) অতুগুম্বা থবক অতুগী মহৈস্থ 'ঐগী' থক ওইরুবা য়াদে, মসিস্থ অচুম্বনি। ঐখোয়না মত্তাং অসি ফাওবদা উরকখ্রিবা গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়নন শান্নবা মতৌদা ব্রহ্মা, শোরারেন, থা, বিশ্বামিত্র অমদি বৃহস্পতিনা খুদম ওইনবা অসিতনদি থক পেঞ্জবা হায়বত্থু ওইদে। বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীগী "রুদ্র"না খুদম ওইনবা অতুনতুম হেন্না চুনবা হেল্লি। মথংগী শ্লোকতা শুকদেব মশামক্কা রাকম অসিগী মরমদা অমুক হায়রকখিগনি।

খঙ বদা লুনা থোকপা হিরম অমবু মীঙোন্দা তাকে হায়রবদি শাস্ত্র অমস্থুং মত্তিক চাবা নাতৈনা খঙ্‌হনগদবনি ; মথংদনা মান্ন-মান্নবা খুদম অমুক পীহুনা তাক্লবদি অতাবা নক্সগা অপাবা মীনা লায়না খঙ্‌-নবা ঙম্মী। মরম অতুননি গোতমগী (মহর্ষি গৌতমবু পোকপা মপা) ন্যায়শ স্ত্রদা পরার্থ অনুমানগী শকলোন মঙা থোক্কা লেপ্লম্বগী মস্থংদা খুদমবুস্থ শকলোন অমা ওইনা য়েক্লমলিধা। লাইরিক লেংবা মশামক্কা অস্থমা খুদম পীবিরম্নবদি টীকাকার অমদি ভাষ্য-তৌবশিংনা অতোপ্পা খুদম অমা অমুক তোপ্পা উৎলুবগী কান্নবা লৈত্তে। মথংগী শ্লোকতা লাইরিক লেংবা মশামক্কা রুদ্রনা খুদম ওইনত্তনা হিরম অসিবু খঙ হল্লি

মহুমক্সম্ভ নাতৈ চাবা হেল্লি। টীকাকারশিংনা পীনরমলিবা খূদমশিং অসিদি ঐথোয়গী কান্নবগী মহুত্তা মাঙ্‌নবহুম থোকই। মসি লেপ্নমক ঐথোয়গী অপঙ্‌বা বুদ্ধিতগী দোষ ওইরমগনি।

ঐথোয়গী বুদ্ধিদি য়াম্নমক পৌই ; পূকচেন চাউরবা টীকাকার-শিংগী লুথনা শৈগ্রবা অর্থ অহুগী মহুং হুজিন্না চঙ্‌শিল্লুবহু ঙমজদবতনা ইতিংমক তিংবা মওঙ্‌দা ইশাগী অনীংবা অহুতং ফোঙ্‌দোকচবতনি। মীচঙ্‌-সঙ্গন-পূকচেন চেনবীদ্রবা পাবীরিবশিংগী রাথম্ভনা মদূবু চাং-য়েংবীগদবা মঙায় ॥ ২৯

---

নৈতৎ সমাচরেজ্জাতু মনসাপি হ্যনীশ্বরঃ।
বিনশ্যত্যাচরন্ মৌঢ্যাদ্ যথাহরুদ্রোহব্ধিজং বিষম্ ॥ ৩০

অনুবাদ। মশাদা 'ঐ' হায়বগী রাখল চেল্লিবা, ইন্দ্রি থূহুম চনবা ঙমদ্রিবা মীনদি মপূক্নীং ফাওবদা অসিগুম্বা লীচৎ অসিবু খক চৎকে খল্লুরোইদবনি। মহাদেব নত্তবা অতোপ্পা কনাগুম্বা অমনা সমুদ্র নৈবদা থোক্লকপা হূ অদূবু থক্লম্লবদা শোয়দনা মাঙ্‌লমগদবা অহুগুমহুনা 'ঐ'গী রাখল থাঙমদ্রিবা, ইন্দ্রি-লাকশিনবা ঙমদবা মী অমনা ইপঙ্‌ পঙ্‌না অহুন্না তৌরুবা থোক্লবদি মাঙ্‌জগদবতনি হায়বদি পাপ লঙ্‌শিনগদবনি ॥ ৩০

তাৎপর্য্যার্থ—মহাপুরুষশিংনা চৎথিবা তৌখিবা শাজৎ-শাওঙ্‌-শিং অহু য়েংহুনা মীচম্না মাগী মাগী মথৌ মশিন লেপকদবনি হায়বসি শাস্ত্রনা য়ারবা নিয়মনি। মরম অহুনা ইন্দ্রি লাকশিনবা ঙম্বা মীশিংনা করিগুম্বদা মীগী নূপীদা হুল্লাল্লুরবদি অচম্বা মীনম্নু মথোয়গী মতৌ লোহুনা অহুগুম্বা শাজৎ অহু চৎনরুবা য়াবা নৈ ; অহু ওইরবদি ধর্ম্মগী রাথোক নংবা মশানা তাবনি। মসিগী চিংনবা অমা লৈবদগী শুক-দেবনা অম্মুম্না তাকপিরম্লিবনি হায়বহুমক্তি নত্তে। জ্ঞানগী মশক ওইবা মহাদেবনা সমুদ্রদগী থোক্লকপা হূ থক্কুনা মৃত্যুঞ্জয় ওইখি (শিববু জয়

তৌথি), অদুগা অতোপ্পা অমনা হু থককলুরবদি মহাক শোযদনা শিগনি ; অদুগুমদুনা ইন্দ্রিগী মথা পোনবা মী অমনা মহাজনশিংনা মথক্তা চংথিবা নত্তবা লমচৎ অদুগী মতৌ তমলুরবদি মহাক অদু শোয়দনা লৈখা ভাগদবনি। পূর্ব্বীং লৈত্তানা থস্থববদি খঙ্নবা ঙম্মৌ মদুদি,— মহাদেবনা হু থব্রগা মদূবু তুমহনবা ঙমাখবগুম্না মতাং অসিদনা অতোপ্পী নুপীগী শক্তমদা ওইনা অদুগুম্বা হু অদুগী মবম অদূবু তাক-পনি। মহাদেবনা, পীশুম-কাবক্তা লৈবা মাগী জ্ঞাননেত্র (জ্ঞানগী মিৎযেং) অদুগী কল্লবা মৈরি মৈশানা ভাইবঙ্ জয তৌবা ঙমলিবা অদুগুম্বা কাম অদূবু উৎ ওলহন্দুনা ভাইবঙ্ সমুদ্র অসিদগী থোকপা অপাম্বা কৌবা হূ অদূবু থকচিন্দুনা মদূবু তুমহনখি হাযবদি মপান নাইদ্রবা, মতিক মগুণ অমত্তসু বাত্তবং, ঋজবদা মপা লৈতবী অদুগুম্বা মহামায়া-মক্তা শাগোম্নদুনমকসু কবি অমত্তা নাচুংবীথিদে। অসুম্না মহাদেব-গুম্না কামদেববু উৎ ওইহন্দুনা কবি অমত্তসু নাচুংলুবা লৈতনা, অপাম্বা য়াঙদনা লৈরগদি মহাক অদুনা নত্তবা লমচৎ চংলুবগীসু মী অদুগী মশাদা পাপনা করিস্থ তৌরবা ঙমগদবা লৈত্তে। অদূবু নত্তবদি মহাক শোয়দনা অদুস্মক লৈখা তারগদবনি—লেপ্পমক মথরায়দুম মাঙ্গদ-বনি। হৃজীকমক ঐখোযনা মতৌ অদূবু সংশঙ্না অদুম্মক উনবা ফংলি ; মরু কোকপা, কৌপীন শেংপা লম্বোইবা কয়ানা অদুগা গেরুয়া ফিজেৎনবা সন্ন্যাসী কযানা মহাপুরুষশিংগী মতৌ তমলুবদা মম্না উনরি হাযবদি লৈখাদুম তানরি অমম্পূং মথোয় অদুনা পূকচেন নৌজরবা নিপা নূপী কয়াবুসু মাঙ্হনবারি। মরম অদুনা পূকচেন তিংনরবা সংসারগী নিপা নূপী পুম্নমক। শম ফোক্রবা কোক অমদি শিখা অশাংববু কিবীয়ু, কা-হেনবা চন্দন মথিন অমদি মতম চুপ্পদা থাদ্রবা অদুগুম্বা তুলসী মালাবু কিনা লোয়নবীয়ু—কৌপীন বহির্ব্বাসপু কিবীয়ু—চাউববা হরিনামগী ঝুলিথাউবু কিবীয়ু অদুগা গেরুয়া ফিজেৎ জটা-ভস্মবুসু কিনা চংপিয়ু। পৃথিবীদা মাঙ্ তাক্লবগী মশক ওইবা

অসিগুম্বা বৈষ্ণব অমদি অসিগুম্বা সন্ন্যাসী অসি ফাওবিরক্তনবা তৌবনা শ্লোক অসিগী মরু ওইবা তাৎপর্য্যনি।

তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম-সম্প্রদায়গী তোঙান তোঙানবা মশক তাকপা খুদম অমমম ধারণ তৌননবগী থৌশীল শাস্ত্রদা য়াত্তুনা লৈ; মরম অদুনা অদু অদুগুম্বা খুদমশিং অদুবু লেপ্পমক ধারণ তৌনফম থোকই, মসিদা চিংননীংঙাই করিস্মু লৈতে। তৌইগুম্বস্মুং অশিংব-শিংনা মসিমদি খন্থনফম থোকই মত্রদি,—থোযদিং মথায় অমা ফাও-বগী ওইনা মশাগী ইন্দ্রিবু লাকশিন্নবা তৌদবা, অমদি অপাম্বা অনীং-বতগী মনাই ওইবা অদুগুম্বা মী অদুনা চুম্নগী মরুদং কোকথোক্লগা, লৈপাক নত্রগা উং খরদং মশাদা তৈশিল্লগা, কৌপীন নত্রগা উন্নীকতং শেৎচিন শিজিল্লগা, নুংঙাইবগী মশক ওইবা ভগবান অদুবু মমিৎনা হেক্তমক সংশঙ উবা ঙম্ব।—অদুগুম্বগী মওঙদা ভগবাননা অদুক হোঙবদি খক ওইদে। মীবু নমথাক তৌগে নীংদুনা অস্মন্না তৌরিবা অদুগুম্বা মীশিং অদুমকস্মু ঐখোয়গীদি নোনজনফমনি; হায়বদি মখোয় অদু ফাওবদা ইকোক নোন্না খুরুমজবা য়াই, তৌইগুম্বস্মুং শাস্ত্রগী মত করিনো হায়বগী মরমদা ব্যাখ্যা তৌনবা হোৎনরগা অচুম্ববু লান্না শীজিন্নবদি খক ঙমজরোই—মদুম তৌবস্মু হৌনদে। ৱাহৈ অসি ঐখোয় ইশাতনা হায়জবা নত্তে; ভগবৎ প্রেমগী অমত্তা ঙায়রবা লময়ানবা শ্রীমচ্চৈতন্য মহাপ্রভুমক্কস্মু অসিগুম্বা, ফিজেৎ-তনা লম্বোই-শিন্নবা (কপটবৈরাগি) শিং অসিগী মশক ফাওবা য়েংবীনীংখিদে। কৃষ্ণদাসনা লেংবীরম্বা চৈতন্য-চরিতামৃতবু পাবীরবা অদুগুম্বা মখোয় অদুনদি হায়রিবসিবু খক খঙবিরমলোইদবা নত্তে। ঐখোয়না তুক মাগী পাউতাকশিংদগী মচি ওইবা খরদং লৌখৎচবতনি। মরম অদুনা মচিবু শেংনা উবিবা ঙম্বা, পূকচেন শেংলবা সাধক অমদি অদুগুম্বা পাবীরিবা মীওইশিংনদি মসিদা শাউবীবা নত্রগা পেম্নবীদবা খক লৈরোই হায়না ঐখোয়না লৌজে॥ ৩০

ঈশ্বরাণাং বচঃ সত্যং তথৈবাচরিতং কচিৎ।
তেষাং যৎ স্ববচোযুক্তং বুদ্ধিমাংস্তত্তদাচরেৎ॥ ৩১

অনুবাদ। মহাপুরুষশিংগী যাথংদি অচুম্বা ঙাক্তনি হায়বদি মখোয়না তৌ হায়না তাকপিরম্বশিং অতুদি অচম্বা মীওইনদি মতুমক তৌগদবনি অতুগা করি করিগুম্বদনা মখোয়মকী মরমচং মতৌমকপুসু ইনগদবনি। মখোয়না তাকপিরম্বা ময়াথংশিংগা চান্নবা, মখোয়না তৌরম্বা থবকশিং অতদি লৌশিং শিংবা মীনা মতুমকসু ইন্না চংকদবনি॥ ৩১

তাৎপর্য্যার্থ—শাস্ত্রদা লৈ—

"যদ্‌যদাচরতি শ্রেষ্ঠস্তত্তদেবেতরো জনঃ"

হায়বদি মীখোই মীহেনশিংনা চংলম্বা তৌরম্বা শাক্তং-লোনচং পুন্নমক কায়দনা অচম্বা মীওইনসু মতুগী ফোরোয় ইন্না চংকদবনি। অসুম হায়বা শাস্ত্র-বচন অসিগী মতুং ইন্না করিগুম্বদা ইন্দ্রি-লাকপা ঙমদবা অচম্বা মীওই কনাগুম্বনা—অপাম্বা কৌবা লৈত্রবা অতুগুম্বা বৈরাগি-পুরুষশিংনা তৌখিবা—মীরমলেনগী মতৌদদি মতনা য়াম্নমক হংগোই-নীংঙাই মশক ওইবা অতুগুম্বা থবকী মতৌ হেক তমলদূনা তৌকনি হায়বগী চিংনবা লৈবতনা শ্লোক অসিমা হায়রম্লিবনি॥ ৩১

কুশলাচরিতৈরেষা মিহ চার্থো ন বিদ্যতে।
বিপর্য্যয়েণ বানর্থো নিরহঙ্কারিণাং প্রভো॥ ৩২
কিমুতাখিল-সত্ত্বানাং তির্য্যঙ্‌মর্ত্ত্যদিবৌকসাম্।
ঈশিতুশ্চেশিতব্যানাং কুশলাকুশলান্বয়ঃ॥ ৩৩

অনুবাদ। হে মহারাজ! নাপন য়াওদবা মীগীদি অফবা তৌবদা পুণ্য করিসু লৈতে অতুগা ফত্তবা তৌরুবগীসু পাপনা মঙোন্দা থক চঙ্‌দে॥ ৩২

পরমেশ্বরদি নোংদম্বনি; শা-উচেক-মী-লাইনচিংবা জীব পুন্নমক

ইথুংঙো মাগী নিয়ম মথা পোল্লিবা ঙাক্তনি। মরম অতুনা পুন্নমকপু লাকশিল্লিবা অতুগুম্বা ভগবানগী মফমদদি পাপ-পুণ্য করিস্থু চঙ্দে, মসিবু অমুক কনি হায়রুক্কম থোকপগে ? ॥ ৩৩

তাৎপর্য্যার্থ—শুকদেবনা শেংনা হাযরি—মশাদা 'ঐ' হায়ৰসিগী নাপন অতু য়াওদ্রবা অতুগুম্বা মীশিং অতুগীদি পাপ-পুণ্য করিস্থু লৈতে ; মরম অতুনা মথক্তা হান্না হায়খিবা মতিক মথোনা লৈবশিংগীদি ধর্ম্মগী পল লান্থোকলুবনস্থু দোষ ওইদে হায়বদা শীজিন্নরিবা রাহৈ "মতিক মথোনা লৈবা" হায়বসি মী অতুগী মশাদা 'ঐ'গী নাপন অসি লৈত্তববুনি খঙ্নগনি। মশাদা 'ঐ' হাযবগী রাখল চেন্দবা অমদি 'ঐ'না তৌবিবনি হায়ৰগী নাপন অতু লৈত্তবা অতুগুম্বা মখোয অতুগীদি পাপস্থ পুণ্যস্থ করি অমত্তা লৈতে ; মসিদি লায়না অতুম্মক খঙ্নবা ঙম্মী। হকচাং অমস্থং আত্মাগী মাঙ্নবা ওইবতু পাপনি। মীগী তত্ত্ব খঙ্বদা হৈশিংলবা শাস্ত্রকারশিংনা কয়া থোক্লা চাং-য়েংবীরবা মতুংদা পাপ-পুণ্য হায়বসি খাযদোকপিরম্লিবনি। অতুনা হকচাং অসিগা করিগুম্বা মরী অমত্তা লৈনদ্রবা অতুগুম্বা মখোয় অতুগীদি মীওইবা সমাজ অসিগা করিস্থু মরী লৈনদে, মখোয় অতুগীদি অমাঙ্বা অমদি অতোংবা করিস্থু লৈতে ; মরম অতুনা মখোয় অতুগীদি পাপস্থু চঙ্দে।

কনাগুম্বা অমনা করিগুম্বা ফত্তবা থবক অমা তৌরুবদা, ঐনা ফত্তবা তৌরুরে হায়বসি মশা মথন্তনা অতুম্মক খঙ্জৈ। পোৎলাকপা হূরানবা, চীন্থীবা অসিনচিংবা ফত্তবা তৌবশিংনস্থু মশাগী অরানবদুবু অতুম্মক খঙ্ই ; মরম অতুতনা মহাক্লা তৌরুবা ফত্তবা থবক অদুবু লোৎশিন্নবা হোৎনরিবনি অমস্থং মতুগীদমক মতম পুন্নমক্তা ইচিং চিংনতুনতা অস্থম লৈরিবনি। হৌনবী নত্ত্রগা হৌনদবী ওইনা অতোপ্পগী থরায় মাঙ্হল্লিবা অতুগুম্বা মখোয় অতুনস্থু মশানা অতুম্মক খঙ্জৈ—চুমদবা থবক তৌরুরে। করিগুম্বা শা অমবু হাৎপা মতমদা পঙ্থবা

মতৌ অমনা (শুদ্ধাৎপনা মরম ওইদুনা) খঙ্‌বা ঙমলুদ্রবসু, মশামক্তদা হিংসা তৌরকপা মতমদদি হায়বদি অতোপ্পা কনাগুম্বনা মহাক মশাগী নত্রগা মাগী মচা-মশুমচিংবগী মকোক্তা থাঙ্‌না য়ানগে তৌরক্লবদি মহাক্কা মী অদুবু পাপচেনবা নত্রগা মাঙ্‌নবা তৌবা অমুম্না শোয়দনা হায়রক্কনি। মরম অদুনা শা-হাৎপতনা মাগী মশিন ওইনরিবা অদুগুম্বা মী অদুমক্লসু খঙ্‌ই, হিংসা তৌবা হায়বসি পাপনি; মদুবু করিসু লৈত্রবা মশাগী কান্নবা মচেৎ অমগীদমক মমিৎ তাঙ্‌বগুমনা মানা উদবতনি। অতোপ্পা মীগী নুপীদা ইরায় হেক লাযনা নমদুনা অত্যা-চার তৌবা মী অদুমক্লসু মশাগী নুপীদা কনাগুম্বনা অত্যাচার তৌরবা থোক্লবদি মশামকসু থক থাঙ্‌বা ঙমদে। মরম অদুনা শোয়দনা মহাক্কা খঙ্‌ই মদুদি, মীগী নুপী শোবলুবা পাপকী মশক্নি, তোনগ্রবা অমদি মশাক্কী ওইজনীংবতনা মমিৎ তাঙ্‌দুনা কাউবতনি। ঈরায লাযনা মীগী মরল হুবা ঙম্বা হুবানবা অদুমক্লা অতোপ্পনা মাগী মবল হুগ্রবদদি মী অদুবু মহাকমক্লা হুরানবা নত্রগা পাপা হায়না চৈবদা ইকাইবা করিসু তৌদে। মরম অদুনা হুবানবগী থবকপু ফত্তবনি হায়বসিদি মহাক মশাসু অদুম্মক খঙ্‌ই। অপাম্বনা মমিৎ তাঙহন্দুনা কাউবতনি। তত্তনা উবা ফংই, ওইদবা রা ডাঙ্‌দুনতা লৈবা মীনসু ওইদবা ডাঙ্‌বা মী অমদা 'চীম্বাবা, মীনম্বা' অসিনচিংবা হায়দুনা চৈনৈ।

মথক্তা হায়খিবা মাশিং অসিগী মরক্তা 'শাস্তি' হায়বদুদি কনাগী ক্বাদসু থক লৈতে; মখোয় পুন্নমক মনুং মনুংদদি মতম পুন্নমক্তা ইকাইবা অমদি অকিবগী রাখলনা অম্মুম ওত্তুনতা লৈরিবনি। পাপ হায়ববু মদুনি, পাপকী ফল হায়বসু মদুনি। তৌইগুম্বসুং মশাদা 'ঐ' হায়বগী রাখল লিংদবা, 'ঐ'গী হায়বসি থমদবা—অদুগুম্বা মখোয় অদুগীদি 'অতোপ্পা' হায়বদু লৈত্তে নত্রগা 'মীগী' হায়বদুসু লৈতে—মখোয়না মশাগী মাঙ্‌বা তোংবদা নত্রগা মীগী মাঙ্‌খি তোংখিবদা

হয়া থক য়েংলুবা লৈতে। পূম্নমকপু শীনবিরিবা, জীবগী-হকচাংগী মশক লোবা অহুগুম্বা যন্ত্র ( খুৎলাই ) অমনা থবক পূম্নমক লোইনা পাঙ্থোকপিরিবনি অমসুং মানা তৌবীরিবা পূম্নমকসু অফবা ভাক্তনি। অসিগুম্বা মীওইনা তৌনীংবা তৌবা মাগী অফবা লীচৎ-শাজত্তা পুণ্য লৈতে নত্রগা তৌনীংবতা তৌবা মীগী নত্তবা লীচৎ শাজৎতা পাপ লৈতে—মসিদি শেংলবনি। মরম অহুনা হুজীক অসিদা ঐখোয়না খঙবা ভমলে মহুদি, ঈশ্বরগী সৃষ্টিদা পাপ অমদি পুণ্য হায়না কৌবা অশে বা করিগুম্বা পোৎ অমত্তা য়াওবা থক লৈতে; পঙবদগী জীব-তনা মশাগী নাপলনা মযাই কাবা ওইহুনা মশাগী মপুক্নীংতদা পাপ নত্রগা পুণ্যনি অসুম্না খনজহুনা মিরাংগী মতৌগুম মশানা থাকচবা লাংদা মথন্তা গুজরিবনি।

শাস্ত্রগী মত্—তদি "মনঃ কৃতং কৃতং কর্ম্ম শরীর কৃতমকৃতম্।" হায়বদি পুক্নাংনা তৌবনা থবক্তি; হকচাংদি করিসু তৌদে' হায়বদি করিগুম্বা ফল অমা পামহুনা পুক্নীংদা হান্না লেপথোক্লগা তৌরকপা থবকপু থবক কৌবনি হায়বদি মহুনা পাপ-পুণ্যগী হৌফমনি, মরম অহুনা মহু অফা-অপুন নংনবা মরম ওইরিবনি; করিগুম্বা ফল অমগী অপাম্বা য়াওদবা, তৌফম থোকপনি অসুম্নতা খন্দুনা করিগুম্বা থবক অমবু মনীং তৌনা হকচাং অসিতনা পাঙ্থোক্লবদি মহুনা পাপ-পুণ্যগী হৌফম থক ওইদে; মরম অহুনা মহুগীদি অফা অপুনসু লৈতে। রাস-লীলাগী মরু ওইবা য়ুম্ফমদি "বস্ত্র-হরণ"নি। বস্ত্রহরণ-লীলাদা ঐখোয়না উৎরে, ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মাবু ফংবদা মতিক চাদবা মতৌ উবীবদগী গোপীশিংবু লৎনবিখি অমসুং মতুংদনা বাঁশী—খোম্থাঙনা মখোয়বু অমুক চিংবীরক্লব-মক্তদসু মশা-মশাদা মাগী মাগী 'ঐ', 'ঐ'গী নাপন লৈবা উবীবদগী অমুক চীকমাঙ্ মাঙ্বিখি। মরম অহুনা মদুদা ইবুংঙো মাগী অপাম্বা হায়বা অমা করিসু লৈখিদে হায়বসি শেংনমক অহুম খঙনবা ভম্মী। অহু ওইরবদি শাস্ত্রগী মত মতুং

ইন্না অতোপ্পী নুপীগী হাক্তক্কীদমক শ্রীকৃষ্ণদা পাপনা থক শোক্লবা য়াবা মরম লৈতে।

য়াফম অমস্তু অমুক লৈবি মতুদি, পূম্নমক্কী নো দম্বা ওইনা পুম্নমকপু শীনবিরিবা অতুগী শোযফত্রবা নিয়ম মথা পোন্না জীব-পানবা পুম্নমক্না পাপ-পুণ্যগী মহৈ চানবিবনি। মশাগী নাপননা মাঙ্ থাদুনা 'ঐনা তৌরিবনি" হায়না খল্লিবা মী অতুনা অতুগুম্বা পাপ-পুণ্যগী ফল অদুবু চাগদবনি—মসিনা ইবুংঙো মাগী নিযমনি হাযবদি মাযাশক্তিনি। মবম অতুনা মাগী নিযমনা নত্রগা মাযাশক্তিনা জীবনা অসুম্না পাপ-পুণ্যগী অফা অপুন নংত অত্নগা ইবুংঙো মহাকমক্কাদি মাবু পাপ পুণ্যনা থক শোকপা ঙমদে, মসিদি হাযনকুম্রবস্থ মথঙ্নবিব. য়াফমনি। ৩০/৩৩

---

যৎপাদপঙ্কজ-পরাগ-নিষেব-তৃপ্তা

যোগ প্রভাববিধূতাখিলকর্ম্মবন্ধাঃ।

স্বৈরং চরন্তি মুনয়োঽপি ন নহ্যমানা-

স্তস্যেচ্ছয়াত্তবপুষঃ কুত এব বন্ধাঃ ॥ ৩৪

অনুবাদ। মুনি ফাওবনা মাগী মখোঙ খুবা-উকুম্দংগী মগাঙ তংজকুবদা পেন্নজদুনা যোগগী পাংগলনা পূম্নমক বকৎৎলন্নগা মনাং তৌবা শাক্তং চংপদা মখোযগী মশাদা ফাওবা কবিগুম্বা অফা অপুন অমত্তা লৈহনবীদ্রিবা, মনাং তৌনা লীলাগী মূর্ত্তি লোবিবিবা অতুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ অতুমক্কাদি কৈদগী অফা অপুন নংলুফম লৈবগে ?॥ ৩৪

তাৎপর্য্যার্থ—জীব পূম্নমক মানা মানা হান্না তানশিনজরকপা কর্ম্মগী মথা পোন্না পোক্লবক্লিবা ঙাক্তনি। মানা মানা তৌবা কর্ম্ম অতুগী মশক ওইনা হেক হেক পোক্লে, অমুক হান্নগী কর্ম্ম অতু অতুম্মক তৌরে অমসুং হান্নগী মাগী মাগী হৈনবী স্বভাব অতু অতুম্মক ওইবে—মরম অদুনা জীব পূম্নমক অসি কর্ম্মনা পুল্লি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মপোক্তি অতুগুম্বা মওঙ্গী নত্তে; মাদি মশাগী ইচ্ছাতনা মপোক

তম্বীরকপনি অমস্মুং মশাগী ইচ্ছাতনা মনীং তৌবা শাক্তং চৎপিরবনি। ইচ্ছা হায়বা অসি মখল অনি শুই : মশাগী অরাৎপা মেনশিন্নবা অপাম্বগী মখা পোনবা ইচ্ছা অমা অমস্মুং মশাগী অরাৎপা করিস্মু লৈত্রবদস্মু মরম লৈতনা মনীং তৌনা খনবা 'ইচ্ছা' অমা। জীবগী ইচ্ছাদি অপাম্বগী ( কামগী ) মখা পোল্লি অদুগা ভগবানগী ইচ্ছানা ইবুংঙো মাগী মশাগী মখা পোক্লে। অপাম্বনা মাঙ্ওইনদুনা থবক তৌবা মখোয় অদুনা অফা-অপুন নংই ; মরমদি, মখোয় অদুদি অতোপ্পগী ( অপাম্বগী ) মখা পোন্না থবক তৌবা তাই অমদি অপাম্ব-দুতনা ওৎপদা হেক লৈতাকম খঙ্লক্তে। মরম অদুনা শেংনা খঙ্নবা ঙমলে মদুদি—মখোয অদৃস্ত কর্ম্ম-ফল চারিবনি।

মাইবা অমা ওইগে হায়ববদি যান্না হৈবা মাইবা অমদা চঙ্জগ-দবনি। অস্মুন্না লল্লোনবা মী ওইগে হায়রগনা হৈশিংবা লল্লোনবা অমদা চঙ্জগদবনি অমস্মুং সাধু অমা ওইগে তাল্লগনা লৌনম-লৌথুপ লৈতবা সাধুগী কাদা চঙ্জগদবনি—মতৌ অসিগুম্না কর্ম্মগী অফা অপুন্দগী নাম্বোক্কে হাযরবদি মনাং তৌবা অমদি নিত্যমুক্ত ওইবা হায়বদি অফা অপুন থক নংবা লৈত্রবা অদুগুম্বা মীশক অমদা চঙ্জদ-নদি মদু থক ওইথোক্তে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণদি নিত্য-মুক্তনি, অশেংবনি অমস্মুং মানা খঙ্দ-উদবা লৈতবনি ; ইবুংঙো মাদি ঐশ্বোয়গুম্না, তৌজবা কর্ম্মগী মখা পোন্না মপোক তম্লকপা মীশক অমা নত্তে অদুগা অপাম্বগী মখা পোন্না করিগুম্বা থবক অমত্তস্মু থক তৌবীবা লৈতে। ইবুংঙো মানা পোকপিরকপগী রারী রাখোঙ্ অমদি গোপীশিংগা লোয়ননা মানা শান্নবিবগী মতৌ মওঙ্ অসিবু কুপ্পা মুন্না নৈনরবদি মদু অদুস্মক খঙ্বা ঙম্মী। মরম অদুনা পুক্নীং-হকচাং কুপ্পা শ্রীকৃষ্ণদা চঙ্জরবা মখোয় অদুদি অপাম্বা করিগুম্বা অমা য়াওবা লৈতনা মনীং তৌনা অনীংবা অমা হেক্তমক তৌবা য়াই—অদুনা মখোযগী মশাদা কর্ম্মনা পীবা অফা-অপুন অদুস্মু থক নংদে। ইবুংঙো মঙোম্তদবু

চঙ্জরবদি লানঙমত্রবা জীবগীশু মাগী মাগী কর্ম্মগী-লীপুন ( বন্ধন ) অদুবু লায়না হেক্তুমক থদংপা ঙমলিবা অতুগুম্বা মহাক অতুগীবু অমুক করম্বা থবক্না পুনগদোরিবনো ? মরম অতুনা অচম্বা মিৎয়েংতদা গোপীশিং পূম্নমক অসিবু অতোপ্পা নূপীমক্তনি হায়না থল্লুবা ফাওবদশু ভগবানদদি করিগুম্বা দোষ অমত্তনা পকশিল্লবা ঙমদে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা লীলাগী মূত্তি ওইনা তৌবা থিবা কর্ম্ম পূম্নমক অদুবু পূক্নীং চঙ্না নৈনতুনা য়েংলবদি হায়রিবসি তশেংনা অতুম্মক উবা ফংলকই। পরব্রহ্মদগী ব্রহ্মাণ্ড পূম্নমক থোক্লরিবনি ; অতুম ওইনমক ঐথোযগী মিৎয়েংদদি হায়রিবা ব্রহ্মাণ্ড অসিদা অফবসু লৈ, ফত্তবসু লৈ ; অতু-গুম্বা অফ-ফত্ত অতুগীদমক পরব্রহ্ম অসিনা অফা অপুন নংফম থোকপরা ? মী পূম্নমক্না খোল্লাউ অমত্তদা হায়নরক্নি—থোক্তে। হায়রিবা পরব্রহ্ম অতুমক্না মাগী শক্তম লৌতুনা অভিনয়না মতুমক উৎপিরি। মরম অতুত্তনি ভগবাননা তাকপিখ্রিবা—

"ন মাং কর্ম্মাণি লিম্পন্তি ন মে কর্ম্মফলে স্পৃহা।"

"কর্ম্ম পূম্নমক্না ঐঙোন্দা থক শোকপা ঙমদে, কর্ম্ম-ফলদা ( থবক্কী মহৈদা ) ঐনা পামলুবা লৈতে ; মরম অতুনা কর্ম্ম ( থবক ? ) না ঐবু থক ফাজিন্দুনা থম্বা ঙমদে।"

বেদ, বেদান্ত অমদি পুরাণনচিংবগী মত্-তা মখোয়না, হায়রিবা ঈশ্বর-তত্ত্ব অদুবু থঙ্হন্নবগীদমক ভাষ্য কয়া, টীকা কযা অমসুং টীপ্পনী কয়া কয়া পুথোক্লরে—মতুগী ঙমখৈবু লৈতবগুমলে। অদুবু হান্নগী অমগা অমগা মত খেন্নবতুদি খেন্ননা অতুম্মক মরৈরি। অতুনা মরু-ওই-বদি, ঈশ্বরগী তত্ত্বু থঙ্গে হায়রবদি খ্বায়দগী মরু ওইনা থাজবা হায়বসিমা চঙ্ই, নত্রবদি সাযননা হায়গে হায়য়ু, শঙ্করনা তাক্কে তাকউ, রামানুজনসু কয়া থোক্লা নৈনসনু অমদি শ্রীধরস্বামীমক্লসু হায়বা ওইসনু—থাজববু য়াওদ্রবদি কনানসু করিস্ন তৌবা ঙমগদবা লৈতে। অমরোমদা থাজবতবু থন্নবদি পূম্নমক লায়রে। শাস্ত্রগী মতুং ইন্না

শ্রীকৃষ্ণবু ভগবান অত্থমক্নি হায়না থাজরবদি রা পূম্নমক তেনশিন্নবা য়াই ; থাজববু থমলুদ্রবদি কনানস্মু কনাবু খঙ্ হনবা খক ঙমগদবা ওইদে ॥ ৩৪

গোপীনাং তৎপতীনাঞ্চ সর্ব্বেষাঞ্চৈব দেহিনাম্।
যোহন্তশ্চরতি সোহধ্যক্ষ এষ ক্রীড়নদেহভাক্॥ ৩৫

অনুবাদ। হায়রিবী গোপীশিং, মখোয়গী মপুরোয়বাশিং অমদি মশক নাইরিবা ( হকচাং পাল্লিবা ) অত্থগুম্বা জীব পূম্নমক্কী থম্মোইদা খঙ্দ-উদবা লৈতবা ওইনা ডান্দুনা লৈবীরিবত্থ লীলাগী মূর্ত্তি ( লীলাগী শক্তম ) লৌবিরিবা শ্রীকৃষ্ণ অসিনক্নি ॥ ৩৫

তাৎপর্য্যার্থ—পরীক্ষিৎকী রাহং মতুংইন্না শুকদেবনা অহানবদা শ্রীকৃষ্ণনা অতোপ্পী নূপীগা শান্নৈ হায়বত্থ য়ারগা মত্থগী অশেংবা অমকপা চেন্দবা মতৌ অদূবু উৎলি। অসিগুম্বা কিরেপ অসিবু ঐখোয়না চুম্নতগী 'মন্ন য়াওদবা মখোলনি অস্তুম্না হায়থ্রবদস্ম মত্থনা, বরিস্ম অর্থ পোক্তবা অত্থগুম্বা রারেপ অত্থমকস্মু নৎখিদে ; তাইবঙ্ মীনা খুদম ওইনত্থনা অনি শুদ্রবা সচ্চিদানন্দ-স্বরূপ ওইবা পোৎশক অমগী দোষ চেল্লহন্দনবা হোৎননীংবতনা ঐখোয়না অস্থুম্না হায়থ্রিবনি। শুকদেব মশামক্নস্ম অস্থুন্না লেপথোকপসিবুদি খক পেনজখিবা নত্তে ; মরম অত্থনা তশেংবা তত্ত্বগী রারেপ অত্থ হুজোক অমুক লৌরকলি।

শ্রুতিনা হায়রি,—"মৈদা, ঈশিংদা, হিদাক-লাংথক্তা, উপান রাপান্দা অমদি তাইবঙ্ পানবা পূম্নমক্তা শীনবা থুংনা লৈবীরিবা অত্থগুম্বা লাই (ভগবান) অদূবু হন্না হন্না থুরুমজৈ।"

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা তাকপিখি,—

"ক্ষেত্রজ্ঞঞ্চাপি মাং বিদ্ধি সর্ব্বক্ষেত্রেষু ভারত!"

হায়বদি "হে অর্জ্জুন! নঙ্না ঐ অসিবু হকচাং পূম্নমক্তা শীনবা থুংনা লৈবা অন্তর্য্যামী ভগবান অত্থমক্নি হায়বা খঙ্উ।"

শ্রীমদ্ভাগবত্ত অসিমক্তদস্তু শুকদেবনা পরীক্ষিৎতা হায়রি—

"কৃষ্ণমেনমবেহি ত্বমাত্মানমখিলাত্মনাম্ ।"

"শ্রীকৃষ্ণ অসিবু জীব পুম্নমক্কী আত্মাগীস্তু আত্মানি অস্থুম্না খঙউ ।"

অস্থুম্না শ্রুতিনা হাযবিবা, গীতানা হাযরিবা, অমদি শ্রীমদ্ভাগবতনা হাযরিবা, হাযরি হাযবিবশিং অত্তুগী মতু'ইন্না শ্রীকৃষ্ণতনা পরমাত্মাগী মশক ওইনা থরায় পানবা পুম্নমক্কী তুংফম ওইনা লৈনবিবা হকচাং অসিদা তুংত্থনা লৈবীরগা, মশামক্কা মথন্তনা মথন্তগা শান্নবিরিবনি, ইবুংঙো মাগীদি কনাস্তু অতোপ্পা হাযবা অমা খক লৈতে ; মরম অত্থনা অতোপ্পগী নূপী হাযবস্তু মাগী কাদদি কনাস্তু লৈতে। পানগা মিৎযেংনা যেংবদনা 'গোপীগা কৃষ্ণগা' শান্নবনি অত্থুগা হু্গী মিৎযেংনা য়েংলগনা "কৃষ্ণগা কৃষ্ণগা" শান্নজবনি ।

অসিগুম্বা মশান্না অসিদি ব্রহ্মাণ্ড পূমনমক্তা তত্তুনা মহু' মহু'দা অত্থুম্মক শান্নরিবনি অত্থুগা ব্রহ্মাণ্ডগী রা'মদস্তু খঙ্বা ঙমদ্রবা নতমদগী হৌনা অত্থুম্মক শান্নত্থনবা লাক্লিবনি। খন্থবীহৈবা পাঠকশিংনা যামনা হেন্না খন্থবীবগদি খঙ্বিগনি, অসিগুম্বা প্রেম অমস্তুং আনন্দ অসিগী পূন্না শান্নমিন্নবা মতৌ অসিতনা জগৎ অসিবু পুল্লিবনি। অত্থুগুন্নবা মথ্রুবা অমদি মপূক তপ্পবা প্রেম অমদি আনন্দগী শান্নবা অসিনা গুণ অত্থমগা তিন্নবগা লৌশিনবা-থাদোকপগী মওঙ্দা মখল কযা কযা খাযদোক্না অমুক শন্দোক্নুনা লৈ। অসিগুম্বা ফিবম চেৎনা লৈরবা প্রেম অমদি আনন্দগী নিত্য লীলা অসিবু খঙ্জবা ঙম্নবদি জীবগী অরানবা খুবম হাযবত্থু অত্থুম্মক ওইরে। অত্থুগুম্বা মতাংদদি অনি-শুদ্রবা সচ্চিদানন্দগী মশক ওইরবা শ্রীকৃষ্ণ অসিদা দোষ হাপলুবদি থমখো, অচম্বা মীওইবা ঐথোয়গী মখল মথা অযাম্বা লাচৎ-শাজৎপু উনবগা দোষ নত্রগা গুণগী মরমদা নৈনবদগী শাউবা-পেনবা মতুংইন্না মী অদুবু তাথীবা নত্রগা থাগৎপস্তু থক তৌরুরোইদবনি অমস্তুং মখোয় পূমনমক অত্থুগী মশাদা হুংঙাইবগী মশক ওইবা অত্থুগুম্বা ভগবান

অমথক্তংনা ঙান্দুনা লৈবীরিবা ঙাক্তনি খন্দূনা শান্তি ওইনা লৈগদবনি। অসিগীদমক্তা ওইনা শ্রীধরস্বামীনা রাস-লীলা অসিগী ইহান হেক হানবমক্তদা হায়বিখ্রিবনি—

"শৃঙ্গারকথাপদেশেন বিশেষতো নিবৃত্তিপরেয়ং পঞ্চাধ্যায়ী।"

হায়বদি ভগবানগী রাস-লীলাদা য়াওরিবা শৃঙ্গারগী রাকম অসিদি ছল তৌবতনি ( মগুঙ্ অমদা উহনবতনি ); তশেংবমক্তি মসি অরানবা খুবম তান্নবগী লমজঙ্ মক্নি। রাকম অসিবু শুকদেবনস্লু মমৈদা অতুম্মক হায়রকখিগনি।

শ্রীবৃন্দাবন ধামগী মহিমানা নত্রগা গৌরবনা মথুরা অমদি দ্বারকা-দগী য়াম্না হেল্লিবসি হায়রিবা পরকীয়া রস অসিগী মপানতনি। থুপ্লবা অমদি শেংলবা অসিগুম্বা পরকীয়া রস অসিবু শ্রীরাধা অমদি কৃষ্ণগী চান্নবী গোপীশিংতদা অস্তুম শিন্নতুনা থম্লবদি লাইরমলেনগী ওইবা শেংলবা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা অসিবু মীরমলেনগী চৎনরিবা পরকীয়া রসকী ( অতোপ্পা নিপাগা অতোপ্পী নুপীগা লুংশিনবগী মতৌ ওইবা ) মতৌগুমনা মশক থীজিল্লকই অমসুং অমকপগী গতৌ ওইশিল্লকই। শ্রীমদ্ভাগবতকী তরা শুবা স্কন্ধবু পূর্নীং চঙ্না পারবদি তশেংনা অতুম্মক খঙ্নবা ঙম্মী মতুদি ; ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী বৃন্দাবনদা শান্নখিবা লীলা পুম্নমক পরকীয়া মক্তনি। ইবুংঙো মহাক্না মথুরা-ধামদা পোকপিরগা অপোকপা মপাগী লৈফম থাদোক্তুনা শ্রীবৃন্দাবনদা শান্নবিরুনবগীদমক লেঙ্বিখি, মরম অতুনা শ্রীবৃন্দাবন অসি মাগীদি পরকীয়-নিবাসনি ( অতোপ্পগীময়ুমদা লৈবনি ), ক্ষেত্রি মচা ওইবা বসুদেব অমসুং দেবকীগী মচা ওইবা মহাক্না গোপ জাতীগী নন্দ অমসুং যশোদাবু ইনা অমদি ইপানি হায়না য়াবিখি, মরম অতনা নন্দনা মাগী পরকীয় ওইবা মপানি অতুগা যশোদানা মাগী পরকীয়া ওইবী মমানি ; শ্রীবৃন্দাবনদা লৈরিঙৈদা ইবুংঙো মহাক্না মশাবু গোপমচামক্নি হায়না খনবিখি, মরম অতুনা বৃন্দাবনদা ওইরখিবা মাগী গোপজাতি অতুমকস্তু পরকীয়নি

( অতাংবনি ) : ক্ষেত্রিমচা অমগী হৌনবী ফিজেৎ-লৈতেং থাদোক্লগা মহাক্না শ্রীবৃন্দাবনদা যণশেন্নহা অমগুম ধড়া-চূড়ানচিংবনা লৈতেং ওইনখি, মরম অদুনা মাগী ফিজেৎ-লৈতেংশিং অদুমকম্ভু পবকীয়নি ( অতাংবনি ) ; ক্ষেত্রি মচাগী হৌনবী লোনচৎ-শাজৎ থাদোক্লুনা মহাক্না গোপ অমগুম কোযনা যণ শেনবা চৎখি, মরম অদুনা মাগী লোনচৎ শাজৎস্তু পরকীয়নি (অতাংবনি) ; শ্রীমান বলদেবন' দেবকীগী গর্ভদা পোকখিবা ওইবনা শ্রীকৃষ্ণমকীদি পোকমিন্নবা ময়াম্বনি ; অদুবু শ্রীবৃন্দাবনদদি রোহিণীগী গর্ভদগী থোকখিদুনা বলদেবনা মাগী পরকীয় ওইবা ময়াম্বা ওইখি ; অদুগা উদ্ধবনা মশাগা জাতি তিন্নবা অদুগুম্বা মশামক্কী মমান্নবা সখা অমনি তৌইগুম্বস্নুং শ্রীবৃন্দাবনদদি শ্রীদামনচিংবা গোপনহাশিংনা মহাক্কী পরকীয় ওইবা সখা ওইখি। অমরোমদা হায়রুবা তাবধদি শ্রীকৃষ্ণগী মফমদদি শ্রীবৃন্দাবনগী লীলা পুম্নমক মওঙ্ অম্ভুম্না পরকীয় লীলা ওাক্তা ওইথি। মতৌ অম্নমনা শ্রীবৃন্দাবনগী লীলানা পরকীয়া ওইখিবা অসিমত্তনা বৃন্দাবনগী মহিমানা থ্বায়দগী রাংলিবনি অদুগা বৃন্দাবনদা লৈরিবা লীলা-পরিকর পুম্নমকম্ভু পরকীয় ওাক্তা ওইবা মরমনা মফম অদুগী গোপ অমস্তুং গোপীশিংগী গৌরবনা ( ইকাই খুম্নবনা ) পুম্নমক্কগী হেল্লিবনি।

প্রকট-লীলাদনা ( মিৎনা উবা অক্ষোংবা লীলাদা ) দ্বারকাগী রুক্মিণীনচিংবী নিংথৌ মচানুপীশিং পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণনা লুহোঙ্‌দুনা লৌবী ইবেম্মশিংমক্তনি, তৌইগুম্বস্নুং রাস-লীলাগী মশক ওইবা, থ্বায়দগী থোইবা লাইরমলেনগী রস অসিবু মহাউ তংজবদি পরকীয়া ওইবী ব্রজগোপীশিং অসিত্তনা ফংখি অমস্তুং তাইবঙ্ পানবগী মপু ওইরিবা ভগবান মশামক্না মশামকপু মথোয় অদুগী মকমদা লম্মন তোল্লবনি অম্ভুম্না তাকপিখ্রিবনি। মরম অদুনা স্বকীয়দগীদি ( মশাগী ওইবা মীওইদগীদি ) পবকীয় ওইবীগী ( অতোপ্পী ওইবী ) গৌরবনা হেল্লি। দেবী দেবকীমক কৃষ্ণ পোকপী মমা ইবেম্মনি, তৌইগুম্বস্নুং প্রকট-

লীলাদদি ( মিংনা উৰা লীলাদদি ) পেন্দবা কৌবা লৈবা নত্রবদস্তু জগৎকী মবুংঙো ওইবীরিবা শ্রীভগবাননা তাইবঙ্ অঙাং অমগুম মপূক লাম্বনা তত্তৄনা য়োকচবা-পরকায় ওইবী মমাইবেম্মা যশোদাগী অমৃত থক্লগা পেনবিখি ; অসিগুম্বা লাইবক ফবগী মতৌ অসিদি দেবকীগী মরাইবক্তদি থক থোকখিদে। মরম অতুনা দেবকীদগীদি যশোদাগী গৌরবনা হেল্লি। অঙাং ওইরিঙৈদা তিন্নবা মরূপপ্না লৌথূপ লৌকোই লৈনদবা, ওইজবা তান্দবা, তরু তরুৰা অশেংবা মরূপনি। অতুগুম্বা অমকপা চেন্দ্রবা মরূপকী মথা পোন্দুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মশামক্লা মীগী মবমগী ওইবা পরকীয় সথা শ্রীদামনচিংবা গোপমচা-শিংবু মরেংবান্দা তোংহন্দুনা পুৰাখি ; দ্বারকাদা লৈবা উদ্ধবনচিংবা স্বকীয় সথা ( মশাগী লন্নাই ওইবা সথা ) শিং অতুনদি তম্বা থোক্রবা অসিগুম্বা মরূপ অসি ওইনা তিন্নজবগী থুম্নবা মহাউ অসিবু থক তংজবা ফংখিদে ; মরম অতুনা উদ্ধবনচিংবা স্বকীয়-সথাশিংদগীদি শ্রীদামন-চিংবা পরকীয় সথাশিংগী মরাইবক্লা হেল্লি। দ্বারকাদদি শ্রীমান বল-দেবনা তশেংবা স্বকীয়গী ময়াম্বমক ওইরবদস্তু মথুরাদস্তু পরকীয় অতুগা বৃন্দাবনদস্তু পবকীয় ওইখিবনা ধাম অনিমক অসিদা মহাক্তি ভগবান-মক্লা লুনা ইকাই খুম্নবিবা ফংজখি।

মীরমলেনগী-মরীদা মচাবু হুংশিবা, মচীম্মনাউ হুংশিনবা অমস্তূং মপুন্নোয়ববু হুংশিবা হায়বসি অতুম্মক মশাগী ওইবা মতৌনি ( হৌন-শানি), তৌইগুম্বস্তুং অতুমদি ওইরগা করিস্তু থোক্লদৰা অতোপ্পা অমগী মচাদা থরায়দগী হেন্না হুংশিরুবা থোক্লবদি অতুগুম্বা মফম অতুতদা মী অতুগী অমদি মাগী হুংশিবা অতুগী মগুণ চাউথংনা লৈ। করিস্তু থোক্লবা লৈতবা, জাত তিন্নরুবস্তু নত্তবা মী মশেননা মহৈ মহৈ ওইজবা তান্নবা য়াওদনা পূকচেন শেংনা চান্ন-চিন্ননা তিম্নবা মরূপ ওইনবা অতুগুম্বা মফম অতুতনা মরূপকী অমস্তূং মরূপ ওইবগী কজবা হেল্লি ; অতুগা মরম ইরৈ হেক লৈতনা, থোইনা থিজিন হুমজিল্লুবস্তু য়াওদনা,

থোইনম্মু থৌশারুদনা ওইখিবা মওঙ্ দগী পুকনীং ফাবা ঙমদনা অতোপ্পা নিপা অমবু কোক হেক সুংশিথোকলুবা—অতুগুম্বা মফমগী সুংশিবা মসুংশি অতুনা ( প্রেমনা ) থাযদগী হেন্না মপূং ফাবা মতৌ ওই। অসিগুম্বা মসুংশি ময়াম অসিদা মীরমলেনগী ভাব থাদোক্নুনা হায়বদি ইন্দ্রিগী পেন্নবা তৌবা মতৌ অতুত্তং য়াওহন্দনা শেংনা মচা সুংশিবা, শেংনা মরূপ ওইনবা অমস্তূং শেংনা মপুরোযবমকুম সুংশিবা ঙমজরবদি অতুগুম্বা মী মহাক অতুনা লংবদগী হেন্না লংলবা অতুগুম্বা শ্রীবৃন্দাবনগী পরকীয়-রস অসিগী—অমৃতদগী হেন্না থুম্নবা অসিগুম্বা মহাউ অসিবু লায়না তংজবা ফংগনি।

কৃষ্ণভক্তিত্তনা কৃষ্ণ ভক্তি ওইবা নত্তে—জগৎ ভক্তিনা কৃষ্ণ ভক্তিনি। অতোপ্পবু মশামক্কী ওইনা লৌশিনবা ঙম্বা, মাগী মশাদদি অতোপ্পা হায়বা অমত্তসু লৈত্রবা অতুগুম্বা মী মহাক অতুনা তাইবঙ্ খোনবা অসিগুম্বা বৃন্দাবন বিহারী ভগবানগী অশেংবা ভক্তনি—মহাক অতুত্তনা লেঙ্ দবা, সুংঙাইবতগী মশক ওইবা অতুগুম্বা ভগবানবু লায়না ফংগদবনি। পরকীয-রসকী অথুপ্পা তত্ত্বদি মসিনি। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা পরকীয়-রস অসিবু শ্রীরাধাতদা থোমজিল্লবদি মসিগী মশক থীজিল্লকই, হংগোইনবকই অমদি নিন্দা তৌনফমসু ওইরকই।

পূন্নমক্কী মশক ওইবা ভগবানগীদি কনাসু অতোপ্পা নত্তে; মরম অতুনা মাগীদি অতোপ্পা নুপী হায়বা কনা অমত্তসু লৈতে; ইবুংঙো মহাক্না জীবগী মশক ওইবী মশাগী প্রকৃতি অতুগা লোযননা হাযবদি মশা মথন্তনা মথন্তগা শান্নমিন্নবদা সুংঙাইজে; —শুকদেবনা রাজম অসিবু চিংনবনা মাঙ্ ওইনরবা পরীক্ষিৎতা থঙ্ হনখি—ঐখোয়নসু থঙ্জরে। অসিমক্তদসু হেন্না থঙ্ নীংঙাই ওইবা খরগসু অমুক লৈবি। ভগবাননা মশাগী প্রকৃতিগা শান্নবা ওইরবদি ফরে; অতু ওইরবদি মহাকনা গোপীশিং অসিবু লুহোঙ্ তুনা লৌবিরগা ইসুং-সুংঙাইনা অতুম্মক শান্নবিরম্বা য়াবনি, মতুমদি তৌদতনা মখোয়বু মীগী নুপী

ওইহন্দুনা মীগী মিৎয়েংদা মিংচৎ থীনবা তৌবীরিবসিমকতি করিগীদমকনো ?

মসি হংঙকম্মক খোঙপা য়াহংনি। সাধন-মার্গগী মতুং ইন্না মসিগী অহানবা পাউথুমদি অসিনি—পুম্নমক থাদোকপা নত্রবনি থক কৃষ্ণ কংদে, রাক্ষম অসি কথারকস্ত হন্না হাযগ্রে। গোপীশিংদি পুম্নমক থাদোক্লরবী ভাক্তনি, থাদোকফদ্রবা নুপী ওইবীগী মপুরোয়বা হায়বা অদুবু ফাওবা থাদোকচবক্লব নি, মহুতনা মখোযনা ভগবানবু ফংজগ্রি-বনি। ভগবাননা মখোযবু মশাগী হকপান্নবী নুপীমক ওইহল্লগা শান্ন-মিন্নবম্বা থোক্লবদি অচম্বা তাইবঙ্ মীওইশিংদা ভগবানগীদমক্তা পুমথা থাদোকপা হায়বহু খঙ্জনবা তাকপিবা ওইথোক্লমলোই—মরমদি থাদোকপা হৌনদ্রবা মপুবোযববু ফাওবা থাদোকপা হায়বা অহুমদি থক থোক্লমলোইদবনি। অনি শুবকপা ওইনা মসিগী তত্ত্ব ওইবা রাকমদি অসিনি মঙ্দি—ভশেংনমক শ্রীভগবাননা পরকীয় রসপু য়ান্নমক পাম্মী, মহাক্কা পরকীয়তগা (অতোপ্পতগা) শান্নবিনীংই। অহুগা অমবোমদা মাগীদি অতোপ্পা কাযবা কনা অমত্তবুস্ত লৈবা নত্তে, অহুমক্তদস্তু মানা শান্নগদৌরিবদি অতোপ্পগতনি। মরম অহুগীদমক্তা মহাক মশামক্তা শকলোন মযাম ওইহুনা, মথন্তনা মথন্তবু অতোপ্পা (পরকীয়) ওইহনজগুনা, মশাগী মশামক ওইবা জীবশিংবু অবিদ্যা মায়ানা শুম্মৎলগা (পঙ্থহল্লগা) অতোপ্পা ওইহন্দুনা তোঙান তাহন-বীবনি। অস্তুম তৌনা জীবনা অবিদ্যাগী লাংনা কুপ্তুনা ইবুংঙো মাগী থুৎশেম ওইবা জগৎ সংসার অসিবু উবদগী মাবু কাউথোক্লথি।

অসিগুম্বা মশান্ন অসিদি ইবুংঙো মহাক্ক হেক হৌতৈদগীনা অস্তুম শান্নহনতা লাক্লিবনি। ঐথোয় অসিস্তু মাগী অতোপ্পা অমা নৎনদে; ঐথোয় পুম্নমক মাগী অংশ-প্রকৃতি (শরাক্লা ওইবা থুৎশেম) মক্তনি; অবিদ্যা মায়ানা লাকহৎথিবতনা মাবুনা অতোপ্পা ওইনা থন্দোক্তুনা থম্নগা মায়া সংসার অসিতগা নক্লবা মরী থমলিবনি। তৌইগুম্বস্তুং

শান্নবতনা মশিল ওইনবিবা, হুংঙাইবা জ্ঞানতগী মশক ওইবা ভগব'ন-নদি কনাবুস্থ খক কাউথোকপিবা লৈতে। মীওইবা পুন্নমকপু মহাক্না অতোপ্পা ওইনা লৈহল্লবস্থ বেদ-পুরাণ-নচিংবা শব্দময় শাস্ত্রগী (খো ঙল খোম্হোক নক্রগা রাহৈগী) মশক ওইবা বাঁশী-খোম্থাঙ্না পুন্নমকপু অমুক কৌশিনবীবকলি। মানা তাকপিরি—'লাউ, ঐগী ইনাক্তা চঙ্শিল্লকউ, ঐ অসিতনা নখোযগী অমত্তা ঙাযরবা মক্লপনি—পুন্নমকপু থাদোক্লমলগা ঐগী ইকা তমলবউ।" মরাইবক ফবা কনাগুম্বনা অত্থুগুম্বা ঈশৈ, অতুগুম্বা মীকৌ অদূবু তাজবা অমদি খঙ্জবা ঙম্লক্তুনা অবিদ্যা মাযানা যুম্ফম ওইনবা মশাগী মযুম অমদি মাগী মশা অত্থগা লৈনরম্বা হুংগী মরী পুন্নমক ঙম্না থাদোক্লগা থম্মোইহুংদা মাগী খ্বাযদগী হেন্না নক্লজবা, খ্বাযদগী হেনবা হুংঙাইবা অত্থগা কোযনা শান্নজবা ঙম-লক্লবা অতুগুম্বা মী অথুনা হকচাং অত্থগা মাগা ( মাগী 'ঐ' অত্থগা ) কায়নরবা মতমদা অমুক হন্না মশাগী ওইবা নিত্যধাম অত্থদা চত্তুনা মশাগী লেঙ্দ্রবা মক্লপ অত্থগা অমুক তিন্নজবা ফংলুই। মাযানা শুন্ধংলবা মীওইবনা ফনমক শাস্ত্র পাত্থনস্থু অসিগুম্বা অশেংবা পরকীয রস অসিবু খঙ্জবা ঙমদ্রবদা থোজানবীহৈবা শ্রীকৃষ্ণ-ভগবাননা মশা-মকনা অবতার তৌবাত্থনা ইবুংঙো মাগী ওইবা অশেংবা মশাগী জীব-শিংবু অতোপ্পা ( পরকীয ) ওইহল্লগা অভিনয় তৌত্থনা অসিগুম্বা পরকীয রস-গী যৌনা ঙক্লবা মতৌ অসিবু উৎপিখি। মীরমলেন অসিগী মীওইবা মশেন্না শান্নরিবা মতৌ অসিদগীস্থু মসিবু অত্তম্মক শেংনা খঙ্নবা ঙম্মী। মী অনি অহুম অমদি অত্থদগী হেনবা মশীংনা কান্নগুম্বা শান্নবা তারবদি মহৈ মহৈ য়েংথীনবা, লাম্বা-পানবা অসিন-চিংবা মত্তৌনা ঐগী মীগীগুম্না মীচঙ্ খায়দোক্লবদি শান্নবা অত্থগী খক মপুংফানা হুংঙাইবা হায়বত্থ ওইদে। অজ্ঞান ( পঙ্থবা, মায়ানা কুপ্পা, খঙ্দবা) হায়বসিতনা হুংঙাইবা জ্ঞানগী মশক ওইবা ভগবানগা খ্বায়দগী হেন্না য়ানদে, মসি অশিংবশিংবা অত্তম্মক খঙ্নবীরি।

লীলাতবু পাম্বীবা শ্রীভগবানগী খ্বায়দগী নক্কনবা ওইহনস্থ ঐখোয়না ইবুংঙো মাগী ইচ্ছাতনা অজ্ঞানগা ( মায়া ) নকনবা মরী লৈনহনা ইবুংঙো মাগী পরকীয (অতোপ্পা) ওইহনা মহাকপু তোঙাল্লবা করিস্থ থোক্লদবা ওইনা খল্লরি। রাখলদা থোক্রুবা মতৌনা করিগুম্বদা লাইবক ফবা ওইরক্কূনা মাগী বাঁশীগী খোস্থাঙ্ ত্তাজবা ফংলকপা থোক্লবদি ব্রজগোপীগুম্না খূদক্তা পূম্নমক থাদোক্লমলগা মাগী মনাক ত্তাল্লা চেনশিনজহনা মাগী স্বকীয় ওইহনা ( লন্নাই মীওই ) ওইহনা লৈজরুবা ফংগনি। অসিগুম্বা মশাল্ল অসিতবু মহাক্লা অতৎ-অথম লৈতনা ব্রহ্মাণ্ড পূম্নমক্তা মতম পূম্নমক্তা অস্থুম শাল্লহনতা লৈবীরিবনি ; মসি নত্তবা ইবুংঙো মাগী অতোপ্পা করিগুম্বা থবক অমত্তস্থ লৈবা নত্তে।

অস্থুম তৌনা ইবুংঙো মহাক্লা ত্তাইবঙ্ খোল্লা পরকীয়-রসকী লীলা অসিবু শাল্লবিরম্বা তৌদনা—করিগুম্বা গুণ অমত্তগী ওইদবা, মওঙ্-মরিন নাইদবা, অসিনি হায়বা খঙ্দবা—শকনাইদবা "একমেবা-দ্বিতীয়ম্" হায়বহুতা ওইহনা অহুম লৈথোকপিরল্লবদি মপান নাই-দ্রবা মাগী মতিক মগুণ, খনবদা থোক্রুবা মাগী তৌবা ঙম্বা মপাংগল, মথৌনা অমদি ঙমখৈ লৈত্রবা, পূম্নমক্তা শীনথুংবা অহুগুম্বা মাগী মতৌদা ( সত্তাদা ) অরাৎপা নাইবা করিগুম্বা পোৎ অমগুম্নতা থোক্কূনা করিস্থ অর্থ যাওরমলোইদবনি। গুণ অহুমগী মশক ওইবা অঙকপা পোৎচঙ্ অমনা মহাকনা পাক চাউরবা ব্রহ্মাণ্ডগী মশক ওইবা নাট্য-শালা ( জগোই-শাফম ) অসিবু শাবীহনা মশামকনা মশাগী অতোপ্পা ওইবীহনা অমস্থং মশাগীতা ওইবমখৈবু ( স্বকীয় ) অতোপ্পা ওইহন্দুনা ( পরকীয় ) অহুগা অমুকনা অহুগুম্বা অতোপ্পা ( পরকীয় ) মখৈবু মশাগী মরল্লাই ( স্বকীয় ) ওইহনবীহনা মায়কৈ-গী অরোইবা ঙমখৈ য়োনা শীনগ্রবী অসিগুম্বী পরকীয় রসকী মিৎনা উবা অকোংবা লীলা অসিবু শাল্লবিবা মতৌ অসিতনা মরম ওইহনা থুপ্লবা অমদি মপান

নাইত্রবা মাগী মতিক মগুণ, থঙ্-ঙমত্রবা শক্তি অমদি পুন্নমক্তা শীনবা থুংবা মতৌবু ফোঙ্দোকপিন্থনা তৌমখিন-ঙানবা ইবুংঙো মাগী মতৌবু থঙ্হনবীরিবনি। মসিবু পরকীয়-রস অমুম্না থঙ নৈ। মরম অসিতনা "পরকীয়-রস"তনা অথোইবা ওইরিবনি অমস্তুং অসিগুম্বা পরকীয় রসতনা ভগবানগী থম থেংন হুংঙাইবীনবা অথোইবা মচাক্নি।

অনৌবা ভক্তি-শাস্ত্রনা হায়, শ্রীকৃষ্ণনা পরকীয রসতদা হেন্না পেনবি। সখাশিং লোয়ননা শান্নবা মতৌ অমদি ভগবানগী জগৎ-লীলাবু চাংদম্নহনা য়েংলবদি মসিগী অশেংবা মরম অমু হেক্তুমক থঙ্নীংঙাই ওই। থোইদোকনা অৱাবা অমদি শেংলবী অসিগুম্বী পরকীয বস অসিনা হূজীক মশক থীজল্লক্রিবা অসিনি। পুন্নমক ইবুংঙো মাগী ইচ্ছাতনা ওইরিবনি ॥ ৩৫

অনুগ্রহায় ভক্তানাং মানুষং দেহমাশ্রিতঃ।
ভজতে তাদৃশীঃ ক্রীড়া যাঃ শ্রুত্বা তৎপরোভবেৎ ॥ ৩৬

অনুবাদ। হুংগী নিংযেংনা যেংবা হৈবমদবা ( পানগী ঈরাংতদা লূপ্পা ) অতুগুম্বা মীওই ফাওবনা হেক তাজবতদা কৃষ্ণদা মায ওনশিন্নবা ওইবা অসিগুম্বা লীলা অসিবু ভগবানমকনা তাইবঙ্ মীগী শক্তম লৌবিহনা মনাই ভক্তশিংবু থৌজানবানবগীদমক শান্নবিখি ॥ ৩৬

তাৎপর্য্যার্থ—শ্লোক অসিগী অর্থদা নম-হাহনা উতাই-থিহনবুদি মওঙ্ অমা তানবা হোৎনখিদি হাযববু শ্লোক অসিগী মশামক্তা ওইবা অশেংবা অর্থ অসিদি শাজিল্লুবদা যাম্নমক লুনা থোকই। শুকদেবনা হায়রি—"অনুগ্রহায় ভক্তানাং" হাযবদি ভক্তশিংবু থৌজানবীনবগী-দমক অসিগুম্বা লীলাবু শান্নবিখি। থৌজাল অহুদি করিনো হাযবগী মরমনা শ্লোকী মমৈদা উৎলি, "যাঃ শ্রুত্বা তৎপরো ভবেৎ," হায়বদি মদুবু তাজবদা হেক মুনগদবা মশকনি। মসিদগী খল্লি, ভক্তবু মুলহম্নবগীদমক অমুম্না লীলা শান্নবি। তোইগুম্মুং শ্লোকী অহান্নবা

তংখায়দনা 'অনুগ্রহায় ভক্তানাং' হায়বসিদা য়াওরিবা "ভক্ত" হায়বা শব্দ অসিদদি বহুবচনগী ( ময়াম খঙ্নবা) বিভক্তি তপলি ; অকোনবা শরুক্তনা "তৎপরো-ভবেৎ" অসিদনা একবচনগী বিভক্তি ( অমত্তবু খঙ্নবা ) লৈ অদুগা মতুমরুা ভক্তবুরা নত্রগা ভক্ত নত্তববুরা মদুম্নু তাক্তে। ভক্তশিংতবু থৌজাল উৎপা মতৌনা শ্লোক অসিগী ফিরেপ ওইবা থোক্লবদি অহানবা পরেংগী "ভক্তানাং" হায়বসিগী চান্নবা মওঙ্দা মমৈগী পরেংগী অসিম্নু "তৎপরাভবেয়ুঃ" অম্নুম্না ওইগদবনি। মতুদি নত্রবনিনা মসি ভক্ত নত্তবা অতোপ্পা অমবু হায়বা ওইগদরা খল্লি। অদুগা শ্লোকতা য়েংলুরগনা 'ভক্ত' নত্তবা অতোপ্পা অমগী অর্থ-রোমদা পুরুবহুম্নু নাতৈ চাদবা ওইনা থোকই। মরমদি, অম্নুম্না অর্থ তৌথোকলুরবদি ভক্তম্নু ভক্ত নত্তবমথৈম্নু অনিমকপু অদুম্নক চানবীবা তারে। অহানবা পরেংদদি ভক্তশিংতবু চানবীনবগীদমক, অম্নুম্না হায়রি। অসিগুম্ব নাতৈ চাফাত্তবা মওঙ্ অসিবু উবদগী রাখল থেনবা ঐথোয-দম্নু নত্তনা পণ্ডিত অথোইবা টীকা তৌবা মী কয়াগীম্নু রানবা মরম ওইথি। শ্রীধরস্বামীনা বেরা অসি উবদগী "তৎপরোভবেৎ" হায়বসিগী ওইবা য়াবা অথদা পুশিন্দুনা হাযরম্মী—

'শৃঙ্গার-রসাকৃষ্টচেতসোঽন্যানপি বহির্মুখান্ স্বপরান্ কর্ত্তুমিতি ভাবঃ' অম্নুম্না। হায়বদি শৃঙ্গার-রসতবু পামজবা, মপানগী ঈরাংতদা লুপ্পা মীশিং ফাওববু আত্মতত্ত্বগী মরমদা লুপশিলহন্নবগীদমক অসিগুম্বা লীলা অসিবু শান্নবিরিবনি।

সনাতন গোস্বামীনা ইরি—"যাঃ সাধারণীরপি শ্রুত্বা ভক্তেভ্যোঽন্যোঽপি তৎপরো ভবেৎ কিমুত রাসলীলারূপামিমাং শ্রুত্বেত্যর্থঃ' হায়বদি ভগবানগী অতৈ অতোপ্পা অচম্বা লীলাবু তাবতদা ভক্ত নত্তবা ফাওবনা ইবুংঙো মঙোন্দা লৈশিন্নরিবনি ; রাস-লীলাবু তাজরগদি মথোয় অদু পূমনৈ লৈশিল্লকফম থোকলিবনি হায়বসিদি হায়নরুদ্রবম্নু য়ারবা রাফমনি। মহাক্না "যাঃ শ্রুত্বা'গী "যদ্" শব্দ অসিদা দ্বিতীয়াগী বহুবচন উবদগী অম্নুম্না অর্থ তৌবীরম্বনি।

বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা তোবা অন্বয় মতা অসিনা পুবিবা অর্থ অসিদি ঐখোযগী পূর্ব্বাংদা হানজিনবা ঙমদে। অস্মুম্না মীশক অহুমথক্কা অতাবা মী মথল অনিথক পুথোক্নবি—অমনা ভক্ত, অমনা ভক্ত নত্তবা মী। লাইরিক অসিবু লেংলমলিবা মী অহুনা কবিবু পাম্নমলিবনো হাযবহুদি শ্লোক অমস্তুং শ্লোক অহুগী পাঠান্তর (বাহৈ অমবু অতোপ্পা বাহৈ অমা ওইনা লোবা) উবগা হেক্তুমক খংবা ঙম্বদি ওইদ্রে। করি করিগুম্বা রাসকী খুংইশিংদা "অনুগ্রহায ভক্তানাং" হাযবসিগী পাঠান্তব ওইনা "অনুগ্রহায জীবানাং" অস্মুম্না ইবস্বম্ন ঐখোযনা থেং-নবা লৈ। করম্বা বাহৈনা অশেংবনো অমস্তুং অহানবনো হাযবহু লেপ্পা যাম্নমক লুনা থোকই। অনি অসিগী মবক্তদি অকোনবগী "অনুগ্রহায জীবানাং" হাযবসিনা অনিমক্তা কাযদববা থম্লি অমস্তুং অর্থ তোবদস্মু নাতে চাবা থোকপগুম তোহ। অহুমদি ওইবগা "ভক্ত" শব্দনা অচম্বা জীব কমদোনা ওইগদবনো মহুমদি থম্নগদবা ওই। মহুমক ঐখোযনা নৈনহুনা যেংসি—

লাইনীংবগী থবক্তবু তোববদি মী অহু ভক্তনি। মীতবু ওইববদি মী অহুনা লাই অমা নত্রগা অমবুদি অহুম্মক নীংনবা ঙাক্তনি। কনানা অশেংবা ভগবানতবু নীংনৈ, কনানা ইন্দ্রনচিংবা স্বর্গগী লাইবু নীংই, কনা কনা অমনা অমুক কালী, দুর্গা, লক্ষ্মী, সবস্বতীনচিংবা নীংনীংবা লাই নীংনৈ। লৌ-শীং উহুনা নোমহুনা চাজবা লোমী, যুমশা-কৈশাগী থবক তোবা মী, লল্লোন ইতিক তোবা মী—মখোযস্ন মাগী মাগী খুংলাইবু লাইমক্লি নীংহুনা পূজা তৌনৈ। মখোয় পুম্নমক ঙম্না ভক্ত মক্তনি, অস্নম তোনা তোঙান তোঙানবা লাইবু তোপ্পা তোপ্পা নীংনর-বস্ন মখোয় পুম্নমক মক্তদদি ভগবান মথন্তগী ভক্তনি। ভগবানমক্তা তাকপিখিবা লৈ—

"যেহপ্যন্যদেবতা ভক্তা যজন্তে শ্রদ্ধয়ান্বিতাঃ।
তেহপি মামেব কৌন্তেয যজন্ত্যবিধিপূর্ব্বকম্॥"

হায়বদি অতোপ অতোপ্পা লাইবু নীংনবা মখোয় অদুস্মু মওঙ্ চুমদবা ওইদুনস্মু ( মরুদদি ) ঐবুতবু নীংনজবা ভাক্তনি। মরম অদুনা, অতোপ্পা লাইবু নীংলিবা মীশিং অদুস্মু ভগবানমক্তদি মমায় ওনশিন্দবা অদুগুম্বা অচম্বা ভক্তনি (গৌণ ভক্ত)। মরমদি ভগবান নত্তনা অতোপ্পা লাই অমা থক লৈতে ; লাই খুদীংমক ইবুংঙো মাগী শক্তি খর খরদি চঙ্বা অদুগুম্বা অংশনা ওইবা ভাক্তনি। অপীকপা মহৈতবু পাম্বা মীনা অপীকপা লাইবু নীংই। অস্মুম, মীনা মওঙ্ অমদা ভগবানতবু উপাসনা তৌনবা ওইবা অসিগুম্না মানা মানা পাম্নরিবশিং অদুস্মু মুম্না খন্নরবদি অতৈবু নত্তে, অমরোমদা মখোয়না ভগবানতবু পাম্নরিবনি হায়বা খঙ্বা ঙম্মী। মরমদি, মানা মানা পাম্নরিবশিং অদুগী মরুদি অতৈ থক ওইদে—হুংঙাইবা হায়বা অমত্তা ঙায়বা পোৎ অদুতবুনি। ভগবানত্তনা হু ঙাইবগী মশক্তি ; মরম অদুনা হুংঙাইবা পাম্বা হায়রগা ভগবানতবু পাম্বা ওই। তৌইগুম্বসুং অদুস্মক ওইদুনস্মু মীওইবনা খঙ্নদবদগী হুংঙাইবদুগী মহুত্ত' লৈপাক্না শাবা কাম্নরবা পোৎ-তদগী হুংঙাইবা ফংনবা তাগে—মরম অদুনা মখোয়না থক মহৈ য়ানবা ঙমদে। ভগবাননা অশেংবা মীমক্কী মতৌগুম লীলা শাম্নবিথ্রিবসি মরম অদুতগীদমকনি। মরমদি, মীরমলেনগী মতৌতমক ওইনা উরব-দস্ম ইবুংঙো মাগী লীলাবু মতুং ইন্দুনা ( খুদুং ইন্দুনা ) অস্মুম খন্নজব-তবু ঙম্নবাদ জীবনা ভগবানবু অস্মুম অস্মুম খঙ্জরক্তুনা অথোইবা হুংঙাংজবতু ফংলক্কনি। শ্রীকৃষ্ণগী থোদো থৌওঙ্ পুম্নমকপু নৈনদুনা য়েংলবদি খঙ্নবা ঙম্লকই মত্তদি, ভগবাননা রস পুম্নমক্কী লীলা মথল শুনা শাম্নবিথ। মতুগী মরমনা অসিনি মত্তদি, মীরমলেনগী রসতদা য়ৌনা লুপ্নরিবা মীশিংনা মথরায়না য়ৌনা পাম্নজরিবা অদুগুম্বা রস অদুবু থিবগী মওঙ্দবু ওইরবস্ম ভগবৎ কথাতবু তাজরুবা ফংলবদি মমৈদা মহাক অতু ভগবানদা মমায় লৈশিল্লকপা মী অমদি হেক্তমক ওইরকই। অসিগুম্বা অপাম হুংশিগী রসতবু পাম্বা মীওইশিং

অহুগীদমক্তা ওইনা মীরমলেনগী মতৌমক্তা অসুমনা রাস-লীলা শান্নবিখ্রিবনি।

পুমনমক্তা মুংঙাইববু থিনৈ; তৌইগুম্বসুং অশেংবা মুংঙাইববু খঙ্জবা ঙম্লবা মখোয় অহুনদি অহুগুম্বা মুংঙাইবগী মশক ওইরবা শ্রীভগবানতদা মপূর্ণ্নীং নৈশিল্লকই। মখোয় অহুদি মীরমলেনগী মতৌদা উৎলিবা রাস-লীলা অসিবু শোনজরগা, তাজরগা ভগবানগী মশক ওইবা অহুগুম্বা মুংঙাইবা অহুতদা লূপচহুনা মহৈ য়াঙ্গে। অপাম মুংশিংগী মশক ওইবা শৃঙ্গার রসতবু অখোইবা মুংঙাইবনি খনবা মী-ওইশিং অহুনা মখোয়না থিরিবা অপাম-মু'শিংগী-রস অহুতা ওইনা চুমনা রাসলীলা অসিবু তাজরুবতদগী মথং মথং অহুম অখোইবা রস-গী মহাউ ফাওরক্তুনা মমৈদদি ভগবানতদা অহুম্মক লূপশিল্লকই। শেরান্নবা রাখলনা ওইরবসু ভগবৎ-কথাতবু তাজরুরবদি হেক্তমক সিদ্ধি ফংবগী রাফম অসি পুরাণ-নচিংবা ভক্তি শাস্ত্রদা প্রমাণ কয়া কয়া য়াওবা থেংনৈ। অসুমনা বেদান্তদসু প্রমাণগী খক অরাৎপা নৈতে। পঞ্চদশীকারনা হায়রি—

> "দীপপ্রভা মণিভ্রান্তির্বিসংবাদিভ্রমঃ স্মৃতঃ।
> মণিপ্রভা মণিভ্রান্তিঃ সংবাদিভ্রম উচ্যতে॥
> ন লভ্যতে মণির্দীপপ্রভাং প্রত্যভিধাবতা।
> প্রভায়াং ধাবতাবশ্যং লভ্যেতৈব মণির্মণেঃ॥"

হায়বদি 'ভ্রম' মখল অনিনি, বিসংবাদীভ্রম হায়বা অমা অহুগা সং-বাদীভ্রম হায়বা অমা। অরাপ্পদগী উবা মৈরিবু মণিনি হায়না খল্লুরবদি মদুবু 'বিসংবাদীভ্রম' হায়না কৌই অহুগা অরাপ্পদগী উবা মণি মঙানবু মণিনি হায়না খল্লুবগীনা "সংবাদীভ্রম" হায়না কৌই। মণিনি খন্দুনা মৈরিতমনা চেনশিল্লুবা মী অহুনা খক মণি ফংগদবা নত্তে, অহুগা মণি মঙানবু মণিনি খন্দুনা চেনশিল্লুবা মী অহুনা শোয়দনা মণি ফংই। অনিমক অসি অশেংবা খঙ্লুবদি কনাসু য়াওদে, ভ্রম ঙাক্তনি;

অতুম ওইনমক অমগীনা "বিসংবাদীনি" অমগীনা 'সংবাদী' ভ্রমনি। অসুম্না বিসংবাদী ভ্রমনদি থক পোৎ অমত্তবু ফংবা ঙমদে, সংবাদী ভ্রমনদি ভ্রম-মক ওইতুনসু পোৎতি অতুম্মক ফংই। (বিসংবাদী-ওইদবা পোৎপু অওইবনি থনবা, সংবাদী—অশেংবা পোৎতা অশেংবা ওইরম-গনি গায়না মপা লাকপা)॥

উবা ফংই মতুদি—তাইবঙ্ পানবগী মী পুম্নমক্না লেঙ্দবা হুংঙাইবা ফংনবগীদমক কোয়চেন চেন্নরি; অদুবু কনানসু ফংনবা ঙমদে। মসিগী মরমদি, অয়াম্বা পুম্নমক্না শেবান্নবা পোৎ অমবু মতুনি হায়না (হায়রিবা বিসংবাদী ভ্রম অসিদা তাতুনা) হুংঙাইবা অতুগী হুংশিবা মখোল অতুগী নিং-নিং লাউবা খোন্থোক অমত্তং ফংননবা তান্নরকপদা ওন্না তৈনা মীরমলেনগী মায়াগী হুংঙাইবা অদুতবু কোয়না অসুম থিনতু-নতা লৈ—অতুনা থক মহৈ য়ান্দে। অসুম্না মখোয়না মীরমলেনগী ওইবা বিষয় পুম্নমক তংতুনা য়েংলুই, অমগী মথংদা অমা লামতুনা চৎলি। অসুম তৌতুনতা মপুন্সা লোমনৈ। তৌইগুম্বসুং অথোইবা লেঙ্দবা হুংঙাইবতবু থিবা মখোয় অতুনদি থিরিবা অথোইবা হুং-ঙাইবা অতুমক্না মীগী শক্তম লৌতুনা শান্নরিবা লীলাশিংদগী অতুগুম্বা হুংঙাইবদুবু ফংজনবা তাক্লি। মখোয়সু ভ্রমনি, চুম্নগী মপাদং লাক-লুবনি (সংবাদী ভ্রম) অদুবু মণি-মঙানবু মণিনি হায়না মপাচানা খল্লুবা অতুগুম্বমক্নি। মরম অতুনা মখোয়না মীরমলেনগী লীলামক ওইনা খন্দুনা খন্ন-নৈনরুরবসু গুরুগী কৃপাদগী মথং মথং অসুম তত্ত্ব (অশেংবা মশক লেপ্পা) গী মায়কৈদা চঙশিল্লক্তুনা লাইরমলেনগী ওইবা অথোইবা হুংঙাইবা অতুগী মহাউ অত ফংজবা ঙম্মী। ঐখোয়গী রাখল অসিনা থক লামলুবা ঙন্নরোইদবা অতুগুম্বা ভগবানগী নাম অতুগী অথোইবা মতিক মগুণ অদুবু ঐখোয়দি তশেংনা থাজববু ওইরবসু, থাজদববু ওইরবসু মদুবু য়াবদি য়াজে; তৌইগুম্বসুং হুজীক বিজ্ঞানগী চাওখৎলবা মতম অসিদদি রাফম অসি নোক্ক-রাহৈতমক ওইতুনা

তোক্কদবা মতৌ অমা লৈবনা পুবাণনা হাযরিবা নামগী মতিক মগুণশিং অহুগী য়ারীদি শাংথজরুদ্রে। অদ্বৈতবাদী (ব্রহ্মদি মথন্তনি অনি শুদে হাযবগী মত) ওইবা পঞ্চদশীকার-মক্লন্সু অসিগুম্বা নানগী মতিক মগুণ অসিবুদি চিংনবা লৈতনা য়ারম্মী—মানা হায়রি—

"জ্বরেণাপ্তঃ সন্নিপাতং ভ্রান্ত্যা নারায়ণং বদন্।
মৃতঃ স্বর্গমবাপ্নোতি স সংবাদী ভ্রমো মতঃ॥"

হায়বদি ভূগতিনা নাববা মীনা মাগী চোইরোন্দা করিগুম্বদা 'নারাযণ' হাযনা অমুক্তং শোঞ্জখিবা য়াওরবদি শিরবস্থু লেপ্পা স্বর্গ ফংই, মরম্দি অহুগুম্বা মাগী চোইরোন অহু সংবাদী ওইবা চোইরোন ওইখিবনা। অশেংবমকস্সুনি, শিবমদাইদা চোইরোন ওইনবু ওইরবস্থু 'নারাযণ' হাযনা অমুক্তং শোনজরকপা ড়স্বা হাযবসিমক হান্নগী মপোক কযা-রক্তা তুংশিনজরকপা অহুগুম্বা পুণ্য কযাগী মহেৎনা ওইরিবনি। মতিকমক্তি চাফাগ্রিবা (হস্তরিবা) অহুগুম্বা ভক্তশিংনা চুম্নগী মীরম-লেন অসিগী ওইবা অহুগুম্বা ফুংশি-ফুংওন অহুতগী রসনি খন্দুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী রাস-লীলা অসিবু তাজবা থোক্লবা অহু ওইরবদি মখোয অহুস্থু 'সংবাদী ভ্রম'গী মীওইনি; মরম অহুনা মখোয় অহুস্থু মমৈদদি মতম চারকপদা অ.থাইবা ফুংঙাইবগী মশক ওইরবা অমাঙ্-অতা লৈত্রবা রস অদূবু মহাউ ফংজহনা মহৈ য়ানবা হায়বহু অহুস্মক ওই।

তত্ত্বগী মায়কৈদা যৌনা থঙ্লবা, ভক্তি-রসকী মরমদস্থু চঙ্খোননা জ্ঞান লৈরবা অহুগুম্বা অফাওবা টীকাকারশিংগী কৃপা নত্তনদি ঐখোয-গুম্বা শোল্লবা মীওইবনা লানঙমদ্রবা অমদি থঙ্বদা য়ানা থোক্লবা শ্রীমদ্ভাগবতপু চুম্নতগী শোকচরুবহু ফাওবা ঙম্মলোইদবনি। মখোয়তগী মত-মতুংইন্না শ্লোক অসিগী ব্যাখ্যা তৌজবা শাবনি। তৌইগুম্বস্থুং অহুমক্তুদস্থু ঐগী থম্মোইদদ; পেনজদবা অমদি অহুস্মক লৈরি। খল্লি, অসিমক্তুদস্থু হায়ফম থোকপা য়া থরদি হুজীকস্থু য়াৎনা অহুস্মক

লৈরি। মতুদি অসিনি—শ্রীধরস্বামীনা হায়রি, 'অপাম-ঙুংশি রাখল-
তদা লুপ্ত্ না, মপানগী ঈরাংতদা মমায় লৈশিনবা মীওইশিং অতুনা
হস্তনা খনজরকবগীদমক অসিগুম্বা লীলা অসিবু শান্নবিখিবনি।" অসি-
গুম্বা স্বামিপাদগী রাহৈ অসিগী মতুংইন্না ঐখোয়নসু ব্যাখ্যা তৌজবনি।
তৌইগুম্বস্সুং পরীক্ষিৎ মহারাজনদি ভগবাননা রাস লীলা শান্নবিবগী
মরম অদুতবু খঙনীংখিবদা শুকদেবনা হায়খি,—

"ভজতে তাদৃশীঃ ক্রীড়া যাঃ শ্রুত্বা তৎপরোভবেৎ।"

হায়বদি মহু পুন্নমকপু তাজরবদা হেক্তমক লুপশিনজগদবা ওইবা অতু-
গুম্বা লীলাতবু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা শান্নবিখ্রিবনি। শুকদেবনা শ্লোক
অসিদা 'তাদৃশী' শব্দদা, 'ক্রীড়া' শব্দদা, অমদি 'যদ্" হায়বা শব্দদা
বহুবচন ঙাক্তা উৎলি; পরীক্ষিৎনা হংলিবনা লীলা অমত্তগী রানি
অদুগা শুকদেবনা লীলা অপুম্বগী ওইনা হেক্তা খুমলিবদি করিগীনো,
মসিগী মরম অসিমদি স্বামিপাদনা য়েংশিনবীরমদ্রে। প্রভুপাদ সনা-
তননা মসিবু উশিনবীখি অমসুং * "কৈমুত্যন্যায়"না মরম ওইতুনা
হায়রি—"অতোপ অতোপ্পা লীলা তাবতদসু ইবুংঙো মঙোন্দা পুক্নীং
চাপ্পরিবনি অতুনা রাস-লীলাবু তাজবগীদি হায়নীংঙাই করিস্নু লৈতে।
মূল, শ্লোক অসিদা অসিগুম্বা কৈমুত্য অসিগী মতৌমক য়াওবা নত্রবদসু
প্রভুপাদগী ব্যাখ্যা অসিমক্তি য়াম্নমক ফজে। তৌইগুম্বস্নুং ঐখোয়না
খঙবদি—ভগবানদা পুক্নীং হাপকে হায়রবদি ভগবানগী অতোপ
অতোপ্পা লীলা অমদি রাস-লীলাবু শকচ-তাজরবদি ভক্তনা ভগবানদা
অতুম্মক লুপচবা ঙমজে—মসিতনা শাস্ত্র-কারগী মতনি। অসিগুম্বা
রাস-লীলাবু তাজবগীদি হায়নীংঙাই করিস্নু লৈতে।" মূল, শ্লোক
অসিদদি অসিগুম্বা 'কৈমুত্য' অসিগী মতৌমক য়াওবা নত্রবসু প্রভু-

---

* কৈমুত্য-ন্যায়—অশোনবগী কোকথোং অদুবু অকনবনদি শোয়দনা
পুবা ঙম্বগী মঙঙ্ লৈবা, মহুদা রা অমুক ঙাঙ্নরুক্কম লৈতবদুবু "কৈমুতিক
ন্যায়" হায়না কৌই। গোঃ বৈঃ অঃ

পাদগী ব্যাখ্যা অসিমক্তি য়াম্নমক ফজে। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না খঙ্গবদি—ভগবানদা পূর্ক্কীং হাপকে হায়রবদি ভগবানগী অতোপ অতোপ্পা লীলা অমদি রাসলীলাবু শকচ-তাজরবদি ভক্তনা ভগবানদা অত্তম্মক লূপচবা ঙমজে—মসিতনা শাস্ত্রকারগী মতনি। অসিগুম্বা রাস-লীলাবু শকপা শোনবা অমদি তান্ত্রিবৈগী মমাঙ্‌দা ভগবানগী সৃষ্টি-লীলাবুসু হান্না তাকম থোকই হায়না ঐখোয়না খনজৈ।

ব্রহ্ম করি পোৎনো, পরমাত্মা হায়বসিনা করিনো, জীবাত্মানা অমুক করিবু হায়রিবনো; ভগবান হায়রিবনা করিনো, মায়ানা করিনো, ব্রহ্মাণ্ড অসিনা কমদৌনা শেমলমলিবনো, স্থিতি, প্রলয়না (হিংবা, শিবা—জগৎকী নত্রগা জীবগী) কমদৌনা ওইরিবনো, মুক্তি হায়বনা করিনো, অবতারনা করিনো, কৃষ্ণগী অশেংবা মশক: করিনো, ইবুংঙো মহাক্না করিগীদমক মর্ত্ত্যলোক অসিদা তাইবঙ্‌ মীগুম লীলা শান্নররিবনো হিরম পূর্ম্নমক অসিধু গুরুগী মচীন্দগী তাজরগা কোম্না রাসলীলা অসিবু তাঙবা নত্রগা শকচ-শোনজ তৌরবদি অত্থুগুম্বা ভক্ত অদুনা শোয়দনমক ভগবানদা লূপচবহু ঙমগনি। ভগবানগী ভক্ত হায়বগা ভগবানদা লূপশিনবা হায়বসিগা তোঙান্নবা মশক অনিনি। ভগবানগী ভক্তদি চাম-চামনা খূজিং ওইনবা য়াই, অত্থুগা ভগবানদা লূপলবা মীদি ভক্ত লীশীং লীশীংগী মফুংদা অমা ফাওবা য়াওরমগনি হায়বদা চিংননীংঙাই মশক্রি। মশাগী মচাক মরল, মচামশূ অমদি নাদ য়েক্তনবগীদমক কনাগুম্বা মী অমত্তগী মতেং খক লোবা লৈতবা, লাইরমলেনগী ওইবা অত্থুগুম্বা শিরগা ফংলুগদবা মচাক-মরল অত্থুগী-দমকসু অতোপ্পা কনাগুম্বা লাই অমত্তদসু চঙ্‌জরুবা লৈতবা, জীব পানবা পূর্ম্নমক্তা ভগবান মথন্তনা কোয়না শীন্দুনা লৈবনি হায়বসি খঙ্‌জত্থনা কনাগুম্বা মীথোই মীহেন অমত্তগীসু মতিক মগুণ শীংথারুবা নত্রগা মখোয় অত্থুগী মরাল পুথোকচরুবসু লৈতনা অত্থুগা ভগবান নত্তনা মাগীদি—'ঐগীনি' অসুম্না হায়জরুফম কনাসু লৈজদবা অত্থুগুম্বা

মী মহাক অহুত্তনা ভগবানদা লূপশিনবা হায়বসি ওইরিবনি। থাজবগা লোয়ননা হায়খ্রিবা তত্ত্ব পুন্নমক অসিবু হায়্না খঙ্দনা খ্বায়দগী রাংবা খ্বায়দগী হেনবা অসিগুম্বা রাস-লীলাগী তত্ত্ব অসিবু হেক্তমক তারুবা থোক্লবদি ভগবানদা পূক্নীং হাপলুবদি লায়রব্বনা অহোয়নত্ত্বম ওন্ন-তৈনবা মায়কৈরোমদা চঙ্শিনখিত্তনা তোক্কনি। মরম অত্বুনা শাস্ত্র-কারনা "ক্রীড়া" (শান্নবা) হায়বা শব্দ অসিগী মমৈদা বহুবচনগী বিভক্তি তপালমলিবনি অমস্তুং "অনুগ্রহায ভক্তানাং" হায়ত্বুনা "ভক্ত" শব্দগী মমৈদা বহুবচন পীরগা "যাঃ শ্রুত্বা তৎপরো ভবেৎ" হায়বসিদনা "তৎপর" শব্দগী মমৈদা একবচন পীবিরমলিবনি। মসিগী মরু ওইবা অর্থদি অসিনি মহুদি,—রাস-লীলাবু তাজরবদি ভক্ত চাম-চামগী মহুংদা মী অমত্তনস্তু ভগবানদা লূপশিনজরুবা ঙমগনি অস্তুম হায়বসিনা শ্লোক অসিগী অশেংবা অর্থ ওইফম থোকই হায়না ঐখোয়না খল্লি।

ভক্ত মথল অনিনি, মপানগী ঈরাংনা মাঙ্ওইনবা ভক্ত অমা অমস্তুং অশেংবা মুংগী ঈরাংদা লূপ্না ভক্ত অমা। লীলাগী শক্তম লৌবা তাইবঙ্খোনবা বিষ্ণুবু মীগুম্না মশক নাইবা (শরাইবা) অমগুমনা খন্দুনা, মহুগী মতুংইন্না মূর্ত্তি শাহুনা ভক্তিগা লোয়ননা লাংচবা অহুগা থরায় পানবা পুন্নমক অসিবুদি তোঙান তোঙান্নবনি হায়বা রাখল অসিনা কল্লকপা যেৎথীবনচিংবা হিংসাগী থবক তৌবা অহুগুম্বা মথলগী ভক্তশিং অহুনা চুম্নগী মপান থোঙ্তগী ওইবা ভক্তনি, অহুগা লেঙ্লি পাল্লিবা পোৎ পুন্নমকপু পরমাত্মা ভগবান অহুমক্তী লেঙ্শিন্দুনা লৈফমনি হায়বসি খঙ্না চত্তুনা পূক্নীংদা লেঙ্দবা শান্তি থমলবা অহুগুম্বা মখোয় অহুনা মহুং হুজিল্লবা ভক্তনি। অসিগুম্বা মহুং হুজিল্লবা ভক্ত অসিবুনি শাস্ত্রনা 'তৎপর' (লূপশিল্লবা) হায়রিবসি। মরম অহুনা শ্রীধরস্বামীনা ইরি—

"শৃঙ্গাররসাকৃষ্ট-চেতসো বহির্মুখানপি স্বপরান্ কর্ত্তুমিত্তিভাবঃ।"

হায়বদি মহোশাগী (হৈনরকপা মতুং ইন্না) মুংশি মুংওন-রসত্তদা

লূপ্লবা অহুগুম্বা মপান খোংগীতা ওইবা ভক্তশিং অতুনা মতুং হুজিন্না হস্বনা খম্বজরক্রবগীদমক ওইনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা তাইবঙ্ মীগী শক্তম লৌবিরগা অসিগুম্না হায়বদি মীরমচৎকী মতৌগুম্না লীলা অসিবু শান্নবিরিবনি। অতুনদি খঙ্বা ঙমলে, অহানবদা ভগবান অমদি মাগী সৃষ্টিনচিংবা অসিগী তত্ত্ববু খঙ্দোক্লগা, মথংদনা ইবুংঙো মাগী 'পূতনা হাৎপ'নচিংবগী অশেংবা মরম খঙ্হনা মমৈদনা অসিগুম্বা লুববা রাস-লীলা অসিবু তাজরবদি মপানগী ওইবা ভক্তনসু মতুং হুজিল্লকনি হায়বদি—ভগবানদা মপুন্নাং লূপশিল্লকনি। ঐনা লেংজবা 'শ্রীকৃষ্ণ-লীলামৃত' হায়না কৌবা লাইরিক অহু নৈনৰিববদি পূতনা হাৎপন-চিংবা বাল্য-লীলাগী তাৎপর্য্য করিনো হায়বহু খরদংতা ওইরবসু খঙ্নবীগনি।

শুকদেবনা হায়রি—"যাঃ শ্রুত্বা তৎপরো ভবেৎ" হাযবদি লীলা পুন্নমক অদুবু তারগদি ইবুংঙো মঙোন্দা লূপচবা ফংগনি। অসিদগী অহুম্মক খঙ্নবা য়াই মহুদি, মশা মশানা ভগবানগী লীলাবু য়েকপা অহুগুম্বা লাইরিকপু চুন্না পাবতনদি অশেংবা রসকী মহাউ অহু খক ফংবা ঙমলোই ; অফবা মতিক চাবা গুরুগী চীন্দগী তাজরবদি অরুবা অথোইবা রস অসিগী তম্বা তোক্ত্রবা অমদি থুম্নবা মহাউ অহু ফংগনি। মরমদি, অহানবা চঙ শিল্লকপতমক ঙায়রিবা অহুগুম্বা ভক্তশিংগীদি গুরুগী চীন্দগী .তত্ত্ব-কথা তাজবা হায়বসিনা অহানবা সাধন মখল অমনি—মসি শ্রুতিমরুসু হায়রিবনি। রাস-লীলাতগী রা ঙাকসু নত্তে, লৈরিবা ভগবানগী লীলা পুন্নমক অসি ঙগী উপুমচা অমগী মতুংদা হাপ্পা অহুগুম্বা হীরাগুম কুয়োম অমনা খজিনবতনি। অসিগুম্বা কুয়োম অসিবু শ্রীগুরুনা হাংদোকপিত্রবদি মহু কনাগীসু মতিকনা ঙমগদবা ওইদে।

অঙাং ওইরিঙৈদা ঐখোয়না অহনশিংগী চীন্দগী তাথিবা লৈ অহুগা হুজীকমকসু মী অয়াম্বনা হায়নবা তায় মহুদি,—ভগবাননা মৈ-ঈশিং

ষুংশিং অমদি মতম মস্তমগী ওইবা মত্তিক চাবা চীঞ্জাক্কী অৱাৎপা মশক খঙ্দনা শেম্মিরমতুনা খায়দগী হেন্না থোজানবীহৈবা মতৌ অদু উৎপিরমলি। তৌইগুম্বশুং শুকদেবনা হায়—মীগী শক্তমদা মহাক্না লীলা পুন্নমক অসিবু শান্নবিত্নুনা জীববু থোজান উৎপিরি। মীনা; মানা মানা পাম্নবা পোৎ অদূবু পীবিবা, ফংহনবীবা মীশক অদূত্তবু থোজাল হৈবনি অস্মুন্না হায়নৈ। গঞ্জা ভাস্থক অনিদং দান তৌবী-রকপা মী অতুনা গঞ্জা থকচবা মীগী কা-দদি থোজাল হৈবনি; অতুগুম্না ভগবাননা হিংবদা চঙ্‌গদবা অচাপোৎনচিংবা পোৎচঙ্ পুন্নমক থস্বী-রম্মী হায়বগীদমক্তা গঞ্জাদা উংলবা মীগুমনা সংসার অসিতদা উংলবা মীগী মফমদা মানা থোজানবীহৈবা ওইরিবনি। তৌইগুম্বশুং ভক্তগী মিৎয়েংদদি ইবুংঙো মাবু মতুগীদমক থোজাল হৈবা হায়দে; সচ্চি-দানন্দমক ওইবা ইবুংঙো মহাক্না লৈপাক লৈমা অসিগী মথাদা তাইবঙ্ মীমক্কী শক্তম লৌবিত্নুনা, মীমক্কী মতৌদা লীলা শান্নবিত্নুনা, অঙকপা লৌশিংনা মাগী অশেংবা মশকপু উৎপিররি হায়বগীদমকতা মুক্তি পামজবা ভক্তশিংনা মহাকপু থোজান হৈবা কৌনৈ। ঐথোয়স্ত অতুম হায়না লৌজে।

পরমেশ্বর ভগবাননা ঐথোয়গী হিংননবা অচা অথক কয়া শেম্মি-রমলিবা অসিদি মাগী থোজান নত্তে; মসিদি মহাক মশামক্কীতুম কান্নজবনি। মচা পোত্ক্রিভৈদা মমা ওইবীগী থাবোমদা হান্ননা অমৃত তুংশিনবীরিবত্নস্ত মাগী থোজান নত্তে, মতুমকস্ত মহাক মশাগী কান্নন-বনি। পৃথিবীদা পাল্লিবা নিংথৌনা অতোপ্পা লৈবাক অমা তান্না মাগী তেংগোল থাবা মতমদা—ইজান হানবা ওইনা লাম্মীগী লৈকম—শঙ্ ময়াম, চান-থক্লবা পোৎকী পূকৈ, অনা লায়েংদা-চঙ্ক্রম থোকপা হীদাক-লাংথক অসিনচিংবা পোৎলম কয়া কয়া থারিবনি; মতু মহাক মশাতগী কান্ননবনি, লাম্মীশিংবু ষুংশিবীবা নত্তে। মরমদি, চাদ-থক্তবনা লাম্মীশিং অতুনা শিগ্রবদি মহাক্তগী মাঙ্জবনা হেল্লি।

বন্দীশঙ্দ, লৈবা—অরাফম তারিবা মী ফাওববু নিংথৌনা মফিজেৎ চাকচা হুল্লি, মদূবু মাগী থৌজাল হায়বহুরা ? চুম্নগী মদূভং হুল্লগা ফাদোকশিং অদূবু অকনবা-অরাবা থবক কয়া কয়া তৌনহল্লিবনি ; মরম অহুনা মহাক মশাগী কান্নবগীদমক্তা মথোয়বু চা-নবা-থক্নবা পীহুনা থাকপগী মথৈতনি। কেথোক মৌথোক্না পানবা কনাগুম্বা বাবু অমনা মাগী হুংঙাইজনবগীদমক শা-উচেকনচিংবা কয়া য়োক্নরি, অমসুং মথোয় অহুগী হিংননবগী মরমদস্মু চঙ্থোন্না থৌরাঙ্ তৌই ; মদূবু বাবু অহুগী থৌজান্নি হায়গদরা ? থক ওইবা য়ারোই ; মহাক মশাগী হুংঙাইজনবগীদমক, মানা পেনজনবা তৌবতনি। বেদান্ত সূত্রনা হায়রি—

'লোকবত্তু লীলা কৈবল্যম্'' পরমেশ্বরনা জীব পানববু শেম্বা অমদি মথোয়বু য়োকপি-থাকপি তৌবা শুন্নমকস্মু ইবুংঙো মানা শান্নবা মীরমলেন-লীলাগুম্বা লীলা মথল অমনি। মরম অহুনা ঐথোয়গী শাস্ত্রগী মত মতূ, হন্নস্মু থঙ্নবা ঙম্মী মহুদি, ইবুংঙো মহাক্না মাগী লীলা শান্নবগীদমক জীবাশিংবু অস্নুম্না য়োকপি-থাকপিরিবনি, মহু মাগী থৌজাল নত্তে।

মীরমলেন্দা পানবা নিংথৌ অমনা থাগী ওইনা মাগী বৃত্তি (পেন্সন) পীবিগনি হায়না য়াবীহুনা অহল ওইরবা লান্মা অমবু থবক্তগী পোথা-হনবীখিবা অহুগুম্বা মতম অহুতদা মাগী থৌজানগী মতৌ অদূবু উবা ফংলকই। অসিগুমহুনা মতম কুইনা ফাজিন্দুনা থম্নবা বন্দী অমবু কৈশুম-শঙ্লেন্দগী থাদোকপিরকপা মতম অহুদস্মু মাগী থৌজানগী মতৌ উবঃ ফংলকই। কেথোক্না পাল্লিবা বাবু অহুনা শারং মহুংদা নত্রগা পোন মহুংদা থমলিবা শা-নত্রগা উচেকপু শারং-নত্রগা পোন্দগী থাদোকপিহুনা মনীং তৌনা চৎনীংবদা চৎহনবীখিবা অহুগুম্বা মতমতদা মাগী থৌজানগী মতৌ অহু উরকই। ভগবানস্মু—মীওইববু সংসার কৌবা কৈশুম-লঙ্লেন অসিদগী উদ্ধার তৌবীনবগীদমক মশানা

মশাবু মশক খঙ্জনবা বেদ-পুরাণনচিংবা থাবিরক্কুনা থৌজানগী মতৌ উৎপিরি অতুগা। অমুকস্তু অরুবা বেদগী অর্থবু খঙহনবীনবগীদমকস্তু মতম মতমদা মতিকচাবা গুরুগী শকলোন্দা অবতার তৌবীরক্কনা অতুদগীস্তু হেনবা থৌজালগী মতৌ উৎপিরি ; অতুগা মঙ্ক পূন্নমক্কাস্তু মথক্তা প্রকৃতিগী নত্তবা, ইন্দ্রিনা লাকশিন্নুবা ঙমদ্রবা অতুগুম্বা সচ্চিদানন্দগী মশক ওইতুনস্তু মাগী শক্তম লৌবিতুনা অকক্লবা মূর্ত্তি ওইনা মর্ত্ত্যলোক ( মীরমলেন ) অসিদা হেক হেক ফাওবিরতুনা মাতনা তৌবা হৌনবা অতুগুম্বা লীলা শান্নতুনা ইবুংঙো মাগী অশেংবা মশক্কী মমি অমা উৎপিতুনা মতমনা মকশিঙহল্লবা মাওইবগী মফমদা যৌনা চানবাহেবগী মতৌবু উৎপিবি। মরম অতুগীদমক্তনি, খঙ্দ উদবা লৈত্রবা শুক-দেবনা অচা-অথক্লচিংবা পোৎ হুনবীবগী রাদি হাযদতুনা "অনুগ্রহায ভক্তানা মানুষং দেহমাশ্রিত। ভজতে তাদৃশী ক্রীড়া যাঃ শ্রুত্বা তৎপরো ভবেৎ।" —অস্থুন্নতা হাযবিরমলিবা। অতোপ্পা কনাগুম্বনা হায়বিনাংবস্তু হাযনবীসনু। ঐখোযাদি শুকদেবগী ফিরেপ লৌতুনা অস্থুম্নক হায়জগনি—চিংনবা লৈতনা হাবজগনি, কবিগুম্বদা ভগবানগী মপান নাইদবা থৌজানগী মতৌ উবা থোক্লবদি মতু শ্রীকৃষ্ণগী লীলাতদা থোইদোক্লদি শ্রীকৃষ্ণগী রাস-লীলাতদা উগদবনি।

শ্রুতিনা হাযনি, ইবুংঙো মহাকপু খঙ্জবা ঙমদ্রবদি মুক্তিগী উপায় লৈতে। অতুগা অমুবস্তু হাযবি, ইবুংঙো মহাক্কি ইন্দ্রি পূন্নমক্লস্তু অমদি পূক্লীংনা ফাওবদস্তু উঙমদবনি, অতু ওইববদি জীবনা মাবু করমনা খঙ্তুনা করমনা মুক্তি ফংগদোরিব ? মরম অতুনা থৌজাল হৈরবা ভগবাননা মাবু ইন্দ্রিনচিংবনা খঙ্-ঙমদবা ওইতুনস্তু ইন্দ্রিগী মমাঙ্মক্তদা লেপ্লিবরি, মীরমলেনগী পোৎ নত্তুনস্তু তাইবঙ্ মিৎনা সংশঙ্ উজবা ফংলরি ; মপান নাইদবা ওইতুনস্তু শন্নাইবীররি অমস্তুং মথন্তনা মথন্তদা পেঞ্জবা ওইতুনস্তু গোপীশিংগা শান্নবিতুনা মপান নাইদ্রবী, ঙমখৈ লৈত্রবী, হুংঙাইবগী মশক ওইবী ইবুংঙো মাগী

নিত্য লীলাগী মশক অদুবু উৎপিররি। —মসিতনা মাগী থৌজান্নি। ইবুংঙো মাদি করিগুম্বা গুণ অমত্তা পক্কবনি ( গুণ-চেন্দবনি ), মাদি মপান নাইদবনি, মাদি অথনবনি—মপুংফাবনি ( মচেৎ তাদবনি ), —মতু শাস্ত্র পাবদগী থেংনজরে। তৌইগুম্বসুং অতুগুম্বা গুণ চেন্দবা —মপান নাইদবা অমদি মপুম ফাবা অতু ওইনা মাবু খনবা হেক হৌগৎলুবমক্তদা লৈতাফম খঙ্‌লক্তে ; কোকচাউবী কাদূনা স্বর থবেৎ থবেত্তুম হোল্লকই। মরম অতুনা ঐখোযনা খূৎ লোম্নতুনা ইবুংঙো মঙোন্দা হায়জবা তারকই—"হে চানবীহৈবা! নঙ্‌গী অথনবা মতৌ অদুবু ঐখোয়না খক খঙ্‌জরুবা ঙমদে. অথনবসু ওইজনীংলুদে ; থাংগৈমক শেংনা নঙ্‌না থৌজানবীহৈবা হায়বতু ওইবীরবদি, ঐখোয়গী পীক্রবা থম্মোই অসিগী মতিক চাবা ওইনা পীকশিন্না উৎপিযু নত্রবদি ঐখোয়গী গতি অমা লৈজদ্রে। "অথনবা" হাযবসি তাবতদা অকিবা পোকই, মবম অতুনা মথৌনা মরিংজেন লৈবা মীগী মকাতদা ইবুংঙো নঙ্‌না "অথনবা" ওইবীগু। ঐখোয়দি নঙ্‌গী 'অথনবা' মবক অতুদা তিনশিনজনীংদে ; ঐখোযদি ঐখোযগী অপীকপা থম্মোই অসিগী চাংদা নঙ্‌গী সুংঙাইবা চবুনগী শক্তম অদূতবু (আনন্দঘন-মূর্ত্তি-তবু ) থম্মোইদা হাপচতুনা আলিঙ্গন কচ্চনীংই ; নত্রগদি ঐখোযগী পেনজবা খক লৈরোইদৌরি।" থৌজাল হৈবা ইবুংঙো মানা তোল্লব-তারবশিংগী অসিগুম্বা অরাবা মতৌবু উবীবদগী মখোয়না পামজবিবা, খৌরাংজরিবা, সুংঙাইবগী শক্তম অতুমক লৌবিতুনা অবত্তাব তৌবীরবা অতুগুম্বা মিৎকুপ অতুমক্তদা ইবুংঙো মাগী থৌজানগী মতৌ উবা ফংহ—মতম অতুমক্তদা ইবুংঙো মাগী চানবী-হৈবা মতৌ অতনা শেংনা মশক পাল্লকই।

ভক্তিবদি অসিনি মতদি, তপ্না-শীৎপা-মলয়া-সুংশিৎ, ঈংলবা অমদি হাউরবা থক্লবা ঈশিং, মতম নাইনা ফংবা অথুম্বা অহাউবা উহৈ-রাহৈশিং অমদি মখল মথেল য়াম্লবা অতুগুম্বা চান-থক্লবা হিংবগী

পোৎচঙ্‌শিং—ময়াম পুন্নমক অসিবু ঈশ্বরগী থৌজান্নি হায়না লৌন-রিবা অতুগুম্বা মখোয়শিং অতুমক্তা করি করিগুম্বা মতমদা সংসারগী লাঁপুন অসিদগী নাম্বোক্তূনা মুক্তি হায়বতু হেক হেক পান্নরকই। অসিগুম্বা হুংঙাইবগী পোৎচঙ্‌ ওইবা সংসারগী পোৎলমশিং অসিনা ইবুংঙো মাগী থৌজাল ওইরবদি অতুক হুংঙাইবগী মশক ওইরিবা থৌজাল অদুবু খাদোক্লগা মুক্তি অমুক পান্নকল্লিবদি করিগীনো? অসিগুম্বা নাতৈ চাদবা মখোয়গী রাহৈ অসি তাবদি নোক্নীংবনা হেক শিগদোই। অতুমদি ওইরগা লেপ্পনক ঐখোয়না য়াজনীংবা অসিমদি লৈ মতুদি, করিগুম্বা তত্ত্ব অমত্তসু খঙ্‌জবা ঙমদ্রিবা নৌরিবা অঙাং-শিংগী মকাদদি অসুম তৌবতনা ঈশ্বরদা মমায় ওনশিলহনবা হায়বতু ওইগদবনি। ঈশ্বর হায়বতু কদায়বু কৌবগে মখোয়না খঙ্‌জদে, ঈশ্বর-ভক্তি হায়বনা করিনো, মতুনা করিবু কান্নরিবনো—মতুসু মখোয়না করিসু খঙ্‌লুদে। মরম অতুনা থৈবোঙ-হৈনৌনচিংবগী মিতাবা পোকহল্লগা মখোয়বু ঈশ্বরদা ভক্তি লৈনবা অসুম অসুম তম্বীখৎকদবনি। তৌইগুম্বসুং অশেংবা মরম মুন্না খঙ্‌লবা লৈবাক মচা অমনদি অচা-অথক পীবিবগীদমক ঈশ্বরবু থৌজাল-হৈবা তাহনবা অতুগুম্বা রাঙাঙ্‌ অতুমক্তি কৈদৌঙৈদসু খক হায়বিরোইদবনি। অসি-গুম্বা পোৎ পুন্নমকপু ঈশ্বরগী থৌজান্নি হায়বদি অপঙ্‌বতগী খোন-থোকনি। অসুম হায়নতা মখোয়না পুমঙক ঙক্তূনা অতুম লৈথোকই, ঈশ্বরগী অশেংবা থৌজাল অদুবুদি মখোয়না খক খঙ্‌লুদে। মরম অতুনা তত্ত্ব-খঙ্‌লবা শুকদেবনা ভগবানগী অশেংবা থৌজাল অদুবু উৎপিরি॥ ৩৬

রাসদা ওন্না চৎনখিবগী রাক্ষমদা মদুবু মখোযনা ফাগিমক্কি অস্নুন্না থনখি। অস্নুন্না হুজ্জীক্তি য়ুখন্ মরুমদা লৈরম্বা রাস-লীলাগী আধ্যাত্মিক রহস্য ( মহুংগী অথুপ্পা মশক) অহু হাংদোকলে। হান্না মথক্তা অমুকস্নু ঐখোয়না হায়জখরে মতুদি, গোপী মথল অনিনি—মায়া গোপী অমা, চিদ্‌গোপী হাযব. অমা। মায়াগোপী ওইবাশিং অহুনা মাগী মাগী মপুরোয়বগী শয্যাদ হিপ্লি, চিদগোপীশিংনা রাস-মণ্ডলদা চিদানন্দ মুণ্ডিগা লোয়ননা রাস শান্নমিন্নরি। মাবমলেনগী চৎনবাদস্নু ঐখোয়না উবা ফংই, কলিকতাদা ফম্লগা ঐখোয়না শ্রীবৃন্দাবনগী নত্রগা হকচাংস্নু ফবা অতোপ্পা নাংথিবা কবিগুম্বা মফম অমগী রাথল খন্দুনা মদুতদা পূক্লীং লূপাশিন্নবদি লূ-তোংনা শাবা ঐখোয়গী হকচাং অসিতনা কলি-কতাদা অহুম তাদুনা লৈহাই অমসু অহুগুম্বা 'ঐ' অদুত্তবু ইমুংগী মরী-মতা ওইবা মা পূম্নমক অহুনা মখোযগী মযুমদা অহুম লৈনিবা ওইনা উই, তোইগুম্বস্নু ঐগী পুংগা আত্মা (ঐগী 'ঐ') অহুদি হাযবদি চিন্ময়দেহ অহুদি শ্রীবৃন্দাবনদা লৈহুন। শ্রীগোবিন্দবু দর্শন তৌজার নত্রগা য়েংবদা মিৎ পেন্নবা ওইবা, অকে-অমোতনা থল্লবা অহুগুম্বা মফমদা কেনা-মৌনা পানবা মরূপ-নাংতা মখোগা উন্নহুনা হুংডাই-মিন্নরি। লূ-তোংগী মশক ওইরবা ঐগী মায়াদেহ (মাযাগী হকচাং—লৈপাক ঈশিংনা শাবা, অশেংবা 'ঐ' মব নত্তবা) অহুনা তাইবঙ-যুম্বাল্লক্তা তাইবং মীনা ওইবা মরী-মতাশিংগী মনাক্তদা লৈহৌবি, তোইগুম্বস্নু ঐগী আত্মা হায়বদি মারমলেনগী পোৎ নত্তবা, জ্ঞানগী মশক ওইবা হকচাং ( চিন্ময় শরীর ) অহুদি মশাগী অশেংবা মফম ওইবা নিত্যধামদা ( অমাঙ্ অতা থোকপা লৈত্রবা মফম ) হৃৎনা থানবা খক লৈত্রবা ( নিত্যসম্বন্ধ ওইবা ) অহুগুম্বা মরী মতাগা লোযন-হুনা লেঙ্দ্রবা হুংঙইবগী মশক ওইবা ( সচ্চিদানন্দ ), লেঙ্দ্রবা মরূপ ( নিত্যবন্ধু ) অহুগা অতৎপা লৈত্রবা অহুগুম্বা শান্নবদা ( নিত্য-ক্রীড়া নত্রগা নিত্যরাস ) যাওহুনা হুংডাইজরি। অস্নুম তৌনা রাথলনা

থক লামলুবা ঙম্ফদ্রবা শক্তিনা মাগী ওইবা অমদি চাংজো-লৈত্রবা থৌজানগী ইরেল ওইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংবু মখল অনি থোক্না থায়দোকপিরগা মখল অমনা যুমদা, মখল অমনা ইবুংঙো মাগী মনাক্তা থম্বীতুনা ভক্ত-সাধকশিংগী অরোইবী-থাক্নী মতৌ অদুবু উৎপিরি। মসিগী মথংদা অমুক তারকফম থোকপা, ভজন-সাধনগা মরী লৈনবা অদুগুম্বা অরাংবা মখলগী পাউতাক অমদি অতৈ অমা করিবু অমুক লৈরম্ফম থোক্লিবা? মসিমক্তদম্ব অসিগুম্বা রাস-লীলানা অকাম অপেৎকুম থোক্লবদি মতু ঐখোয়গী লাইবক থীবতননি।

শ্রীধরস্বামীনা শ্লোক অসিগী ভাবার্থদা অস্নমনা ইরি মতুদি—

"এবম্ভূতৈশ্বর্য্যাভাবে তথা কুর্ব্বন্তঃ পাপা জ্ঞেয়া ইতি ভাবঃ।"

হায়বদি 'কনাগুম্বা অমত্তুনা মশাবু পাপী ওইহনবা ঙম্বা অদুগুম্বা বরিগুম্বা থবক অমত্তবু তৌবা ঙমজনবা মপাংগল থক লৈজদে।' খজীকতংতবু খন্থরবদি স্বামীনা ভাকপিরিবসিমক অচুম্বনি হায়বতু অতুম্মক খঙ্লকই। কনাগুম্বা অমনা অতোপ্পা কনাগুম্ব অমগী মথক্তা ওৎপি নৈবীরবদি মীশক অনিমক্তুগী পূর্কীংগী রাখল-মতাশিং অতুতদা পাপকী বিচার তৌগদবনি। ওৎপা নৈবগী থবক তৌরিবা মী অতুগী মপূক্নীংদা মানা কনাগীসু মাঙ্নবা তৌরুবা লৈতে হায়বসি য়োনা মপূক্তা থাজবা ঙম্নবা অতুগা মশাগী অমাঙ্ অতা থোক্লিবা মী অতুগী মপূক্নীং অতুদসু "কনানসু ঐবু মাঙ্নবা তৌখিবা লৈতে" অস্নম্নবু য়োনা খনবা ঙম্নবা—অদুবু ওইরবদি কদাইদগী পাপ কোৎলুফম লৈগদগে? মপানগী ওইবা মীনা থম্নে, শ্রীকৃষ্ণনা অতোপ্পগী নূপীগা লোয়ননা শান্নমিন্নে, অদুবু মখোয় মখোয়গী মপুরোয়বশিং অতুমক্নদি হায়জরি—"ঐখোয়গী নূপী মখৈদি ঐখোয়গী ইনাক-ইনাকতদা অস্নুম্মক লৈ"। মতাং অসিদখু কদাইদা পাপকী চিংনফম লৈগদৌরিবনো? মরম অসিতনা পুন্নমক খঙ্বিরবা শ্রীধরস্বামীনা শেংনা ভাকপিরমলিবনি—"কনাগুম্বা অমত্তনা মশাবু পাপী ওইহনজবা

ঙম্বা অতুগুম্বা থবক অমত্তবু তৌজবা ঙম্নবা মপাংগল খক নৈজদে।"
মরম অতুনা ব্রহ্মাণ্ড অপুম্ববু শেম্বিরিবা অতুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণদা পাপকী লৎ শিল্লুনী'ঙাই মরম খক লৈতে॥ ৩৭

---

ব্রহ্মরাত্র উপাবৃত্তে বাসুদেবানুমোদিতাঃ।
অনিচ্ছন্ত্যো যযুর্গোপ্যঃ স্বগৃহান্ ভগবৎপ্রিয়াঃ॥ ৩৮

---

অনুবাদ। অহিং মমৈ ওইরক্লবদা কৃষ্ণগী চান্নবা গোপীশিংনা ইবুংঙো মাগী য়াথংদগী নীংবা কায়বা ওইনতুনা মশা-মশাগী যুমদা অমুক হন্নরবখি॥ ৩৮

---

তাৎপর্য্যার্থ—শ্লোক অসিগী থোইদোকপা তাৎপর্য্য লৈতে। রাস-লীলা লোইশিল্লকপগী মতৌ খঙ্‌হনবতনি। লাইরমলেনগী ওইবা শেংলবা 'নিত্য-রাস' অসিগীদি অহোবা অরোইবা খক লৈতে শ্রীবৃন্দাবনদা শান্নবা অফোংবা প্রকট-রাস অতুতগী অহোবা অরোইবা নাইবনি। অতুনা মতাং অসিদসু মীরমলেনগী জগোই শাবা-জগোই শাবীগী (নট-নটী) মতৌনা মথক্তা উৎখিবা অতুগুম্বা মথল অতুতগী অহোবা অমদি অরোইবা মতৌ লৈবনি। পানগী মিৎয়েংনা যেংবা অতুগুম্বা মীওইশিং অতুগী মফমদদি গোপীশিংনা অসুম্না মযুমদা হন্নখি; হুংগী মিৎয়েংদা উবা ভক্তশিংনদি খঙ্‌জৈ—অশেংবা রাস-লীলা অতুনা ভক্তগী থম্মোই লীলা-ফম্বাক্তগীতা মুৎখিতুনা থম্মোইতদা অতুম্বক তিন্দুনা লৈখ্রি। প্রেমগী শকলোন পুবী অশেংবী গোপীশিং অতুনদি কৈদৌঙৈদসু মখোয়গী হুংঙাইজবা তুংফম ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু থাদোক্তুনা মফম কদাইদসু খক চথোকপা ঙমজদে। শ্লোক অসিদা ভগবান বাসুদেবগী য়াথং অমসুং মতুগী মতুংইন্না গোপীশিংনা মযুমদা হন্নখিবা ওইনা উৎলিবা অসিদি মপানগী কুয়োম অতুতগী মতৌ উৎপনি॥ ৩৮

বিক্রীড়িতং ব্রজবধূভিরিদঞ্চ বিষ্ণোঃ
শ্রদ্ধান্বিতোঽনুশৃণুয়াদথ বর্ণয়েদ্ যঃ।
ভক্তিং পরাং ভগবতি প্রতিলভ্য কামং
হৃদ্রোগমাশ্বপহিনোত্যচিরেণ ধীরঃ॥ ৩৯

ইতি শ্রীকৃষ্ণরাস লীলায়াং পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ।

॥০॥ ইতি শ্রীকৃষ্ণরাস-লীলা সমাপ্তা ॥০॥

অনুবাদ। ব্রজগোপীশিংগা শান্নবিবা ভগবান শ্রীবিষ্ণুগী অসিগুম্বা রাস-লীলা অসিবু থাজবগা লোয়ননা তাজরবা অমদি মশামক্না শরুচ-শোনজরবা অত্তুগুম্বা মীশিং অতুদি থীন্দনা ইন্দ্রি লাকশিনবা ঙমতুনা ভগবানগী মফমদগী অচেৎপা ভক্তি ফ জতুনা কাম হায়না কৌবা লাক-ঙমদবা অতুগুম্ব থম্মোইগী অনাবা অত্তদগী নাম্থোকচবা ঙম্মী॥ ৩৯

তাৎপর্য্যার্থ—হন্দক্কী শ্লোক অসিদনা শুকদেবনা রাস-লীলাবু তাজবা অমদি শরুচ-শোনজবগী ফল অতু তাকলি। মানা হায়রি—পূকচেন ফাবা ঙম্নবা মানা থাজবগা লোয়ননা ভগবান বিষ্ণুগী অসিগুম্বা রাস-লীলা অসিবু তাজবা অমদি শকচ-শোনজবগী থবক তৌববদি থীন্দনমক মহাক অতুনা ভগবানগী মফমদা পরাভক্তি ফংজতুনা কাম হায়না কৌবা শাথীববা থম্মোইগী লায়না অতুদগী নাম্থোকচবা ফংই। মুনি অসিনা, মসিবু তাজবা অমদি অহায়বা (তমজবা, পামজবা) মীবুনা "পূকচেন তপ্পা" (ধীর—পূক্নাং লৈতাবা) হায়না খঙনহল্লি অতুগা রাস লীলা অসিবু শকপা-শোনবা অমদি মসিবু তাজবা মীশিং-বুনা খঙহল্লি "থাজবনা মাঙওইনরবা" অম্মুন্না। শ্রীকৃষ্ণরাস-লীলাগী মথক্তা মীরমলেনগী ওইবা চুংশি চুংওন মতৌগী কুয়োম অমনা য়োম-শিল্লি। মরম অতুনা পূক্নীংদা তয়াং তশোয়বা বোক্তনদি মসিবু তাবা নত্রগা শকপা শোনবগী থবক তৌকুরবদি অতুগা ইহান হেক হানব-মক্তদা মসিগী কুয়োম অসিবু হেক উকবা থোক্লবদি—মসিবু অকাম্বনি, অমোৎপনি অম্মুন্না খন্দুনা অমুক হন্না পাকবা তাকবতু তৌনাংলক্লোই।

কাঃগদবা ওইবা অতুগুম্বা তত্বগী বিষয় ( হিবম ) ঙাক্তনা থল্লিবনি। মথক্তা রাইনা কুবাংবান ওইনা যোম্মী হাযত্থনা ফোবু লংথোক্লবদি ইশাগী ওইজবা শীৎকদবতনি। পূর্ণীং ফাবা ঙমদবা অতুগুম্বা মাওই-শিংনা অম্সুন্না রাস-লীলাগী অমোৎপা মথক্কা কুবাংপান অদূতবু উবদগী শুগৎনবনা হাল্লি ; মথোযনা থক পূর্ণীং লাকথবা ঙমদে। পূর্ণীং লৈতাজবনা মশাগী মনাৎ ওইনা লৈববা, ঋষিগী বচনবু ( বাহৈবু ) যোনা থাজবা অতুগুম্বা মীশিং অদুনদি মপূর্ণীং ফাথত্থনা হন্না হন্না মসিবু তাজবা, হন্না হন্না মসিবু শকচ-শোঞ্জবা অমস্থং হন্না হন্না মসিবু নাংশিংজত্থনা রাস-লীলাগী মুংদ-মুমলিব। মমল নাইদবা মণি অদুবু ফংজত্থনা মহৈ যানবা ওইনজে। থাজবা পোকহন্নবগীদমক্তা, ভাগ-বতকী অহানবা তাংকক্কা অনিশুবা শ্লোকতা "মহামুনিন্বাতে" অম্সুন্না হাযত্থনা লাইবিক্কা মশক তাক্লমলিবনি মবম অদুনা অথাঙ্-কনবগা লোযননা রাস-লীলাবু তাজববদি শোযদনমক তাইবঙ্গী অব। অনা পূর্ণমক্তগী নাম্বোকচবা ঙমগনি হাযবসিনা শুকদেবগী ফিবেপনি।

রাস লীলাবু অহানবমক্তদগী নৈনববলিবা নওঙ্ অসিদা শুকদেবনা তাকপিবিবা মসিগা মহৈ অসিমক যাম্নমক মবম চাবনি। মৈশা পীবিবা, থোকলিবা মুনিৎ অসিগী মপানগী শক্তও। লৈবিবা অশাবগী শক্তি অসিনা পৃথিবীগী পোৎ পূর্ণনকপু ঙম্না মৈশা যংহল্লি, অম্সুন্না পোৎকা মুংদা চঙ্লিবা মৈশা অসিগীদি চাউখৎপা, হেনগৎপা, মযোং তাবা অমদি মাঙ্বা তাকপা নাই, তোঙগুম্বস্থুং মুমিৎ মশাগী ওইবা মৈশা অতুমক্কাদি হেনগৎপা, মযোংতাবা অমদি মাঙ্বা থক নাইদে ; অতুমক্কী মতৌগুম সৃষ্টি, স্থিতি, প্রলয় তৌবিবী ভগবানগী মপানগী শক্তি অতুনা লেঙ্লি-পাল্লিবা জগৎ অপুম্বা অসিগী থৎক পূর্ণমক তৌত্থনা লে। হাযবিবা শক্তি অসিগীদি থবক্কী মথল নৈ, শকওঙ্-শকলোন কনাস্থু নৈ, রাথলগী মতৌ কযা অমস্থু থোকই অমস্থং হায়-বিবশিং অদুগা হেনগৎপা, মযোং তাবা, মাঙ্বস্থু নৈ ; মরম অদুনা

মফম অতুদদি পেন্নাইবা লৈত্রবা অতুগুম্বা কামগী ঈথক-ঈরাংস্তু অঙুম্মক লৈ। তৌইগুম্বস্সুং হুংঙাইবগী মশক ওইরবী হ্লাদিনী হায়না কৌবী শ্রীভগবানগী থক থানবা লৈতবী অতুগুম্বা মশাগী ( ভগবানগী ) শক্তি অতুদি হৌবদগী হৌনা মশাগী শক্তন অমত্তদা রাখল অমত্তদা ইবুংঙো মাগা অঙুম্মক শাগোম্নতনতা লৈ, মপানখোংগী ওইবা সৃষ্টি, স্থিতি অমস্তু প্রলযগ, মাগা কবিস্তু মরী লৈনদে—হায়বদি অসিগুম্বা মাঙ্বা তাকপা নাইবা মতৌশিং অসিদা মাদি থক গাওবা লৈতে। শ্রীভগবানগী হুংঙাইবা রস অদৃতগী মহাউদং তংজবা নত্তনা মাগীদি তোঙানবা মথৌ অমা থক লৈতে,—লাইনমংলেনগী ওইবা অতুগুম্বা শেংলবা প্রেম অতুংগী শকলোনবু শাগৎপা নত্তনা মাগীদি মখল মখা অন্নাম্বা গুণ হেনব অতগুম্বা শকলোন অতৈ অমা থক লৈরুদে অমদি অপন অচই বরিস্তু লৈত্রবা হরাভি নথোই কাজবা মতৌ অতু নত্তনা মঙোন্দা ফৈরে নবা ভাব অমত্তস্তু চঙদে; মরম অতুনা লাক্ত-খারবা কাম হাযবতুনা মঙোন্দা কবিস্তু তৌজরবা ঙমদে। অথোইবা হুংঙাইবত্তদা লূপচবা অসিগুম্বা ভগবানগী স্বরূপ শক্তি অসিবু উবদা বামদেবনা পুমঙক ৬ত্না শুক্ষৎপতনা হেক পঙথরিবনি। মতাং অসিগীদি লাকচম ফাঙমন্দ্রবা কাম হাযবা লাই অতুনা ( অপাম্বা মিহৌবগী মপু অতুনা ) ঈতোরক্লিবা মশাগী ঈথক-ঈরাং পুম্নমকপু ঙম্না থাদোকখিতুনা হান্নগী মাগী অংশংবা শত্তনদা হায়বদি প্রেমগী মশক্তা ওন্থোরকই। মফম অতুদদি অপাম্বগী মপু ওইবা কাম হায়বতুনা ঈকাই-ফীরূক-থুম্না, শাজিন্নরম্বা মশাগী মনিং—মথা অমদি মশব-মওঙ পুম্নমকপু লোইনা থাদোকখ্রগা প্রেম হায়বতুগী শকলোন লৌতুনা হ্লাদিনী হায়বী ভগবানগী মশাগী শক্তি অতুদা নপশিন্দুনা লৈরগা ভগবৎ-আনন্দ ( ভগবানগী হুংঙাইবা ) অতুতদা লূপচতুনা পেঞ্জে ; অতোপ্পা কনাগুম্বা অমবু ওৎলু নৈরুনবা মাগী করিগুম্বা রাখল অমত্তস্তু লৈতে,—মপাংগলস্তু য়াওদে—মহু তৌরুনবা মাগী অহাঙবা মতমস্তু ফংজদে।

হায়স্মু ঐখোয়না নৈনখবে মতুদি, কাম হায়না কৌব। কনিগুম্বা মশক নাইবা পোৎ অমত্তুম্মু থক লৈবা নত্তে। অমবপা অমত্তা যাও-দ্রবা ( কোনশেংগুম্বা ) সৎ-চিৎ অমস্তুং আনন্দগী মশকমক ওইবা ব্রহ্মনা গুণ অহুমগা তিন্নবগা ব্রহ্মাণ্ড ওইনা মশক উহোববপওম, সচ্চিদানন্দ অহুম্‌দা নুপশিন্দুনা লৈবিবা, থক অমবপা চেনবা হৌন-দ্রবী অহুগুম্বী প্রেম অত্তুনীস্নু গুণনা তিনবা বদিনপা পোৎ অমগা তিন্নকবা থোক্লবদি মাগীস্নু ভযাং-ভংশোইশঙ্কবা অহুগুম্বা কাম হায়বতু ওইনা মশক গুনাকই অহুগা মানা পামনিবা পোৎ শনবু ফ দগনা লাঙলবা মতৌ ওইনকই—মসিদি পূন্নকস্নু থঙ্‌বি অহুগা মবদদি অদগুম্বা কাম অহুনা পামজবিস্নু চাউবগী মশক ওইনবা ভগবান অমুত্তবুনি, মদুবু ফ দবগনা মবম ওইজনা উপথকন পড দব-ভনি; হয়বিবা কাম অমিনা শংডাইবগী অথংবা মশক ওববা অহুগুম্বা শ্রীভগবান অদুবু কনিংস্ব কংডাবনা থোকবদি, শানং অহু-মক্তদা মানা ভগবানগী লুংডাইদা শখাওবা অহুম্মক নাপশিনবিদবনি। থবান পানবা জীবগী মপা (হৎচাং) দ তোবা লওনা কাম হায়বসিগী খোঙ্গানবা লৈফন গমা লৈংতে হায়বদি মশাগী মবমাই ওইবা কনিগুম্বা শক্তম অমত্তা লৈতে; মবম ওননা বানবা রাগানুগনা চাকহৎপা অহুগুম্বা মীশবশিং অহুনা পান হায়বনি অহুম্মক ওই। অদুগুম্বা শক্লাইরবা-দ্বানগী মশক ওইনা জববনা মতম থুইনা লানা খোবা জ-বল্লবা অথোইবা খু চাইবা অদুবু ফংজনকপা লুমিগুদি মদুগদা নুপ-শিনাখতুনা শীংথাকবা যাদবমথৈ পীক্লবা অহুগুম্বা মীবমলেনগ লুংডাইবা মতো অদুবু মানা কনিস্নু থেংনাকবা তৌদনা তক্তমক থাদোক্লমগনি। অনিগুম্বা মতম অসিদদি মানা লেংদবা শান্তি হায়বতু ফংলক্কনি অহুগা মানা মথাঙ্‌ ফংনাংবা অহুগুম্বা কনিগুম্বা অমওস্নু থক লৈখ্র-বোই। অত্তুগুম্বা অবোইবা লুংডাইবগী শক্তম অহুদি শ্রীকৃষ্ণনি; মবম অহুনা জাবনা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা লৈপুন ওইজবা নত্রগা

শাগোন্নজবা ফংবা হায়বসিনা লেঙ্দবা শাস্তিগী মশক্তি অমদি অথোইবা হুংঙাইবা-মহাউ তংজনবগী মরুনি—মতুগী মমিংবু শ্রীকৃষ্ণ-রাস-লীলা হায়ুগা কৌই। মরম অদুনা শুকদেবগী রাহৈ অসিমক তশেংবনি, পৃক্রীং-লাবগী মেৎবা মীনা থাজবগা লোয়ননা বিষ্ণুগী রাস-লীলা আসিবু তাজবা অমদি শকচ শোনজবা তৌতুনা অথোইবা ভগ-বানগী ভক্তিবু (পরাভক্তি) ফংজরবদি থীন্দনমক অপাম্বা কৌবা লায়নাদগী নাম্থোকচবা ফংই হায়বদি তাইবংগী থৎঙমদ্রবা অকনবা লীপুন্দগী লায়না নাম্থোকই।

অরানবা খুবম ফংবা হায়বসিগী মরমদা নানা মুনি নানা মত ওইনা কয়া খোক্রা হায়নীংবগা হায়নদুনা লে। কনানা হায়নৈ—মপান নাইদবা এক্ষদা তিনজবা ফংবতনা অরানবা খুবম ফংবনি; কনা অমনা অমুক হায় অরানবা খুবমনি হায়রিবা (লক্ষদা তিনবা) মতাং অসিমক্তদন্সু জীবনা জ্ঞানগী মশাক ওইনা তোপ্পা তোপ্প অদুম্মক লৈনৈ, অদুগুম্বা ফিবম অদুদাদি মখোয়না থক হুংঙাইবগী মহাউ অদু ফংদে; জাবনা মতম অদুদা ফংলিবমতাবু আধ্যাত্মিক, আধিদৈবিক অমদি আধিভৌতিক (মশাগী আগ্রা, মরাইবক অমদি মীরমলেনগী ওইবা আক অথংনচিংবা) হায়রবা অরাবা মথল অহুম অসি লৈখিদবতনি। কনা অমনা অমুক হায়রিবনা মশাগী চিৎ-শরারনা এক্ষদগী তোঙানবা অমসুং তোংঙান্দবা ওইনা লৈদুনা লোইবা-নাইদবা মতমগী ওইনা তংদ-থানবা লৈতনা লাইরমলেনগী ওইবা অদুগুম্বা ব্রহ্মানন্দগী মহাউ তংজবা ফংবা হায়বদুদনা অরানবা খুবম ফংবা হায়বসি ওই। ঐখোয়না পামলিবসু অকোনবগী মত অসিনি। ঐখোয়না খল্লি, জীবনা, মশানা 'কুইনা শাগোন্নরক্লিবা অপাম্বা অদূতবু ফংজরবদি হেক্তংমক লাল্লে (মুক্তি ফংলে)। ঐ অসি অদুম্মক মতম কুইনা অসুম হিংদু-নতা লৈগে, ঐগী অরা-অনা করিসু লৈতবা ওইসনু, ঐ হুংঙাইগে—অসিগুম্বা অপাম্বা মথল অহুম অসিতনা জীবগী লোয়নজরকপা

মতৌনি ; মরম অদুনা মসিতনা অতুম্মক অরানবা খুবম ফংনবগী মতৌম্মু ওইরিবনি। মুক্তি হায়বসিগী করিগুম্বা মখল খায়দোকপা লৈরবদি মদু হায়খ্রিবা মুক্তি মখল অদুম অসিতবু ঐখোয়না অথোই-বনি নীংই। শ্রুতিনা হায়বা মতুং ইন্না রস-গী মশক ওইবা পরব্রহ্মগী প্রেমনা প্রধান ওইবা ( প্রেমগী মশক ওইবা ) অদুগুম্বা 'পরা প্রকৃতি' ( প্রকৃতি অথোইবা ) অদুগা লোয়ননা তত্তনা ত্তিন্নদুনা, তত্তনা শাগোন্নদুনা লেৎদবা নুংঙাইবদুগী মহাউ তংদুনতা অম্মুম লৈজবা মতৌ অদুনা রাসকা অশেংবা মতৌনি, রাফম অসিবু ঐখোয়না হান্নমু "রাস"কা মতমদা নৈনজখ্রে। লেঙ্দবা নু ঙাইবা চবুন ওইবা ( সাচ্চদানন্দ ঘন ) ভগবানগবু শাগোন্নজবা ফংলবদি জীবনা কয়াগী মতিক নুংঙাইজবা ওইবগে হায়বদুদি চুয়গী রাহৈনদি ফোঙ্-ডুমগদবা মতৌ নত্তে। মীরমলেনগী ওইবা খোলহায় খোন্থোক্লচিংববু তাবগা মদুদা মী অমনা ফংবা নুংঙাইবা মনুংঙাই অদুবু মতুমক ওইনা ( চপ মান্নবা মওঙ্দা ) অতোপ্পদা থহ্‌ইল্লুনবা রাহৈদি অমত্তমু লৈদা হৌনদে ; অদুন ওইনমকমু মদুনা ব্রহ্মানন্দ ( ব্রহ্মগী নুংঙাইবা মশক ) অদুগী মমি তাফমদি ওইরিবনি। অম্মুন তৌনা ব্রহ্মানন্দগী মমি মগেং অমত্তং থঙ্হল্লুনবা পাম্বে অমা ফাওবা লৈত্রবদি অশেংবা ব্রহ্মানন্দমক অদুবু তাকপদদি করি লোন্না, করম্বা রাহৈনা ওইফম থোকপগে, মসিদি করিমু হায়নীংঙাই লৈতে। মরম অদুনা * 'অরুন্ধতী' কৌবা থরান্মাচাকপু উননবা তাকপগুম মীরমলেনগী ওইবা নুংশি-নুংঙনগী নুংঙাইবা মতৌদা খূদোম্বী থিল্লগা ভগবদ্-আনন্দগী মায়কৈ তাকলি-বনি ; মরমদি মীরমলেন অসিগী নুংঙাইবা পূম্নমক্তগীদি নিপা নুপীগী

---

* অরুন্ধতী—কর্দমঋষিগী ঔবসতা, দেবহূতিগী গর্ভদা পোকপী, বশিষ্ঠঋষিনা লৌবনি। মপুরোয়বা নীংজবা মপান্না মহাক অসি আতিয়াদা থোক্লিবা সপ্তর্ষি মণ্ডলগী মরক্তা য়াওরিবা বশিষ্ঠ কৌবা থরান্মীচাকী নাকন্দা থরান্মাচাক ওইনা ঙসি ফাঙবা ঙাল্লি—গোঃ বৈঃ অঃ ৭০

মুংশি-মুংওন-বস অসিনা খ্বায়দগী হৌল্লি। মরম অদুগীদমক্তা ঋগ্-বেদগী জ্যোতির্ব্রাহ্মণনা হায়রি—"চান্নবা নুপীনা কোনশিনবদা নিপানা মুং-পান হেক ওনবগুম, আত্মানা কোনবদা জীবনা মশাগী মুং-পান পূম্নমক পূমকাউ হেত্তমক কাউই।" মুংঙাইবনা শরাই-বীরকপা অদুগুম্বা মূর্ত্তি অদুবু কোনজরুবদা গোপীশিংনা সংসার অপুম্ববু হেক কাউথোকচখি। মবম অদুনা শ্রীকৃষ্ণগী রাস-লীলাদি জীব-ব্রহ্ম অনি কোন্নবগী অভিনয়নি (কুমৈনি, লীলানি) প্রকৃতি ওইবা তাইবঙ-মালং অসিবু হেক কাউজবা ওম্বদা কামদি মশানা অদুম্মক মাঙ্‌জপ্রবনি—অসুম্না জীব অদুগী অরানবা খুবম ফংবা হায়বদু ওইসিবনি। মরম অদুনা শুকদেবনা হায়রিবা রাস-লালীবু তাজবগী মহৈ অসি মায়মক চুম্বনি, মসিদা চিংনরুফম কবিশু ওহদে।

মুক্তি ফংনবা উপায়দি জ্ঞাননি, পরমাত্মাগা উন্নবা ফংনবা উপায়না যোগনি অদুগা মুংঙাইবা চবুনগী শক্তম ওইবা মূত্তিগা কোন্নজবা ফংনবা উপায়না প্রেম হায়বা পোৎশক অসিনি। হায়রিবা প্রেম অসিগী অথোইবা মতৌদি চান্নবদুবু ফংখিদ্রবদা খাঙ্-ঙমদনা লাঙ্‌তক্লবনি; অদুনা মুংশি-শেংনববী ওক্তবী নুপীনা হায়রিবা লাঙ্‌তক্লবা মতৌ অসিগী অমত্তা ভায়বা পান্দম-ফর্মনি। মসিগীদমক্তনি, গোপীশিংবু লমচৎ-চুমদবী অতোপ্পী নুপী ওইহন্দুনা মখোয়গী মতৌদা, ভক্তনা ভগবানবু উজবা ফংদ্রবদা ওইরকপা লাঙ্‌তক্লবদুবু খঙ্‌হল্লি। অসুম্নবু লাঙ্‌তক্লজবা ওম্নবদি জীবনা ভগবানবু লেপ্পমক ফংজগনি। মসিত্তনা শ্রীকৃষ্ণ-রাস-লীলাগী অয়ৌবী শিক্ষানি। মসিবু অথাঙ্ কনবগা লোয়নননা তাভত্তুনা অমদি শকপা শোনবা তৌজত্তুনা মত্তুগী মরু ওইবা মশক অদুবু হন্না হন্না থন্নজরবদি অথোইবা অরানবা খুবম নক্রগা অথোইবা মুংঙাইবা অদুবু লায়না ফংজবা ওম্মী—মসিদা চিংনফম করিশু লৈতে।

শুকদেবনা "কৃষ্ণগী শান্নবা" অসুম্না হায়দত্তুনা "বিষ্ণুগী শান্নবা"

অসুম্না হায়বি। বিষ্ণুগী অর্থদি তাইবঙ খোনবা অতুগুম্বা পুরুষ অদুনি খঙনে। ব্রহ্মাণ্ড পুন্নমক্না মতুং অমস্তুং মপানদা অতংপা লৈনবা মশাগী স্বরূপ-শক্তিগা লোয়ননা শান্নতুনবা অসুম লৈবাবিবদি শ্রীবিষ্ণুনি ; অদুগুম্না বিষ্ণুন কৃষ্ণ ওইবাতুনা ইবুংঙো মাবু জীবনা ফংজনবা উপায় অদুবু মশামক্না উৎপবি। খুংভাইবতনা মশক্তক ওইবা অতুগুম্বা বিষ্ণু অতুনা কৃষ্ণনি ; অতুগুম্ব খুংভাইবগী [illegible] নফম ওইবা— কৃষ্ণগী শক্তম লোবিবা বিষ্ণুগী অথাইবা মফম (ধাম) অদুবু ফগে হায়ববদি অতুগা মাগা লোয়ননা শাগোন্নজনাংলবদি, অপাম্বা অমত্তা যাওবা লৈতব, পৃক্রীং চপনুংনা, লোথপা-তল কোত লেত্তবা অতুগুম্বা [illegible] প্রেম হায়বতুনা অথোইব পোৎচৎনি, অতুগুম্বা প্রেম অতুগী অথোইবা [illegible], ভগবৎ দর্শন ফংজনবগী [illegible] ঈথা [illegible] বগী লাঙতক্রব [illegible]নি। অদুগুম্বা ঈথা [illegible] অতুনক্তি, অ[illegible] নিপাগা খুংফিনবা [illegible] মাগা চান্নবা অতুগা [illegible] খাইনবা ম[illegible] দা রানা থাঙব [illegible] তাইবিবা ঈথা [illegible] অসিগী পান্দমনি। জীবনা, [illegible] শ্রীভগবানবু উজবা ফংদ্রবদ অতোপ্পা নিপাদা মপুবাং হায়না [illegible] গুন্নমকপু থাদারগা “হা কৃষ্ণ! কৈদনো কৃষ্ণ!” অসুন্না হেন নপচনবপা উম্বদ, উন-খঙদবা লৈনবা ভাবগোহা [illegible], ভক্তপু লুনা তোব না ভগবাননা মাগী ভক্তবু শেজবা মত্রবা অমদি ঈংলবা [illegible] মাগী থবাক [illegible] ফবদ চেৎনা হেক্তমক বোনশিনবাবক্কনি। অসুন্না ভক্তনা [illegible] পুন্নমক্কী [illegible] খুংভাইবা ইরেলদা কোযনা তাউনা শান্নজবা ফংগনি—মশ বু অসুন্না নহে যানজগনি। শ্রীকৃষ্ণরাস-লীলাগী মরু ওইবা তাৎপর্য্যদি মসিতনি।

শ্রীমদ্ভাগবত অমদি শ্রীমদ্ভাগবত-গীতানচিংবা অধ্যাত্ম শাস্ত্রশিং অসিদি [illegible]বদা যাম্নমক লুই। অচম্বা মীওইনা পাক হেক খঙনগদবা মশক অতু নাত্তে, মবম অতুনা হায়বিবা শাস্ত্রশিং অসিদা রাহে অমত্তবু অসুম হন্ন হন্না হায়বম্বা থেংনৈ। অকংবা হিরম ওইববস্ত

হন্না হন্না মদূবু অসুম তাক্কুনতা লৈরবদি মমৈদা খজীক্তুংতা ওইরবস্থু লৌশিনবা ঙম্লকপগী ভাব অমা লৈ। মরম অদুনা শাস্ত্রনা রাহৈ অমত্তুবু অসুম হন্না হন্না হায়রমলিবনি। মথক্তা ঐখোয়নস্থু কাম অমসুং প্রেমগী মখল্দা হান্না নৈনখবে; অদুমকপু খঙ্বদা রানা থোক্তুনবগীদমক মতাং অসিদা মহু অমুক্তংগা হন্না নৈনজরকলি।

চিৎ অমদি জড়গী মশক ওইবা (জ্ঞান অমদি লৈপাক ঈশিংন-চিংবগী মশক ওইবা) জগৎ-তাইবঙ্ পূম্নমক্তা নত্তে পূম্নমক শাস্ত্রদা বণন তৌবি। নঙোন্দা, নীংঙোন্দা, খরায়পানবা পূম্নমক্তা অমদি জগৎ অপূম্বগী মতুংদা অমসুং মপান্দা অতৈপা লৈতনা পোক্কুনতা, ওইহু-নভা লৌবিবা অহুংম্বা মরম পূম্নমক অদু শাস্ত্রনা লোহনা লৈবা ভাক্তি —মহু নত্তবা অতৈদি কারিস্তু অমত্তা হাঙবা লৈতে। মরম অদুনা শাস্ত্রনা গাইরিবা হিরম অদুবু খঙনবা তানবদা শাস্ত্রগী বচনশিং অদুতং চীনক্না পুনথ হোৎনবনদি কারিস্তু কাম্নবা ওইদে। শাস্ত্রগী হিরম পূম্নমক অদুবু জগৎ অপূম্বগা লোয়ননা অমদি ব্রজ-ব্রজ গা ইত্তো ইরোঙ অমসুং লৈনবা ইনাৎ হশিন্নচিংবগা চোংশিনহনগদবনি। তরু-তরুবা শকয়েং-লিংশেল মমাংদা লেপ্লগা উশানা হশাবু মিংশেন্দা শেংনা উজবা ফং-বগুন, হৈথোঙ শিংথোইনবা পাবারিবা পূকচেন চাউবশিংন। পুক্লাং হরদং চঙনা শাস্ত্রবু পাবীরবদি অদুংম্নক ডবা ফংবীগনি—ব্রগা লোয়ননা তাইবঙ্ পানবগী রাক্কম পূম্নমক শাস্ত্রদা ঙম্না য়েক্লি। জীবগী মহোশা লোনচংপু নৈনদুনা য়েংলবদি তশে না শঙবা ঙম্নবই মহুদি—কনানস্থু বনিগুম্বা তামবু পামদনা, মিতাদনা অমদি শুংশিদনা থক লৈবা ঙমদে। অসিগুম্বা মনাৎনা নাঙ্ওইনদুনা মখোয়না মায়রমলেনগী করিগুম্বা পোৎ অমবু পামলুবা নত্রগা মদূবু হুংশিনোকলুবদি য়াই অদুমদি ওইরগা তাইবঙ্ মায়রমলেনগী ওইবা করিগুম্বা পোৎ অমগী মবাদা মখোয়না অশেংবা প্রেম হায়বসিবু হাপলুবদি থক ঙমদে। অপাম্বগা প্রেমগাদি তোংঙান্নবা পোৎনি। অপাম্বা হায়বসিনা

মারমলেনগী পোং মথৈতদা তুংই অদুগা প্রেম হাযবসিনা লাই-রমলেনগী ওইবা ভগবানগী মকাওদা তুংবা পোংনি। অপাম্ববু কাম হায়না লৌবা যাই, মদূবু থক প্রেম কৌকুবদি য়াদে। অপাম্ববু প্রেমনি হাযরুববদি প্রেমগী মগুণ হন্থহনবা থোবই। অদুমদি ওইরগা হাযরিবা অপাম্বা, কাম অমদি প্রেম হাযবা পোংশক অহুম অসিনক পূমতোং হেক তোঙাম্নবা ঙাম্বি নত্তে। পোন নখুংদা ফাজিন্দুনা থমলিবা জাবগা, মনাং তৌনা লৈবা জীবগা অনি অদুগুম্বনি; অনিমক জাবগী জাব অস্মাদি অদুম্মক ওইরিবনি। লালাওনু পাম্বীবা ভগবানগী কবিগুম্বা মথম হায়বা অমা লৈবা নওনা মাগী হচ্চাতনা অশেংবা শুদ্ধজাবনা গুণ অহুমগা তিন্নকুবদগী মকাশিনখ্রবা মতমদা মাগী মনিংবু "ফাজিল্লবা জাব" অমুম্না কৌনকপতনি। অমুক ভগবানগী খুপাদগী গুণগা অদুম্না তিন্নবা অদুবু থাদোকপা ওমজবক্রুবদনা অাংগুম্বা "ফাজিল্লবা জাব"না অমুক অশেংবা "শুদ্ধজাব" অদু ওহজবকপা ফংই। অমাংপা শেংদবা পোংপু অশেংবনা থক পাম্বা লৈতে। লৈপাক্লা-ঈশিংনা শাবা লেঙ্দবা পোংপু অশেংবা জ্ঞাননা (চিং-না) পাম্মু হাযবা থক যাদে। মাঙ্বা তানপা লাহবা পোংপু অমাঙ-অতা লৈতবা-লেঙ্দবা পোংনা থক পামলুবা তৌদে, ওইদবা পোংপু অশেংবা পোংনা থক মিতাকদে অদুগা অর ববু হুংঙাহবনসু থক পাম-লুবা লৈতে। জাবদি, মশাগী ওইনদি অদুম্মক তশেং তশেংজবনি, জ্ঞাননি, লেঙদবনি, অচুম্বনি অমস্তূং হুংঙাইবতগী মশক্কি। মরম অদুনা জাবনা অশেং-অশেংবা, জ্ঞানতগী মশক ওইবা, অমাঙ্ অতা লৈতবা (লেঙ্দবা) অচুম্বতগী মশক ওইবা অমস্তূং হুংঙাইবা অসিতনু পামজ-বনা মাগী শাগোম্নজবা মনাংনি। অসিগুম্বা তশেং তশেংবা (অমকপা চেন্দবা) জ্ঞান, লেঙ্দবা ওইবা, অচম্বা অমদি হুংঙাইবা হাযবসিগী হৌফম মকুদি শ্রীভগবানতনি; মরম অদুনা জীবনা, মশাগী হৌনশা ওইনা পামজারিবদি ভগবান মথন্তবুনি। অসিগুম্বা মহৌশাগী মনাং

ওইনা লৈজবা চপন্নুংবা অপাম্বা অসিগী মমিংবু 'প্রেম' হায়না কৌই। অশেংবা জীবনা লীলাময় ভগবানগী লীলা-ইচ্ছাতনা মরম ওইদুনা গুণ অহুমগা তিন্নরগা মাগী হৌনশা মনাৎ অতুদগী চোয়থরক্কুনা হায়বদি অশেংবা মশাগী মতৌ অদু মাঙ্‌খিদুনা মশাগী হৌনশা নত্তবা হায়বদি নৌনা থেংনবক্লিবা অনৌবা ভাব অদুগী শকলোন লৌদুনা পোন মহুংগী জীবগুম্না অফা-অপুন নংলকই ; মতম অসিদদি ভগবানতদা চাপ্লম্বা মাগী মতৌশা শাগোন্নজরম্বা অদুগুম্বা প্রেম অদুনা অয়াম্বা মখলগী তোঙান-তোঙানবা পোৎতদা কোয়না অস্থুম চাইথোকখি অমস্থুং অস্থুম তৌনা শেংদবা পোং ওইরক্কুনা মশাগী হান্না লৈজরম্বা প্রেম অদুনা কাম হায়না কৌবা অতোপ্পা মমিং অমা ওইনা খঙ্‌নল্‌-রকই। নুংঙাইবগী মশক ওইবা ভগবানতদা তুংদুনা লৈবনা প্রেমদি নুংঙাইবতগী মশক ওই অদুগা মপূক তপ্পী ইরেলগুম লেঙ্‌দবা শান্তি ফংই। তোংগুম্বস্থু কামদি মাঙ্‌বা তাকপা নাইবা, লৈপাক্লা ঈশিংনা শাবা অদুগুম্বা পোৎশিংতদা মশীং য়াম্না থোক্লা চাইথোকখি-বনা অরাবা নংই অমস্থুং থক লৈতাফম খঙ্‌দে (মাঙ্‌বা নাইবা পোৎনা মাঙ্‌খিবগা মদুদা তুংলম্বা অপামবা অদুস্থু লোয়ননা অদুম্মক মাঙ্‌-মিন্নখি। অমা চৎলগ অমদা লাম্মী—অস্থুম্না লোইবা নাইদে। অদুনা লেঙ্‌দবা নুংঙাইবা হায়বদু থক ফংদে—রাহুনতা তোকই—মসি মথক্তস্থ নৈনগ্রে)। অসিগুম্বা অফা-অপুন নংলবা জীবনা ভগবানগী ইচ্ছানা মরম ওইদুনা লমথাঙ্‌দা থেংনরবা—মনাৎ নত্তবা অসিগুম্বা অমকপা ভাব অসিবু থাদোক্কুনা মাগী হান্নগী মনাৎ অদুদা হঞ্জিনজ-রকপা ঙম্লবদি হায়বদি মশাগী হান্নগী হান্নদু অমুক ওইজরক্লবদি কোয়না চাইনা, শীন্দোক্কুনা লৈরম্বা অরাবা অমদি লৈতাফম খঙ্‌দবা —থক পেনবস্থু নাইদবা অদুগুম্বা কাম অদুস্থ মশাগী শাগোন্নবা মনাৎ নত্তবা লমথাঙ্‌দা থেংনরবা ভাব পূম্নমক থাদোরক্কুনা নুংঙাইবতগী ইরেল ওইবা ভগবানতদা লূপশিল্লকই, মরম অদুনা নুংঙাইবগী শক্তম

লৌড়্না অরুবা ইরেলগুম মপূক তপ্তুনা অমদি পেনজবনা থন্দুনা মাগী হান্নগী মনাৎ অতুদা হজিল্লকই হায়বদি মশাগী শাগোল্লবা চৌনবা, মনাৎ নত্তবা অতগুম্বা কাম-ভাব অদূবু থাদোক্তূনা প্রেমগী মশক ওইনা ওন্থোরকই।

তশেংবস্তু মতুমক্কি, কুংগাইবগী মূর্তি ওইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগা চেৎনা কোনশিন্নজব ফংদ্রবাদি হায়বদি থাযদগী থোইববা অসিগুম্বা রাস-লীলা অসিগী মহাউবু ফংদ্রবদি হাযবদি শ্রুতিনা হায়বা মতুং ইন্না পরমাত্মাগা লৈপ্নুন ওইনংদ্রবদি করিগুম্বা মতমদস্তু কাম হাযবসিবু থাদোকদমগদবা নত্তে,—মসিদি শেংলবনি। তৌইগুম্বস্তুং শুকদেবনা হায়রিবনা—অসিগুম্বা বিষ্ণু-লীলা অসিবু থাগৎনা তাগবা অমদি শকচ-শোনজ তৌজববদি মী অতুনা মশাগী থম্মোই-লায়নাগী মশক ওইরনা "কাম" হায়বাসিবু লেপ্পমক থাদোকচবা ঙমগনি। থাজবগা লোয়ননা তাজবগা অমদি শোনজবগা রাসকী মহাউ ফংই হায়বগীদমক অস্নুন্না হাযবমলিবনি। শ্রুতিনস্তু অচুম্বক হায়নি—তাজবনা আত্মাগা হকথে নবতু ফংজনবগী অহানবা অমদি অথোইবা সাধননি। মরম অদুনা কামবু লায়না মাংহনবা ঙম্বা অসিগুম্বা রাস-লীলাগা লেপ্নুন ওইনজনবগী অহানবা সাধনদি তাজবা অমদি শকচবা শোঙবা হায়বসিনি। মবম অসি লৈবতনা শুকদেবনা হায়বমলিবনি মসিদি—ভগবানগী রাস-লীলাবু তাজবা অমদি শকপা শোনবা তৌজববদি থম্মোইদা পক্লম্বা কাম হায়বতু লায়নমক মাংথি। তশে বস্তু মতুন, রাসকী মহাউবু ফংদ্রবদা কামনা থক মাংথিগদবা নৈতে।

শুকদেবনা কামবু থম্মোইগী অনাবা ওইনা লৌরি; অতুগা লায়না অসিবু কোকহন্নবগীদমক থাজবগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণ-লীলাবু তাজনবা অমদি শকচ-শোনজনবা তাকলি। মসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙমলে মদুদি, কাম হায়বসিতনা অমত্তা ঙায়বা তমথীববা লায়না মথলনি, কৃষ্ণলীলাবু তাজবা অমদি শকপা শোনবা তৌজবতনা লায়না

অসিগী অনি শুদ্রবা অমদি শোয়ফদ্রবা হিদাকনি অমসুং থাজবা হায়বা অসিতনা হাযরিবা হিদাক অসিগী অমত্তা ভায়বা তম্বা থোক্তবা মচন-নি।

অধ্যায় অসিগী কুন্থ্রাতরূক শুবা শ্লোককী তাৎপর্য্য তাকপগী মতাংদা ঐখোয়না হাযখরে— অস্সুম্না চুম্নতগী ওইনা রাস-লীলাবু তাজরুবতনদি ভগবানদা থক লূপশিঞ্জবা ঙমদে; অতোপ্পা লালা মখল অতৈবু হান্না তারগা রাস-লীলাবু কোন্না তাজরবদি অত্থুগুম্বা লূপশিনজবা মতৌ অতু ওইবা ঙম্মা। রাফম অসি চুজাক্তি চাশিন্নখরে। শুকদেবনা শ্লোক অসিদা 'ইদং চ' হায়তুনা 'চ' হাযবা শব্দ অমবু হাপচিল্লি। সংস্কৃত লোনদা 'চ' হায়বা ৱাহেগী অর্থদি 'অত্থুগা' হাযবনি। অতুনদি থংবা ঙমলে মত্তুদি—অতৈ অতোপ্পা লালাগা রাস লীলাগব তাজনবদি কামবু লায়না থাদোকপা ঙম্মা নত্রবদি ঙমদে। অস্সুম্ন অর্থ তোঃবদি শ্লোক অসিদা য়াওরিবা 'চ' শব্দ অসি য়াম্ননক নাতৈ চান্দবা তাই।

চুজাক্তা মতমদা কনা কনাগুম্বনা শ্রীকৃষ্ণ রাস-লীলা অসিবু অকাম অপোৎ-ওনা থল্লি; মদূবু পারুবা তারুবা থক হৌনদে অস্সুম্না হায়নবা য়াওরি। কনাগুম্বনা অমুক্তা থোইগৎনা হায়ভিন্দুনা লালা অসিবু হেক মাংহনাবা মতোমক তৌরি, অতুগা কনা অমনা অসিগুম্বা রাস লালা অাসবু শ্রীমদ্ভাগবততা কোন্না হাপচিল্লকপনি অস্সুম হায়তুনা মশাগী নিপা থোকপা থোনা উৎনরি। তৌইগুম্বসুং ভক্ত যোগী ওইবা অথোইবা তত্ত্বগী মচিবু উবীবা ঙম্বা অত্থুগুম্বা শুকদেবনা তাকপিরি— অচেৎপা থাজবগা লোয়নানা বিষ্ণুগী রাস-লালা অসিবু তাজরবদি অমদি শকপা শোনবগী থবক তৌজরবদি ভগবানগী মক্কমদা অথোইবা ভক্তি পোক্লকই অমসুং কামগী মশক ওইরবা থম্মোইগী লায়না পূম্নমকসু কোকহল্লি। থঙ্দ-উদবা লৈত্রবা শুকদেবগী খোঙ্গুল লাউনা ঐখোয়না থৌনা ফনা হায়জনাংই—"শ্রীকৃষ্ণ রাস-লীলাবু থাজবগা

লোয়ননা তাজবা অমদি পাজবগী থবকপু তৌরবদি জীবনা মতম পুন্নমক্কা লেঙ্দবা শান্তি হায়বত্থু ফংজে অমসুং তঙ্-তাবা অরানবা খুবন অত্থু য়োবসু ঙমজে।”

হুজীক ফাওবদা ঐখোয়না শ্রীকৃষ্ণ রাস-লীলাবু নৈনজরকপা অসিদা অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ রাস-লীলা অসি দদি অয়োবী থাক্কী ওইবা অত্থু-গুম্বা ভক্তগী সাধন অমদি শ্রীভগবানগী অথোইবা কৃপা অদু তবু উজবা ফংই। ভগবানগী বস্ত্রহরণ-লীলানা রাস-লীলা অসিগী শৈংহৌনি। হায়রিবা বস্ত্রহরণ অসিনা ভক্তিগী মশক ওইবী গোপীশিংগী মফমদা শ্রুতিনা হায়বা “অনিশুদবগী” জ্ঞান অত্থু লৈবা লৈতবগী চাংয়েংনি। ঐনা লেংজবা “শ্রীকৃষ্ণ লীলামৃত” কৌব লাইরিক্তদি মত্থুগী শম্লপ্পা মশক অমা উৎচখরে। খঙ্বিনীংবা সাধক অমদি হুজীক পাবীরিবশিংনা পাম্বীরবদি মত্থু য়েংনবিবা য়াই। হায়রিবা চাংয়েং অসিদা গোপী-শিংনা লাংথোকপা ঙমজখিদে। অসিগুম্বা মখোয়গী মতিক চাজদ্রিবা মতো অদুবু খচ্বিত্থুনা খঙ্দ-উদবা লৈত্রবা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়বু লৎন-বিখি। মসিবু সাধন-মাগগী রাক্ষম নত্তবরা? অত্থুগী মথংদা রাস পঞ্চাধ্যায়গী অহানবা ভংকত্তা থেংনররে ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মুরলী খোন্থাঙ্না গোপীশিংবু মাগী মনাক্তা চিংবীরক্লবমক্তদসু মখোয়দা, মীরমলেন-সমাজগী অকিবা, থরায়গী অকিবা অসিনচিংবা কন্না উৎ-পিরে; অত্থুমক্তদা মখোয়না করি অমত্তসু হঞ্জানখিদে। অসিগুম্বা মতৌ অসিবু ভগবানগী কাদা লৈজবা, ভক্তগী লেঙ্দ্রবা পূর্নাংগী অনুরাগ মতৌ অত্থুমক নত্তবরা? কনাগুম্বনদি হায়বিবসু ময়াই, কামনা লাকহৎপী ওক্তবী নূপীশিংসু অতোপ্পা নিপাগী মফমদা অসিগুম্বা শাজৎ চত্নতা লৈরিবনি। ফরে, মত্থুমক য়ারসি,—ওইত্থুনতা লৈরিবা মতৌমক্তি। তৌইগুম্বসুং নিপা অমত্তবু মথোন কাবী নূপী চাম-চামনা পুল্লপ-হুংশিল্লবদি মখোয় পুন্নমক্কা পুন্না হৌনত্থুনা হুংশিবা নিপা অত্থুগী মনাক তান্না অভিসার চৎনবসিবু মীরমলেনগী নিপা-নূপী হুংশিনবদা

অসুম্না মফম কদাইদা তৌনখিবা লৈগ্রবগে ? মদূবু ওইথোকপা য়াবা পোৎলা ? করিগুম্বা মতমদসু থক ওইরোই। মরম অদুনা তৌথ্রিবা মতৌ অসি পূকচেন মান্নবা, ভাব মখল অমত্তগী ওইবা অদুগুম্বা পুক্নীং লোঙ্‌নদ্রবা ভক্ত-মপৈনা ভগবানগী কাদা চঙ্‌জবা মতৌ অদু নত্তনা অতৈ অমনি হায়রুবা থক য়াদে। হায়রিবা তাংকক অসিমত্তদা মথংদা অমুক উবা ফংই ; শ্রীকৃষ্ণগা গোপীশিংগা লোয়ননা রাস-শান্নবিবা হৌরকলে, মিৎকূপ অমত্তগী মনুংদা মখোয়না মাগী মাগী মশাগী লন্নাই ওইবা রাখল খন্তনরকপদগী নাপল চেল্লক্রবদা ভগবাননা চীক-মাঙ মাঙ্‌বিখি। মসিবু শ্রুতিনা হায়বিবা অনি-থোকপীগী রাখলদা জীবনা ব্রহ্মবু কাউথোরকপগী মতৌ অদু নত্তবন্না ? শ্রুতিনা হায়রি— অনি চংপী রাখলগী অনি শুই হায়বা মতভা পুক্নীং হাপ্নবদি জীবনা অকিবা নংই হাযবদি মাঙ্‌বা তাকপা নাইবা মযুম মকৈ, মশা-মউ-নচিংবংদা মপুক্নীং লুপখিবনা মরম ওইদুনা জীবনা পুন্নমক শকপা সচ্চিদানন্দগী মশক ওইবা পরব্রহ্মগী মচাউ অদুবু ফংখিদবদগী অরাব-দুম চাদুনা ( ফংদুনা ) তোকই। গোপীশিংগীসু মদুমক থোকখি। অনিশুবা তাংকক্তনা, মখোয় পুন্নমক পুনশিন্নরগা অঙাওবক্তমনা উ-রানচিংবদা কৃষ্ণগী মপাউ কোযনা অসুম হংনজরকই ; মথং তোবদনা 'মা'-গী 'মা'-মক ওইনা মাগী রাখন্তদা মুন্দুনা লৈনখি। মসিসু অরাংবা থাক য়ৌনা হাইগৎলক্লবা আরূঢ়-ভক্তনা ভগবানবু দর্শন ফংজনীংবনা ঙাওচৎনজবা অমসুং অতৎ অথম লৈত্তনা অসুম ভগবান-তবু ধ্যান তৌদুনা লৈজবগী মহৈ ওইনা সমাধিগী ফিবমদা লৈরকপদু নত্তনা থক অতৈ অমা নত্তে। পুল্লপ হৌনদুনা শুক্তবী নুপী চাম চামনা নিপা অমখক্তবু অসুম্না থিনবসিবু কদাইদা কনানা উনখিবা লৈগ্রবগে ? অদুম শুরকপা অধ্যায়দা অমুক উবা ফংই ; গোপী পুন্নমক্তা যমুনা মপান্দা ফম্নগা ঈশ্বরবু খঙ্‌নবা রাহৈ মখৈনা কৌদুনা কৃষ্ণগীদমক্তা কপ্পুনা তেংথাখি। অসিগুম্বা মীকপ অসিবু শুক্তবী

নূপীনা মাগী অবোনবা নিপা কায়নবগী মীকপ ওইগদরা ? মরিশুবা তাংকক্তনা গোপীশিংগী থম থেংবা অরাবা মতৌ অত্থ উবিবদগী ভগবাননা মফম অত্থদা অত্থম ফাওবিরকখি। মতাং অসিদা গোপীগা কৃষ্ণগা ঙাঙনখিবা ভক্তি-তত্ত্বগী মশক খঙহনবা অত্থগুম্বা রাবীরাতাইশিং অত্থদং তাজবতদম্মু মানা মা ওইজবা ফংই,—মীনা লাই ওল্লকই,—মীনা ব্রহ্মগী মশকমক লৌবকপা ঙম্মী। মঙাশুবা তাংকক্তনা, জীবনা তান্নবিবা অমত্তা ঙাযবা পনথুংকম, ভগবানদা মপুক্রাং হবচাং পূম্নমক কথোকচরবা পূক্নীং চপায় লবা ভক্তনা যৌনা খোবাংনজবা ওইবা, মদুবু ফংজববা জাবনা লেঙদবা শান্তি ফংজনা লেঙদবা নুংঙাইবগী মহাউ তাংজবা—মত্থগী অশেংবা মতৌ অদুবু উবা ফংই প্রেমগী শকলোন পুবী গোপীনা সংসার অসিগী অরা-মৈশানা চাবথেক্লবা জীববু অবোইবা পান্দমগী শিক্ষ পীবত্থনা অথোইবা নুংঙাইবগী মশক ওইবা পরমানন্দ মুক্তিগা অচেংবা লৈপুন ওওনাথ—মসিনি শ্রীকৃষ্ণরাস-লীলাগী মশক্তি।

ভক্তদি, জ্ঞানা অমনা তৌবগুম কৈদে ঙেদম্মু অনানব থুবংবু থক পামজরুদে। পুরাং চঙনা, ইশানক্তা মাঃনা লৌত্থনা ঙবগী থম্মোইবু কূপ্না নৈনরবান খঙবা ঙম্নকই মত্থদি, কনাগুম্বা ভক্ত অমত্তনা মুক্তিগী খোরাংবা লেনদবা কবিগীদমকনো ? মরমদি—মুক্তিবু পাম্বা হাযবসিদি কনাগিম্মু মশাগী শাগোম্নরকপা মতৌ নত্থ। কনাম্মু শিনাংবা যাওনদবগুম অত্থমদি ওইরগা হবচাংগী নত্রগা পুক্রাংগী কাঞেন্না রাবা মতৌবু থাংজবা ঙম্নক্রবদদা কনা-কনাগুম্বনা কবিগুম্বতদা তুক থোবী-য়ানবনচিংবা তৌনত্থনা শিবা মঙায ; মুক্তি ফংববু কনানম্মু মংপাক্না ওইনা পাম্নজরবা থোইনা য়াওবা লৈতে ; তাইবঙ পানবগী অরা চৈনা শাড়বদা তপথফম খঙজিল্লক্রবতদা করিগুম্বদা কনাগুম্বনা তুক অরানবা থুবন ফংগে হাযনা হাযনরকপা য়াওবা মঙায। অসিগুম্বা অরানবা থুবম নত্রগা মুক্তি অসিগীদমক্তি কনানম্মু মপোক্না ওইনা

পান্নফদবা থক লৈতে। মতম কূইনা অসুম হিংতুনা লৈরগা লোইবা নাইদবা শুংঙাইবগী মওাউ তংজবদং ওইজগে—মসিমদি অপীকপা ককচেংদগীনা মীওইবা ফাওবদা থরাম পানবা পুন্নমক্কা শাগোন্নরকপা অপাম্বনি। মসিবু যাদ্রবদি অচুম্ববু নমথবা তাগনি। কনাগুম্বা মী অমনা মহাক মশানা পামজবিমা অতুতং ফংলগা মহৈ যানবা ওইজে। ভগবানগী শ্রীমুখমক্কী যাথংনি—"যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহম্"। মবম অদুনা ঐকান্তিক ( পৃক্নাং যুংবা ) ওইবা প্রেমগী মহেনা ভগবানগী কৃপা ফংদুনা শুদ্ধ দেহনা ( লৈপাক ঈশিংনচিংবনা শাবা নওবা, অশে বা চিন্ময় দেহ অদুনা ) মপান নাইদ্রবা, লেঙ্দ্রবা-মযেং তাবা লৈত্রবা অদুগুম্বা শুংঙাইবা অদুগী মওাউ তংজবা হেক ফংবতদা জীবনা মাগী ফংফম থোকপদু ফংজবা ওইরিবনি, রসকী মশক ওইববা পবমানন্দগা লৈপুন ওইনদুনা মহৈ য়ানবা হাযবদু ওইনি-বনি। মসিনি—শ্রীকৃষ্ণ রাস লীলা হাযবদি।

তত্ত্ব-শঙ্লবা শুকদেবনা শ্রীকৃষ্ণ-রাস-লীলাবু বিষ্ণুলীলা অসুন্না হাযরি, তোইগুম্বসুং হৌজীক কালগী বৈষ্ণব—লোইনৌশিংনদি কৃষ্ণ-মন্ত্রদা নশামক দাক্ষা লৌরবমক্তদসু অদুগা মশা মশাবুসু বৈষ্ণবনি ( বিষ্ণু নীংবা ) হাযনা মশাগী পরিচযমক পীবিবা ওইদুনসু মথোয অদুনা শ্রীকৃষ্ণবু থক বিষ্ণুমক্নদি হায়নীংদে। বিষ্ণুবুদুম শ্রীকৃষ্ণদগী পীকথহন্নীংই। অদুতননি মা অয়াম্বগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণ-রাস-লীলা অসিনা অকাম্বা-অমবপা পোৎ ওইশিল্লবলিবা। শ্রুতিগী 'ব্রহ্ম' হাযবা শব্দ অসিগী অতোপ্পা পর্য্যাযদা ( শঙ্নবা অমনা ) "বিষ্ণু" অসুন্না খঙ্লৈ। অদুগুম্বা ব্রহ্মমক ওইবা, সচ্চিদানন্দ ওইবা, বিষ্ণুনা শান্নবা লীলানি হায়বদগী অসিগুম্বী রাস-লীলা অসিনা মুক্তি পীনহৈবী ওইবিবনি। অসুম্নবু বিষ্ণুগী নত্তহনা অতোপ্পা লীলাবু ওইববদি অকাম-অপেৎ হায়বদুমক মশানা অদুম ওইজফম থোকপনি। মবম অদুতনা মহামুনি বেদ-ব্যাসনা তবাশুবা স্কন্ধগী অহৌবমক্তদা পরীক্ষিৎকী মচান্দগী ওইনা থোকহল্লি

"তত্রাংশেনাবতীর্ণস্য বিষ্ণোর্বীর্য্যাণি শংস নঃ"

হায়বদি যত্ত বংশদা অংশনা অবতার তৌবকপা অদুগুম্বা বিষ্ণুগী লীলা অদুবু ঐংগোন্দা তাকপিয়ু। ভগবাননা পোকপা মতমদা দেবকীগী চীন্দগী হায়হল্লকখি—

"স ত্বং সাক্ষাদ বিষ্ণুরধ্যাত্মদীপঃ।"

দেবকীনা ভগবানদা হায়বি—"শ্রুতিনা হায়বিবা অধ্যাত্মগী মৈবা শকপা বিষ্ণু অদুমক নহারি," অদুগা চুজাকমকসু শুকদেবগী চীন্দগী ওইনা অমুক হায়হল্লি—

"বিক্রীডিতং ব্রজবধূভিরিদঞ্চ বিষ্ণোঃ।"

মীওইবনা ভগবানগী নবলীলাবু (তাইবঙ্ মাগী শক্তমদা শান্নবিবা, মাগী লীলাগুম শান্নবা) তাজবগা মমৈদা মতো অদুদা পৃক্লীং নুপ্প-খিদুনা হংগোইনফম, তুক্চনফম অমদি অকাম্বা পোৎকী মশক ওইনা খনাখদুনা তোকনি হায়দুনা মহম্মিনা হন্না হন্না নাংশিংহল্লম্মা মদুদি—শ্রুতিনা হায়রিবা বিষ্ণু অদুমক শ্রীকৃষ্ণনি। মবম অদুনা শুকদেবনা, ব্রজগী-মী-নহামখৈশা শ্রীবিষ্ণুগা শান্নবা ওইনা হায়বিবনি। ভগবান বিষ্ণুনা ইবুংঙো মাগী মায়ানা মশাগী স্বরূপমক ওইনা জীববু শুম্মৎলগা অতোপ্পা (পরকীয়) ওইহল্লি; —মসি ইবুংঙো মানা শান্নবা জগৎ-লীলানি। অদুগা অমুক শ্রীকৃষ্ণগী শক্তম লৌবিদুনা বেদগী মচি ওইবা বংশীগী খোন্থাঙনা চিংশিনবীবগা মঙোন্দা তিনশিলহনবীবি—মসিনা শ্রীকৃষ্ণ-রাস লীলাগী মতৌনি।

মহাভারত-তা ঐখোয়না উবা ফংই—"ইতিহাস পুরাণাভ্যাং বেদার্থ মুপবৃংহয়েৎ" হায়বদি ইতিহাস অমদি পুরাণগী মতেংনা বেদগী অর্থ শেংনা খঙনবা হোৎনগদবনি। অদু ওইরবদি ঐখোয়না খঙবা ঙমলে, পুরাণ হায়বসি বেদতগী শন্দোকপা অর্থ তাকপা লাইবিক্নি। অসিগুম্বা শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা লাইরিক অসিদা মহর্ষি বেদ-ব্যাসনা "ভাগবতপু স্থতগী মচীন্দগী ওইনা "অখিল শ্রুতি সারং" অমুম্না

হায়হল্লি। হুজীক ঐখোয়না খঙনবা ঙমলে মহুদি, পুরাণ হায়বসিনা মঙাগুবা বেদগী মশক্তি অহুগা পুরাণশিংগী মরক্তনা অমুক শ্রীমদ্ভাগবতনা অথোইবনি। অহুগুম্বা ভাগবতকী মনুংদনা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা য়েকপা তরাগুবা স্কন্ধনা অমুক মরুনি। তরাগুবা ভাগবতকী স্কন্ধ অহুগী মরক্তনা শ্রীভগবানগী শ্রীবৃন্দাবন লীলানা অথোইবনি অমসুং অহুগুম্বা শ্রীবৃন্দাবন লীলাগী মনুংদনা মুক্তি-পীনহৈবী, লেঙ্দবা মুংঙাইবা ফংহনবী 'শ্রীকৃষ্ণ-রাস-লীলা' অসিনা অমুক মচিগীমু মচি ওইবীনি।

অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ-রাস-লীলাবু লেংবীহুনা মহর্ষি বেদব্যাসনা মপোক মহৈ য়ানবা ওইখ্রিবনি। মদুবু শকচ-শোনজরুবদগী শুকদেবমু মহৈ য়ানখি, মদুবু তাজরুবদগী পরীক্ষিৎ নিংথৌমু মহৈ য়ানখি; মথোযশিং অসিগী কৃপানা মরম ওইহুনা মসিবু নৈনজবা ফংবা ঐখোয়মকামু মহৈ য়ানবা ওইজরে।

প্রেমগী শকলোন পুবী ব্রজগোপীনা খ্বায়দগী হেনবা অহুগুম্বা মুংঙাইবা অহুতগী শকলোন ওইবা, নিপা লক্তগী থোইদোক্লবা (পরম-পুরুষ) ভগবানগা নৈপুন ওইনজবা ফংলে, রাসলীলাদা পূক্নীং লুপচবা —তু'দা লাকপা সাধক-ভক্তশিংগীমু খ্বায়দগী হেন্না রাংলবা রাস-মণ্ডল অহু য়োনা কাখৎচবা ঙম্নবা মুংঙাইরবা কৈরাক অদুবু ফংজবা ওইরে; হরাউ-মথোই কানা ইখুৎ রাংনা থাংগত্তুনা ঐখোয়না হুজীক থম্মোই মকারামনা অপূনবা খোঞ্জেলনা লাউজসি—

প্রেমগা লোয়ননা শোনজসি—
শ্রীশ্রীরাধা-বল্লভনা জয় ওইরে,
শ্রীরাধারারাণীনা জয় ওইরে,
শ্রীশ্রীসখী অপুম্বনা জয় ওইরে,
রস চেনবী শ্রীশ্রীরাসলীলানা জয় ওইরে
জয় ওইরে, জয় ওইরে, জয় ওইরে—
শ্রীশ্রীরাসলীলাবু পাবীবশিংনা জয় ওইরে।

অমুকস্মু হন্না দণ্ডবৎ কচ্চরি—

থৌজানগী ইরেল ওইব-ও হে কৃষ্ণ
চঙ্‌জরক্লবা অতোনবশিংগী মরূপ ওইব-ও
হে তাইবঙ্‌ অপুম্বগী মবুংঙো।
গোপ শাগেগী মপু ওইবা
গোপী পূম্নমক্কী মবুংঙো
হে রাধিকাগী চান্নথোইব-ও
ইবুংঙো নঙ্‌বু খুরুমজৈ॥

শ্রীকৃষ্ণরাস-লীলাগী তাৎপর্য্যদা মঙাশুবা তাংকক মতাং অসিদা লোমলে।

শ্রীকৃষ্ণরাসলীলাগী অরোইবা মতাম্মু মসিদা ওইবে।

শ্রীকৃষ্ণদা কৎশিজ্জরি।